# ꯃꯩꯇ꯭ꯔꯕꯥꯛꯀꯤ ꯅꯤꯡꯊꯧ ꯐꯝꯕꯥꯜ ꯀꯜꯂꯀꯈꯤꯗꯕꯥ
# ꯅꯤꯡꯊꯧ ꯃꯆꯥ ꯃꯁꯨꯁꯤꯡ

## মৈত্রবাক্কী নিংথৌ ফম্বাল কল্লকখিদবা
## নিংথৌ মচা মশুশিং



Rennell's Map, Dominion of Meckley, 1769

অইবা: বিঃ কুলচন্দ্র শর্ম্মা

১) লাইরিক্কী মমিং : **"মৈত্রবাক্কী নিংথৌ-ফম্বাল কল্লকখিদবা নিংথৌ মচা মশুশিং"**

২) মমল :- লুপা ২০০/ (মখুম অপাবা)

৩) মমল : লুপা ৩০০/ (মখুম অথাবা)

৪) লমায় মশীং : ২২০ (চানি কুন)

৫) অইবা : বিঃ কলচন্দ্র শর্ম্মা, ব্রহ্মপুর থাঙ্গপাৎ মপাল ইম্ফাল, ৭৯৫০০১, মণিপুর

৬) অফেংবা : বিঃ রোসন মেনুস্ক্রিপ্টস লাইব্রেরী, ইম্ফাল ব্রহ্মপুর থাঙ্গপাৎ মপাল, ইম্ফাল, মণিপুর।

৭) মখুম : অঙ্কঃ লেংজমচা সেনপোংকাংপোং সনাথোংই পাল

৮) হক : অইবা অমসুং অফেংবা

৯) অহানবা থোংবগী মতম : নভেম্বর, খৃঃ কুমঃ ২০০৯

১০) লাইরিক নম্ফম : মোনকো প্রিন্টার্স, কৈশামথোং কৈথেল, ইম্ফাল ৭৯৫০০১।

১১) লাইরিক ফংফম : ১) অইবগী যুম

২) মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, পাউনা ইন্টরনেস্নেল মার্কেট, ইম্ফাল।

৩) রোয়্যাল বুক হাউস, সিংসিং পুর বস পার্কিং এযরপোর্ত রোড, ইম্ফাল, রেষ্ট- ১

৪) রাজেস বুক স্তোল, পাউনা বাজার গোভর্নর রোড, ইম্ফাল।

# অইবগী ৱারোল

"মৈত্রবাক্কী নিংথৌ ফম্বাল কল্লকখিদবা নিংথৌ মচা মশুাশিং" হায়না মিংথোঞ্ৱবা লইবাক অসি ইজকুবাসিগী মবম্দি মৈতৈগী নিংথৌ মচা মশু খবদা নিংথৌ ফম্বাল কখোকপগী তাঙলবা গুন অসি চেল্লিবসি হৌৎচনাহুবদগীনি। অদুগা নাকোযননা থমজিনবা পান্দমনা সাহিত্য অমসুং ইতিহাস হায়বা 'ময়ম অনিসিংগা লমইখ নত্রগা' ভুমইখ খাংখ্রাক্লজবা পামজবদগনি। "ইতিহাস" হায়বসি তশেংনমক সাহিত্যগী শরুক অমনি, অদুবু মাসনা অশেংবা থৌদোক বাথৌকশিংদা যেক্তম ওইবা নত্রগা তশেংনমক থোকাখবা থৌদোক বাথোকশিংগী বাবোল (Statement of real events/occurrences of factual happenings or incidents of facts)নি। অদুগা সাহিত্যদ পাক চাওবা না তশেংবা থৌদোক (Factual or realistic occurrence)কা ওইনা নত্তই, শেংদেম থৌদোক বাথোক (Artificial event or romantic factitious fictional incident)কী ওইনবসু যাই, অদুগা তশেংনমক সাহিত্যদ নিদম্বীভূতাইগী ওইনা বাখন্দগী পুথোক্পা ৱারোনি।

পথাগী ইতিহাসস নিংথৌ ফম্বালগীদমক্তা মপনা, মশুবনা, মযাম্বনা, মচম্বানা, মচানা মপাবু, মখুবাবু, মযাম্ববু, অসিনাচংবা হাংপা অমসুং হাৎনবগী বাবম্ল থন্না যাওবি। অদুবু নিংথৌ সিংহাসন মশাগী ওইনা ফংলগদবা / লৈবগদবদা কখোকখিবা / থাদোকখিবসি হিন্দুগী মহাকাব্য অনিদা মীশক অনিখক ফংঙি, মখোযদুদি — ৱামাযন(ৱামগী খোঙচৎ)দা ৱামচন্দ্রগী মনাউনুপা "ভৱত" অমসুং মহাভাৱত(অহানবদা "জয"- "মাযপাকপা" কৌবম্মী) তা শান্তনুগী মচানুপা অহন "দেবব্রত" (থৌদৌদুদগী "ভীষ্ম" মিংথোনখিবা) - অসিনি। অদুগা মখোয অনিাস লীজেণ্ডবী নত্রগা মীথিকেল পার্সোনেলিটীজ(Legendary or Mythical personalities)নি, হিষ্টৌৱিকেল পার্সোনেলিটি নত্তে। মনিপুবগী পীজবিবা মীওইশিং - (১)ৱাংখৈমযুম মচা অনি অমসুং (২) নিংথেম মচা

তকুক অসিদি মনিপুর ইতিহাসকী খৃঃ ১৫০০দগীনা ১৮৯১ ফাওবগী মতমগী মীওইশিং ওইবা হিষ্টোরিকেল পার্সোনেলিটিগী মীশকশিংনি। ভাবতকী পীরিবশিং আইডলিষ্টিক (Idealistic) ফিক্সন / রোমান্টিসিজম (Fiction/Romanticism)গী মী ওইশিংনি অমসুং মনিপুরগীশিংসনা ফেকচুয়েল। রিয়েলিষ্টিক(Factual/Realistic) থৌদোক- ৱাথোক্কী মীশকশিংনি।

লাইরিকসিদা থমজবিবা, খর্বসিনা পুমচুম চুমলে হায়বগী ৱাফম লৈজদে, মীওইবা হায়বসি অশোযবা নাইবা মচা ওাক্তনিনা খওজ- উজহৌদবা অৱাৎপশিং যাওবর্মাখিগনি। অদুগীসু মথক্তা হৌখ্রবা ওইখ্রবা নত্রগা থোকখিবা কুইখ্রববু তংলমচত্তা ফাক্তনা যেংবগী থৌদো (Postmortem)নিনা থবক লৌখৎপা হৈজদবদগী খর মখৈসু অশোযবা যাওবমগনি। হায়বিবা হীবর্মশিং অসি লৈবনা অশোযবাশিংদু তাকপীবক্তনা চমথোকচনবগী খুদোংচাবদু পীনবীযু হায়দুনা খাই তবা মচাশিংগী মফমদা লাইবিকসি লানথোকচবগা লোইননা নাভর্বা অবান অহুই, অশোয অঙামনচিংবা তাকপীবক্তনা মনিপুর ইতিহাসকী মীওইশিং অসিগী মশক ফজবা অমসুং মরীক চুম্বা হেনগৎহনবীয় হায়না ঈকোক নোঞ্জাবি।

হৌখ্রবা ইতিহাসকী ঈপাক্কী ঈনুংবুওদগী খুনগত্তনা থমজাববা মনিপুরগী লন ওইববা মনিশিংসিবু মতাক-মযাই হাপ্লায়ু!

অবোইবদা মোনিকা প্রিন্টসগী প্রোপাইটর অমসুং অতৈ স্টাফশিংনা থৱাই যাওনা হোৎনবীদুনা তেল্লবা মতম খবগী মনুংদা লাইবিক অসিবু পুথোকপা ঙমহনবীবগীদমক থগৎপা অমদি নুঙঙাইবা ফোংদোকচবি।

বিঃ কুলচন্দ্র শর্ম্মা
ব্রহ্মাপুর, থাঙ্গপাৎ মপান
ইম্ফাল - ৭৯৫০০১
তাং ৭।১০।২০০৯

মনুংদা য়াওরিবা হীরমশিং                                   লমায়

# বাংখৈ চীঙ্ঙা য়াঙবা
## (মৈত্রবাক্কী নিংথৌ-ফম্বাল খুৎশীন্নখিবা নিংথৌমচা)

### বাহৌ বারোল

বাংখৈ চীঙ্ঙা য়াঙবা, মহাকথক্তগী অবাংবা খৈবা বাংখৈময়ুমগী বাংঙম শাগৈ থোক্লকুনবগী থোং থাবম্বা, মণিপুব ইতিহাসগী ময়াম চনবা মতম তাংকক্কী হৌগৎলকপা মতমগী তাঞ্জা অমদা শক্লাইববা থৌদাং লৌখিবা ঐতিহাসিক পাত্র / চবিত্র নত্রগা পুরুষ অমনি । মহাক বাংঙম নিংথৌজা যেক্কী নিংথেমচা শল্লাইদা পোকখিবা মশাগী হক নত্তবা নিংথৌ ফম্বালবু মপোক্কী নিংথৌ ওইবগী হকসি লোইনবক্লবা নত্রগা হকসি লৈবা মীশক থিদনা নিংথৌ ফম্বাল পীথোকখিবা, মশাগী ওইজবা থাদোকখিবা অমসুং মী ওইবগী অচা ওবম কাবগী বাখলবু থাদোক্লুনা কথেকপগী অবাংবা থাক্তা লেপাখবা মীশক - মী ওই অমনি। বাংখৈ চীঙঙা য়াঙবা, মৈতৈগী মবুংঙো নোংদা লাইরেন পাখংবা (চাওবাক্লা খৃঃ ৩৩।৩৪ ১৫৪)দগী হৌবগা শমহৎবাক্লিবা মৈতৈ নিংথৌরোনগী ৩৭ (কুম্লাতরেৎ) শুবা মৈতৈ নিংথৌ খোইমোম লাইমানবা চবাইবোংবা নত্রগা মৈদিংঙু নিংথৌখোম্না (চাওবাক্লা খৃঃ ১৮৩২ ৩৭) না অভোম নিংথৌ কাওশাম্বচনু নোংশাল্লোন লাম্নোইঙাম্বী পানদনা পোকপা মৈদংঙু থাংব্রাই নিংথৌবা, কাংখ খৃঃ ১২৬৭ ১৩০৮)গী মনাউ ঈবুংঙো শনোংবা লাল্লুমখোম্বা, পাংখবাকপনা মহাক্কী তাল্লোই অতোম্বা লৈচোল লকপা তোললোং শাম্বচন তবংঙম্বী পানদনা পোকপা মচানপা অহনি। মহাক্কা নাউশোমচা পানদনা মচাঙ্গবংঙো সনা যাংনু, যাইস্কুল লাকপা পোকখি।

বাংখৈ চাঙঙাযাঙব মহাক্কী কোল্লোয মিংলেন্না মহাক্কী যুমদা লৈতাফম, ময়ুম ঈংখোল লীংফম তাক্লিবা মীশক্লি, হাযবাদ চাঙঙ চীঙদম্না কোনবা চীঙঙা শাথৌবম, পীসুম শাত্তবমদা পানবান। পাল্লিবা নিংথৌ- শাগৈগা নক্লবা মবী লৈনবনা শা লানগী শাফা- লানফা, শাদনা লান্দানচিংবগী মহৈ মশিঙশিংদা মীথক থোংবা, তম্লকপা মতমদুগী মহৈ মশিঙদু নীঙথিনা শীজিন্নবা ঙম্বা মীওইনি। হাযজবিবা বাফমশিংসি মহাক্কী পুন্সিগী পবীংদা তাবক্লিবা থৌদোক- বাথোকশিংনা উৎলিবনি।

### বারোল মপুঙ্

বাংখৈ চীঙঙাযাঙবগী বাবোল অমতা চৈথাবোল কুম্বাবদা নত্রগা অতৈ লাইবিক অমতদা পন্দে। মৈহৌবোনগী নত্রগা শাগৈ শল্লাইবোনগী

লাইবিকশিংদা মমিং মখেদা পনবা অমসুং মহাক্কী ঈ / চাদা- নাউদানা ব্রাংখৈমযুম ওইবা অমসুং শমথবকপা অসিখক নত্তুনা অতৈ কবিসু পন্দে। অদুবু থাযনদগী চৎনবকপা চীনবুঙ বাবীদা মৈত্রবাক্কী লৈঙাকলোনগী ইতিহাসগী মতম তাংকক অমদা যাম্না মক ওইবা, লৈঙাক্লোনগী খুর্জি পাযবগা হক লৈবা মীদা নিংথৌ ফম্বাল পীথোকখিবা মীশক অমা ওইনা পীবি। অদুগা হাযজবিবা ব্রাংখৈমযুম শাগৈসিনা মৈতৈ নিংথেমচামযুম যুম্নাক তবা- (১) খুবাইলাক্পা চীংশোম্বা মযুম নত্রগা কর্ত্তাবংস / শাগৈ, (২) সেনাপতিমযুম নত্রগা নবসিংহ বংস / শাগৈ, (৩) মন্ত্রীমযুম (৪) উকংপুবেনমযুম নত্রগা যুববাজ বংস/ শাগৈ, (৫) ব্রাংখৈবাকপম (৬) যাইস্কুললাকপম, (৭) লৌকংপুবেনমযুম, (৮) পাচাহনবমযুম, (৯)কৈথেল মপানতাবমযুম অমসুং (১০) কৌনাথাবম হাযবসিগী মনুংদা ব্রাংখৈমযুম্না ফংলিবা খুন্নাই লীচৎগী ঈকাই খুম্নবা অমদি মখোয নিংথেমচাশিং অমসুং নিংথৌমচাশিংনা মখোযদা ঈকাইখুম্নবগী মফম পীবিবা অমসুং হৌজিকসু হাযবিবা লীচৎ- শাজৎসি হিংলি। মবম অসিনা মক ওইববা ইতিহাসকী থৌদোক অমবু নাথৈদুনা থম্লিবসিগী কবিগুম্বা মবম অমা / খবদি লৈবম্বা তাই হাযনা খঞ্জে।

## মৈত্রবাক্কী মতমদুগী লৈঙাক্লোনগী ইতিহাস

মৈত্রবাক্কী লৈঙাক্লোনগী ইতিহাসতা মৈদিংঙু নোংদা লাইবেন পাখংবদগী হকথেংনবা ঈ- মবীগী মচানুপা অহন অহনগী পর্বাংদা শমথবক্লিবা মৈতৈ নিংথৌগী শাগৈসি মৈদিংঙু ক্যাম্বগী মচাঈবুংঙোশিং - (১) মৈদিংঙু কোইবেম্বা (খৃঃ ১৫০৮ ১২) অমসুং (২) মৈদিংঙু লমক্যাম্বা (খৃঃ ১৫১২-২৩) না অহন- নহা কাযনা পাল্লগা মৈদিংঙু লমক্যাম্বসিগী মচা নুপা অনি- (১) মৈদিংঙু নোংইনফাবা (খৃঃ ১৫২৩ ২৪) অমসুং মচানুপা অহন (২) মৈদিংঙু কবোম্বা (খৃঃ১৫২৪- ৪২) না পাল্লগা মতুংদা মহাক্কী মচানুপা মৈদিংঙু তাংজাম্বা (খৃঃ ১৫৪২ ৪৫)না পানবসিদগী লোযখ্রে। মখোযগী মচা- মশূ লৈখিদ্রে, চাদা- নাউদা খমখ্রে। মতমদুদা লৈপাকপু নিংথৌনা পানবা পাম্বা অমসুং নিংথৌ পানবা লৈপাক হাযবদুদা হিংবা / লৈবা পাম্বা মতমদুগী লৈপাক মীযাম ওইবনিনা নিংথৌগী শাগৈ মুত্তুনা নিংথৌ লৈত্রবদি নত্রগা পানদ্রবদি চাদা নাউদা মুৎলবা নিংথৌ শাগৈদুগী নক্লবা নৃপাগী ঈ মবীদা লৈবা মবী- মতা ওইবা মীশক অমা মহাক্কী মতীক- মথৌনাদা যুম্ফম ওইবগা খ্বাই তবা মচাশিংনা নিংথৌ ওইনবা খনবা অমসুং হাপ্পা তাবনি। মবম অসিনা মৈদিংঙু ক্যাম্বগী মনাউ ঈবুংঙো শনোংবা লাল্লুমখোম্বগী মচাশিংদগী নিংথৌ খনবগী ব্রাফমসি যানদুনা মতীক /মথৌনা

অমসুং অহন- নহাগী যুম্ফমশিংদা মিৎযেং থমদুনা ৱাংখৈবাকপা শানোংবা লাল্লুমখোম্বগী তাল্লোই অহন অঙোমচন্নু হাওচোঙম্বীগী অনিশুবা মচা কোবৌ নোংথিলচাযবা নত্রগা কাইনৌ চলাম্ববু মৈতৈ নিংথৌ হাপখি। মৈদিংঙু কাইনৌ চলাম্ব (খৃঃ ১৫৪৫- ৬২)না খৃঃ ১৫৪৫দা নিংথৌ ফম্বাল কাখি।

মতমদুগী মণিপুবগী লৈঙাক্লোন্দা পাল্লীবা নিংথৌশিংগা যাম্না নক্কবা অমসুং খুৎকন পাঙ্গন্না লৈবিবসি অঙোম যেক অমসুং শল্লাইনি। অঙোমশিংসিগী নিংথৌশিংসি মৈতৈ নিংথৌশিংগা মমাঙগী মতমদগী হৌনা চাবৌ- মৌবৌনদুনা; অমুকসু মতেং পাংনা, অমুকসু অমগা অমগা যেংথীননা ওন্না- ওন্না পানমিন্নবকখি। মমাঙগী চহি ৫০।৬০ বোমগী মনুংগী মতমদা অঙোমশিংনা শোথখিবসি অঙৌপানবা লোইজাঙম্বগী মতমসিনি। মদুবু অঙৌপাম্বা ক্যাম্ব (খৃঃ ১৪১১ ৪২)না মপন লোইজাঙম্বগী মতমদা মৈতৈ নিংথৌমচাশিংগা শাথোক লাম্থোক্লদুনা অঙোমশিংবু মৈতৈ নিংথেমচাশিংনা তাকপমখৈ খৃঃ১৫১০দা হাৎখিবদু মপাঙ্গীবুংঙো অঙৌপানবা পানশাঙম্বনা নিংথেমমচাশিংগা যানবা পুবক্তুনা তাইশিন্নবদগী খুৎকন- পাঙ্গনবা তেনগৎলক্তুনা হাইনা হুম্না মৈত্রবাক্তা পাল্লকখি। মহাক্না মৈদিংঙু লমক্যাম্বনা থুপখ্রবদা মৈদিংঙুসিগী অনিশুবী তাল্লোই খযোইবোন চংনীংফাবীগা হৈবাং লোঞ্জা চামিন্ননা ওঙনবদগী লৈমবেন চাখা তাংখুল ঙম্বীনা পোকপা মৈদৈংঙুচা কবোম্ববু নমথদুনা চংনীংফাবীনা পোকপা মৈদিংঙুচা নোংইনফাববু মৈতৈ নিংথৌ ওইহনখি। অসুম্না মনীঙ তম্না তৌনীঙবদা তৌবা ক্যাম্বসিনা উবেকশেক (উবোক মতুগী কোক্তা থেৎপা লৈতেং) চীনবদা চাশঙবা (অঙাংবা মচুগী খেইকগা চাগা যান্নবগা লাকপা) চাল্লগা খযোইবোন চংনীং ফাবীগী মনাক্তা লাক্লম্মী। মদুদা খযোইবোন চংনাংফাবীনা চাশঙবা উবেকশেক (মচু অঙাংব)দি অঙোম্না চীনগদবা নত্তে, নিংথৌজা চীনগদবনি হাযকুবদগী অঙৌপানবা ক্যাম্বনা শাওবগী লৃতোন কাখিবম্মী। মহাক্না খযোইবোনসিগা মহাক্কী মচানুপা চহি ১১ খক্তা ঙাইবিব নোংইনফাবসিগা খুদক্তা হাত্তোকখি [চৈথাঃ কুমঃ ১০০৫, ২৩]। অদুগা মৈতৈ নিংথৌগী খুবমদুদি চাখা তাংখুন ঙম্বগী মচানুপা কবোম্বনা ফংখি। মতমদুদা খুৎকন পাঙ্গনবা হেনখিবনা মৈদিংঙু কবোম্বনা অঙৌপানবা ক্যাম্বদা কবিসু তৌবা ঙমখিদে। মবম অদুনা মহাক মৈদিংঙু কবোম্বগী হাক্তক্তু লোযবা মতম ফাওবদি অঙোমনিংথৌ ওইদুনা অদুম লৈখিবম্মী।

মৈদিংঙু কবোম্বনা খৃঃ১৫৪২, মশাগী চহি ২৪দা নিংথৌ ফম্বালদা চহি ১৮ পাল্লম্লগা নোঙ্গাখ্রবদা মচাঙ্গীবুংঙো তাংজাম্বানা নিংথৌ ফম্বাল কাখিবম্মী। হাযবিবা নুমিৎসিদা অঙৌপানবা ক্যাম্বা অঙোম নিংথৌগী

ফম থাদোকখি অমসুং মচানুপা লাংলোইঙম্বদা অঙোম নিংথৌগী ফম্বাল পীদুনা মচানুপাসিনা অঙোম নিংথৌ ওইখি। অদুগা মৈদিংঙু তাংজাম্বগী হাক্তকসিদা মৈদিংঙু কবোম্বা লৈখিদবগী মথৌ- মঙম পাংথোকপসিদা মী খবনা নীঙঙাই শাংদানবকপগী ৱাহৌদগী অঙৌপানবা লাংলোইঙম্বা চেন্নবা থৌদোক অমা থোকখি। থৌদোকসিদগী হাৎন শুনবগী মবমদা অঙোম নিংথৌসিদা মবাল শীখিবা মাল্লি। অদুবু মৈদিংঙু তাংজম্বসিনা পুন্সি তেল্লকপনা খৃঃ১৫৪৫দা মশাগী চহি ২৯ খক্তদা নোঙ্গাখিবদগী ৱাসি মনা মনীন নাইবা যাদনা তুমিন্না যৌশিন্দুনা লেনখি। মবমদি মতমসিদা পাল্লকপা নিংথৌ শাগৈগী চাদা- নাউদা খমখিবনা অনৌবা নিংথৌ অমা খনবগী মথৌ তাবক্লম্মা। হাযবিবা নিংথৌ খনবগী লমদাংসিদা অঙোম নিংঙোন্না পোকপা মৈদিংঙুচা শনোংবা লাল্লুমখোম্বগী অনিশুবা হিংলিবা মচানুপা চলাম্ববু খনবসিদা অঙৌপানবা লাংলোইঙম্বী খুৎ চাওনা যাওখিবগুম তৌই। মসিনা মবম ওইদুনা মৈতৈলৈপাক্কী মীযাম্না অঙোম নিংথৌসিবু অমুক হন্না অতৈ অপা শাবগী মবাল শীবপগুম তৌই। হান্না মমাঙউঙদা মবাল শীখবগী থবম কোক্ত্রিংঙৈ অমসং মলোম তৌব লোর্যাদ্রংঙসিদা মবাল অমুকস শীজিল্লকপসিদা অঙৌপানবা লাংলোইঙম্বা অমসং অঙোমগী মী পুম্নমক শাওবগী ঙমখৈ লৈবমদে।

অঙৌপানবা অমসং মহাক্কী মীশিংনা লানহৌনবগী তাংগা লুমদনা অমসং ফবম শেমদনা লৈবক্লম্মী। মবম অসিনা অঙোম নিংথৌ লাংলোইঙম্বনা খৃঃ১৫৪৮দা মপাইবুংঙো ক্যাম্বনা নোঙ্গাখিবগা মথৌ মঙম লোযববা মতুংদা পুক্নাঙদ পাববা থকম বাবমদগা মৈশাদু হেনগৎলক্তন শাল্লিবা শবৈগা খাদেল থৌনাংদদা মিৎযেং থল্লক্লম্মা। হাদগা খুদোংচাবা তাঙ্গাদু লাক্লদুনা খৃঃ১৫৪৯দা যোংনা লানহৌদুনা লাঙতলক্লমম্মা। অদবু চেকশিনহৌদবা মিৎকুপ খবদগী অঙোম নিংথৌ লাংলোইঙম্বদু লাঞ্জঙলকপদুদা যেক্লবাশংনা হাংখিবম্মী। মৈতৈ নিংথৌনা লাম্মীনা অঙোমাশংবু তান্না তান্নদুনা হাংলকপনা মখুনা মবান পম্নমক পুমতাক তাক্লম্মী [মথক্কীসিদা, ২১]। অদুগা অঙৌপানবা লনহাংঙম্বগী মচানুপা তুশোনঙম্বনা মপাগী মহুৎ শিন্দুনা খৃঃ ১৫৫০দা অঙৌ পানবগা ফম্বাল কাখি। অদুবু মহাবস মপাগী লানহৌদুদা শরুক যাকুবগী মহাক্লা ফম্বাল কাবা চহিদুমক্তদা মৈতৈ নিংথেমচাশিংগী লাম্মীনা হাংখিবম্মী। মবম অদুনা মনাউনুপা লাল্লুমঙম্বা ওম্মানা অঙৌপানবা ওইনা খৃঃ১৫৫১দা ফম্বাল কাখি। অদুবু মহাক্লা মপাবুং অমসুং মযাম্বুংগী খুদুং ইল্লবসু পক্লীঙদা থকমদু ফাদুনা থল্লগা মৈতৈ নিংথেমচাশিংগা চান্ননা চৎমিন্নবা যানবা থৌবাং লৌখি। মসুম্না তৌই হাযদুনসু অঙোমগী লৈবিবা মতীক- মপাঙ্গল পুম্নমক পুনশিনদুনা মখোযগী শাগৈ- নাতৈ তুম্না হাংখিবগী লমন খুম্নবা খুজীল অমসুং

থৌশীলদি লেপ্তুনা লৌখৎলি। মখোযগী হোৎনবা অসি শোযদনা মায পাক্লখিগনি হাযনা অঙোমশিংনা চেৎনা থাজবা থমদুনা খুদোংচাবা ঙাইবি।

মৈদিংঙু চলাম্বনা অঙোমশিংনা মপুক্লীঙদা তৌবিবা থকুম, মখোযগী ব্রাখন্দা পুবিবা মলোম অমসুং থম্মোইদা পুবিবা শামু বাকুমসিগী শউম খক ফংখিবমদে। মহাক্কী মযাম্বুং ঈবুংঙো খোংনাম্বা লৈত্রবসু মহাক্কী মনাউ ঈবুংঙো অনি (মমা তীন্নদবা) চীঙঙাযাঙবা অমসুং পুবান-খাবা (পুমিংনবা) লৈবিবনা অমসুং লৈপাক খ্বাইনা হাপ্পা নিংথৌ ওইবনিনা মহাক্কী মাযযোক্তা লানহৌবক্কনি হাযবগী ব্রাখল খল্লমদে। অদুবু অঙোমগী লুচিংবশিং লানহাংঙম্বা, অঙৌপানবা লাল্লুমখোম্বা ওম্মা অসিনচিংবনদি মখোযদা খৃঃ১৫৪৯দা তুম্না হাৎখ্রবা অঙোম মপাচাশিংদুনা মৈতৈ নিংথৌগী ঈ নীবগুম তৌবম্মী। মৈতৈ নিংথৌ চলাম্বনা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লকপা চহি ১৩(তরাহুমদোই) হৌখ্রবা মতুংদা অঙোমশিংনা পুনশিন খোমজিন্নবা হোৎনবকপা মখোযগী অপুনবা পাঙ্গন্দু ফংখিবম্মী। মতমসিদা মৈদিংঙু চলাম্বদি কংলৈ পুংভমযোন (ইম্ফাল কংলৈ)গী মযায ওইবা অঙোমশিংগী মনমখৈগী মনংচনবা থাংবাইগী লমদম অমদা কোনুং ওইদুনা পাল্লি। মসিনা অঙোমশিংদা ওইজবা অমসুং খুদোংচাবা ফংখিবনা অঙোমশিংনা খৃঃ১৫৫৯সিদা যেংনা লানহৌদুনা মৈতৈ কোনুংদা লান্দাবক্লম্মী। হাযবিবা মতমসিদা মচাঈবুংঙো থাংবাই নিংথৌ ক্যাম্বদি নোংবাল্লোন লৈবাংবীগী থাহৌদগা কোনুংদা লৈবমদে। অদুগা অহিংদা লান্দাবকপা অমসুং চেকশিন থৌবাংগা মা ওইশিং অযাম্বা অঙোমশিংনা মখোযগী মীচঙদা নত্রগা খুদুম মনুংদা থমখিবনা মৈদিংঙু চলাম্বগী লাইবক থীববা থৌদোক্কু থোকখি। অসুম্না অঙোমশিংগী মখুত্তা মৈদিংঙু চলাম্বা খমনুং শক্লা তানখি।

অঙোমশিংগী লানহৌদা মপাঙ্গঈবুংঙো লৈখিদবগী পাউসি মৈদিংঙুচা থাংবাই নিংথৌ ক্যাম্বা (তুংলমচৎকী মুংযাম্বা)না তাবা মতমদা কংলৈ পুংভমযোনগী মফম অম(মসি থাঙমৈবনগী লমখৈ মনুংদা ওইবম্বা যাই)দা লোত্তুনা লৈবম্বদগী অঙোমশিংনা মহাকপুসু ফাননবা লান্দাবক্কনি অমসুং শোযদনা থিবক্কনি হাযনা চিংনবদগী লোৎলম্বা মফমদু থাদোক্তুনা অঙোমশিংগী লমখৈদগী তামথোকপা মাযকৈবোমদা হুযেন লাঞ্জেনখ্রে। অদুগী অঙোমদা মহাক্কী ঈ-পাউ যৌখিগনি, হাযনা কিবদগী কনা অমতগী মফমদসু চেংলৌ মশক উহন্দনা লোৎখ্রে।

অঙোম নিংথৌ লাল্লুমখোম্বা ওম্মানা মৈতৈ নিংথৌগী কোনুং পাযখ্রে। মখোযনা যাবিবা মখৈ মৈতৈগী মীশিংনা তাথীদনবা থবক কযামকম

পায়খত্তুনা মৈতৈ লৈপাক ঙাক্লনবা হোৎনরকখি। মায়কৈ অমরোমদা চীঙঙাগী লমদম পাল্লিবা চীঙঙায়াঙবা, ময়াম্বুং হাৎখি হায়দুনসু পাঙ্গল থোকপা ঙমখিদ্রে। অঙোম ময়েকচাশিং- অঙোম, নোংমাই/লংমাই, লুৱোং, খুয়োন্নচিংবগী মথক্তা অতৈ য়েকলুপচাশিং খরসু তোংশিনখিবনা মতম- মতমগী থোক্লক্লিবা থৌদোক্কী মতুং ইন্না খোঙ থাংদুনা অমসুং খুৎ হাইদুনা মতম ঙাইদুনা লৈবা নত্তনা অতৈ পাম্বৈ লৈরমদ্রে। অঙোমশিংনা চহি অহুম লৈঙাক্তুনা খৃঃ ১৫৬২ ফাওবদা লৈরকখিরম্মী। মতুং তারকপদা মৈত্রবাক্কী লৈরিবা য়েকলুপ শল্লাইলুপশিংগী তৌনরিবা মওং- মতৌ, ফিবম- ফিরেপ্নচিংবদুদা অঙোম মচাশিংদুনা লৈঙাকপা ঙমদ্রে। মখোয় মশেনগী মরক্তা লৈঙাক- থৌদা পুবসি নোংবান কারেংশঙ ফাবনা অমুক পু, নোংবান লনহাংঙম্বনা অমুক পু ,শিল্লোন- শিঞ্জিন কয়ারক তৌদুনা য়েংলবদসু লৈপাক্কী ৱায়েন- থৌদা পুবদা ৱানা থোক্লক্লে। মদুদগী মখোয় মশেন পুশিন্নদুনা করি তৌরগা, করম্না থৌদাং লৌরগা ফগদবগে হায়দুনা কয়ারক খন্নরে। অদুবু ৱাহৈ ঙাক্তা মঙাইরে, থবক ওইনা পাংথোকপদি ঙমদরে। মমৈথংদা মৈত্রবাক্কী লৈঙাক ৱায়েন- থৌদাদি পুবা- থাংবা ঙমদবা থবক ওইনা মখোয় অঙোমশিংদা থোকপনা কনাগুম্বা মৈতৈ নিংথৌ শাগৈগী নুপা অমদা পীথোক্তুনা মহাক্না থোকপা তৌহনখ্রসি, অদুগা মখোয়না মমাঙঙৈদা তৌবগুম্না লৈঙাক্লোনগী পরমশিংদা তেংবাংদুনা লৈপাক ঙাকহনখ্রসি অমসুং নিংথৌ ওইহনখ্রসি হায়না লেপ্লবে।

## ৱাংখৈ চীঙঙায়াঙবদা মৈত্রবাক শীন্নবা

অঙোমগী লুচিংবশিংনা মৈত্রবাকপু লৈঙাক- ৱায়েন থৌদা তৌবা ঙম্লক্ত্রদুনা মৈতৈ নিংথৌগী শাগৈমচা অমদা লৈপাক শীন্নথোকখ্রসি হায়না লেপ্লরবা মতুংদা মখোয়না মৈতৈ নিংথৌগী শাগৈদা মতীক- মপা চাবা, মথৌনা - মরৌশিঙ লৈবা অমসুং তৌবা ঙম্বা মীশক কনা লৈরিবগে হায়না খন্নখি। মদুদা মখোয়না মৈদিংঙু চলাম্বগী মনাউ ঈবুংঙো অনি চীঙঙায়াঙবা অমসুং পুরানথাবা পুমিংনবা লৈরি হায়বসি খঙলকখি। অদুনা মখোয়না ৱাংখৈ চীঙঙায়াঙবগী মনাক্তা লাক্তুনা মহাক্কী মফমদা চাওরাক্লা খৃঃ ১৫৬২কী অঙনবা মতমদা মৈতৈ লৈপাক্কী লৈঙাক ৱায়েন থৌদা শীন্নরখি অমসুং মহাক্না মৈত্রবাক্কী নিংথৌ ওইদুনা পাল্লো, মখোয় অঙোমগী কাংবুনা মতেং খুদিংমক পাংগনি হায়দুন নোংবান করেংশঙফাবা অমসুং লনহাংঙম্বনা লৈঙাক পোৎলুম থারখি।

ৱাংখৈ চীঙঙায়াঙবনা মপা- মপুশিংনা থম্লবা মরন- মথুম ওইরবা মৈত্রবাক, মাগী মতমদুগী মমাঙদা চহি ১৫০০ রোমগী শাংলবা মতমবু মহাক্কী

মপা- মপু লাইওইখ্রবশিং অমসুং ঈকুই কুইদ্রিঙৈগী মতমদা ময়াম্বুংশিং অমদি মচা ঈবুংঙো অমনা লৈঙাক থৌদা পুরম্বা মৈত্রবাক ঙাকপগী থৌদাং, থৌগায় অমসুং শীম্বাদু অঙোমশিংগী মখুত্তা অসুম লৈহন্নীঙদদুনা শীন্নরিবা লৈঙাক থৌদাদুদি লৌরে। অদুবু মপুক্লীঙদদি মহাক্লা মদু কবিগীদমক অমসুং কনাগীদমক্তা লৌরিবনো, হায়বদুদি ফুমদুনা থল্লি। অঙোমগী লুচিংবশিংনা চহি অহুম ফনা কন্না হোৎনদুনসু লৈঙাক- ব্রায়েন- থৌদা চত্থবদা শীম্থোঙ- শীল্লম ঈচা চাদবগুম তৌরবা মৈত্রবাক ঙাকপগী থৌদাংশিং ব্রাংখৈ চীঙঙায়াঙবদা শীন্নরম্লগা মশা কোম্না নুংঙাইবা ফংলদুনা মাগী মাগী ময়ুমদা হন্নখ্রে। হায়রিবা মতমসিদা অঙৌপানবা লাল্লুম খোম্বা ওম্মা অঙোম নিংথৌগী ফম্বালদগী কুমখ্রে। মখোয় অঙোমশিংগী মরক্তা অঙোমগী ফম্বাল কনানা ফংগদবগে হায়বদুগী মথং- মনাউ কায়দনা অঙৌপানবা খনখ্রবসু মতমসিদদি ব্রাফমসি মৈত্রবাক্কী লৈঙাকপা ওইনা থবক পুরিবা ব্রাংখৈ চীঙঙায়াঙবগী মফমদদি যৌহন্দ্রিবনি। অদুবু ব্রাংখৈ চীঙঙায়াঙবনা নোংবান করেং শঙফাবনা অঙৌপানবা ওইরে হায়বদি খঙলবনি।

## ব্রাংখৈ চীঙঙায়াঙবনা থাঙব্রাই নিংথৌ ক্যাম্বদা নিংথৌ ফম্বাল খুৎশীন্নবা

ব্রাংখৈ চীঙঙাযাঙবনা অঙোম নিংথৌ কবেং শঙফাবনচিংবা অঙোমগী লুচিংবশিংনা শীন্নরম্বা মৈত্রবাক লৈঙাকপগী থৌদাংদুদি লৌহৌরে। মহাক্কী পোকমিন্নবা (মমা তীন্নবা) মনাউ পুরানথাবা পুমিংনবা অমসুং অতৈ মখোয়গী খুৎ ওইবশিংসু নুংঙাইনরে, ব্রাংখৈ চীঙঙায়াঙবনা পোইরৈ মৈতৈ লৈপাক্কী নিংথৌ ওইরগনি হায়না হরাউনবে। অদুগা হান্ননা মৈতৈ নিংথৌগী লৈঙাক- ব্রায়েন থৌদাদা থৌদাং লৌরম্বা, থৌগায পুরম্বা অঙম অথৌশিং অকন- অযাঙশিং অমসুং য়াইতোঙ- খমতোঙবশিংসু ব্রাংখৈ চীঙঙায়াঙবগী মনাক্তা লাক্কুনা চীঙঙা মরমদমদা তীল্লরে, অফ- ফত্ত খন্নবদা শকক য়াররে। মতমদুদা মখোয়না ব্রাংখৈ চীঙঙায়াঙবগী পুকচেল অমসুং পুক্লীঙগী ব্রা খঙখবে। ব্রাংখৈ চীঙঙায়াঙবনা থম্মোইনুংদা পুবিবা ব্রাখলদি মহাক্লা মপা- মপুশিংনা থম্বীরম্বা পোইবৈ নিংথৌগী শাগৈগী চাদা- নাউদা খমখিদুনা মহাক্কী ঈমুং- মনুং ওইবা ময়াম্বুংবু লৈপাক মীয়াম্না নিংথৌ হাপ্তুনা পাল্লকখিবা ময়াম্বুং চলাম্বগী লৈপাক্লি অমসুং নিংথৌ ফম্বালনি। ময়াম্বুংনা নোঙ্গাখ্রবনিনা লৈপাকসিদা লৈরিবা ময়াম্বুং ঈবুংঙোগী মচা ঈবুংঙোদুগীদমক্তা মহাক্লা মহুৎ শীন্দুনা লৈপাকসিগী লৈঙাকপগী থৌদাংদু লৌরিবনি: মহাক নিংথৌ নত্তে, নিংথৌগী মহুৎ শীনবা থৌপুবনি, হায়বসিনি। ব্রাংখৈ চীঙঙায়াঙবগী ব্রাখল্লোন অসিদা মমাঙগী মতমদা লৈপাক থৌগায় পুরম্বা অঙম- অথৌশিংনা ঙক্তবা ঙল্লমদে।

বাংখে চীঙঙাযাঙবনা মহাক্কী মনাক্তা পোইবৈ মৈতৈ লৈপাক্কীদমক্ত লাক্লিবা অঙম- অথৌশিংদুদা মচীন্না থোক্লা— মহাক মৈত্রবাক্কী নিংথৌ নত্তে অমসুং পোইবৈ মৈত্রবাক্কী নিংথৌ ফম্বালদা মহাক্কী হক লৈতে। নিংথৌ ফম্বালসিদা হক লৈবিবা মীওই অমসুং নিংথৌ ওইগদবা মীশকসি পোইবৈ মৈত্রবাক্কী লৈপাক মীযাম্না খৃঃ ১৫৪৫দা নিংথৌ খন্দুনা নিংথৌ হাপখিবা মযাম্লুং চলাম্বগী মচাশিংখক্তনি, মখোযগী মবক্তসু লৈমবেননা পোকপা মচানুপা অহন থাঙবাই নিংথৌ ক্যাম্বনা অথোইর্বনি। মপাবী থাঙবাই নিংথৌ ক্যাম্বসি অঙোম নিংঙোন লৈৰাংবীগী ৱাথোক্তগী খৃঃ ১৫৫৯দগী শকলোৎখিবনি। মহাক্না লোৎখ্রবা মতুংদা অঙোমশিংনা লান তৌবক্লনা মৈতৈ কোনুং চাযখাযবদগী অদুম্মক হেন্না চেৎশিন্না লোৎখ্রর্বনি। মহাক্না শিখি নাখিবগী পাউ অমতা তাবা লৈত্রি অমসুং মসিনা তাক্লিবদি মহাক হিংলি, পোইবৈ মৈত্রবাক্কী মচি অমদা মহাক লোত্তুনা লৈবি। মহাকপু ফংননবা থিদবা যাদে, মহাকখক্তনি পোইবৈ নিংথৌ ফম্বালথক্তা থাঙ্গৎলগা লৌবিবা মযাম্না তেংবাংদুনা পোইবৈ লৈপাক ঙাক্কদর্বাস - হাযনা হার্যখিবস্মী। হার্যবিবা ৱাংখৈ চীঙঙাযাঙবগী কোল্লোহ পুকমেন পাউমেনসিদগী পোইবৈ মৈত্রবাক্কী মীযাম পুন্নমক্না মৈদিংঙু চলাম্বগী মচাঈবুংঙো থাঙবাই নিংথৌ ক্যাম্ববু থিবা হৌবক্লম্মী।

অথিবনা তশেংনা থিবক্লবদা অবোৎপনা ফনা নাৎথেদুনস কুই লোৎপা ওমদে। বাংখৈ চীঙঙাযাঙবা অমসুং মহাক্কী মীশিংনা থা অম চঙনা থাঙবাই নিংথৌ ক্যাম্ববু থিবক্লবদা হার্যবিবা মৈদিংঙু চলাম্বগী মচাঈবুংঙোসি নম্বোনগী কবো ৱাকচীঙ (শানাশিংগী বা থাবা হৌবিদ চাঙ)দা লৈবে, হাযবগী পাউসি ফংবা ঙমখি। মবম অসিগী মৈদিংঙু চলাম্বগী মচা ঈবুংঙোসিবু নম্বোন কবোকচীঙ (কবো বাক চীঙ)দা পানবা থাঙবাই নিংথৌ ক্যাম্বা হাযনা মিংথোন্নে। কবো বাকচীঙদা লৈবে হাযবসি তাবদগী মফমদুদা লাক্লুনা মচাঈবুংঙোগা উন্নাখিবস্মী। মচাঈবুংঙোনা অহানবদদি নিংথৌ ফম্বালগা মবী লৈননা মহাকপু মাঙহনগে লাকপনি হাযবসিগী ৱাখল্লোন্দা লৌথুপ - লৌকোযননা লোক্লুনা বাংখৈ চীঙঙাযাঙবনা লাক্লিবসিগী মবমসি চেকশিন্না কুপনা যেংদুনা লোৎলম্মী। অদুবু বাংখৈ চীঙঙাযাঙবসিগী পুকচেল তিংলবা বাখলগা লোইননা মৈত্রবাক্কী নিংথৌ ফম্বাল শীন্নবা লাকপনি হাযবসি খঙলকপদা মশা মতোম্তা ঈকাইজখি। মীযামগীদমক্তা অৱাবা খাঙবমখৈ খাঙদুনা ৱাজববসু মশাগী হক নত্তবদা অহৈ- অপা শাদুনা নত্রগা নম- হাদুনা মীগী হক মৎপা পামদ্রবা, চীঙঙাযাঙবগী পুকচেল মতা অদুনা ঈকাইববসু ঈকাইনা মৈদিংঙুচা থাংৱাই নিংথৌ ক্যাম্বা চেংলৌ শকথোঙ উত্তবা ঙমখিদে। মৈদিংঙুচাসিনা

ৱাংখৈ চীঙঙায়াঙবগী মফমদা মশক উত্তুনা উন্নবা লাক্লবা মতমসিদা ৱাংখৈ চীঙঙা য়াঙবনা মচাগী মতৌ উবদা পুকচেল তিংবগা লোইননা অঙোমশিংনা লৈঙাক্লোন শীন্নরম্বা অমসুং মখোয়গী ৱাখল্লোনগী মরমদা ৱারী- ৱাখোঙ শুনা পাউ তাক্লম্মী। অদুগা মহাক্লা মহাক্তি মৈতৈ নিংথৌগী ফম্বালদা মহাক্কী হক লৈতে, হক লৈরিবদি ময়াম্লুং মৈদিংঙু চলাম্বা অমসুং মহাক্কী মচা (শিং) খক্তনি হায়বদু শন্দোক্লা তাক্লম্মী। মরম অসিনা মহাক মশাদা হক লৈত্রবা অঙোমশিংনা শীন্নরম্বা পোইরৈ মৈত্রবাকপু লৈঙাক- ৱায়েন- থৌদাবগী পোৎলুপ অদু ফংফম থেংকপা, হক লৈরবা ময়াম্লুং ঈবুংঙো কাইনৌ চলাম্বগী মচানুপাদুদা লৌননবা শীন্নরম্মী। মতমসিদা অমসুং থৌদৌসিদা মশাবু হাৎপীখিগনি, হায়বগী কিবনা লোৎলুরবা মৈদিংঙুচা থাঙৱাই নিংথৌ ক্যাম্বনা ঙকপগী পনখৈ লৈরমদে। অদুবু মহাক্লা ৱাংখৈ চীঙঙায়াঙবনা মঙোন্দা নিংথৌ ফম্বাল শীন্নরকলিবা খুদোন, মৈত্রবাক্কী নিংথৌ ওইবা হায়বসিদি লৌদবা ঙল্লমদে। মরমদি হায়রিবা থৌগায় অমসুং থৌদাংসি মৈতৈ নিংথৌমচা অমা ওইরুবগী লমন তোন্দুনা লৈরবা থৌদাংনি। অদুবু মীয়ামগী তেংবাং অমসুং নুংশিবা য়াওদনদি নিংথৌমচা অমতনা লৈপাক্কী নিংথৌ ওইবগী থবকসি তৌবা ঙমদে। মরম অসিনা মহাক্লা মখুরাগী তেংবাং নীজরম্মী অমসুং চীঙঙায়াঙবনা অপোকপা মপা শক্তুনা লাঙ্গোলখিবা অমসুং মৈদিংঙুচা থাঙৱাই নিংথৌ ক্যাম্বনা মখুরা চীঙঙায়াঙববু ঈকাই খুম্নখিবা অসিগী মরমদা পীবীরল্লিবা অমদি :-

> **........ মৈদিংঙুচা থাঙৱাই কিয়াম্ববু নম্বোন কৌবাকচীঙদগী লৌরুরগা পোইরৈ লৈঙাক থৌদাং শিন্নদুনা ৱাংঙম পুঙখোয় নেৎহনখি। মদুদগী চীঙঙায়াঙববু "পঙ্খৌ ইপাতোন"হায়না মৈদিংঙু মুংয়াম্বনা ঈকাই খুম্নখিবদুনা মৈদিংঙু মুংয়াম্বগী চাদা- নাউদা খিবিক্লা চীঙঙায়াঙবগী চাদা নাউদা খিবিকপু ঈকাই খুম্নখি [রঃকঃশঃ,১৯৯৬,তা]।**

অসিনি। মৈদিংঙু থাংৱাই নিংথৌ কিয়াম্বনা ৱাংখৈ চীঙঙায়াঙবনা পুখৎলক্লিবা ৱাফমসি য়ারবদগী নম্বোন কবো ৱাকচীঙগী লমদমদগী ৱাংখৈচীঙঙা য়াঙবগী মতুং ইন্দুনা চৎখিরম্মী। ৱাংখৈ চীঙঙায়াঙবনা মতমদুগী মৈত্রবাক্তা খুৎকন- পাঙ্গল্লিবা, অঙোম, খুমন, লুৱাংনচিংবা য়েক্কী মীওইশিংবু তেনশিন- তাইশিন্নরগা মচাঈবুংঙো থাঙৱাই নিংথৌ ক্যাম্ববু মৈতৈ নিংথৌ হাপখি।

থাঙৱাই নিংথৌ ক্যাম্বনা নম্বোন কবো ৱাকচীঙদগী লাক্লগা মখুরা ৱাংখৈ চীঙঙা য়াঙবগী মরমদম- মরমখৈগী লমদম অমদা কোনুং শেমদুনা মৈতৈ নিংথৌ ওইদুনা খৃঃ ১৫৬২দগী পানখি। মহাক্লা নিংথৌ ওইরবা মতুং

খৃঃ১৫৭৩দা কবোগী মুংখোং- মুংযাং ঙমখি। মদুদগী মহাক্কী মমিংসি মুংযাংঙম্বা (লোইন্থে তাবক্লগা) মুংযাম্বা হায়না মিংথোন্নখি [ওঃভঃসঃ,১৯৬৭,২৬৫-৬৬]। অদুগা মহাক্না কোনুং ওইদুনা পাল্লম্বা মফমসিদা মহাক্না কৈ (ফৌগৈ।কোৎ) শাবন্মী হায়দুনা মফমদুবু "মুংযাম্বকৈ", "মুংযাংকৈ" হায়বদগী লোন থৈথবক্লুনা মোংশাঙ্গৈ হায়না মিংথোন্দুনা খঙনবকখিবন্মী। মৈদিংঙু মুংযাম্বদা ৱাংখৈ চীঙঙাযাঙবনা পোইবৈ মৈতৈ লৈপাক্কী নিংথৌ ফম্বাল কখোল্লগা লৈপাকসিদা লৈঙাক মবা চেৎনা, খুন্নাই খোঙথাং লীবী খোযবীনা পানবা ঙম্বগী মতৌদু পুবকখিবন্মী।

## ৱাখোম- ৱারোয়

মনিপুবগী ইতিহাসতা লৈঙাক্লোনগী পবীংদা মৈদিংঙু নোংদা লাইবেন পাখংবা নত্রগা মৈদিংঙু নাউফংবা (চাওবাক্লা খৃঃ ৪২৮-৫১৮)দগী মৈদিংঙু তাংজাম্বা ফাওবগী নিংথৌবোলশিংনা পানবগী মতম লোযখ্রবদা মৈদিংঙু চলাম্বা [খৃঃ১৫১৩ (খৃঃ১৫৪৫-৫৯)- খৃঃ১৫৫৯] দগী মৈদিংঙু চীঙথংখোম্বা (খৃঃ১৭৬৩-৭৬)গী মতম ফাওবদা পানখিবা মৈতৈ নিংথৌশিংসিনা পোইবৈ মৈতৈ লৈপাক্কী নিংথৌ ফম্বালদা ফম্বা ফংখিবসি বাংখৈ চীঙঙাযাঙবগী কখোকপগী খুদোন্ননি। হায়বিবসি নংলমদ্রবদি মনিপুব ইতিহাসকী বাবী পবীং অমসুং থৌদোক- বাথোক্কা পবেংশিংদি অতোপ্পা মওং- মতৌ অমদা ওইবমগনি, হায়বদা থোইদোক্লা চিংন্নীংঙাই লৈতে। থাগৎলগা হবাউবা, থাদবগা শাওবা মীওইবগী মাবমচৎনিনা মিংচৎ থীবা থৌদোক- ৱাথোকপু নাকোইননা থম্বনা ঐতিহাসিক পাত্র/চবিত্র খবদা লাইবক থীহল্লি, হায়বা বাখল অসি কোক্তা থম্লগা ৱাংখৈ চীঙঙাযাঙবগী নিংথৌ ফম্বাল কখোকখিবগী থৌদোক বাথোক নত্রগা থৌদোক বাবী অসিদা মতম খবদং মিৎযেং থম্লিববদি মীওইবনা কখোকপা অমসুং মশাগী ওইজবা থাদোকপা হায়বশিংসিগী কযামুক যাম্না মমল লৈবগে হায়বসিগী বাখল ফাওবক্কনি। হায়দিবা ৱাখলসি ফাওবক্রবদি ইতিহাসকী থৌদোক বাথোকপু মীচঙ- মীখায় নাইদনা যেংবা হৈবগী গুণ অদু ফংননবা হোৎনবগী মথৌ তাবি। অদুবু হায়বিবা গুণসি ফংননবা হোৎনবদা মী পুন্নমক্কগী লমলানবা মীতোপ ওইবা তাই অমসুং "ঐগী" হায়বা ৱাখলসিদগী তামথোক্লা লৈবগী মথৌ তাই।

# মরী- মখোঙ তাকপা

১) চৈথাঃ কুমঃ, ২০০৫ — শ্রীলাইবেনময়ুম ~ইবুংঙোহল সিংহ অমসুং শ্রীনিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ: চৈথারোল কুম্বাবা (ইম্ফাল: ২০০৫)

২) বিঃকঃশঃ, ১৯৯৬ = বিঃ কুলচন্দ্র শর্ম্মা: ব্রাংখৈ মৈবাবা অথৌবা (ইম্ফাল: ১৯৯৬)

৩) ওঃভঃসঃ, ১৯৬৭ - ওইনাম ভোগেশ্বর সিংহ· নিংথৌরোল লম্বুবা(ইম্ফাল :- ১৯৬৭)

# ৱাংখৈ বিনিন্দ্রাম

## ৱাহৌদোক অমসুং শক্তাকপা

ৱাংখৈ বিনিন্দ্রাম নত্রগা খুল্লীং, ৱাংখৈ চীঙঙায়াঙবদগী শমথরকপা ৱাংখৈময়ুম শাগৈগী মীরোন ৮ (নিপান) শুবদা (চীঙঙায়াঙবা থাদনা) লৈবা মীশক্লি। মহাক্কী অপোকপসিগী মমিংনা ৱাংখৈ লনহাম্বা, পুখ্রনবনি অমসুং অপোকপীনা অপোকপসিনা তাল্লোয় অহুম লোনবগী য়ায়মা ওইবী হাওবমচনু খম্বী হায়না কৌই। মহাক, অপোকপী মমাগী মচানুপা অহন্নি অমসুং পোকমিন্নবা (মমা তিন্নবা) মনাউ "গৌর" কৌবা সেনাপতি ফমথোন ফাওবা ওইরম্বা অমা, পোকমিন্নদবা (মমা তীন্নদবা) ময়াম্বা অনি, তুলসি অমসুং নিমাই কৌবা অমদি মনাউ অনি, ওম্বা অমসুং বলভদ্র কৌবগা মখোয মচীন- মনাউ নুপা ৬(তরুক) পোকপগী ময়ায়নি। ৱাংখৈ বিনিন্দ্রাম অসিসু পোইরৈ মৈতৈ লৈপাক্কী নিংথৌ ফম্বাল মখুৎনা পায়না পাযনা নিংথৌ খুবমদুবু মিহৌবা লৈতনা মৈদিংঙু চীঙথংখোম্বগী মফমদা কথোকখিবা মীশক্লি। মহাক্কী অঙাং ওইরিঙৈগী পুন্সিগী মরমদা করিগুম্বা ৱারোল অমতা ফংবা ঙমদে। অদুগা মহাক্না মহৈ- মশিঙ তম্লকপা অমসুং ওঝা- গুরু খল্লকপগী মরমসিদসু ৱাফম অমতা থেংনবা ঙমদে। অদুবু মহাক্কী পুন্সিদা থোক্লক্লিবা থৌদোক- ৱাথোক অমসুং ওইরকখিবা ফিবম ফিরেপশিংসিদা মিৎয়েং থম্লকপদদি মহাক নহা ওইরিঙৈগী মতমদা মহৈ- মশিঙ নীঙথিনা তম্লকপা অমদি মাগী মতমদুদা চৎনরিবা, হৈত- খঙদবা যাদ্রবা অমসুং থাদোক- হুন্দোকফদ্রবা মহৈ- মশিঙ ওইবিবা হুয়েল- লানওংগী ওইবা মহৈ- মশিঙসিদা মমান্নবা মীথক থোংলকপা মীওইনি হায়বসি নীঙথিনা খঙবা ঙমই। অমরোমদা ৱাংখৈ বিনিন্দম্না পোক্লু রিবা ৱাংখৈময়ুম শাগৈসিনা মৈতৈ খুন্নাইদা ৱাংখৈ চীঙঙায়াঙবগী কথোকপগী খুদোন্না মফম অমা কন্দুনা লাকপা অমসুং মৈতৈ নিংথৌমচাশিংনা তৌবীমল খঙনা ঈকাইখুম্নবিবা শাগৈ অমসুং শাগৈমচা অমা ওইবা অমদি মহাক্কী মথক্তা লৈখিবা মপা- মপুশিংনা পোইরৈ মৈতৈ লৈপাক্কী লৈঙাক- লৈকল্লোন্দা থৌদাং লৌরকপা অমদি লৈঙাক্লোনগী ফম্নাইবশিং - য়াইস্কুল লাকপা (A Minister as the Administrator of Yaiskul urban commune), চোঙখানবা হঞ্জবা (A Minister as the head of the Bearers of royal insignia), হিয়াঙলোই হঞ্জবা (A Minister as the chief of

office of Water transport, etc.), পুখ্রন্বা (Minister of Food and Civil Supply), অসিনচিংবা ওইদুনা লৈঙাক- থৌদাং লৌরকপা অমসুং লৈপাক থৌগায় পুরকপনিনা মৈতৈ নিংথৌমচা অমদগী তাদবা মহৈ- মশিঙগী থাক অমসুং চাং লৈবা তারম্মী। অমুকসু মহাকপু পোকপীরিবা মপাবুং ঈবুংঙোসিনা পোইরৈ মৈতৈ লৈপাক্কী পুখ্রনবা ওইনা লৈঙাক- থৌদাং শরুক য়ারম্বসিনা মহাক অমসুং মহাক্কী মচীন- মনাউশিংসি মতমদুগী চৎনরিবা মহৈ- মশিঙদুদা য়াম্না চঙখোন্নমক নত্রবসু হৈথোই- শিঙথোইরবা, য়েক্লবা লাল্লোই মমিং নাইরবা অমা লাম্বা তৌনবদা নোপ্পরোয়দবগী থাক্কী মহৈ- মশিঙদুদি হৈবা তাবনি। ব্রাংখৈ খুল্লীং/ বিনিন্দ্রামসিনা মহাক্কী মচীন- মনাউশিংগী মরক্তুগী খ্বাইদগী হেন্না হৈথোই- শিঙথোইবা অমসুং লৈপাক মীয়াম্না শকখঙ- মায়খঙবগী থাক্তা লৈ।

## ব্রাংখৈ খুল্লীংগী লৌনরিবা অথুপ্পা শক্তম

ব্রাংখৈ খুল্লীং নত্রগা বিনিন্দ্রামসিনা মতম খরদং পোইরৈ মৈতৈ লৈপাক্কী লৈঙাকপা ওইরম্বা অসিনরা নত্রগা লৈঙাকপা ওইনা খল্লকখিবগী মগুন অসিনরা হায়বগী অরেপ্পা খঙদ্রিবা মওং- মতৌ অমনা মহাকসিবু অথুপ্পা শক্তম অমগী মশক লৈবগুম্না লৌনৈ। মহাকসিবু মৈদিংঙু তুবী চরাইবোংব (খৃঃ১৬৯৭ - ১৭০৯)গী অরোনবা মচানুপা অমা লৈখিবগী শক্তমদুদা লৌনৈ। অদুবু হায়জরিবা ব্রাফমসি কদায় য়ৌনা চুন্নবগে হায়বদুগী ব্রাফমদুদি খুদম- চাংদম উত্তুনা চেবাংগী চেমায়দদি থম্বীবমদ্রে, তৌইগুম্বসুং শাগৈগী চৎন- লোনচৎ অমসুং চৎলম- লুপতীনগী পরীংদদি মমি তাবগুম তৌরি। মহাক্কী অথুপ্পা শক্তমসিগী ঈ- পাউদি :-

লাইরেন মরুম কৌবদি চরাইরোংবগী ব্রানে, খঙ - ও।। চরাইরোংবদি তাক্ল- খাদা শাদানবদা পাখংবগা কোম মপান্দা ওক্ল গদবনে, লাইয়িংথৌ পাখংবনা ব্রা হায়বীরমগদবনে।। "চরাইরোংবা, নঙসু থুপখিয়ো" - অসুম হায়বীরমগদবনে।। অদুবু হায়রবগা মনাই ব্রাংখৈ কোইরেম্বা য়াইসাখুল্লাকপ (য়াইখুল লাকপা)সু য়াওরকপা অদুবু উবদা পাখংবনা হায়রক্লগদবনে - " হে চরাইরোংবা ! নঙগী লোইনরকপা ব্রাংখৈ কোইরেম্বদা চরাইরোংবা নিংথৌ নঙগী ঈ পীরম- ও"- হাইরমগদবনি, লেপ্পা খঙঙু ।।" ঈ অদুনা হয়েং চক অমদা মাগী ঈনা পানসনো" - হায়রমগদনে। অদুবু হায়রবগা লাইয়িংথৌ পাখংবসু মাঙখরগদনে,থুপখরগদবনে।। হায়রম্বা মতুং ইন্না চরাইরোংবনা তাক্লখাদগী হল্লক্লবদা মতু অকোইজম চনু থা

**মঙা মিয়োনলিববু ৱাংখৈ কোইরেম্বদা পীখিয়ে।। অদুনা মচা নিপা অমা পোকয়ে।। লারৈ লাথুপ কৌবদি অসিনে, খঙ-ও।।.....**
**[থঃথঃমঃ,৩৩৭৭/১৯৭৯,২-৩:কঃপঃ,খঃঅমসুং নঃমঃ,১৯৭৩,৩২]**

অসিনি। অদুগা ৱাংখৈ কোয়রেম্বা য়াইস্কুললাক্পা হায়বিবসি ৱাংখৈমযুম শাগৈসিগী ৱাংখৈ বিনিন্দ্রামসিগী মপাপোকপা মপুবু পোকপা মবুধৌ ওইনা য়াওরি। হাযরিবা শাগৈরোনসিগী চাওবকপা মশক্তি:-

## শানোংবা লাল্লুপখোম্বা,০ ৱাংখৈরাকপা

১)অঙোমচনু হাওচোঙঙম্বী

↓

খোঁংনাম্বা০' ৱাংখৈবাকপম

মৈদিংঙু চলাম্বা(০) (খৃঃ১৫৪৫-৫৯।৬২)

নিংথৌ শাগৈ

২)লৈচোল লাকপা তোংলোংখোম্বচনু তকংঙম্বী

↓

ৱাংখৈচীঙঙাযাঙবা

পুবাংনথাবা পুমিংনবা০'

↓

ৱাংখৈচীঙঙাযাঙবা নাউশোমচনু(০)

↓

সনাযাংনু (যাইস্কুল্লাকপা)০'

লংমাইথেমচনু(০)

↓

খুঞ্জাওবা০'

সৌকাইজমচনু(০)

↓

মরাম্বা০'

তেকচমচনু(০)

↓

চীঙশোম্বা (চোঙখানবা হঞ্জবা)০'

অচোমচনু (০)

↓

কোয়রেম্বা (হিযাঙলোইহঞ্জবা অমসুং য়াইস্কুল লাকপা)০'




[বঃকঃসঃ, ১৯৯৬, ৫-৯]

অসিনি। অদুগা মৈদিংঙু তুবী চবাইবোংবগী তাল্লোইনি হাযনা পীবীবল্লিবা "অকোইজম চনু" অসিসু লৈমতোন নত্রগা থবাকলৈমা হাযবা মিংসিদা যাওবি। মৈদিংঙু তুবী চবাইবোংবগা অমসুং মহাক্কী ঈমুং- মনুংগা অকোইজম যুম্নক্কা চান্নবম্বগী মবীসিসু চৈথাবোল কুম্বাবদা মৈদিংঙু তুবী চবাইবোংবগী মচানুপা কোংযাম্ববু অকোইজম তাবা হাযনা খঙনবগী বাফম উৎপা [চৈঃকুমঃ, ২০০৫, ৭৬] অসিনা তাক্লি। মবম অসিনা ব্রাংখৈ বিনিন্দ্রামসি মাঙতাক বাবোল মানহনবা ব্রাবোল অসিনা পীবিবা মীশকসিনি, হাযনা লৌনৈ। মথক্কী মাঙতাক ব্রাবোলসি লাই- তীনগী নত্রগা লাইওই তীনওইবগী ((Mythical or Legendary) ব্রাবী- শীঙবুন্দা পীববসু মসিশিংসি হান্নবা থোকখ্রবা থৌদোকপু খঙলগা তুংদা থোক্লক্কদবা ওইনা

পীবনি, হায়বসিগী খুদম- চাংদম কয়ামরুম লৈ অমসুং ৱারোলশিংগী ৱাফম মশাদসু লোইনবা কয়া য়াওরি। হায়রিবা ৱাফমশিং অসিনা ৱাংখৈ বিনিন্দ্রামনা নিংথৌ ওইনমক নত্রবসু লৈঙাকপা অমা ওইনা মৈত্রবাকপু মতম খরদংদা ওইরবসু ৱায়েন- থৌদা তৌরম্বা অমসুং পুকচেল তিংনা লৈঙাক্লোনগী পোৎলুম,নিংথৌ ওইবগী থৌদাং অমসুং নিংথৌ ফম্বাল কথোকখিবগী মগুণ হেনগৎহন্নবনি। মহাক্না নিংথৌগী সিংহাসন পুকচেল মক্তনা শীন্নথোকখিমসিদা মহাক্কী শাগৈ- নাতৈ, মপা- মচা, মরুপ- মপাংনচিংবগী, মরু ওইনা, মহাক্কী শাগৈ মচাশিংগী শাওনবগী ৱাফম, চৈ- থাংবগী ৱাহৈশিংনচিংবা মহাক তাদবা নত্তে অমসুং পুম্নমক্কু খাঙলগা মহাক্না মহাক্কী পুন্সিগী খোঙথাংদুদা অকিবা অমদি হঞ্জানবা লৈতনা চৎলকখিবনি।

## ৱাপুঙ- ৱারোল

ৱাংখৈ খুল্লীং নত্রগা বিনিন্দ্রাম্মা মহাক্কী পুন্সিগী মপান ফনা পানখৎলকপা মতম তাঞ্জা অসি মনিপুর ইতিহাসকী ময়ায়চনবা মতম তাংকক্কী শা- লান য়াম্না তোয়বা, মীরৈপাক মচা অৱা / বর্ম্মীজ(ম্রান্মা / ম্যান্মা)শিংনা মৈদিংঙু গরিবনৱাজ মহারাজ (খৃঃ ১৭০৯- ৪৮)না অৱা লৈপাক্তা চহি ১০ (তরা) লান্দাদুনা থুগায়- য়ৈখায়খিবা অমদি চহি তরাসিগী মনুংদা চহি তরেত্তি কুম লেপ্তুনা (খৃঃ১৭৩৮- ৩৯দগীনা খৃঃ১৭৪৪- ৪৫ ফাওবা) অৱাগী সহরমচাশিং ম্যেদু (Myedu),শমশোক(Thangdut/ Swang-Hsup)মৎসেম(Matsem), ডবায়েন (Dabayen) নচিংবা হন্না হন্না নৈখায়বা, অৱা কোনুং শগাং (Sagaing/Tsit-Kiang) থুগায়দুনা ক্যাঙউমুদো প্যাগোদগী থোঙবাদা থাঙশাংনা যানখিবা অমসুং খুঙ্গং কয়া লৈকংলা/মরুভুমি ওনহনখিবগী লমন খুম্নবগী তাঞ্জা লুমদুনা লৈরকপদা অৱাগী কোনবাউঙ (KONBAUNG) নিংথৌ শাগৈ লীংখৎনবা কন- থৌরবা অলাউঙ ফায়া (Alung-Hphaya)(1754-60 A.D.) না লানগী লাল্লাউ লাউদুনা চঙশিল্লকপা অমসুং মহাক্কী মখা তারকপা মহাক্কী শাগৈগী চাদা- নাউদাগী অৱা নিংথৌশিংগী মতোন তুমখৎলকপা অমসুং ফিরান মমায় চুমখৎলকপগী মতম তাঞ্জাদুদা থোকখিরম্মী। হায়রিবা অৱাগী ৱাফমশিংসিগী চৈথেংদগী মৈত্রপাক্তা মৈশা য়াম্না লাংলম্মী। অসিগুম্বা মৈচাক- মৈশাশিংগী মরক্তা ৱাংখৈ বিনিন্দ্রাম্মা মমা লৈপাক্কী সেবা তৌবদা লৈপাকসিগী প্রজা অমা ওইনা নত্রগা ৱাংখৈময়ুম মচা অমা ওইনা মনিংথৌগী তেংবাংনবা অৱাগী মতেং লৌদুনা লৈঙাকপা ওইরম্লগা মনিংথৌদুদা নিংথৌ ফম্বাল কথোকখিবনি। মহাক্না মনিপুরদা

লৈপাকসিগী লৈঙাকপা/নিংথৌ ওইনা লৈবম্বা মতমদুদা মহাক্না মখা তাথনা অমসুং মতম শাংথনা মনিপুবগী নিংথৌ খুবমদু ওইথখিগে হায়ববদি মতমদুগী অবা নিংথৌ শেঙ-প্যু শেঙ[Hseng-pyu-Sheng (1764-79 A.D.]দা চঙজদুনা হায়কুবা মতমদা মৈদিংঙু চীঙথংখোম্ব (খৃঃ ১৭৫৯-৬২,খৃঃ১৭৬৩-৯৮)গী মপাঙ্গন্না থিংবা ঙম্লোয় অমসুং মহাক্না যাদ্রবদি মৈদিংঙু চীঙথংখোম্বনা খৃঃ১৭৭৩-৭৪দা অৱাগা তাইশিন্ননবা ৱাকোংথেম্বা মুবাবী থাকুব [মথক্কীসিদা, ১২৭]দা তাইশিন্নবা যাদদুনা লৈববদগী ৱাংখৈ পুখ্রনবা মচা খুল্লীং(বিনিন্দ্রাম)না থা ২২ (কুন্নীথোই) বোম লৈঙাক্লিঙৈদা শেনশাবা (শেঞ্জম) শ্যামনগব অমসুং ৱাংখৈ জগদানন্দসি মনিপুবগী নিংথৌ ওইবিবা নত্রগা লৈঙাক্লিবা ৱাংখৈ খুল্লীংগী অযাবা যাওদনা অবাদা চৎলমগদ্রা, অযাবা যাওদনা চৎখ্রগা মনিপুবদা অমুক হন্না হল্লক্লমগদ্রা [মথক্কীসিদা, ১২৯]।

## ৱাংখৈ বিনিন্দ্রামগী মতমগী লৈঙাক্লোনগী ৱারোল

ৱাংখৈ পুখ্রনবা মচা খুল্লীং কবম্বা মতমদা/চহিদা পোকখিবগে,হায়বসি খঙবা ঙম্নদে।অদুবু মহাক মৈদিংঙু ময়াম্বা গবিবনৱাজ মহাবাজ(খৃঃ১৭০৯ ৪৮)গী ম্নাহাক্তক্কী শা-লানগী শাজেন অমসুং থৌবাংশিং অদু মামৎনা শং-শঙনা উহৌববান অমসুং নিংথৌসিগী মতমদা পাখং যং যং ফাগৎলক্লিবা মীওই অমনি। মৈদিংঙু গবিবনবাজ মহাবাজগী ম্নাহাক্তক্কী মৈত্রবাক্কী লৈঙাক্লোনগী শক্তমদি মৈতৈনা লাকচবা অমসুং বর্ম্মদা কুম খুদিংগী লান্দাবা অসিনি। মৈদিংঙু গবিবানৱাজ মহাবাজনা মপাবী শাবা চিৎশাইদা নিংথৌ খুবম শিন্নববদা চহি মবিগী লৈঙাক্লোনগী শক্তমদু মাযখুম উপ্পা, অহিং-অহিংদা মপান থোকপা অমসুং লমন খুম্নবগী লৈপাক লীংবা ওইবনা মীযাম চঙদুনা হাৎকে তৌবদগী মফম মবাং খঙদনা চেনখিবা - চেনখিবী মতৌনি। মসিগী মতুং তাবকপা চহি অমগী লৈঙাক্লোনগী মশক্তু মীতোপকী হক মৎপগা মশাগী হক তানবগা চায়নবগী মতৌনি। মথংগী চহি ৬(তকুক)কী বাজনিতিগী ফিবমদি অহানবা তাংকক্তি মীফত্তশিংবু লৈপাকসিদগী তাখোকপা অমসুং হেঞ্জিল্লকপশিংদুনা হাৎপা অমদি অচুম্বগী মাযগৈদা লেপ্পশিংবু মনা-মথুম পীবনি। অদুবু মতমসিগী অবোযবা চহিসিদগীদি মৈতৈ-অৱা চায়নবগী মৈফম লীংখত্তুনা চৈ কাবক্লিবা অৱাগী শামু ময়াগুম থিন্দোক্লক্লিবা মপাঙ্গনগী শাফুদা মৈত্রবাক

মনিপুরনা খুন্তাক- লানশি কয়ারক নংদুনা খাঙলম্মী। হায়রিবা মতমসিগী বর্মীজশিংগী অহানবা লান্দাসিগী ঈ- পাউদি:-

........ থিংকুজম অমুগী কুম শক ১৬৮০ হিয়াঙ্গৈ থাদা ঈবুংশীজ ভাগ্যচন্দ্র যুবরাজনা শাইখোম খাবম লাকপগা সমজোকলোমদা ঈবুংশীজ আনন্তশাই সেনাপতিনা মোংবীজাম্বা নহারুপলাকপগা তুমুলম লাল্লম ২মা অৱা নাবা চৎলে।। অৱানা তকথোক্লকএ।। ককচীঙ তাননা হংদাক্লকএ।। হিয়াঙ্গৈ থা ২৮নি (খৃঃ১৭৫৮গী ডিসেম্বরগী ২বা চয়োনগী) ঈরাইদা মৈদিংঙু মরাম্বনা অৱা নাবা শান- এ।। ..... পোইনু থা হুমনি লৈপাকপোকপদা ককচীঙগী তেঙ্গোন কায়নৈএ।। ১১নি লৈপাকপোকপদা লৈশাংখোংদা মনাউ ঈবুংঙো যুবরাজনা শোক্লববু ঙমদদুনা লৈপাক তাকএ।। অৱানা নুমিৎ ৯(মাপন)নি লৈরম- এ।। অদুগা হাও নাইদগী কুম্লক্তুনা মৈতৈ লৈপাক খুনলিং- এ[মথক্কীসিদা, ১২২]।

অসিনি। হায়রিবা বাফমসি বর্মীজশিংগা মহাসাজরেং ( চৈথারোল কুম্বাবা গুম্বা লাইরিক)দসু ইদুনা লৌরিবান। মদুদগী লৌখৎলগা বর্মীজ গেংজভটায়ারদা ইবিবা ৱারোন্দি-

**While Aloung-bhoora was engaged in overthrowing the Peguan power he found it necessary to detach a force to attack Manipur......... Taking advantage of the disturbances in Burma the Manipuris in 1754-55, recommenced their aggressions and in the latter year Aloung-bhoora despatched a force under one of his near relations which overran the country, owing its success mainly to the use of firearms. After his return from Pegu Aloung-bhoora himself advanced up the valley of the Khyeng-dweng, in 1758,and crossing the Ungoching hills by the Khambat route, he entered Manipur valley by the Imole pass and, after a sanguinary battle, with the inhabitants after Burut Shah he occupied the capital where he**

**remained for thirteen (13) days. He was recalled thence by news of a rebellion among the Peguans.............[C.B.A., 1987,305].**

অসিনি। মাসদা শোযনবির্নসি নুমিৎ মশীঙ ৯গা ১৩গা অমসুং ভরত শাহ (শাহ) হাযনা মখোযবু লান্থেংনবিবা মৈতৈগী লুচিংবা ভাগ্যচন্দ্রবু হাযগদৌদুনা লান না হাযবা আসখক্তনি। অদুগা হায়বিবা মৈত্রবাক্তা অবা নিংথৌ অলাউঙ ফাযানা কংলাদা লৈবিডৈদা মৈদিংগু মবাম্বা, মনাউ ঈবুংঙো যুবরাজ ভাগ্যচন্দ্র, মপোনশা আনন্তশাই সেনাপতির্নাচিংবদি শাঙাইথেলদা লৈ অমসুং মসি মতুং চহি ১।৩(খৃঃ১৭৬০।১৭৬১)দা জযনগব কোনং ওন্থোক্লক্লগনি। হাযবিবা শঙাইথেনগী চীঙ,চীঙথাং চীঙজাওগী মনুংচনবসিদগী কুম্লক্লনা পোইবৈ মৈতৈ লৈপাকপু অমুক হন্না শুনবান লৈপানহন্নবা লৈবাং খুল্লাংলাখ।

## মৈতৈ- মলেসকী বাজনিতি অহানবা মবী

মৈদিংগু মবাম্বা গৌবশ্যাম (খৃঃ১৭৫৩ ৫৯) অমসুং যুবরাজ ভাগ্যচন্দ্র অনিগী মরক্তা যানখিবা থাফমগী মতুং ইন্না খৃঃ ১৭৫৯গী চহি হৌগংলকপদা মৈদিংঙু মবাম্বন নিংথৌ ফম্বাল কুম্লগা যুবরাজ ওইখি, অদুগা যুবরাজ ভাগ্যচন্দ্রনা মৈদিংগু চীঙখৈ খোম্বা হাযবা মিংগোর্নসি লৌদুনা পোইবৈ মৈতৈ লৈপাক্কী নিংথৌ ফম্বাল কাখিবম্মা। মৈদিংঙুসিনা বাজনীতিগী মিৎযেং থুম্ন অমসং শনন না উবনা মৈতৈগা অবাপ লাম্না তৌনবদ মৈতৈনা নপ্রির্নসি নোংমেগী মুৎশ খুৎলাইশিংগা মতাংদগীনি হাযবসি খঙদনা মহাক্না খুৎলাইসি মবাং কাযনা যংনবগী হিবমদা থৌশীন থৌবাং লৌখৎপা পাম্লম্মা। হাযবিবাসিগী লমদাংসিনা মহাক্কী বাজানতিগী মিৎযেং অসি নোংচুপলোমদা থম্লকপা তাখি অমসং থম্লকখি। হাযবিবা মতম (খৃঃ১৭৫৯)সদা খৃঃ১৭৫২দা মপা হাৎপগী মবান্দা মৈত্রবাক্তগী পোকমিন্নবা মমা তিন্নবা মনাউ নুপামক্তা তান্থোকখিবা মৈতৈ নিংথৌমচা শাবা চিৎশাই (খৃঃ১৭৪৮-৫২)না শামসেব (খৃঃ১৭৫৩ ৬০)গী মতেং লৌদুনা মতমদুগী বৃটিশ ঈষ্ট ইন্দিযা কম্পনী, বেঙ্গোল (নোংপোক নোংচুপ খাযদোক্লিডৈগী)দা লৈবিবা ওথোবিটীদা মহাকপু মবম চুমদনা মানপুবগী নিংথৌ সিংহাসন্দগী অমসুং মনিপুবদগী তান্থোকপীনক্লে [ডঃলঃচঃসঃ,১৯৭০,৮], মহাক্কী নিংথৌ খুবম হঞ্জিন্নবা হোৎনবা মতেং পাংবীযু "হাযনা বাকৎ চে লানখৎখ্রে, হাযবা পাউসি চিট্রাগোংদা লৈবা

চিট্টাগোং ফেক্তরীগী মপু হেরী ভেরেলষ্ট[Herry Verelest] না চিংশাইসিগী ব্রাকৎচেসিগী অচুম- অরান থিরকপগী লমদাংদগী পাউ অসি মৈদিংঙু চীঙথংখোম্বা (ভগ্যচন্দ্র, জয়সিংহ,কর্ত্তা, নুঙনাংখোম্বা অমসুং চীঙশংখোম্বা)না ফংলম্মী। পাউ অসিদগী মৈদিংঙু চীঙথংখোম্বনা মশাগী হক লৈতনা নিংথৌ ওইনীঙবা, ঈ মতুমদগী চাওনবা য়োকপীরকপা মপাবু হাৎপা অমসুং মশাবু মশানা মশক খঙজদবা, খঙলবসু মমায় শউন তোপ্পা, অমদি মহাক্না হাৎখ্রবা মপাগী মচা শাবগী মায়খুম উপ্পদুগী মরমশিং শুগায়না খঙহল্লুনবগীদমক অমসুং অচুম্বগী মায়কৈদা অৱাশিংগী মাযয়োক্তা দরকার লৈরিবা তেংবাংদু ফংননবগী রাজনিতিগী মরী লীংখৎনবগী ৱাফমশিং পুহন্দুনা খৃঃ১৭৬০গী জুলাই থাদা মীগা ৱা ঙাংনবদা হৈথোই- শিঙথোইবা বাঙ্গালী মচা হরিদাস গোষাইবু মিঃ হেরী ভেরেলষ্ট উন্নদুনা ৱাবী শারুনবা চিট্টাগোংদা থারম্মী।[মথক্কীসিদা,৮]। হরিদাস গোষাইনা মিঃ ভেরেলষ্টনা মৈদিংঙু চীঙথংখোম্বদা হংলকপগী মতুং ইন্না মৈদিংঙুসিনা ইবা,"চিংশাইবু কবিগীদমক্তা মৈত্রবাক্কী নিংথৌ ফম্বালদগী লৈপাক মীয়াম্না চিংথখিবনো অমসুং মনিপুরদগী তাম্থোকপা হায়জিল্লগা চেনখিবনো, হায়বা মিঃ হেবী ভেরেলষ্টকী চিঠিগী পাউখুম পীবা চিঠি অমসু পুদুনা চৎলম্মী। হায়বিবা হবিদাস গোষাইসিনা চিট্টাগোংদা লাক্তুনা মবুংঙো চীঙথংখোম্বগী চিঠিদু খুৎশিন্নরগা মৈদিংঙু চীঙথংখোম্বসিনা মৈত্রবাক্কী নিংথৌ ওইফম থোকপগী হক অমসুং মরম পুন্নমক্তু শন্দোক্না লীবগা মফমদুদা অমসুং বৃটিশকী মীওইশিংদুদা মরী লৈর্নরিবা মীশকশিংগা নীঙথিনা খন্ন- নৈনরম্মী অমসুং তানরম্মী। হায়রিবা হরিদাস গোষাইগী ৱাফমশিং তাববা মতুংদা বৃটিশ ঈষ্ট ইন্দিয়া কম্পনীগী ওথোবিটীশিং অদুনা চিট্টাগোংদা লৈরিবা চিংশাইগী মফমদা ৱাহং- পাউহং খরদি তৌখি হাযর্বাস শোযদ্রবা পাদম্মি। হরিদাস গোষাইনা মৈদিংঙু ভাগ্যাচন্দ্রনা নিংথৌ ওইবগী ৱাফমসি বৃটিশশিংনা য়ারবা,মনানা হৈমাং শাবদু তৌশিন্নবনি হায়না বৃটিশশিংনা ফারবা অমসুং মৱা লৌদ্রবা মতুংদা অৱাশিংগা লাম্না তৌনবনা মৈত্রবাক্না নোপ্লিবা অমদি কনাগুম্বা অমগী করিগুম্বা খরগী তেংবাং দরকার ওইরিবদু হৌদোক্তুনা বৃটিশ ঈষ্ট ঈন্দিয়া কম্পনীগী মতেং নীরম্মী। হায়রিবা তেংবাংসি পীননবা নত্রগা মৈতৈ - মলেসকী রাজনীতি মরী লীংখৎপদা হান্ননা মাঙজৌননা থিজিন- হুমজিনবগী মথৌ চঙবদু লৌখৎনবা বৃটিশশিংনা হরিদাস গোষাইদা খঙহল্লম্মী।

## মনিপুরদা অহানবা বৃটিশ ওফিসারশিং থোক্লকপা

হরিদাস গোষাইনা মহাক্কী মবুংঙো চীঙথংখোম্বনা শীন্নরকপগী মতুং ইন্না বৃটিশশিংগী মতেং অসি অসুপকী মতীক থুনা দরকাব ওই,মদুদি,

অৱাশিংনা খৃঃ ১৭৫৯গী মতুংসিদা থুজিন্না লান্দারক্লবদা মৈতৈ শিংনা মরৈপাক ঙাক্লবগীদমক্তা যাম্না থুবা নোংমৈ পায়বা লাম্মী লুপ অমগী মথৌ চঙঙি। মবম অসিনা হরিদাসনা তকশীনবগী মতুং ইন্না বৃটিশ ঈষ্ট ঈন্দিযা কম্পনীগী ওফিসারশিংনা মনিপুরদা বৃটিশ ওফিসারশিংনা দায়িত্ব লৈবা অমসুং মনুংগী ওইবা ইনক্করি তৌবগী ৱাফমসি থুনা পায়খৎনবা শীন্দুনা হবিদাস গোষাইগা লোইননা বৃটিশ ওফিসাবশিং মনিপুরদা থোক্লক্লবা শীন- লাংলম্মী। হাযরিবসিগী পরীংদা খৃঃ ১৭৬১গী সেপ্তেম্বর ওক্তোববদা বৃটিশ ওফিসার অহুম হরিদাস গোষাইগা লোইননা মনিপুরদা লাক্লম্মী [চৈঃকুমঃ,২০০৫,১২৩]। হায়রিবা মখোয় অহুমসিগী মমিং মথাদি খঙবা ঙমদ্রে। অদুবু মখোযনা মনিপুবদা থা ১৪- ১৫(তরামরি- তরামঙা) রোম লৈরম্বসি মখোযবু অতিথি ওইনা সেবা তৌবিবা অমসুং লোইনখিবা মৈতৈ পাঙল (মনিপুবী মুস্লিম)গী " তেলঙ্গা খনবা ময়ুম " হায়না লৈবম্বসিনা শাক্ষী ওইরি অমসুং চৈথাবোল কুম্বাবদা পীরিবা ৱারোন্নসু তাক্লি, মদুদি :-

> **......নাউসেকপম চীঙবনগী কুম শক ১৬৮৩ (খৃঃ১৭৬১)... লম্বোইবা হরিদাসনা তেলঙ্গা লোইনরকএ[মথক্কীসিদা,১২৩] ।.......ঙারংয়ানবা পনলিংগী কুমদি শক ১৬৮৪ ফাইরেন থা (খৃঃ১৭৬৩গী ফেব্রুৱারী- মার্চ)দা মনাউ ঈবুংঙো চীঙথংখোম্বা যুবরাজনা লম্বোইবা হরিদাস, তেলঙ্গাসুং লোইননা সোকপাও নায়এ ।। সোকপাও ঙমএ ।। লান য়াম্না ফায়এ[মথক্কীসিদা,১২৪]।**

অসিনি। হায়বিবা মলেস মচাশিংসিনা থা১৪-১৫ লৈদুনা মৈত্রবাক (মেক্লে)কী যেংবা য়াবা মবম পুম্নমক য়েংশিল্লগা হনখিদুনা মখোয়গী মথক থোংবশিংদা বিপোর্ট থাগৎখি। হায়রিবা রিপোর্টসিদা বৃটিশ ঈষ্ট ইন্দিয়া কম্পনীগী বেঙ্গোলদা লৈবা ওথোরিটীনা য়ারদুনা খৃঃ ১৭৬২গী সেপ্তেম্বরগী তারিক ১৪দা মতমদুগী মনিপুরী সবকারনা বৃটিশ ঈষ্ট ইন্দিয়া কম্পনীগা অমগা অমগা মতেং পাংননবগী ৱাবোল ইবা য়ানচে শেম- শারগা নাকল অনিমক্কা সহি তৌনদুনা লৈঙাক্লোনগী মরী লীংখৎখিবম্মী [ডঃলঃচঃ,১৯৭০,১৫]। হায়রিবা য়ানচে অসিগী অবোয়বা ৱাফম অসিদা বৃটিশশিংনা মেক্লেগী লাম্মী, লোইননা, অৱাগী মথক্তা লান্দাদুনা অবা লৈপাক লৌশিল্লগা মখোয়গী মকুপ মৈদিংঙু জয়সিংহ (চীঙথংখোম্বা/ভাগ্যচন্দ্র) মহারাজবু অৱা লৈপাক অপুম্বগী মপু ওইহনবগী ৱা ফাওবা য়াওবি। অদুবু মৈদিংঙু চীঙথংখোম্বসিনা খৃঃ১৭৬২দা নিংথৌ ফম্বাল থাদোকখিবনা বৃটিশশিংনা য়ানচে অদুদা য়াওরিবা ৱাফমশিংদু থবক ওইনা ওম্ফোকপদা পম্থখি।

মৈদিংঙু মবাম্বনা অনিবক শুবা ওইনা নিংথৌ ওইববদা খৃঃ১৭৬২দা মৈতৈ-মলেস অনিনা যানখিবা ব্রাফমশিংদু অমুক নৌনা হৌদোক্লদুনা মখা শমথনদুনা মতমদুগী খ্বাইবাকপা ঈবুংশীজ আনন্তশাইনা লুচিংদুনা বৃটিশকী লমদা চৎলগা অমুক হন্না অনৌবা যানচে সহি তৌনখিবন্মী। মসিগী মতুং ইন্না খৃঃ১৭৬৩গী মার্চ থাদা মিঃ হেবী ভেবেলষ্টকী মখাদা বৃটিশকী লান্মী লুপ অমা মনিপুবদা লাক্লবগীদমক্তা চিট্টাগোং থাদোক্লন্মী অমসুং মখোযনা চহিসিগী এপ্রিল থাদা কছাবগী খাসপুবদা থুংলন্মী। অদুব্ চহিদুদা ঙনখৎনা চঙশিল্লকপা নোংজু পাম্বানা চোৎ-চোৎ লাউনা ঈনীন কাবনা মখল-মখা অযাম্বা লাইনা-তীন্নানা লান্মী কাংবুদবু যাম্না খুদোং থীহল্লন্মী। মখোযনা খাসপুবসি হকচাং ফঙবা লমনি হাযদন। ববাক তুবেলগী ওযথংবা তোর্ববান্দা লৈবা জয়নগব কৌবা মফমদা লানশঙ হোংদোক্লুনা লৈবন্মী [মথক্তাসিদ, ১০]। মতমসিদা বেঙ্গোলগী নবাব মীব কাসিমগী লান থোক্লকপা অমসুং মদদা বৃটিশকী লান্মী যাম্বগী দবকাব লৈবকপনা মনিপুববোমদা লাক্লম্বা মিঃ ভেবেলষ্টনা লুচিংবা লান্মী লপু খাসপুব/জয়নগবদগী হনখিবন্মী। হাযবিবসিগী মতুংদদ কলকাটাদা তুলাবা বৃটিশশিংগা ঈ পাউ অমতা ফাওনবা ৬মখিদ্রে অমসুং মৈদিংঙু চাঙথংখোম্বনা অমুক হন্না নিংথৌ ওইবগা মহাক্না থোকপা অমা তৌখি। অসুম্না অহানবা লীংখৎখিবা মৈতৈ-মলেসকী বার্জানীতিগী মবীদু তংনখি।

## মৈদিংঙু চীঙথংখোম্বনা শোক্লবা অব্বা-লানওং

মৈদিংঙু চীঙথংখোম্বনা খৃঃ১৭৬৩গী আগষ্ট/সেপ্তেম্ববদা অমুক হন্না নিংথৌ ফম্বাল কাখিবন্মী। অদুবু খৃঃ ১৭৬৫গী জানুবাবী থাদা অবাশিংনা মনিপুবদা লান্দাবকখি অমসুং খুৎকন পাঙ্গল্লবা অবা নিংথৌ শেঙ-প্যা-শেঙগী লান্মীশিংদুগা লানফম মাযযোক যানবদা মাযথীবদুনা মৈতৈলৈপাক খুন্তাক-লানশিখি। হাযবিবা মৈত্রবাক তাকপসিগী ঈ-পাউদি:-

**.........লাইশ্রম গঙ্গারামগী কুমদি শক ১৬৮৬ ব্রাকচীং থাদা ঈবুংঙো শীজ হরিচরন সেনাপতিনা অব্বা নাবা চৎএ।। তুমু কৈথেন্দা অব্বাগা শোক্লববু ঙমদদুনা চেল্লকএ।। নহারুপ হাজারী, ক্ষেত্রি চৈতন্যগা ২মা শিবৌএ।। ফাইরেন ২৮নি ঈরাইদা মহারাজ অব্বা নাবা চৎলে। ককচীংদা তেঙ্গেল শাইএ। চরুনা পন শাদুনা অব্বাগা য়াম্না কন্না শোক্লে এ।। ঙমদদুনা চেল্লকএ।। বাজি হরিদাস, বনলকচান্দ, নাকনবা হাজারি,**

**৩মা লানফমদা য়ান্নদুনা লৈরৌএ।। লৈপাক তাকএ.....**
**[চৈঃকুমঃ,২০০৫,১২৪]**

অসিনি। হার্যবিবা লানসিদগী মৈদিংঙু চীঙথংখোম্বদ মযাং লৈপাক (কছাব)দা মনেম শীজ হর্বিপ্রযা(গবিবনবাজ মহাবাজগী লৈমা মাইবমচনুনা পোকপী, ভৌব্রাম শাইগী মচন[মথক্কীসিদা, ১১০,১১১,১১২]) না ওঙবা কছাবী/ ডিমাসা নিংথৌ হবম্বেশ্ববগী মচানুপা হিবম্বাজ হবিশ্চন্দ্র নবাযন সন্কিকাবী (খৃঃ১৭৬১ ৮০)গী মফমদা চেনখিদুনা লৈবম্বদগী মহাক্কী মাম্মসিগা লোইননা অহোম নিংথৌ চাও সুবেমফা নত্রগা স্বর্গদেব বাজেশ্বব সিংহ (খৃঃ১৭৫১ ৬৯)গা মনাক্তা চৎখিদনা অহোম লৈপাক্তা চঙজফম লৌদুনা লৈখি। অদুগা মৈতৈ পুম্নমক্তি মোইবাং নিংথৌ খেলৈম্ব- নুঙনাং তেলহৈবা নত্রগা খেলেম্ব (খৃঃ১৭৫৭ ৬৮) গী মচানুপী শীজ শমজমনিবু অবা তোংদোই নিংথৌ (শেৎ পা শেঙ)দা থাজদনা মশাগা খুদোংচাননবা থোল্লব যুম্ফমদুগী মকম খুপ্তুন মোইবাংলোমদা হাইথদুনা লৈবম্মা। তৌনবিবা মতমদুগী মনিপবগী শা লনখা থৌদোক্কী খোংজেনশিংসিদা বাংখৈ বিনিন্দামস যাওবিবনি।

## অনিশুবা মৈত্রবাক্কী খুন্তাক-লানশিবা

শতাব্দীগী ১৭৬দেগী মৈতৈ লৈপাক্ক খুন্তাক লানসি নংলিবাস ১৭০৭ফাওবনি হাযবা যাই। হার্যবিবা চহিসিদা মৈদিংঙু চীঙথংখোম্বনা অহোম নিংথৌগী মতেং লৌদুনা মৈত্রবাক অমুব হন্না হন্দোকখি [মথক্কীসিদা, ১২১]। মৈদিংঙুসনা মতমসিদা খৃঃ১৭৬৮গী অতনবদা শাঙাইথেন্দা, খেংথবক্লগা শঙাইপৌদা কোনুং ওইনা পানখি। খৃঃ১৭৬৮সিদা মৈদিংঙু চাওথংখোম্বগী মমাগা পোকমন্নবা মাম্মা মোইবাং নিংথৌ খেল্লেম্বদু মচন্না পোকপা মমাকপু মশামক যাওনা মৈতৈ নিংথৌ হাপ্লগা মাশৌ চঙদুনা ওন্না তৈন্নবা থবক তৌবকপদগী মহাক্ক মৈত্রবাক্কী নিংথৌ ওইনা অবা কোনুংদা চৎলুবদগী হল্লকপদা মৈতৈ লাম্মীনা হম্বী লৌবুক্তা (বম্মাগী মংশা খুঞ্জাওগী নোংচুপ্তা) নোঙ্গাহনখি [মথক্কীসিদা, ১২৫]। চহিসিদা মৈদিংঙু চাওথংখোম্বনা অহোম নিংথৌগী তেংবাংগী তৌবীমল খঙবা উত্তনা মযাম্বুং গৌবশ্যাম্মা পোক্লম্বী শীজ কোলালৈমা নত্রগা যোঙদা লোকপী, অহোমশিংনা কুবঙ্গনযনী (শর্জমিত্তা- তাবী) হাযনা মিংথোনবীসি থাজদুনা থিনখি। খৃঃ ১৭৬৯দা মৈদিংঙুনা চজীঙদা কোনুং হোদুনা পাল্লিন্দৈঙদা অবা নিংথৌনা মকু মোইবাংনিংথৌ হাৎখিবগী পাউ ফংবদগী মৈতৈমচা অনি শীন্নাইবা ঘনশ্যাম অমসুং মোইবেংজম খগীন্দ্রবু লম্বী চিংহল্লগা অব্রা লাম্মী থাবক্তুনা লান্দাহল্লকখি।

হায়রিবসিদগী মৈত্রবাক অনিরক শুবা ওইনা খুন্তাক- লৈতাকখি অমসুং মৈদিংঙু চীঙথংখোম্বদি কছারবোম চেনখিরম্মী। অদুগা মৈদিংঙু চীঙথংখোম্বগী মমাতোন থোঙবমচনুনা পোকপা মনাউ ঈবুংঙো ভবানন্দবু অৱাদা জামিন ওইনা পীখিরম্মী [মথক্কীসিদা, ১২৫]। অদুনা মৈতৈ লৈপাকসি নুমিৎ ২০(কুন)নিদি খুন্তাক- লানশিদুনা কংলৈ পুমতাক তাকখি।

## অহুমশুবা মৈত্রবাক্কী খুন্তাক- লৈতাকপা

খৃঃ১৭৬৯গী মৈত্রবাক্কী খুন্তাকপসিদা মৈতৈ মশেনসু হাৎনবা কয়া থোকখিরম্মী। মথংগী চহি খৃঃ১৭৭০সিদগী অৱাশিংনা মখোয়গী মখাদা মৈত্রবাক্কী লৈঙাকপা নিংথৌ হাপ্পা হৌখি অমসুং খ্বাইদগী ঈহান হানবা অৱানা হাপ্পা মৈতৈ নিংথৌসি ঈবুংশীজ নন্দ (গরিবনৱাজগী মনাউ মুংযাম্বা নত্রগা মনশাইনা উশম চনু পানদুনা পোকপা নন্দশাই সেনাপতি)না [মথক্কীসিদা, ১২৫]। অদুবু মহাক্না মহাক্কী মমা তীন্নদবা (তাউবেম চনুনা পোকপা) কুকিলানন্দবু লৈপাক ঙাকহল্লম্লগা মহাক্তি অৱা লৈখি। অদুবু খৃঃ১৭৭২গী এপ্রিল- মেদা মৈদিংঙু চীঙথংখোম্বা মনিপুবদা থোক্লকম্মী। অদুগা লৈঙাক্লিবা কুকিলানন্দনা মে থাগী থায়ায়দা মৈদিংঙুবু মহাবলী (মোংবহনবা) উমংদা খুকমজবগা নিংথৌ ফম্বাল কৎখি [মথক্কীসিদা, ১২৬]। মৈদিংঙুনা মদুদগী মৈতৈ কোনুংলেন কংলাগী মনুংদা হৈগাগোক মখোঙদা শঙ্গাই শাদুনা পাল্লম্মী। অদুবু খৃঃ১৭৭৩গী জানুৱারী থাদা অৱাশিংনা অমুক হন্না লান্দাবক্লম্মী। অৱাগী লান্দাসি ঙাক্লনবা মৈদিংঙু মশামক চত্তুনা লাম্ছেংনববু অৱাশিংবু থিংবা ঙম্লমদে। অদুগা হায়বিবা চহিসিগী ফেব্রুৱাবীগী অহুমশুবা চয়োনদা মৈতৈলৈপাক কায়খি। মৈদিংঙুনা হন্দকসু মযাং লৈপাক কছাব লাঞ্জেনখিবম্মী।

মৈদিংঙু চীঙথংখোম্বগী সনাহাক্তক্কী অহুমশুবা মনিপুরগী খুন্তাকপা অসিদা অৱাশিংনা মৈতৈগী কোনুংলেন কংলাদা থা ৫ (মঙা) লৈদুনা অৱাশিংনা লৈপাক পান্দুনা লৈরম্মী। মখোয়না ইম্ফাল কংলৈ থাদোক্লুনা চৎলমদায়দা মৈদিংঙু গরিবনৱাজগী মনাউ ঈবুংঙো খমলাং পামশাবা, ৱাংখৈরাকপা (সেনাপতি, মন্ত্রী)গী মচানুপা গোবিন্দশাইগী নুপী অহন হাওবমচনু সত্যবতীনা পোকপা ভগবন্ত সিং, হাননা য়াইস্কুল লাকপা ওইরম্ববু নিংথৌ হাপ্তুনা লৈপাক ঙাকহল্লম্মী। অদুবু খৃঃ১৭৭৩সিগী নবেম্বর থাগী অরোয়বা চয়োন্দা মৈদিংঙু চীঙথংখোম্বা মৈত্রবাক্তা থোক্লক্তুনা মৈতৈ কংলা মনুংগী অঙোম য়ুম্ফমদা লৈদুনা অৱাশিংগা তাইশিন্ননবগী ৱাফম ঙাংননবা থৌরাং লৌখৎলম্মী। থৌরাংসিগী মখাদা ৱাকোঙথেম্বা মুবারীবু চহিসিগী

ডিসেম্বরগী অহানবা চযোল্দা তাইশিন্নবগী ৱা ঙাংনকনবা অবা কোনুংদা থাখিবন্মী। মৈদিংঙুসি লাকপদগীদি ঈবুংঙো ভগবন্তদু মতম খব লৈঙাক- থৌ পুবন্নগা পোত্থাখি। অদুগা অৱা কোনুংদা চৎলুবা ৱাকোঙথেম্বা মুবাবী খৃঃ১৭৭৪গী ফেব্রুৱাবীগী অবোযবা চযোল্দা ইম্ফালদা থুংলখি। মহাক্না অৱাশিংগা যানবা পুবকপা ঙমদবদগী, তাইশিন্নবগী ৱাফম পুবকপা ঙমদবগী বাফম তাবগা অমসুং অবাশিংনা পুবিবা ৱাখল্লোন্দুগী ৱাশিংদু তাবগা মৈদিংঙুনা মৈত্রবাক্তা লৈবসি অফবা ওইববোয হাযবসি খঙবা ঙমখ্রে। মবম অসিনা মৈদিংঙু চীঙথংখোম্বনা চহিসিগী মার্চ থাগী অনিশুবা চযোল্দা মৈত্রবাক থাদোকখি [মথক্কীসিদা, ১২৮]।

## ৱাংখৈ বিনিন্দ্রামনা মৈত্রবাক পান্‌বা

বাংখৈ পুখ্রনবা মচা খুল্লীং নত্রগা বিনিন্দ্রাম, মথক্তা থমখ্রিবা, মনিপুব ইতিহাসকী থৌদোক ৱাথোক্কী খোঙলৈ মনুংসিদা অদুম যাওদুনা লৈবিবনি, লান চেল্লে চেল্লির্বানি, লান থেংনবে, থেংনবিবনি: অদুবু হক থোক্না মমিং পনবা হৌনদবগী পন্দর্বানি। অদুবু "শামু মযানা থিন্দোক্লক্লবদা মঙ্গে থেঙ্গুনা যেঁশনবা যাদে" হাযবর্দানি, মাগী মাগী মতম লাকপদদি কনাসু লোক্নুনা লৈবা যাদে, মনা- মনীন হেক্তমক নাইনবকপা ঙাক্লনি। অবাশিংনা মৈতৈ লৈপাক মখোযনা লোই চল্লবানিনা মখোযনা লৈপাকসিগী নিংথৌ হাপ্পগা মতীক মপাঙ্গন্দ পাযদনা মৈতৈ নিংথৌমচাশিংগী মনক্তগী মখোযনা হাপ্পা নিংথৌশিংাস মথোং৬ কযা চাদে, নিংথৌ হেক ওইখবগা মখোযগী মাযোক্তা হেক্তমক তৌবকই। অদুনাদি নিংথৌমচাদি নত্তবা মীদি মীঙম্বা, খুৎসু অদুম কনবা, লৈপাক মীযাম্নসু অদুম ইকাই খুম্নবা মীওই খন্দুনা ঈবুংঙো ভগবন্তসিংগী মহুৎ মৈত্রবাক্কা নিংথৌ হাপ্পবা থিবক্লম্মী। মতমসিদা মপা- মপুশিংসু লৈঙাক্লোনগী অঙম অথৌগী পবীংদা লাকপা লেপ্পকপা, শাগৈ যুম্নাক্তসু নিংথৌমচা অমসুং নিংথেমমচাশিংনা ঈকাই খুম্নবা অমদি মশাগী ওইবা যেংলবসু মতীক চাজবা ৱাংখৈ পুখ্রনবা মচা খুল্লীং নত্রগা বিনিন্দ্রামসিবু অবা নিংথৌ শেঙ-প্যা শেঙনা খৃঃ১৭৭৪দা মৈতৈলৈপাক্কী নিংথৌ হাপ্পকখি। মসিগী ঈ- পাউদি:

> **.........চীঙশুবা হোঙবগী কুমদি শক ১৬৯৬.....কালেন থা ১১নি (খৃঃ১৭৭৪গী মে থাগী অবোয়বা চয়োনগী) লংমাইচীঙদা ৱ াংখৈনা লৈপাক ঙাকএ [মথক্কীসিদা, ১২৮]।**

অসিনি। ৱাংখৈ বিনিন্দ্রাম্না পানবগী তেল্লবা মতমসি মৈদিংঙু চীঙথংখোম্বগী

অরাশিংবু লাংদাইননবা হোৎনবগী চিরবা মতম্নি। মহাক্লসু মরী ফগৎহন্নবা হোৎনবগী পরমসিদা রাদি ঙাংদনা অমসুং খুৎথোকপদি উত্তনদনা পায়খৎলি হায়বসি রাংখৈ জগদানন্দনা অরা নিংথৌগা তাইশিন্নবগী রাফম ঙাংনবদা থৌদাং লৌখিবসিসু খুদম- চাংদম অমা ওইরবনি। রাংখৈ বিনিন্দ্রামগী হাক্তকসিদা মনিপুর ইতিহাসতা খ্বাই পুন্নমক্না কাউনদ্রবা থৌদোক, মহৌশা লাইরেন্বীগী উপদ্রব অমদি "রাংখৈ হাক্তক্কী ঈচাও" হায়বসিনি। হায়রিবা ঈচাওসি মায়য়োক্লবদা রাংখৈ বিনিন্দ্রামনা লৈপাক্কীদমক্তা লৌখৎখিবা থৌবাংশিংদি :-

**....... রাইরংবা আনন্দরামগী কুমদি শক ১৬৯৭.... কালেন থা..........১২নি(খৃঃ১৭৭৫গী মেগী অরোয়বা চয়োন্দা) থাঙজদা ঈশিং য়াম্না চাওএ।। য়ুম থায়না থুমদবা খিবিক থুম-ই। ফৌ চাহৈদা লাকএ।। অকোইজম ফুরাসু কীস্থৈএ।। মী য়াম্না শিএ।। য়ুম লোকতাক য়ৌনা তাউথৈএ।। মী য়ুমথক্তা তোংবসু লৈএ।। চাক য়াম্না লামএ।। ঈশিংদি ফক কোনবগুম চেল্লে।। ফৌ শঙবাই অমদা শেন ৩০,০০০ শীৎলে।।...... ২৭নি শগোলশেন্দা ঈবুংঙো রাংখৈনা কৈথৈন্দা থুম-শেন য়েনবীএ।। মী অমদা শেন ১০০(শেনমখায় ৮), থুম অমা থুংএ।। [মথক্কীসিদা, ১২৮-২৯]**

অসান। হায়রিবা মহৌশা লাইরেন্বীগা অরা-খুদেংথোকপগী থৌদোক মসিদা রাংখৈ বিনিন্দ্রামনা লৈপাক মায়াম্দা অরা-চেংবাং ওইনা শেল অমসুং ফৌ য়োল্লবা অসি গুম্না য়েনখিবা মৈতৈ নিংথৌশিং খুৎ থেক্লনা মশা২ থাবা থবনি। মসি খ্বাইদগী হেন্না মশা৩ যান্না পাংথোকখিবদি মোদংও গাবর্ধনাজ মহারাজনি। রাংখৈ বিনিন্দ্রামগী হাক্তক্কী অতৈ থৌদোক খরদি:

(১) খৃঃ ১৭৭৪গী ডিসেম্বরগী অহুমশুবা চয়োন্দা লোক্তোক খোংবান্দাগী শামু ৩(অহুম) ফাখি। মসি, লৈপাক অসিগী শেন-থুমগী ফিবমদা শেন্দান লম্নী ওইনা লৌনবিবা থবক্নি (১২৮)।

(২) খৃঃ ১৭৭৫গী ফেব্রুৱারী থা তৌগৎলকপদা হৈস্নামগী য়ুমদা নুপী অমা কৈনা চাক্তুনা শিবদগী কৈ অদু তানবদা মীয়ামগী উয়োক য়ৌনা চেনশিনদুনা মফমদুদা ফাখি। মসি মীয়ামগী অরা-অনাদগী কনবা অমসুং য়াইফ-থৌবাং লৌখৎপগী থবক্নি।

(৩) লৈপাক্কী ওইনা শাদানবা (Sporting hunting) খৃঃ১৭৭৬কী ফেবুৱারীগী অহানবা চয়োন্দা লৌখৎখি। মসিগী লৈপাক্কী হরাউ-তয়ামগী শরুক অমনি।

(৪) লৈঙাকক্লোনগী থৌবাংদা খৃঃ১৭৭৫ এপ্রিল মেদা মৈদিংঙু চীঙথংখোম্বনা কছাবদগী চান্দম হিঙম অমসুং মোংবীজম গঙ্গাবাম্বু লৈঙাকক্লোনগী ওইবা মহাক মশাগী পাউ পুহন্দুনা লাকহনখি। মখোয অনি ইম্ফালদা। চযোল অমা লৈবক্লগা যানবগী পাউ পুদ্না কছাবদা অমুক হনখি।

(৫) চহিসিগী মে থাগী ১ শুবা চযোন্দা কছাব নিংথৌনা থাবকপ লৈঙাক্লোনগী পাউ পুনা কাংবু অমসু থুংলখি। মখোয ইম্ফালদা নুমিৎ ১৭নি লৈবক্লগা ঈশিং ঈচাও নংবা যাওবগী মবৈবাক্তা হনখি। অবানা মখোযগী লৈঙাক্লোনগী ঈ পাউদস মৈদিংঙু চাঙথংখোম্বগী মচা ঈবুংঙো অমসুং মৈতৈ লৈপাক্কী জামিন (Surety) ওইনা লৈহন্নবগী বাফম পুখৎলকপদ হায়বিন জামিন ওইগদৌরিব অমগী মশক মাশা লেপ্পনবা অমসুং ঈ পাউদুস ফাওননবা ৩০ ১৭৭৬ক পানুবাবীগী অবোযবা চযোন্দা জগদানন্দ অমসু শ্যামনগর অনামক ইম্ফালদা লেংকামমল্লকখি [মথক্কীসিদা, ১২৯] বাংখে জগদানন্দনা মরু ক্লোনদ মৈতৈগী অবাগা তাইশল্লনবগী হিবমসদ চংলবাসাদ বাংখে বীনন্দ্রামনা মহাক মশানা মনিপবগী নিংথৌ ফম্বালদ থাদোকপা অমসু মৈদিংঙু চাঙথংখোম্বগী মফমদা শীন্নখিবদা মশাগী অপাগা লৈদ্রে মশানা যাদে হযনা বাফমাস কোংদোকহল্লনব বাংখে বীনন্দ্রাম্বু [illegible]

(৬) মৈতৈগী [illegible] তাইশল্লনবগী [illegible] ওইনবগী মৈদিংঙু চাঙথংখোম্বগী মচাঈবুং [illegible] অমা অনি। কেন্দ্র [illegible] বাফমসদা মৈদিংঙু চন্দ্র মথর ঈবুংঙো [illegible] অনা [illegible] জামিন ওইনা লৈবরিদা মশানা [illegible] চোংথোক্লকপদগী শেঙ্গুবা শ্যামনগরগী লোইনা মচাক্কা অমা [illegible] থংলব মতুং নুমিৎ ১৫ (মঙা)নি শুবদা অবা কো [illegible] লৈননবা চংখবন্মী [মথক্কীসিদা, ১২৯ অমসু ১৩০]

অসাশংশনি। অসুম্না মৈতৈ অমসং অবা জাতি অনি অমসং লৈপাক অনি যানবা পুবক্লনা তাইশল্লবা অমদি মৈত্রবাক্তা অবাগী মখুত্ত খুন্তাক অলুম্লক তাক্লববা মতুংদা অমগা অমগা লান্দানদবা অমসুং চান্নবগী মবীসি বাংখে বিনিন্দ্রাম্মা লৈঙাক্লিংঙগী মতম-শক ১৬৯৬কী কালেন ১১নি নোংমাজীংদগীনা শক ১৬৯৭গী ফাইবেন ১৬নি যুমশকৈশ নুমিৎ ফাওবাসগী মনুংদা থোকখিবন্মী। অসুম্না মৈতৈনা মৈদিংঙু চীঙথংখোম্বগী অনিবকশুবা ওইনা নিংথৌ ওইবগী অহানবগী চহি ১৩ (তবাহুমদোই)গী মতমদা অরাশিংনা লান্দাবদগী নংখিবা অবাবদু কোকখি। অমদি মতুংদা লান্দাবক্কনি হাযবগী নুংনাংবা অমসুং চিংনবদুসু কোকখিবন্মী।

## ব্রাংখৈ বিনিন্দ্রামগী কখোকপা

মৈতৈ অমসুং অব্রা অনিনা লান তৌনদনা ঈংনা- চীক্লা অমসুং চান্না- চীন্ননা মাগী মাগী লৈপাক্তা পান্ননবগী তাইশিন্নবগী যান- ব্রাফম লেপ্ন নবা নীঙথিনা থৌশীল- থৌবাংলবা মতুংসিদা মৈদিংঙু চীঙথংখোম্বা খৃঃ১৭৭৬গী মার্চ থা হৌগৎপা যুমশকৈশ (শক ১৬৯৭কী ফাইবেন ১৫নি) দা কছাব লৈপাক্কুগী মনিপুবদা লাক্কুনা থুংলখি [মথক্কীসিদা, ১২৯]। হাযবিবা নুমিৎসিদা ব্রাংখৈ বিনিন্দ্রামনা মৈদিংঙু চীঙথংখোম্বু কংলাদা ঈকাই খুম্নবগা লোইননা ওকচখি। মহাক্লা পন্থবা তৌদনা মৈদিংঙুগী মফমদা মৈত্রবাক্কী লৈঙাক- বাযেন- থৌদাগী কোকথোং পুদুনা লৈবিবা লৈঙাক্লোনগী পোৎলুম অদু থাহনবীননবা যাথং নীজখি। "মহাকপু অব্রাশিংনা মৈদিংঙুনা পোইবৈ মৈত্রবাক্তা লৈতবা, মখোযনা লৈপাকসিব্ মতম খব খুদুম চনবা অমসুং মখোযগী ওইহননীঙবনা মহাকপু মখোযগী যাথং মখা থাবা লৈঙাকপা ওইনা খল্লকপদা মহাক অমা লৈববাদ মতৃ শোল্লবা মৈতৈশিংগী খজিক্তং ঙাক- শেনবা ঙমগদ্রা হাযদুনা মখোযনা হাযবদু যাকুবে. হৌর্জিক্তি পোইবৈ মৈতৈ লৈপাক্কী নিংথৌ ফম্বাল মপু অমসুং অশেংবা পোইবৈ মৈতৈ নিংথৌ লাক্লবনিনা নুমিত্তুদগী লৈঙাক- বাযেন থৌদাগী শক্তি অমসুং ভাব পুম্ন কৎচবি"- হাযদুনা পুকচেল তিংনা নিংথৌ ফম্বাল শীন্নখিবর্মা। অমবোমদা ব্রাংখৈ বিনিন্দ্রামনা মৈদিংঙু চীঙথংখোম্বদা নিংথৌ সিংহাসন শীন্নখ্রে, হাযবসিগী পাউসি তাবদা ব্রাংখৈমযুম শাগৈ মচীন তোঙবা অকন অথৌশিং অমসুং নহা পাঙ্গল ফবশিংনা শাওনবগী মৈ হৌনখি। বাংখৈ বিনিন্দ্রামবু, "অযম্বনি, পাংদবনি, নিংথৌ ফম্বালগীদমক্তা মখুৎনা পাযবিবা থাঙ থাঙ্গৎপা ঙমদবা, মশানা নিংথৌ ওইবগা মশাগী লাম্বাদুবু মাযযোক্লবা ঙমদনি। মহাক শাগৈগী মৈতাল অশিবনি, অসুম হিংহন্দনা লৈবদা মতীক চাদ্রবনি" হাযদুনা ব্রাংখৈমযুম শাগৈ তীন্নখ্রে।

অবোনবগী ঈ- পাউদি লোননা অদুম্মক যৌবকই। ব্রাংখৈমযুম শাগৈ মচাশিংনা বিনিন্দ্রামগী মফমদা থল্লিবা মিৎযেং অসি মৈদিংঙু চীঙথংখোম্বসু খঙবা ঙম্লর্মা। ব্রাংখৈমযুম মপা মচা ওইবশিংনা শাওবা হৌখিবসি ব্রাংখৈ জগদানন্দনা অবা কোনুং যৌকুবা অদুদগী হৌখ্রবনি অদুবু চীন- লৈ থোক্লবা যাদবা ব্রাফম অমসুং থবক ওইনা উদ্রিবা পাউথাং ওইবনিনা অশাওবদু ফোংদোকপা যাদদুনা লৈনখিবনি। মৈদিংঙু চীঙথংখোম্বনা ব্রাংখৈ বিনিন্দ্রামনা নিংথৌ ফম্বাল শীন্নবসিদা যাওবা মৈতৈ নিংথৌ অমনা লোইনগদবা হী- যাই, পোৎলোই- শেনপোৎ অমসুং নিংথৌগী অযোক- অকন ওইবা লাইশিং (Guardian deities)– লাইযিংথৌ নোংশাবা, লাইযিংথৌ পাখংবা

অমসুং য়ুমজাও লাইরেম্মা লাইস্না নত্রগা য়াবীরোক)- সি ৱাংখৈ বিনিন্দ্রামগী মফমদা অমুক হন্দুনা পীবিখি, ঈপুনা ফম্বাল তোংবগী ফম্বাল ফিজেৎ, খুৎশৃ থাঙনচিংবা খুৎলাইশিং, নিংথৌগী অয়োক- অকন লাইশিংগী কোনমায় শক্তমশিং পুন্নমকসি ঈপুগী ওইনা থম্বীরো, ঐগীদি পুন্নমক অসি অমুক নৌনা লাংজবগে, অদুগা ৱাংখৈগী পনখৈ- পন্দোনগী লমখৈ মনুংদা লৈরিবা উক্রোঙ য়ুম্ফমসিদা হৌজিক্তগী হৌনা পোত্থাদুনা লৈবীরু, মফমসিদা ঈপুগী শঙ্গাই শাদুনা পানবীয়ু হায়না ৱাংখৈময়ুম শাগৈ মচাশিংগী তৌনরিবা ঈবাংদুগী ঈঙ্গিৎ উত্তুনা মশাগী শাজেন তৌননবা তাকপীরম্মী।

ৱাংখৈময়ুম শাগৈগী মরু ওইবা মতমদুগী য়ুম্ফমদি মবুধৌ পুরেন ৱাংখৈ চীঙঙায়াঙবনা লীংখৎলম্বা চীঙঙা চীঙদুমগী মনাক্কী মফমসিনি। মখোয়গী শাগৈ তীন্নদুনা হৌরকপসিদা অপোকপা মপা ওইরবসু ৱাংখৈ লনহাম্বা,পুখ্রনবা শাগৈ মচাশিংগী মমাঙদা ঈকাইবদুনা অশাওবা ওনখিদুনা মচানুপাগী মথক্তা লান্দানবগী থৌরাংদা লানজিংবা ওইনা চোংথোক্লম্মী। মখোযনা খৃঃ১৭৭৬সিগী মার্চ হৌগৎলকপা ৱাংখৈ বিনিন্দ্রামনা মৈদিংঙু চীঙথংখোম্বদা নিংথৌ ফম্বাল শীন্নবা নুমিৎ (শক ১৬৯৭কী ফাইরেন ১৫নি য়ুমশকৈশ) সিগী অহিংদা লানহৌরকখি। অদুবু মৈদিংঙু চীঙথংখোম্বনা হান্নদগী পাউ লৌবা, চেকশিন- থৌবাং পায়খৎপা অমসুং লানহৌ থিংননবা লান্মী থৌবাং তৌদুনা থম্বনা ৱাংখৈ লনহাম্বা পুখ্রনবনা লুচিংবা ৱাংখৈময়ুম শাগৈ মচাশিংনা ৱাংখৈ বিনিন্দ্রামবু লৈহনখিবা মফম ৱাংখৈগী শঙ্গাইপাৎ মক (উক্রোঙ য়ুম্ফম) য়ৌদ্রিঙৈদা চীঙঙা চীঙদুমগী মনাক্তা ৱাংখৈময়ুম শাগৈমচাশিংগী অপুনবা লুপ্তু চায়খাযখি অমসুং লানহৌদা মাঙজীন থাদুনা লাঞ্জঙলকপশিং অমদি মখোয়গী লাঞ্জিংলেন ওইবক্লিবা ৱাংখৈ লনহাম্বা অমসুং মহাক্কী মচানুপা অতৈ (ৱাংখৈ তুলসী,নিমাই,ওম্বা, বলভদ্রনচিংবা) শিংবু মায়থীবা পীদুনা লানফা ওইনা থম্মখিরম্মী। হাযবিবা লানহৌসি পাউ তাবদা ৱাংখৈ বিনিন্দ্রাম যাম্না নুংঙাইর্জখদ্রে। অদুবু করমদি তৌনি, থোকখ্রবা থৌদোক্লিনা খাম্লুবা য়াবা নত্তে। অচুম- অরানগী ৱারেপ লৌবদা ৱাখল খেন্নবদগী থোক্লকপা থৌদোক ঙাক্তেনিনা ৱাখল মান্নবকপগী মতম ঙাইবা তাই।

ৱাংখৈময়ুম শাগৈ মচাশিংগী ৱাংখৈ বিনিন্দ্রামগী মথক্তা লান্দানবগী ঈহৌ অমসুং খোঙথাংসিগী মরমদা মথংগী নুমিৎ শগোলশেনসিদা মৈদিংঙু চীঙথংখোম্বগী অঙম- অথৌশিং,মরু ওইনা, ঙৌব্রাম শাই, আনন্ত শাইনচিংবা চৈরাপ তীন্দুনা খন্নরম্মী। মখোয়না ৱাংখৈ বিনিন্দ্রামসি মহাক্কী শাগৈমচাশিংগী অশাওবা নেমথদ্রিবা মখৈদি মৈত্রবাক্তা লৈহনবসি অফবা ওইরোয় হায়না লেপ্লখি। অমরোমদা ৱাংখৈময়ুম শাগৈ মচাশিং অদুবুসু হকথী থোক্লা হেক তৌবসু য়াদবা শাগৈনি। মরম অসিনা বিনিন্দ্রামবু মতম খর মখোয়দগী নাথৈদুনা থম্বসিনা খ্বাইদগী হেন্না অফবা পাম্বৈনি। অদুবু মৈত্রবাকসিদা মহাকপু কোয়ঙাক ঙাক্তুনা, কোয়শেন শেন্নদুনা লৈবদুসু

ওইথোক্লোয। মবম অসিনা চৈশুসু তেক্তনবা লিনসু শিননবগী থৌশীন্দা ৱাংখৈমযুম শাগেমচাশিংবু মহাকপু মশক উহন্দবদগী অশাওবা নেমথহন্নবা মহাকপু মতম খব কছাব লৈপাক্তো লৈহনখিন্নবগী ৱাবেপ লৌবম্মী অমসুং মহাকপু মথংগী নুমিত্তুমক্তদা মযাং লৈপাক কছাবদা চৎহন্নবগী যাথংসু পীবম্মী। অদুগা অকায- অতোয, খুদোংথীবা নত্রগা অশোক অপন থোক্তনবা মফমদু যৌনা থিল্লুনবগী থৌবাংসু তৌবম্মী।

বাংখৈ বিনিন্দ্রামনা মহাক্কীদমক্তা লৈপাক নিংথৌনা লৌখৎপীবিদা ধবক্তুদা অযেৎপা পীবমদে। মহাক্কী শাগে লৈজদ্রবা মহাক্কী ঈমুং মনুং খক্তনা মহাক্কী শাগে ওইবব গুম খল্লক্লম্মী। অদুগা মহাক্লা মৈত্রবাক থাদোক্তুনা মতম খব মীবৈবাক্তা লৈকুগদৌবিবসিদা মহাক্লা শাগোন্নবিবা নিংথৌগী পোৎলমশিং, মৈদিংঙু চীঙথংখোম্বনা পীবীবশিংদু পুদুনা চৎবে নত্রগা কনা গুম্বা অমদা শীন্নবমগে হাযনা খনখিদ্রে। মহাক্লা ফাইবেনগী ১৭নি পানবা নামিৎসিগী অহিং চপ্পাসি মহাক্কী লৈফাম্ন হাযনা পীবিবা বাংখৈ উক্রেংখু যুম্ফমসিগী অবাং নেংচুপ ওইবপ্লা লৈবা শঙ্গাইপাৎ মন্দদা লুবনা কোম অমা তৌবম্মী। হাযবিবা কোম অসিনা লেপ থুম্না লুববা মতমদা লাইগী লুপানা শাবা কোনমাযশিং অমসুং লাইশিংগী মপোৎ মচৌশিংদু কোম মনুংদা হাপচিল্লগা ফুমজিনখিবম্মী। হাযবিবা বাফমসি কনাসু খঙহন্দনা থমখিবম্মী। অদুগা মথংগী নুমিত্তুদা মহাক কছাবদা চৎখিবম্মী। মসিগী ঈ পাওদা:

**......ৱাইবংবা আনন্দ্রামগী কুমদি শক ১৬৯৭ .. ..ফাইবেন থা.......... ১৮নি (খৃঃ১৭৭৬কী মার্চকী অহানবা চয়োলগী) ঈবাইদ ৱাংখৈবু ময়াংদা চঙহল্লে [মথক্কীসিদা, ১২৯]।**

অসিনি। ৱাংখৈ বিনন্দ্রামনা কছাবদা চৎলমদাইদা ফম্লাম্লব লাইগী কোনমাযনচিংবসি মহাক্লা অমুক মনিপুরদা হল্লক্তুনা পাল্লদ মতমদা শাজিন্নবমদবা অমসুং কনাবুসু খঙহল্লমদবা মাল্লি। মসি অকোনবা ওইবা অসুম লৈবম্বদগী ৱাংখৈমযুম শাগেমচা বিনন্দ্রামগী চাদা - নাউদনা ফোংনা খঙলকখিবা অমসুং ফংখিবসি খৃঃ ১৯১৮ থক্তদনি, মদুদি:-

**.......ৱাইখোং রূপচন্দ্রগী কুম শক ১৮৪০........থৱান থা........ ৯নি ঈবাই (খৃঃ১৯১৮গী আগষ্ট তাবিক ৩০)দা ৱাংখৈ লৈকায়দা থাঙ্গবাৎ তৌবদা লেপ থুম্না লুবা মতমদা লাইগী মপোৎ-মচৈ অশুবা,লুপাগী কোমায় ৪ লৈরমএ।। শ্রীযুৎকী শঙ্গাইদা পুশিন্দুনা য়েংনৈ [মথক্কীসিদা, ৫৮৬-৮৭....]।।**

অসিনি। অসুম্না শ্রীযুৎ চুবাচান্দ মহাবাজগী শঙ্গাই কোনুংদা পুশিন্দুনা মতমদুগী পণ্ডিতশিং -অমাকচাম্বা তোলপীশক, খুমল্লম্বম অঙাংজাও,নামৈবাকপম অমুখোম্বা, লোংজাম্বা গোপালনচিংবা যাওনা য়েংনবগা ৱাংখৈমযুম শাগেগী লাইনি, মবুধৌ বিনিন্দ্রাম্না ফুম্লম্বনি হাযবা

তাক্লুনা বাংখৈমযুমদা পীখ্রো, হায়না শ্রীযুৎকী সনা যাথং তাউথবীবদুনা বাংখৈমযুমগী ইরোচাওবনা সনাকোনুংদা চত্তুনা মখোযগী মপোৎ - মবনশিংদু লৌশিঞ্জখি। হাযবিবশিংসি হৌজিকসু লৈবি, মপা মপুনা থম্বীবম্না লাই ওইনা লাৎচদুনা থমজবি।

## ব্রাংখৈ বিনিন্দ্রাম কছাবদগী হল্লকপা

বাংখৈমযুম শাগৈমচাশিংনা ইন্থোকপীববা ব্রাংখৈ বিনিন্দ্রাম খৃঃ১৭৭৬কী মার্চ থাদা কছাব চৎখিবদু মহাক কছাবগী কবম্বা মফমদা লৈবম্নগে হাযমসিগী চপচাব' খঙবা ঙমদে। মহাক মতমদগী কছাবগী কোনুং খাসপুব (খৃঃ১৭৫০গী অদুব্রাইদগী কোনুং ওইবনি) দা লৈবমগনি হাযনা থাজৈ। মবমদি মতমদদা পাল্লিবা কছাবগী নিংথৌ হবিশচন্দ্র নবাযন (খৃঃ১৭৬৫ ৮০) অসি মৈদিংঙু চীংথংখোম্বগী মনেমশা হবিপৃযা(ভৌব্রাম শাহগী মচনুপী)না পোকপনি অমসুং বাংখৈ বিনিন্দ্রামব কছাবদা মতম খব মহাক্কা শাগৈমচাশিংনা শাওবা নেমথদ্রিবা ফাওবা লৈবনবা থাবসি মৈদিংঙু চীংথংখোম্বগী গৌবাংান। অদুবু মহাক্কা কছাব লৈবসিগী পন্সি মবেন অমসুং হংালবা খুৎহিং মবমদা কাবসু খঙবা ঙম্নদে।

ব্রাংখৈ বিনিন্দ্রামনা কছাবদা চাত ৪ (মাব)গা থা অনিবোম লৈবক্লবদা মেনুবাক লৈপাক মবা তপ্পগী ফিবম ফনা নীঙথিনা মবা চেৎলম্মী। লোইননা বাংখৈমযুম শাগৈমচাশিংসু মখোযগী অশাওবগী ফিবমদু ঈংথনবক্লম্মী। মতাংদিবা ঈ পাউশিং তাবদা বিনিন্দ্রামসু মানপুবদা হন্নিঙলক্লম্মী। অদুবু মহাক্কা শাফনবা অমসু যাইফনবগী লাইনিংথৌবীবিবা মৈদিংঙুগী যাথং ফংদনাদি মহাক্কা মনাংদু তম্না তৌনীঙবা তৌবা যাদ্রে। অমবোমদা মৈদিংঙু চীংথংখোম্বন বাংখৈমযুম শাগৈমচাশিংগী পাক্লুং ঈংথনবকপা লৈপাক্কী লৈচাক থৌগাযদা শকক যালক্লবা [মণক্কীসিদা, ১৩১] মতমসিদা বিনিন্দ্রামবু মৈত্রবাক্তা হল্লক্লবা কৌশনবা যাবে হাযবসি খনগ্রবনি। অদুবু লৈঙক্লোনগী কোনুং হোংদোক- হোংজিন, খুন্নাই লাইনীঙলোনগী শ্রীগোবিন্দ নির্পণ অমদি ঈবুংঙোসিগী বাসনচিংবা কৎপগী লৈপাক্কী হবাউকুম্মৈ হৌদোকপা, অসিনচিংবসিনা হেক্তমক কাউথোকপগুম তৌবম্মী। অদবু খৃঃ১৭৮০গী মার্চ এপ্রিলদদি হার্যাবিবা ব্রাফমসি নীঙশিঙদুনা মপু ব্রাংখৈ বিনিন্দ্রামবু মৈত্রবাক্তা হল্লকপা যাবে, খুদোংথীনিঙঙাই নত্রগা কল্লক যেংথীগী ব্রাফম লৈত্রে হাযবা খঙহন্দুনা যাথং থাবীখ্রে। যাথংসি ফংবদা বিনিন্দ্রাম হাযনিঙঙাই লৈতনা হবাউবা অমসুং নুংঙাইবা ফংজখি। মহাক্লা কছাবদা চান্ন- চীন্ননা লৈম্মিন্নবা মকুপ- মপাংশিংদগী কাযননবগী যাথং লৌদুনা মবৈবাক মৈত্রবাক্তা লাক্লম্মী। মসিগী ঈ- পাউদি:-

**...........তখেন রামচরনগী কুমদি শক ১৭০২...........
কালেন থা....১১নি লৈপাকপোকপা (খৃঃ১৭৮০গী মে থাগী অরোয়বা চয়োনগী লৈপাকপোকপা তাবা নুমিত্তু)দা ময়াংদগী ব্রাংখৈ বিনিন্দ্রাম থুংলেএ ।।**

[মথক্কীসিদা, ১৩৪]

অসিনি। মহাক্কা থুংলবা মতমসিদা মৈদিংঙু চীঙথংখোম্বদি কাঞ্চিপুরদা কোনুং ওইদুনা পাল্লি অমসুং মহাক্কা কোনুংদা চত্তুনা, হায়বদি, থুংদুনা শ্রীযুৎ মহারাজ খুরুমজরগা ফরবসু ফত্রবসু শ্রীযুৎনা মহাক্কীনি হায়দুনা তম্বীবা য়ুম্ফমদুদা লাকখিরম্মী। মহাক্কা ব্রাংখৈ পনখৈ- পন্দোনগী উক্রোউ য়ুম্ফমসিদা ময়ুম শঙ্গাই শাদুনা য়ুমলেপ্লকখি।

## ব্রাংখৈ বিনিন্দ্রামনা শ্রীবিষ্ণু ফংজবা

ব্রাংখৈ বিনিন্দ্রামসি মনিপুরী হিন্দু বৈষ্ণব সমাজগী নিমাৎ/ নির্মান্দি (নিম্বাদিত্য গোষাঞ্চীনা হৌদোকপা ধর্ম্ম, মনিপুবদা গোপালদাস বৈবাগ্যনা অহানবা গুরু ওইবা বৈষ্ণব ধর্ম্ম সম্প্রদায়) সমাজগী মীওইনি। অদুগা মৈদিংঙু চীঙথংখোম্বসিনা হায়রিবা বৈষ্ণব সম্প্রদায়সি রামগোপাল বৈবাগ্যদগী লাইমিং লৌদুনা চৎলম্লবসু খৃঃ১৭৬৫ - ৬৬কী অদুব্রাইদা পরমানন্দ আচার্যাদা গুরু ওইদুনা মাধ্বী/ব্রহ্ম সম্প্রদায়দা লাইমিং লৌদুনা চৎলগা মনিপুবদা ধর্ম্ম সম্প্রদায়সি শন্দোক্লবা বাজর্ষিনি। হায়রিবা অকোনবগী মাধ্বী সম্প্রদাযসিগী খ্বাইদগী হেন্না মক ওইরিবা লাইদি শ্রীবিষ্ণু ভগবানর্নি। মরম অসিনা মৈদিংঙু চীঙথংখোম্বনা খৃঃ১৭৭৬তা অব্রাগা লৈঙাক্লোনগী য়ানবা পুরক্তুনা লৈপাক মবা তপ্লা, তঙ- তানা লমলাংতোং/লম্মাংদোংনা কোনুং ওইদুনা পানবা মতমদা শ্রীবিষ্ণু লাৎপা হৌদোকখ্রিবনি, শ্রীবিষ্ণুগী ফুবা শাদুনা লাৎপদগী হৌখিবনি অমসুং বিষ্ণু লাৎপগী অমদি বিষ্ণুগী ফুরা লৈবদগী লম্মাংদোংবু বিষ্ণুপুর হায়দুনা খৃঃ১৭৭৬তগীনা খৃঃ১৭৭৯ ফাওবগী মনুংসিদা থোনখ্রিবনি [মথক্কীসিদা, ১৩৩]।

মৈদিংঙু চীথংখোম্বনা লাৎলম্বা শ্রীবিষ্ণুসি পোং নিংথৌ চাওফা খেকখোম্বা/খেখোম্বা (SAO-NGAN-HPA, the king of Mao-Shan or Tai-Mao, ruled at Magaung as their capital) গী য়াই, শেনবী- য়াই অদুগী মথক্তা সনানা শ্রীবিষ্ণুগী মূর্ত্তি হৈজিন্দুনা শেম- শাবা শ্রীবিষ্ণুনি। হায়রিবা পোং নিংথৌ চাওফা- খেকখোম্বগী য়াই অসি মৈদিংঙু গরিবনাজদা খৃঃ১৭৪০দা পোংনিংথৌ মহিপালনা খুদোন তৌখিবনি। মসিগী ব্রারোলদি:-

**.......মোইবাং কোইরেংগী কুমদি শক ১৬৬২......ঈঙেন থা থাঅহন নোং (খৃঃ ১৭৪০ জুলাইগী অনিশুবা চয়োনগী থাঙজা তাবা নুমিৎ)দা পোং নিংথৌ খেখোম্বগী য়াইবু নিংথেমগা পোংনিংথৌগা কুচুদা ফম্মিন্নবদা পীএ [মথক্কীসিদা,১০২]।।**

অসিনি। বাবোলসিদা নিংথেম হাযবিবসি মৈদিংঙু গবিবনবাজনি, অদুগা পোং নিংথৌসিনা মমিং মহিপাল কৌই। [মথক্কীসিদা,১০৪,১১৪]। অমবোমদা অমুক মৈদিংঙু চাঁওথংখোম্বদি মাধ্বী সম্প্রাদাযনা শ্রীবিষ্ণু নত্রবসু শ্রীবিষ্ণুগী লাংওন(অবতাব) নত্রগা শানওন/শাইযোন অমা যাওবগা লাংনীঙবা লাইশিংগা পুন্না লাংমিন্নবা যাবগী অপীবা লৈবনিনা মশানা পামজবা শ্রীগোবিন্দ নির্পন তৌদুনা খৃঃ১৭৭৯দগী লাংখ্রে। অদুগা গোবিন্দ হাযবা মিংলেন্নসি শ্রীবিষ্ণুগী অমসুং মহাক্কী সমপুর্ন অবতাব শ্রীকৃষ্ণগীসু মিংনি. মদুবু রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা হৌজিক শেনবীযাই শাগোন্নবা শ্রীবিষ্ণুদি মৈদিংঙুসিগা সনা খুত্তা লৈবি।

রাংখৈ বিনিন্দ্রামনা নিমান্দি বৈষ্ণব সম্প্রদাযগা সমাজদা লৈবাস মৈদিংঙু চাঁওথংখোম্বনা মাধ্বী বৈষ্ণব সম্প্রদাযদা চিংশিন্নীঙখি। মহাক্কস নত্ত্রে. অতৈ মৈতৈমচা কযাস্ মাধ্বী সম্প্রদাযাসদা পুশিনগদবা লৈবস্মী। মবম অসিনা মৈদিংঙু চাঁওথংখোম্বনা রাংখৈ বিনিন্দ্রামবু মাধ্বী ধর্ম্ম সম্প্রাদাযাসদা খৃঃ ১৭৮২গী অহুনবা মতমদা লাইমিং পাবিখি। হাযবিবসিগী ঈ পাউদ :

**....রাইখোং লাইশ্রম লমখামগী কুম শক ১৭০৩........ রাকচিং থা ৫নি (খৃঃ১৭৮২গী জানুবাবীগী অহুমশুবা চয়োনগী ঈবাই তাবা নুমিৎ) পানবা নুমিত্তা লৈপাক্কী নগুন লৌথৌক্লবা মী খিবিকপু রাংখৈ বিনিন্দ্রামনচিংনা পুম্রিদা নগুন হাপ্পীএ[মথক্কীসিদা,১৩৬]।**

অসান। অসুম্না রাংখৈ বিনন্দ্রামবু মাধ্বী ধর্ম্ম সম্প্রদাযদা চিংশিনাখ। অদুগা মহাক্কীসিনা নিংথৌ ফম্বালবু মৈদিংঙু চাঁওথংখোম্বদা কথোকপা ঙমখিবা থম্মোই অদুগী শীঙঙমদ্রবা লমন অমা তোল্লি হাযনা মৈদিংঙুসিনা লমন কোক্লগে খন্দুনা নিংথৌগী লাই ওইনা থম্লিবা সনানা শেনবীযাইদা হৌজন্দুনা শাবা শ্রীবিষ্ণুদুবু রাংখৈ বিনিন্দ্রামদা মহাক্কা নৌনা দিক্ষা লৌবিবা ধর্ম্মদুগী লাই ওইনা অমসুং নিংথৌ ওইবম্বগী খুদোল ওইনা পীখিবস্মী। হাযবিবা শ্রীবিষ্ণুস পীবা মতমদা শেনবী যাই নত্রগা পোংনিংথৌগী যাইসি হাপ্পনি হাযবা সনা মুহোব ৮০না শাবা সনাগী ক্বাগোক,তখেন খুনু শাবা [মথক্কীসিদা, ৪২৮-২৯] অদুদি যাওদে। মদুদি মৈতৈ নিংথৌগী লন-থুম ওইনা লৈখি অমসুং মসি মখা তাবকপা নিংথৌশিংগী ওইনা লৈবম্বদগী

মহাবাজ দেবেন্দ্র সিংহ (খৃঃ১৮৫০,থা ৬খক)না খৃঃ১৮৫০দা মনিপুবদগী পুদুনা চৎখিবনি, অদুবু মদু খৃঃ১৮৭৬(২৫।১।৭৬)তা বামোন অধিকাবীমযুম জগধাম শাল্লুংপুবেন্না পুথোক্লক্কুনা চন্দ্রকীর্ত্তি মহাবাজদা খুৎশিন্নখি [মথক্কীসিদা,৪২৮-২৯]।

মৈদিংঙু চীঙথংখোম্বনা পীবীবা শ্রীবিষ্ণুসি বাংখৈ বিনিন্দ্রাম্না মহাক্কী মযুম ঈংখোল লীংলিবা ৰাংখৈ পনখৈ- পন্দোনগী উক্রোঙ যুম্ফমদুদা লাইশঙ শাদুনা মহাক্কী পুন্সিগী অবোযবা মতম ফাওবা লাৎচখি। মহাক্কী মতুংদা মহাক্কী মচা মশূশিং অমসুং অমুক মতুং তাবকপদা মহাক্কী চাদা- নাউদাশিংনা শ্রীবিষ্ণু অমসুং মৈতৈ উমং লাইশিংগী মবক্তগী নিংথৌগী অযোক- অকন ওইবা লাইশিংদু মথং মথং লাৎনবকখি। হাযবিবা লাইশিংসি হৌজিকস লাইশঙ শাদুনা লাৎলি, থৌগল কাযনা ঈবাৎচবি।

## ৰাংখৈ বিনিন্দ্রামনা নোঙ্গাখিবা

ৰাংখৈ বিনিন্দ্রামনা খৃঃ১৭৮০দা মনিপুবদা হল্লকবা মতৎদা মহাক্কী শাগৈ মচাশিংগা তাইশিন্ননবা কন্না হোৎনখি অমসুং থবক্কস মায পাকখি। অদুবু হিংলিবা মীওইবগী প্রান্সনা অহল ওইশল্লকপগী মাযইগৈবোমদা চঙাশন্দুনা পুন্সিগী লমদাং তেনাশিল্লকপাসিদি কনানস খক থিংবা ছুমার্গদ্র। মবম অসিনা ৰাংখৈ বিনিন্দ্রামসূ মালেম তাইবংপানাসিদা খুক্ত্রম শঙনা মপুগী থৌগায ইল্লুগে লাকখিবদু তাইবং মপ্ লীলাগী থৌদাং লৌবা লোযবদনা খবাং তিংনা হন্ননবা যাহীপ তাখ্রে। হাক মহাক্কী মযম বাংখৈ পনখৈ পন্দোনগী উক্রোঙ যুম্ফম, শঙ্গাইপাৎ মক্তগী লমদমসিদা শাবা মহাক্কী শঙ্গাই নমজাওদা খৃঃ১৭৮৩গী মে থাদা নোঙ্গাখি। মসিগী ঈ পাউদি:

..........বাহেংবম ওকলাবগী কুমদি শক ১৭০৫......কালেন থা............১৪নি শগোলশেন (খৃঃ১৭৮৩গী মেগী অবোযবা চযোনগী শগোলশেন তাবা নুমিত্তু)দা ৰাংখৈ বিনিন্দ্রাম শিএ।। [মথক্কীসিদা, ১৩০] অসিনি। অসুম্না ৰাংখৈ বিনিন্দ্রামনা তাইবংমপুগী খুৎযাদা চঙাখদুনা তাইবং মীওইবগী লৈপাকসি থাদোকখি।

## ৰাখোম- ৰারোয়শিন

ৰাংখৈ বিনিন্দ্রাম, তেল্লবসু শাংলবসু অমসুং মীখা থাবা ওইববসু মীখা থাদববু ওইববসু মতম খব মৈত্রবাক (মেক্লে/মেখলীদেশ)কী নিংথৌ ফম্বালদা ফমদুনা লৈপাক ঙাকপগী থৌদাং লৌবম্বা, লৈপাক প্রজাগী অবা অনা কযাদা তেংবাংনবা থৌবাং তৌবম্বা মীশক অমনি। মহাক্না লৌবিবা লৈপাক ঙাকপগী পোৎলুম অমসুং নিংথৌ ওইবগী কোকথোং অদু মদুবু লৌফম থোকপা মীশক্তুনা মমাঙদা লেপ্পববদা মপুক্লিঙ তিংনা হক পুম্নমক্তু

কখোকখিবা মপুকচেল শেংলবা নুপা অমনি। মহাক্না তৌজবা থবক্কী মহৈ চাজবনা মৈত্রবাক্কী লৈপাক নিংথৌগী ওইববা মমল যাম্লবা পোৎলম খব মহাক্কী মবন- মথুম ওইনা ফংজখিবনি অমসুং মহাক্না ফংজখিবদু মহাক্কী মচা- মশূ,চাদা- নাউদাগী শূবোনশিংনা মপা- মপুনা থম্বীবম্বা মপোৎ- মবন ওইনা ঙসি ফাওবদা শাগোন্নবি। তশেংনমক ৱাংখৈ বিনিন্দ্রামগুম্বা মীওই নিপানখক মনিপুব ইতিহাসকী পবীংদা লৈবীবন্বসি মৈত্রবাক মনিপুবগী লেমজনফম্লি। বামাযন্দা সূর্যবিংসগী ভাবতনা শ্রীবামদা নিংথৌ সিংহাসন কখোকপা অমসুং মহাভাবত (অহানবদা "জয" কৌবম্মী)তা গঙ্গানন্দন ভিষ্মনা মপাগীদমক্তা নিংথৌ সিংহাসন থাদোকপা অসি নত্তনা আর্যাবত্তগী লমদমসিদা স্বার্থত্যাগকী খুদম উৎখিবা মী যাম্না তাঙঙি। মথক্কী মীশক অনিসিসু লাই- তীনগী নত্রগা লাইওই- তীনওইবগী ৱাবী- শীঙবুনগী চবিত্র (Character)শিংনি, ঐতিহাসিক পাত্র নত্তে। মনিপুব ইতিহাসকী ওইনদি বাংখৈ চাঙভাযাঙবা (খৃঃ১৫৫৯ ৬২) শ্যামশাই খুবাইলাকপা (খৃঃ ১৭১১ ৫২), বাংখৈ বিনিন্দ্রাম (খৃঃ১৭৭৪- ১৭৭৬ ১৭৮৩), আনন্ত শাই মন্ত্রী পুন্সিবা (খৃঃ ১৭২৫ ১৮০৮), হেবাচন্দ্র (খৃঃ১৮১৯- ২০), বাজা নবাসিংহ (খৃঃ১৮৪৪- ৫০), সনা চহি অহুম (খৃঃ১৮১৭ ৭৮) অমসুং যুববাজ টেকেন্দ্রজিৎ বীবসিংহ (খৃঃ১৮৫৫ ৯১) অসিশিংসিনি।

## মরী- মখোঙ উৎচবা


১) চৈঃকমঃ.২০০৫ — লাইবেনমযুম - ইবুংঙোহল সিংহ অমসং নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ· চৈথাবোল কুম্বাবা (ইম্ফাল ২০০৫)

২) থঃথঃমঃ৩৩৭৭ ১৯৭৯ থোকচোম থৌকাচানবা মীতৈ. লালৈ লাথুপ থিলেল (ইম্ফাল ১৯৭৯)

৩) নঃমঃ.১৯৭৩ = নিংঙোম্বম মনিজাও মতম খোঙলৈ তাকপা (ইম্ফাল ১৯৯৬)

৪) বঃকঃশঃ,১৯৯৬ = বিঃ কুলচন্দ্র শার্মা বাংখৈ মৈবাবা অথৌবা (ইম্ফাল- ১৯৯৬)

৫) কঃপঃ.খঃ = কাইববোন পুযা, খুৎই লাইবিক.

# শ্যামশাই খুরাইলাকপা

## হাহৌদোক

শ্যামশাই, খুবাইলাকপা, নিংথৌ সিংহাসন ফংনবগী মশাগী খ্বাই পুন্নমক্তুগী হেন্না চাওবা হক লৈনা লৈনা নিংথৌ ফম্বাল কল্লকপীদনা মপা- ঈবুংঙোগী নীঙবা থুংননবগীদমক্তা নিংথৌগী সিংহাসন কথোকখিবা মৈতৈ নিংথৌমচাশিংগী মনুংদা অহানবনি। মহাক, লাইবেন মৈদিংঙু মযাম্বা, গবিবনবাজ মহাবাজ [খৃঃ ১৬৯০-৯১-(খৃঃ ১৭০৯-৪৮)- খৃঃ ১৭৫২] গী লৈমা অহানবী যোযকমলোন লম্বাশৃ (অবাম্বম নিংঙোল) তবং লাম্বানী মহাবানীনা খ্বাইদগী ঈহান হাননা ফংজবা মচাঈবুংঙোনি। শ্যামশাই খুবাইলাকপগী অহানবা মমিংদি কাইনৌ চাঁওশোম্বা হায়না কৌই অমসুং মহাক শক ১৬৩৩গী থবান থাগী থানীন থাবুঙ (খৃঃ১৭১১গী অগষ্টকী অবোযবা চযোনগী) ঈবাইদা মৈত্রবাক্কী লৈমা নিংথৌকোন্দা মালেম তাইবংপান ফাওবকখি [চৈথাঃকুমঃ, ২০০৫, ৭৩৪]। মৈদিংঙুচা্স লৈমা- নিংথৌকোনগী মিংকী মান ওইনা মশাগী চহি ৭ ফাওবদা মখাদা মনাউ তাদনা লৈবক্লবসু থোইদোক্লা কেবাক থোক্লা কেথোকপগী মওং মতৌ লৈরক্লে মাল্লি। মহাক্লা মহৈ মশিঙ তম্লগী মতম যৌবক্লবদা মতমদুদা চংনবা মৈতৈ নপা ওইবগী মহৈ- মশিঙ, শা- লানগী মহৈ নীর্ভথান, পুক্লাঙ চংনা তম্লকখি। বাফমসি মহাক্লা মৌদংঙ গবিবনবাজ মহাবাজগা ১ নাইহাক্কী অথোইবা লাঙ্গ পুবেন ৬ / ৭ কী মতুং ইনবা ওল্লকখিবাসনা হেনংদোক্লি।

## পুন্সিগী লমদাংদা খোঙদারকপা

মৈদিংঙুচা কাইনৌ চাঁওশোম্বগী অঙাং ওইরিবৈগী অমসুং মহৈ মশিঙ তম্লকপগী লমদাংশিংসিগী ওইনা অপীবা বাবোন লৈতবগুম তৌই। অদৃগা মহাক অমসুং মহাক্কী মনাউ ঈবুংঙোশিংদা "শাই" হায়বা শ্রীভগবান বিষ্ণুগী "ক্ষীবোদ শাই (শয) ভগবান" হায়বা শঙ্গোমগী সমুদ্র লৈবদগী লৌবসিনা কবম্বা মতমদগী নিংথৌমচাশিংসিগী মিংদা হাপ্লা হৌবকখিবা, কনানা হৌদোক্লম্বা, কনাদা হাননা থোনখিবা, অসিনচিংবগী হাফমশিং হৌজিক্কী ওইনদি খঙঙমদনা লৈবি। অদুবু মমাঙগী পণ্ডিত খবনদি মুস্লিমশিংগী শাগৈ- জাত খঙনবা মিংতপ "শাহ(SHAH)"নি হায়না পীশিল্লি।

মৈদিংঙুচা শ্যামশাইনা খুবাইবাকপা ওইবসি মতোন ঈবুংঙো মুংযাম্বা (মন শাই অতোনবা)না যাইস্কুল লাকপা ওইখ্রবা মতুং খৃঃ১৭২৬কী অদুরাইদা ওইখির্বনি। মহাক হাযবিবা চহি খৃঃ১৭২৬কী অদুরাইদা যুম্বানবগী পুন্সিদা খোঙদাখি। মৈদিংঙুচাসিনা ঈরাংলোন বাযেনবমচনু (মোইবাংথেম নিংঙোল) চাখা মবীং লোইখোম্বীগা হাযনা- শীঙনদুনা লুহোংখি। মহাক্কী যুম্বানবগী পুন্সিসিদা লীবি খোযবীনা পাল্লকপদা খৃঃ১৭২৭কী অদুাইদা মচা ঈবুংঙো অহন গৌবশ্যাম [মবাম্বা (খৃঃ১৭৫৩-৫৯,১৭৬২-৬৩)], খৃঃ ১৭২৯গী অদুবাইদা মচা ঈবুংঙো ভাগ্যচন্দ্র [চীঙথংখোম্বা (খৃঃ১৭৫৯ ৬২,১৭৬৩ ৯৮)] অমদি খৃঃ ১৭৩২গী অদুরাইদা মচাঈবুংঙো কৃষ্ণচন্দ্র পোকখিবর্ম্মী। অদুগা মৈদিংঙুচা শ্যামশাইনা খযোইবোন থোংবমচনু অমসু পানদুনা মচা ঈবুংঙো ভবানন্দ কৌবা অমসু পোকখি। অদুব্ মৈদিংঙুচাসিগী তাল্লোই অহনবী বাযেনবমচনুসিদি শক ১৬৬৩গী লমদাগী ১৬নি পানবা (খৃঃ১৭৪২গী এপ্রিলগী অঙনবা মতমগী) শগোলশেন নমিত্তা মনুং মতম চাদনা লাইগী খুযা তানখি [নংব্লাসদা,১০৫]।

## ধর্ম্মনিতিগী খোঙথাং

মৈদিংঙুচা শ্যামশাই খুবাইলাকপসি মপাঙ্গবুংঙো গবিবনবাজ মহৰজনা শাক্ত ধর্ম্মগী কালিকা দেবী লাৎপা লাইনীঙবু থাদোক্লুনা খৃঃ১৭১৫দা অহোম নিংথৌগী গুরুগা লোইননা বৈরাগ্য ৩৯ থোক্লকপদা যাওকপা গোপালদাস বৈরাগ্যদা গুরু ওইদুনা শক ১৬৩৯গী মেবাগী থাঙ্জিন (খৃ.১৭১৭গী ওক্তোববগী অহুমশুবা চযোন)দা নিমাৎ / নিমার্নান্দ (নিমানন্দ) ধর্ম্মদা দিক্ষা লৌবসিদা যাওদুনা মহাকসু ধর্ম্মসি চৎখি। মতমসিদা মহাক মশাগী চাহি ৭(তরেৎ) খক্তা ঙাইবিবনি। মৈত্রবাক্তগী গোপালদাস বৈবাগ্য গুরুনা মবৈপাক্তা খৃঃ১৭২০গী সেপ্তেম্ববগী অনিশুবা চযোন্দা চৎখবম্মী। গুরুসিনা মেখলীদেশ(মেক্লে / মনিপুব) থাদোক্লুনা চৎখিবসিদগী গুরুসিগা অহোম লৈপাক্তগী লাকমিন্নবগা লৈপাকসিদা খৃঃ১৭১৫দগী লৈবকপা অতোপ্পা বৈবাগ্য অমা (মহাকসু মথক্কী বৈবাগ্য ৩৯ থোক্লকপদুদা যাওবকপনি), মমিংনা শান্তিদাস গোষাই / গোষাঞী কৌবনা মহাক্কী মশাগী পুন্সি থাক বাংখৎহন্ননবগী হোৎননবগী খুদোংচাবা অমসুং তাঞ্জাচাবা ফংখিবম্মী। মহাক্লা কন্না হোৎনদুনা মনিপুববু হিন্দু বাজ্য অমা খৃঃ ১৭২৫গী এপ্রিল থাদগী ওইহনখি। মহাক্লা অমুকসু মৈদিংঙুদা কন্না তর্কশিন্দুনা মহাক্লা যোকখৎনীঙলিবা অমসুং শন্দোক্লিবা হিন্দু বৈষ্ণব ধর্ম্মগী

রামাৎ / রামান্দি সম্প্রদায় শক ১৬৫১গী ৱাকচিংগী থানীননোং (খৃঃ১৭৩০গী জনুৱারীগী অরোযবা চয়োনগী) য়ুমশকৈশদা লৌহনখি। অসুম্না মৈদিংঙু গরিবনৱাজ মহারাজনা অচানবা মনাই খরগা লোইননা রামান্দি ধর্ম্ম চৎখি। অদুবু লৈপাকসিগী অয়াম্বা মীয়াম্নদি হান্নগী নিমান্দি বৈষ্ণব ধর্ম্ম সম্প্রদায়দু চৎনরি।

মপাঙ্গবুংঙোনা বামান্দি ধর্ম্ম লৌখ্রবদসু শ্যামশাই খুবাইলাকপদি নিমান্দি ধর্ম্মদা লেপ্তুনা অদুম্মক লৈরি। রামান্দি বৈষ্ণব ধর্ম্ম সম্প্রদায়গী মরু ওইবা লাই অমা ওইরিবা রুদ্রাবতার হনুমানগী মূর্ত্তি লীংখত্তুনা [মথক্কীসিদা,৮৯ ] অমসুং লাইশঙ শাদুনা শঙ্গারগা [মথক্কীসিদা,৯০] লাৎলবদসু মৈদিংঙুচা শ্যামশাইনা রামান্দি ধর্ম্ম লৌখিদে। মৈদিংঙু গরিবনৱাজনা বামান্দি ধর্ম্মবু লৌহন্নবগী খোঙথাংদা নিমান্দি ধর্ম্ম চৎপশিংবু খৃঃ ১৭৩১ মে থাদা ৱাকোংহনখি [মথক্কীসিদা,৯২]। হাযবিবা ফাইন (Fine) তৌবসিদা মৈদিংঙুচা শ্যামশাইসু য়াওখি অমসুং ৱাকোংহনখিবশিংসিবু খৃঃ১৭৩৩তা অমুকসু লোই থাদুনা চৈবাক(দণ্ড) পীখি। হায়বিবশিংসিগী ঈ- পাউদি:-

> **........চিরোম ওম্বগী কুম শক ১৬৫৩ শজিবু থা.......১৭নি লৈপাকপোকপ (খৃঃ১৭৩১গী মেগী ১বা চয়োন)দা নিমান্তি (নিমান্দি) চৎপা খিপিক ৱাকোংহন- এ [মথক্কীসিদা,৯২]।........**
>
> **.........সাইখোম লুৱাংগী কুম শক ১৬৫৫...........ঈঙেন থা......১৭নি [খৃঃ১৭৩৩গী আগষ্টকী ১বা চয়োনগী] নিংথৌকাবা ইবুংঙো শ্যামশাই অহনবনে নিংথেম মনাউ মনুশাইনে ২মনচিংনা মীৱাকোংবা খিবিকপু পন খুদিংদা থা- এ [ মথক্কীসিদা,৯৩ ]।**

অসিনি। মথক্কী ৱাফমশিংসিদা মিযেং থমদুনা যেংলকপদা মৈদিংঙুচা শ্যামশাইসি নিমান্দি ধর্ম্মসিদগী হোংদনা লৈ,বামান্দি ধর্ম্ম খক লৌখিদে। অদুবু চীনবুঙ- ৱাবীদা মখল - মখা অয়াম্বা তোকঙা শন্দোক্তুনা লৈ অমসুং শ্যামশাইবু বামগী ভক্ত অমসুং হনুমানজীগী সাধক ওইহল্লি। হংলুবগা ৱাবিনি হায়।

## ৱাজনিতিগী খোঙফমদা

মৈদিংঙুচা শ্যামশাই খুরাইলাকপগী রাজনিতিগী খোঙথাংসি মহাক্না খুরাইরাকপা ওইবা খৃঃ১৭২৬কী অদুৱাইদগী হৌখ্রে। অদুবু থোইদোক্না মীমাঙ থোকপা থবক থৌরম পায়খিবগী ঈ- পাউদি ধর্ম্মনিতি পরীংদগী রাজনিতিনা ৱাকোঙবা অমসুং লোইথাবগী খৃঃ ১৭৩৩দা চৈরাক পীবা / ফংবসিনা অহৌবা ৱাফম ওই। অদুবু থৌনা ফবশিংগী মথৌনা, তৌবা ঙম্বশিংগী মতীক অমসুং অকন- অথৌশিংগী লান- পাম্বগী মচৎপু খক লোৎশিন্দুনা থম্বা য়াদে। অদুগা শ্যামশাই খুরাইলাকপনা নিংথৌমচা অমা ওইনা লৈঙাক্লোনগী থৌদাংদা শাচৎ- লানচৎপা হায়বসিদি থাদোকপা য়াদ্রবা মথৌনি। মরম

অসিনা মহাক অহানবা ওইনা মতমদুগী কন- থৌবা মখুবা ঈবুংঙো খমলাং পামশাবা ৱাংখৈবাকপগা লোইননা খৃঃ১৭৩৫দা নোংপোকলোমদা লৈবা কবুই চীঙমীখুন লোঙ্গাপাইদা লান্দাবা চৎখি অমসুং মায পাক্লা হল্লকখি [মথক্কীসিদা,৯৫]। হাযবিবা লান্দাসিগী মতুংদা মৈদিংঙুচাসি মতমদুগী অকন- অথৌ অমা ওইবিবা অমসুং ধর্ম্মগী পবমদসু লৈপাক পুম্নমক্কী গুরু ওইবিবা শান্তিদাস মহন্তগা লোইননা খৃঃ১৭৩৭ ৩৮গী লোননবদা অবা (বর্মা / ম্যান্মাব) লৈপাক্তা লান্দাকনবা চৎখি। অদুগা অৱা লৈপাক্তা লানশঙ শাবগা থা অহুমলোম লাল্লক্কী লানবন লানশঙ মনুংদা লেনখিবম্মী। হাযবির্বসিগী বাবোন্দি:

> **.....ক্ষেত্রি গোবর্দ্ধনগী কুম শক ১৬৫৯....পোইনু থা ১১নি (খৃঃ ১৭৩৭কী ডিসেম্ববগী অবোয়বা চয়োনগী) লৈপাকপোকপদা গুরুগা ইবুংঙো শ্যামশাইগা ২মনচিংনা অৱা নাবা চৎএ।।......ৱাকচিং থা ৭নি থাঙজদা মচিংদা ঔৱা তেঙ্গোন চাইখায়বগী লান অচঙবা ২০ ফাযএ, অশিবা ৩২৭ ফায়এ।। ১০নি (জানুৱাবীগী ২শুবা চয়োন) লৈপাকপোকপদা ঔৱানা ফনসে হায়বা গুরুনা পাউ শীবকএ।। ১৭নি যুমশকৈশদা পানা ৪মগী লৌমীনা পনশা তান্না চেঙ হোনচিনএ।। .........ফাইবেন থা .......৬নি লংমাইচীঙদা নিংথেম ঔৱা নাবা চৎএ।। ......লমতা থা ১৪নি (মার্চকী অনিশুবা চয়োন লোয়বমদায়) যুমশকৈশদা গুরুসুং নিংথেমসুং থংবিচ্রৌদা থুংলয়ে।। নোংমতা (মথংগী নুমিৎতা) যুমফানতা থুংলা- এ [মথক্কীসিদা,৯৮]।**

অর্সিনি। অসুম্ন মৈদংঙুচাসিনা বাজনিতিগী খোঙফমদা অহকপা থৌগায অমসুং থৌন্দাং লৌবা হৌবকখি। অদুগা মথংগী চহি খৃঃ১৭৩৮সিদা ঔৱা / অৱাশিংনা অমুক হন্না মৈতৈ নিংথৌগী লৈঙাক্লোনগী মপাঙ্গনবু শীঙনবকপদগী চহিসিগী ডিসেম্বব থাগী অবোযবা চযোন্দা অৱাশিংবু নমথকনবা শান্তিদাস গুরুগা লোইননা চৎখিবম্মী [মথক্কীসিদা,৯৯]। অদুগা থা অমগা মখাযবোম অৱা লান্দা খোঙচৎ অমসুং লানফম- লানশঙদা লৈরুবগা খৃঃ১৭৩৯গী ফেব্রুৱাবীগী অনিশুবা চযোন্দা ইম্ফালদা থুংলখি [মথক্কীসিদা,৯৯]।

মৈদিংঙুচা শ্যামশাই খুবাইলাকপগী বাজনিতিগী পুন্সিদা খৃঃ১৭৩৯গী চহিসিদগী হৌনা অমঙবা নোংগী মপৈশিংনা পাইবা হৌবকখিবগুম তৌই। কন- থৌ-না, মথৌ মশক খঙনা অমসুং মমা লৈপাক্কীদমক্তা খন্দুনা চঙশিল্লক্লিবা মহাক্কী লৈঙাক- লৈকন, লান্দা- লানচৎনচিংবসি, শামু বারুম পুবী, লমন খুম্নবগী যেংথীববু নাইনু

কিশি কিদুনা খোয়জী খাদা লোননা পুরিবী ৱায়েনবম চনু পাইখুলান্থৃবী, গোমতী মহারানী মিংখৈনবী, সনাহল শামৈরাং পোকপীগী মিৎ নারবা থৌদৌশিং ওইরকখি। হায়রিবী লৈমসিনা মৈদিংঙুনা খ্বাইদগী হেন্না খোয়জঙ- খোয়দাবী, মৈদিংঙু গরিবনৱাজগী মপারী মঙা শাৎপীনিনা মশাগী খুদোংচাবা মতম, মফম অমসুং তাঞ্জা- মেঞ্জা য়েংদুনা লাকচবীখিবগী লমন খুম্লনবা, মংশৎ তান্নবগীদমক্তা শীঙচেপ থাবা হৌরকখি। মহাক্না মৈদিংঙুগী মফমদা মহাক্না পোকচবা মচা সনাহনগীমদক্তা নিংথৌ ফম্বাল নীবকখি। পানবা কৈরেন মচানা পীক্লিঙৈদা শঙ্গোম থক্লম্লবসু কাংদোং ফারক্লবদি য়াওবৌ শাহিং চারকই। ঈমুং- মনুংগী মৈশা লাংলকপসিনা মৈদিংঙু ময়াম্না গবিবনিৱাজ পোথাফম খঙদনা লেল্লকখি। অৱাগী লানফম কয়া মায় পাক্লবসু, মপাবুং ঈবুংঙোনা শীন্নবম্বা মচন্ চক্পা মখাউ ঙম্বীগী লমন খুল্লবসু অমসুং অৱাগী কংলৈ, কংলৈ- মচা, খুঞ্জাও অমদি খুঙ্গং কয়া থুগায়- চাযখাযববসু মৈদিংঙুদা নুংঙাইবা পোকখিদে। মরম অসিনা বাখন্দা চরাংনবিবা, পুক্রিঙদা নুংনাংলিবা অমসুং থম্মোইদা নুংওৎননা নুংঙাইত্রিবা পুম্নমকসিদগী ঙাইহাক ঙাইহাক ৱাখল থৈদোক্লবা য়ুম থাদোক্তুনা লমলঙ্গা নোংলেল্লুনবগী পুন্সি খোঙথাং লৌখৎলকখি। প্রমার্থ ধর্ম্ম লৌব [মথক্কীসিদা, ৯৯]গী মিংদা / নামাদা লৈশাংহিদেন মপানগী লংথাবান (লং থাবা / থাকপা মপান / মনাক)গী অৱাং- নোংপোক ঈথং থংবা চীঙদুম মথক্তা চহিসিদগী রামশালা(রাম লাইনীঙশঙ) লীংখৎখি। মবক মবক্তা অচীকপা মফম থিদুনা নোংমাইজীঙগী শামুকোক চীঙয়াগী লফুপোকপীদসু লাইনীঙ হীবী কোনফম, অৱাং কোবৌ লনশাকোনবু শেমদুনা তপস্যা মিতম লাক্তুনা ধ্যান তৌদুনা লেল্লকখি।

মৈদিংঙুচা শ্যামশাই খুরাইলাকপনা মৈত্রবাক্কী রাজনীতিগী চুপন্না পার্যবিবা মৈতৈ নিংথৌগী ওইরক্লিবা ফিবমসিদা মিৎযেং থমদুনা য়েংলকখি। শাদানবদা শা হাৎপগী হলেংদ্রবা, লান্দা- লানজঙদা মী হাৎপগী তুজুংদ্রবা নিংথৌদুনা ঙসিগী উমং- ৱামংগী লাইনীঙবা, জঙ্গল- বনগী উখোঙ ৱাখোঙগী খাঙপোকশঙদা যাতাবা সাধু- সন্ন্যাসী ওইরকপসিদা পুক্নীঙ থমদুনা ওইহল্লক্লিবসিগী মরম থিরকখি। মৈবু ফিনা কুপ্লুনা থম্বা যাদবনা মৈদিংঙুচা শ্যামশাইনা মৈদিংঙুগী ওইরক্লিবা ফিবমশিংগী মবম খঙলকখি। মহাক্কী হাক্তন্নবদা অহল মতম ওইশিল্লক্লবা মপা ঈবুংঙোনা লৈমরেনগী তকশিন্দুনা নীরক্লিবা নিংথৌ- ফম্বালগী "ভিক্ষা" অদুদা মচানুপা অহনগী হক মৎনীঙদবা, রাজনিতি, ধর্ম্মনিতি অমসুং সমাজনিতিগী অচুম্বা ৱায়েনগী ৱারেপ লৌবা পাম্বা নিংথৌদুনা অচুম্বা ৱায়েনগী মায়য়োক্তা পোৎনী- থৌনীগী পাউখুম পীঙমদবনা ঙাওচৎননা কনাদসু খঙহন্দনা পুন্সি লেল্লিবা

মপাবুংগী মতৌবু মৈদিংঙুচা শ্যামশাই খুবাইলাকপনা খঙলকখি। হিংলিঙৈদা ঙাইহাক মীথক থোংবা,শিবগী চৎখিবদা পুবা যাবোযদবা নিংথৌ ফম্বাল,শিখিবা নুমিত্তুদা লোয়খিগদবা নিংথৌ ওইবগী নুংঙাইবা, অদুবু মহাক্কী হকনা কনবগীদমক্তা স্বর্গদগী হেন্না ৱাংনা ঈবাৎনগদবা মপা ঈবুংঙোনা মহাক্কী মবমগীদমক্তা ঙাওচৎননা অচীকপা থিদুনা পুন্সিগী শিবা ঙাইবিবদুনা মহাক্কী ৱাখন্দা মমি তাবক্লবদা নিংথৌ মচাশিংনা কল্লক- মিহৌনরবা নিংথৌ ফম্বালদু মৈদিংঙুচা শ্যামশাইগী মফমদদি তীংখং- তুম্বৌনা শাবা, অমুকসু মৈনা যোম্বা ফম্ফম অমা ওইনা খল্লম্খি। "মদুনা অতোপ্পগী থৱাইবু ৱাহন্নবগী মবম ওইববদি মদুবু থাদোকপা তাই, হাযবা ৱাখলসি পুদুনা মৈদিংঙুচা শ্যামশাইনা মপাঈবুংঙোগী লাইনীংকোন বামশালাদা লাকখিবম্মী। মপাঈবুংঙোগা উন্নদুনা মহাক্কী থম্মোইদা লৈবা ৱাবমগী অশেংবা ৱাফমদু হঙ্গৎচখি" "মহাক নিংথৌ ফম্বাল পামজদে, মচা ওইবশিংনা পামজবা মপা- মমাগী নুংশিবদা পলেম মমা লৈদুনসু পম্থৌ মপাগী নুংশিবদু পামজৈ, মদুখক্তা পীবীযু,নিংথৌ ফম্বাল পীবীগনু, ঙাসদগী মৈতৈ নিংথৌগী ফম্বাল থাদোকচববনি"- হাযনা শৰী নামুং শোন্দুনা মশাগী হক মপাঈবুংঙোদা কখোকখি। মচাঈবুংঙো শ্যামশাইগী অসিগুম্বা থৌদৌসিনা মৈদিংঙু গবিবনৱাজবু "কবিনুংগী তৌজকববনো" হাযনা থম্মোইদা ওমদুনদি চাকহল্লি, অদুবু মচাঈবুংঙোগীদমক চাওথোকচবদুনা মহাকপু নুংঙাইবদি নুংঙাইহল্লি। তশেংনমক, শ্যামশাই খুবাইলাকপা মপাঈবুংঙোসিগী মতীক চাববা মচা অনিগী মনুংদ হেন্দোক থোইদোক্লা মপা নীওবা নিংথৌমচানি।

মচাঈবুংঙো শ্যামশাইগী কখোকপগী লমচৎ অসিনা হৈনীঙলুদ্রবা মপাঈবুংঙো গবিবনৱাজবু নৌহৌননা পুক্লীঙ থৌগৎখি। গোমতী বানীগী মফমদা মচাঈবুংঙো শ্যামশাইগীদমক্তা চাওথোকচবগা লোইননা শেন তাঙগা ফৈকক ৫০০০(লীশীঙ মঙা) কৈথেন্দা চাযখি। অদুগা শক ১৬৬২গী পোইন্নু থা (খৃঃ১৭৪০- ৪১গী ডিসেম্বব জানুৱাৰী) দা অবা লান্দানবগী ৱাফম লৌখৎলগা চহিসিগী ৱাকচীঙগী নিনি পানবদা অৱাদা লান্দাকনবা খোঙশানখি [মথক্কীসিদা,১০৩]। মৈদিংঙুসিনা অৱা লৈপাক্তা লান্দার্বাস লান্দা- লান্দাকবিবা মফমশিংদু লোই চন্দুনা তঙ তাবা লৈঙাকপা হাপুনা পানহনবা অমসুং চহিগী লোইপোৎ কাহন্দুনা মখা পোনহনবগী থৌদৌদু নত্তে। চহি চহিগী লান্দাদুনা লানলোক পোৎ (War booty) খোম্বা অমসুং লৈবম্বা লীংখৎলম্বা কংলৈ,খুঙ্গংনচিংবদু নৈখায়দুনা মাঙহনবগী মচৎ- মতৌসিনি। মহাক্না অৱাদা চহি থংন- থংননা খৃঃ১৭৩৮- ৩৯দগী ১৭৪৪- ৪৫ ফাওবদা লান্দাদুনা মেদু,ডবায়েন, মৎসেম (Myedu,

Dabayen,Matsem) নচিংবা সহর / কংলৈশিং, অতৈ খুঙ্গংশিং মাঙহন- তাকহনবসিদগী মহাকপু অৱাশিংগী অকিবী (Threat of the Burmese) ওইনা মিংথোন্নে। হায়রিবসিগী মমাঙদসু খৃঃ১৭২৫,১৭৩৫ অমসুং১৭৩৭তসু চহি কান্ননা লান্দাখ্রিবনি। অদুবু খৃঃ১৭৪০-৪১গী লান্দাসিদদি অৱাশিংগা মনিপুর তম্পাক্কী নোংপোক্লোমদা অমসুং অৱাগী লমখৈ মনুংদা লৈরিবা মরিং চীঙমীশিংগা অৱাগা লৌতুনখিবদগী অৱাশিংনা লানফমদগী চেনখ্রগা [মথক্কসিদা,১০৩] মরিং অমসুং তরাউ চীঙমীশিংনা মৈতৈ তমপাক্তা লান্দরকখি অমসুং মৈতৈনা অৱাদগী হল্লকপগী লম্বীদা থত্তুনা লান্দাশিল্লগা মৈতৈগী লম্বী থিংখি। অদুবু মৈদিংঙুনা লম্বী কোয়থোক্তুনা অনাল লম্বীরোমদা লাক্তুনা তম্পাক্তা থুংলখি। মৈদিংঙুসিগী অৱাদা লান্দাবগী খোঙচৎসিদা মৈদিংঙুচা শ্যামশাইসি মপা ঈবুংঙোগী থৌগল ইল্লিবনি। মৈদিংঙুচাসি মপাঈবুংঙোদা মশাগী হক অমসুং মৈত্রবাক্কী নিংথৌ- ফম্বাল লানথোকখিবা নুমিৎসিদগী মপাঈবুংঙোদা থৱাই- হকচাংসু কথোক্তুনা ময়ুম - মবানয়ায়দা হন্দনা মপাঈবুংঙোনা লৈবা মফমদা লৈখ্রবনি,চৎপা মফমদা তুংইনখ্রবনি অমসুং মতম পুন্নমক্তা মমিগুম লোইনখ্রবনি। অদুবু মবিংশিংনা লাকচখিবা,তম্পাক্তা লান্দাদুনা পল্লেন,লাংঙথেন,ককচিঙ অমসুং হৈরোক খুঙ্গং ৪ মৈ থাদুনা চায়খায়রম্বসিগী লমন খুন্ননবা মতোনশী ঈবুংঙো মন্ত্রী(খমলাং পামশাবা সেনাপতি, ৱাংখৈবাকপা) গা লোইননা মরিং খুঙ্গংশিংদা লান্দাবা চৎখি। মসিগী ঈ- পাউদি:-

> ..... মোইরাং কোইরেংগী কুম শক ১৬৬২...লমতা থা.....২৩নি (খৃঃ১৭৪১গী মার্চকী অনিশুবা চয়োনগী) ঈৱাইদা মন্ত্রিনচিংনা খুরাইরাকপা সনাহন্নচিংনা লৈপাক অয়াম্বা মরিং নাবা শানএ [মথক্কসিদা,১০৪]।।

অসিনি। মবিংশিংবু নমথরবা মতুংদা মৈতৈ লৈপাক্কী লাম্মীশিং, অঙম- অথৌশিং অমসুং মৈদিংঙচা শ্যামশাই খুরাইলাকপা তেক্ত- কায়দনা হল্লকখি [মথক্কসিদা,১০৪]।

মৈদিংঙু গরিবনৱাজদা নিংথৌ সিংহাসন ফমজররোয়, নিংথৌ ওইজররোয় হায়না কথোকখ্রবা মতুংদা শ্যামশাইনা মপাঈবুংঙোগী থৌগল থাদোক্তনা লৈরিঙৈসিদা লৈপাক মনুংগী চাওখৎ- থৌরাংদা মহাকসি পুক্নীঙ চঙদুনা লৈরি। মতমসিদা তাৎ নত্তনা তাৎ তৌবা অৱাশিংগী মমু য়েথেক্লবা মখোয়গী লৈপাক মনুংদা লানফম লানশঙ শাদুনা লৈরগা মতম তাঞ্জা চাবদা খুদোংচাবা য়েংদুনা অৱাবু নৈখায়নবগী থৌরাংদা

মৈদিংঙুগী থৌশীন ইন্না গুরু শান্তিদাস গোষামীনা খৃঃ১৭৪৪ চঙলকপদগী অৱাদা মৈতৈগী লানশঙ লীংখত্তুনা তেঙ্গোল ঙাক্তুনা লৈখি। মসিগী ঈ- পাউদি:

> **.......কোমোন লমজাগী কুম শক ১৬৬৫.......পোইনু থা ......থানীন (খৃঃ১৭৪৪গী জানুৱাবীগী ১বা চয়োনগী)নোং লংমাইজীঙদা গুরুনা অৱা নাবা যাত্রা তৌএ।।.......ৱাকচীং থাদি লৈপাকপোকপনা হল্লে। অদু নুমিত্তা গুরুনা অৱা নাবা শানএ[মথক্কসিদা,১০৮-০৯]।**

অসিনি। অদুগা খৃঃ১৭৪৪গী জানুবাবী থাসিদগী লৈখিবসিনা চহিসিগী জুলাইগী অনিশুবা চযোন্দা লানফম খুদোংথীনীঙঙাই নত্রগা লানশঙ ঙাক্লিবগী অনাবা নঙবা,অবাবা তাবা অমগী পাউ পুদুনা তেনশুবম খোম্বা ঔবাদগী থোক্লক্তুনা ইম্ফালদা থুংলখি[মথক্কসিদা,১০৯ ১১০]। পাউ অসিদগী লৈপাক্কী অঙম অগৌশিং খন্নবগা মথৌ তাবা থবক পুম্নমক পাংথোক্লবা ঙমগদবা মী থাদুনা তেংবাংলুনবা বাফম পুখৎনবকপদা মৈদিংঙুচা শ্যামশাই খুবাইলাকপপু খন্দুনা মপাবুংগী সেবা মতম খব থাপতোক্লবা হাযনবর্কখি। মবম অসিনা শ্যামশাই খৃবাইবাকপনা তেনশুবম খোম্বনা থুংলবা মতুং নুমিৎ ৯(মাপন)নি লৈবগা অৱাগী মৈতৈ লানশঙদা চংনবা খোঙশার্নখি[মথক্কসিদা,১১০]। মাযকৈ অমবোমদা অবাশিংনা মখোযগী নিংথৌ দিপাতিগীদমক্তা মৈতৈ নিংথৌগী মচানুপী অমা পীযু হাযদনা অবা নিংথৌগী মংত্রা শাগৈগা মা 'অঙম্বা নন্দশবানা লুচিংদুনা ইম্ফালদা' চহিসিগী ওক্তোববগী অনিশুবা চযোন্দা থুংলখি।

মৈদিংঙুচা শ্যামশাইনা অবাগী লমদা লৈবিবা মৈতৈগী লানশঙদা খৃঃ১৭৪৪গী জুলাইগী অহুমশুবা চযোন্দা থুংলবা মতমদি লানবন শাবিবা মফমদুগী ঈশিং- নোংশিৎ ফত্তবা, অঈং-অশা ওন্নবনচিংবদগী মৈতৈ লান্মীশিংগী অনা- অযেক কযামকম থেংনবগুম তৌখি। শাবিবা মৈতৈগী লানশঙশিংসি অৱাশিংগী কোনুং অৱা (Ava) সহবদা লান্দাবা যানবা,মসিগী নোংচুপ থংবা মাযকৈগী খুদোংচাবা মফম অমদা শাবমগদবা মাল্লি। মবম অদুনা অৱা লান্মীশিংনা লোননা লোননা লাক্লগা মৈতৈগী মথক্তা লান্দাদুনা হেক-হেক চাযনববগদবা মাল্লি। শ্যামশাই খুবাইলাকপনা খৃঃ১৭৪৪গী জুলাইদগী লৈবকর্পসিনা চহিসিগী ডিসেম্বব থাগী অনিশুবা চযোন ফাওবসিদা মৈতৈগী লানবনসিগী লাঞ্জিং-পুবেন ওইদুনা লানশঙ লীংখৎলম্বা অমদি লানবর্নসিবু ঙাক্লবা মহাপুরুষ শান্তিদাস গোষামী নোঙ্গাখি অমসুং মহাক্কী শৱা লুৱাংথৌ(অস্তি) পুদুনা মৈদিংঙুচা শ্যামশাই খুবাই লাকপা ইম্ফালদা থুংলখি। হাযবিবসিগী ৱাবোন্দি:-

**.......থাঙ্গা তখেনগী কুম শক ১৬৬৬........ঈংঙা থা........২৫নি ঈরাইদা তেনশুবম খোম্বা ঔৱাদগী থুংলৈএ।। (অনিশুবা) ঈংঙা থা ৪নি লংমাইচীঙদা শ্যামশাই ঔবা চঙবা শানএ।।.......হিয়াঙ্গৈ থা.............২৭নি (খৃঃ১৭৪৪গী ডিসেম্বরগী অনিশুবা চয়োনগী) লৈপাকপোকপদা ঔৱাদা মহাপুরুষ লিলা ওইখিএ (নোংকায়ে)। থাশি নোং ঈরাইদা ঔৱাদগী শ্যামশাই থুংলৈএ। পোইনু থা......১১নি লৈপাকপোকপা শীজ গুরু ওংবীনা গঙ্গা ঈরুপ্পা চঙখিএ।। ১২নি য়ুমশকৈশ দাকৃপারা মময়াং চঙখি এ । [মথক্কসিদা,১০৯,১১০,১১১]।**

অসিসিংসিনি। অসুম্না শ্যামশাই খুবাইলাকপনা লৈপাক্কী চিবৱা মতমদা মবৈপাক্কীদমক্তা লাঞ্জঙখিবশিংগী মতেং পাংখি অমসুং মপাবুংগীদমক্তা লৌফম থোকপা থৌদাংদু লৌখি। অদুবু চহিসিগী মতুংদগাদি মীচঙ লৈত্রবা, মকপ- মপাং কাযনখ্রবা অমসুং মবোই- মনাউ লৈত্রগুম লৈপাকসিগী রাজনিতিগী যাওলশিংদা কুম্মৈ যেংবা নত্রনা থৌগায অমতা লৌখবা অমদি থৌদাং অমতা যাখদবগুম তৌবে। মহক্কা লৈপাক থৌদাং লৌদনা মীমাঙ থোক্কগা অমসুং মীথক থোংলক্কগা কনাগুম্বা- কনাগুম্বা খবগা মম্মিত্তা চকচেং মশা পানবীনা পাইশিন্দনা মিংথুপ্পগুম থোকপা যাওবকপদগী মখোযগী পেন্ননবা মপাঙ্গৈবুংঙোগা ...ঙহৈনবগীদমক্তা মপাঙ্গৈবুংঙোগা থৌগলখক্তা তৌদনা পুন্সি লের্নখিবগুম লৌখ্রে।

## অর্থনৈতিক্কী খোঙচক্ত।

মৌদংগুচা শ্যামশাই খুবাইবাকপা মৈতৈ নিংথৌ মচা ওইবনা মহাক্কী মতীক ওকপা মবন- মথম লৈতে। সমবেমদা অমুক মহাক্কা খুবাইলাকপা ওইবকপদগী মহাক্কী কংলা লৌনম ওইনা মহাক্কী কৈকার্নবিবা (কৈদা ফৌনাচিংবা কাবিবা / তম্লিবা) খুঙ্গংশিং যেনবা ফিরোয, যেনপোৎ মৈখু, রাইবা সাজেল্লম, থোঙ্গ্রাইবী, মাকাতং, পোইবৌ হামলৌনচিংবা লৈবনা চাবা থকপদগী লেম- পানা লৈজবান। অদুবু মহাক্কা লৈপাক্কী ওইবা শেন্দান শেনচৎকি লমদাং লৌখৎখিবা খবদি:-

**১).....থিংবাইজম কারুগী কুম শক ১৬৬০ শজিবু থা......১০নি (খৃঃ১৭৩৮গীএপ্রিলগী অবোয়বা চয়োনগী) লংমাইজীংদা ঈবুংঙো শ্যামশাইনা কারোংদা থুমখোং হুকপা চৎএ[মথক্কসিদা,৯৭]।**

**২)......বামোন গঙ্গারামগী কুমদি শক ১৬৫৮.......লমদা থা............২২নি (খৃঃ১৭৩০গী এপ্রিলগী ১বা চয়োনগী)**

**থাঙজদা গুরুনে খুরাইলাকপা সনা অহন্নে ২মনা মোইরাংদা শামু তানবা চৎএ। শামু ১১ ফাএ[মথক্কসিদা,৯৭]।**

**৩)......কোমোন লমজাগী কুম শক ১৬৬৫........হিয়াঙ্গৈ ২০নি (খৃঃ১৭৪৩গী ডিসেম্বরগী অহানবা চয়োনগী) য়ুমশকৈশদা মাহন্না তুপান্তা (তুপুন্দা) হিয়াঙ চিংবা চৎএ[মথক্কসিদা,১০৮]।**

অসিনচিংবনি। অদুগা মৈদিংঙুচাসিগী মযুম শঙ্গাই খৃঃ১৭৪০গী ওক্তোবর থাদা মৈহৌদুনা চাকখি [মথক্কসিদা, ১০৩]। মসি অমুক হন্না শানবগী উয়ান-ৱায়ানবগী থবক্কুসু মৈদিংঙুচাসিনা তৌখি।

## পুন্সিগী অরোয়বা খোঙচৎ

শ্যামশাই খুবাইলাকপনা মশাগী হক কখোক্কুনা মপাঙ্গবুংঙোগী পেন্নবা তৌখিবসিনা মৈদিংঙু গবিবনৱাজ মহাবাজনা মনীঙ তৌনা নিংথৌ ফম্বাল মেনখোম্বা চিংশাইদা খৃঃ১৭৪৮গী মেগী অবোযবা চযোন্দা পীবা ৬র্মখি। মৈদিংঙুনা ফম্বাল শীন্নথোক্লল্লগা কংলা কোনুংদগী যুম পুমহোং হোংদোক্লুনা মমাঙদা শেমখ্রবা লৈশাং হিদেন মপানগী লংথাবান চাঁঙদুমগী বামশালাদা অমসং অপোং ঈংখোলগী বামশালাদা লৈখি। শ্যামশাই খুবাইলাকপসু বামশালাসিদা মমা মহাবানীগা লোইন্না মপাকুংগী থৌগল তৌদুনা লৈরম্মী। মৈদিংঙু গবিবনৱাজ মহাবাজনা পোকচবা মচানুপা অহননা পাদোন লমলান্দবা মচাগুম মতু ঈপোন পোননা মহাক্কী মনাক্তা লৈবদু উবগ মচীন্দা "বাম শ্রীবাম" শোল্লি, হাযবসি মখৈ লৈবগা থম্মোইনুংদদি লমদ থান্দা চাকপা লম্মৈগী মাযকৈ শীন- থুংনা চাকপগী মৈচাক্কুনা চাকখৎলক্লি অমসুং মিৎকুপ খুদিংগী মৈশা হেনগৎলকপগুম তৌবক্লি। মবম অসিনা চীনবান্দি মকা ফোংদনা শ্রীবামচন্দ্রগী বামবাজা অমা লৈহন্নবা লাইনীঙখিবগুম তৌদুনা কোবৌ লনশানা হীবী কোনগে খনবনা ভজন তৌফম, ধ্যান তৌবা যাবা মফম খল্লকখি। অদুগা মৈদিংঙুসিগী থৌগলদা মথম্মোয কৎনা তৌজবক্লবা মোইবাং যুমথংবা / লনহাম্বা কত্বান ( Chief of City/Town Police)ওইবম্বনা বামনগব(চাওবাক্কা খৃঃ১৭৪৭তা হৈঙাংগী হনচীঙগী নোংচুপ থংবা লমদা শেমখিবাদা কোনুং মফম মহাবাজগী শঙ্গায শানবা যাথং পীদুনা চহিসিগী জুনগী অহুমশুবা চযোন্দগী শাগৎখি। অসুন্না শেম-শাবা পুন্নমকসি লোযবগা গবিবনৱাজ মহাবাজনা শ্যামশাইগা লোইননা বামনগবগী কোনুংসিদা খৃঃ১৭৪৯গী এপ্রিলগী অবোযবা চযোন্দা হোংজিন্দুনা পানখি। মৈদিংঙু চিংশাইনা কংলাদা পানবা অমসুং গবিবনৱাজ

মহারাজনা হৈঙাংগী রামনগর কোনুংদা পানবা অসিনা মৈত্রবাক্তা নিংথৌ অনি পানবগী তাঞ্জা / মতম অদু ওইখিরম্মী।

শ্যামশাই খুরাইলাকপনা থৌগল তৌদুনা মৈদিংঙু গরিবনৱাজনা রামনগরদা পাল্লকপসিদা মমা শামাঙ খৌশাবী, শাতুং শাথৌবী শায়ায শাৱাইনা লৌওনবীগী মচা তরুক্তুনা কৈদৌজবা ঙমখিদে, অদুবু ৱাকম কিশি কিবদি লেপখিদে। অসুম্না থা তকুক্লোম হৈঙাং রামনগরদা পাল্লক্লবদা মাঙগী লমদাং অমদা খৃঃ১৭৪৫দা অৱানা লৈমা নীরবৈঁদা মৈদিংঙুগী মমোম লৈত্রবনা মৈদিংঙুগী মনাউ ৱাংখৈরাকপা খমলাংপামশাবা সেনাপতি, মন্ত্রিগী মমোম ৱাংঙমলোন সত্যমালাবু মমোম শকনা অৱা নিংথৌ দিপাতিদা থাজখিববু লুহোং- খোঙদোং মতম ওইরক্লবগী মৈদিংঙু গবিবনৱাজনা মমোমবু বামনগর কোনুংদগী শক ১৬৭১গী হিয়াঙ্গৈগী থা অহননোং (খৃঃ১৭৪৯গী নবেম্বরগী অনিশুবা চয়োন)দা অৱা কোনুংদা থিনবীখিবম্মী। হায়বিবা খোঙচৎসিদা মৈদিংঙুচা শ্যামশাই খুবাইলাকপনা মপাঙ্গৈবুংঙোগী থৌগন ইল্লম্মী। মমোম সত্যমালাবু অৱা নিংথৌদা শীন্নবম্লগা মৈত্রবাক্তা হন্ননবগী থৌবাং তৌবকপদা মৈদিংঙুচা শ্যামশাইদি মমা লৌওন লৌদ্রাউবীগী মচাশিংগী লমচৎ- ব্যবহাবদু মখা তানা উজনীঙদ্রদুনা মনিপুবদা থোকচবরোয় হাযদুনা অবাদা লৈহৌখি। মসিগী ঈ- পাউদি:

> ......**মোইফেংবা মাইতেক্কী কুম শক ১৬৭১.....হিয়াঙ্গৈ থা নিংথৌকাবা হনএ।। মহারাজনা রামনগরদগী মনাও ঈবুংঙো ৱ াংখৈরাকপা মচা শীজ অৱা লৈমা থিনবা চৎলে। মচাঙ্গৈবুংঙো শ্যামশাইদি অৱাদা লৈরৌএ [মথক্কসিদা,১১৯]**।।.....

অসিনি। মৈদিংঙুচা শ্যামশাইনা অৱা কোনুংদা লৈহৌবগা মৈদিংঙু গবিবনৱাজনা মৈত্রবাকলোমদা থোক্লক্তুনা ম্যেদু (Myedu) সহব য়ৌরক্লবদা অৱাশিংনা মখোযনা লাকশিনবা অমসুং লাক্ল- ফানবা ঙমদ্রবা "কোই" (KAYA or KA-YAY, a section of KARENG) কৌবা মী- কাংলুপ্তু লাকশিনবীরম্মু হায়না হাযজবদুনা মৈদিংঙু গরিবনবাজনা অৱা কোনুংদা অমুক হন্দুনা অৱা লান্মী পুরগা কারেঙগী ফুরুপ্তুগী মথক্তা লান্দাখি। লান্দাসিদা শ্যামশাই খুরাইলাকপদা নত্তনা মৈদিংঙুগী থৌগন ইনবা মৈতৈশিং পুম্নমক লান চৎখি অমসুং লানফমদুদা বামোন গঙ্গাবাম অমসুং শৌগ্রাকপম অকোঙ অনিদি মৈদিংঙুগী মমাঙদা "কোই" অথৌবশিংগা লান য়ান্ননদুনা শিহৌখি [মথক্কসিদা,১১৯]। অদুগা মৈদিংঙু গরিবনৱাজদি মচাঙ্গৈবুংঙো শ্যামশাইনচিংবা লানঙমদুনা কোই লানফা কয়ামরুমগা লোইননা অৱা কোনুংদা হল্লক্লগা অৱা নিংথৌদা শীন্নরমখি।

মৈদিংঙু গরিবনৱাজনা কোই জাতি লাকশিল্লবা মতুংদা অৱা কোনুংদগী মৈত্রবাক্তা থোক্লক্কুনা কংলাদা থুংলখি [মথক্কসিদা, ১২০]। অদুবু শ্যামশাই খুবাইলাকপদি মতমসিদা অৱাদা লৈহৌবম্মী। মবম অসিনা নিংথৌ ফম্বালগীদমক্তা মিকাববশিংদুগী ৱাখল খবমখৈদি ঈংলম্মী। অদুগা মমা শাবৌ লৌওনবীগী পান্দমদি শ্যামশাই খুরাইলাকপা নত্তে, অদুবু মহাক্কী থম্মোইনুংগী বাকম, মহাক্কী মপুকথোক্কী মচাশিং নত্তনা অতৈনা খঙখিবদি যাদ্রি, মবমদি কুইনা মশা ফাওবা কখোক্কুনা পুবক্কবা থম্মোইগী থকম মীতোপ পাঙ্গনবশিংনা মমি শামহনখিবা ঙম্বা যাই। মৈদিংঙু গবিবনৱাজনা কংলাদা চঙলম্লগা মহাক্কী কোনুং বামনগবদা নুমিত্তুমক্তদা চৎখিবম্মী। মহাক্কা মহাক্কী কোনুংসিদা থা ৬ (পোইনু, বাকচিঙ, ফাইবেন, লমতা, শজিবু অমসুং কালেন) লোম পাল্লক্লবদা মৈদিংঙু গবিবনবাজনা কোইবিবা লমদমসিগী লমখৈগী চাঁঙমৈবোঙ ফাওবা ওইগে হাযবকই, হাযবা তোকঙা অমা থোক্লকখি। তৌনবিবা লানওংসি থম্মোইগী চৈথেংনা পীবা শাফুনা মীওই অনিগী বাখলদা পীবগা থেংনবিবা নুংঙাইনদবগী লানওংনি। মৈদিংঙুসিনা মনিপুবদা অসুম লৈববদি নিংথৌগী মচানুপা অহনগী হক অসি ঙাইহাক লৈতনা মথি ফোংলক্লি। অদুনা মৈদিংঙু গবিবনৱাজবু কংলা মনুংদা অহকপা মিৎযেং মখাদা যুম অমদা পোইথোক- চখোকপা যাহন্দবা মওংদা লৈহনখি। অদুবু লৈপাক পানবগী মীযামগী মিৎযেং, মীচঙশিংগী বাখল, নিংথৌ ওইবদা মাশৈ চঙলক্কদবা, অসিনচিংবা লৈবনিনা থুনমক মৈত্রবাক থাদোহনখিনবগী পোবম যাৎখি। মাসগী ঈ পাউদি:-

> **....নোংথোম্বম শানোংগী কুম শক ১৬৭২.....কালেন থা........১৭ লৈপাকপোকপদা বামনগবদগী অঙোম যুমফমদা লৈএ।........হিয়াঙ্গৈ থা ......২৯নি (খৃঃ১৭৫০গী ডিসেম্বরগী অনিশুবা চয়োন) ঈবাইদা থাঙ্গদা ক্বা য়েংবা চৎলে।। নিংথেম চিৎশাই মহারাজনা মপা ঈবুংঙোবু তন্না তানথোক এ।। অৱাদা চঙখিএ।। শামুরৌদা লাইবিকয়েংবা উমানন্দ হাৎলে।। সমলোইবা কৈরুংবা, মোংবীজাম্বা বাংখৈ হিদং, মোইরাংনিংথৌ তেনশুবা মখোয় অহুমদি নিংথৌনাইদগী চেল্লকএ।। তন্না লোই থাইএ [মথক্কসিদা, ১২১]।**

অসিশিংসিনি। হাযবিবা শাথোক- লাম্থোকশিং অসি মৈদিংঙু গবিবনৱাজখক্তগা নত্তনা শ্যামশাই খুবালাকপগী পুক্সিগসু মবীলৈনৈ। মহাক্কী কখোকপগী পুকচেল অমসুং মশাগী ওইজবা থাদোকপগী লীচৎ অসি অপৌবা ৱাখল অমসুং ৱাখল্লোন লৈবা, লমন খুম্নীঙবগী ঈখৌলাংলবা অমসুং নিংথৌ সিংহাসনবু মিকা মিহৌজবশিংনা খঙবা ঙম্বীখিদে। নোংমাংখা

মখোঙদা চুহী খরুঙ ১০০০(লীশীঙ অমা) হৈরবসু নোংমাংখাদুগী মনা অমসুং মপাননা খক থুল্লক্লোয়।

মৈদিংঙু গরিবনৱাজবু মচা শাবা চিৎশাইনা মমাগী থৌইনশিন্দগী খৃঃ১৭৫০গী ডিসেম্বরগী অনিশুবা চয়োন্দা মৈত্রবাক্তা লৈবগনু হায়না কংলা মনুংগী অঙোম য়ুম্ফমদগী থাঙ্গদা ক্বা পাম্বী খৃঃ১৭৪৩ আগষ্ট- সেপ্তেম্বরদা থাখিব [মথক্কসিদা, ১০৮] দু য়েংবা চৎপগী থাঙ্গদা লৈরিঙৈদা তাম্থোকপগী পাউ পীরৈ। মফমসিদগী মৈদিংঙুনা লোক্তাক লান্দুনা মযাং লৈমনাই (মযাং ইম্ফাল) তারগা খোংজোমদা হাইগৎখ্রগা পল্লেন লান্দুনা কোন্দোং যৌখ্রগা অৱা লৈপাক য়ৌদুনা মচাঙ্গৈবেম্মা সত্যমালাগী মনাক্তা চঙজফম লৌদুনা লৈবম্মী। মতমসিদা হায়বিবা অৱা কোনুংসিদা মৈদিংঙুচা শ্যামশাই খুরাইলাকপদি খৃঃ১৭৪৯গী ডিসেম্বরদগী লৈবিবনি। মপা- মচা উন্নদুনা মফমদুদা খন্নবা হৌনবা পুম্নমক খন্নরগা শীত্তোকখ্রবা তিন গুঞ্জিনবা যাদবা, নোংথক্তা তিন শীৎকৎলগা ঈমায়দা তাবা হায়বশিংসি শোযদবনা অবানবা তৌকদ্রগা লোয়বে হায়দুনা পুক্লিঙ থেমজিন্নদুনা অমসুং ৱাখল কাথনদুনা অৱা লৈপাক্তা লেলম্মী।

অৱা লৈপাক্তা মৈদিংঙু গরিবনৱাজ, মচাঙ্গৈবুংঙো শ্যামশাই খুরাইলাকপা, মচাঙ্গৈবুংঙো কিশোর শাই অমসুং মৈদিংঙুগী থৌগল ইনবা মৈতৈ নুপা ৩০।৪০ রোম্না মজাঙ্গৈবেম্মা সত্যমালাগী মিংদা থা ১০(তবা) হেন্না লৈরক্লম্মী। মতম অসিদা লৈপাক অমগী নিংথৌ ওইরকপা, অঙম- অথৌ ওইনা লৈপাক পানবা অমগী থৌগায পুবকপা, থৌদাং লৌবকপা অমসুং সমাজনিতিগী পবমদা নিংঙোন মৱাগী ময়ুমদা লেমজা চাদুনা লৈবসি মৈতৈমচাশিং অদুনা ঈকাইবা পোক্লকখিবম্মী। মবম অসিনা মখোয়না শক ১৬৭৩(খৃঃ১৭৫১)গী হিযাঙ্গৈ থা (নবেম্বর- ডিসেম্বর)দদি অৱা কোনুং থাদোক্লুনা চৎলসি হাযনা লেপ্পবম্মী। অদুবু মখোযনা অতৈ লৈপাক্তা চৎলুনবগী মরম লৈতবনা মনিপুরগী মায়কৈ তম্না হল্লক্লম্মী। মখোয়না মৈত্রবাক্তা হল্লকপগী পাউ অসি মতমদুগী মৈতৈ কোনুংদসু লোননা পাউ লৌবনা ঈ- পাউ পুম্নমক ফংলম্মী অমসুং হায়রিবা খোঙফমসিদদি নিংথৌ ফম্বালগী হক্তা লাংলৌ ওইরিবা মৈদিংঙুচা অহনবা শ্যামশাই খুরাইলাকপসু মৈদিংঙু গরিবনৱাজগী থৌগল ইল্লকখি, হায়বসিসু খঙলম্মী। লমন খুম্নীঙবগী ঈগী লমন ঈনা খুম্বা অমসুং নিংথৌ ফম্বালদা পানবা কৈরাং ওইনা লৌরিববু লাং কায়বা হায়বা পান্দম অনিসিদা য়ুম্ফম ওইদুনা

মৈতৈ কংলাগী অরোনবা কা অমদা মথৌ লৈবা মী মখৈ তীন্নদুনা শীন্নগদবা খুজীন পুন্বা শীন্নখ্রে। হায়রিবসিদগী থোক্লকপা থৌদোক ব্রাথোক্কী পরেংদি:-

**.....লুক্রাম তেনশুবগী কুম শক ১৬৭৩......হিয়াঙ্গৈ থা (খৃঃ১৭৫১গী নবেম্বর- ডিসেম্বর) দা অব্রাদগী হল্লকএ, হায়বা তাদুনা নহাকপম থরোই, কৈক্রনবা হিদং, য়ুমনা হোংবা, ইরোম লানচিংবা মখোয় ৪বু শীখিদুনা নিংথেম্বু লাকহল-এ।। পোইনু থা......২৬নি (খৃঃ১৭৫২গী জানুৱারীগী অনিশুবা চয়োনগী) য়ুমশকৈশদা গরিবনব্র াজ মহারাজনচিংনা মচা ঈবুংঙো শ্যামশাই, কিশোর শাই,বামোন ব্র ারিবা হঞ্জবা মপা-মচা ২মা, ব্রহ্মরামকৃষ্ণ ২, লমবোইবা লোকদাস, মোইরাং লনহাম্বা কন্থান, মনাও ফৈদা হঞ্জবা, মনাও শেলুংবা, অঙোম চন্দ্রমনি, নাউরোইবা শেলুংবা, নিংথৌখোংজম কামদেব, নিংঙোম্বম শ্যামরাম, ব্রাংখৈ মাইমু ফৈদা হঞ্জবা, তখেললম্বু লাইরেন তুম্বা, অসিখিবিক পুম্নমা লোইননা তোফাং হিথাথেন ব্রহ্মপুত্র মপান্দা লীলা ওইএ।। তন্না য়ুহারাইএ [মথক্কসিদা,১২০]।।..........**

অসিনি। অসুম্না মৈদিংঙু গবিবনরাজবু হাৎননবা অমসুং শ্যামশাই খুবাইলাকপপু লোযশিন্নবা গোমতী বানী [বাযেনবমচনু পাইখু লাম্থাবী নত্রগা মোইবাংথেম নিংঙোল থম্বাল], ইবোমচা,ঈবুংশীজ ওইনা মৈদিংঙু গবিবনবাজনা যোকলকপা চিংশাই(সনাহল শমৈবাং নত্রগা মেনখোম্বা), মৈদিংঙুচা নন্দশাই (থমংলাং), তঙ্গশাই(শমৈবাং), সব্যশাচি শাই(মুংয়াম্বা) ,ভবতশাই(মিংথোইঙম্বা নত্রগা শঙ্গৈইবা নত্রগা শঙ্গোয তাবা) অমসুং শক্রঘ্ন শাই (লোইযম্বা নত্রগা তোল্লেন-তোম্বা)না লৌতুনদুনা শবৌ শীন্নরগা শক্রঘ্ন শাইনা মপাঈবুংঙোবু হাৎননবা লুচিংদুনা লাকখি অমসুং মযাম্লুং শ্যামশাই খুরাইলাকপা অমসুং মযাম্লুংচা কিশব শাইবু লোযশিন্নবা শীঙদুনা শেম শাখি। হায়রিবা খোঙফমসিদা লানগীদমক্তা শেম-শাদুনা লাক্লবা শক্রঘ্নশাইগী লাম্মীগা লাইনীঙবশিংগী লাইনীঙ মালাগা লাম্বা তৌনবদা মৈদিংঙু মশা,অতৈ খোঙলোইশিং অমসুং মৈদিংঙুচা শ্যামশাই খুরাইলাকপবু হাৎখি। মৈদিংঙুসি বর্মাগী তোমফাং হিথাথেল(অব্রা মরোন্দা ফোংতা / ফোংদা) হাযবা হিরানফমসিগী মৈতৈ কবো(Kase-Shan)নত্রগা নোংচুপ থংবা নিংথি তুরেনগী তোবর্বন্দা নোঙ্গাখি।

## ৱারোয়শিন

মালেমসিগী জাতি পুম্নমক্কী ইতিহাসতা নিংথৌ ফম্বালগীদমক্তা নিংথৌমচাশিংনা মপা- মচা, মখুবা- মতোন, মযাম্বা- মনাউ, অসিনচিংবা হাৎনববা, অমনা অমগী মকোক কক্লবগী থৌদোক ৱাবীনা পীক থল্লবগী মবকসিদা মনিপুব ইতিহাসকী মযায চনবা মতম তাংকক্কী অবোযবা শকুক্তগীনা অনৌবা মতম তাংকক্কী মনীঙ তম্বা নিংথৌনা পানবগী অবোযবা মতম (খৃঃ১৮৯১) ফাওবদা মহাক্কী ওইনা নত্রগা ওইননবা মমাঙদা তাববা নত্রগা শোযদনা লৌবগদবা নিংথৌ ফম্নালবু কল্লক- মিহৌখিদবা অমসুং অতোপ্পগী মফমদা লাম্হোকখিবা মৈতৈ নিংথৌমচা তকুক - (১) শ্যামশাই খুবাইলাকপা,(২) আনন্ত শাই, মন্ত্রী পুন্সিবা (৩) হেবাচন্দ্র,(৪) নবসিংহ,(৫) সনাচহি অহুম(বনজিৎ নত্রগা নবেন্দ্রজিৎ) অমসুং (৬) টেকেন্দ্রজিৎ বীব সিংহ,অমদি ৱাংখেমযুম শাগৈ মচা অনি (১) বাংখে চাঙঙাযাঙবা অমসুং (২) ৱাংখৈ বিনিন্দ্রাম - হাযবশিংাস লৈবি। অসিগুম্ন নিংথৌমচাশিংসিগী মনুংদা মৈদিংঙু গবিবনবাজগী মচানুপা অহল খৃঃ১৭১১দা পোকখিবা অমসুং খৃঃ১৭৫২দা নোঙ্গাখিবা শ্যামশাই খুবাইলাকপসিনা খ্বাইদগী অহানবনি। মহাক্না নিংথৌ ওইখদ্রবস মতাক্ল পোকপা মচাঙ্গৈবুংঙো অনি (১) গৌবশ্যাম(মবাম্ব) অমসুং (২) ভাগ্যচন্দ্র(চাঙথংখোম্বা)দি মনিপুবগী নিংথৌ ওইখি।

মৈদিংঙুচা শ্যামশাই খুবাইলাকপনা নিংথৌ ফম্বাল থাদোকখিবা অমসুং মশাগী নিংথৌ ওইবগী হক,নিংথৌ মচানুপা অহল ওইবগী শোযদনা ফংফম থোকপদু কখোকাখবসি মহাক্কী মপাঙ্গৈবুংঙো মৈদিংঙু গাবিবনবাজগা নীঙবা থুংহন্নবনি। মবম অসিনা মহাক অসি মহাভাবত মহাকাব্যগী ফিদম্নফম ওইবব শক্তম চন্দ্রবংসগী শান্তনু মহাবাজ অমসুং ত্রিলোগতাবিনী গঙ্গা অনিগী মচানুপা দেবব্রত,ৱাশকচেৎবগী "ভিস্ম" হাযনা মিংথোন ফংখিবদুগা হিবম আসদা চাংদম্নবা যাই। মৈদিংঙুচা শ্যামশাই খুবাইলাকপসি শাদা- লানদা, ঈথিংদা- পনথিংদা, চেঞ্জোঙদা- মাঙজোঙদা, অসিনচিংবগী মহৈ- মশিঙদা মহাক্কী মতমগী মমান্নবশিংদগী মীথোই- মীহেনবা নিংথৌমচানি। মহাক্না লৌজবা ধর্ম্ম অমসুং চৎচবা লাইনীঙনা হিন্দু বৈষ্ণব ধর্ম্মগী নিমাৎ / নিমান্দিনি অমসুং বাধাকৃষ্ণগী যুগল মূর্ত্তি লাৎচবনা লাইনীঙসিগী মরু ওইবা দেবতানি। মহাকসি পুকচেন চাওবা, মথৌনা ফবা,

অচুম্বা চৎপা অমসুং চাথোন-নাউথোনবা মযাম্বনি। মঙোন্দা কথোকপা অমসুং মশাগী ওইজবা থাদোকপগী গুণশিং চেল্লি। মহাক নুংশিথোইববা মপুৰোইবনি,নুংশি মিৎযেং থম্মীঙঙাই ওইববা মপানি। শ্যামশাই খুবাইলাকপসিনা যৌবক্লম্বা মর্ফম্মি, অমসুং মহাক্না থাবম্বা লৈপাক্নি হাযদুনা মনিপুবগা ম্যাম্মাবগা তাইনবগী মনিপুবগী খুঙ্গং ক্কাথাদা কবোকলৈ (Gardenia florida, Fam, Rubiaceae) কৌবা লৈপান্দু ঙাক শেন্দুনা থাবি। মহাক মনিপুবগী ইতিহাসনা মুক্ত্রিবা মখৈদি মহাক্কী মমিংসু মাঙদনা লৈদুনা হিংখিগনি। তাইবং মপুনা মহাক্কী যাইবী থবাই মঙাম্মকপু ঈংনা চাকনা অশিগী লৈপাক্তা নুংঙাই-যাইফনা পানবদু পীনবীসনু।।

## রিফরেন্স


[illegible] ২০০৫ শ্রী পাওরেন্দ্রম ঈবু [illegible] সিংহ অমসুং নিংথৌখো জন্ম খেলচন্দ্র সিংহ চৈথারোল কুম্বাবা (ইম্ফাল ২০০৫),

# নিংথৌ-ফম্বাল কল্লকখিদবা আনন্ত শাই

## ৱাহৌদোক

ঈবুংশীজ আনন্ত শাই, মন্ত্রী পুন্সিবা, নোংপোক লৈবিখোম্বা (খৃঃ ১৭২৬ - ১৮০৮), মনিপুর ইতিহাসকী ১৮শুবা খৃষ্ট- কুমশীঙ চাগী অহানবা মশুঙ হৌখবদগী ১৯শুবা খৃষ্টকুমশীঙ চাগী অহানবা চহি ১০ (তবা) ফাওবা লৈবম্না মৈতৈ নিংথৌমচাশিংগী মবক্তা থোইদোক হেন্দোক্লা মশক নাইববা, নিংথৌ ফম্বাল কল্লক মিহৌখিদবা মৈদিংঙুচা অমনি। মহাক্না নিংথৌ ওইগে হায়না খনখ্রবদা কনানসু থিংবীনীঙাই লৈববোযদা তাঞ্জা অদু মমাঙদা তাদুনা লৈববা ফাওবদা মৈতৈ- চৎলম ৱাযেনগী শম্বন্না কল্লি হাযদুনা অশেংবা নিংথৌ খুবমগী হক লৈবা মীশকশিংবু নিংথৌ ফম্বালদা মশামক্তা থাঙ্গৎখিবা নিংথৌমচানি। মশা নিংথৌমচানি হাযবা খঙদবা নত্রে, মপাগী অশিবগী লাইথৌ মহাক্না পাংথোক্লিবনি, শ্রাদ্ধ কর্ম্ম তৌবির্বনি, মযাম্বুং অহনগী কর্ম্মসু মহক্না পাংথোক্লুবির্বনি। মবম অসিনা মাযকৈ অসোমদা যেংলবদি হিন্দগী দাযভাগ (Law of inheritance), মনু সংহিতানচিংবদা বাযেন তৌববদি মহাক্কী মপাঙ্গৈবুংঙোগী মবন- মথুমশিংদা, মৈত্রবাক্কী নিংথৌ- ফম্বাল যাওনা লৌববা লন থুম পুম্ন মক্তা মহাক্কী হক (Right) না খাইদগী হেন্না চাওববা, মতীক মঙম হল্লিবনি। অদুবু চাওননবা যোকপাবক্লগা নিংথৌ ফম্বালদু ফাওবদা শান্নবীববমক্তদা অপোকপা মপা হাৎখিবগী লমন খুম্ননবা অযোকপা মপা নিংথৌ হাৎলিবনিনা হক্কী অমসুং চৎনবীগী বাযেন মবা লৌদে, নিংথৌ ফম্বাল মুনগনি হাযদুনা মুল্লবদা চহি ২৬।২৭গী মীওই মহাক্না খুৎলীংনবা খৃৎ শেমর্দ্রিভৈর্দদি কবি থবক পাযখৎলুবা ঙমগনি, তাইবং মপুনা শান্নবিবা লীলা যেংবা নত্তনা। অদুবু থম্মোইদা নিংথৌ ৱাকম, শামু বাকমগী মলোম অমসুং থকম কিশি কিদুনা থমদবদি নৎখিদে।

## মালেম্দা খোঙদারকপা

মৈদিংঙুচা আনন্ত শাই, মৈতৈগী নিংথৌবেল, অৱা / ব্রাম্মগী অকিবী মৈতৈগী মবুংঙো মযাম্বা (মযাংঙম্বা) / গবির্বানৱাজ মহাবাজগী তবেৎশুবী লৈমা, লাইবিকযেংবম (নাউদম) দামোদব / দামুদবগী মচা ঈবেম্মা হবিপ্রিযানা মতোম্মা পোকচবা মচাঈবুংঙোনি। মহাক মালেম তাইবংপান্দা লংমাইথেম লোইজাগী কুম শক ১৬৪৭গী থৱান থাগী ২১নি

পানবা য়ুমশকৈশ নুমিৎ (খৃঃ ১৭২৪গী সেপ্তেম্বরগী অহানবা চযোনগী য়ুমশকৈশ তাবা / থোকপা নুমিত্তু)দা খোঙদারকখি (চৈথাঃ কুমঃ,২০০৫,৮৬)। মহাক্কী মপা ঈবুংঙোগী অতোপ্পা মমাঙ্গীবেম্মশিংনা পোকপা মচীন- মনাও তবাতকুক, অযোকপা ময়াম্বা অমা অমসুং মচন- মচেমগী মাপল্লোম লৈবম্মী। হাযবিবা মযামসিগা লোইননা মৈতৈ কোনুংলেন কংলাদা চাওবকখিরম্মী।

## মৈদিংঙুচা আনন্ত শাইগী পুন্সি- ৱারী

মৈদিংঙুচা আনন্ত শাইগী অঙাং ওইবিডৈগী মতমদগী হৌনা পুক্কীঙ- লৌশিঙ চঙখোনবা, খঙখি- উখিবদা কাউগন্দবা, তাকপী- তম্বীবদা হেক্তমক লৌশিনবা ঙম্বা নত্রগা হৈবা অমসুং মীতীক মীবৌ খঙগনবা অমা ওইনা হৌবক্লম্মী। মহাক মহাক্কী মতমগী লৈঙাক্লোন হৈবা মৈতৈ মচাশিংগী মনুংদা শীঙথানবদা যাওবা অমসুং শাফম লানফম, শা- লান্নচিংবগী মহৈ- মশিঙদা মীপান তাংদনা মীথোাই মীহেনবা নিংথৌমচা অমা ওইবকখিবনি। মহাক্কী ওঝা গুরুশিংগী মমিং- মথানচিংবগী মবমদা কবিসু ফংবা ঙমদে। মহাক হাযবিবা মহৈ- মশিঙশিংসি নীঙথিনা তম্লকখি হাযবসি মহাক্না মহাক্কী পুন্সিদা পাংথোক্লখিবা থবকশিংনা খুদম চাংদম ওইদুনা লৈজে।

## লৈঙাক্লোনগী পুন্সিদা খোঙদারকপা

মৈদিংঙু আনন্ত শাই পুন্সিবনা খুন্নাইলোনগী পবীংদা থোক্লক্লগা লৈঙাক্লোনগী পনখৈ মনুংদা খোঙ থাংজিল্লকখিবসিগী মশাগী চহি ২৭তগানি। মহাক্না খোঙ থাংজিল্লকপগী ওইবিবা ঈ- পাউদিঃ-

চান্দম চীঙশোংগী কুম শক ১৫৭৪..... কালেন থা..৫নি য়ুমশকৈশদা ইবুংশি আনন্ত শাইনা তোমফাং হিদেন্দা মপাইবুংঙো মযাংঙম্বগী লূ লৌবা চৎলে। নাম সংকীর্ত্তন শক্তনা শ্রাদ্ধ তৌবমএ।। ১২নি থাঙজদা থুংলৈএ।।

[মথক্কীসিদা, ১২১]

অসিনি। মহাক্না মৈদিংঙু ময়াংঙম্বগী লূ লৌবা চৎলিবসি খৃঃ১৭৫২গী মে থাগী অহুমশুবা চযোন্দনি অমসুং ঈচম চম্না চৎপা নত্তে, লৈপাক নিংথৌগী অযাবা যাওবিবনি। অদুগা হায়বিবা মতমসিদগী চহি মবিগী মমাঙগী মতমদা . মতমদুদা মেখলী (দেশ) কৌবম্বা লৈপাকসিগী লৈঙাক্লোনগী পবীংদা নীঙ- মাঙ যেংদবা, নাক ওয- যেৎ উদবা অমদি ওয়গী লমদাংনা লুবাংচৈ পাযবগী লৈঙাক লৈখ্রবনি। মদুগী মহৈনা লৈপাক কংথং খঙদবা, খোঙফম অমা শোযবদা অরাফমদা তানীঙঙাই ওইবা তাঞ্জা অমা ওইবিবনি।

অসিগুম্বা মতমদা তৌদবা যাদবগী খুদোংচাবা লৌদুনা মনিপুবগী বাজনিতিগী ক্ষেত্রদা মৈদিংঙুচাসি খোঙদাবকখিবনি। অদুগা হাযবিবা চহিসিদা চৈথাবোল কুম্বাবদা মহাক্কী মমিঙ পল্লিবানা খ্বাইদগী ঈহান- হাননা পনবনি।

## মমাঙগী চহি ৫রোমগী থৌদোক ৱাথোকশিং

খৃঃ ১৭৫২- ৫৩গী মমাঙগী চহি ৫বোমগী লাইবক শীববা থৌদোক ৱাথোকশিং মৈদিংঙুচা আনন্ত শাইনা নিংথৌমচা অমা ওইনা উহৌবশিং অসি যাম্না থম্মোই শোকপা ফিবমশিংগীনি। মতমসি মনিপুব ইতিহাসতা অশেংবা মৈতৈ নিংথৌগী মচা- মশূশিংগী মখুত্তগা নিংথৌ ফম্বাল মুন্দুনা মীতোপ্পা পানখিবা ইতিহাসকী থাশিগী অহিং ওইবা তাঙ্গানি।চহি তবেৎ খুন্তাকপা (খৃঃ১৮১৯ ২৫)দা ফোংনা লান শীঙনবগা লান্দাবক্কুনা ওৎ- নৈবা অমসুং লৈপাকসিদা পাল্লিবনি, অদুবু মতমসিগীদি মীনুংশিবু লৌনম তৌবগা লমন খুম্বগী ঈ লৌখিবনি। হাযবিবা লৈঙাক্লোনগী খোঙফমসি থোকহল্লক্কবা শিনখিবনা মৈদিঙু গবিবনৱাজ (খৃঃ ১৭০৯- ৪৮)গী বাবকপা ঙমদ্রবা পাখংবা ওইবগী লীচৎনি অমসুং থোকহল্লক্লিবনা লিন্দুদগী হেন্না শাথিববী মমা শাদুং লৌওনবী মোইবাংথেম / বাযেনবম নিংঙোল লৈবাং থম্বাল,নাওশেক নাউপুবীগী হূ পুবী গোমতী (ঈৱাংলোন, পাইখুলাম্থাবী) বানীনি।

মৈদিংঙু গবিবনৱাজনা থম্বাল লৈবাং লৈহেক্লমদাযদা হাযনখিবা - যানখিবগী মতুং ইন্না খৃঃ ১৭৪৮গী কালেনগী ১০নি পানবা যুমশকৈশ নুমিৎ (মেগী অবোযবা চযোন) তা অযোকপা মচানুপা সনাহল শমৈবাং, মেনখোম্বা / চিৎশাইদা নিংথৌ খুবম শিন্নখিবম্মী। অদুগা মহাক মশানা কংলা কোনুং থাদোক্কুনা লৈশাং হিদেন মনাক লংথবালগী অৱাং ঈথংথংবা চীঙ নাপোমগী মনাক্তগা খৃঃ১৭২০গী অদুৱাইদা শেমখিবা লাইনীঙফম- কোনুং বামশালা (বাঃকুঃমঃ১৯৭০,৮৯)দা লৈখিবম্মী (চৈথাঃকুমঃ,২০০৫,১১৯)। অদুবু ফিমু শেৎপশিংগী ৱাতানবদা কংলা কোনুং নকপদগী হৈঙাংদা খৃঃ ১৭৪৮দা অনৌবা কোনুং অমা শেমহল্লগা বামনগব হাযনা মিংথোন্দুনা খৃঃ ১৭৪৯গী এপ্রিল থাদা হোংদোক্কুনা লৈহনখি। অদুগা অৱা / ম্রাম্মাগী তোঙ্গু নিংথৌ শাগেগী অবোযবা নিংথৌবেন মহাধম্মাবাজ দিপাতি [(Maha Dhamma Raja Dipati (1733-51 A.D.)] না মৈদিংঙু গবিবনৱাজগী মচাঈবেম্মা অৱাগী মহাবানী ওইননবা পীযু হাযনা খৃঃ১৭৪৪ অমসুং ১৭৪৫দা হাযজবা (মথক্কীদা, ১১০,১১২)দগী মৈদিংঙুগী মচানুপী লৈত্রবদগী মনাউ ঈবুংঙো

ৱাংখৈবাকপা খমলাং পামশাবা, সেনাপতি / মন্ত্রীগী মচা ঈবেম্মা সত্যমালাবু থাজখিবদু মনুং মতম চাবক্লদুনা অৱাদা থিনবা খৃঃ ১৭৪৯গী নবেম্বব থাদা অৱা লৈপাক (ম্যান্মাব)দা চৎখিবম্মী (মথক্কীসিদা, ১১৯)। অপোকপা মপা শক্তুনা অওঙ- অউন পুম্নমক তমদুনা ৱাংঙম্লোন সত্যমালাবু অৱা নিংথৌ দিপাতীদা শিন্নবম্লগা মৈদিংঙুনা মনিপুবদা হল্লকপদা অৱা লৈপাক্কী ম্যেতু(Myedu town) যৌবকপদা অবা নিংথৌনা মখোযদা ঙাইহাক লৈতনা লান হৌদুনা অৱাবা ওইহল্লিবা মখোযগী কোই (Ka-ya/ka-yay =Kareng-nee or Karang) কৌবা কাংবুসি লান্দাদুনা লাকশিনবীবমখো, হাযনা হাযজদুনা পাউ হাযবক্লম্মী। মবম অদুনা মৈদিংঙুসিনা মহাক্কা লোইনবিবা মচাঈবুংঙো কিশোব শাই, মোইবাং লনহাম্বা, কত্বান (Chief of town/city Police) নচিংবগা অমুক ম্যেডু (Myedu) দগী হন্দুনা অবা কোনুংদা চৎলগা অবা লাম্মী পুদুনা কোইশিংগী মথক্তা লান্দদুনা লোই চনবীবম্মী (মথক্কীসিদা, ১১৯-২০)।

মৈদিংঙু গবিবনবাজনা অবাদগী থোক্লকপসিদা মচাঈবুংঙো শ্যামশাই খুবাইলাকপদি যাওবক্তে, অৱা কোনুংদা অদুম লৈতৌখিবম্মী। নিংথৌগী মতীক মগুণনা মহাক্কা নিংথৌ খুবম চিংশাইদা শিন্নথোকখ্রবসু মনিপুবদা নিংথৌ অনি পানবা, অমনা কংলাদা কোনুং ওইবা, অদুগা অমনা হৈঙাংগী বামনগবদা কোনুং ওইবা ওইনা লৈবম্মী। মশাগী শক্কী লাংনা নিংথৌ খুবম মুলহৌবী, অমসুং মহাক্কী মচানুপা তরুক (চিংশাই, নন্দশাই, তঙ্গশাই, স্যবশাচিশাই, ভবতশাই অমসুং শত্রুঘ্নশাই) না কংলা পাল্লিবদু মবিং মবাং অমা ওইনা থোক্লক্লে। লৈপাক প্রজাশিংগী শউম লাংলক্লম্মী। মবম অসিনা মৈদিংঙু গবিবনবাজনা পানবা লম চীঙমৈবোঙগী লমদম অসি ফাওবা পীযু হাযবকখি হাযবগী পাউথোক্তা মহাক্কী লৈঙাকলোনগী ওইবা মতীক- মপাঙ্গলবু নমথনবা কংলা মনুংদা যুম অমদা লৈহনবগী মিংদা ফাজিন্দুনা থম্মনবা শবৌ- থৌবাং লৌখৎলক্লম্মী। অদুগা খৃঃ ১৭৫০গী জুন থাগী অহানবা চযোন্দগী কংলা কোনুংগী মনুংদা অঙোম যুম্ফাল (হৌজিক ষ্টেট আর্কিওলোজী ডিপার্টমেন্ট / ওফিস লৈবিবদুগী মখা থংবদা বৃনামচন্দ্রগী লাইশঙ লৈবিবদুগী মমাঙগী লম) কৌবা মফমদুদা লৈহনখি। (মথক্কীদা, ১২০)। মফমসিদা মৈবিং- যাইবেক মীশঙ্বা (শন্ত্রী / ৱাটচমেন) থমদুনা শেন্নবগা যুমদুদগী চথোকহন্দনা থম্বা মাল্লি। অদুগা খুজীন- থৌবাং হৈবীনা শীন্দুনা মচাশিং অমসুং মখোযগী ওইবা মীশিং পুম্নমক্লা খন্নবগা মৈদিংঙুবু মহাক্লা পাকথোক- চাওথোকহঞ্জবম্বা মবৈপাকসিদা লৈবা যাহন্দনা মেখলী / মেক্লেদগী খৃঃ ১৭৫০গী ডিসেম্ববগী অনিশুবা চযোন্দা, মফমদুদা (অঙোমযুম্ফমদা) লৈবা থা ৬(তরুক)কা থাখায অমা শুবকপদা

তাম্হোকখিবম্মী [মথক্কীসিদা, ১২০]। অদুদগী মনিপুবদা লৈবা যাদ্রে হায়না তাম্হোক্লবদগী মৈদিংঙু গবিবনৱাজনা মশানা নোংথক্লোমদা ওনখত্তুনা শীৎকৎখিবা তিন্দু মমাযদা তাববনিনা অমসুং মশানা থাকচবা লাংদা মশা মতোম্তা থুজববনিনা মনা- মনীন নাইবা যাদবনিনা থাঙ্গদা খৃঃ১৭৪৩দা থাবম্বা ক্বাদু যেংগে হাযবগী মিংথোংদা থাঙ্গবোমদা লাক্তুনা মফমদুদগী ফাওগৎলগা মযাং ইম্ফাল লৈমনাইদা ফাওগৎলকপদা কংলা কোনুংগী খুৎকী শকখঙদবশিংনা লান্দবকপদগী লম্বী খাইদুনা মৈদিংঙু মতুং ইনবশিং চেন্নবদা লাইবিকযেংবা উমানন্দবু শামুবৌদা হাৎখি: শমলোইবা কৈকংবা, মোংবীজাম্বা ৱাংখৈ- হিদং অমসুং মোইবাংনিংথৌ তেনশুবা [মৈদিংঙু গবিবনৱাজনা মোইবাংনিংথৌ হাপ্লনি, মমিংনা তেনশুবা খোম্মা / খোম্বা কৌই (মথক্কীসিদা, ৯১,১০৯-১০, ১১০)] হাযবা মীওই অহুমনা মযাংইম্ফালদগী মনীঙলোমদা চেনবদা নিংথৌনাই (নিংথৌখোং)দগী কংলা কোনুংগী লাম্মীনা ফাবগা লোই থাখিবম্মী (মথক্কীদা, ১২০) অমসুং মৈদিংঙুগী শাগোন্নবা মীওইশিংনা থৌবাল ৱাংজিং তাবগা খোংজোমদা ফাওগৎলগা খাবম পল্লেনগী লম্বীদা ক্বাথা- কোন্দোং তাবগা অৱা লৈপাক্কী কোনুং যৌখিবম্মী। অসুম্না অবা লৈপাক্তা মৈদিংঙু গবিবনবাজ মচাঈবুংঙো শ্যামশাই খুবাইলাকপাগা অমুক হন্না উনখিবম্মী।

মৈদিংঙু গবিবনৱাজনা মহাকপু মনিপুবদগী তাম্হোক্লকপদগী অৱা লৈপাক্তা লৈবকপসি খৃঃ ১৭৫০গী ডিসেম্বব থাদগীনি। অদুবু অৱা লৈপাক্তা মখোযগী জাতি কাংলুপ টলাইং (Talaing) শিংনা খৃঃ ১৭৫১গী ঈঙেন থাদা অমুক হন্না লান (খৃঃ ১৭৪০দা হৌখিবগী মতুং) হৌবক্লুনা তোঙ্গু নিংথৌবেন দিপাতি (খৃঃ ১৭৩৩ ৫১)বু ফাদুনা পুখিবম্মী: অদুনা মজাঈবেম্মা সত্যমালাবু ঙাকপী- শেনবীবা ওইনা মতম খব অবাদা খৃঃ ১৭৫১গী মেবা থা লোযবা ফাওবা লৈবম্মী। অদুগা মৈতৈ নিংথৌগী ঈকাইখুম্নবা ঈজ্জৎ পুদুনা অদুম লৈথবা যাবগী মতমদু লোযখিবম্মী অমসুং লৈপাক্লুগী মচী- মচী খুদিংমক্তা লানহৌবা কাংবু কাংবু খুৎ লীংনদুনা লৈবা, তত্তনা মখোযদুনা চাযনবা অমসুং জাতিগী ধর্ম্মনচিংবা মান্নদবদুনা অসুম লৈথবদা খুদোংথীবা থোক্লকপা যাবগী মমি তারক্লম্মী। মবম অসিনা পুন্সিগী মবাই চাযথবক্লবা অহল ওইবগী পুন্সিদা মাঙগী লম্বী তেনশিল্লক্লবা মতমদা মীবৈপাক্তা শিববুদি ঈবৈপাক্তা শিরুবনা মীৱা- মীশা লাংলোয, মীতোপ্লা পাউথোকপীরোয়, হাযনচিংবগী ৱাখলশিংদগী অমদি লাম্মী মশীঙ যাম্বা থাপ্লা হেনখ্রবা স্রাম্মাশিংগী লানহৌ- লুপ অমনা তকশিল্লকপা মতমদা ঙাকথোক্লবগী পাঙ্গল ৱাৎপদু মচাঈবুংঙো অনিগী মিৎযেংদা তাবকপনা মনিপুবরোমদা হল্লক্লবা ৱাবেপ্লখিরম্মী। মরম অসিনা খৃঃ ১৭৫১গী হিয়াঙ্গৈ

থা (November-December) দা অৱা কোনুং (Ava palace -yard/Capital) দগী মনিপুরবোমদা খোঙশাল্লক্লম্মী।

মৈদিংঙু গরিবনবাজ অমসুং মহাক্কী কাংবুনা মনিপুরবোমদা হল্লক্লে হাযর্বাস মৈতৈ কংলাদ লৈবিবা ওযগী লমদাংগী লৈঙাক- মপু অমসুং মহাক্কী খৎনা হার্যাবিবা হিয ঙ্গৈ থাসিমক্তদা পাউ ফংলম্মী। মখোযগী শারৌ খুৎকী কোক চঙশিন্নবরা মতুংদা মৈদিংঙুগী মাশিংসিবু কুপশেন শেন্নবা মীওই মাবখক, মমিং পল্লবদা নহাকপম থাবোই, কৈক্রনবম হিদং, যমনা(ম) হোংবা অমসুং ঈবোম লানচিংববু মাংজৌননা থাবা মী ওই ওইনা খাবকখি। মখোযনা খোঙথাং হদিংমক শেন্নদনা অবা লৈপাক্তুগী লাকাম্নিদনা করো তম্পাক [মৈতৈ করে অমসং অব করো(Kase Shan and Mirap Shan) হযনা খাযদোক্লম্মী] তানক্লগা মৈতৈ করোদ চঙশিল্লম্মী অমরোমদ মৈতৈ সনা কোনংদা অরোনবা মাফম অমা যমদনা বা নাক্লবগা লাম্মা তেঙ্গৈন অমা, খৃঃ ১৭৪৭গী জুন থাদা মৈদি গারবনবাজনা শুথানা লোই থাখিবা নিংথেমমা তোম্লেন তোম্বা / শত্রুঘ্ন শাই [মথক্কীদা, ১১৮]ব লাচিংহন্দনা গোমতী বানীন মচাগী নিংথৌ অম চেংশিন্নবা শরৌদগা ২ রক্ত লৈশৎলনবা খাবক্লম্মী। তোম্লেন তোম্বা নত্রগা শত্রুঘ্ন শাই মৈদি গরিবনবাজগী ঈনা গোমতী বানীদা হাথদুনা খৃঃ ১৭৫২গী আগস্ট থাদ পোকাখবা মচানপামা [মথক্কাদ, ৯০]। মহাক্কা নাথুংলকপা মৈতৈগী লম্মা তেঙ্গৈন আসনা মৈদিংঙু গারবনবাজ, শাঙ্গৈদ ... মহ সাহো ... অসিনা অবা / করোগা তোনযাং হিথাংহেন [অবা মথোদ "ক্যোদা" হযা, ইম্ফাল তবেন্ন নংাহ / চিন্দবিন Khendawen/Khyedawen) তুরেন্দা ঈতান্নবগী ঈচৌন্দা লৈবা হনাহম]দা তত খাক্তদনা ক্লৈবাংদ লাল্লমদুনা লৈবম্বগী অরোনবা লাম দা লাঙ্কুদ। শকাব্দ ১৬৭৩গী পোইনগী ২৬নি পানব যুমশকৈশ নমিৎ(খৃ. ১৭৫২গী জানুবারিগী অনিশুবা চযোনগী যমশকৈশ তাবা নমিক্ত)দা থঙহৌদনা লান্দাশিল্লকখি অমসুং তোম্লেন তোম্বা (শত্রুঘ্ন শাই) মশামকনা মৈদিংঙু গারবনবাজ, অপোকপা মপাবু তানা লেঙদুনা অমসুং অতৈনা মনাউ ঈবংঙো ।কশোব শাই (খৃঃ ১৭৩৯দা পোকপনি), বামোন বাবীবা হঞ্জবা মপা মচা, ব্রহ্মবাম, কৃষ্ণ, লম্নোইবা লোকদাস, মোইবাং লানহাম্বা কন্নান, মনাউ (মোইবাং থৱা) ফৈদা হঞ্জবা, মনাউ (মোইবাং..........) শেল্লুংবা, অঙোম চন্দ্রমনি, নাউবোইবা শেল্লুংবা, নিংথৌখোংজম কামদেম, নিংঙোম্বম শ্যামবাম, ৱাংখৈ(মযুম) মাইমু ফৈদা হঞ্জবা, তখেল লম্বু লাইবেন তুম্বা, মী ১৫(তবামঙা) অসিনচিংবা হাৎখিবম্মী; অদুগা মচা ঈবুংঙো অহন শ্যামশাই খুবাইলাকপসু যেক্লবা

লাম্বা তৌনদুনা লানফমদা থরাই থাখি(অখঙ- অহৈ খবনদি শ্যামশাই খুবাইলাকপাদি নিংথি তুবেন্দা চোংথদুনা শিখি, হাযনা পীবী) [মথক্কীদা, ১২০]। অসুম্না মোইবাংথেমচনু ৱাযেনবম নিংঙোন অমগী খুজীন- থৌবাংনা অযোকপা মচানুপাগী যাথংনা অপোকপা মচানুপানা অপোকপা মপাবু হাৎপা মপা- মচা হাৎনবগী মৈফম লীংখক্কুনা মনিপুব ইতিহাসপু মশক মোৎহনখি।

## চিৎশাই তাম্থোকখিবা

মৈদিংঙু গরীবনবাজনা পীশক পীক্লিঙৈদগী কোনুংদা যোকপীবক্লবা মচানা মপাবুং, মযাম্লুংঅহন মৈদিংঙচা শ্যামশাই খুবাইলাকপা, অঙাং ওইরিবা মনাউঙৈবু ঙো মৈদিংঙুচা কিশোৰশাই, মোইবাংলনহাম্বা কত্থান্নাচংবা মা ১৭ (তবাতবেৎ)পু লোন্না কোংদা হাৎখিবসি মৈতৈ লৈপাক মাযাম্না খঙনবক্কে। অদুগা চিৎশাইবু নিংথৌ ফম্বালদগী চিংথনবা খৎ খোম্লনকপদা নিংথৌ ওইরিবা চিৎশাইগী পোকাম্লবা, মমানা [illegible] ভবত শাই (মিংথৌ ইঙম্বা)সু নিংথৌ ফম্বাল পাম্মদগা [illegible] অমসং মহাক্কা [illegible] চাগ্নবে [illegible] মৈতৈবা [illegible] খুমাংঙ [illegible] অমসং মহাক্কা মৈদিংঙু [illegible] শ্যামশাই খুবাইলাকপদা মচানুপা [illegible] Wild cat [illegible] লৈপাক [illegible] ভবত শাইনা লৌখৎলা [illegible]:

চান্দম চাঁওশেংকী কুম শক ১৬৭৪ শজিবু থা থাঙজনা হনএ থানীননোং থাঙজদা শঙ্গোইবা ভবত শাইনা নিংথৌ ওইএ। লৈপাক পুম্নমক মান্নদুনা নিংথেম মেনখোম্বা (চিৎশাই), মচা দেবশাই, মনাউ সেনাপতি (নন্দশাই) ৩মবু ময়াং লম তানথোকএ।। ঈবুংশি গঙ্গা বিষ্ণুসুং পোংলম তাম্থোকএ।। (মথক্কীদা, ১২১)

অসিনি। হাযবিবা থৌদৌসিদা সনাহল শমৈবাং, মেনখোম্বসি মতম খব কৌব্রুচীঙজাওগী সনাহল লোকচাওগী লমখৈ মনুংসিদা মীযাম্না তান্নবকপদা

লোৎলম্মী। অদুগা লমন খুম্বা হৈবী মোইবাংথেম চনুদুনা ঈবোইশেম্বদগী অরাং- নোংপোক্লোমদা হাইগৎলগা লৈবা লাঙ্গোনচীওগী চীঙশাং নাপোম অমগী লৈমবোক কৌবা লোক্তা লোত্তুনা মীযাম্না মথল্লাই হাৎপীদনবা লোৎলম্মী। অদুগা মফম মবাং খঙদনা শিফম- নাফম খঙদনা মাঙখিবম্মী।

সনাহল লোকচাওদা লোৎলম্বা গোমতীবানীগী মচা চিৎশাইনা মফমাসদগী লোইচীঙ ফৌওইচীঙ তাখ্রগা মযাং লৈপাক তাখিদুনা থোংনাং তখেল (ত্রিপুরী / ত্রিপুরা) নিংথৌগী মতেং লৌবগা বৃটিশ ইষ্ট ইন্দিযা কম্পনীদা মহাক্কী মপানা পল্লম্বা নিংথৌ সিংহাসন হঞ্জিন্নবা হোৎনবদা মতেং পীবীযু হাযনা খৃঃ১৭৬১-৬২দা দরখাস্ত থাবখিবনি (যংভং, ১৯৮২,৮২:লঃচঃসঃ,১৯৭০,৮)।

## ভবত শাইগী লীচৎ অমসুং মহাকপু তান্থোকপা

ভেকপনব কৈ পোকপবা, কৈনব তোকপা ওনববা মাগা মাগা চংলবা তুদনা লৈজবান। মৈদাংঙু ভবতশাইনা পোকখিন্নব। মযাম্ন খল্লক্লেনা নিংথৌ ওইবে, মনাউ ঈবুংঙো তোন্লেন তোম্বা, কানস ২০ জনাদব যুবরাজ হাপলে। হযাবনা মতম্সদা মৈদাংঙুচা আনন্দ শাইনা তাঁদো থুনা মপাঙ্ঈবংঙোগা মক খুল্লুনবগা করোগী ফোংদা চিথাখেন (চম্পাইযাম চনাক্রম)দা চত্তুনা শ্রাদ্ধ কর্ম্ম পাংথোক্লুনবগী যানবদা চন্দ্রশাক্ত আনন্দ শাই মশানা চত্তুনা মপাগী অশি থৌরম পাংথোকপা যংঙানবগা লাইবক ফবদ মতাক্লা ফংজাখবম্মী। অদুবু উন্না কুপ্পা মীওইবগা চক্লাগনি, মনাউ ঈবংঙো মৈদিংঙু অমসং যুবরাজ ওনানা কাব খল্লমগদবগে চাফবদুদি খঙবা ঙমদে। অদুবু খল্লম্বা খল্লমদবদুদ মপা তাংলগা মীগী চক মভুনা নিংথৌ ওইগান, যুবরাজ ওইগান হাযদুনা ওইহবরা পুকচেলশিং অদবুনি মৈদিংঙুচা আনন্দ শাইনা যেংলবদি।

প্রজা মীযামগী ঈহৌগী ঈচেলদা তাউথবক্লবা নিংথৌ ফম্বাল লোকপা তৈবা নিংথৌনা নিংথৌ খুবম হেক ফংখিবগা মতাক্কী নিংথৌ সিংহসনগী মবমদা খুনু মখোঙদা শম লৌবগুম লৌবগদবা মশা- মবেঙ ফন্না হৌগৎলক্লিবা মৈত্রবাক্কী অশেংবা নিংথৌ ওইফম থোকপা মযাম্বুং ঈবুংঙো মৈদিংঙু মচা অহনবা শ্যামশাই খুবাইলাকপা, নোংপোক কাইনৌ চীঙশোম্বগী যুমলেপচাবী ওইনা শাংথ- লেমথনা লৈহৌবিবা উপালশিংবু মক্ক ফুক্কে, চৎলম- লুপতীনগী তল্লা উশা- থাগে হাযনা চেকাশন্না হোৎনবকখি। অদুবু মৈদিংঙু গবিবনরাজ মহাকথক্তা নোংথোনবা ফমথোন পাযবা রাযেনবগী মপাবী খেল্লেম্বা, মৈতৈ কোনুংদা চাওবক্লবা লমজেন্দা, মুক্লাদা, ঈথিংদা- পনথিংদা, শাফমদা - লানফমদা, থাঙদা-

তাদা, বুদ্ধিদা- লৌশিঙদা মৈতৈ নিংথৌমচাশিংনা হঙ্গোযনবিবা অসিনা অপোকপী পলেম মমাগী মাযকৈদগী চীঙলেন পল্লং লাগুম ওইখিবা অমসুং মৈদিংঙুচা আনন্ত শাই, চেঙ্গোংদা মাঙজোংদা, খুবৈদা- খোঙযাইদা, থাঙলোন্দা তাবোন্দা, বুদ্ধিদা- লৌশিঙদা মোইবাং খেল্লেম্বমক্তা খৌতক চাববা মতোনশীনা সেকচুঙ চুগুলেন ওইনা লৈখিবনা মৈদিংঙু ভবত শাইনা ফোংনা থবক পাযখৎপা ঙম্লমদে।

কেগে মোইবাং নিংথৌমচা, কেগে গুাংঙোই লৈপাক্তা লৈখ্রবোই, মহাকপ্ লৌনম্বিববা মোইবাং নিংথৌগা শাগে তীম্নববোই হাযদুনা কৌব্ল চাঙজাঙগী লমদমদা পানখিবা ঈবা, পুবল্লাইচা খেল্লে পাম্বা, লৌয লাম্বুম্বদগী শমখবকপা সনালৈবু ঈবাংবমচা নানবা শবাবা নত্রগা নোংলেন হাইবাংখে (চৈথা কুম, ২০০৭, ২০) মৈত্রবাক্কী অহানবা মহাকপ লাকপগী চাদা নাইদা ওই ববা খেল্লেম্বনা মৈদিংঙু চিংশাই, ভবত শাইনাচংগী লমথাং ... নাযেংশিদগী মৈতৈ ... পাকেল মাঙ্গাখগাদবা ... উনব শাইগী ... মহারাজা মচেন ঈখেনা চাংবা ... ইম্ফালগী মহারাজ মপান আন ... লৈশাম্বু অমসুং ... অমসং ...

[illegible]

## শগোন মাঙদা পুঞ্জাও পুবা, ওকপীদনা ফিকুম্না

মৈদিং ভবত শাই (খৃ. ১০১২ - ১৩,) ... লৈশ্যাম্ব অমসং ভাগ্যচন্দ্র আনবু খল্লুং পও ... শাল্লবা শরৈবাস মৈদিংঙুচা আনন্ত শাইনা মপাঙ্গিবুংঙো, মযাম্বংগী অহন অমসুং মশাই ঈবুংঙো অর্মাদ অতৈ লাই ওইখ্রশিংদুগী নসব শ্রদ্ধ (চহিগী সে বাং) শোল্লবগী হল্লকপা মতমদুদগী তাববান।মবম অসিনা মহাক্তা কাব তৌগদবগে হাযবগী মবমদা খনবা হৌখ্রবনি। মহাক্কী হিবম পুম্নমক্তা চৈঙক ওইবা মবাইঈবুংঙো খেল্লম্বসু অযাম্বা মতমদা কোনুংদা নত্রগা কংলৈপুঙ (ইম্ফাল)দা লৈতে। অদুগা মহাক্তা

কোনুং নত্রগা কংলৈপুঙ থাদোক্লুনা তোযনা চথোকপসু লাম্মী- লানশঙ লৌংদুনা লৈবা নত্রির্বানিনা লৈপাক মমাঙদা ফোংদোক্লকুবসু যাদ্রি। ফত্রে হায়ববসু হুন্দোকপা যাদ্রিবা "চাশি মক্ক, হুন্দোকসি মতোং" হাযবদু ওইবি, মবমদি মখোযগী মহুম ফাদ্রি। অদুবু মবক মবক্তদি যেংদবা যাদ্রি: হো- হা হন্দোকউ, শানা যেন্না শোক্কনি, হাযদুনা তান্দবা যাদ্রি অমসুং খুউ শেন্দবসু যাদ্রি। অসুম্না মাযকৈ খুদিংমক্তা যেংদুনা মহাক্কী মন্নংগী ওইবা মচা- মনাই অচেৎপাশিং থাদুনা মবাই ঈবুংঙোগা ঈ- পাউ চৎনদুনা মচাঈবুংঙো অনিবু চাওযেং যেংদুনা চহি অমগী মতম হৌজিনখ্রে। অদুবু মৈদিংঙু ভবত শাইগী মনাই মশনশিংনা থবক খোঙজঙ কর্নাশিনবগী মতৌ অমা খৃঃ ১৭৫৩গী ঈংঙা- ঈঙেনগী মতমদা উবকপদগী মৈদিংঙু আনন্ত শাইনা মহাক্কী মীশিংবু মৈদিংঙু ভবত শাইগী মনাইশিংবু হেঞ্জিন্না কপশেন শেন্নহন্দুনা থর্মাখবম্মী।

খৃঃ ১৭৫৩গী লাংবন (September-October) থাগী লৈপাক মৈতৈগী শল্লাই চাগোক পুম্নমক্না অপোক অশাং লাংনবা থাসিদ লা এন লৌচী কোযবা, খাবী নবুক যেংবা শাদুনা মযুম কংলৈপুঙ থাদোক্লুনা মযম কেংগে নমদমগা থম্বাল নোংশাবৌদা কোযথোক্লকর্খিবম্মী। মপাবা মইবংলো অনিগা তৌগদবা থৌবা লৌখৎনবা মবাইঈবুংঙো খেল্লেম্বগা শনা মনা উন্নদুনা বানম পুম্বা চাংনখি। মৈদিংঙু ভবত শাইগী কবিগুম্বা ১ ওখৎ ওইবা, অমত্তা লৌখৎত্রবা হক্তোসদা গৌবশ্যাম ভাগ্যচন্দ্র থিবদা চেকথৎলবা ভবত শাইগী মনাইশিংনা হেনাংবা পোক্লক্ত্রবা মতম তাঞ্জা চংকক্লে, লৈপাক প্রজা পম্বনা মহাক্কী লাচৎ খণ্ডনবক্লে। মবম অসিনা মখোযনা মথৌ পাযখৎপগী মতম যৌরক্লে, খন্নবে। মপা হাংলগা নিংথৌ ওইনাংবা, মাগী হক মৎপদা হল্লেঙবা লৈতবা অমদি মপূক মাক্রং নাইদাশিংদি চেক্লবা মখাক থমদনবা, লাইথ্যং মখাক লৈহৌদনবা অমদি ফত্তবা মক মক্লবা অনেনবা খুজিন থৌবাং লৌখৎনবা শবৌ লাংলৌ শীন্নবে। মথৌনা মবাংজেন মান্নবা, মতিক- মপাঙ্গল তেন্নদবা, পাযম লৌশিং খেন্নদবা পাম্বা কৈজেংলাংবু ঙম্বা কৈবেন খুত্তা লাক্লে হৎনা, যাদা লাক্লে যানা ফাবা ঙম্বা কৈবেন কৈজাওগুম্বা অনিদুনা থবক পাংথোক্কদবা নুমিৎ লেপ্পখ্রে অমসুং মানা মানা তৌগদবা মথৌ, পাংথোক্কদবা থৌগায, লৌগদবা থৌদাং পুম্নমক যেম্থোক্লখবে।

মৈদিংঙু আনন্ত শাইনা মযুমদা হল্লক্লবা মতুংদগীদি মহাকসু, মবাইঈবুংঙো খেল্লেম্বসু শা লানগী শাজেন লৌখৎখ্রে। অতোপ্পশিংবুদি যাবিবা মখৈ খঙহন্দনা মাগী মাগী লৈজবা মনাই- মশনশিং ফাওবনা লোন্না লাম্মী খোম্বা তৌনখ্রে, খুৎশূ - খুৎলাই লেপশিন- পৈশিন্দুনা খুৎলাই মশীঙ

থিনা- পানদুনা লৈনখ্রে। মীমাঙর্দদি অৱা লৈপাক্তা ঈবাং থোক্লে, তোঙ্গু নিংথৌ পানবা ঙমদ্রে, কোই, কাবেং, তালেং, খাম্রন, সান্দুনর্চিংবা পুম্নমক্ক খোইবেন মশা পাইবমখে লাংনবে। মৈতে ঐখোযগী অসোমদা লাক্লবদি কবম তৌগনি, খবমখৈ যেংশিন্দবা যাদববা, ঐখোযগী লৈপাক্তা লান্দবীবক্তবদুদি লাইবক ফবনি, হাযদুনা অৱাগী মাযকৈদা খুৎনা থিল্লগা মিৎযেংনা অমদা থম্লবি। অদুবু মৈদিংঙুচা আনন্ত শাইনা লাংলিবা থৌবাং অমসুং মোইবাং খেল্লেম্বনা তৌবিবা শাজেন পুম্নমকসি মখোযনা নিংথৌ অমসুং যুবৰাজ / মন্ত্রী ওইননববা? মতম মতাং অসিদা মৈদিংঙুচা আনন্তশাই লৌখৎলিবা থৌওং- থৌদৌসি নিংথৌ- শেম্বগী থবক্লি, পাল্লিবা নিংথৌনা শামন খজীক্তং ফংখিবদা খুদক্তা অঙাং ওনহনখিগদবনি। অদুবু মহাক্লা শিবা কিদনা হোৎনবকাখ, মহাক্লা মৈতে নিংথৌগা ফম্বাল কাগে, নিংথৌ ওইগে হাযবা নত্তে। মহাক্কী মপাবুং ঈবুংঙোনা পোকপাবম্না মখোয পুম্নমক্কী মযাম্বুংগী অহন, মপাবুং ঈবুংঙোগা নুংঙাইনবগীদমক্তা মশাগী নিংথৌ ওইবগী হক কথোকাখবা মহাক্তুগী মচাইবুংঙো গৌবশ্যাম্ব নিংথৌ ফম্বাল থক্তা থাঙ্গৎকে, মযাম্বুংশীদগী হাক্তগী মখা শম্মথবক্কদবা শোন্দনা ফংফম থোক্লবা হক অদু ফংহনগে, হাযদনা মচক যোন্দনা হেংনাবনি

হৌখিবগী মাযকৈদা লেপ্তুনা চেনাশাল্লবা মতমগী খাঙজেন্না মৈদিংঙু আনন্তশাই অমসুং মোইবাং বাযেননমচা খেলেম্বা ঙাননা লেপ্লাখিবা নুমিৎতু পুবক্লে। হাযনখিবা ৱাখুনগী মতুং ইন্না মোইবাং খেল্লেম্বনা লেপ্লখিবা নুমিত্তুগী মমাঙগা নুমিত্তুদা মমাকঈবুংঙো অনিগা লোইননা লৈজবা মহাক্কী মী মখেৎপদনা ইম্ফাল কংলৈপক্তা লাক্লনা লৈবম্মি। লৈরিবা পোইবৈ তমলৈকাযগী মচাশিংন কনানা কাব তৌগদৌরিবনো হন্নদে চাননা হংদা হংল্লুবগা মৈদিংঙু খুকমহনগে তৌবনি হাযনা ঈবায লাযন খুমদোকই। মীযাম্নসু থাজৈ,"চুমইদা, লৈপাকমচা তাবা হাযবসি অদ্লান, ফজৈদা কো", শোল্লম্লগা মচৎনখি।

লেপ্লখিবা নুমিত্তু কোনোক কোংযাম্বগী কুম শক ১৬৭৫গী হিযাঙ্গৈ থাগী ২০(কুন)পানবা নিংথৌকাবা নুমিৎ (খৃঃ ১৭৫৩গী ডিসেম্বরগী অহানবা চযোনগী নিংথৌকাবা তাবা নুমিৎ)নি। নুমিৎসিদা শিন্নখিবা পোবমগী মতুং ইন্না মৈদিংঙুচা আনন্ত শাইনা মপানগী মিৎযেংদদি মনাই- মশন, মচা- মনাউ, লোইযিন- খমযিনচিংবা অমত্তা যাওদনা অমসুং লোইনদনা মৈদিংঙু ভবত শাইগী নিংথৌ শাঙ্গাইবেন্দা চঙদুনা অকুবা লৈপাক্কী- ৱাফম, লৈঙাক্লোনগী কুপশিল- লুশিল্লবা পোচৎ- পোথাং খন্ন- নৈনবা কংলা উত্রা শঙলেন্দা ফমদুনা মৈদিংঙুগী যাথং ঙাইদুনা লৈবি। মতম ঙাইহাক্কী মনুংদা মৈদিংঙু ভবত শাইনা লৈপাক্কী যাইফনবা খনবা

মীওই অমা ওইনা উত্রা শঙলেন্দা মৈদিংঙুগী যাথং ঙাইবিবা মৈদিংঙুচা আনন্ত শাইগী মনাক্তা সনা খোঙলেঙথোক্লক্কুনা লৈবম্বা মনাই মশল, ঙাকশেন থোঙঙাক- মৈবীং, অনং- ফিহাইবোইনচিংবা অকুবা ৱাবমনি হায়না লমজাযহনখ্রগা মযাম্বুংশী পাযমা লৌশিঙ থোইবাগা ৱাতা- বাখল্লনবা লেঙশিল্লক্লম্মী। ৱাবম অকুবা অবাবোমগী মাযকৈদা মবুধৌ ঈবুংঙো তুবী চবাইবোংবা (খৃঃ ১৬৯৭- ১৭০৯)গী সনা হাক্তক্তা শেনবী অৱা নিংথৌনা মৈতৈগী লোইখুনশিং চকপা পুঙপুন, কাম্বু, চিবাং, খবোয.তীঙযীৎশা খুন্থক অমসুং খুনখা, মরু কোন্দোং অমসুং লোইবী তবাউ খুনদোন পুন্নমকসি হন্দোক্কনি হাযব [মঃচঃসঃ,২০০২,১] গা পীবর্কখিদ্রে[মথক্কীসিদা,৯], হৌজিক কবি তৌবা তাবগে? - হাযবনচিংবা অববা বাফমশিংসি মৈদিংঙুচা আনন্ত শাইনা পুথোক্তুনা মতম তাঙ্গা ঙাইবগী লুথুল্লি। মাযকৈ অমবোমদা মোইবাং খেল্লেম্বনা শিন্নখিবা থৌদাংগী লাংথাক মতুং ইন্না মমাক ঈবুংঙো অনি অমদি মখোযগী থৌগল লাঙ্গল, লোইমিন- খর্মযিন্নি হাযদুনা মহাক্কী লৈজবা মী মখৈ ইলহল্লগা ম্লথোঙ থাঙলেল ভুকপদা "মৈদিংঙু খুকমহঞ্জগে" হাযদুনা পাউহংলগা ম্লথোঙ লানশিল্লক্তুনা কনাবম চিংনহন্দনা চঙখবে। ম্লথোঙ থোঙলেন লানাশনর্বদগীদ চংলর্কখিবা খেল্লেম্বগী লাল্লোইশিংদ শমাজি খাযখ্রে লৌমী ওবা পুংনা তুংদা চিবাই থোঙদা লৈহৌবে, নুপাগী কাংবুনা মংলেমদা চঙশিনখ্রে। মখোযনা ম্লথোঙদা চঙখিবা উনদা ম্লথোঙ মনাক্কী পচুলাপ লাপ্পুনা চাদুনা লৈবম্বা মৈদিংঙুচা আনন্ত শাইগী মচা- মনাউ, মনাই মশলচিংবা পুন্নমক ম্লথোঙ মনাক্তা চঙশিল্লক্তুনা পৈদুনা লৈবগে অমা খোযনা হাইবর্কসিনা মোইবাং বাযেনবা খেল্লেম্বগী লাল্লাউবনি।

কংলা তুরংগী ফম্বান্দ ফমদুনা মৈদিংঙু অমসুং মযাম্বুংশীনা মৈত্রবাক্তা নপম্বন শোল্লনরকবা মতম ওইবদগী মথক্তা নিংথৌ পান্দবগুম তৌদিবা হনা লৈপাক্কী ফিবমদুদা কবি তৌবা যাবগে, হাযনা খল্লবিদুগী তাঙ্গাসিদ মনা উত্রা শঙলেনগী মাযওন নোংচুপ ওল্লিবা অদুগী থাঙজাও মপা অদদ মহাক্কী লাল্লোইশিং, ফিনংদা থাঙ যেপ্লকপশিং পবেং শানা লেপহল্লগা মোইবাং বাযেনবা খেল্লেম্বনা খৎশৃ থাঙ শভুনা চোংখৎলগা "নহাদে, ঈবাংবমচা খেল্লেম্বদে, মৈতৈ নোংথোনবা বাযেনবমচাগী মপাবীদে" হাযনা শাবাট লাল্লাউ লাউবকখিবম্মী অমসুং মখা তানা "পোইবৈ নিংথৌ ফম্বাল লৌগে, বাংঙম কংলা নেৎকে,শামান্নবা থোবক্লো, লেংঙমান্নবা চোংথোক্লককলো, চাযনা খোঙফেন হানর্বাসি" হাযনা লানশীঙনবগী লাল্লাউদা তাবকখিবম্মী। লাউবিবা লাল্লউসি মৈদিংঙু ওইবিবা ভবতশাই শঙ্গোইতাবা (মিংথোইঙম্বা) পঙতা তাখিদ্রি। অদুগা যেক্লবা মাযযোক

যাদুনা অসুম্না মশানা শাবাউ- লাল্লাউ লাউখিবসু থোইনা যাওখদে অমসুং মসিগুম্বা লানশীঙনবকপদা চোঙথোক্লুনা লাম্না তৌনখিবসু কযা লৈখিদে। অদুবু মযাম্লুংশীদুগী মমাঙদুদা ঈকাইখাঙদগী হুযেন লান্থেংনবগদবগা মওংদা ঈফিং ফিঙ্গংপা মতৌ উৎলকখি। অদুগা লাল্লাউ লাউবাক্লিবা মোইবাং খেল্লেম্বগী মীশিংদুসু লেপ্তুনা চঙশিল্লকম্মী। অদুনা বাযেনবমচা খেল্লেম্বনা কংলা উত্রাগী মাঙ্গোন্দা কাখত্তুনা চঙশিল্লকপা, শক্কা শক্কা উনবন। মতমদুদাদি মহাক্কা লাম্বা তৌনগদৌবিবা মীশক্লু কনাগনো হাযবসু শঙশঙ্গুনা উবক্লবা মতমদুদাদ মশা লীথোক্লনবা, চেন্ননবা থৌবাং তৌবক্লে। মৈদিংঙু ভবত শাইবু চেনখিগদৌবে হাযবসি মৈদিংঙুচা আনন্ত শাইনা উবক- খঙলল্লবদা থাঙ শত্তুনা খুদুম চেংনা পাযবগা মহাক্কী চেংনবগী লম্বী থংলে। মৈদিংঙু ভবত শাই অযা অনেৎ লাং, কোঙ্গেম, লীথ লানদা থুবে, লীংফম পল্লীংফম লৈতবে।

মৈদিংঙু ভবত শাইবু হুযেন লানফা ওইনা মখুৎ ত্বন পাবে লাক্লু ফাদুনা থল্লগা হার্যাবিবা নুমিৎ, শক ১৬৭৫গী হিযাঙ্গৈ ২০নি পানবা, নিংথৌকাবা ন্যমিৎসিমক্তা মৈদিংঙুচা আনন্ত শাই, বাংগুম মপানথোনা অমসুং মোইবাং ঈবাংবমচা / বাযেনবমচ পোইবে মপম (মাম্মা) অনানা ঈপুংশী গৌবশ্যাম নিংথৌ ফম্বাল থাক্তা থাগৎখি অমসুং নিংথৌ ওইনা। মৈদিংঙু হাযবা মিংথোনাসু ফংহনখি অদুগা মৈদিংঙু গৌবশ্যামাসবু খুদক্তা ফম্বাল তোংহল্লগা মবাম্বা (মবাম ঙম্বা) হাযবা ফম্বাল- মিংথোলাসিসু পাখং মমাদ মনাক্তা ঈবুংঙো ভগ্যাচন্দ্রবুসু যুববাজ ফমখোন হাপ্লাখি। অসুম্না মৈদিংঙুচা আনন্ত শাইনা মশাগী খুজীন হৌনা অমসুং মপাঙ্গলনা ফম্বাল মনাবা থম্লগা মখুত্তগা ফম্বাল হন্দোক্লুনা লৌবগা মশামক্তা ওইবা যাবক ২ চাদা। নিংথৌ ফম্বালদুগী অশেংবা হক লৈবা মাগী মফমদা কথোকখি। মহাক্কা নিংথৌ ফম্বাল হন্দোকপা অমসুং ফম্বালসিগী ফংফম থোকপদুদা মহনফমদা হঞ্জিনহনবগী থৌবম পবাংসিগী মহৈ ওইনা থোক্লক্লিবা শীদোক বাথোকশিংদি:-

**কোনোক কোংয়াম্বগী কুম শক ১৬৭৫..... হিয়াঙ্গৈ থা..... ২০নি নিংথৌকাবদা মৈদিংঙু মরাম্বনা ফম্বাল কাইএ। নিংথেম শঙ্গোয়তাবদি অৱাবম তানথোকএ।। খুমনথেম্বা পুন্নবা লুৱাং, ওয়না শেকমু ২মা হাৎনৈএ।। তোল্লেম তোম্বা ওক্তোং (ম্যান্মার বোর্ডরদা) দা থাই- এ [চৈথাঃকুমঃ,২০০৫,১২১]।**

অসিনি। ভবত শাইসিদি অৱাদা অদুম লৈখ্রে অমসুং মহাক্কী চাদা- নাউদাশিংসু অৱা লৈখ্রে। অদুগা মপাবু হকথেংননা তানা থিনবা তোল্লেনতোম্বা (শত্রুঘ্ন শাই)দি নিংথৌ ওইনবা লানহৌবকপদগী যাংকোকঙা।

মাইচৌনা পাম্বোইবীগী শুমাই মমাঙ(ফাষ্ট এমঃআবঃগী মখাবোমদগী থিবকপদা অহানবা গেটকী মপাগী অৱাংদা লৈবিবা বাবুপডাগী মখা থংবা লম মচেৎ অমা)দা কব্রং থৌবিনা থৌবী যাল্লগা হাংখি। [মথক্কীসিদা, ১২২]।

*অসুম্না ঈবুংশীজ আনন্ত শাইনা শগোল মমাঙদা পুঞ্জাও পুদুনা মৈদিংঙু ভবত শাইবু লাং থাকাখ অমসুং ওকপীদনা যি কুপ্তুনা গৌবশ্যামবু নিংথৌ হাপখি।*

## নিংথৌ ওইবা পাম্বা নত্তে
## নিংথৌ খুবম মুৎহন্দবা পাম্বনি

মৈদিংঙুচা আনন্ত শাই, নিংথৌ ফম্বাল কল্লকপা, মশানা নিংথৌ ওইবা, সিংহাসন্দা ফম্বা নত্রগা কংলা ফম্বাল তোংবা পাম্বা নত্তে: মহাক্না পাম্লিবাদ নিংথৌ খুবম মুৎহন্দনা লৈপাক্কী চৎলম লূপাতিন্না পীবা নিংথৌ ওইফম থোকপা মীশক অদুনা নিংথৌ ওইদুনা পানবা হাযর্বাসান। মহাক্না মপাগী অরোযবা লাইংথৌ (অান্তিম কর্ম্ম = শ্রাদ্ধ কর্ম্ম) পাংথোকপগী ফংফম থোকপা লৈববসু অমসং মপাঙ্গল-মথৌনা, মবৌশিং মবুদ্ধনা নিংথৌ ফম্বাল মখুত্তা থল্লবসু মহাক্না নিংথৌ ওইগে খর্নাখদে। অসি শুম্না কথোকপা অমসুং মশাগা ওইজবা থাদোকপা (স্বার্থ ত্যাগ), খ্বাইদগী হেন্না থম্মোই চাওবা বাহল বাংলা খনবগী খদম টংখবা মী ওইশিং ডাঃ কমলনা খঞ্জখিবা আর্য্যবর্তো লমদমসদান অমসু পথিবী লৈপাক খুদিংমক্তা যাম্না তাংগে। কমলগী আর্য্যবর্ত্তদদা লাইবিক লাইশুগী নত্রগা শা উচেক্না মাবোন ভাংবা নবা শাগুবুনগা অমসু নাই তানগী লাইওই তীনওইবগী ওইবা বাব। শাগুনগা মীশক আন সর্য্যাংশকা অযোধ্যাপাত্ত দশবথগী মচা ভবত (বামায়ন মহাকাব্যবগী) অমসং চন্দ্রবংসকী হস্তীনাপুবগা গঙ্গাপৎ ভীষ্ম (মহাভাবত মহাকাবাগী) থর্কসি ফংঙি অদুব মনিপুব ইতিহাসকী পবীংদগী মখাহগী অসদগী শকক মবি ওইনা (১) গাববনৱাজ মহাবাজগী মচানুপা অহন মৈদিংঙুচা শ্যামশাহ খুবাইলাকপা, (২) মৈদিংঙুচা আনন্ত শাই, মশামক, (৩) মৈদিংঙু লাবন্যচন্দ্রগী মচাঈবুংঙো হেবাচন্দ্র (তাক নিংথৌ), (৪) মৈদিংঙু নবসিংহ ঐখোযগী ঈনিংথৌ নুংশিখিবা, (৫) মৈদিংঙু নিংথেমতোন চৌর্বাজিৎ মহাবাজগী মচাঈবুংঙো সনাচাত অহুম (বর্নাজিৎ / নবেন্দ্রজিৎ সিংহ),(৬) যুববাজ / সেনাপতি কোইবেং নত্রগা টেকেন্দ্রজিৎ বীবসিংহ,(৭) শান্নোংবা লাল্লুমখোম্বগী মচাঈবুংঙো বাংখৈ চীঙডাযাঙবা অমসুং (৮) মৈদিংঙু তুবী চবাইবোংবগী সনাঈনি শৈথানবা / শীঙথানবা বাংখৈ পুখ্রনবা মচা খুল্লীং নত্রগা বিনিন্দ্রাম হাযবিবশিংসি ফংঙি। মৈতৈ জাতিসিগী কথোকহৈবা, মশাগী ওইজ- ওইথক থাদোকপহৈবশিং অসিগী লৈঙাক্লোন্দা নিংথৌ খুবম কনখিবগী ইতিহাস লৈবগুম মৈদিংঙুচা আনন্ত

শাইগীসু লৈজে। মহাক্লা মশানদি নিংথৌ ওইদনা অমসুং ওইনীওদনা নিংথৌ খুবম মুৎহন্দনা য়োক্তুনা থম্লনবগী হোৎনখ্রিবা মতৌ অসি মহাভারত মহাকাব্যদা য়াওরিবা চন্দ্রবংসদগী পোক্লকপা কুরু বংসকী শান্তনুনন্দন নত্রগা গঙ্গাপুত্র ভীস্মগী লাইওই- তীনওইবগী পুন্সিদুনা হেন্দে। হায়রিবা কথোকপা থাদোকপসিগী মথক্তা রাজসেবক অমসুং দেশভক্ত অমা ওইনা মৈদিংঙুচা আনন্ত শাইনা পুরকপা লৈপাক থৌদাংগী মখা চত্থরকপা ইতিহাসকী থৌদোক ৱাথোকশিং খরদি:-

## (১) সেনাপতি ওইনা আনন্ত শাই

খৃঃ ১৭৫৩গী ডিসেম্বর থাদা মৈদিংঙু আনন্ত শাই অমসুং কেগে ৱাযেনবমচা খেল্লেম্বনা মৈদিংঙু মরাম্ব [গৌরশ্যাম (খৃঃ ১৭৫৩- ৫৯ অমসুং খৃঃ ১৭৬১- ৬৩]বু মৈতৈ নিংথৌগী ফম্বান্দা থাঙ্গৎলবদা ঈবুংশীজ আনন্ত শাইবু চহিসিদা সেনাপতি অমসুং ৱায়েনবমচা খেল্লেম্বু খৃঃ ১৭৫৭তা মোইবাং নিংথৌ হাপখিরম্মী [মথক্কীসিদা, ১২২]। হাযরিবা মতম তাঞ্জাসিদা নিংথৌ পান্দনা লৈপাক কাং- খোং চাইকৎবা ম্যাম্মা / অৱা লৈপাক্তা তোঙ্গু নিংথৌ শাগৈগী অবাপ্পা নিংথৌশাগৈ মচা, ঔঙ জা- যা (Oung-za-ya) কৌবা মূৎ - শো - ভো(Moot-tsho-bho) কৌবা কংলৈগী লৈঙাকপসিনা খৃঃ১৭৫৪দা মহাক্কী মতীক- মপাঙ্গন্না হায়বিবা কংলৈ (টাউন)সিদা কোনুং ওইদুনা ম্রাম্মাশিং অনৌবা নিংথৌ- শাগৈ কোনবাউঙ (KONBAUNG) লীংখৎলক্তুনা "অলাউঙ ফায়া / প্রা(খৃঃ১৭৫৪- ৬০)" হাযবা মিংথোন লৌদুনা ম্রাম্মা লৈপাকসি নিংথৌ পানবা অমুক ওইহল্লক্লম্মী (C.B.A.,1987,297-307)। মহাক্লা মহাক্কী লৈপাক শন্দোক্লকপদা ঈবুংশীজ আনন্ত শাইনা সেনাপতি ওইনা লৈঙাক্লিবা মৈত্রবাক মেখলে / মেক্লেগী লমসিদা খৃঃ ১৭৫৮গী ডিসেম্বর লোযশিল্লকপদগী লান্দাবক্তুনা খৃঃ ১৭৫৯গী মার্চ থাগী লোযবা ফাওবদা লানগী ঈবাংনা মৈচ্রাং পাইরম্মী। মসিগী ঈ- পাউদি:-

> **থিংকুজম অমুগী কুম শক ১৬৮০ হিয়াঙ্গৈ থা (খৃঃ ১৭৫৮গী নবেম্বর- ডিসেম্বর)দা ঈবুংশীজ ভাগ্যচন্দ্র যুবরাজনা শাইখোম খাবম লাকপগা সমসোকলোমদা, ঈবুংশীজ আনন্তশাইনা মোংবীজাম্বা নহারুপ লাকপগা তুমুলম, লাল্লম ২মা অৱা নাবা চৎলে। অৱানা তকথোকলকএ।। ককচীঙ তান্না হন্দোকলকএ।। হিয়াঙ্গৈ থা ২৮নি ঈরাইদা মৈদিংঙু মরাম্বা অৱা নাবা শানএ।।........।। পোইনু থা হুমনি লৈপাকপোকপদা ককচীঙগী তেঙ্গোঙ্গ কায়নৈএ।। ১১নি লৈপাকপোকপদা লৈশাংখোংদা মনাউ ঈবুংঙো যুবরাজনা শোক্লববু**

**ঙমদদুনা লৈপাক তাকএ ॥ অৱানা নুমিৎ ৯নি লৈরমএ ॥ হাওনাইদগী কুমলক্তুনা মৈতৈলৈপাক খুনলিংএ [চৈথাঃকুমঃ ,২০০৫,১২২] ॥**

অসিনি। মথক্কী "হাও- নাইদগী কুম্লক্তুনা খুল্লীংঙি" হায়বসি মৈতৈ নিংথৌ মচীন- মনাড, অঙম- অথৌনচিংবসি শঙাইথেলগী চীঙথক্তা কাদুনা অমসুং মসিগী অকোয়বদা লোত্তুনা লৈরুরগা অৱাশিংনা চৎখ্রবা মতুংদা থোক্লক্তুনা লৈপাক- লৈঙাক অমুক তৌরবগী ৱাফমনি। অদুগা মথক্কীসিনা মৈতৈগী ঈ- পাউনি, ম্রাম্মা / অৱাশিংনা পীবা ঈ- পাউদি:-

**............ Taking advantage of the disturbances in Burma the Manapuris, in 1754-55, recommenced their aggressions, and in the latter year Aloung-bhoora despatched a force under one of his near relations which overran the country, owing its success mainly to the use of fire arms. After his return form Pegu Aloung-bhoora himself advanced up the valley of the Khyeng-daweng, in 1758, and crossing the Ungoching hills by Khambat route, he entered the Manipur valley by the Imole pass and after a sanguinary battle with the inhabitants under Burut Shah, he occupied the capital where he remained for thirteen days. He was recalled thence by the news of a rebellion amongst the Peguans who had recaptured Rangoon ......[C.B.A.,1987,305]**

অসিনি। তশেংনমক খৃঃ১৭৫৮- ৫৯গী অৱা লান অসিদা কোনবাউঙ নিংথৌ শাগৈ লীংখৎলিবা ঔঙ- জা- য়া / অলাউঙ- ভূবা (খৃঃ১৭৫৪- ৬০) মশামকসি মৈতৈ কোনুংদা নুমিৎ ৯নি (অৱানা চখোক- চৎশীনগী মতম থারগা নুমিৎ ১৩নি) লৈরম্মী। হায়রিবা মতম তাংককসি ম্রাম্মাগী ইতিহাসতা কোনবাউঙ নিংথৌ শাগৈসিগী পুকোকসিগী শামু ময়ানা থিম্দোক্লকপদা মঙ্গে থেঙ্গুনা য়ৈশিনবা ঙমদে হায়বগী তাঞ্জাদুনি। অদুবু মৈদিংঙুচা আনন্ত শাইনা মহাক্কী তৌফম থোকপদুদি অদুম্মক তৌদুনা মৈত্রবাক্কী নিংথৌ ফম্বাল য়োক্ল- কন্নবদুদি অদুম মহাক্কী ঙমজবা থাক্তা হোৎনজখিরম্মী।

## (২)খ্বাইরাকপা ওইনা আনন্ত শাই

খৃঃ ১৭৫৮গী অৱানা লান্দবক্তুনা মৈত্রবাকপু মতম খব খুদম চল্লম্বা অসিগী মতুংদা খৃঃ১৭৫৯গী এপ্রিল থাদদি মৈদিংঙু মবাম্বনা অহল্লমনশিংনা পীবা ৱাযেন অমদি মনাউ ঈবুংঙো ভাগ্যচন্দ্রগা যার্নখিবা চহি ৫।৫ নিংথৌ ওইনবা, নিংথৌ ওইদবদুনা যুবরাজ ওইনবগী ৱাফমসিদা মৈদিংঙু মবক্ম ফম্বাল কুম্নগা মনাউ ঈবুংঙো ভাগ্যচন্দ্রনা "চীঙথাংখোম্বা / চীঙথংখোম্বা" হাযবা ফম্বাল মিংহুনসি লৌনদুনা ফম্বাল কাখিবম্মী। অদুগা মতম অদুৱাইদা ঈবুংশীজ আনন্ত শাইসু মাগী মীচঙ হেনগৎহন্নবা সেনাপতিগী ফমথোন, মনাউ ঈবুংঙো হৱিচরন শাই (মৈদিংঙু গবিবনৱাজগী বানা চিনফুবোন / চীঙঙাখমচনু শবীঙম্বীনা পোকপা)দ পীবগা মহাক্না খুবাই লৈকোক লৈকাযগী লাকপা, খুবাইবাকপা ফমথোক্ল লৌদুনা লৈপাক থৌদা পুবকখিবর্ম্মী। মহাক মতমসিদ মৈতৈ লৈপাক্কী ওইনা কুম্বাবোন [শক(Era)] অমা শকাব্দ ১৬৮২ (খৃঃ ১৭৬০)দা পুখোঙ্না চংনহনখিবসিদা লৈপাক্কী অঙম্বা অমা ওইনা শকক লাবর্ম্মী।

মৈদিংঙু চীঙথাংখোম্বা / ভাগ্যচন্দ্র, হিন্দু বৈষ্ণব ধর্ম্মগী নমাং / নিম সম্প্রদাযদা যাম্না হবচিন্না মিৎযেং থমজবা রাধা- কৃষ্ণগী যুগল মূর্ত্তি লাৎচবা বৈষ্ণব অমনি। অদুগা মহাক্না অবাগী কনখৎলারবা মপাঙ্গনা সনা মৈত্রবাক্তুনা লান্দাবকপগী ঈবাংসি ঙাকথোক্লবগী বাযম খংদুনা লৈবিউ, খৃঃ ১৭৬৩গী মতমসিদা কলকতাদা লৈবিবা বৃতিশ ঈষ্ট ঈন্দিযা কম্পনীদা মানাপুবগী অযোকপা মপা হাৎপগী তাক্লোকখিবা গেম্মত শর্ত্ত অমনবাগী চেল্লকপা মচা চিংশাইনা মহাকপু মনিপুবগী সিংহাসনদগী মবম চাদনা তাস্তোকপাবে, মনিপুবগী সিংহাসন হঞ্জিন্নবা হোৎনবদা মতেং পাংবাযু হাযদুনা মতমদগী ত্রিপুবাগী নিংথৌ কল্যান মানিক্য (খঃ১৭২৫ ৬০)গী মতেং লৌদুনা দবখাস্ত থাবক্লে। মসিগী অচুম- অবান, মবম চাবা চাদনা, নিংথৌ ওইফম খোকপা নত্রগা খোস্তবগী মবমদা অশেংবা বাফম পীযু, হাযনা মতমদুদা নোংপোক থংবা বঙ্গলাদেশগী চিট্টাগোংদা লৈবা চিট্টগোংগী ফেক্তুবীগী মপু হেবী ভেবলষ্ট (Herry Verelst) না ঈষ্ট ঈন্দিযা কম্পনীগী ওনবেবল মেম্বব ওফ সুপ্রীম কাউনসিল (Honourable Member of the Supreme Council) অমা ওইনা মৈদিংঙু চীঙথংখোম্বদা ৱাহং- পাউহংলক্লম্মী। হাযবিবা ৱাফমসি মৈত্রবাক্কী চৈবাপ ফম্বৈদা খন্নববা মতুংদা তিবমসিদা মাযপাক্লবা থবক পুবা ঙমগদবা, চিট্টাগোংগী ফেক্তবীগী মপু বৃটিশমচাদুনা ভাব তাননবা বা ঙাংনকুগদবা মীশক অমা নেকপা অমসুং মীশক্তুনা চিংশাইগী ৱাফমশিংদু হুন্দোকহনখ্রবা মতুংদা অৱাশিংনা মনীঙ তম্না মনিপুবদা লান্দানীঙবা মতমদা লান্দাবনচিংবসি থিংননবা বৃটিশ ঈষ্ট

ঈন্দিয়া কম্পনীগা মনিপুবগা মতেং-মতেং পাংননবা, তেংবাং পীনবগী ৱাফমশিং থাঙ্গত্তুনা যানবা পুবকপা ঙমগদবা মীশক অমা ওইগদবনি হায়বগী ৱাবমশিংসি বাবেপ্লখিবন্মী। মৈত্রবাক্কী চৈবাপ ফম্বৈনা লেপ্লবিবসিগী থবক পায়খৎনবা অমসুং পুননবা মতমদুদা বঙ্গদেশতগী মনিপুবদা কোযবকপা নত্রগা লাক্তুনা লৈববা (মহাকসিগী অশেংবা লাকফম খঙদে,) হবিদাস গোষাই কৌবা (লম্বোইবসু হায়) বেঙ্গোলী নপা অমদা মৈদিংঙু চীঙথংখোম্বনা শিন্নবে। হায়বিবা হবিদাস গোষাইসিনা থীন্দনা চিট্টাগোংদ চত্তুনা ভেবলষ্ট উনখিবন্মী। অদুগা মহাক্না ঈ মতমদগী চাওনবা য়োকপীবকপা অমসুং নিংথৌ সিংহাসনসু পীবীবা অয়োকপা মপান কবিগদমক্ত হাৎলিবনো, মসিদা লৈপাক প্রজানা যাফম থোকপনা, অসিনচিংবা পুন্নমক্তু মিং ভেবলষ্টতা শুগংনা লীদুনা অমসুং হায়দুনা ভাব তাহল্লে অদুগা মহাক্কী পবীংদগী মতমদগী বেঙ্গোলগী গর্ভনর এচ বেনোসিটার্ট (H Venositart) (যঃভঃ, ১৯৮২, ৮৩)তা পখৎহন্দনা মৈতেগা বৃটিশকা মতে, মতেং পাংনবগী বাফমদুগী থবক পায়খৎখিবন্মী। বেঙ্গোলগী গর্ভনর্বসিনা চিৎশাইগী তৌশিন্নবদু খঙলক্তনা মাগী নফমাস কশ্ ংখুগা পাংলক্লিবা মতেং পাংনবগী বাফম লৈখত্তুনা হার্বিবা হবম সগী ওইনা মনিপুবদা থিজিন-হুমাজিল্লনবা বটিশ ওফিসার অমে বঙ্গেন হবিদাস গোষাইগা লোইননা থোবকখি। মদুগী ঈ পাউদি:

> **নাউসেকপম চীঙবনগী কুম শক ১৬৮৩ (খৃঃ ১৭৬১)...লম্বোইবা হবিদাসনা তেলঙ্গা লোইনবক - এ (চৈথাঃ কুমঃ, ২০০৫,১২৩)।**

অসিনি। মসিদা তেলঙ্গা হায়বিবসি মৈতৈনা বাটিশাশংবু ফিবাংজি / ফিরিঙ্গ, মলেসনাচংবনা খঙনাদ্রিঙৈগী মমাঙদা শীজিন্নবম্না বাহৈন (কঃ ১সং বঃ ১৯৯০, ১-০ ২১)। মখোয় বৃটিশমচাশিংদু মনিপুবদা পা ৩, ৭ (তরেৎ) বোম বোম লৈবগা থিজিন হুমাজনবগী থবক চৎখি। হায়বিবসিগী খুদম চংদমদ : ভাব যানবা পাল্লংগী কুম শক ১৬৮৪ ফাইবেন থাদা (খৃঃ ১৭৬২গী যেন্বু: মার্চ, মাস মৈতৈগী কুম্বাবগী শক শোয়ববান) ঈবুংঙা চীঙথংখোম্বা যুববাজনা লম্বোইবা হবিদাস, তেলঙ্গাসুং লোইননা সোকপাও নাইএ॥ সোকপাও ঙম এ, লান যাম্না ফাইএ (চৈথাঃকুমঃ, ২০০৫, ১২৪)।

অসিনি। অসুম্না মনিপুবদা লৈবম্লিবা বৃটিশ ওফিসাবশিংসিনা থা ১৪গী মতুংদা হনখিদুনা মখোয়গী বিপোর্ট থাগৎলগা যানবা পুবত্তুনা চহি (খৃঃ১৭৬২)সিগী সেপ্তেম্বব তাবিক ১৪ নংননবা হবিদাস গোষাইনা ইস্লাম্বাদ(কলকটা / ঢাকা?)তা চত্তুনা নুমিৎসিদা যানচে(সন্ধী পত্র) সহি তৌনকগদৌবিবনি অমসুং তৌনখিবন্মী।

## বৃটিশকী য়ানচেদা আনন্ত শাইগী খুৎকী খুদম

মৈদিংঙু চীঙথংখোম্বসিনা নিমান্দী বৈষ্ণব ধর্ম্মসিদা হকচিন্না পুক্লীঙ-ব্রাখল থমদুনা চৎপসিনা ব্রাহ্মন- বৈষ্ণবশিংদসু য়াম্না ঈকাই খুম্ননা চৎচৈ। মরম অসিনা খৃঃ ১৭৬১দা ইংলিস মচাশিংনা মৈতৈ লৈপাক্তা অহানবা ওইনা খোঙদারকপা মতমসিগী মতুং নুমিৎ খরনি লৈরগা বৈষ্ণব ধর্ম্মগী ব্রহ্মচারী, তাংখম খুন্দা লৈবা অমবু ব্রহ্মচাবীদুগী মনাইনা হাৎখি, হায়দুনা নিংথৌ ফম্বাল থাদোক্লগা ময়াম্বুংশী মরাম্বদা শিন্নখিরম্মী। মসিনা মহাক্লা হৌদোক্লম্বা মৈতৈ- মলেস য়ানবগী ব্রাফমদুদা মহাক্লা নিংথৌ ওইদ্রবদুনা সহি তৌনখ্রবা যানচেদু চৎনবা য়াররোযদবা ওইবনা বৃটিশশিংনা য়ানচেগী মরমদা খন্নবগা নৌনা চৎনবা য়াহনবা য়ানচে অমা শেম- শানবগী ব্রাফম খঙহল্লক্কুনা পাল্লিবা নিংথৌগীদমক্তা থৌদাং লৌবা ঙম্বা মীওইশিং থারক্ল বা খঙহল্লক্লম্মী। ব্রাফম অসিগী ঈ- পাউ ফংলবদা মৈতৈ চৈরাপ ফম্বে তীন্নদুনা খন্নরবা মতুংদা মৈদিংঙুগী পন্থৌ মপাতোন আনন্ত শাইবু খ্বাইরাকপা ফম থিদোক্লগা মহাক্লা লুচিংবা মীওই অহুম অমসুং মফমদুগী চৎনবা বাঙ্গলা লোন খঙবা জগন্নাথদাস কৌবগা থাদুনা যানচেদু শেমদোক- শাদোকপনচিংবা তৌরুনবা থাবা হায়না ব্রাবেপ্পখি। মবম অসিনা মৈদিংঙুচা আনন্ত শাইনচিংবা মীওইশিংদু খৃঃ ১৭৬৩ দা ইস্লাম্বাদ (মতমদুগী) তা চৎখিরম্মী। হাযরবসিগী ব্রারোন্দি :-

**........শম্বাম পল্লিংগী কুম শক ১৬৮৫ (খৃঃ ১৭৬৩)....**
**ঈবুংশীজ খ্বাইরাকপা আনন্ত শাইনা জগন্নাথদাস লোইননা ফিরিঙ্গিদা চঙখিএ।। থা ৯দা থুংলৈএ (মথক্কীসিদা,১২৪)।**

অসিনি। অদুগা হাযবিবা য়ানচেসি শেমদোক- শাদোক্লগা খৃঃ১৭৬৩সিগী সেপ্তেম্বব তারিক ১১দা ঈবুংশীজ আনন্ত শাই, খ্বাইবাকপা,পোদুল্লো সিংহ অমসুং চিত্তোন সিংহ, হাজারীনা মৈদিংঙু মবাম্বা /গৌবাশ্যাম সিংহগী মহুৎ শিন্দুনা মৈতৈ লৈপাক্কীদমক্তা মৈতৈ- মলেমকী য়ানচেদুদা মখুৎকী খুদম নমদুনা য়ানবগী ব্রারোল লৌনখি। অসুম্না মৈদিংঙুচা আনন্ত শাইনা নিংথৌ ওইদ্রবসু লৈপাক্কী থবক অমসুং থৌগল তৌবা য়াই, হাযবসি উৎখিরম্মী।

## অব্বাগী লান্- তা অমসুং লৈপাক কায়বদা

মৈদিংঙুচা আনন্ত শাই, খ্বাইরাকপনা মৈদিংঙুগীদমক্তা লৈপাক থৌদাং লৌদুনা মলেসশিংগী লমদা থা ৯লোম লৈরুরগা থোক্লক্কুনা য়ানচেদা য়ানবগী খুৎকী খুদম থম্নদুনা য়ানবা পুরকখ্রদুনা মরৈপাক্তা থা ৯গী মতুংদা থুংলদুনা বৃটিশকী মতেং ফংলগনি হায়না পাউদমখি। অদুবু মসিগা মতম ইকান কান্নদনা মৈদিংঙু মরাম্বা শক ১৬৮৫সিগী থব্রান থাগী ২৯নি পানবা

লৈপাকপোকপা নুমিত্তা মশাগী চহি ৩৬।৩৭ খক্তদা লাইগী খুৎয়া তানখি। মসিনা মরম ওইদুনা মৈদিংঙু চীঙথংখোম্বনা অমুক হন্না নিংথৌ ওইখিরম্মী। নিংথৌ ওইবসিগী চহি অমগা থা ৬ লোমদা ঙাইরিঙৈদা মৈত্রবাক্কী নোংপোক্লোমদগী লানগী মৈখু কারকখি অমসুং অব্বানা লান্দারক্তুনা মৈত্রবাকসি লৈপাক কায়রম্মী। হায়রিবা মতমসিদা মৈদিংঙু আনন্ত শাইনা উখিবা থৌদোক- ৱাথোক, তৌখিবা থৌওং- থৌদৌগী মরমদা চৈথারোল কুম্বাবদা করিসু পন্দে। মরৈবাক্তা মীনা লান্দরক্লগা অমসুং মরৈপাক কায়রগা মৈদিংঙু আনন্ত শাইগুম্বা নিংথৌমচা অমনা খুৎ পুম্বায়নদুনা ফমদুনা লৈরমগনি হায়মসিদি থাজবগী ৱাংমদনি।অদুবু মতাংসিগী পীবীরম্লিবা ঈ- পাউদি:-

> ...... লাইশ্রম কংগারামগী কুমদি শক ১৬৮৬ ৱাকচীঙ থা (খৃঃ ১৭৬৫গী জানুৱারী- ফেবুৱারী)দা ঈবুংশীজ হরিচরন সেনাপতিনা অৱ া নাবা চৎএ।। তুমু কৈথেন্দা অৱাগা শোক্লববু ঙমদুনা চেল্লকএ।। নহারুপ হাজারী, ক্ষেত্রি চৈতন্যগা ২মা শিরৌএ।। ফাইরেন থা ২৮নি ঈরাই (মার্চগী অনিশুবা চয়োন)দা মহারাজনা অৱা নাবা চৎলে। ককচীঙদা তেঙ্গোন শাইএ।। চন্নুনা পন শাদুনা অৱাগা য়াম্লা কন্না শোকনৈ এ।। ঙমদদুনা চেল্লকএ।। বাজি হরিদাস, বনলকচান, নাকনবা হাজরি ৩মা য়ান্নদুনা লৈরৌএ।। লৈপাক তাকএ।। নিংথেমদি ময়াংলম চেন্দুনা তেখাও লৈপাক য়ৌখিএ।। (মথক্কীসিদা, ১২৪)

অসিনি। মতমসিদা ঈবুংশীজ আনন্ত শাই, মশাগী চহি ৪০ (নিফু) খক্তা ঙাইরি। মহাক লানসি য়াওরম্লোইদ্রা, লৈপাক তাকপসিদা মহাকসু লান্নংলিবনি। অদুবু ময়ামদগী থোইদোক- হেন্দোকপা থবক নত্তবনা মহাকপু পন্দবনি। লৈপাক কায়বসিদা মৈদিংঙু চীঙথংখোম্বদি কছাররোমদা চেনখিদুনা নাম্থোকখ্রে অমসুং অব্বানা লৈপাকসি মখোয়গী খুদম মখাদা থমখ্রে।

## ৱায়েনবমচা খেল্লেম্বদা মোইরাংলাই- লাইচুবা

মৈতৈ কোনুংদা চাওরাকপা, মৈতৈ নিংথৌমচানুপী লৌবা ৱায়েনবমচা খেলেম্বা, মহাক্না তৌরুবা কখোকপা, অচুম্বগী মীচঙদা লেপ্লা অমসুং মফম- মতম চানা মথৌনা- মরীংজেন উথোকপগী মহৈনা মমাক ঈবুংঙো মৈদিংঙুনা মোইরাং নিংথৌগী ফম্বালবু খুদোল ওইনা খৃঃ ১৭৫৭তা কৎচদুনা ঈকাই খুম্নবা উত্তুনা তৌবীমল খঙবা ফোংদোকখ্রে। মমাক অনিনা য়াইফখ্রবসিদদি মহাক্না পুরকপা মচনঈবেম্মগী পোৎলুম কোকথোংদু থারে, হায়দুনা নীঙলম্মী। মহাকপু মোইরাং নিংথৌগী ফম্বাল খুদোঞ্জবদু পাম্না লৌখি, মরমদি মহাক্কী মপা- মপুগী পোকলেন- পোকপা পুকোক লৈয়ি

লাম্বাবনা ফম্বাল অসিগী হাক্তক্তগী মশাগী পোক্লফম লমদম মোইবাং খাদোক্তুনা কৌব্রু চীঙ্গোলগী লমদমদা খুনহোংলকখির্বান। মবম অসিনা মহাক কংলৈপুঙদা তোযনা চৎখিদ্রে, মবমদম মোইবাংগী লমদমশিং কোযনা চত্তুনা যেংবদা অমসুং মযুম মোইবাংগী মপা- মচা, শাগৈ- নাতৈনচিংবগা লোইনদুনা লৈবদা মশাদা অপেনবা ফাওজবে। মতমসিদা মোইবাংগী অনকপা পাৎ- কোম অমসুং থমং তবংগী তৃ- খোংদা চাক্তাবা তম্নলাইশিংনা "কেগে মোইবাংনা খৃঃ১৪৬৬তা মোইবাং - লান তকশিন্দুনা লৌখিবা লমসি চাঁঙঙা চীঙদুমগী লম ফাওবনি (কঃযঃসঃ, ১৯৭২,৭৯-৮০ অমসুং মঃনঃলঃ,খঃলঃ)" - হাযর্বসিনা ঙংবদা তাহল্লম্মী অমসুং তপ্না তপ্না মহী- মযাইদ্ থাজিল্লক্তুনা লাইর্চুশিল্লক্লম্মী।

অৱা / গ্রাম্মাগী কোনবাউঙ নিংথৌ- শাগৈগী আলাউঙ ভুবাগী অনিশুবা মচানুপা শেঙ প্যু শেঙ (Sheng-hpyu-Sheng (1764-79)] না মহাক্কী অবাং- নোংচুপকী ঙমখৈ শন্দোক্লকপদা মনিপুবদ। লান্দাবক্তুনা লৈপাক কাযবা, মৈদিংঙুনা কছাব লৈপাক্তা চেনখ্রুল অমসুং মৈতৈ নিংথৌমচাশিং পুম্নমকসু শিখিবনা শিখ্রগা মানা মান। খোকশা চেন্নাখদুনা থবাই হিংননবা হোৎনাখবা মতমসিদা মৈতৈ লৈপাক্কী মীয ম পুম্নমক্কা মর্পা মপা লৈত্রবগুম মাযকৈ খঙদনা মফম অমদা অমুক চেন, মফম অমদা অমুক লোৎ, তৌদ্না অবাশিংগী মখুক্তা নংখবা ফবমদ টকনদ মোইবাং খেল্লেম্বনা মখোযগী টকন তৌগে, অবাগা মহাক্কা যানন অমা পনক্তুনা অবাগী ওৎ- নৈর্বসি তোকহনগে হাযনা লেপ্লদুনা লান্দা থক্লন অবা নিংথৌগা উন্নবম্মী অমসুং তাইশিন্নবগী ৱাবম ... নবম্মি। তর নিংথৌসিবু মৈতৈনা অবা ... নিংথৌ কৌই অমসং মহাক লাক্লম্মী হাযবগী খ্দম- চাংদর্মদ:-

**.......... In 1765 Isheng-hpyoo Sheng attcked Manipur and took possession of the Capital, remaining there a month and retiring with his army laden with booty; no assistance of any kind was afforded by the British.[C.B.A,1987,313]**

অসিনি। হাযবিবা অৱা নিংথৌসিদা ৱাযেনবমচা খেলেম্বনা মজাইবেম্মা ঈৱাংলোন সমজর্মান পীবগা তাইশিন্নদুনা যানবা পুবর্কাখ। অসুম্না কোযঙাওনদুনা লৈবম্লবা মৈতৈগী মীচম- মীযাম পুম্নমক্কী অৱাবা কোক্লবা শীল্লম্মী। হাযবিবা যানখিবগী পাউসি তাবদগী চোযজাযননা কোযচেল চেল্লুববা মৈতৈ মচা পুম্নমক মোইবাংগী লমদমদা খুদোংচাবা মফম থিদুনা চঙজফম লৌদুনা লৈনবম্মী।

মোইবাং নিংথৌগা অরানিংথৌগা য়ানখিবগী পার্উসি তাবদগী মৈদিংঙু আনন্ত শাইসু মবাই মোইরাং নিংথৌগী মনাক্তা লাক্লম্মী অমসুং যানবিবা ময়ানদুগী মবমদা রাবী শানবম্মী। অরা নিংথৌনা মৈতৈ কংলা কোনুংদা থা অমবোম লৈবগা মযুমদা হনখ্রগে খল্লক্লবদা মোইবাংনিংথৌ খেল্লেম্ববু কৌবগা মৈতৈ লৈপার্কাস মহাক্কী মচানুপীগী মনকৎ / মংকৎ (Bride-price) পীবগুম শীন্নবম্মী। হাযবিবা থৌদৌ অসিদগী মোইবাংনিংথৌসিগী রাখলসি হান্নবা লাইচুদুনা লৈববা থমং- ঈযেবীগী লাইশিংদু পাইখৎখিদুনা উক্রোঙ অহোবদা কাইদোংখ্রে অমসুং মোইবাং নিংথৌগী রাখল ফাথবা ওল্লক্লে। মহাক্কী রাখলদা মোইবাং নিংথৌ ওইবদা নত্তনা মৈতৈ লৈপাক পুম্নমক্কী নিংথৌ ওইবগী রাখল ফাওবক্লে। অদুবু মহাক্কী বাখলসিদা অযেৎপা পীবগদবা মীশক্তু মতমদুদা মহাক্কী মনাক্তা লৈবে। মবম অসিনা যেৎলক্কদৌবিবা মীশক, মহাক্কা তৈবা- শিঙবা মান্নবা, মথৌনা মবীংজেন খেন্নদবা, খুৎশূ - খুলাইগী মহৈদসু হেন্নদবা মৈদিংঙুচা আনন্ত শাইসি ফাজিন্দবা যাদে হাযবসি লেপখ্রে। চীনগা খুৎকা মান্নবা, বাখলগা থবক্কা শাগোন্নবা মোইবাং নিংথৌ খেল্লেম্বনি, মযামগী পাঙ্গলগা অমতগী পাঙ্গলগদি মান্নদবনিনা অচানবা, অখন্নবা মনাইশিং থাজিন্দুনা মৈদিংঙুচা আনন্ত শাইবু ফাজিন্দুনা মোইবাংগী কৈশুমশঙদা শুমখ্রে। মৈদিংঙুচা আনন্ত শাইনা কেগে কৈশুমশঙ হেক যৌখিবগা মোইবাংনিংথৌনা মহাক্কী নিংথৌ ওইবগী থবকশিং পাযখৎলকখি। হাযবিবা বাফমসিগী চৈথাবোল কুম্বাবদা তৌবিবা খুদমদি:-

**......লাইশ্রম কংগাবামগী কুম শক ১৬৮৬....লৈপাক তাকএ।। নিংথেমদি ময়াংলম চেন্দুনা তেখাও লৈপাক য়ৌখিএ।। লৈপাক অয়াম্বা মোইরাংদা লৈএ।। বামোন পীতম্বরগী কুমদি শক ১৬৮৭ (খৃঃ ১৭৬৫) মহারানী অখা(অখামচনু ঙাংবী)বু নিংথেম তান্না ময়াং চঙহল্লে। মহারানী (খুমম্থেমচনু লীক্লাংখোম্বী / চীলমনি)সু মচাইবুংঙো হেমচন্দ্র যুবরাজসুং ময়াংদা লীলা ওইএ।। ঈবুংশীজ দুর্লভ শাইনচিংনা লৌক্রকপম হাজরী, চীঙঙাখনবা হিনাউহনবা, শঙলেন শ্রীরাম মখোয় ৪মা মোইরাং নিংথৌনা হাৎলে। বামোন জয়কৃষ্ণগী কুমদি শক ১৬৮৮(খৃঃ১৭৬৮), মোইরাং ন্দ্রমনিনচিংবা কাওরেন ওম্থা পঙাও থোন এ। তোবর্বুঙদা কিয়ামগৈ খুন লীংহন-এ মোইরাং নিংথৌনা শাচুং নাদুনা শাচুং ঙমএ।। চন্দ্রমনিবু ময়াম্বা মোইরাং নিংথৌনা হাৎলে।। তেখাওদগী বামোন জয়দেববু মৈতৈংঙু চীঙথংখোম্বনা লাইবার ওইনা শীরকএ।। মোইরাংদা থুংলৈএ।। (চৈথাঃকুমঃ,২০০৫,১২৪-২৫)**

অসিনি। হায়বিবা মতমসিদা মৈদিংঙুচা আনন্ত শাইদি মোইবাং নিংথৌগী কৈশুমশঙদা লানফা ওইনা লৈবি। অদুগা মৈদিংঙু চীঙথংখোম্বনা লাইবাব (Envoy) থার্বক্লিবসি অহোম নিংথৌ মতেং ফংলে, যাম্না থুনা মৈত্রবাক্তা লাম্মীগা লোইননা থোক্লক্লগনি, হায়বগী পাউনি।

## মোইরাংনিংথৌ খেল্লেম্বা খম্নুংদা

মৈদিংঙু চীঙথংখোম্বনা মহাকপু শেম্লীবকপা মাম্মা/মপুম খেল্লেম্বদা মহাক্না অহোম রাজাগী নিংথৌ চাও সুবমফা[স্বর্গদেব রাজেশ্বর সিংহ (খৃঃ১৭৫১- ৬৯)]গা যানবা মবা পুবকপা ঙমলে, অহোম লাম্মী পুদনা মৈত্রবাক যৌবক্লগনি, মমালেপাক অবাগী মখুত্তগী হন্দোক্রগনি, হায়বা পাউসি পুহন্দুনা তেখাও বামোন জয়দেববু লাইবাব ওইনা থাবকপসিদা মোইবাং নিংথৌগী লাইনা হেঁজিল্লম্মি। অদুবু তাঞ্জাসিদা অরা তেংদোই নিংথৌ, শেঙ-প্য শেংনা মহাকপু কৌবকই হায়দুনা খৃঃ ১৭৬৭তা প্রাম্মা, অবাশিংগী কোনুং তবা কংলে (Ava town/city)দা চংখিবম্মী। মহাক্না মোইবাং লৈপাক নাদোক্লনা চংখ্রবা মতমাসিদা মহাক্না অতম্লায় ওইবা মী হায়ববু মহাক্না মোইবাংলৈমা অমসং লৈমাসিন পোকপা খেল্লেম্বগী মচানুপা মোইবাং মশেম্ব। কৌবাসান, ম্যেন্দ মশা ছ ভান অমসু মখোযগী যাখংদা হাকতে কপা ভন্না কনাসু যাওবা নুংগু।

মোইবাং নিংথৌ খেল্লেম্বা নত্রগা খেল্লে নুঙনাং তেলহেবগী মোইবাং লৈমসি মথক্তসু পঙ্গখ্রে, মৈদিংঙু গাববনবাজ মহারাজগী মমেম বাংঙমলোন, মহারানী যেঙ্গীকমলোন লম্বাস (অবাম্লমচনু)। তব ম্না তবংলাম্বাবীনা পোকপা, ঈবুংশাজ শামশাই খুবাইলাকপগা মচা অমসং ঈবুংশীজ আনন্ত শাইগানা মচেমশী চাওলাই লৈমা নত্রগা শেনবা মবাবু লাম্থাবা হায়না কৌবাদুনি। মহাক্না মৈপ্বা মৈদিংঙুচা আনন্ত শাইবু কৈশুমশঙদা থম্বাসি হেক খঙলকপদগী শুপযা যানীঙদবনি। অদুবু মপুবোইবদা অবংননা শীঙনদুনা বা হৌদোকপা ঙমদবনা তমিন্না খাঙলকপনি। মবম অসিনা মহাক্না মপুবোইবা লৈত্রিদ্রে, অরা কোনুংদা মচানুপীগী মনাক্তা চংখ্রিঙৈসিদা খুদোংচাবসি লৌদুনা ঈবুংশাজ আনন্ত শাই খ্বাইবাকপবু মৌপ্পা ওইবগী ঈকাইখুম্নবা পুম্নমক্কুগা লোইননা কৈশুমশঙদগী থাদোকখিবম্মী। ঈবুংশীজ আনন্ত শাইনা মহাক্কী চিববা তাঞ্জসিদা মচেমশী মোইবাং লৈমসিনা তৌখিবা মীনুংশি অমসুং উপায় অসিগীদমক্তা মচেমশী মোইবাং লৈমসিবু শুপকাউ কাউজখিদে, হযেং মহাক্কী তুংগী পুন্সিদা মপান ফবক্লবা, মৈত্রবাক্কী অনিশুবা নিংথৌগুম পান্দুনা মহাক্কী কোনুং শেম্লকপগী থাঙ্গপাং (Moat) তৌববদা মহাক্কী নুংশিজববী মচেমশী তুবী চীওলাই লৈমা,

শেনবী মরাউ ঙম্বী, মোইরাং লৈমবু, তুংলমচৎকী মীরোন্না কাউদনবা , তুংদা লাকপা মীওইশিংনা নীঙশিঙননবা, মোইরাংলৈমসিগী তৌবীমল, খঙবা উৎপা অমসুং ঈকাই খুম্নবগী মশক তাকপা ওইনা "মোইরাং লৈমা থাঙ্গাপাৎ[Moirang queen's moat]" হায়না মিংথোন্দুনা মহাক্কীদমক্তা তৌবীখিবদুগী তৌবীমল কাউদবা উৎচখি। হায়রিবা মোইরাং লৈমা থাঙ্গাপাৎসি মনিপুর ইতিহাসকী মতম্মা হোংখ্রবসু, মীরোন কয়ারক ওল্লবসু মহাক্কি মফম হোংদনা লৈরি। মৈদিংঙু আনন্ত শাইবু থাদোক্লকপগা মতম ঈকান কান্নদনা মৈদিংঙু চীঙথংখোম্বা মৈত্রবাক য়ৌবক্লে, শঙাইথেন্দা থুংলবগনি, হায়বা পাঙ তাবে। অদুগা মৈদিংঙু থুংলবগী ঈ- পাউসিদা শন্দোক্লক্লিবা তোকঙানি:-

**......বামোন হরিনন্দগী কুমদি শক ১৬৮৯ (খৃঃ১৭৬৭) মোইরাংনিংথৌ অৱাদা চঙখিএ।। মৈদিংঙু চীঙথংখোম্বদি তেখাওদগী লান্মী ৮০,০০০(লীশীঙ মরিফু) লোইননা লাকএ হায়বা তাদুনা নিংথৌগী পোৎলোই খিবিক য়াওনা মতোন ঈবুংঙো সেনাপতি (হরিচরন শাই)সুং ঈবুংশীজ খ্বাইরাকপা (আনন্ত শাই), মনাউ ঈবুংঙো ভবানন্দ(চীঙথংখোম্বগী মমা অতোনবী থোংবমচনুনা পোকপা), মোইরাং মশেম্বা অসিনচিংনা লৈপাক অয়াম্বা মোইরাংদগী শঙাইথেন্দা তন্না ওকএ ।।**

মথক্কীসিদা "লান্মী ৮০,০০০ পুবকই" হায়বাসিনি।। অহোম লান্মীশিংদি মৈদিংঙু চীঙথংখোম্বনা চীঙমীশিংগা অসুপকী মতীক হকচিন্না লোইনবা অমসুং মখোয়না শৌগৎপদু উবদা কছাবদগী হনখ্রবনি [R.S.B.,1930,289]। অদুনা মতম অসিদা মোইরাং নিংথৌ খেল্লেন্বনা মৈত্রবাক্কী মৈদিংঙু ওইননবগী খল্লম্বা ৱাখল অমসুং মহাক্না মদুগীদমক্তা তৌখিবা, মৈদিংঙুচা আনন্ত শাইনচিংবু কৈশুমশঙদা ফাজিন্দুনা থম্মখিবা অসিনচিংবদু মকা ফোংলক্লে অমসুং মৈতৈশিংনা থম্মোইদা খুত্তুম্না শুদুনা, লাইবক পায়দুনা খাঙলম্বদুগী লমন খুম্ননবগী তাঞ্জাদু লাকখিরম্মী। অদুগা মৈতৈ পুম্নমক্না মোইরাং তূম্না মাঙহল্লম্নগা মৈদিংঙুনা লৈবা লমদম শঙাইথেন্দা খুনগারক্লম্মী। হায়রিবসিগী ঈ- পাউদি:-

**........বামোন হরিনন্দগী কুমদি শক ১৬৮৯ (খৃঃ১৭৬৭)....... লৈপাক অয়াম্বা মোইরাংদগী শঙাইথেন্দা তন্না ওকএ।। লাল্লুপৈদা শল্লাম খুঙমনা মোইরাং মশেম্ববু হাৎলে।। হৈস্নাম খুয়োল্লাকপা, নিংথৌজাম্বা খাম্বীলাকপা, খোম্মা শেল্লুংবা মপা- মচা ২মা ৪মসু হাৎলে। লমদা থা (মার্চ - এপ্রিল,খৃঃ১৭৬৮) থা অহনোং থাঙজদা মোইরাং পাত্তা লাচোন হাৎলৈএ।। মোইরাং তাকএ।। হিশাবা**

**নিত্যানন্দ, শাইরোম গঙ্গারাম ২মসুং হাংনৈএ।। মৈতৈ লৈপাক পুম্নমক মোইরাংদগী খুনগারকএ [চৈথাঃকুমঃ,২০০৫,১২৫]।**

অসির্শিংনি। হাযবিবশিংসি মৈদিংঙু চীঙথংখোম্বদি কবিসু খঙদ্রিবনি, হাযবদি, মহাক মতমসিদা মৈত্রবাক্কী লমখৈ যৌবক্ত্রি, শঙাইথেন্দা থুংলদ্রি, মহাক চাহিসিগী লমদাগী ৬নি পানবা শগোনশেন (মার্চ থাগী অহুমশুবা চযোনগী শগোনশেন তাবা নুমিৎ) দা শঙাইথেল যৌবক্কদবনি: মসিগী মমাঙদা থোকখিবা বাথোক- লান্থোক ঙাক্কনি। অদুগা মৈদিংঙুসিনা মহাক্কী মাম্মা ব্রাযেনবমচা খেল্লেম্বদা অবানবা বাখল খল্লমদে, মহাকপু শেম্বীবকপা গুর্কনি হাযবদু অদুম খল্লি। অদুবু মৈদিংঙুচা আনন্ত শাইগী মফমদদি হাযবিবা মবাই খেল্লেম্বসি কৈদগী তেন্না শিল্লবা যেক্রুবনি। মথক্তা মোইবাং মযাম অমসুং মোইবাংগী মাযকৈদা তোংবা মী মযাম লোর্যশিন্নবা শিনখিবা পুম্নমকসি মহাক্লনি। সেনাপতি ওইবিবা মযাম্বু হবিচবন শাইদি মহাক্কী মীনি, মহাক্লা থাবা সেনাপতিগী চাবনি। অদুনা হার্যবিবা মতম অসিদা মহাক্লা নিংথৌ ওইগে খল্লম্লবদি নিংথৌ ওইবা যাবম্লবনি অমসুং মহাক্লা নিংথৌ ফম্বানদা ফমখ্রবদি মৈদিংঙু চীঙথংখোম্বা অমুক হল্লকপা ঙম্লবোমদবনি। অদুবু মহাক নিংথৌ ওইগে হাযনা খর্নাখদে, মহাক্কী মপাবুং অমসুং মযাম্বুংশী অনিগী অশিবগী কর্ম্ম ফোংদাদা তৌকুবা মযাম্বুংশাখক্তুগী হক ওইবা নিংথৌ ফম্বালদুবু শকহেনবীনি ঙমই হাযদুনা মুনদাখিবনা মশাগী হক কথোকখ্রবা মযাম্বুংশীগী মাংখ্রবা হক্তু হাঞ্জহল্লকুবা মহাক্লা লেপখিবনি. লেপখিগনি.......পুন্সিগী মিৎকুপ অমতং লৌবংগে, আনন্ত শাইগী পাম্বোম্ন। লান্থাঙ হাইগৎপা ঙম্লিবা ফাওবদি মযাম্বুংশীদুগীদমক্তা নিংথৌ সিংহাসন্দু ঙাকখিগনি হাযনা খনাখবা মাল্লি মৈদিংঙুচাদু:পুন্সিগী অবোযবা মিৎকুপ যৌবমদাযদা নুংশজববা মশ অনিনা সিংহাসনগাদমক্তা লান্থেংনবা যেংবা ঙম্লোয. হাযদুনা লানফম থাদোক্লনা লাকখিবনি/চৎখ্রিবনি। হাযবিবসিগী বাবোন্দি:

**.......থাংকা হেবাগী কুমদি শক ১৭২৮..........ব্রাকচীঙ থা.....২৩নি থাঙজ (খৃঃ১৮০৭কী ফেব্রুবারীগী অহানবা থাখায়দা) ..........ঈবুংশীজ আনন্তশাই ব্রাংখৈরাকপা, ঠাকুব অনুপানন্দ, হাওবম কুমুদ কৈরুংবা, ঈবুংশীজ খুজুং (আনন্ত শাইগী মচানুনপা),উকংপুরেন ৪মদি নচিন- ননাও(চৌরজিৎ অমসুং মার্জিৎ)না শোক্লবা যেংবা ঙমলোয় হায়না চেনখি- এ [মথক্কীসিদা,১৯৮]।**

অসিনি। মসিনা মৈদিংঙু চা আনন্ত শাইবু চৈথাবোল কুম্বাবদা পনবগী অবোযবা পনবা ব্রাবোন্নি।

মৈদিংঙু চীঙথংখোম্বা খৃঃ ১৭৬৮গী মার্চ থাদা শঙাইথেন্দা থুংলখি। অদুগা এপ্রিল থাদা মহাক্কী কোনুং শঙাইথেন্দগী শঙাইপ্রৌদা হোংদুনা লৈরম্মী। হাযবিবা শঙাইপ্রৌগী কোনুং মফমসি হৌজিক হৌজিক মফমদি লৈরি, অদুবু হিষ্টোরিকেল ভেল্যু অমসুং আর্কিওলোজিকেল ইম্পোর্টেন্স খঙদবশিংনা এল্লোটমেন্ট পীদুনা মী তাশিনখ্রে। মৈদিংঙু চীঙথংখোম্বনা মফমসিদা লৈরিঙৈদা মোইবাংনিংথৌ খেল্লে নুঙনাং তেলহৈবা, গ্রাম্মাগী অৱা কোনুংদগী হল্লক্লে হাযবা পাউ তারম্মী। মৈদিংঙুদি মনুংদা তৌনরিবা থরুম অমসুং মল্লোমদু কবিসু খঙদবনিনা অচানবা মনাই ৱাহেংবম মাধবরাম কৌশিন্দুনা মহাক্লা মী খব পুরগা “মহাক্কী মাম্মা অৱাদগী হল্লক্লে, মাম্মবু ওক্লু” হাযদুনা যাথং পীরম্মী। হায়রিবা য়াথংসি তাবগা ঈবুংশীজ আনন্ত শাইনা মাধবরামগা মান্ননা নিংথৌগী মনাক্তগী হৌগত্তুনা থোক্লক্লগা মাধববামগী খুদাংদা খুৎচপ্লীনা চপ্লগা ওক্লকদবা মওংগী পাউতাক পীখি অমসুং মহাক্কী মনাই অমসু লোইনখো হাযদুনা মচীন্না মখা তানা হায়বকখি। মৈদিংঙুচা আনন্ত শাইগী ৱাহৈশিংদুদা মৈদিংঙু চীঙথংখোম্বনা ৱাংঙম মপাতোন অসিগা ঈৱাং মপুম (মাম্মা) অসিগা মমাঙহৈদগী লুনা চান্না তৗন্নবকপা, চেৎনা হক্লা লোইনবকপনিনা মহৌশাগী মহৌশা, চান্নবা মতৌগীনি খর্নাখি, অদুগা ৱাহেংবম মাধববাম্নদি পীরিবা খুৎচপ্লীগী পাউতাক্তগী বাখল লাম্বা ফংখিরম্মী।

মোইবাংনিংথৌ খেল্লে নুঙনাং তেলহৈবনা ম্যান্মাবগী অৱা কোনুংদা মচানুপী সজমনিগী মনাক্তা চহি অমবোম লৈববা মতমদা মৈত্রবাক্তা তৌনাববা ঈ - পাউসি অমতা তাদবনা অৱা/বর্মীজশিংগী লানগী ঈবাংদা লুপ্তুনা লৈবম্মী। মতমসিদা তৌনরিবা অৱা লৈপাক্কী ঈবাংদি:-

**............ In the commencement of 1767 Tsheng-hpyu-Sheng had to meet an invasion of his country by the Chinese. An army, said by the Burmese historians to have numbered 50,000 men, penetrated Burma from the north and passing the fort of Kwang-tung marched straight on the capital. To oppose them Tsheng-hpyu-Sheng sent a force to check their advance whilst another was sent with instructions to move round to their rear by the north easternly line, in the meanwhile the Burman governor of Kwang-tung, finding himself unmolested collected troops and prepared to**

**intercept the retreat of the Chinese army. The first encounter was unfortunate for the Burmese but some days later the Chinese were attacked in front, flank and rear by the three Burmese divisions and, after an action, said to have lasted three days were completely defeated; not a man returned to tell the tale...................... The Chinese force which had advanced on the Irrawaddy river and which was besieging Bha-maw, then subject to a tributary Shan Tsaw-bwa, retired and the Burmans succeeded in making themselves once more masters of the eight Shan States (Ho-tha, Ta-tha, Isan-da, Maing-la, Maing-won, Maing-tee, Maing-mo and Kaing-ma) in the hills seperating the Burmese dominions from the Chinese province of Yunnan. In 1769 the Chinese again advanced on Burma and by the same route; the Burmans, though inferiors in numbers, fought gallantly, avoiding general actions as far as possible and confining themselves in skirmishes in the forests and glens every mile of which was thoroughly wellknown by the peasantry hastily collected to oppose the advance of the enemy.**

**[C.B.A.,1987,310-11]**

অসিশিংসিন। অসুম্না চাইনীজশিংগা লান্থেংনবগী, লান্থেংননবা শেমশাবগী, লান্থোঙ শীনবগী, অসিনচিংবগী লানগী মৈথ্রাং পাইবিবা মতম্সিদা অৱা নিংথৌদু মমায় হাইগৎপা ফাওবা শংলমদে। মরম অসিনা মোইরাং নিংথৌ খেল্লেম্বনা খৃঃ১৭৬৮গী শজিবু থা (April-May)দা মরৈপাক্তা হল্লক্লবা থৌবাং তৌরকপসি অৱা নিংথৌনা শামু অমা পীরগা মৈদিংঙু চীঙথংখোম্বা থিংনবগী ৱাফমদু কোন্না খন্নরগা মহাকপু অমুক মৈত্রবাক্তগী তাম্থোক্লগা নিংথৌ ওইহন্নবগী ৱাফম থম্লক্তুনা য়াম্না ৱাখল নুংঙাইনা অৱা কোনুংদগী মনিপুররোমদা লাক্তুনা মৈতৈ কবো লানশিল্লক্লম্মী।

মৈত্রবাক্তগী ৱাহেংবম মাধবরাম্না লুচিংবা মৈতৈগী খুৎলাই পায়বা লাম্মী তেঙ্গোল মচা অমনা মোইরাং নিংথৌ অৱাদগী হল্লকপা ওক্কনি হাযদুনা

চৎখিবশিংদুগা মোইবাং নিংথৌনা মংশা লালথোক্লগা (মনিপুববোমদগী চৎখিবদা - ইম্ফাল- থৌবাল-ৱাংজীঙ- হৈবোক - তবেৎ নমথৌচীঙ (খোইবু মবিংচীঙ) চীঙশাং ও- মংশা খাবি) খাবি লমদমগী লৌবুক মযায ফাওদুনা চৎপা লম্বাদা লাকপদা ওক্লবম্মী। মতমদু অৱাশিংনা হাইনা হুম্না পাল্লিবা মতমনিনা মোইবাং নিংথৌসু মশা ঙাক-শেনবগী মবমদা থোইনা থৌশাবমদে, অদুগা মনাই মশনশিংসু চেকশিন- থৌবাংগী ৱাফমসিদা কবিসু থল্লুদে। অদুবু মৈতৈগী মাযকৈদদি অকক্লবা পান্দম অমা পীদুনা লাকপাননা অখন্নবা লাল্লোই খর্বাদি মযাউববনি অমসুং খৎ থাবসু হানগদৌবিবর্বনি। মবম অসিনা হাযবিব। খাবিগী লৌবুকসিদা মোইবাং নিংথৌ খেল্লেম্বদু মঙোন্দা লাইচুবম্বা মোইবাং লাইদুনা পুদুনা খম্নুং লৈপাক্তা চৎখিবম্মী [চৈথাঃকুম, ২০০৫, ১২৫]। অবাগী খাবিগী লৌবুক্তা মোইবাং নিংথৌ লাইনা লৌখিবগী ই পাউাস বাহেংবা মাধববাম অমসুং মহাক্কী খোঙবুনা মৈতৈ কোনুং যৌবক্ত্রিঙৈদা কোনুংদা হান্না থুংলবম্মী। মৈদিংঙু চাওথংখোম্বগা থম্মোইদা পাউ অসিনা নুংঙাইতবা অমসুং নীঙঙমদবগী ঈপানশিং পাবম্মী। অমবোমদা অমুক সনা যাথং পদুনা চৎখ্রিবা মাধববামনা থৌদোাস কবম্না থোকহল্লবনো, হাযবসি খল্লুবগা অমুকসু খম্মোইদা শাঙনা ৎবগা ঈপোকাশংনা যৈবম্মা। মাধববাম অমসং মহাক্কী খোঙবুনা ইম্ফাল কাংলৈদা থংলবা মতমদা তাবে। মৈদিংঙুনা বাদি ঙাংদ্রি অদব শাওবদি শাওবে হাযবাস তাবদগী বাহেংবা মাধববামগী কাংবদু কোনুংদা চঙনা ইমান্দ্রে মখোযনা মতোন ঈবংঙো ঈবুংশীজ আনন্ত শাইগা শঙ্গাইদা চঙনা মৈদিংঙুগী ওইাববা মওং মতৌ অমসুং মখোযগী ওইবিবা ফিবমদুগী লমদাংদা লাংদাই তাইবীনবা বাফম হঙ্গৎল্লবে। মৈদিংঙুচা আনন্ত শাই, নিংথৌ ঙম্বা অওম্বনি, অদুনা খদক্তা লেঙখিদনা মজাঙ্গবুংঙো মৈদিংঙুগী মনাক্তা লেংশিনখি। অদুগা নিংথৌশেনবা মনাই মশল পুম্নমক তান্থোক্লগা নিংথৌ মপ - মচাখক্তা ঙাইববদা নিংথেমগী মপুম /মাম্মা মোইবাং নিংথৌ খেল্লেম্বগী লাইবক থীববা থৌদোক্তুগী মবমদা কুপ্না, মহাক্লা মদুগী মমাঙদা পাযখৎখিবা থবকশিংগী মবমদা শন্দোক্লা অমসুং মহাক্লা অবা কোনুংদা চৎলিবগী মবমদা শুগাযনা বাবী শান্নবম্মী। অদুগা ৱাবী শান্নবা লোযশিল্লকপদা "নিংথেম ! পুম্নমক অসি পম্থৌ নপাতোন ঐনা নহাক্কী নিংথৌ সিংহাসন অসিগী খুবম চেৎনবা শিনবনি, নিংথেম নঙগী নপুক্কি ঙদা চিংনবা, নুংঙাইতবা পুম্নমক থাদোক্লো, লৈঙাক্লোন হাযবসিদি অসি ঙাক্তনি, যাথং চৎপা ননাইশিং অদুনা চঙবা ঙমদ্রিবশিংসি কৌশিনবীযু, মৈতৈ নিংথৌগী সিংহাসনবু মোইবাংনা ফম্বা যাববা" হাযনা হাযবকপদা মৈদিংঙু চীঙথংখোম্বনা "ঈপাতোন"- হাযনা পাউখুম্লগা অদুম তুমিন্না লৈখ্রে। অসুম্না মোইবাং নিংথৌ হাৎখিবগী ৱাথোকসি মনা- মনীন নাইনাখিদ্রে, কনাদসু চৈবাক পীদনা তুমিন্না অদুম লৈনখ্রে।

## রোবার্ট ডি ব্রুসকী শক্তম অমা

বোবার্ট ডি ব্রুস, ১৪শুবা খৃষ্টগী কুমশীঙ চাগী খৃঃ১৩০৬তগী খৃঃ১৩২৯গী জুন ৭ ফাওবদা গ্রেট বৃটেনগী স্কোটলেন্দদা পানখিবা ঈংলিস্কী নিংথৌ এডৱার্ড অহানবা [Edward I(1237-1307 A.D)]অমসুং এডৱার্ড অনিশুবা (খৃঃ১৩০৭-২৭)গী মখুত্তা তকুল্লক হন্না লৈপাক কাযদুনা মীবৈপাক্তা অমসুং চীঙনুং মান্নুংদা ৱানা পুন্সি লেল্লুবগা মতুংদা খৃঃ১৩৪১দা তবেৎলকশুবা ওইনা ঈংলিস নিংথৌ এডৱার্ড অনিশুবগা স্কোটলেন্দগী ফক্কার্ক (Falkerk) বন্নোক্বর্ন (Bannockburn) কৌবা মফমদা জুন ২৪দগী হৌনা লান শোক্লবগা লানফমদা ঈংলিসশিংব় মাযথীবা পীদুনা স্কোটলেন্দদা খৃঃ১৩০৬তগী মনীঙ মখা তম্বা মাঙলুববদু অমুক হন্না হঞ্জিনখিবা [G.P ,1987,50-59]অখাঙ কনবদা পৃথিবী থুংনা মমিং চৎলিবা নিংথৌনি।

(১) মৈদিংঙু চীঙথংখোম্বনা যুবরাজ ওইবিঙৈ খৃঃ১৭৫৮ ৫৯দা অবানা লান্দাবক্তুনা মৈতৈ লৈপাক তাক্তুনা নুমিৎ ৯নি অবা নিংথৌ অলাউঙ ভুবা (খৃঃ১৭৫৪ ৬০)না মৈতৈ কোনুং কংলাদা পানখিবা চীঙথাংচীঙগী চাঙ্গোন্নুংগী শঙাইথেন্দা লোত্তুনা লৈকবগা অমুক লৈপাক লীংখৎম্মী।

(২) খৃঃ১৭৬৫দা অবানা অমক হন্না লান তাবক্তুনা লৈপাক কাযবদগী কছাবদা চেনখ্রগা মদুদগী তেখাও / অহোম লৈপাক্তা চৎখদনা চাও অমে (শক ১৬৮৫কী ফাইবেনদগী শক ১৬৮৯গী লমদা ৬ান ফাওবা) চেন্না মীবৈপাক্তা লৈকবগা অমুক হল্লক্তুনা লৈপাক লীংখৎখি।

(৩) খৃঃ১৭৬৯দা মৈদিংঙু মযাম্বুঙ গৌবশাম্মা পোক্লম্মী বাংঙমলোন কোলালৈমা / ফোংদালোকপী (অহোমশিংনা কুবঙ্গনযনী মিংথোনবা)সি অহোম নিংথৌ চাও সবমফাদা অওঙ অউন তমদুনা থাজবগা তেখাউ লৈপাক্তা মনাইশিং থাদুনা থিহনাখ। অদুগা শঙাইপ্রৌদগী চত্রীঙদা চহিসদা কোনুং ওইদুনা পানবা চৌগৎলকপদা মোইবাংনংথৌসি হাৎখিবগা মল্লোমদগী মহাক্কী মনাইশিংনা অবা লান্মী পুদুন লাক্লগা লান্দাহল্লকপদগী লৈপাক তাকখিবম্মী। অদুগা মহাবাজদি কছাবৱোম চেনখিবম্মী অমসুং অবাশিংনা নুমিৎ ২০ লৈবল্লগা চৎখিবম্মী [চৈথাঃকুমঃ,২০০৫,১২৫]। মতমসিদা কৈবিবাম্না নিংথৌখোংদা লৈদুনা লৈপাক ঙাক্লিঙৈদা খৃঃ১৭৭০দা ঈবুংশীজ নন্দশাই(গবিবনবাজ মহাবাজগী মনাউ খম্লাং পামশাবা ৱাংখৈবাকপা / সেনাপতি / মন্ত্রি তাল্লোইগী উশমচনুনা পোকপা মচানুপানা অবাগা লোইননা লাক্তুনা কৈবিবামবু তুসাবোক্তা হাৎখিবম্মী। মবর্মদি কৈবিবামসিনা অৱাদা মৈদিংঙু চীঙথংখোম্বগী মনাউ ভবানন্দবু অৱা পীথোক্লগা লৈঙাকপা ওইখিবনি। অদুগা অবা অমসুং নন্দশাইনা মনাউনুপা(মমাতীন্নদবা) কুকিলানন্দ / ঈবেংববু লৈঙাকপা ওইনা থল্লমলগা মহাক মশাদি অৱাদা চৎখিবম্মী [মথক্কীসিদা,১২৫]।

(৪) খৃঃ১৭৭২গী মেগী অনিশুবা চয়োনগী নোংমাইজীঙদা মৈদিংঙু চীঙথংখোম্বা অমুক মনিপুরদা লাক্কুনা শঙাইথেন্দা থুংলরম্মী। অদুগা কংলা কোনুংদা চঙদুনা শঙলাংমৈদা লৈরম্মী অমসুং থুংলবসিগী মতুং নুমিৎ ৬নি শুবা থাঙজা নুমিত্তা কুকিলানন্দনা মহারাজদা রাজদণ্ড কৎখিরম্মী। অদুগা অৱাগা তাইশিন্নবা য়ানবা কবো নরহরি কৌবা নুপা অমা থাদুনা ঈ- পাউ লৌবা হৌহনখি [মথক্কীসদা,১২৬]। অদুবু খৃঃ১৭৭৩গী ফেব্রুৱারী থাদা অৱানা অমুকহন্না লান্দারক্কুনা লৈপাক কায়খি। মহারাজদি ময়াংলোমদা চেনখিরম্মী। অদুগা অৱানা থা ৫(মঙা) মৈত্রবাকপু খোঙনেৎনদুনা লৈরম্লগা ভগবন্তসিংহবু লৈঙাকপা হাপ্পুনা থম্লম্লগা মবৈপাক্তা হনখিরম্মী।

(৫)মৈদিংঙু চীঙথংখোম্বনা খৃঃ১৭৭৩গী নবেম্বরগী অবোযবা চয়োন্দা মীরৈপাক্তা থা ৯(মাপল) লোম লৈরুরগা থোক্লক্লম্মী।অদুগা কংলা কোনুংগী মনুংদা লৈবা অঙোম য়ুম্ফমদা লৈরম্মী। মতমসিদা অৱাগা তাইশিন্নবা য়ানবা ৱাকোঙথেম্বা মুরারীবু লাইবার ওইনা অৱা কোনুংদা থারম্মী [মথক্কীসিদা,১২৭]। অদুবু অৱাগা য়ানবা পুরকপা ঙমদনা ৱাকোঙথেম্বা মুবাবী হল্লক্লম্মী। অৱাশিংনা তাইশিন্নবগী মহুত্তা লান্দারক্লবগী কিহল্লকপগী ৱাফম পীরকপদগী মৈদিংঙু চীঙথংখোম্বা খৃঃ১৭৭৪গী মার্চকী অনিশুবা চযোনদা মৈত্রবাক থাদোক্কুনা চৎখিরম্মী। অবাশিংনা মুবাবীদা হায়রকপা অদুমক তৌরক্লম্মী, মখোয়না খৃঃ১৭৭৪গী মে থাদা অমুক হন্না লান্দাবক্কুনা মৈতৈ লৈপাক খুদুম চনখিরম্মী। অদুগা থাসিগী অবোযবা চযোন্দা ৱাংখৈ বিনিন্দ্রাম্বু লৈপাকসিগী লৈঙাকপা নিংথৌ ওইনা হাপ্লম্লগা মবৈবাক্তা হনখিবম্মী।

(৬) মৈদিংঙু চীঙথংখোম্বনা মবুধৌ ৱাংখৈ বানন্দ্রাম্না লৈঙাক্লিবৈগী মতম [শক ১৬৯৬কী কালেন ১১নিদগী শক ১৬৯৭গী ফাইরেন ১৬নি (চহি ১গা থা৯ নুমিৎ ৫নি)]সিদা অৱাগা তাইশিন্ননবা শেনশাবা (শেঞ্জম) শ্যামনর অহানবদা থাদুনা হোৎনরবা মতুংদা ৱাংখৈ জগদানন্দসু অমুক থাজিন্দুনা হোৎনবকপদা অৱাগা তাইশিন্ননবগী লমদাংসিদা অৱানা মনিপুরীশিংনা লান অমুক মখোয়গী মথক্তা লমন খুম্নবগী তাবক্তনবা ফিবম শেমদুনা অৱা লৈপাক্তা হান্নদগী মখোয়গী মখুত্তা লৈরিবা ঈবুংশীজ ভবানন্দ (মৈদিংঙু চীঙথংখোম্বগী মমা তীন্নদবা,থোংবম চনুনা পোকপা মনাউঈবুংঙো) অসিগা মৈদিংঙু চীঙথংখোম্বগী মচাঈবুংঙো অমগা জামিন(Surety) ওইনা অৱা কোনুংদা লৈহন্নবগী ৱাফম পুখৎলক্লম্মী। মৈদিংঙুনা ৱাফম অসি কুপ্না খল্লবা অমসুং অহল্লমনশিং তানরবা মতুংদা মচাঈবুংঙো মধুচন্দ্রবু অৱা লৈপাক্তা মৈতৈ লৈপাক্কী থৌদাং লৌরুনবা হায়দুনা থাখিরম্মী। হায়রিবা মীশক অনি- মনাউ ঈবুংঙো ভবানন্দ অমসুং

মচাঙ্গীবুংঙো মধুচন্দ্র অনিসি খৃঃ১৭৮৭কী ডিসেম্বরগী অরোযবা চয়োন (শক ১৭০৯গী পোইনু৭/৯) দা অৱাদগী থাদোক্লক্লগা মৈত্রবাক য়ৌবকখি [মথক্কীসিদা,১৫০]। অসুম্না মহাক্কী পোকমিন্নবা মনাউ অমসুং মহাক্না পোকপা মচাবু লৈপাক্কী মনীঙ- মখা তম্বা ফংহন্নবা অমসুং ঙাইহাক লৈতনা লান্দাবক্তুনা প্রজাশিংনা অৱাবা তাবদু কোকহন্নবা মীবৈপাক্তা জামিন ওইনা থমদুনা নিংথৌ অমা ওইবগী ঙমজবা মথৌ তৌজখি। অসিগুম্বা অৱাবগী মতমসিদা শকক যাখিদবা পোইনু লৌবোক পাম্বাগী মকুপশিংনা মহাক্কী অৱা মৈশাসিবু খঙবীখিদ্রে।

## ৱাখোম ৱারোয়

মৈদিংঙ্গু আনন্ত শাই, মথক্তা থমজখ্রিবা বাফম খব অসিদা মিংযেং থম্লকপদা মনিপুব ইতিহাসকী ওঙ্গোক্লা নোংদম থীবনা মতম তাংকক অমদা লৈঙাক্লোনগী পবীংদা চোংথোক্লকখিবা, খুদোংথীবা মাযযোক্লবদা মাব ওন্দুনা চেনগন্দবা, মৈতৈ নিংথৌমচা অমা ওইনা নিংথৌ ফম্বাল কল্লকপীদবা, নিংথৌ ফম্বালবু গোকপা, হক লৈবা নিংথৌব শৌগৎপা অমসুং অচুম্বগী মীচঙদা লেপ্লদা আকিবা লৈখিদবা মৈতৈ নিংথৌ মচা অমনি। মহাক মশাবু নিংথৌ শেম্লদা যাওদবদা নত্তনা অমসুং ওইবিদ নিংথৌবু কনবদা যাওবা থোইদোক তেন্দোক্লা পুকচেল চাওবনা অমনি। অদুবু মহাকসি ফত্ত লৌশিঙ তৌবা মীগী মফমদি মদুগা মাঃবা ফত্ত লৌশিংনা অদুম লমন খুম্বা মীশকসু নি। মহাক খৃঃ১৭৫৭তগী সেনাপতি,খৃঃ১৭৬১দা খ্বাইবাকপা, খৃঃ১৭৮৩দা নোংথোনবা, খৃঃ১৮০৩দা মন্ত্রী অমসুং খৃঃ১৮০৬তা অমুক হন্না খ্বাইবাকপা ওইখিবন্মী [মথক্কীসিদা,১২২,১২৩,১৩৯,১৮৩,১৯৫]। মহাক খ্বাইবাকপা ওইনা তাইবংপাল থাদোককি। মহাক্না শগোবন্দা অনৌবা লৈফম কোনুংগুম্না শেমদুনা খৃঃ১৭৮০গী অদুদা শ্রীগোবিন্দজী মযাম্বুং অহন শ্রীবিজয়নাথ গোবিন্দজীগী চেক্কী লাইশঙ খৃঃ১৭৮৯দা শাদুনা লাৎলগা পাল্লম্মী। নিংথৌ ফম্বাল কল্লকপীখিদ্রবা মৈদিংঙুচাসিনা তাইবং থাদোকখিবগী চপচাবা কুমশীঙ,থা,থাবান অমসুং নুমিৎনচিংবসি চৈথাবোল কুম্বাবদা চনখৎপীমরদবনা অশেংবা খঙদনা লৈবি। অদুগা মহাক্কী লৈখিদ্রবা হকচাংদি ঈবোইশেনবগী নম্বুন তুবেলগা লুৱাং- ঈগা ঈতীম্নফমদা লুৱাং- ঈ তুবেনগী ঈচিনগী মাযযোক্লবা খাথংবা তোৰ্ব্বান্দা লোযশিনখি। মৈদিংঙুচা আনন্তশাই মন্ত্রী পুঙ্গিবদা হাযজদুনা মতমদুদা লমলৌঙগৈ কৌরম্বা, হৌজিক্লা মন্ত্রী পুত্থি হাযনা খঙনবা মফমসিদা খৃঃ১৭৮৩- ৮৪দা পুত্থি অমা মৈদিংঙুচা মশামক য়াওনা তৌখিবন্মী। অদুগা পুত্থিসিদা মৈতৈলৈপাক্কী লাইশিং -

গোবিন্দ, সনামহীনচিংবা পুম্নমক ঈরুজহল্লগা অমুক্তা থোকখিদ্রবা মওং- মতৌদা পুখ্রিদু হোঙখি [মথক্কীসিদা,১৩৯- ৪০]। পুখ্রি অসিগী মমিং "মন্ত্রী পুখ্রি" হায়না খঙনবদগী মসিনা লৈবা লমদমসিবুসু মমিংসিনা খঙনখি। পুখ্রি অসি হৌজিক- হৌজিক মফমদু নীঙথিনা লৈরি। মৈতৈ নিংথৌগী ফম্বালবু মিহৌদনা য়োকখৎলম্বা মৈতৈ নিংথৌমচা আনন্ত শাইগী য়াইবী থব্রাই মঙামকপু মতমচুপ্পদা তাইবং মপুনা শান্তি পীনবীসনু।

## মরী- মখোঙ উৎচবা


১) চৈথাঃকুমঃ,২০০৫ = শ্রীলাইবেংময়ুম - ইবুংঙোহল সিংহ অমসুং নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহঃ চৈথারোল কুম্বাবা (ইম্ফাল- ২০০৫)

২) কঃযঃসঃ.১৯৭২ - শ্রীকাংঠজম যাইস্কুল সিংহঃ অশম্বা মীতৈ ইতিহাস (ইম্ফাল ১৯৭২)

৩) বাংকুঃসঃ,১৯৭০ বাজকমার সনাহল সিংহ গুনেশ্বর (আমিস্না)ঃ সৎজাল (ইম্ফাল ১৯৭০)

৪) যংভঃ.১৯৮২ শ্রীযেংখোইবা ভাগ্যঃ অশম্বা কুমপাবা অমসুং যেংখোম শাইগেলোন (ইম্ফাল ১৯৮২)

৫) লঃচঃসঃ ১৯৭০ - ডাঃ লৈশংথেম চন্দ্রমনি সিংহঃ মনিপুর ইতিহাস (ইম্ফাল ১৯৭০)

৬) মঃচঃসঃ,২০০২ - মোইরাংথেম চন্দ্র সিংহঃ শমসোক ঙম্বা (ইম্ফাল- ২০০২)

৭) কঃ১সং বঃ.১৯৯০ কুলচন্দ্র, বডকন্দিন' মৈতৈ পাংচল হৌবকফম (ইম্ফাল- ১৯৯০)

### খুৎয়ি লাইবিক

১) মঃনঃলঃ,খঃলঃ মোইবাং নিংথৌবোল লম্বুবা, খুৎই লাইবিক


## ঈঙ্গ্রেজী লাইরিশিং -


1) C.B.A.,1987 = Compiled By Authority; Gazatteer of Burma (Delhi-1987)

2) R.S.B,1930 = Rai Saheb Gulap Chandra Barua; Ahom Buranji (Calcutta-1930)

3) G.P., 1972 = Galley Press: The Children Book of Famous Lives (Yugoslavia-1987)

# ঈবুংশীজ হেরাচন্দ্র
# চহি তরেৎ খুন্তাকপগী তাকু নিংথৌ

## ৱাহৌদোক

ঈবুংশীজ হেরাচন্দ্র, মমিং হেক তাবদা অৱা / শ্রাম্মাশিংদা অকি- অথুকপা পোকপা অমসুং মখোযনা "তাকু নিংথৌ" হায়না মিংথোন দুনা য়াম্মা কিনা- হঙ্গোয়না তৌবা, মনিপুরগী চহি তরেৎ খুন্তাকপা (খৃঃ১৮১৯-২৫)গী মতমদা তোল্ল- তারবা মৈতৈশিংবু ঙাকপী- শেনবীখিবা অমসুং অৱানা নৈহৎলবা মরৈপাক মনিপুরবু কন্ননবা অমদি অৱাগী মখুত্তগী হন্দোক্কুনা অমুক হন্না মনীঙ- মখা তমহন্নবগী খোঙজঙদা খ্বাইদগী ঈহান হানবা থৌশীল- থৌরাং লৌখৎখিবা অমসুং অচৌবা লৈকন- থৌদাং লৌখিবা, মৈতৈ নিংথৌ মচা অমা ওইনা মশাগী হক অমসুং মহাক্কী মরৈপাক- নীঙবগী মহৈনা মমাঙদা তাদুনা লৈরবা নিংথৌ ফম্বালবু কল্লক- মিহৌবীখিদবা, লৈপাক্কীদবু ফগনি হায়রবদি হায়না মঙোন্দগী হক্তসু, মথৌনাদসু হস্তরবা লৌনম চাওবগী মচানুপা মীনম চাওখ্রবা অমদা নিংথৌ ফম্বাল লানথোকখিবা মৈতৈ নিংথেমমচা,নাকোয়নদবা / হকথেংনবা মৈতৈ নিংথৌমচা অমনি। অৱানা মখোয়গী মতমদুগী তঙ- তারবা য়েক্লবনি হাযরিবা মৈতৈ জাতি (মৈতৈনসুনি)অসিগী মীয়ামশিংদুদগী নত্রগা মৈতৈ অকন- অথৌশিংদুদগী মমিংদা তাবদা পাখৎপা মীশকশিংসি মীওই অনিখক্লি, অমনা মৈদিংঙু মেখলেশ্বর গরিবনৱাজ মহারাজ [খৃঃ১৬৯০-(খৃঃ১৭০৯-৪৮)-১৭৫১] নিঃ অদুগা অতোপ্পা অমদুনা ঈবুংশীজ হেরাচন্দ্র অসিনি।

ঈবুংশীজ হেরাচন্দ্র, মৈদিংঙু লোইরেনখোম্বা / লাবনচন্দ্র (খৃঃ১৭৯৮-১৮০০) গী তরুকশুবী তাল্লোই অপানবী অকোইজম চনু (অকোইশু)না শকাব্দ ১৭২০গী ঈংঙা থাগী ৫নি পানবা(জুনগী অহুমশুবা চয়োন,খৃঃ১৭৯৮) নোংমাইজীঙ নুমিত্তা পোকখি [চৈঃকুঃ,২০০৫, ১৭২]। মহাক মমা অসিগী মতোমতা পোকচবা মচাঈবুংঙোনি। অতৈ মমাঈবেম্মশিং (মহারানী থাঙজম চনু রসনিকা য়াওনা)না পোকপা ময়াম্লুং অমসুং মনাউ ঈবুংঙোশিং তরেৎ লৈরম্মী। মৈদিংঙুচা হেরাচন্দ্র মীরৈপাকচা অৱাশিংনা মৈত্রবাক মনিপুরগী মায়য়োক্তা থাংজিল্লক্লিবা খোঙথাংবু য়েংঙমদবা, মৈতৈ নিংথৌমচাশিংনা নিংথৌ খুবম কল্লক্লবগী পোকমিন্নবা মচীন- মানউশিং মখোয় মশেন নুংশিনদনা য়েক্ল'-য়েংথীনববু

উনীঙদবা, নিংথৌ ফম্বালদগীদি ঈমা লৈপাক্লা হেন্না মরু ওই, খঞ্জবা, মহাক্কী শা- লান্দা হৈ- শীংবা অমসুং কখোকপা, মশাগী ওইজবা থাদোকপগী গুণ কয়ামরুম্না মহাক্কী তুখোঙ খুদিংমক্তা লৈতেংবা মীনি, মৈতৈ নিংথৌমচা অমনি হায়বদা লেমজনীঙঙাই ওইরবা মীশক্নি।

## মাঙগী লমদাংদা

মৈদিংঙুচা হেরাচন্দ্র, মপাঈবুংঙো লাবন্যচন্দ্রনা ব্রাংখৈরাকপা ওইনা লৈপাক ঙাক্লিঙৈগী মতমদা পোকখিবনি। মহাক মশাগী চহি অহুমগা থা তরুক শুকরপগী মতমদা মপা ঈবুংঙোবু নিংথৌফম্বাল মিকানবগী মীনম / লাংথাক হৈরবা শান/ কবো ষ্টেট(কবো)দগী খুম্বোংময়ুম্না মখোয়গী নিংঙোনমচা ঈবুংশী কবোতাবা নত্রগা শামুফাবা(রাজা গম্ভীর সিংহ)বু নিংথৌ ওইহন্নবগীদমক্তা শগোল কাঙজৈ শান্নবগী থৌরম পুথোক্লগা শবৌ শীন্নরগা ফুগায়দুনা হাৎন্নবা খুজীন-থৌরাং চথুখি [মথক্কীসিদা, ১৭৯, অঃঙঃ, খুঃ; খঃঙঃ, খুঃ ১সুং গঃনঃ, খুঃ]। থৌরাংদুদা ফুগায়দুনা লৈমায়থক্তা তাদুনা লৈববা মৈতৈ নিংথৌদুবু মচীন-মনাউশিং নত্রগা মৈতৈমচা কনানসু হন্না য়েংবীখিদে। খুম্বোংময়ুমগী খুৎ (তুলশী, রতমনি, মাইবম চক্রপানি, য়ুম্নাবা খেলেম্বা খোংদৌ, অহৈবম নরতোম, হৈখাম মুংয়াম্বা মচীন- মনাউ, খোংবানতাবম খেকলাউবা, অচোইবম ১দি মচীন- মনাউ, অচোইবম কোইচোম, কবো গৌরমনি, অসিনচিংবা)নদি শিরবনি হায়দুনা কাঙজৈবুং [মনুং কাঙজৈবুং] মপান্দা হুন্দোক্লম্লবনি। তৌরিবা পুম্নমকসিবু কুম্মৈ ওইনা য়েংলগা খুদোংচাবা লৌননবা তাঞ্জা লুম্লিবা মতমদুগী বর সেনাপতি ওইরিবা ঈবুংশী মধুচন্দ্রনা মযাম্বুং কনবা শাশিন্নদুনা মাগী মী থাদুনা অশোকপা য়েংবা লাকপগী মমিংদা লৈমায়দা তাদুনা লৈরবা মনিংথৌদুবু লোয়শিনহন্নবা খুজীন- থৌবাংলগা, মীয়ামদনা ময়াম্বুং লাইকন্নবগী মিংদা উৎ চায়রগা লৌনম চাওরবা মধুচন্দ্রনা ময়াম্বুং হাৎহনখি [ব্রঃগঃসঃ, ১৯৭০, ২৯-৩১]। অদুগা মহাক্লা ওক্লা নীল্লগা হুইনা মনা থাবা ওইনা নিংথৌ ফম্বাল লৌখি। হায়রিবা নুমিৎসিদা নিংথৌ ওইরগা মথংগী নুমিত্তদা মনাউ ঈবুংঙোশিং- ঈবুংশী চৌরজিৎপু যুবরাজ অমসুং ঈবুংশী মার্জিপু সেনাপতি হাপ্লগা খুম্বোংময়ুমগী খুৎকি মীশিংবু নুমিৎ ৫ শুবদা কংলাগী উখুন ফুকপদা মী ৮ উখুন্দা ইন্থদুনা ফুল্লগা হাৎখি, ৯অমনা শুগন্নদা অমসুং ১না খুরাইলাকপা পন্দা হাৎখি। মখোয়সিগী মতু- মচাশিংবুনা লাম্মীশিংবু শরাক তমহনখি, খুম্বোংময়ুমশিং ক্বাক্তা কৈ ওইনা থাবগা লোইননা মরাল লৈরবা ঈবুংশী কবো তাবা (রাজা গম্ভীর সিংহ)বু কছারদা তাম্থোকখি [মথক্কীসিদা, ১৭৯]। অসুম্না অফবা

শাদুনা শগোন মমাঙদা পুঞ্জাও পুবা, ওকপীদনা ফি কুপ্পা মধুচন্দ্রগী মচত্তু ঈবুংশী চৌবজিৎনা খঙলকখি অমসুং ঈকুই কুইদনা চহি অনিগা থা অনিবোমগী মতমদা যুববাজ চৌবজিৎনা মীনম চাওববা মধুচন্দ্রবু থাদোক্তুনা কছাববোমদা চৎখি। অদুগা চহি অমগা থা ৪বোমগী মতুংদা মৈত্রবাক্তা হল্লক্তুনা নিংথৌ ফম্বাল লৌখি। মীয়ামদা উৎ চাযবম্বদু মযাম্না খঙনবক্লবনিনা মাগী মীচঙদা মী ৫/১০ নত্তনা কনা লেপ্পিনিঙাই লৈতবনা লান তৌনদনা মহাক্না মচানুপী ইন্দ্রপ্রভাবু খৃঃ১৮২০দা থাজখিবা ডিমাসা (কছাবী) নিংথৌ কৃষ্ণচন্দ্র(খৃঃ১৭৮০- ১৮১৩)গী মনাক্তা চেনখি [চৈঃকুঃ, ২০০৫, ১৮৩]।

মৈদিংঙু চৌবজিৎ (খৃঃ১৮০৩- ১৪)না পানবা মতম অসি ঈবুংশী হেবাচন্দ্রগী মহৈ- মশীং তম্বগী মতম্নি। মহাক্কী ঈনখৎলকপগী মতমসিদা মহাক মবুদ্ধি- মবৌশিং চঙখোল্লি অমসুং মথৌনা- মবীংজেল পাল্লি। মহাকপু মমা ঈবেম্মা অকোইশুনা মতীক চাবা, অখন্নবা ওঝা- গুরুশিংদা মহৈ- মশীং তমহল্লকই, হাযবসি মহাক্কী তুংলমচৎকী বাস্থোক- লাস্থোক্লা অদুম খুদম চাংদম / শাক্ষী- প্রমান ওইদুনা লৈজে। মহাক্না মখুবা ঈবুংঙো নিংথেমতোন অনি (চৌবজিৎ অমসুং মার্জিৎ) অনিগী নিংথৌ ফম্বালগী তৌনবিবা ঈবাং,নিংথৌ ওইনীঙমনবনা ঙাওববা মার্জিৎনা লানশোনবীদা উতোংচাগে হাযদুনা চৎখ্রগা খৃঃ১৮০৬গী ডিসেম্বব থাদা লানহৌবা, অবাদা চেনখিবা [মথক্কীসিদা, ১৯৬- ৯৭],থা ৩লোম লেপ্তুনা চিফেৎ-চিফেৎ শোক্লখিবা লানফমশিং [মথক্কীসিদা ১৯৭- ৯৯], খৃঃ১৮০৮গী মে থা ঈবুংশী মার্জিং অব্রাদগী শামু অনি পুবগা থোক্লক্তুনা [মথক্কীসিদা, ২০৫] লাল্লে হাযজদুনা অমুক যুববাজ ওইববা [ মবমদি অবা নিংথৌ বদাও- ফাযা / মেঙটা বা- গী (খৃঃ১৭৭৯- ১৮১৯)না মচান মনাড তাইশিন্নৌ, মখোয যাওনাঙদে, হাযবকপদগীনি], অমুকসু মার্জিৎনা লানশোনবীদা উতোংচাক চাগে হাযশিন্নবগা খুৎ খোমদুনা খুদৈবন্দা তেঙ্গান লীংদুনা লানহৌবা [ মথক্কীসিদা, ২০৬], মদুগী ঙমদদুনা মযাং লৈপাক্তা চেনখিবা, অসিনচিংবসি মহাক্না উই, তা- ই অমসুং খঙজিল্লি। অসুম্না নিংথৌ মচা অমা ওইনা লৈঙাক্লোনগী মহৈ- মশিঙশিংসি তানশিল্লি।

নিংথৌ ফম্বালদগী হেন্ন অতৈ অমতা উদ্রবা মার্জিৎনা অব্রা নিংথৌগী মশূ- নুপা শগাং- মেঙ / ব- গ্যী দাও [খৃঃ ১৮১৯- ৩৭]দা চঙজদুনা কবো তম্পাক (Kabo Valley or Kasc Shan) পীথোক্লগা মণিপুবগী নিংথৌ ফম্বাল লৌগে হাযবসি য়ানদুনা খৃঃ১৮১৯গী মার্চ থাদা অব্রা লাম্মী পুদুনা লাক্লগা এপ্রিল থাদা নুমিৎ ১১নি ককচিঙ পঞ্জাও (পঞ্জাওপল্লুমচীঙ) দা শোক্লবগা নিংথৌ ফম্বাল লোকখি

[মথক্কীসিদা,২১১]। হাযবিবা মতমসিদা হেবাচন্দ্র মশাগী চহি ১৬ চঙলে অমসুং যুম্বানবগী পুন্সিদা খোঙদাবে।
মার্জিৎ(খৃঃ১৮১৪-১৯)না নিংথৌ হেক ওইবগা মৈতৈ নিংথৌগী সিংহাসন্দা হেক হক লৈবা মীশিং, নিংথৌমচাশিংবু মাগী নিংথৌ ফম্বালদা খুৎ থিংজিল্লক্তনবগীদমক্তা মখোযবু লোম্না, ফোংনা নত্রগা উপায / পাম্বে অমা তৌদুনা হাৎননবা / হাৎহন্নবা খুজীন থৌবাং লৌখৎলকখি, হাযবিবসিগী খুদম- চাংদম্মদি:-

**........লাংমাইথেম মনিগী কুম শক ১৭৩৬.....কালেন থা.......৩নি (এপ্রিল ৩শুবা চয়োল,খৃঃ১৭১৪) থাঙজদা চীঙঙামখাদা মী ২৪ হাৎনৈ[মথক্কীসিদা,২১১]।**

হৃসিনি। মসি, তৃংলমচৎকী মৈদিংঙু / বাজা গম্ভীব সিংহ (খৃঃ১৮২৫ ৩৪)বু হাৎননবা হোৎনবগী মহৈনি। অদুবু গম্ভীবসিংহবুদি কাংঙবা ক্ষেত্রি সিংহ (ব্রিগেদিযাব- জেনবেল কাংঙবা থাঙ্গাল নত্রগ চিদানন্দ সিংহগী অপোকপা মপা)না লাল্লকসিদগী কল্লগা কছাবদা চেনহনখি। নিংথৌ ফম্বালগা হৰ্ক্কা লমদাংসিদদি বাজা গম্ভীব সিংহদগী হেবাচন্দ্রনা যাম্না হেন্না মপাঙ্গল কৌল্লি শমসং ৮ ওবা হেল্লি। মবম অসিনদি ঈবুংশী হেবাচন্দ্রাস মতমদগী মৈতৈ তুম্পাক্তা লৈবা যাবিব্রা ঈবুংশী ভদ্রসিং নিংথৌ খাক। (খৃঃ১৮২৪ -৫) তিবক্সী দেশ(ডিমাপুব)তা চেনখ্রে, অতৈ নিংথৌমচাশিং যমজাও তাব (ডিমাসা / কছাবী নিংথৌগী মশেন), গম্ভীবসিংহ,চৌবজিৎনচিংবা কছাবদা সীলেটতা, অবাদা, কবোদা চেনখ্রে। মবম অসিনা ঈবংশী হেবাচন্দ্রস মমা ঈবেম্মা, মাগী লৈমা অনি পুদুনা মানপব / ইম্ফাল তমপাক থাদোক্তুনা হিংননবগী মযম থিখিবা তাবনি।

## মৈদিংঙু তাকু নিংথৌ (খৃঃ১৮১৯-২১)

ঈকাইবসু খঙদবা, থৌনা ফবসু শাবা,তৌবীমল খঙদ্রবা অমসুং মতম পুম্নমক্তা, মফম খুদিংমক্তা অমদি হিবম পুম্নমক্তা অফবা বাখল হাযবদু খক তৌদ্রবা মৈতৈ নিংথৌ মার্জিৎপু শাওবদগী অবা নিংথৌ বা- গী দাও (খৃঃ১৮১৯-৩৭)না মহাক্কী লাঞ্জিংলেন অনি পাখানবুন অমসুং কনেবুনগী মখাদা অচৌবা লান্মী তেঙ্গোন অমা থাবক্তুনা মৈত্রবাক্কী লৈপাক পানবা, শকাব্দ ১৭৮১গী বাকচীঙ ১২নি পানবা (জানুঃ৪বা চযোল,খৃঃ১৮২০) লৈপাকপোকপা নুমিত্তা থুগাযখি। মার্জিৎ কছাবদা চেনখিদুনা চৌবজিৎ মহাবাজদা চঙজবগা মহাক্কী লম শরুক পীযু হাযনা নীবখি,মযাম্বা কৌবনিনা মবুক ফবা চৌবজিৎনা নোংমাংখা মখোঙদা চুহী খরুঙ ১০,০০০ হৈববসু থুম্লক্লবোযদবা মার্জিত্তা মাগী লমগী তংখায অমা

খাযদুনা কছাবদা পানহনখি। অদুবু মতুং ঈকুই কুইদনা মার্জিনা গম্ভীবসিংগা লৌতুনবগা চৌবজিংপু কছাবদগী তাম্থোকখি। হাযবিবা মীনুখাংসিগী মবমদা গ্রাম্মাশিংগী "মহাবাজৱেঙ"দা ইবদুগী লৌখত্তুনা ঈঙ্গ্রাজীদা ইবদুদা হাযবিবদি:-

**.......On the accession of Hpa-gyee-daw in 1819 all the tributary princes were summoned to do personal homage to the suzerain and among them Marjit, the Raja of Manipur........... For some time past however he had not been on good terms with the court of Ava;not withstanding his renunciation of all rights over the valley of Kubo large quantities of valuable timber had been felled there in by Manipuris and Marjit himself had offended against a Burman sumptuary law, which is insisted on with a tenacity incomprenensible to Europeans, in building for him a palace profusely gilt and ornamented with the royal pyathat or spire ; on both these subjects the court of Ava had made remonstrances. The Manipuri prince, distrusting the Burmese goverment, declined attending in person at the installation of Hpa-gyee-daw, pleading as an excuse the enimity of his brothers and strong probability that they would take advantage of his absence to forment distrubances in his State and, possibly, endeavour to seize the throne.This refusal to do homage, following on the assumption fo the emblems of royalty on his palace, was looked upon as evidence that Marjit was aiming at independence and a Burmese Force was at once despatched against him. The Manipuris were defeated and Marjit fled to Cachar which had been treacherously taken possession of by his brother Chorjit who received him kindly and into whose hands he formally resigned the sovereignty of**

**Manipur, of which with the assistance of the Burmans,he had deprived him seven years before. On this occasion the Burmese troops remained in the country but were continually harrased, by Petumbhur Singh and Heerachandra, nephews of Choorjit and Marjit,who succeeded in cutting of many of their small detachments,and in 1822 in decoying into an ambush and in almost annihilation a strong force, but who eventually, owing to the devastation of the country, were obliged to with draw to Cachar............**
**[C.B.A.,1987,327]**
অসিনি। অসুম্না মনিপুরবু মার্জৎনা চহি তরেৎ খুন্তাকহনখি, মীচম কযাগী মথ্থাই থাখি, অদুবু মতমাক্ত মথ্থাই হিংনবা কছারদা চেনখি। চহি তরেৎ খুন্তাকপসিদগী কন্ননবা মার্জিৎনা লৈতম অমা ফাওবা লংখিদে।

## খুন্তাকপা অমসুং হেরাচন্দ্রগী থৌদাং

মৈত্রবাক্পা খুন্তাক্করবাসিদা অবাগী সেনাপতি আর্নাসিনা মৈত্রবাক্কী মপ ওইনা মৈতে কোনুংলেন কংলাদা তেঙ্গোন শাদনা পানখি। মখোয়না লৈবকপা ন্নামৎ ২ ঃনিরোম শুবকপদা চাঙদা চাঙমীশিংগী মবক্তা ঈবুংশী জয়(মৈদংঙ্গু গবিবনবাডগা মচানপা নন্দশাইনা পোকপা কাকলান্দগী মচানুপা) লোড়না লৈবে হাযবা তাবদুনা মৈতৈমচা চাক্যাপযাং কৌবা অমা থাদুনা "নিংথৌ শেম্বীগে / ওইহনগে লা-উ" হাযদুনা নমথাক তৌদুনা কৌবম্মী। নিংথৌ ওইবা ফংলগনি খন্দুনা ঈবুংশী জযনা মাগী মী ওইবা মৈতৈমচা খবগা চাঙগী হাওখুন্দগী লাক্কুনা অবা তেঙ্গোন্দা থুংলখি। অদবু হাযাববা বাফমাদ লৌনম-লাংথাক্কি হাযবাসি ঈবুংশী জয মশা মতুংদা খঙর্জখি অমসুং মহাকপু লানফা ওইনা মৈতৈমচা লখা অহুমগা লোইননা পাখানব্রুন লানজিংলেন্না অৱা লৈপাক্তগা পুদুনা চৎখিবম্মী [চৈঃকুঃ,২০০৫,২৯৬]। অদুগা খুন্তাক-লানশিববা মৈত্রবাকপু লোইলম লৈঙাক লীংখত্তুনা অৱাগী লাঞ্জিংলেন কানেবুন্না অৱা লান্মী ২০০০গা লোইননা কংলা কোনুংলেনগী কাঙজেবুংদা তেঙ্গোন শাদুনা লৈবম্মী।

মথক্কী তৌনখিবা থৌওংশিংসিগী ঈ-পাউশিং অসি মৈদিংঙুচা হেরাচন্দ্রনা মনিপুর তম্পাক্কী নোংপোক-মৈরমদা লৈবা খোংজাই [Kuki or the Thadou tribe]গী খুন অমদা চঙজফম লৌদুনা লৈবগা

খোমাজল্লর্মী। অদুনস্ নত্তনা ঙাকপী- শেনবীনবা লৈত্রবা মৈতৈমচা কযাবু মঙক্তা থৌবী থুদুনা শা- শন হোইবগুম হোইবা, অঙাং কযাবু ঈমুংদা হোইজিল্লগা মোবোক থাদুনা লাক্লবা, অশোন- অনাশিংবু মখোঙনা কাওদুনা হাৎপা, নুপী ওইবী কযাবু থাঙনা কক্তুনা মথ্বাই মাঙহনবা, অসিনচিংবা কর্যাসিগী ঈ- পাউস্ ফংলর্ম্মী। হাযাববশিংসিনা মবৈপাক নীংবা অমসুং মজাতিবু নুংশিজবা হেবাচন্দ্রগী থম্মোইদা খাঙ ঙমদ্রবা মৈশা পীবর্ম্মী। অসিগুম্বা চিববা তাঞ্জা অসিদা কাব তৌসংগে হাযনা ৎবেৎ- ৎবা থোক্লা খন্দুনা ফুম্বংননা লৈবর্ম্মী। চীঙদা অসুম ফুম্বংননা লৈবসিনদি কান্নবোয হাযনা খল্লদ্না তম্পাক্তা কুম্লগা কবি তৌবা যাবগে, অবা অনা তাববশিংদুগী মতেং খজাক্তা ওইববসু পাংবা ঙমব্রা যেংলবগে হাযনা লেপখ্রে। নুংশিববী পালেম থাদোক্লম, চান্নজববী তাল্লোই হুন্দোক্লমদনা মকুপ- মপাং ওইবা খেংজাই খবগা লোইননা মৈতে তম্পাক্ত কম্লকাখ।

ঈবুংশীঙ হেবাচন্দ্রনা মহাক্লা মশা থুংলবম্ব খেংজাই খন থৈয়োং [মঃ চঃসঃ, ১৯৯৫, ৮১]দগী শকাব্দ ১।৮২নী শাজিবু থাগী তান (এপ্রিলগী ৩বা চয়োন, খৃঃ১৮২০)ঈবাই নামক্তা তম্পাক্ত লেপল্লখি অমসুং হর্যাদিবা নুমিৎসম [illegible] মতমগী চাকাও [illegible], চাকহোন [illegible] [illegible]দুনা হিংননবগীদমক্তা হোৎনাবা মৈতে মচাশিংগা মফমদা মনা [illegible] তম্বগী লাইরেম্বাদা কৎননবা মশা মশাগী ঈ নাখি। [illegible]লপাক কাসবা মং থা ২ মখায হেন্না লুচিংবীনবা লৈতবনা চেনজাইনদনা লৈবম্ব মৈতে পাখং খব হেব চন্দ্রগী মহমদ মশাগী ঈদগী হেন্দক [illegible] ফাওবা কত্তুনা লান্না থৌবমগী ঈবাং ওইনা তৌর্দাস হাযদনা চেংথোক্লকাখ। মখোয খর্বাস পন্দ্না মমা লৈপাকপু খোঙনেংনাবনা অসিদমক্তা লমন খুমগাদ হযবগী বাশক্ক লোইননা মৈত্রপাকপু কন্নবা, মৈতৈবু ঙাক [illegible] শেন্ননবা লুপ মচা অমা শেমাখ।

## তাকু তেঙ্গোল

মৈত্রবাক কন্নবা মনীঙ- তম্বা মৈতৈ লুপ অমা "শিববসু হিংলবস্ ঈমা লৈপাক্কীদমক্তনি হাযনা নীঙহন্নবা লৈববোয" হাযবা ব্রাশক্ক লোইননা শের্মখিবসিদা হকথেংননা শকক যাবিবা মশা কথোক্লবা লুচিংবশিং, মৈদিংঙুচা হেবাচন্দ্রগী লুচিং মখাদা লেপখিবশিং অর্দুদ:-

১) অঙোম সুবুনাথ- মনি, ২) অকোইজম খম্বা,
৩) এলাংবা (বম) অমু, ৪) মৈযেংবা(বম) শ্যাম
৫) মোইবাংথেম(বা) লবঙ্গ

মঙাসিনি [মথক্কসিদা, ২১৭]। অসুম্না মখোযনা নুমিৎ ২৫বোম চোম্থনা

মখোযগী খুৎ খোল্লকখি। মখোযগী লুপসি শেম্বগী পাউসি মতমদুগী মৈতৈ তম্পাক্তা অমসুং তম্পাক্কী মনাক নকপা চীঙশিংদা চঙজফম লৌদুনা লৈবিবা মৈতৈমচাশিংগী মনাকোংদা যৌবকখি। নোংমগী অমা লাক, অনি লাক তৌদুনা মৈতৈ নীঙতম লুপসিগী লাম্মী মশীঙ ফানা নীঙথিনা হেনগৎলকখি। মৈতৈ লৈমগী মপাবী ৬(তকক)সিগী অচেৎপা ফিবেপ অমসুং অহকপা বাশক্কী মঙাল অমা লাক্লবসিদা মৈতৈগী নীঙতম লুপ আসনা শক ১৭৪২গী কালেনগী ৬নি (মেগী তবা চযোন, খৃঃ১৮২০) ঈবাই নুমিত্তা কংলাদা লৈবিবা অবা তেঙ্গোনগী মথক্তা লান্দাসি হায়দুনা বাবেপ তানখি। অদুন বাবে প্তুনা পুল্লিবা মীশিং অদুগী মবক্তা মৈতান অশিবা যা ওবমদুনা তৌগদৌবিবদ থবক পাংথোক্লিঙৈগী মমাঙদা থৌবাংদুগী পাউ অবা তেঙ্গোন্দা ফাখিনর্মী মবম অসিনা অবানা মখোয মশাগী চেকশিন থৌবা লৌখৎলক্তুনা হাঙবা মীওইশিং থি হুম্বা তৌবকখি। হায়বিবা মতমসিদগী মৈতৈগী নাচুমে লুপসবু "তাকু তেঙ্গোল" হায়না অবাশিংনা খোল্লম্ব / খঙনবম্না যাই।

তাকু তেঙ্গোলগী মশক মব ওইনা, লুচিংবশিংবু থি হুম্বগী থবক চংলকপাদগী মমাঙগী মতমদা ঈরোং কোংনা চেঙ ফৌ হেনবা, লংবা মমহাঙদ যেনশং নাপা তেকপা চৎপা যাখিদ্রে। অবাগী থৌদৌসি খঙদুনা তাকু তেঙ্গোলগী মীওইশিং নুমিৎ থবানাদ মাবোৎশিং ওইনা লৈরম্খি অদব অদম্না লৈবদমদ চাদবাদ যাদবানিনা চান্নবা চীঙ্গাক থাংলকপগী পুন্দো চাদবাস লাকাখ। মবম অসিনা তাকু তেঙ্গোলগী লম্মী লাম্লোইশং, লাঙ্গংবাশ পম্লমক লাঙ্গংলেনগা লোইননা চিঙাব মানবগাদমক্তা মোইবাংগী লমদমদা কুমখি। হায়বিনা মোইবাংগী লমাসদদি অবাশিংনা লান্দাদে, ওৎ নৈদে। বাফম অসি লম তামখিবনী বাফম গুক্তা নাত্র, মতমসিগী মমাঙদা অবা নিংথৌ শেংচু পা শেংচু (খৃঃ১০৬৪ ৭৯)দা মোইবাং নিংথৌ খেল্লেম্ব(খৃঃ১৭৫৮ ৬৮)গী মজাইবেম্মা শমজমান থাজখিবনা অৱালৈমগী মপামনি হায়না অবাশিংনা ঈকাই খুম্নবা যাই। ঈবুংশী হেবাচন্দ্র অমসুং মহাক্কী তাকু তেঙ্গোনবু মোইবাংশিংনা যোকপী থাকপীখি অমসুং মফমদুদা চীঙ্গাক মবাং কায়না ফংহনবদা নত্তনা তাকু তেঙ্গোল হেন্না মীশীঙ হেনগৎহন্দুনা চাওখৎহন্নবগী পাম্বৈসু পীবিখি। মফমদুদা ঈবুংশীজ হেবাচন্দ্রবু মপুঙ ফানা শৌগৎপীবনা লাম্মীশিংগী মপাঙ্গল হেনগৎলকখি।

## তাকু তেঙ্গোনগী অহানবা লান

অব্রাশিংনা মনিপুরদা পাল্লিবনি হায়দুনা লৈরিবা ইম্ফাল কংলৈগী লমদমসিদি খুন্তাক- লানশিরবা মী কনাসু লৈত্রবা লম্লক্কী লমশাশিং কৈ, লমহুইনচিংবগী শান্নফম ওইদুনা লৈখ্রবনি। মরম অসিনা চাননবা চেঙ- ফৌ মরু অমতা ফাওবা লৈত্রবা লম্মি। অব্রাশিংনা মখোয়না পুরকপা মখোয়গী চীঞ্জাক লোয়খ্রবনিনা লৈপাকসিগী অফংবা মফম অমদগী চীঞ্জাক লৌরগা চাবা তাবনি। মখোয়না মখোয়গী মরক্তা য়াওরিবা মৈতৈ মচাশিংদগী পাউতাক লৌদুনা চীঞ্জাক ফংগদবা মফমদা চৎননবা শেম- শারম্মী। মখোয়না হায়রিবা চহি শক ১৭৪২(খৃঃ১৮২০)সিগী কালেনগী ৯নি লৈপাকপোকপা নুমিত্তা (নোংমা লৈতে) অব্রা ৫০০ খক মোইরাংদা চীঞ্জাক খোম্লনবগীদমক্তা লাক্লম্মী। মখোয়দি মায়কৈ অদোমদা অমসুং লমদম অদুদা হেরাচন্দ্রগী তাকু তেঙ্গোল লৈখ্রে হায়বসি খঙলমদে। অমরোমদা তাকু তেঙ্গোনগী লুচিংবশিংবু মখোয়না থি- হুম্বগী থবক চৎখিবা মতমদুদগী কিদুনা মনিপুর থাদোক্লুনা চেনখিবল্লগনি হায়না কোমথোকপা অমা নত্রগা লান্মী লাল্লোই ৫০০নি যেক্লবা মৈতৈনা হেঞ্জিল্লকপা ঙমলোয় হায়দুনা উশীত্তবা অমা, অসিনা মখোয়না থৌ- ব্রা ঈশা শাদনা মোইরাংলোমদা লাক্লম্মী।

হেরাচন্দ্র অমসুং মহাক্কী লাঞ্জিংবা মঙানা অবা লাকপগী ঈ- পাউশিং কুপ্পা লৌববা, মখোয়গী লাল্লোই মশীঙ অমসুং পার্যাবিবা খুৎশূ খুৎলাইনচিংবগী মরম পুম্নমক খঙলবা মতুংদা মখোয়গী মথক্তা লান্দনবা শেম- শাখি। লুমফুনি অমসুং খংলাক খংজিনগী লান্দানি। মতমদুদা শীজিন্নরিবা নোংমৈশিংসি অশুবা [Muzzle loading musket]ঙাক্তনি। মরম অসিনা থাঙ- তাগী মতম লোয়দ্রিবা তাঞ্জানি। খংলাক- খংজিন ওইনা লুমদুনা লৈবল্লগা লান্দারকপসিদা অব্রা ৫০০দু ব্রাখল লৌশীং তাবা ঙমখিদে। অবাশিংদু কায়দুনা মায়কৈ- শল্লাই খঙদনা চেনখি অমসুং লানসিদা অব্রা লান্মী ৫০০দগী মনুংদগী ২০০ খক হাৎখি। অসুম্না অহানবা লানফমসিদা মায পাক্লবা তাকু তেঙ্গোন অসি মশাগী ওইনা শগোন লান্মী ৫০(য়াঙখৈ), নোংমৈ ১২ (তরানিথোই) অমসুং খোঙমী ৮০০(চনিপান) খক লৈবা ঙমখি।

## মৈদিংঙু চৌরজিৎকী লাঞ্জাবা পীতম্বরসিং

মনিপুরদা চহি তরেৎ খুন্তাকখিবসিদগী মরৈবাক নীঙবা মৈতৈ নিংথৌমচা অনি মনিপুরবু অব্রাগী মখুত্তগী হন্দোক্লবগী থৌরাংদা হিদান্নরকখি। হায়রিবা অনিসি মাঙলমচৎকী মৈদিংঙু চৌরজিৎ অমসুং

তুংলমচৎকী মৈদিংঙু গম্ভীবসিংহ (খৃঃ১৮২৫-৩৪)নি। লাঞ্জদনা লৈপাক থুগাযবম্বদুদি অনিসিগী মবক্তা হিগায-ৱা শান্নবি। অসুম্না কছাব অমসুং সীলেটতা লৈবিঙৈ তাঞ্জাসিদা চৌবজিৎ মহাবাজনা মযাম্বুং যাইমা মধুচন্দ্রগী মচানুপা ঈবুংশী যুমজাও তাব (পীতম্বরসিং)বু মনিপুবগী ফিবম,অৱাগী খোঙথাংনচিংবা যেংলুনবগীদমক্তা থাবকখি। ঈবুংশী যুমজাও তাবা মনিপুবগী অৱাং নোংচুপকী চীঙগা তমগা লোন্নবা মৈতৈ খুন মাক্লংদা খৃঃ১৮২০সিগী জুনগী অবোযবা চযোনগী ঈবাই নুমিত্তুনা থুংলখি। মহাক্না থুংলবগী পাউ অসি তাকু তেঙ্গোন্না তাদুনা মখোযগী লাঞ্জিংলেন হেবাচন্দ্রনা মযাম্বুং ওইবা যুমজাওতাববু ওকপা লাকখি। লমদাংসিদা মচীন মনাউ অনিসিনা শানখিবা বাবী বাতাইগী মবমদা পীবীবল্লিবদি:

> ......মোইবাং খেলেম্বগী কুম শক ১৭৪২.....কালেন থা.......১২নি ঈবাইদা ঈবুংশীজ যুমজাও তাবা মাকলংলোমদা তাবকএ। মনাউ ঈবুংঙো হেবাচন্দ্রনা ওকলুইএ। য়াম্বুং লৈপাক অসিবু কবম মাঙহনসিবনো হায়না কপ্পা শাওএ। ময়াম্বনা হংএ। খুংশু-খুংলাই কবি লৈবা হায়ববদা শগোল ৫০, নোংমৈ১২,মী ৮০০ অসি লৈএ। ফবে নাসে হায়দুনা ময়াম্বনা পুবকপা শগোল ২,কবাক-থাঙ ৫, নোংমৈ ৩ অমসু মনাউদা পীবে। "ঐদি কানেউন্দা চঙগে," মনাউনা,অৱ' অসিবু অবেপ্পা লৈতে,য়াম্বুং ও।' হায়না খাম্ববু য়াদবে। ১৭নি য়ুমশকৈশদা ইবুংশী য়ুমজাওতাবা কানেউন্দা চঙলক্লে[মথক্কীসিদা,২১৭]।

অসিনি। হেবাচন্দ্রনা যুমজাও তাবদা মবৈপাক মনীঙ তমহন্নবগী বাফম থাঙ্গৎলবদা পুক্লিঙ থৌগৎপা, মাগী মীচঙ ওইবদি শাদুনা মাগী অপাম্বদু ফংলক্ত্রবদি মতুংদ' উকন ওইনবা লম্বী যাৎলম্লগা মহাক্না অবা লাঞ্জিংলেন কানেবুন্দা চঙজখি। মহাক কছাব/সীলেটতগী মনিপুবগী ফিবম যেংলুনবা থাবকপনি.অদুবু মদুসু মহাক্কী মশা নাম্বোক্লক্লবা খুজীন্নি অমসুং লম্বীদগী হৌনা অবাদা চঙজবগা মৈতৈ নিংথৌ ওইগে হাযবসি মহাক্কী মপুক্লীঙদা কিশি কিদুনা থম্না মবৈবাক নীঙবা শাশিন্নবগী মাযখুন্না পুন্নমক্কী মমিত্ত' উৎ চাযবনি। মসিগী খুদম চাংদমদি:

> ......১৭নি য়ুমশকৈশদা ঈবুংশী য়ুমজালতাবনা কানেউন্দা চঙলক্লে। "কদায়দগী লাকপা হংএ"। "ঐদি নিংথেম য়াইবগী (মধুচন্দ্রগী) মচানে,লহান ইপা ইবুংঙোবুসু অৱা নিংথৌনা শেম্বীবকএ",হায়না খুম্লবদা,"নমিং কবি কৌবা?" হংএ।"য়ুমজাওতাবা কৌএ", "মী কয়া লাকপা, খুংশু খুংলাই কবি পুবকপা?"হায়ববদা, মী ৪তনে,খুংশু-খুংলাইদি হাওনা খোমলৌবে" খুমএ।"লৈও" হায়দুনা নুমিৎ ৫নি লৈবে। ২১নি লংমাইজীঙদা

**কানেউন্না হায়এ,ঐখোয়দি চাক চাদরে, ফৌ পুববু হেরাচন্দ্রনা হাংএ,নঙনচিংনা চংও, হায়রবদা,"ঐ চংকে",য়ারে। সেকমাইদা অৱা ১০০ পুদুনা ফৌ পুরুই। ২৪নি য়ুমশকৈশদা হল্লকএ। কানেউন্না হরাউএ,ঐগী মীচং ওইরে,নিংথৌ শেমবীগে,হায়রে। ইংঙা থা.......৫নি ঈরাইতা কানেউন্না "ঐকি য়েক্লবদি হেরাচন্দ্রনে,মাবু নাবা ঙম্লবদি নিংথৌ শেম্লগে" হায়রে [মথক্কীসিদা,২১৭]**

অসিনি। মসিদগী মহাক্না হেরাচন্দ্রগী তৌবা ঙম্বগী মতীকসি নীঙথিনা খঙলে অদুবু মহাক্না হেরাচন্দ্রবুদি লাং থাক্তুনা থম্লম্লে। অদুগা অৱা লাঞ্জিংলেনসিনা চান মথৈ ফজদুনা থবক শীজিন্নবা নত্তনা য়ুমজাওতাবনা পাল্লিবর্দুদি করম্না মতম ফাওবদা য়ৈথোকখিগদবগে হায়বগী অরেপ্পা লৈতে। অমুকসু মহাক্না হেরাচন্দ্রবু লাম্থেংনৌ, মায়থীবা পীয়ু,হায়বিবদু মতমদুদা য়ুমজাওতাবগী নত্রগা অৱাশিং মতীক্কী ৱাংমদনি,হায়বসি য়ুমজাওতাবনা খঙলক্লে অমসুং অতোপ্পা লৌ অমা হোংদ্রবদি মহাক্না নিংথৌ ওইবা ফংলবোয়, হায়বসি খন্দুনা ফত্ত- লৌশিংগী শবৌ হোংলকপনি। হায়বিবা বাফমসি মখা তানা লাকখিগনি।

## হেরাচন্দ্র অমসুং য়ুমজাওতাবনা অৱাগী মায়য়োক্তা

য়ুমজাওতাবনা কানেবুন্দা হেবাচন্দ্রবু মায়থীবা পাংগে মতীকচাবা লান্মী,খুৎশং খুৎলাইনচিংবা পীয়ু হায়দুনা হেরাচন্দ্রদা নমথাক তৌবম্লদু অমুক কানেরুন্দা ওনশিনখি। হেবাচন্দ্রবু মাঙহন্নীঙমনব অমসুং মমাংদা হাযবা ইনবা মানবা থৌঙং থৌদৌ খর লৌখবনা অৱাগী লাঞ্জিংলেনবু য়াই থাববা ঙাঙ্গুম পঙথখে। য়ুমজাওতাবনা হৱা লান্মী খাঙমী ২০০,শগোল-লান্মী ৪০, নোংমৈ ২০ স্নাগী পে ২,লুপান খাঙখোক পানবা থাঙ অনি পীদুনা হেবাচন্দ্রবু মায়থীবা পীননবা লাক্লে। য়ুমজাওতাবা লাকপগী পাউ পুন্নমক হেবাচন্দ্রনা ফংলম্মী অমসুং মখোয় অনি তৈযেন্দা উন্নবম্মী [মথক্কীসিদা,২১৮]। য়ুমজাওতাবনা মপুক্কিঙদা নীঙদুনা লাকপশিংদু পাংথোক্লে। অৱা লান্মী ২০০দু লোয়শিল্লগা মচীন-মনাউ অনিমক হৈয়েন্দা নোংমা ফাইদুনা অহিং অনি লেকমিন্নরে। অদুগা ঈংঙা থাগী ৭নি নোংমাইজীংদা ইম্ফাল কংলৈরোমদা লাকখিবম্মী।

হেরাচন্দ্র অমসুং য়ুমজাওতাবা মচীন মনাউনা তাকু তেঙ্গোনগী লান্মীশিং য়েম্থোক্লরগা শমজী খায়দুনা শীন্নখিবা লাম্থোঙগী মতুং ইন্না য়ুমজাও তাবনা খোম্বীদোক্তা তেঙ্গোন শাদুনা লৈখি। অদুবু হায়রিবা অৱাং মায়কৈরোমসিদি অৱানা তোয়না য়ৌগনবা মফম নত্তে। হেরাচন্দ্রনা মহাক্না

লুচিংবা তেঙ্গোন কংলাগী অৱা তেঙ্গোনগী মনাক নক্লা মোইবাংখোমদা তেঙ্গোন শাদুনা লৈখি। অসুম্না নুমিৎ ২০বোম অৱাগী মক ওইবিবা তেঙ্গোন কোযশিন দুনা থৎলগা লৈবম্বদগী ককচীংদা অৱাগী তেঙ্গোন অমা লৈ, হাযবসি খণ্ডলদুনা হেবাচন্দ্র অমসুং মাগী লান্মীশিংনা লোন্না ককচীংদা লাক্তুনা অৱা তেঙ্গোন্দুদা লান্দাখি। ককচীংগী অৱা তেঙ্গোনগী অবা লান্মীশিং হাত্তুনা তেঙ্গোন থুগার্যখবসি খৃঃ১৮২০সিগী জুলাইগী অহুমশুবা চযোন দনি[মথক্কীসিদা,২১৮]। ককচীংগী তেঙ্গোনসি থুগাযবদা চোযজাযনদুনা চেনাখবা অৱশিং অদুনা মখোযগী মক ওইবিবা তেঙ্গোন কংলাদা লৈবিবদুদা তীল্লনবগীদমক্তা অৱাংলোমদা হাইগৎলকপা মতমসিদা হেবাচন্দ্রগী তেঙ্গোন্না চাওবোক চীঙজীন্দা লুমদুনা লৈবগা লোযনা অমুক হাত্তোকখি।

হেবাচন্দ্রনা মবৈবাক্তগী অবাশিংবু ভাম্লোক্লবগী লাঞ্জঙশিংদা শাজিন্নবিবা লাল্লোঙসি হৌজিক্কী লোন্দাদা গুবিল্লা লাবফিযাব (Guerrilla warfare)নি। মসিদা কেমৌফ্লেগ (Camouflage)কী মওংশিংদসু যাওবিবনি। মসিদা চখবিবসিগী মওলাকপা মশাক্ত:

> অহানবদা অশোংবা উমং-ৱামংগী মনা পুঙবা উশিংগী উনা মনদুদা উথক্তা কাখত্নুনা লোত্তুনা লৈবগা যেক্লবা অবাশিংনা লাকপা মতমদা মথক্তগী চোংথবক্তুনা অৱা লান্মীশিংগী মথক্তা লান্দাই। অসুম্না অৱা লান্মা কযা হাৎখিবদগী অবাশিংনা উথক্তা মৈতৈ লান্মীশিং লোৎলমগনি হাযদুনা উথক্তা যেং- যেংদুনা চৎনখি। মসিদগী কুইদনা ওল্লকপা লাল্লোংদা মৈতৈ লান্মীগী শকক অযাম্বনা নাবক মোংশোংদা লোত্তুনা লৈবগা নোংথক যেংদুনা লাকপা অৱাশিংবু নাবোন্দগী যাম্থদুনা কযাবক হন্না হাৎখি।

অসান। অসিগুম্না অবোনবা লান্দা লাঞ্জঙগী লাল্লোঙসিদগী অৱাশিংনা হেবাচন্দ্রব অকি হঙ্গোযবা পোকখিবনি।

## শীঙজমৈগী লানফম

হেবাচন্দ্র অমসুং মহাক্লা পুবা মৈতৈ লান্মী লুপনা চাওবোক চীঙজীন্দা অবাশিং হাৎলন্নগা পম্বদনা হাইগৎলক্তুনা শীঙজমৈদা তেঙ্গোন শাদুনা লৈবকখি। হাযবিবা লানশঙসিদা থা অমগী মতম লানবন ঙাক্তুনা অমসুং অবা লান্মীশিংগী লৌ ঙাক্তুনা লৈবম্মী। থৱান থা (আগষ্ট- সেপ্তেম্বব) চঙলকপগী মতমসিদা কংলাগী কাঙজেবুংদা তেঙ্গোন শাদুনা লৈবিবা অবা তেঙ্গোন্দগী হেক হেক মপান্দা থোক্লকপগী তাঞ্জাসি তাকুনিংথৌ হেবাচন্দ্র অমসুং মহাক্কী লোইনবশিংনা চেকশিন্না যেংদুনা লৈবম্মী। থৱান থাসিগী ৭নি পানবা

যুমশকৈশদা অৱাগী তেঙ্গোন অমা অৱাগী অমুপা- লাবা কৌবা লাঞ্জিংবগী মখাদা শীঙজমৈবোমদা লাক্লম্মী। মথক্তা হাযজখিবদুনি, তাকু তেঙ্গোন্না তেঙ্গোন শাই হাযবিবসিদি মিৎনা উবা, অফোংবা লানশঙ শাদুনা লৈবা নত্তে: নাবক- মোংশোং, লৈকু- লৈবাইনচিংবদা মশা থুপ্তুনা লোন্না লুমদুনা লৈবগা ফোংনা/ লোন্না লাক্লিবা অৱাশিংগী মওং- মতৌ যেংদুনা লৈবগা খুদোংচাবা তাঞ্জা- মেঞ্জাগী মতুং ইন্না লাকচবা ঙম্লগনি হাযবা ফিবম (শিং)দুদা যেক্লবগী মথক্তা লান্দবনি।মসিনি লাল্লুম্বগী খুৎলুম মখল অর্মনি।অমুপা লাবগী তেঙ্গোনসিনা কযাবক হন্না অৱাগী লান্মী- তেঙ্গোনশিংদা তাকু তেঙ্গোন্না খঙহৌদনা খংলাক- খংজীনগী লান্দা লানওং শাজিন্নদুনা অৱাবু মাযথীবা পীখিবগী বাফমসি খঙবনা মশা চেকশিন্না লাকচববসু মফমদুদা লৈবে হাযবসিদি তাংদাংনা খঙবা নত্তে, মখোযনা শীঙজমৈ যৌবকপা, চীঙঙা চীঙগী নোংপোক থংবা চীঙমৈ যৌবকপগী মতমসিদা অমুপা লাবনা লুচিংবা অবা তেঙ্গোনসিগী মথক্তা ঈবুংশী হেবাচন্দ্রনা লুচিংবা তাকু তেঙ্গোন্না লান্দাবক্লে। অবাশিং অসিদি চীঙমচা (Hill men)নত্তে, মখোযদি তম্পাক লমগী মচা (Plain people)নি: অদুনা চীঙগী / চীঙলক্কী লানফমসি থোইদোক্লা হৈনদে। খঙহৌদনা চীঙযাদুদা লান্দাবকপদুদা মশা- মশা ঢাক্লবা হোৎনবিঙৈদুদা অবা তেঙ্গোন্দুগী লুচিংবা অমুপা লাবগা মৈতৈগী মোইৱ ংগেম্না লবঙ্গগা মাযযোক্লবা লাম্বা ওইনা তাববে। থাপ্তোক্লবা নোংমৈগী লান্দাদ অব না হেন্না থৈ- শীংখিবা যাই অদুবু নক্লনা খুৎনা ফংনা যান্নবা লান্দাদ ওবা ১০গা মৈতৈ অমগা লাম্বা তৌনবদা নোপাত্রবান, মবর্মাদি অবাগাদি মখোয়না পাযবিবা থাঙদু লুম্বনা খুৎ অনি চঙনা শাজিন্নদ্রবদি লাংঙ্গেংনবা ঙমদে অদুগ মৈতৈগী লাম্বাঙদি খুৎ নামতনা হাইব। খৎ নামনা চুঙ্গ্য পাযবা অমসং খা না মশাদা অকনবা হু তৈবান, অদুগা হাৰ্টনিবা / যাল্লিবা মওংসু ভুবৎ তুপ্পনা ..., থাঙদোন্না, থাঙচেপ্না যেক্লবদুগী মশাদা ঈ খজৌক্তং থোক্লনবা খেৎপা / শোকহনবদনি, মদুদা হুগী মযাইনা যেক্লবদু শিজগদবনি। অসুম্না খোঙলৈ খুৎলৈ থুবা, যাঙনা অমসুং যাংনা মশাবু অমসুং খুৎলাইবু শাজিন্নবা ঙম্বসিনা মৈতৈনা অৱাবু লাকচবা ঙম্বগী খ্বাইদগী মরু ওইবা মবাম্ন।

অবা তেঙ্গোনগী লাঞ্জিংলকপা অমুপা লাবগী মকোক্লা লৈমাযদা হেক তাখিবগা হায়বিবা অৱা তেঙ্গোনসিগী লান্মীশিংদু কাযদুনা চেন্নখি। চেল্লিবশিংদু তান্নদুনা অৱা লান্মী ১০ লানফা ওইনা ফাবম্মী। অদুগা মখোযনা পুবকপা নোংমৈশিং অদুদগী নোংমৈ- অনি (Double barrel musket)- লোঙবা অমগা যাওনা নোংমৈ ৬০ লানখোমপোৎ ওইনা ফংলম্মী। অুসম্না লানফমদা মৈতৈ মায পাকখিবম্মী।

## অৱাংলোমগী লানফম

অৱাংলোমদা হায়বদি খোম্বীদোক্তা শাবিবা মৈতৈগী তাকু তেঙ্গোনগী লাঞ্জিংলেম্দি ঈবুংশীজ যুমজাওতাবনি, হায়বাসি মথক্তা পঞ্জংখ্রে। চীঞ্জাক লৈতবা / ৱাৎপগী খুদোংথীবসিদা অৱাশিংনা কংলাগী কাওজৈবুংদা শাবিবা মখোযগী তেঙ্গোনসিদগী মপান্দা থোক্লক্তুনা চীঞ্জাক থিবা লাক্কনি, হায়বসি যুমজাওতাবা মশামক্তা অৱাগী তেঙ্গোনসি নুমিৎ ১০/ ২০নি লৈকুববা অমসুং মশানা লুচিংদুনা অৱা লাম্মী ১০০ পুদুনা অৱা লাম্মীশিংগী চাননবা ফৌ হোল্লুববনিংগা তশেংনা খঙই। মতাক্তা অৱাগী মতেংনা নিংথৌ ওইগে হায়না খনবদু যাদ্রবনিনা অবাশিংবু হাৎপা তাই, মখুত্তা লৈববা থবকপু মতেং পীনীঙদবা মখোযসিবু যেক্লবা ওইনা লৌবা তাই অমসুং শীঙনদুনা চৎকদর্বানি, হায়না লেপখি।

লানশঙদা চীঞ্জাক লৈবক্তবনা অমুপা লাবনা লুচিংবা অবা লাম্মী মপৈ অমনা কংলা কোনুংলেনগী মখাবোমদা চীঞ্জাক থিবা থোক্লকখিবগী মতম অদুবাইদা অতোপ্পা অৱা লাম্মী মপৈ অমসু অবাংলোমদা চীঞ্জাক থিবা লাকখিবম্মী। মখোযসু ঈবুংশী যুমজাওতাবনা লুচিংবা তাকু তেঙ্গোনগা থেংনখিবম্মী। অদুবু অৱা লাম্মীশিং অমসুং তাকু তেঙ্গোন অনিনা খুৎ থোক্লখিবা মফমদুদা পীবমদ্রে। হায়বিবা লানফমসি খোম্বীদোক অসিমক্তদা ওইবম্বা যাই। লানফর্মসিদসু অবানা "খুই" হায়না মৈতৈবু / কচেবু চৌবর্বাসিগা তাকু তেঙ্গোনসিনা অবাবু মায়থীবা পীখি। হায়বিবা অবাংলোমগী অবা লাম্মী মপৈসিদি কামন, তোপ (Cannon) লোইনবগী থফম পাল্ল। মসিনা তাক্লবাদি মখোযসি কবিগুম্বা লানবন, তেঙ্গোন অমা থুগাযবা চৎপগী ৱাফম্মি, মবম অসিনা মখোযনা থুগাযনবা লাক্লিবা তেঙ্গোনসি ঈবুংশী যুমজাওতাবনা লুচিংদুনা খোম্বীদোক্তা শাবিবা মৈতৈগী তাকু তেঙ্গোন অসি নত্তনা অতৈ লৈতে। অদুবু লান্দুদা অৱাশিংদুবু মৈতৈনা মায়থীবা পীখি অমসুং অৱা লাম্মী ৫, মখোযগী মনুংদা কামন কাপ্পা (Artillery-soldier) অমা যাওনা লানফা ওইনা ফাবম্মী, অদুগা কামন অমসু লানখোমপোৎ ওইনা ফংহৌখি।

## অহোংবা লানগী ফিবম

মৈতৈগী নীঙতম্বা অমসুং মমা লৈপাক মনিপুব হন্দোক্লবগী লান হেবাচন্দ্র অমসুং যুমজাওতাবনা লুচিংদুনা মৈতৈগী তাকু তেঙ্গোন্না অবা লাম্থেংনবক্লিবসি থা ৬ (তরুক) হৌজিনখ্রে। খা- ৱাং চপ্তুনা থম্লগসু কংলাদা শাবিবা অৱাগী তেঙ্গোন অদুবুদি থুগাযবা ঙমদ্রি। অমবোমদা ব্রাম্মা লৈপাক বর্মা, অৱাং নোংপোক থংবা ভাবতবর্ষ অমসুং মসিগী লমখৈদা লৈবিবা

মনীঙ তম্না নিংথৌ পানবা লৈপাকশিং (ত্রিপুবা, ডিমাসা / কছাব, অহোম / অসাম, মনিপুব, খাসি, গাবোনচিংবা)দা যুবোপকী লল্লোনবা লুপশিং (বৃটিশ ঈষ্ট ঈন্দিযা কম্পনী, পোর্টুগীজ ঈষ্ট ঈন্দিযা কম্পনী, ফ্রেন্স ঈষ্ট ঈন্দিযা কম্পনী, ডটচ ঈষ্ট ঈন্দিযা কম্পনী, ডেন্স ঈষ্ট ঈন্দিযা কম্পনী, অসিনচিংবা)না মখোযগী পোৎফম অমসুং কৈথেলগী লম মুন্নবগী হিযাঙ লমজেন্দা অমনা অমগী মাযযোক্তা ম্রাম্মাগী নিংথৌবু মখোয মখোযগী মী ওইহন্নবা হোৎনবদা লান্মীগী হিবমশিংদা ম্রাম্মা / অৱাশিংবু তাকপী-তম্বীবনচিংবগী থবকশিংসু পাযখৎলকখিবন্মী। মবম অসিনা অবাশিং অসি মঙক যাম্না হাইগৎপগী খ্বাইদগী হেন্না বাংবা থাক্তুদা চঙশিল্লক্লিবা তাঞ্জানি। হাযবিবা অৱাশিংগী খোঙথাংশিংদি মৈতৈশিংনদি কাঁবসু খঙদনা লৈবন্মী।

শক ১৭৪২গী হিযাঙ্গেগী ৩নি (নবেম্বব ৩বা চযোন, খৃঃ ১৮২০) যুমশকৈশ নুমিৎসিদা মৈতৈগী তাকু তেঙ্গেলগী লুচিংবাশিংগী লাঞ্জিংল্লেন অনি হেবাচন্দ্র অমসুং যুমজাওতাবগা মতমদুগী ওইবিবা শা লানগি ফিবম ফিবেপ্তুদা অৱাশিংনা কংলাগী কাঙজেবুংদা শাবিবা তেঙ্গোনসি কবম্ন থগাযবা যাগদগে, হাযবা হিবমসিদা খন্ন- তান্নখি [মথৱীসিদ, ২১৮]। মতমদুদা মনিপুবদা লৈবিবা অৱাশিং অদুদি যাম্না পূক্লাও শোন্তনা মযুম লৈপাকলোমদগী তেংবাং থাবিবক্লবা ঙাইবগী, হাযবদি, চানবী মিৎবেং ঙাইবগী ফিবমসিদা লৈববনি। হাযবিবা অৱাগী ফিবমসি তাকু তেঙ্গোনগা লাচিংবশিংনসু খঙালবানি অদুবু যুবোপলেমগী অখন্ননা তম্নীবা লান্মী লাল্লোই খব যাওবিবনা, খৎলাইদসু ফবা হেনখিবনা ঈবায লাযনা হেক্তেমক লান্দাকবা নত্রগা চঙশিল্লবদি ঙন্নমদে। যেক্লবন, খুদোং চাবা ফিবমদা লাযনা চঙবা যাদবা নোংচুপ্পা থাঙ্গাপাৎকী পল্লেন অনি অমসু নোংপোক্তা থাঙ্গাপাৎ অমদি ইম্ফাল তুবেন্না অমুকসু ঙাকোখবা মফমগী ফিবেপ্তা অবা তেঙ্গোন্না অতোঙবা লেপখিবনা লান্দাকবগা মৈতৈগী লান্মী মশাঙদমক মাঙজবা যাবগী মওং- মতৌদা লৈখিবনা মতম তাঞ্জা ঙাইদনা লৈবা নত্তনা উপায লৈবমদে।

মৈতৈগী তাকু তেঙ্গোন্না অবাগী অচেংবা যেংদুনা লৈবিঙৈসিদা অৱা লান্মীশিংবু তেংবাংনবা অচৌবা অবা লান্মী কাংবু অমা মৈত্রবাকলোমদা চঙশিল্লক্লে হাযবগী পাউ ফংখি। মতমসি যৌবকপদা চঙশিল্লক্লিবা অৱা লান্মীদু থিংননবগী ৱাফম খন্নবকপদা নোংমা নিংথৌ ওইখিগনি হাযবগী বাখন্দা শিনীঙদ্রিবা যুমজাওতাবনা লানফম মাযযোক যানবগী ৱাফমদগী থৈদোক্লগা হেবাচন্দ্রদনা ইম্ফালদা তেঙ্গোন ঙাকহৌবগী বাফমদা লৈখি অমসুং মবৈবাক, মজাতিগীদমক্তা শিজকবগে চোংথোক্লক্লবা হেবাচন্দ্র

অমসুং মহাক্কী তুংইনবশিংনা যেক্লবগা লান মাযবোঙ যানদুনা চঙলক্লিবা অৱা তেঙ্গোল থিংননবা চোংথোক্লকখি অমসুং লানগীদমক শেম-শাদুনা ইম্ফালগী তাকু তেঙ্গোনগী লানশঙ থাদোকখি। অৱাশিংনা লাকপা খোঙফমসিগী ওইনা চৈথাবোল কুম্বাবদা পীবিবদিঃ-

> **মোইরাং খেলেম্বগী কুমদি শক ১৭৪২...........হিয়াঙ্গে থা...........১৬নি [ডিসেম্বরগী ১বা চয়োন, খৃঃ১৮২০] লৈপাকপোকপদা পাখানউন্নচিংনা অৱা ১০,০০০ ককচীঙ তাইএ। ২০নি ঈবাইদা ঈবুংশীজ হেমচন্দ্রনা চিংনা থৌপান চীঙঙামাঙদা শোক্লপপু ঙমতবে [মথক্কীসিদা,২১৮]।**

অসিনি। হন্দক্কীসিদা অবানা লাক্লিবা লম্বীসি অঙ্গোচীঙ লাল্লগা আইমোল চাঙলম্বী ফাওবক্তুনা লাকপা মমাঙদা খৃঃ১৭৫৮দা আলাউঙ-ফাযা (খৃঃ১৭৫৪ ৬০)না লাকখিবা লম্বী [C.B.A.,1987,305] অদুদনি। অদুনানি ককচীংদা থুংলবিবসি। মতমসিদা ঈবুংশীজ হেবাচন্দ্রনা লূচিংবা মৈতৈগী তকু তেঙ্গোন্না থৌবাল চীঙঙামাঙ হাযবদি থৌবালগী তোমচীঙ চীঙমাঙদা লানশোক্লবসিনা থৌবাল তোমচীঙদা তেঙ্গোল শাদুনা লৈ, ককচাংদা থুংখিবা অবা তেঙ্গোন অচৌবসিনা ইম্ফাললোমদা হাইগংলকপা মতমদা লম্বীদা থক্তুনা লান থেংনখিবনি। অদুব মৈতৈ লান্মী লাল্লোই(চাওনা পাববদা) ১০০০ বোমদনা অবাগী লাল্লোই ১০,০০০না শানা খোঙমা,শগোল-লান্মী, কামন লানী(Artillery section) নাচিংবা যাওবদুনা লাম্বা পাবা হাযবাসি ওইগোক্তবানি। মথক্তগা হাযজাখবদানি, যুরোপীয়ান মিলটরী থাকসাবাশিংনা ট্রেনিং তৌবিববা লান্মী যাওরেগাযনা। মবম অসিনা ঈবুংশী হেবাচন্দ্র অমসুং মহাক্কী লাল্লোইশিংদু শিক্তৌদবা মখোঁদি লানফম থাদোক্তুনা মথবাই হিংনবা চেনখিবা তাবনি।

ঈবুংশী হেবাচন্দ্রনা "নম লৈপাক্কীদমক্ত" হেক্তমক নথবাই থাদোকখিগনু, নম লৈপাক্কুগীদমক্ত হিংখো(Don't die for your mother country but live for her)"হাযবসিগী মখাদা থৌবাল তোমচীঙ চীঙমাঙগী লানফম থাদোক্তুনা ইম্ফাল কংলৈদা লৈবিবা তাকু তেঙ্গোনগী অবোনবা লানশঙদদা থুংলখি অমসুং লাক্লিবা যেক্লবগী লান্মীগী মশীঙ অমসুং মতীক্লাচিংবগী মবমদা পাউদমখি। মখোযগী মবেপ্তগী হেনখ্রবা তৌবা ঙম্লবোযদবা খোঙফমদুদা মাযযোক যাকবদি অশিঙবা নত্তে হাযবসি খন্নদুনা অহোংবা লানগী ফিবম অমা পুবক্তুনা মখোযগী ফিবেপ চাননবা শেম-শাননবা যানখি। মবম অসিনা ঈবুংশী হেবাচন্দ্র অমসুং

ঈবুংশী যুমজাওতাবা মনিপুব থাদোক্কুনা কছাব লৈপাক্তা খোঙশানখি। মখোয অনিনা যেক্কবা মাযবোঙ যাবস্বসি থা ৮নি [ চৈঃকুঃ,২০০৫,২১৮]।

## লাইফম লাকপা হুইদ্রোম্বা সুবন

ঈবুংশীজ হেবাচন্দ্রনা মৈত্রবাক থাদোকখিবগা লোইননা মৈত্রবাক অমুক হন্না অৱাগী মখুত্তা তাহৌবে। অৱাশিংগী ওৎপা- নৈবদু অমুক চথবা হৌবক্লে। অসুম্না পোইনু, বাকচীং অমসুং ফাইবেন থাগী ৮নি পানবা ফাওবা অৱাগী লাঞ্জিংলেন অনি পাখানবুন অমসুং কনেবুন অনিনা লৈপাক মপু ওইদুনা পাল্লম্মী। হাযবিবা চহিসিগী ফাইবেন থাগী ৯নি [ ফেব্রুঃ৪শুবা চযোন,খৃঃ১৮২১ ]নোংমাইজীং নুমিৎসিদা অবাগী লাঞ্জিংলেন অনিসিনা লাইফম লাকপা ওইবম্বা হুইদ্রোম শাগেগী সুবন কৌববু মখোযগী মখাদা মৈত্রবাকপু ঙাক্লনবা নিংথৌ ওইহল্লম্মী। অদুগা লাঞ্জিংলেন অনিসি মখোয অবানা অসামদা শোক্লবিবা লান অমসুং অতৈ অতৈ মবর্মাশিংদগা মবৈপাক মযুম লমদম ঙাকশেনবগী মথৌ লাকপদগী কৌবকপনা মখোযগী লাল্মাশিংগী অযাম্বা শরুক্কা মৈতৈ লানথা লখা ওগা পদুনা হাযবিবা ফাইবেন ৯নি নোংমাইজীং নুমিৎসিদা ইম্ফাল থাদোকখি।

মৈত্রবাক্তা তৌবিবা ঈবাং পুম্নমকাস ঈ পাউ পুম্নমকসি চিংখদন চেকশিন্না লৌবিবা ঈবুংশী হেবাচন্দ্র অবা লাঞ্জিংলেন অনিনা ইম্ফাল হেক থাদোকখিবগা ইম্ফাল কংলৈগী মচা অমদা থুংলাখ। হুইদ্রোম্বা সুবন্না মশাগী হক নত্তবদা অবানা নিংথৌ হাপ্পগা হংলাই নিংথৌ [Puppet(C.B.A ,1987,329)] ওইবাসবু তাম্লোক্লনবগাদমক্ত মহাক্কী হান্নগী তাকু তেঙ্গোনগা লাল্মাশি ,থিদুনা ফাইবেন ৯নি নোংমাইজীংসিদগা খোমাজল্লকখি। হান্ননা শাগভুনা লৈখ্রবা তেঙ্গোন্নন মনা মনীন্দা তাবদা হেক্তমক পুনাশন্নবকখি। হাযবিবা তাক্ তেঙ্গোন, তাবু নিংথৌনা লুচিংবসিনা ফাইবেন থাসিগী ১২নি পানবা যুমশকৈশ নুমিৎতা হুইদ্রোম্বা সুবনগী লাল্মীশিংগী মথক্তা খুৎ থাদুনা লান শোক্লখি। লানসিদা সুবন হেবাচন্দ্রগী মখুত্তা মাযথীবা ফংখি। অদুবু হেবাচন্দ্রনা মথবাই হাৎপীদনা বাবকফম থোকপগী হাযফম থোকপা অদুখক্তং হাযবগা লৈহনখি।

## শাদুং লৌওনবা,পাখোন লাক্লগা ফম্বাল তোংলবা

যুমজাওতাবা মনিপুবদা চৌবজিৎ মহাবাজগী মী ওইদুনা লৈপাক্কী ফিবম যেংবা লাকখিবনি। মহাক্কা মনিপুবদা থা ৮ /৯ লোম লৈদুনা মবৈবাক নীঙবা শাজিন্নদুনা হেবাচন্দ্রদা নপ্পগা অমুক্তং মৈতৈ নিংথৌগী ফম্বাল কাগে

হায়দুনা লুমদুনা লৈরকপনি। অদুবু অৱা সেনাপতি পাখানবুননা অচৌবা লান্মী তেঙ্গোন পুদুনা লাকপদগীদি মহাক মনিপুর লৈরবদি হিংলরোয় হায়দুনা কছারদা অমুক হন্না চেল্লকপনি। খোঙফমসিদা মহাক্না চৌরজিত্তা অমুক হন্না চঙজরুরবদি মথোঙ কয়া চাররোয় হায়বসি মশানা খঙজদুনা মশাগী ওইজবা থিবদা হলেংদ্রবা য়ুমজাওতাবদু অমুক গম্ভীবসিংহগী মফমদা নমথাক তৌননবগীদমক্তা চঙজরক্লে। কছারদা গম্ভীর সিংহসু অৱাগী খোঙচৎ-খোঙথাংশিংগী ঈ- পাউ পুন্নমক লৌদুনা লৈরিবনি অমসুং লাইফম লাকপা সুবনবু অৱা সেনাপতি অনিনা মৈতৈ নিংথৌ হাপ্পল্লগা মৰৈপাক্তা হনখ্রে, হায়বা পাউসি ফংলম্মী। মরম অসিনা মহাক্না ঈবুংশী য়ুমজাওতাবগী ফত্রবা মপুকচেল অদুবুদি খঙদবনা গম্ভীরসিংহগী লান্মী, খুৎশৃ- খুৎলাইনচিংবা পীদুনা লাইফম লাকপা সুবনবু তাম্থোক্লুনবা পাখোন থাবকখি। হায়বিবসিগী লমদাংসিদা অৱাগী ওইবা ৱাফম্না পীবিবনা- -

**.........On this occasion the Burmese troops remained in the country were continually harrassed by Petumbhur Singh and Heerachandra, nephews of Choorjit and Marjit, who succeeded in ,cutting off many of their small detachments, and in 1822 in decoying into an ambush and in almost annihilating a strong force, but who evenually, owing to the devastation of the country were obliged to withdraw to Cachar. The Burman placed on the throne a puppet of their own named Shabool and in 1823 Petumber Singh was despatched against him and having succeeded in worsting him decalared himself sovereign..... [Ibid;327],**

অসিনি। ঈবুংশী য়ুমজা ওতাবনা তোংজৈ লম্বীদা লাক্লগা ফাইরেন থাসিগী ১৪নি পানবা ঈবাই নুমিত্তা মাকলংদা থুংলকখি। মহাকপু পাংথোক্লচো হায়না থারক্লিবা থবক্তুদি ঈবুংশী হেরাচন্দ্রনা হান্ননা পাংথোক্তুনা লোয়খ্রবা থবক্লি।

ঈবুংশী হেরাচন্দ্র, থম্মোই শেপত্রবা তাকু নিংথৌদুনা ঈবুংশী য়ুমজাওতাবা লাক্লে হাযবসি তাবদা য়াম্না হরাউখি। মবৈপাক শোয়দনা হন্দোক্লগনি হায়বগী মঙ ফাওবা মঙজবগুম লাইফম লাকপা হুইদ্রোম্বা সুবন পুদুনা য়ুমজাওতাববু ওকপা মাকলংদা লাকখি। হায়রিবা মতাং অসি

ফাওর্বনি তাকু নিংথৌ নত্রগা হেবাচন্দ্রবু চৈথারোল কুম্বাবদা পল্লম্বসি [চৈঃকুঃ,২০০৫,২১৮]। হাযবিবা মতমসি খৃঃ১৮২১গী ফেব্রুৱাৰী লোযবা,মার্চ হৌগৎলকপনি। অদুবু লৈখিদ্রবা মোইবাংথেম চন্দ্রসিংহনা ইবীবম্বা "ডাকু নিংথৌ" কৌবা ঈবুংশী হেবাচন্দ্রগী চহি খুন্তাকপগী ৱাবীদা যুম্ফম ওইবা লাইবিকসিদদি খৃঃ১৮২৫গী জুনগী তাং ১২দা অন্দ্রোদগী অৱা তেঙ্গোন থুগাযবগী নুমিৎসিদা হেবাচন্দ্র অমসুং মহাক্কী কাংবুনা অন্দ্রোগী মৈবম ওইবপ লৈবা থৈযোঙলোক্তা লৈহল্লম্মী[মঃচঃসঃ,১৯৯৫,৮১]। কদাযদগী লৌকবিবা ঈ- পাউনো হাযবদু খঙজদে,- অন্দ্রোগী অৱা লানবন থুগাযনবা লাকখির্বসি মথক্তা পীজবিবা নুমিৎ (তাং ১২।৬।১৮২৫ ইং, নোংমাইজীং)সিদা চৎলিবসি বাজা গম্ভীবসিংহগা আবঃবিঃ পেম্বৰটননা লুচিংবনি, নবসিংহনা যাওদে। অসিখক্তং হাযবগা তোকচবগে। হেবাচন্দ্রবু মশাগী মপুন্সিদগী হেন্না পুন্সিহনবীর্বসিগীদমক্তা থাগৎচবি।

পাখোন লাক্লিবা ঈবুংশী যুমজাওতাবনা মাগী থবক্তু মীনা লোযথোকপীবম্লবদুদা মশা কোমলে। অদুগা মহাক্লা মাকলংদা থুংলবা মতুং নুমিৎ ২ শুবদা কোনুং (কংলা কোনুংলেন)দা চঙখি। নুমিৎসি নোংমাইজিং নুমিৎনি,নুমিৎ ফবা- ফত্তবগী বাফম থিখিদে। নিংথৌ ফম্বাল কাখি,নিংথৌ ওইখি। মতাংসিদা হেবাচন্দ্র অমসুং হুইদ্রোম্বা সুবন লোইনর্বদি মালেংংল্ল অদুব মখোযগী বাদি শুপন পন্দে[চৈঃকুঃ,২০০৫,২১৮ ১৯]।

## পাখোন চৎখিবগী খোঙ্গুল লীরকপা

মনিপুরদা তৌনাবিবা যুমদাংবনা কইনাবা, পাখোন চৎখ্রগা ফম্বাল তোংশিল্লবগী ৱাবীসি /ঈ- পাউসি কছাব লৈপাক যৌগ। পাখোন থাবাক্লবা মাসিসু নিংথৌ ফম্বালসিগী বাথোক্কী মমিং লৌবিবা মীর্শক্লি, মাগীনি খন্দুনা পাখোন থাকবদুনা মাগী মপোত্তু পার্যশিল্লকপর্দদি পাখোন চৎখিবা মাদুগী খোঙ্গুল লীবগী মথৌ তাবে,হাযবসি শেংনা খঙলে। অমবোমদা যুমজাওতাবনা মৈতৈ নিংথৌ ওইনা লৈবক্লিবসি থা অনিগা নুমিৎ ৯নি ফাখ্রে। ঈবুংশী গম্ভীবসিংহ, পাখোন থাবা মপুদুনা কছালদগী থোক্লক্তুনা মৈতৈগী কোনুংলেন কংলাবোমদা লাক্লে হাযবগী পাউ হেক ফংবগা পাখোন লাক্লগা মপু শাবম্বা শদুং লৌওনবদ্ মফি যোমখ্রে। মচেনা মযাংলৈপাক্কী মহাবানী ওই হাযদুনসু অদোমদা চৎলুবর্বদি খুদোংথীনীঙঙাই ওইবনিনা অৱাশিংদা অমুক নমথাক লাং থাক্লুগে হাযদুনা অৱা লৈপাক্তা চঙখি। মহাকসি শুমহৎযাই চেনবা মীনি। মতমসিদগী (খৃঃ১৮২৩ ওইনা পী) অৱা লৈপাক্তা খুন্দাবগা বা- দাও- ফাযা (খৃঃ১৫৭৯- ১৮১৯)

নিংথৌবেন্না অবা লৈপাক্তা লীংখৎখিবা মৈতে শগোল-লান্মীগী কম্মান্দব ওইনা চহিসিমক্তদগী লৈখি [ডঃলঃচঃ, ১৯৭০,৬৬-৫৭]।

পাখোন থাখিবা ঈবুংশীজ গম্ভীব সিংহ (খৃঃ১৮২১)না থা ১০ বোম মনিপুব নিংথৌ ওইবমখি। হাযবিবা মতমসিদসু মৈদিংঙুচা হেবাচন্দ্রগী বাফমসি বাহৈ অমতা ফাওবা চৈথাবোল কুম্বাবদা পন্দ্রে। অসুন্না ঈবুংশীজয, মৈদিংঙু যদু সিংহ, মৈদিংঙু বাঘবসিংহ অমসুং মৈদিংঙু নোংচুপ লমগায ভস্ম (ভদ্রসিং নিংথৌ খ্ৰবা) অৱানা নিংথৌ হাপ্লক্লনা খৃঃ১৮২৫গী জুন তাং ১১ থাঙজা নুমিং ফাওবদা পানখি। মসিগী মখা তাবকপদা বাজা গম্ভীব সিংহ, মহাক্কী লেভীগী কম্মান্দিং ওফিসাব নবসিংহ অমসুং বাজা গম্ভীবসিংহ লেভী(মনিপুব লেভীগী অহানবা মমিং)গী খোঙমী ৫০০,শগোল লান্মী ৪০ মখোযগী ওফিসাব ৪ অমসুং বৃটিশ ওফিসাব লেফটেনেন্ট আবঃবিঃ পেম্বর্টন যাওনা লাক্লনা মনিপুবগী লৈমাযদগী অৱাশিংবু পুমতান তান্থোকখিদ্না মখোযগী খোঙ্গুন মুথৎখি।

## হেৰাচন্দ্ৰগী অৰোয়বা য়াহীপ

ঈবুংশী হেবাচন্দ্র খোংজাই খুন থৈযোঙদগী তম্পাক্তা কুমথবক্লনা মহাক্কী মমা মৈতৈ লৈমগী মচাশিংবু তমথীববা অবাশিংগী মীওৎ মীনৈদগী কন্নবা অমসুং ঙাক শেন্নবা মশাগী চহি ২১ থা ৯ নুমিৎ ২৮দগী থৌদাং লৌবর্কখিবনি। মহাক্কী থৌদোক বাথোক্কী পবীংদা খ্বাইদগী ঈবোয লোইবদা পাল্লন্লিবসি শক ১৭৪২গী ফাইবেনগী ১৪নি পানবা ঈবাই নুমিৎ, মশাগী চহি ২২ থা ৮ নুমিৎ ৭ শুবা অর্সিনি। মসিগী মখা তাবকপদা মালহনবা ৱাহৈনা শমাজনবা নুমিৎ নিনি খক্তগী মতমদনি। হাযবিবসিগী মতুংদদি মতাক কদাযদা চৎখিবা, কবি তৌবিবা / তৌখিবা, কবম তৌবিব, হাযবর্নাচিংবগী ৱাফম অমতা লৈতে। মসি চৈথাবোল কুম্বাবা চনখৎলিবা মীশকসিনা খঙাখদদুনা তৌবা মান্দে: লোৎকে, পল্লোয হাযদুনা পান্দবনি হাযনা চেৎনা থাজজে। অমবোমদা অসুন্না পল্লম্বদগী পল্লকখিদবসি অযাম্বা মতমদা মশা লৈখিদবা মীওইশিংদা অযাম্বা তৌনৈ। অদুগা মৈদিংঙুচা হেবাচন্দ্রগী মবমদা পল্লোয হাযনা পন্দবসিগুম্বগী লমদাং অমদি -

**...........পুখ্রনবা তাংখোম্বগী কুম শক ১৭৫২ .........**
**ফাইরেন থা...... ২৮নি শগোনশেন্দ লম্বোইবা মীবৈবাকচা চংকোন কৌবা ১না নিংথৌমচা খ্বাইবাকপনে হায়দুনা মৈতৈ মচাকা মান্নদুনা নোংঙালমদাইদা কোনুং চঙএ।.........২৯নি ঈবাইদা শ্রীঈবুংশীচা সেনাপতি, অচোমচা লুৱাংপা,হাওপম পিনোতা ৩মনা চংকোন**

**খোংতেকপবু ফারে। শ্রীযুৎ মহারাজ (রাজা গম্ভীরসিংহ)সুং থুংলেএ। চংকোনবুদি লৈশাং হিদেনতা শগাই শানা হাৎএ। ৱাংখৈরাকপম চিংখুদি ময়াংলম চেনখিএ। চীংকাংপম মহারাণীতি ৱাকোংএ। [চৈঃকুঃ,২০০৫,২৩৮]।**

অসিনি। হাযবিবা চংকোনসি কনানো, মীবৈবাক্তগী লাকপা মীতোপ অমনা হাযখ্রিবা লানহৌসি তৌবা ঙম্বগী মতীকসি মঙদা ফাওবা মঙলোযদবা ৱাফম্নি। নিংথৌমচা মশেন যেংথীনদনবনি হাযদুনা ৱাবীহৈবা পণ্ডিত অদুনা ইতিহাসবু নাথৈবম্বনি। মসিগুম্বনি ঈবুংশী হেবাচন্দ্রগী লমদাংসিসু।

থোক্লিবা থৌদোক- ৱাথোকশিংদুগী চেল্লিবা বাজনিতিগী ঈচেন্দুগী তীন্নকবিবা নিংথৌ ফম্বাল পান্বা মযামদুগী অমসুং মবৈবাক নীঙবা ঈবুংশী হেবাচন্দ্রগী চম্লবা ৱাখলগী পবীংদুগী মাযকৈশিংদা মিৎযেং থম্লগা হাযবা তাববদি ঈবুংশীজ হেবাচন্দ্র নমথাক তৌদুনা পুথোক্লগা / থম্লগা হাৎখিবনি / হাৎহনখিবনি। অদুগা হার্যাববা থৌদোকসি খৃঃ১৮২১সিগী ফেব্রুৱাবী লোর্যখিবা, মার্চ থা হৌগৎলকপগী নুমিৎ৩।৪ নিগী মনুংগী মতমসিদা মাল্লি। হাযজখ্রিবা থোক্লিবা থৌদোক বাথোক্তগী ওইফম থোকপা, তৌফম থোকপশিংদু তৌবক্তবগী বাকর্মশিংদা যুম্ফম ওইদুনা হাযজর্বানি।

তাইবংপানবগী অচাওবম,তান্নবা নিংথৌ ফম্বাল কল্লক্লবগী লাল্লক্তা মমা লৈপাক্কী সেবা তৌজগে, চোংথোকচবকপা ঈবুংশী হেবাচন্দ্র, খম্বন- মিকানবগী তান্না চীক্লনা মালেম উফল্লক্তা তীনাখ। মাবু পোকচবী পলেমগী তেংথাখোনসু তাখিদে, খম্মোই শেংলবী চাল্লোয অানগী নুংশি মীকপ খোনসু নাচুংখিদে, মপাবি চাওদ্রিবা অাননা কাব ওইহৌবা হাযবসু খন্দনা মমা লৈপাক্কী পাম্বোম তিংখবা হেবাচন্দ্রগুম্বা অমখক্তং লৈবনা ফম্বাল মিহৌ কল্লক চাওববা ১০,০০০ লৈবদর্গাদি মৈতৈ লৈমা ঈমাগী যাইফবনি।

## ৱারোয়শিন

মৈতৈ লৈপাক্কী ফম্বাল মিহৌবীদবা, মমা লৈপাক অমসুং মজাতিগী মীযামবু অৱাগী মখুত্তগী কন্ননবা নিংথৌ মচা ওইবগী লৈজবা থৌনা অমসুং ঙমজবা থৌদাং পুম্নমক শীজিন্নদুনা মশা কথোকাখিবা ঈবুংশী হেবাচন্দ্রবুদি মৈতৈগী চৈথাবোল কুম্বাবদা ময়েক শেংনা, শুনা অমসুং মমুৎ তানা চনখৎপীবমদ্রে। হু পাম্বী মনাক্তা হৌবা অতৈ উপান ফাওবদা হু চেনবগুম্লবা খবনা মফম মবাং খঙহন্দনা মৈতৈ লৈমা ঈমাগী হেবাগী খুদোপ

মাঙহনবীখ্রে। শুপ্নদগী "তাকু নিংথৌ" হায়বসিখক্তগী ফংলিবা ঈবুংশীজসিগী ফোংনা থুপ্লবা পুন্সিগী ৱাবী লৈচন্দি সাহিত্য লৈকোনগী নত্তে ইতিহাসকী লংলা লংজীনগীনি: ৱাখন্না শাজিন্দুনা পঙই ইশিনবীবনা অইবগীদি তোংজবম্না যাই অদুবু খ্বাইগীদি অমাঙবনি।

## মতেং লৌজখিবা


১) চৈঃকুঃ,২০০৫ — লাইবেনময়ুম ~ইবুংঙোহল ১সুং নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহঃ চৈথাবোল কুম্বাবা (ইম্ফাল ২০০৫)

২) ডঃলঃচঃ,১৯৭০ = ডাঃ লৈশংথেম চন্দ্রমনি সিংহঃ মনিপুব ইতিহাস (ইম্ফাল ১৯৭০),

৩) ৱঃগঃসঃ,১৯৭০ - ৱাহেংবম গৌবচন্দ্র সিংহঃ কর্ত্তা মহাবাজগী মচাইবুংঙো নিংথৌ মবি (ইম্ফাল- ১৯৭০)

৩) অঃঙঃ,খুঃ = অৱা ঙম্বা,খুৎযি লাইবিক

৪) খঃঙঃ,খুঃ = খাহি ঙম্বা, খুৎযি লাইবিক

৫) গঃনঃ,খুঃ = গম্ভীবসিংহ নোঙ্গাবা,খুৎযি লাইবক

# নিংথৌ- ফম্বাল কল্লকখিদবা নরসিংহ

## ৱাহৌদোক

ঈবুংশীজ নরসিংহ, মৈত্রবাক মনিপুরগী রাজা গম্ভীরসিংহ লেভী (খৃঃ১৮২৪-২৫)গী কম্মান্দিং ওফিসার, লৈপাকসিগী সেনাপতি (খৃঃ১৮২৫-৩৫),মনিপুরগী যুবরাজ (খৃঃ১৮৩৫-৪৪) অমসুং মৈদিংঙু -নিংথৌ (খৃঃ১৮৪৪-৫০) ওইখিবা:"ঐখোয়গী ঈনিংথৌ নুংশিখিবা" হাযবা মিংথোনসি লৈপাক্লা কৎখিবা, নিংথৌ ফম্বালগী কল্লক-মিহৌবা লৈখিদবা অমদি মৈত্রবাক মনিপুরসিগী কথোকপা, মশাগী ওইজবা থাদোকপা অমসুং মৈতৈ নিংথৌগী সিংহাসনবু য়োক্লুনা, ঙাক-শেন্দুনা অমসুং অশেংবা হক লৈবা নিংথৌবু শৌগৎপগী শকপান্দুনা মূর্ত্তি ওইনা চোংথোক্লক্লবা তাঙলবা মহারাজনি। মহাক অসি মৈতৈ নিংথৌগী ফম্বাল অসিগীদমক্তদি মীগীদমক্তা পোকপীরক্লবা মীশক অমসুনি হাযবা যাই।

## শক্তাকপা অমসুং পারী-পুরী

ঈবুংশীজ নরসিংহ, মহাক্না মনিপুর কনবদা অমসুং মমালৈপাকসিগী মনীঙ-মখা তম্না ঙাকপদা, নিংথৌ খুবম য়োকখৎপদা অমদি স্বার্থত্যাগকী লমদাংশিংদা মিৎযেং থম্লবদি খ্বাইনা হেক্তা খঙনববা শক্তাক্লবসু যাববা মীশক অমনি। অদুবু পারী পুরীনা মী অমগী শক্তাকপগী বারোল ওইনবা অমসুং শকখঙনবগী ৱাফম ওইনবনা বাবম অসি লৌখৎচরিবনি।

ঈবুংশীজ নরসিংহ, পোইবৈ মৈতৈ লৈপাক মেখলীদেসকী খ্বাইদগী হেন্না খুৎকল-পাঙ্গল্লবা অমসুং কন-থৌরবা নিংথৌবেন মযাম্বা / গরিবনৱাজ মহারাজ (খৃঃ১৭০৯-৪৮)গী ৮শুবী লৈমা ঈদাকশুংবী, মাইবমচনু লোইবী চরোইঙম্বীনা মতোমতা পোকপা মৈদিংঙুচা ঙৌব্রাম শাই, সেনাপতিনা মোইবাংথেমচনু পোংলেনখোম্বী পান্নদুনা পোকপা ঈবুংশীজ ভদ্রসিং, ৱাংখৈরাকপম নত্রগা নিংথৌ খাবা নত্রগা মৈদিংঙু নোংচুপ লমগাইঙম্বা (খৃঃ১৮২৪-২৫)গী অহুমশুবী তাল্লোই লোকতোনবমচনু প্রেমলতানা পোকচবা মচাঈবুংঙো অনিগী অহন্নি। ঈবুংশীজ নরসিংহ মৈতৈ হুয়েন লানওংগী লান্দা-লানকন, শাফা-লানফারোন, লানশোক-লাম্থেংনবা, শাতু- লানতুরোন্নচিংবা, শা-লানগী মহৈ মশিঙগী লমদাংদা- "থাঙ হৈবদা নরসিংহ, তা হৈবদা

গম্ভীর্বাসিং" হায়নবিবসিগী "নর্বাসিং(হ)" হায়বর্সিনি। মৈদিংঙুসিগী পোকফম শাৎফর্মসি মৈত্রবাক মনিপুবসিগী কোনুং ওইবিবা ইম্ফাল কংলৈপুঙ (সহব / টাউন)গী মযোন লৈকোযপুঙগী যাঙ্গোই শগোলবনগী লমদর্মানি। মহাক্কী মপা মমা তীন্নবা অমসুং মমা তীন্নদবা পুন্না মচীন-মনাউশিং ৮ (নিপান)নি অমসুং র্মসিগী মনংদা নিংথৌ ফম্বাল ফর্মাখবসি মখোয ৩ (অহুম)- যদুর্সিং নত্রগা নোংপোক চীঙলেনখোম্বা (খৃঃ১৮২২ ২৩), নর্বাসিংহ (খৃঃ১৮৪৪-৫০) মশামক অমসুং দেবেন্দ্র সিংহ (খৃঃ১৮৫০গী এপ্রিল ১০-জুলাই ১২নি)। মহাক খৃঃ১৭৯২তা মালেম তাইবং পান্দা খোঙদাবকখিবর্নি [চৈথাঃ কুমঃ,২০০৫,২৯৯]।

## মহৈ- মশিঙ তম্বা

মানপুব ইতিহাসতি শা লানগী থৌদোক-বাথোক, শাথোক লাম্ভোক্লবা, অসিনাচিংবগী ইতিহাসনি। মবম অসিনা মনিপুবদা ইতিহাসকী যুগদা শা লানগী মহৈ মশিঙসিনা হৈতবা যাদ্রবা, থাদোকযদ্রবা, শুপশোয শেংযনদমক শাগোন্নবগদবা, নুপা ওইবশিংনা লানগীদমক্ত পোক্লক্লবা অমসং খাঙথাং খুদিংমক্কী লোইনদুনা লৈববা খ্নাইদগা হেন্না অথোতবা মহৈ মাশঙ ওইনা লৈবর্মা অমসুং চংনবর্মা। হাযাববা মহৈ মশিঙস অবামচাশংদা অদুক হর্কাচন্দ্রবসু নিংথৌমচাশিং অমসুং নিংথেমচাশিং গাদমক্তাদ মপোক্কী পীথোক্লক্কুনা তমদবা অমসুং হৈতবা যাদ্রবা মহৈ মাশিং ওইলম্মা। অদনা ঈবুংশীজ নবাসিংহস মহৈসি অঙাং ওইবিংঙদগা হেকাশন্ন তম্নর্কাখিবর্ম্মা। অদুব মহাক্কী ওঝা গুরুসু কনানো হাযবদুদি খংঙমদবগী ঈবোল্নংদা লৈাব। অদুগা মৈদিংঙুচা নবাসিংহসি হাযাববা মহৈ মশিঙসগী থাঙ (থাঙশাং, থাঙপাক, কমথা, নাময়েপ, অসিনচিংবা) শাজিন্নবগা মহৈ মশিঙদা মহাক্কী মতমগী মখা শমথহৌবা মহাক্কী সেবক শখা অমতা লৈহৌবা নত্রগা মহাক্কী থাঙলোনগী মবম খঙবা নত্রগা হৈবা মাশক অমতা লৈবা থেংনজাদ্র। মহাক্কী মহৈ মশিঙসিগী গুর্কাস মৌদংঙুচা আনন্তশাই ওইবমগদ্রা খঞ্জে, অদুবু অবেপ্পদি হাযজবা ঙমজদে।

## যুম্বানবগী পুক্নিদা

ঈবুংশীজ নবসিংহনা পুমকক চাওবকপদগীনা পাখং ৱাই ৱাই ফাবকপা অমসুং মহৈ-মশিঙ কন্না তন্নিংঙৈগী মতমসিদা মহাক মৈদিংঙুচা শামুফাবা (বাজা গম্ভীব সিংহ)গা যাম্না নক্লনা তীন্নবা অমসুং লোইনবগী খুদম-চাংদম ফংই [গঃচঃশঃ,X,২৯]। মখোয অনিনা মযাম্লুংশিং-লাবন্যচন্দ্র,

মধুচন্দ্র, চৌবজিৎ অমসুং মার্জিৎকী নিংথৌ ফম্বাল মুন্নবগী ঈবাংশিংদুদা মচীন-মনাউনা কবিগুম্বা মখোযগীসু অদুগুম্বা লাইবক ফবা মতমদু লাক্লবদি মযাম্নুংশিংনা তৌনবিবা ঈবাংশিংদুগুম্না থক তৌবোর্যাসি হাযনা ৱাবী ৱতাই শান্নখিবম্মী, হাযবা ৱাবোন পীবি [মথক্কীসিদা, ২৯]। অসুপ লুনা তীন্নবম্বা মচীন-মনাউ অসি নোংমা কবিসু লৈতবা ৱাহৈ অমদগী / খবদগী খনমুক-খনমুক তৌনদুনা লাপথোক্লখিবনি, হাযনসু হাযবি [মথক্কীসিদা.২৯]। হাযবিবা ৱাফমশিংসিনা তাক্লিবদি মচীন-মনাউ অসি নহা ওইনা মীথক থোংবা, নিংথৌমচা অমসুং নিংথেমচাশিং ওইনা মশাগী ঈকাই খুম্নবা মাঙখিগনি হাযবসিগী যাম্না চেকঞ্জিবা অমসুং নুপা থোকপা মীশক ঙাক্তনি, হাযর্বসিনি। অদুবু লাপথোক্লখিবনা তশেংনমক যেংথীনবগী ফিবমদুদি যৌখিদে।

তবামাপনশুবা খৃষ্ট কুমশীঙ চাগী মতম অদু খুন্নাই লোনচক্তু মমাঙগী চহি চাদগী শুমথবকপা মতম্ননিনা মৈতৈদা ঙন্না যুম পানবগী চৎনবীসি লৈবম্মী। মৈদিংঙু নবসিংহনা পুন্সিগী অবোযবা যহিপ তানখিবা মতম খৃঃ১৮৫০গী এপ্রিল ১০ ফাওবদা মহাক লৈমা ১৩ (তবাহুমদোই)গী মবুংঙো ওইখি অমসুং লৈমশিংসিদগী মজাইবুংঙো ২৬ (কুনতকক) ফংদুনা মৈতৈ নিংথেমচাশিংগী শাগৈ লেপ্পদা শকক যাবকখি [মঃসঃকঃ.১৯৯৪.২৬২-৬৪ অমসুং শঃফঃ,খুঃলাঃ]। মহাক্কী তাল্লোইশিংসিগী মনুংদা খ্বাইদগী হেন্না উইন লৈবী, অখাঙ কনবী অমসুং মপুবোইবা নীঙবীসি বাহেংবমচনু ৱাহেংঙা (বাহেংবম অঙাং) নত্রগা বসনী হাযবীসিনি। মহাকসি মতম তাঞ্জা চানকবা হাযগদ্র, লাইমক্লা তম্লকপনিবু হাযগদ্রা- মহাবাজ নরসিংহনা খৃঃ১৮৫০গী এপ্রিল হৌগৎলকপদা খোঙহাম্বগী (পুকচৎপগী) লাইনানা নাবকপদা মপুবোইবগী অনা-লাইকন্নবিবী বাহেংঙা অপানবীসি মপুবোইবনা নোঙ্গাখবা এপ্রিল তাবিক ১০, যুমশকৈশ নুমিৎসিমক্তদা মহাক্কী থৱাইসু চুপখিদুনা মপুবোইবগী মতুং ইন্দুনা নোঙ্গাখিবম্মী [চৈথাঃকুমঃ, ২০০৫, ২৯৯-৩০০]।

## কছার লৈপাক্তা ঈবুংশীজ নরসিংহ

মহাবাজ চীঙথংখোম্বনা খৃঃ১৭৯৮গী মেবাগী ৩নি ঈবাই (ওক্তোববগী অহুমশুবা চযোনগী ঈবাই তাবা নুমিৎ)দা শ্রীপাটক্ষেত্রদা নোংগাখ্রবদা লৈহৌবিবা মহাক্কী মচাঈবুংঙোশিং ৭(তবেৎ)কী মনুংদা ৫দি ফম্বালগী উঙখৎনবনা তাঞ্জা ঙাইনদুনা ফিবম শেম-শাদুনা লৈনবম্মী। অসুন্না লুম্নবকপসিদা খুম্বোংমযুম শাগৈনা মখোযগী নিংঙোনমচাগী হাকন অমসুং

হককন্দা মযাম্বুংহন লাবন্যচন্দ্রবু শগোল কাঙজৈ শান্নবদা শোয়খিবা শাদুনা পোপ তুগদবা মওঙদা খুৎ থারগা খৎনবা হৌদুনা মীযাম কায়হনখ্রগা ময়াম চঙদুনা শিননবা ফুদৎলগা শিরে হায়দুনা হুন্দোক্তুনা কাঙজৈবুঙদা থল্লন্নগা মখোয়সু মফমদু থাদোক্তুনা মাঙনখিবম্মী। তাঞ্জাসিদা নিংথৌ কনবা শারগা চত্তুনা শিববা, শিদব্রা যেংনবা অমসুং শিবমদ্রগা লোযশিন্নবা থাখ্রগা মহাক্না কোনুং মনাক্তা খঙদবা শাদুনা লুম্লগা লৈবম্মী। অদুগা মযাম্বুংগী শোর থৎলে হায়না পাউ হেক পীববগা থীন্থদনা কোনুংদা চঙদুনা নিংথৌ ওইখি। মখোযগী নিংঙোনমচা থাঙ্গৎনবা কবোশিংনা হোৎনরুবদু অকেম ফাত্তা মীনা লোকখ্রে, ওক্না নীল্লগা হুইনা মনা লৌখ্রে। মসিগী থকুম পুবিবা ৱাংখৈবাকপা আনন্ত শাইনা কংলাগী উখুন ফুকপা নুমিত্তা কংলা শঙলেনগী উখুন্দুনা কবো খুম্বোংমযুমগী তুলসী ইন্থবগা মদুদা হাক্কন চঙলকপা খুম্বোংমযুমগী মীশিংগা পুন্না মী ৮ (নিপান) হাৎখিরম্মী [মথক্কীসিদা, ১৭৯]। অদুগা মখোয়গী মীচঙদা লেপখিবা অমসুং লেপ্লিবা নোংপোকহাবমগী মী ৯সু সুগুদা পুথবগা হাৎখি। মসিগী ঈ-পাউদি :-

> **..........মাইস্লাম পুঙথোনগী কুম ১৭২২ ৱাকচীঙ থা......৪নি ঈরাই (খৃঃ১৮০০)দা খুনফোংমযুমগী তুলসী, রতনমনি কৈকংবা, মাইবম চক্রপানি হাজারি ৩ মনচিংনা কংলাগী উখুন ফুকপা নুমিত্তা মী ৮ হাৎনৈ-এ।। য়ুমনাম খেলেম্বা খোংতৌ, অহৈবা নরতোন, হৈখাম মুংয়াম্বা মচীন-মনাউ, খোংবানতাবম খেকলাউবা, অচোইবম ওভি মচীন-মনাউ, কোইচোম ৯বা শুগুদা হাৎনৈএ।। কবো গৌরমনিদি খুরাইলাকপা পন্দা হাৎনৈএ।। মতু-মচাদি পানা লাম্মীবু য়োঞ্জহলএ।। খুনফোংমযুমদি ক্বাক্তাদা কৈ ওইহলএ।। ৯নি য়ুমশকৈশদা ঈবুংশী কবো তাববু ময়াংলম থাজিন-এ [মথক্কীসিদা, ১৭৮-৭৯]।**

অসিনি। মসিদা ঈবুংশী কবো তাবা হাযনা পীরিবসি নিংথৌমচা গম্ভীবসিংহ (রাজা গম্ভীরসিংহ)দুনি। মহাক্কীদমক্তা খুম্বোংমযুমনা হৌবকপনিনা মহাকসু চেন্নদবা য়াদবনা মনিপুরদগী ময়াং লৈপাক কছাবদা তাম্থোকখ্রিবনি। অদুবু মতুংদা মৈদিংঙু চৌবজিৎগী সনা হাক্তক্তা অমুক হল্লক্তুনা মনিপুবদা লৈরখিগনি [মথক্কীসিদা, ১৯৮]।

মৈদিংঙু মধুচন্দ্র (খৃঃ১৮০০-৩০)সি মনাউনুপা অনিনা মহাক্না তৌজখিবা থবক্কী মহৈ ওইনা খৃঃ১৮০৩দা ফম্বালদগী চিংথবদগী মহাক্না কছার লৈপাক্তা মমাক নুপা কছারী নিংথৌ (মহাক্কী মচানুপী ইন্দুপ্রভা খৃঃ১৮০২দা থাজদুনা লুহোংখিবা)কৃষ্ণচন্দ্র নরাযনগী মনাক্তা চেনখিবদগী মফমদুগী মতেং লৌদুনা বৃটিশ লম্মী খরগা লোইনদুনা খৃঃ১৮০৪দা মনিপুরদা লান্দারকপদা চৌরজিৎ মার্জিৎনা কৈনৌগী মনীঙগী শামুপন্দা লান

শোক্লবদা মনাউ অনিসিনা চহিসিগী কালেনগী ১৪নি পানবা য়ুমশকৈশ (মেগী অবোইবা চয়োন)দা হাত্তোক্লুনা মাগী ফংফম থোকপদু ফংহনখি [মথক্কীসিদা,১৮৪-৮৫]।

চৌবজিৎ মহারাজ অমসুং মার্জিৎ যুবরাজ অনিসি মৈদিংঙু মবাম্বা (খৃঃ১৭৫৩-৫৯,১৭৬১-৬৩) অমসুং মৈদিংঙু চীঙথংখোম্বা (খৃঃ১৭৫৯-৬১ ,১৭৬৩-৯৮) অনিনা চহি ৫ / ৫ নিংথৌ অমসুং যুবরাজ অমুক অমুক ওইনবগী ৱাফম থম্লখিবদুগুম্না মখোযনিসু ৩ / ৩ নিংথৌ ওইনসি হাযনা যানবগী ৱাফম থম্লখি [R.K.S,1989,71-71]। অদুবু চৌবজিৎনা যানখিবা ৱাফম ঙাক্লক্তবদগী মার্জিৎনা মহাকপু নিংথৌ ফম্বালদগী চিংথনবা অমসুং মশামক নিংথৌ ওইনবা পাম্বে থিবকখি। মহাক্লা হন্না হন্না অৱা নিংথৌদা চঙজদুনা অনি অহুম্লক তক্লদুনা অমসুং মহাক মশা অৱা কোনুং লৈদুনা হোৎনবকপদা মহাক্লা মৈতৈ কবো (Kase Shan)সি অবাদা মাগী তেংবাংমল ওইনা কথোক্লগে অমসুং মখোযগী মীখা পোনগে হাযবদা যানদুনা অৱা নিংথৌনা পখেপ সেনাপতিগা মখাদা অচৌবা লাম্মী মপৈ অমা পাদুনা খৃঃ১৮১৩দা মনিপুরদা লান্দাবক্লুনা চৌবজিৎপু নিংথৌ ফম্বালদগী তাম্থোকখি। হাযবিবা মৈদিংঙু মার্জিৎসিনা মযাম্বুং লাবন্যচন্দ্রগী হাক্তক্তা তৌখবা লৌতুনবগী থৌদোকাশংদ মহাক্লা মিৎমাঙদা থমদুনা মহাক্লা নিংথৌ ওইবসিদা যেৎলক্লদবা, লান হৌবক্লদবা অমসুং শবৌ শিন্দুনা নিংথৌ শেম্লক্লদবশিং মাঙহন্নবা থৌবাং মহাক্লা নিংথৌ হেক ওইবা লৌখৎলক্লম্মী। মহাক্লা মৈতৈ নিংথৌ সিংহাসনসিদা হক লৈবা অবাপ্পা অমসুং অনকপা মবাগী নিংথৌমচা অমসুং নিংথেমমচাশিং পুম্নমক হাৎননবা খজাল থৌবাং শাল্লম্মী। মসিগা ওইনা ঈবুংশী গম্ভীরসিংহবু লোযশিন্নবগাদমক্তা মহাক্লা মী থাদনা গম্ভীরসিংহনা মহাক্লা নুপী মৈস্নাম নিংঙোনগী মপাম মনাক্তা লৈবিবা মফমদুদা লান্দাবক্লুনা অহিং অমদা মী ২৪ (কুনমরি) হাৎখিবম্মী। হাযবিবসিগী থম্বার্বম্লিবা ৱাবোন্দি:-

> .......সিনাম মুংয়াম্বগী কুম শক ১৭৩৫.....(ওল্লকপা) শজিবু থা ১৭নি য়ুমশকৈশ (খৃঃ১৮১৪গী মেগী অহানবা চয়োন)দা কোনুং চঙদুনা শ্রীযুৎ মহারাজ নোংপোক ৱাইরং পামহৈব (মার্জিৎ)না চহি ৩৪দা নিংথৌ ওই। ....লংমাইথেম মনিগী কুম শক ১৭৩৬........কালেন থা......৩নি থাঙজ (খৃঃ১৮১৪সিগী মেগী অহুশুবা চয়োন)দা চীঙঙামখাদা মী ২৪ হাৎএ [চৈথাঃকুমঃ,২০০৫,২১৯]।

অসিনি। অসুম্না অহিংদা লান্দাবকপসিদা ঈবুংশীজ গম্ভীর সিংহদু যেক্লবনা লাঙ্গোয় চনখ্রবা মতমসিদা মযুম মনাক্তা, মরৈকাযদা লাংনরিবা অদু করি

*তৌরবনো হায়না য়েংবা থোক্লকপা কাংঙবা ক্ষেত্রি সিংহনা ঈবুংশীজ গম্ভীর* সিংহগা থেংনরম্মী। ক্ষেত্রি সিংহনা অঙম্বা উপায় তৌদুনা গম্ভীর সিংহবু কল্লম্মী অমসুং য়েক্লবশিংদুগী লাঙ্গোয় চল্লিবদুদগী পুথোক্লক্লগা মহাক্কী মশক-মমিং তাক্লগা গম্ভীর সিংহবু কছাররোমদা চেনখিনবা লম্বীদা পুরক্লম্মী। অসুম্না ঈবুংশীজ গম্ভীর সিংহবু কাংঙবা ক্ষেত্রি সিংহ (মহাকসি কাংঙবা থাঙ্গাল / চিদানন্দ সিংহগী অপোকপা মপানি)না কল্লগা কছাররোমদা চেহল্লক্তুনা উচিন- নাচিন্না হিংখিরম্মী। হায়রিবা অহিংসিগী নোংঙানবদগী মৈতৈ নিংথৌমচাশিং অমসুং নিংথেমমচাশিং পুম্নমক মনিপুর থাদোক্তুনা মাগী মাগী মথৱাই হিংননবা চেনখিরম্মী।

খৃঃ১৮১৪গী মৈদিংঙু মার্জিৎকী মীফত্তগী খুজিল থৌরাং অসিদা শগোলবন ময়োন্দা লৈবিবা মৈদিংঙু গারিবনৱাজ মহারাজগী মশূ, ঈবুংশীজ নরসিংহগী অপোকপা ভদ্রসিংহ (নিংথৌ খাবা), ৱাংখৈরাকপা ওইরম্বসু লৈপাক্কী মশক নাইবা ঈবুংশীজ অমা ওইরুবনিনা মৈত্রবাক্তা লৈবা য়াদদুনা মহাক্কী মচা-মশূ, নুপী- অঙাং, ঈমুং-মনুং পুম্নমক পুদুনা ময়ুম- মকৈ থাদোক্লুনা ডিমাসা / কছারীশিংগী লৈপাক্তা চেনখিরম্মী। মরমদি মহাক্কী মপাঈবুংঙো, মৈদিংঙুচা ঙৌৱাম শাইগী পোকমিন্নবা মচন ঈবেম্মা হরিপৃয়াসি মযাং / কছাবী নিংথৌ হরিশ্চন্দ্র নরায়ন নত্রগা সন্ধিকারী (খৃঃ১৭৬৫-৮০)না খৃঃ১৭৪৪-৪৫দা লুহোংদুনা লৌখিবনি (মথক্কীসিদা,১১০,১২)। অদুগা ঈবুংশীজ ভদ্রসিং, নিংথৌ খাবসি খৃঃ১৮২২-২৩গী মতম অসিদা কছার লৈপাক্কী কোনুং ওইরম্বা হিরম্মীদেশ (হৌজিক্কী ডিমাপুর টাউন)তা লৈরম্মী [মথক্কসিদা,২২১]। অদুনা খৃঃ১৮১৪গী লাঞ্জেনবসিদা ঈবুংশীজ নরসিংহ, মশাগী চহি ২২ শুবা মতমসিদা মনিপুর থাদোক্তুনা মপাঈবুংঙোগী মতুং ইন্দুনা চৎখিবনি। অদুবু করিগুম্বা মরম অমদগী, হায়বদি, মহাক্কী পুন্সি খোঙলোই ৱাহেংবম নিংঙোনসিগী মতাংদগী যানদবা অমা লাকপদগী ঈবুংশীজ নরসিংহনা ডিমাপুরদগী হাইদোক্লক্তুনা কছারগী শিলচরদগী খারোমদা কিঃমিঃ৩৫ রোম চৎলগা লৈবা খোইরেন পাৎকী অৱাংথংবা পাৎপান্দা খুন্দাদুনা লৈখিবনি।

## নিংথৌ-ফম্বাল মিহৌদবা নরসিংহ

ঈবুংশিজ নরসিংহ, মৈতৈ নিংথৌমচা অমসুং নিংথেমচাগী শাগৈদা পোক্লুবনা অমসুং মতমগী খোঙচৎনা পুরকপা রাজনিতিগী য়াওন্না পীরকপা ঈথিন্না লৈঙাক্লোনগী পুন্সিদা চিংশিন্দুনা তৌদবা য়াদ্রবা লৈঙাক-লৈকনগী পুন্সিদা খোঙদারকখি। অমরোমদা মীরৈপাক-মীরমদমদা

*লাঞ্জেল্লকপা মীওইশিংগী লানথুপ-লাম্থেংরবগী পুন্সিদা মীরমদা পানবা যুম্বান ওইবা, চাদবা য়াদবা, তিঙদবা য়াদবা চাদিং / খরচকী লাংদা থুবা,* চাগা কারক্লীঙাই লৈতবনা, শূফম-নোমফম খঙদবনা অমসুং পুম্নমকসিগী মথক্তা মৈতৈ নিংথেমচা অমা ওইবগী ঈকাই খুম্নবা মাঙহনবা য়াদবনা ঈবুংশীজ নরসিংহ খোইরেন খুন্দুদা ব্রানা পুন্সি লেল্লম্মী। অদুবু নোম্বা কনবী, শূবা লেপ্তুবী ব্রাহেংঙাদি ঙাইহাক্তা পোথাদে। হুরাল্লুবসু নত্তবা, নীরুবসু নত্তবা ঈপাঙ্গন্না শূ-নোমদুনা ঈশাগী ঈচীঞ্জাক তাঞ্জববু করিগী ঈকাইজরুগদবগে হায়দুনা নহা ওইরিবী মহাক্লা মপুরোইববু থবক অমতা শূহন্দনা ফৌশু-লল্লোন্দুনা চাননবা তাল্লি। ফৌ-কোকথোং, চেঙ-কোকথোং পুদুনা লল্লোল্লগা ঈমুং পুনবা হোংনরম্মী। অসুম্না ঈবুংশীজ নরসিংহনা লৈত-লায়রগী পুন্সিদা কছারগী খোইরেন মৈতৈ খুন্দা লৈরম্মী।

## রাজনিতিগী ফম্বাক্তা নরসিংহ

ঈবুংশীজ নরসিংহ, কছারদা লৈত-লায়রগী অমসুং মহাক্কী শাগৈ-নাতৈশিংনা ইন্থোকপীদুনা পীদোন-পাদোনবা পুন্সিদা লেঞ্জরবসু মহাক্কী থম্মোইনুংদা লৈরিবা মবৈপাক-মজাতিবু নুংশিবা অমসুং মহাক্কী ব্রাখন্দা তুঙলিবা মরৈপাক নীঙবগী ব্রাখল্লোন্দুদি ময়েং তাবা লৈরমদে। মহাক্লা খৃঃ১৮১৫গী অদুব্রাইদগী খোইরেন পাৎপান্দা লৈবকপসিদগী হৌনা মনিপুরদা থোক্লিবা থৌদোক-ব্রাথোক, শাথোক-লাম্থোক্লচিংবগী ঈ-পাউ পুম্নমক লৌরম্মী অমসুং খোমজিল্লম্মী। অদুগা মহাক্লা মরৈপাক্কীদমক্তা কবি তৌবা য়াবগে হায়বসিসু খল্লম্মী, তাল্লোই ব্রাহেংঙাগসু তান্নবম্মী অমসুং মনিপুরগীদমক্তা করিগুম্বা খর তৌনীঙকপদা নত্রগা তৌবা তারক্লবদা মদুগী চৈঙাক ওইনবা পাম্বৈ অমসুং হিরোই, হিনাউ শাবনচিংবা ওইননবগী উপায়সু থিরম্মী। মহাক্লা কছারসিদা লৈবদুসু মীনা (মনিপুবী, ডিমাসা / কছারী, বেঙ্গোলীনচিংবা) উশীৎনবা, হন্থনা য়েংদ-খন্দনবগী লম্বীসু য়েংলম্মী। মহাক অমসুং মহাক্কী তাল্লোই ব্রাহেংঙাসি মতমগী ফৌরোই য়েংদা তাম্থা পীবসু হৈরম্মী / ঙম্লম্মী।

মতমদুগী কছার লৈপাক্কী রাজনিতিদা খৃঃ ১৮১৩দগী রাজদণ্ড পায়রক্লিবা ডিমাসা নিংথৌ রাজা গোবিন্দচন্দ্র নরায়ন (খৃঃ১৮১৩-৩০)সি মহাক্কী হান্নগী চফুমচেৎ-উয়ানমচেত্তগী হৌদোকমিন্নরকপী কছারী নিংঙোন "চন্দ্রপ্রভা" দগী খর মখৈ পুক্লীঙগী ঈচেল থৈরকপা অমসুং মৈতৈ নিংঙোল, মৈদিংঙু মধুচন্দ্রগী মমোম তমফা ব্রাংঙমলোন ইন্দুপ্রভাদা পুক্লিঙ থমদুনা মৈতৈ নিংথৌ চৌরজিৎতা তাথী-তাওইনবা মিৎয়েং থম্লকপসিদা হিরম্বরাজ গোবিন্দচন্দ্র নরায়নগী মনাক্তা চঙনীঙলমদে। মদুগী

মহুত্তা মহাক্না গোাবন্দচন্দ্রগী কাংখদা চঙবা লিন ওইবিবা তুলাৰামগা মীচঙ ওইনদুনা মশাগী ফিবম শেমগে হায়না লৈবম্মী। মবমদি তুলাৰামসি, মহাক্কী মপা ৰামসিং হায়বা মতমদুৰাইদা জযন্তিয়া (খাসিয়া-জয়ন্তিয়া)গী লৈঙাক্লোনগী লুচিংবা ওইবিবসিনা মৈতৈ নিংঙোন লৌদুনা পোকপা মনিপুৰী নিংঙোন মচানি। মতমসিদা অমসুং মসিদগী চথবক্লগা খৃঃ১৮১৭ ৩০ ফাওবদা ওইবিবা কছাৰ লৈপাক্কী ৰাজনৈতিক অমস্থাদা লৈবিবা মতৌদুদা পীবীবম্লিবদি :-

**(1)......Chaurajit due to some misunderstanding with the new ruler of Cachar (1813) Govindra Chandra, left Cachar for Jaintia and began to raid Cachar. Govindahandra also heard that Ram Singh, the Chief of Jaintia was making preparations to invade Cachar. He was not all sure of his strength and feeling helpless on the face of imminent attack applied for help to the Governor-General of India. But no help came from the British Government. In the mean time Gambhir Singh, brother fo Chaurajit who was appointed Senapti of Cachar forces joined in a conspiracy against Govinda Chandra along with other important officers like Tularam and Sanandaram [J.R.,1973,58].**

মতম অসিদা গোাবন্দচন্দ্রগা মখত্তা মহাক্কী মতম কুইনগী যেক্লবা ওইনবা তুলাৰামনা লান হৌগদবগী খুদোংচাবা ফংইদুনা লৈবম্মী। গোবিন্দচন্দ্র অমসুং তুলাৰামগী মৰী অসি অহানবদদি চান্নবম্মি। অদুবু মমৈথংদদি গোবিন্দচন্দ্রগী মীচঙ থাদোক্লগা অৰাং কছাৰদা লৈবা মপাগী মনাত্তা যাওখিবম্মী। তুলাৰামগী অজীদা হাযাৰবা গোবিন্দচন্দ্রনা মহাক্কী মপা অমদি মখুবাবুসু হাংখি অদুগা মহাক্কী মী ওই শববুসু ফাবগা জেলদা থমখি, অসিনি। অসিদসু নত্তনা কছাৰগী নিংথৌনা মহাকপু (তুলাৰামবু) "মীনাইনুবীগী মচা" হাযদুনা চৈবম্মী। অমবোমদা তুলাৰামনা মহাক্কী মখুবানা পোকপা গোবিন্দৰাম অমদি দুর্গাচবনগা লোইননা কছাৰগী নিংথৌবু যাম্না অৰাবা পীবম্মী। গম্ভীব সিংহ অমসুং তুলাৰামগা মতম অমতদা যেক্লবা ওইবা অসিনা গোবিন্দচন্দ্রগী ফিবম অসি মবা চেংলমদে। অৰাবা অসি অমুক্কা হেন্নবা গোবিন্দচন্দ্রনা প্রজাবু ওং-নৈবগী শাসন অমা হৌদোবক্লম্মী।

অনৌবা শাসন অসিগী মখাদা কছারগী প্রজা অয়াম্বা থবক্তগী লৌথোক্লম্মী। অদুগা মখা থংবা বাঙ্গালদগী ওফিসার অয়াম্বা পুরক্তুনা...........লৈপাক ঙাকহল্লম্মী। নীঙবা কায়দুনা কছারীশিং অদুনা জয়ন্তিয়া, কুমিল্লা অমদি ত্রিপুরা তান্না চেনখিরম্মী, অদুগা তুলারামগী মীচঙদা য়াওখিরম্মী [লঃচঃসঃ১৯৭০,৩৩]।

## (১) চহি তরেৎ খুন্তাকপগী পাউদা

মৈত্রবাক্তা মার্জিৎ মহারাজ (খৃঃ১৮১৩-১৯)না নিংথৌ ওইদুনা পাল্লবদা মহাক্না অৱাদা মৈতৈ কবো কখোকখিবা অমসুং অৱাগী মখা থাবা নিংথৌ ওইনা পানগনি হায়না য়ানখিবশিংদু ঙাক্লকখিদ্রে। মসি, মৈদিংঙু মার্জিৎনা মহাক্না নিংথৌ সিংহাসন পাম্মনবদগী মৈতৈশিং অমসুং মমা লৈপাক্তা লানখিবদুগী নীঙঙমক্তবা অমসুং "মৈতৈগী মীওইশিংদি য়াথং তৌনবা / পীনবা পোক্লকপনি, যাথং ইন্নবা পোক্লকপা নত্তে" হায়বাসি নীঙশিঙলকপদগীনি হায়জনীঙঙি। মহাক্না ব্রাম্মা / বর্ম্মা নিংথৌবেন বো-ডোআ প্রা(বাদুন-মেঙ / মেঙতারা-গ্যি(খৃঃ১৭৮১-১৮১৯)না নীঙবগী মায়য়োক্তা নত্রগা ওন্ন- তৈনবদা তৌথোক্লকপা মঙং-মতৌ ময়ামসিনা মহাকপু নিংথৌ শেম্মীরক্লিবা নিংথৌবেনসিনা মহাকপু হিংনা ফাদুনা পুরক্লবা য়াথং পীদুনা পাখানৱোন /পাগান ৱুন [Pagan/Pugan-Woon or Commissioner of Pagan] অমসুং কানেউন / কলেৱূন [Kale-Woon or Commissioner of Kale] কৌবা সেনাপতি অনিগী মখাদা অচৌবা লাম্মী মপৈ অমা থারক্তুনা শক ১৭৪১গী ৱাকচীঙগী ২নি, লংমাইজীঙ(খৃঃ১৮১৯গী জানুৱারীগী অহুমশুবা চয়োনগী নোংমাইজীঙ তাবা নুমিৎ)দা মনিপুরগী লমখৈদা লানশিল্লক্তুনা ককচীঙলোমদা লান্দারক্লম্মী। লান অদু নুমিৎ ৭(তবেৎ)নি শোক্লরগা অৱানা তকশিল্লক্তুনা থাসিগী ১২নি পানবা লৈপাকপোকপা (জানুৱারীগী ৪শুবা চয়োনগী লৈপাকপোকপা তাবা নুমিৎ)দা লৈপাক কায়রম্মী। মৈদিংঙু মার্জিত্তি তাৎকী তাৎ অদুম হৈবনিনা শ্রীগোবিন্দ পুরগা কছাব চেনখিরম্মী।

মৈদিংঙু মার্জিৎসিনা নিংথৌ ওইনীঙবসিগুম বাজনিতি হৈবা নিংথৌ অমা ওইরম্লবদি চহি তরেৎ খুন্তাকপা (খৃঃ১৮১৯-২৫) অসি থোকহল্লমদবা য়ারম্বনি। মহাক্না অৱা নিংথৌ বো-ডোআ- প্রা অসি নীঙথিনা পেনহন- নুংঙাইহন্দুনা শীঙনবা, শাওহনবনচিংবসি থাদোক্লগা তাইশিন্নবা য়াগদবা নিংথৌনি। হায়রিবা খৃঃ১৮১৯সিগী মমাঙদা ওইখিবা কছার লৈপাক্কী রাজনিতিগী ফিবমদি:-

কছাব লৈপাক্তা চৌবজিৎ লাক্লম্বা জয়ন্তিযাদা লৈখিবা, কছাবদা গম্ভীবসিংহনা কছাব নিংথৌগী সেনাপতি ওইনা ওইনা তুলাবমগা লৌতুনবা অমসুং তুলাবম্মা লানহওনবগী শেম-শাবসিগী মতমসিদা মৈদিংঙু মার্জিৎনা খৃঃ১৮০৭তা মযাম্বুং চৌবজিৎকী মথক্তা লানহৌকুবদা মাযথীবদুনা অৱা চেল্লগা অমুক য়াম্বুংগা তাইশিন্নদুনা মনিপুবদা চত্তি অনিবোম পানমিন্নবগা অমুক হন্না খৃঃ ১৮০৯দা লানহৌবদসু মাযথীবদুনা কছাব লৈপাক্কী খাসপুব কোনুংসিদা লাঞ্জেল্লক্লম্মী [চৈথাঃকুমঃ, ২০০৫,২০৬]। মতমসিদা পাল্লিবা হিবম্ববাজাসি গোবিন্দ্রগী মযাম্বা কৃষ্ণচন্দ্র নবাযন (খৃঃ১৭৮৫-১৮১৩)নি। মহাক অসি খৃঃ১৮০২দা অহল-লমন্না হাযন-শীঙনদুনা মৈদিংঙু মধুচন্দ্রগী মজাঙ্গৈবেম্মা ইন্দুপ্রভাসি লুহোংদ্না লৌজবনি [মথক্কীসিদা, ১৮১]। ৱাংঙমলোনসিনা মহাবানীনি অমসুং কছাবগী বাজনিতিগী পোবম যাৎপা, পো থাংবা, পোৎচৎ শীনবনচিংবদা চাওনা শরুক যাখিবী অমসুং মচীন চৎপী মহাবানীনি। মবম অসিনা মহাক্কী মপাবুংবু চৌবজিৎ মার্জিৎ মচীন মনাও চঙদুনা শামুপন (হৌজিক্কী ওযনাম কৈনৌগী মনীঙদা লৈবা লম অমা)দা খৃঃ১৮০৪দা হাৎখিবা মখোযগী মফমদা মতেং পীর্বাদ ওইথোক্কবা ওইহল্লম্মী। মবম অসিনা মার্জিৎনা কছাব লৈপাকসিদগী মতমদগী ত্রিপুবাগী লম লুশাইচীঙলোমদা হাইথবগা আবাকান যোমা (Arakan Yoma/hills) ফাওদুনা চৎখ্রগা অবা কোনুংদা চৎখিবম্মী। মৈদিংঙু মার্জিনা মহাক্লা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লবা মতমসিদা মাগী মতেং পীখিদবদুগী লমন খুমগে,হাযনা লেপ্লদুনা খৃঃ ১৮১৭গী অশুনবা মতমদগী কছাব লৈপাক্তা লান্দানবা থৌবাং তৌবম্মী। হাযবিবা লান্দানবগী থৌবাংসি কছাবী প্রা-আবী হিবম্ব বাজা গোবিন্দচন্দ্রগী মফমদা পাউ যৌখিবম্মী। মতমসিদা মহাক, মহাক্কী মহাবানী ইন্দুপ্রভা (মযাম্বা শিখ্রগা মহাক্লা অমুক হন্না লৌবানি) অমসুং লৈজবা কছাবী অঙম অথৌ খবগনা কবি তৌগদবগে, হাযবদু তান্নবম্মী। মদুদা মহাবানী ইন্দুপ্রভানা মহাক্কী মপাবুং হাৎখিবা মীশক অনিসি চাযনহন্নবা অমসুং হাৎনহল্লগা কছাব নিংথৌনা কুম্মৈ যেংলগা থোক্লকপা ফলদুগী মতুং ইন্না তাবা থবক লৌখৎনবা ৱাফম পুখৎখিবম্মী। মতমদুদা চৌবজিৎ মহাবাজ জযন্তিযাদা লৈবি, মহাকপু কছাবগী লাম্মীশিং পুবগা মার্জিৎনা লান্দাবকপা ঙাকথোকপীযু, ঙাকথোকপা ঙল্লবদি কছাব লৈপাকসিগী তংখায অমা পীবা, হাযবা ৱাফমসিদা পোন্থা থানদুনা মচীন-মনাউ হাত্তোক্লহন্নবগী ৱাবেপসি তানখিবম্মী। মবম অসিনা কছাব নিংথৌনা চৌবজিৎ মহাবাজগী মফমদা পাউ অসি থাখিদুনা মহাক্কী পাউখুম ঙাইদুনা লৈবম্মী।

মৈদিংঙু চৌবজিৎনা কছাব নিংথৌনা থাঙ্গৎলক্লিবা ৱাফমসিদা কছাব লৈপাক্তা মার্জিৎ মহাবাজনা লান্দাবকপদগী ঙাকথোকপদু যাবগী

পাউখুম ফংলম্মী। মহাক মশা থীন্থদনা জর্যন্তিযাদগী খাসপুবদা লাক্লম্মী অমসুং কছাবী লান্মীশিংদুগী লানগী শাজেন তৌবা,লান ঔবাযবনচিংবদা মশামক্লা যেংশিলম্মী। অদুগা মনাউ ঈবুংঙো গম্ভীবসিংহসু মযাম্বুংগী মতেং পাংলম্মী। মার্জিৎ মহাবাজনা খৃঃ ১৮১৭কী ডিসেম্বব থাগী অনিশুবা চযোম দ' কছাবদা লান্দানবা খোঙশালকাখিবম্মী [মথক্কীসিদ', ২১৪]। লানগী খোঙচৎসিদা মীবৈপাক্কী ওইবিবা ফিবমাশিংগী ঈ পাউ লৌবদা কছাবী লান্মীশিংবু মযাম্বু চৌবজিৎনা সেনাপতি ওইবগা মনাউ ঈবংঙো গম্ভীব সিংহনা থৌগল্লগা শেম-শাদুনা লৈবে হাযবা পাউসি তাবে। হাযবিবা ফিবমাসিদা মৈদিংঙু মার্জিৎনা কছাবী লান্মীশিংগা লান মাযযোক্লবগী ব্রাফম থাদোকখিবম্মী, মবমদি মহাক্লা পুবক্লিবা মৈতে লান্মী লাল্লোইশিং অদুনা মযাম্বুং চৌবাজৎকী মশক হেক উবদা মার্জৎ মহাক্কী মাযযোক্লা লেপখিগনি অমসুং মাগী মথক্লো থাঙ হাইগত্নুনা যান্থবক্লান, হাযবসি খঙজবম্মী। মবম অদনা মহাক্লা কছাবদা লান্দানবগী লাক্লিবাসিদগা অঙম্বা পাম্বে ঐম শাজিন্নদুনা মৈতে লান্মীশ দু মৈত্রবাক্তা হলহল্লকাখ। অদবু চৈথাবোল কুম্বাবা চনখৎপদা দনশৎলিবা পণ্ডিত অদুনা মিত্রং অমা তৌদনা থম্লম্মী, মদ্দাদ:

> **.........লাইশ্রম তাম্রসিংগী কুম শক ১৭৩৯... ...হিয়াঙ্গৈ থা ......২৫নি শগোলশেন (খৃঃ ১৮১৭কী ডিসেম্বব)দা শ্রীযুৎ মহাবাজ নোংপোক ব্রাইবং পামহৈবনচিংনা মৈতে লৈপাক পুম্লমক মযাং নাবা চৎএ।। মযাং ঙমএ।। লানতি নোকথিবখোনসিং, বামসিং ২মনচিংনা লান যাম্না ফায়এ।। থাঙজমচা কপচন্দ্র, লংমাইথেম্বা লৈবিখোমবা ২মা শিবৌএ।। তুবাতুলি কোনুংদা খাল্লে তৌবমএ।। মযাং অচঙবা ১০০০ খোমলকএ।। [মথক্কীসিদা,২১৪ ]**

অসিনি। মিত্রং তৌলিবা পণ্ডিতসি ঈশ্ববনা কুবাসনু। মার্জংকা লান্দাবা ঙাকখিবাসিদগী চৌবজিৎ মহাবাজনা কছাব লৈপাক্ত তংখায অমা ফংলে, অদুগা মহাক্কী তে না খিবা মনাউ ঈবুংঙো গম্ভীবসিংহদ অফংবা লমদুগী তংখায অম অমুক খাযদুনা মচীন মনাউ কছাবগী মফম তানদা কোনুং শেম্নদুনা খৃঃ১৮১৮দগী পানাখবম্মী। হাযবিবা ঈ পাউশিংসি ঈবুংশীজ নবসিংহনা লেযনা খোমজিল্লম্মী। অমসুং মপুক্লাইদা মৈতৈ নিংথৌমচাশিংসিগীদমক্তা চাওথোকচবম্মী। অদুবু কুইদ্রে, মথংগী চহিদা মৈতৈ লৈপাক অবানা থুগাযখ্রে। মার্জিৎ মহাবাদনা কছাবদা শ্রীগোবিন্দজী পুবক্লুনা মযাম্বুং চৌবজিত্তা শীন্নখ্রে, নিংথৌ ওইনাঙবগী মযাই কাবা কোক্লিবা নুপাদুনা মহাক্লা নিংথৌ ওইননবা চৌবজিৎ মহাবাজদগী লম নীখ্রে, অমসুং চৌবজিৎ মহাবাজনা মহাক্কী লমদুদগী তংখায অমা অমুক মনাউ ঈবুংঙো মার্জিত্তা খাযদুনা ঝাব্রিবন্দা কোনুং লীংখত্নুনা পানহনখ্রে। অদুগা মৈত্রবাক মনিপুবদি অব্রানা খোঙনেৎনহল্লগা মৈতৈ

পুম্নমক্কী খুন্তাক লৈতাকুনা অৱাবা নংবগী লাইবক্তু নিংথৌ ফম্বাল পাম্বদা হুই অঙাওবওম্লবা মার্জিৎনা পীবীবম্লে।

## (২)লেঙওন্দবী পাৎ

ঈবুংশীজ নরসিংহ, মৈত্রবাক্তা খুন্তাকপগী পাউসিদা তৌফম খণ্ডদে, মৈতৈ নিংথৌগী ফম্বালদা হকথেংননা হক লৈবিবা নিংথৌ মচাশিং (চৌরজিৎ, মার্জিৎ, গম্ভীরসিংহ, তুলজিৎ, পুরবাজ, অসিনাচিংবা) অমদি হক কনবা যাবা অমদি থৌদাং লৌবা যাবা মৈতৈ নিংথেম মচাশিং (যাম্না যার্ম্মী)না কবি তৌবিবগে, হাযর্বাসিগী ঈ পাউ তত্তুনা লৌবি। মনিপুরদা ঈবুংশীজ জয় সিংহ, দেবচন্দ্র (তাকু নিংথৌ), যুমজাও তাবা (পীতম্বরসিং), মহাক্কী মযাম্বুং যদু সিংহ অমসং মচাঈবুংঙো বাধব সিংহনা অবাগী মচা চুড়দ অমসং মাযযোক্তা তৌনবিবশিংগী পাউ তাদুনা চাহি তকুক হৌজিন্নখ্রে। অদুগা কছাব অমসুং সীলেট্তা চৌরাজিৎ অমসুং গম্ভীর সিংহগী বৃটিশ ঈষ্ট কম্পনীদগী মতেং লৌননবগী লমজেন অমদি ফিগ্রী হৈবা অমগী হফম্ত্রি লীলগী পাউশিংস তাবি। গম্ভীর সিংহনা লমজেন থোইবগী শা পানশিদনা য নংশবগী নানু লপ অমা, মহাক্কী মমিংদা "বাজা গম্ভীর সিংহ লেভ" থোন্দুনা খৃঃ১৮২৫কী এপ্রিল থাদা, অবা / ব্রাম্মণশিংনা চহিসিগী ...নবাইদা মাযাক অম্মদগী কছাব তম্না যুজিল্লকপ [লংচাম. ১৯৭৮, ২০]দগী লান বৃটিশশিংনা শোক্লা শোক্লনা মখোযগী ওইজবা ফংনবগা মিংযে দগা মতেং পীদুনা খোঙমী ৫০০ (চামঙ্গ) অমসুং শংগোল লান্নী ৪০না শাবগা বৃটিশ ওফিসার অমনা লান্দম্বীবা অমসুং লানজংবসি লাংখৎখ্রে [মহক্কীসিদ, ২১]।

মৈদিংগুচা নরসিংহনা পাউ পুম্নমকাস তাবগা মহাক্কি মমাম্নবা মৈতৈ নিংথৌমচা অমসুং নিংথেমচাশিংগী মীবক তীনবা ঙমদ্রেকো খল্লুবদা মথবাই নুংঙাইমন্দদুনা মহাক্কা তান্নবিবা তুলাবামনাচিংবদসু কবিসু ৱা হৌদোক্লুদনা মতোমতা কবি তৌশিগে, হাযনা খল্লক্লম্মী। অবাশিংনা কছাবদা তকাশল্লক্লিবা, কছাবগী টিলাইন্নচিংবদা তেঙ্গোল শাদুনা লৈরবিবা, "মানপুবগী অততায ওইনা চৌবজিৎ, মার্জিৎ অমসুং গম্ভীবসিংহ হিংনা পীযু, হাযদুনা অবা নিংথৌ বো ডোআ-প্রনা হাযবিবা, অসিনচিংবা অৱাশিংগী মপাঙ্গলগী ফিবমসিদা মমা লৈপাক হন্দোকপা ঙমখিগদ্রা নত্রগা ঙম্লবোযদা হাযবগী পল্লেফম খণ্ডবা ঙম্লক্রে। চহিসিগী (খৃঃ১৮২৪গী) মার্চ তাবিক ৫দা বৃটিশ ঈষ্ট ইন্দিযা কম্পনীগী গভর্ণব জেনবেল লোর্ড আমহষ্ট (খৃঃ ১৮২৩ ২৮)না বর্ম্মগী মথক্তা লান তৌবে" হাযনা লাউথোকখ্রবসু মায পাকপগী খোঙথাং অমা ফাওবা পুবক্ক্রি।

ৱাফমশিংসি খল্লুবগা মহাক মতোমতনা লাই-ৱাযেনগী খেন-চাং যেংলগে হাযনা লেপ্লদুনা "কছাবগী খোইবেন পাৎ অসি মহাক মথন্তনা, অমুকসু ঈস্তোপ (ঈশীৎ-তোক = Bail/Bale) লেঙ ওন্দবা শীৎপা ঙম্লগনা মৈত্রবাক হন্দোকপা ঙম্লোয," হাযবা পাদম অমসুং চাংদম থন্নদুনা খোইবেন পাৎ অদু ঈশীৎপা হৌগৎখি। মনাইদুগী অযুংবা পুক্রীঙদু শ্রীগোবিন্দনা কছাব সোনাইগী ডুঙ্গুবীপাবাদা লৈবিঙৈসিদা উবীবা মাল্লে, মনাইনা নীঙজবা লেঙওন্দনা পাত্তু ঈশীৎপা ঙমহনবিখি। মসিনা ঈবুংশীজ নবসিংহগী ৱাখলদা থৌনা অমদি হাপ্পীবম্মী।

ঈবুংশীজ নবসিংহ, মহাক্কী লাই-ৱাযেনগী চাংযেংদুদা মায পাক্লবসু মহাক মশানা চত্তুনা "বাজা গম্ভীবসিংহ লেভী"দা মিং চল্লুবদি ঙমদ্রি, কবম্না লাইবেন্না মগুন ঙাক্লোযদবগে' হাযনা খল্লি। অদুনা কছাবী লাল্লুম্লিবা তুলাবামগী অচেৎ-অকোমগী তেংবাংবা, মতমদুগী বাজনিতিগী ঈ পাউ তাশিনবা অমসুং ৱাবী শান্নদুনা খন্ন-নৈনবদুদা অদুম চর্থবি। অদুবু ৱাখন্দদি মমা লৈপাকপু কবম্না হন্দোকপা ঙম্লগদবগে হাযবা বাফমসিদা ৱাখল লম্মাঙনদুনা লৈবি। মতমসিদা চহিসিগী আগষ্ট থা চঙশিল্লকপদা ঈবুংশীজ গম্ভীবসিংহনা মহাক্কী লেভীসি যুবোপীযান ওাফসাব অমনা দ্রিল তম্বী, লান্দম্বী, খুৎশু খুৎলাইনচিংবগী লমজিং লমতাকপী অমসুং অশোয-অঙাম শেম্বী শাবী হাযদুনসু থাজনীঙঙাই ওইববা মৈতৈ নিংথৌমচা, নিংথেমমচা নত্রগা লীংজেল পাল্লবা অকন অগৌ অমনা লুচিং'পুবেন ওইনা মৈতৈগী ওইনা যেংশিন-খোৎচিনবা, খুৎশ খুলাই তম্বী-তাকপীবা, অসিনচিংবগী মথৌ চঙঙি, হাযনা চেৎনা থাজবম্মী। অদুবু অদুগুম্বা থাজনীঙঙাই ওইববা মীশর্কাসি খনবদা খব লনা থোকই, যুমজাও তাবনা অৱাদা চঙজফম লৌখ্রিবসিদা হেবাচন্দ্র 'গুম্ব' দেশভক্ত থিবদি খব ৱানা থোক্কনি। অদুগা লেভীসি লান-ওবাযবা অমসুং তম্বা বাৎলি, লান হৈত্রি হাযদুনা চহিসিগী ফেব্রুৱাবী-মার্চতা অৱালান যাওহল্লমদবনি, মতুংদদি খব ফিবম ফগৎলদুনা মসিগী শা-লান অমসুং লৈঙাক লৈকনগী থবকশিং অসুম হেনগৎলক্লম্মী। মতমসিদা নবসিংহবু নীঙশিঙল্লক্লম্মী।

## (৩)গম্ভীরসিংহ-নরসিংহ উন্নবা

বাজা গম্ভীবসিংহ (বৃটিশনা পীবা "বাজা" মিংথোন্নি) অমসুং ঈবুংশীজ নবসিংহ মৈতৈ নিংথৌবেল গবিবনৱাজ মহাবাজ (খৃঃ১৭০৯-৪৮)গী চাবোন-শুবোন্দা মশূ-শূথাং ওইবা মৈতৈ নিংথেমচা শাগৈগী মচীন-মনাউনি, চহিদা বাজা গম্ভীবসিংহ ঈবুংশীজ নবসিংদগী চহি ৪ / ৫ বোম হল্লি অমসুং অমনা অমবু যাম্না মুন্না মশক খঙনবা

নিংথেমচাশিংনি। বাজা গম্ভীব সিংহনা মহাকপু নীঙশিঙলকখিবা মতমদুদগী হৌনা নবসিংহ কদাযদা লৈবিবগে, কবি তৌবিবগে, কনা কনাগা তীন্নবিবগে, হাযবর্নাচিংবাদি থিগৎপা হৌখ্রবনি। মহাক্না থিবকপসিদগী নবসিংহসি কছাবগী খোইবেন পাৎপানগী খোইবেন খুন্দা মহাক্কী থাজনীঙঙাই ওইববী তাল্লোই ৱাহেংঙাগা লোইননা লৈবি, মহাক তুলাবামগী সঙ্গ মনুংদা চন্দুনা নুমিৎ খুদিংগী মখোযগা উন্নবা নুমিদাংৱাইবমদা চৎখ্রগা যাচঙবা মতুংদা খব থেংলপ্লা মযুমদা হেক হেক হল্লকই, হাযবনচিংবা ঈ-পাউসি ফংলম্মী। বাজা গম্ভীবসিংহনা মহাক্না পাল্লিবা থবক্তুদা ঈবুংশীজ নবসিংহদগী হেন্না মতীক চাবা মী অমা অমুক লৈববোয হাযনা খনখ্রে অমসুং মহাকপু যাবিবা মখে থুনা উন্নদুনা ৱাবী- ৱাতাই শাননবা লেপখ্রে।

খৃঃ১৮২৪সিগী আগষ্ট থাসিগী তাবিক ৭তা বাজা গম্ভীবসিংহনা মনাই মশন, থৌগল-লাঙ্গন নত্রগা লোইযিন-খমযিন অমতা লোইনদনা ঈবুংশীজ নবসিংহনা মযুমদা হল্লক্কদবা মতমদুদা লম্বীদা ঙাইদুনা লৈবম্মী। ঈবুংশীজ নবসিংহসু মহাক্কী হেক হেক হল্লকপা মতমদুদা মনাই-মশন কনাসু যাওদনা কবিসু অকি-অথুকপা লৈতনা হল্লক্লম্মী। মহাক্না বাজা গম্ভীবসিংহনা লেপ্লিবা মপা অদু যৌবকপদা "ঈনাউ নত্রা" হাযনা বাজা গম্ভীবসিংহনা কৌবকখি। ঈবুংশীজ নবসিংহনা খোঞ্জেন্দু খঙলবসু - "কনা ওইববনো" হাযনা খুম্লগা চঙশিন্নবকপদদি শক খঙলকপগী মতৌদা - "এঃ যাম্বুংশী ওইবীববোইনা" - হাযনা ব্যবহাব উৎলগা থাঙখুমদগী থাঙ শৎকে হাযনা তৌবম্মী [গঃচঃশঃ,X,৩০]। বাজা গম্ভীবসিংহ তপথনা- "ঈনাউ ঈবুংঙো! থাঙদু অমুক্তা থাপ্লা থমখো! হৌজিক্কী মতমসিদা মৈতৈগী মী অমা মাঙবা হাযবসি, ঈমা লৈপাক্কী মশা শাগন তেকহনবনি।"- হাযনা হাযবকপা ৱাহৈদুদা ঈবুংশীজ নবসিংহ তুমিন্না উযুঙগুম লেপ্তুনা লৈবম্মী। বাজা গম্ভীবসিংহনা ঈবুংশীজ নবসিংহবু মখা তানা থেমজিন্দুনা, মখোয অনিগী মমাঙগী বাফমবু লাযনা চমথোক্লগা মতমদুদা মখোয অনিগীদা নত্তনা মৈতৈ পুম্নমক্কী মমাঙদা তাদুনা লৈবিবা মমা লৈপাক মনিপুবগী অমসুং মজাতি মৈতৈশিংগী ওইবা থবকশিংগী ৱাফমদু পুথোক্তুনা খন্ন-নৈনবগী থাক্তা পুখৎলক্তুনা ঈবুংশীজ নবসিংহবু মমিক্তগী মপী তাহনখি। মচীন-মনাউ অনিমক্কী পুক্কীঙ কিশি থোক্লদুনা তাইশিন্নববা মতুংদা পুকচেল-খোযজেন তীন্ননা মাগী মাগী পুক্কীঙগী ৱাফম ফোংদোক্লবম্মী। ঈবুংশীজ নবসিংহনা মহাক্কী লাই-ৱাযেল চাংযেং(Ordeal-test)তা খোইবেন পাৎ ঈশীৎখিবা অমসুং "লেঙওন্দবী পাৎ" ওইহনখিবনা মহাক্কী ৱাখন্দসু মৈত্রবাকপু শোযদনা হন্দোকপা ঙমগনি, হাযবগী থাজজবা লৈবিবদু পাউদমখি। নুমিৎসিদগী মবৈপাক অমসুং মজাতিগীদমক্তা

কথোক্লবা ঈবুংশীজ নবসিংহদি অদুম্মক থরাই-হকচাং পুন্নমক খাক্তনা কথোকখ্রে। ঈবুংশীজ নবসিংহসি ময়ুমদা হন্দনা মযাম্বুং বাজা গম্ভীবসিংহগী থৌগল তৌদুনা চৎখ্রগা ঈবুংশীজগা অদুম লৈমিন্নখ্রে [মথক্কীসিদা, ৩১]।

ঈবুংশীজ নবসিংহনা মযাম্বুং বাজা গম্ভীবসিংহগী ম্নানাক্তা নুমিৎ হুম্নি লৈদুনা তমথীববা ম্রাম্মা / ম্যাম্মা, মৈতৈ জাতিগী তঙ তানা যেক্লবা ওইববা জাতিসিগী মখুত্তগী মমা লৈপাক মনিপুববু হন্দোক্লবগী থৌবাংদা শীল্লিবা খুজীন- থৌশিন, মসিগীদমক্তা বৃটিশ ঈষ্ট ইন্দিযা কম্পনীদগী তেংবাং পুন্নমক লৌবা অমসুং ফংলিবা পুন্নমক শুগাযনা মযাম্বুংনা লীদুনা তাবম্মী। অদুগা হোৎনবিবসিগী পান্দম ফংননবা মৈতৈগী লান্মী লুপ, বাজা গম্ভীবসিংহ লেভী" কৌবসিগী সিফাইশিংবু ম্রাম্মাগী ফ্রন্স, পোর্টি জর্নাচংবনা ট্রৌনং পীববা লান্মী লাল্লোইশিংবু লান্না তৌনবদা নোপ্পুনবা অমসুং মখোযবু মাযথীবা পীননবা শেমগৎ শাগৎনবা, লান্মীশিংবু তম্বী তকপীবা অমসুং নীঙথিনা যেংবী লমচিংবীনবগী মহাকপু বাজা গম্ভীবসিংহনা থিলকপনি হায়বসি ঈবুংশীজ নবসিংহনা খঙহল্লম্মী মহাক্লা মহাক্কী মথৌগী মথক্তে পামজবা থবক্কী মখুন ফংনর্দাসদা মাযথোঙ মকা লাম্না নোম্বুনা মম মৈতৈ লৈমবু খুকমর্ভাখবম্মী।

বাজা গম্ভীবসিংহ অমসুং ঈবুংশীজ নবসিংহ অনানা নাম্নং হর্নি লৈমিন্নদুনা বানম পুন্নমক মমুং তানা ঈবুংশীজ নবসিংহদা খঙহল্লনা মতু দ বাজা গম্ভীবসিংহনা ঈবুংশীজ নবসিংহবু ঈষ্ট ইন্দিযা কম্পনীগী চনাং নোংপোক লমদমগী ডেপ্টকটরস ওইবিবা সীলেটতা মাযকৈসেম্নগী থবক পুদনা লৈবববা বৃটিশ ওফিসারশিংগা মনাক্তা পদনা পুংলগা শকখঙ মাযখঙনহল্লে। হায়রিবা মতম অদবাইদা কুচ বৈবা বৃটিশ মচাশিংনা কুচু মুবা ভাবত মচাশিংবু ঈকাই খুম্নবা অমসু, ঈকাই খুম্নবা উৎপাস যাম্না তাঙনা থোকলম্মী মখোযনা ভাবতমচাশিংবু মানাই মীশক্তলপুম্না লোইনবম্মী। অদুবু মখোযনা নাপু মচু চঙবা কুগী মা ওইশিং ওইবিবা মীশিংবদ ঈকাই খুম্নদবা তৌবমদে, মাস মমাঙগুদা মার্কো পোলোনা চাইনাদা লৈবম্না ১৩শুবা শষ্ট কুমশীঙ চাদুদগীনি। অদুগা মখোযগী মবক্তস মথৌনা মবীংজেন লৈবা মীবৃদি ভেন্না ঈকাই খুম্নদবা থক তৌবমদে। মবম অসিনা মথৌনা-মবাংজেন, শা লানগী মবৌশিঙ, মহৈ অমসুং অখঙ কনবা লান্মী লীংজেন্না চৎপা বাজা গম্ভীবসিংবুদি মতম পুন্নমক্তা তবাম্না ওক্তুনা ঈকাই খুম্নবম্মী। অদুগা মখোযগী বাজা গম্ভীবসিংহনা ঈবুংশীজ নবসিংহব লু-না অমসুং চেৎনা তৌবগী মতৌসিনা মখোযনা ঈবুংশীজ নবসিংহবু ঈকাই খুম্নদবা ঙল্লমদে। হাযবিবা গম্ভীবসিংহ নবসিংহ অনি পুন্না সীলেটতা লৈমিন্নখিবা নুমিৎ হুমনিসিগী মনুংদা নিনি চনবা (আগষ্ট ৯) নুমিত্তুদা বাজা গম্ভীবসিংহনা ভাবতবর্ষগী গোভনব-জেনবেলগী এজেন্ট অমসুং

সিলেটকী মেজিস্ট্রেট ডেভিড স্কোট, মিঃ টক্কবনচিংবা বৃটিশ ওফিসাব ময়ামগী মমাঙদা ঈবুংশীজ নবসিংহবু বাজা গম্ভীবসিংহ লেভীগী কম্মাণ্ডিং ওফিসাব (Commanding Officer) হাপখিবম্মী[মথক্কীসিদা,৩২]।

## (৪)কম্মাণ্ডিং ওফিসার ট্রেনিং

ঈবুংশীজ নবসিংহবু বাজা গম্ভীবসিংহ লেভীগী কম্মাণ্ডিং ওফিসাব হাপখিবা নুমিৎসিগী মথংগী নুমিত্তা বৃটিশ ওফিসাব/ এজেন্ট মিঃ টক্কবনা ঈবুংশীজ নবসিংহবু ম ীকচাবা কম্মাণ্ডিং ওফিসাব অমা ওইহন্নবগী বৃটিশ অমসুং অন্তবজাতিগী লাম্মীগী পবীং পথাপ [The trend and trait of Miliary service in the British and International Army ]কী ওইনা লৈবিবা ড্রিল,পেবেট(Parade),মখল-মখা অযাম্বা নোংমৈশিংগী মহৈ-মশিঙশিংগী মথৌ চঙলিবদুগী ব্রাফম পুখৎলক্কম্মী। হাযবিবা ট্রোনংসি মতমদুদা ঢকা / ধকা (হৌজিক্কী বাঙ্গলাদেশকী কোনুং Dhaka)সিদা তৌবম্মী। পুখৎলক্লিবা বাফমদুদা মতমদুদা ওইবিবা অহানবা এঙ্গো বর্মীজ বাব (খৃঃ১৮২৪-২৬)গী মতম-তাঞ্জাগী অচিনবা লৈবনা ঈবুংশীজ নবসিংহবু হাযবিবা মথৌ চঙলিবা লৌশিঙশিং অমসুং মহৈ মশিঙশিংসি ফংহন্নবগী মওং মতৌসি যাম্না অতেনবা মতমগী ওইনা ভম্বা তাকপীবগী তংকক অমা ওইনা ফংহন্নবগীদমক্তা ধকাদা থা অমগী ওইবা মতম তাংকক্কা যাওকুনবা পন্তদনা থাবম্মী। ঈবুংশীজ নবসিংহনা ধকাদা সেপ্তেম্বব থাদুমা লৈদুনা হাযবিবা নোংমৈ মখলশিংগী মহৈ মাশঙশিংগী মঙাল ফংখিবম্মা[মথক্কীসিদা,৩২]। অসুম্না ঈবুংশীজ নবসিংহসনা লাম্মীগী মহৈ-মশিঙসিদা বৃটিশশিংগী কম্মাণ্ডবশীপ (Commander-ship)কী ট্রেনিং, মরু ওইনা, নোংমৈ মখল- মখাশিং, অবিবা অমসুং অনৌবা মখল পুম্নমক্কী ট্রেনিংগী লৌশিঙগী মঙাল খ্বাইদগী ঈহান হান্না ফংখিবা মৈতৈমচানি।

## (৫)ঈবুংশীজ নরসিংহনা টিলাইন লান্দা উৎখিবা রাজভক্তি অমসুং হৌন'- খঙবা

ঈবুংশীজ নবসিংহনা খৃঃ১৮২৪ সেপ্তেম্বব তা অসিমা ধকাদা মিলিটবী / আর্মী কম্মাণ্ডিং ওফিসাবগী ট্রেনিং যাওকবগা ট্রেনিং লোযদুনা সীলেটতা হল্লক্লগা যাত্রাপুবদা বাজা গম্ভীবসিংহ লেভীগী বেজ হেডকার্টবসতা চৎখিদুনা লেভীগী কম্মাণ্ডিং ওফিসাব ওইনা মথৌ পাযদুনা অমসুং লেভীগী থৌদাং লৌদুনা যাত্রাপুবদা লৈখিবম্মী। ঈবুংশীজসি লাম্মী ওইনা পোক্লকপনি অমসুং লাম্মীগী পুক্সি ওইনা হিংখিবনি। মবম অসিনা

ঈবুংশীজসিনা মনিপুরবু চহি তরেৎ খুন্তাকপদগী কনবা অমসুং হন্দোকপদা, মৈতৈগী অমদি মনিপুরগী মিং-দা থীবদগী কন্ননবা অমসুং কোকহন্নবগী লমদাংশিংদা লৌখিবা থৌদাংসু লাম্মীগী থৌদাংনি অমদি লান্দা-লানকনগী ওইবা লাম্মীগী লাল্লোংগী শীল্লম- শীনথোঙদনি। অদুগা খ্বাই-ময়াম পুন্দুনা মীয়াম্না লৈপাক্কী, জাতিগী নত্রগা ময়ামগী / অপুনবগী ওইবা থবক অমা তৌরকপা নত্রগা পাংথোক্লকপা মতমদা থবক্কুগী মহৈ নত্রগা থবক্কু পাংথোকপগী নত্রগা মায়পাকপগী / ঙম্বগী মিংচৎসি থবক্কু লুচিংলিবা মীশক্তুদা পীবা, মহাক্না তৌবনি, মহাক্না পাংথোকপনি হায়বসিদি নীঙশিঙবা থোক্রবা মতমদগী মালেম-পৃথিবীসিগী জাতি পুম্নমক্কী চৎনবী ওইদুনা লৈরিবনি লৈরবনি। ঈবুংশীজ নরসিংহনা অৱা লাম্মী চা কয়া হাৎলবসু লানঙম ফিরাল য়ুংখিবদি রাজা গম্ভীবসিংহনি, মরমদি মহাক্কী লুচিং' মখাদনি মৈতৈ লাম্মী সিফাই ৫৯৪গী লেভী লীংখৎখিবা অমসুং কছারগী যাত্রাপুর হেডক্কার্টর্সদগী খোঙহৌবক্তুনা মনিপুব খোঙনেৎনদুনা লৈরিবা অৱা লাম্মীশিংবু তাম্থোকখিনবা লাকখ্রিবদু।

ঈবুংশীজ নরসিংহনা বাজা গম্ভীর্বসিংহ লেভীগী কম্মাণ্ডিং ওফিসাব ওইনা থবক পাযদুনা মহাক্কী মিযেং অমসুং লমজিং-লমতাক্কী মখাদা লৈরকপসিদা বৃটিশ ওফিসার্বশিংনা লেভীসিগী লাম্মী ওইবদগী থাক অদ্ হান্নগী চাংদগী হেনগৎনা ফগৎলকপা উবর্ম্মী অমসুং মখোয়না লেভীসিদা থাজবা থম্ললদবদু মাঙখিরম্মী। অদুগা খৃঃ ১৮২৪সিগী ওক্তোবব থাগী লোয়বমদায়দা ম্রাম্মাশিংনা কছারদা চথরিবা মখোযগী লাল্লোং হোংদুনা কছারগী নোংপোক্লোমগী মতায় ওইবপ্না লৈবা "দূটপাতলী" হায়না কৌবা সহর মচা অমা খুদুম চর্নশিল্লগা মখোয়গী লানবন লীংখভ্রনা তেঙ্গোল শাবগা লৈখিরম্মী। বৃটিশকী সীলেট ফ্রোন্টিযাবগী ওথোরিটিনা দুটপাতলীদা লৈরিবা ম্রাম্মাগী লানবন / মহুমসি থুগায়নবগীদমক্তা বৃটিশক্কী লাম্মী মপৈ অমা লেফটেনেন্ট কর্নেল বাউনবু লুচিংহন্দুনা কছাবদা লাক্লগা যাত্রাপুবদা বাজা গম্ভীরসিংহ লেভীগী মনাক্তা লানবন শেমগৎলগা তেঙ্গোন শাদুনা খৃঃ ১৮২৫গী জানুৱারী হৌগৎলকপদগী লৈরম্মী। মখোয় অসি দুটপাতলীদা লৈরিবা ম্রাম্মাগী তেঙ্গোল অদুদা সীলেটতগী লাক্লগা খৃঃ১৮২৪গী ডিসেম্বর তাদা লান্দাদুনা ম্রাম্মাগী তেঙ্গোলবু থুগায়রুনবা হোৎনরুবদা ঙমদদুনা হন্দোক্লক্লগা লাম্মী থোমজিল্লকপা ঙাইদুনা লৈরিবনি। অদুনা খৃঃ১৮২৫গী ফেব্রুৱারীগী তারিক ২৭তা সীলেট ফোন্টিয়ার ইনফেন্ট্রীগী কমান্দেন্ট কর্নেল ইন্নস [মহাকসি খৃঃ১৮২৪গী রাজা গম্ভীরসিংহ লেভীসি হৌদোকলকপা মতমদা, মহাক্না লেফটেনেন্ট-কর্নেল ওইরিঙৈদা লেভীসিগী মকোক থোংবা ওফিসার ওইনা লৈরম্মী (কঃ ১সুং

বঃ, ১৯৯০, A-IX)] না অচৌবা লান্মী মপৈ অমা পুদুনা যাত্রাপুব যৌনা লাক্লগা হান্ননা যাত্রাপুবসিদা লৈববা লেফঃকর্নেল বাউনগী লান্মীশিংদুগা পুনশিন্নখিবন্মী। মসি, দুটপাতালীদা লৈবিবা ম্রাম্মা লান্মীশিংদু তকথোক্লনবগী পান্দমর্দনি।

বৃটিশগী যাত্রাপুবদা লৈবিবা লান্মীসিনা দুটপাতলীদা লৈবিবা ম্রাম্মা-লান্মীশিংদুগী মথক্তা লান্দাননবগী থৌবাং তৌনবিঙৈদা ম্রাম্মা লান্মীশিং অদু দুটপাতলীগী লানবন থাদোক্কুনা মনিপুববোমদা লান হন্দোকখিবগী পাউ তাথন্মী। অদুদগী থীন্থদনা বাজা গম্ভীবসিংহ লেভীগী কম্মাগুং ওফিসাব নর্বসিংহগা লোইননা চৎমিন্নদুনা ম্রাম্মা লান্মীশিংগী খোঙ্গুল লীবা অমসুং মতুংদা ইন্নদুনা লান্দানবগী পাউ তাবন্মী। পাউদু ফংবদগী বাজা গম্ভীবসিংহ লেভীগী সিফাই ৫৯৪দু পুবদুনা মখোযগী কমান্দেন্ট ঈবুংশীজ নর্বসিংহ অমসুং লানজিংলেন-পুবেন বাজা গম্ভীবসিংহ থুনমক লাক্লগা বৃটিশ লান্মীগা লোইননা ম্রাম্মা লান্মীশিংগী খোঙ্গুল লীবক্লন্মী। হার্যবিবা মতর্মসিদা লন্বী থোংগী খুদোংথীবা, নোং-চীংগী ফিবম ফত্তবা, অসিনর্চিংবা মবম খবদগী বৃটিশ লান্মীশিংদুনা লেঙম-শানঙমদবদগী ম্রাম্মা লান্মীশিংদু তান্নবা ফংলমদে। অদুবু মখোযনা হল্লক্লবা মতমদা শিলচব সহবগী খাবোমদা লৈবিবা টিলাইন কৌবা চীঙ অদুগী চীঙথক্তা ম্রাম্মাশিংগী অচৌবা লান্মী মপৈ তেঙ্গোল শাদুনা লৈবে হাযবা পাউ ফংলন্মী। পাউ অসি তাবদা বৃটিশ লান্মী লাঞ্জংলেন অনি অমসুং মৈতৈগী লেভীগী লাঞ্জিংলেন অনি পুন্না ফম্মিন্নবগা বা তান্নখি। অসুম্না খন্ন নৈনববা মতুংদা লাল্লম মাযকৈ যেন্থোক্লদুনা বৃটিশ লান্মীগা বাজা গম্ভীবসিংহ লেভীগা পুন্না টিলাইন্দা লান্দানবা চঙশিল্লক্লন্মী। মৈতৈগী মাযকৈনা নোংচুপলোমদগী অদুগা বৃটিশকী মাযকৈনা নোংপোক্লোমদগী লান্দনবা লানথোঙ শীন্নদুনা লাল্লম অনিমক্কা মতম তাঞ্জা যেংনবগা ম্রাম্মা তেঙ্গোন তম্না চঙশিল্লক্লন্মী। মৈতৈগী লেভীগী মনুংদসু বাজা গম্ভীবসিংহনা অবাং মাযকৈ অর্মদি লেভীগী কম্মাগুং ওফিসাবনা মখা মাযকৈ পুদুনা লাল্লম শমজী খাযদুনা লাঞ্জঙলক্লন্মী। মচীন-মনাউ কাযনবমদাযগী মতমদা হাযনখিবদি লান মায পাক্তুনা মাগী মাগী মাযকৈদা লান লোযববদি মৈ থাদুনা মৈখু নোংমদোন্দা কাহল্লক্লগা মাযকৈদুগী লান লোযবে খঙনসি, হাযবসিনি। ঈবুংশীজ নবসিংহ, খোইবেন-পাৎ ঈশীৎঙৈগী মতমদা মখুৎনা ফংনা অৱা / ম্রাম্মা মচাশিংগী মঙক কক্লীঙখিবদু নীঙবা থুংলে, যেত্তা-ওযদা লৈবম্না অৱাশিং নোংমৈনা কাপথুবগা মমাঙদা চঙলকপা হাথেংনবা অৱা-লান্মী মশাগী থাঙশাং শক্তুনা মখুৎ পেন্নবা যাম্থুবে। মাযকৈ অদোমদা লৈবম্না অৱা লাল্লোইশিং পুম্নমক অৱাংলোমদা হাইগৎখিবনা হাইগৎখ্রে,

নোংপোকলোমদা তাখিবনা তাখ্রে নত্রগা অসুকপা উমং থিদুনা থল্লাই হিংনবা চেনখিবনা চেনখ্রে, অল্লা লাম্মীশিং অমতা লৈত্রে। মখোযগী কম্মাণ্ডিং ওফিসাবগী লান্দা লানচন্দা হৈ-শিঙলবা মতৌদুদা বাজা গম্ভীবসিংহ লেভীগী নোংমৈ পাযবা সিফাই ২৫০দু অশোক- অপন থোইনা যাওদনা ঙন্না লান লোযবদুনা হকচীক লাংবা ফংজবে। মতম অসিদা মচীন মনাউগী কাযনবমদাযগী ব্রার্তৈশিংদু তাহৌবা কম্মান্দেন্টকী বোডী গার্ডশিংনা মৈ হৌগত্তুনা অতিযাদা লান লোযবগী খুদম উৎলসি হাযবম্মী। অদুবু ঈবুংশীজ নবসিংহনা "হাযহৈদে" গুরুগী মতুং সেবক্লা ইনগদবনি, যাম্নুং শ্রীযুৎনা গুরুনি, যাম্নুংগী মৈখুনা অতিযাদা কাবক্ত্রিবা মখৈদি, ঐখোযবোমগী মৈখু কাহনবা যাদ্রি হাযনা খুম্নক্কুনা বাজভক্তি উৎলকখি।

মৈতৈগী অবাংগী লাল্লম বাজা গম্ভীবসিংহনা পূবা লাল্লমদসু থোইদোক্লা কুইনা চঙনা ব্রাম্মাশিংগা লান শোক্লখিবা নত্তে। মৈতে লাম্মীব উম্মীব্রবা হল্লম্বা ব্রাম্মা লাম্মীশিংদু মমিৎ মনা সেযবা যাদনা পু খাস অমবেম কাপ্লবল্লগা হাথেংননা থাঙ পাযদুনা যান্নবগী থাক্লদ লাকপদাদ হৈনহৌবা নত্তনা মখোযগী মথবাই হিংগনি হাযবগী থাজবা লৈবমদে। মবম অসিনা মখোযনা বৃটিশনা পুবিবা মাযকৈ নোংপোক্লোমদা থোমজিল্লগ মনিপুববোমদা চেনখিনবগী থৌবাং শেম শাবক্লম্মা। বাজা গম্ভীবসিংহনা মহাক্কী মাযকৈগী লান মায পাক্লে, অবা লাম্মী পেন্নবা হাৎলে, হাযবাস মনাউ ঈবুংঙো অমসুং মহাক্কা লোইনবিবা লেভীগী সিফাইশিংদা খঙহন্ননবা মৈ হৌগৎত্তুনা মৈখু কাহল্লকপা মতমদা টিলাইন চিঙ্গোনগী নোচুপ মাযকৈগী লাল্লমগী খা মাযকৈ পুবিবা শরুক্কুগীসু মৈখুদু পঙকান থান্নদনা থাগৎলকপগী অতিযাদা থোইনা খেন্নদনা কাখৎলকপদু বাজা গম্ভীবসিংহনা উবম্মী অমসুং থীম্ভদনা শমজী খাযনরুবা লাম্মা অনিদু বৃটিশকা মতেং পাংননবা পুনশিন্নবক্লবদা বাজা গম্ভীবসিংহনা মনাউগী পুক্লাঙ থৌগৎনা - "কযাম কুইবে ঈনাওগীদি লান লোযবা?" হাযনা পাউহংবীবকপদা মনাই সুবদাব অমনা - "ননাই ঐখোয পুংমুক (মৈতেগী পুং ৬৪না নোংমা শাবা পুংদুনি) ফাজবে- হাযনা খুম্লর্কখি। পাউখুমদুদা বাজা গম্ভীবসিংহনা মনাউ ঈবুংঙো নর্বাসিংহগী লাল্লুপ্তুনা মাগীদগী যাম্না হান্না লান লোযখি, হাযবসি খঙখিবম্মী, অদুনা মখা তানা তাকপীবকখি- "অদুগা কৈদৌ-ই, মৈখু থাগৎলক্তবদে?" বাহংদুদা মনাইশিংনা খুম্বা নুংঙাইববোয হাযদুনা - "ননাই ঐনা ব্যবহাব থোক্তে, হাযদুনা থাগৎহঞ্জদবনি" - হাযনা ঈবুংশীজ নবসিংহনা খুম্নলর্কখি। অসুম্না ঙাইহাক ঙাংনবগা বৃটিশকী মাযকৈবোমদা লৈবিবা ব্রাম্মা

লাম্মীশিংদুগী মথক্তা টিলাইনগী চীঙদোনশিংদগী নোংমৈ কাপ্পা হৌখ্রে। গ্রাম্মা লাল্লোই পুম্নমক শিবা নত্রগা খৈদোক্তুনা চেনখিবা হাযবাসদা লাম্থেংনবদা অযাম্বা লাল্লোইশিং নাকন অনিনা চপ্তুনা হাৎখিবম্মী [মহাক্কী ৱাবী অসি ঐবু তাকপী তম্মীবম্না জিঃ নন্দলাল শর্ম্মা পাবুংনা লীবীবম্বনি ]।

## (৬)মনিপুর হন্দোক্লবগী খোঙজঙদা নরসিংহ

টিলাইন লানফমসিদা বৃটিশকী ওফিসাবশিং মিঃ টক্কব, এফঃজেঃ গ্রান্ট, কেপ্তেন, আবঃ বিঃ পেম্বর্টন লেফটেনেন্টনচিংবনা বাজা গম্ভীবসিংহ লেভীগী কম্মাণ্ডেন্ট, ঈবুংশীজ নবসিংহ, মহাক্কী লেভীগী সিফাইশিং অমসুং বাজা গম্ভীবসিংহবু হান্না খঙলম্বদুদগী হেন্না যাম্না হর্কচিন্না খংখ্রে। মখোযগী মপান্না টিলাইনগী লানফর্মাস মায পাকপনি হাযবসি চপ চানা খনখ্রে। অদুগা গ্রাম্মাগী লাম্মীশিংনা টিলাইনগী লান্দা মাযথিবা অমসুং মখোয খবনা লানবন খাদোক্তুনা চেনখিবা অসিদগীদ অহেমগা লৈপাক, কছাব-দিমাসাগী লৈপাক, জযন্তিযানচিংবা লমদর্মাশিংদা লৈবম্বা গ্রাম্মা লাম্মীশিং তকথোকপা লোযবগা মওঙদা লাক্তুনা বৃটিশশিংগী ফিবম ফগাৎলক্লম্মী। অসুম্না এঙ্গোলো-বর্মীজ বাব (মার্চ,১৮২৪- ফেব্রুঃ ২৪, ১৮২৬)গী লালওঙ হোংলকপা অসিদা বৃটিশ ঈষ্ট ইন্দিযা কম্পনীগী গর্ভনমেন্টনা গ্রাম্মাশিংবু মখোযগা ফ্রোটিযাবদা অমুক হন্না কা হেঞ্জিল্লকপা ৎমদনবা বৃটিশকী অচৌবা লাম্মী মপৈ অমা শেম্নগা কছাব ফাওবগা মনিপুব তম্পাক্তা খাজিন্দুনা মফমদদগী গ্রাম্মাশিংব তান্না তান্নদুনা মখোযগী মবৈপাক্তা তানশিল্লগা কৈশুম ( কৈ ফানবা লাং)দা চঙহল্লগা ফাগে হাযনা খন্নদুনা হাযবিবসিগী থৌবাং লৌখৎলক্লম্মী। হাযবিবা লাম্মী মপৈগী তেঙ্গোল অসি শেম্মনবা অমসুং মশামক্তা লমজিংবা অমসুং লাঞ্জিংলেন পুবেন ওইনা থবক তৌননবা বৃটিশ ইন্দিযা বাজ্যগী অবাং নোংপোক থংবা ভাবতকী লমখৈ অমসুং ঙমখৈগী লুচিং-পুবেন ওইবিবা ব্রিগেডিযাব জেনবেল ("Brigediar-General" equivalent to "Major-General" at present) মিঃ শুলধাম (Suldham)বু থবক থীন্থদনা লৌখৎনবা গোর্ভনব- জেনবেলনা যাথং থোক্কলম্মী। মহাক্কা বৃটিশকী মাযকৈ অসোমদা অমসুং বঙ্গদেশতা লৈবিবা বৃটিশ লাম্মীশিংদগী খোমগত্তুনা যাম্না চাওববা লাম্মী মপৈ অমা শেমগৎলগা মদু পুদুনা খৃঃ১৮২৫সিগী ফেব্রুৱাবীগী মযায অদুবাইদা কছাব লৈপাক্কী বাঁসকান্দি কৌবা জিবী তুবেনগী মপান্দা লৈবা মফমদুদা অনৌবা

থৌবাংসিগীদমক্তা থুংলম্মী। বাঁসকান্দিসিদগী মহাক্না লান্মী তেঙ্গোন্দুগা লোইননা মনিপুববোমদা চঙশিন্নবগী থৌবাং-ঈবাং পুম্নমক শেম-শাবম্মী। অদুবু লম্বী-থোংগী ফিবম ফত্তবা, কুমগী নোংনা মতম ঙনখৎনা চহিসিগী ফেব্রুৱাবী থাসিগী অহানবা চযোন্দগী তাবা হৌবকখিবা অমসুং তীন-কাঙ কনখৎলক্কুনা লাইনা-তীন্নাশিংনা লান্দবা হৌবকখিবনা ব্রিগেঃ জেনঃ শুলধামগী হোৎনবা পুন্নমক্কু মহৈ যালহল্লমদে। মবম অসিনা মহাক্না খাঙবা যাবা খাঙলবা মতুংদা চহিসিগী মার্চ থাগী তাবিক ১১দা-"থৌবাংসিদা মহাক্কী উপায লৈত্রে, ওইথোক্লবোদবা থবক হাযবদু ওইবে"-হাযনা বৃটিশ ঈষ্ট ইন্দিযা কম্পনীগী সুপ্রিম এডমিনিষ্ট্রেটিভ কাউন্সিল(Supreme Administrative Council)দা রিপোর্ট থাখিবম্মী [ল ঃচ ঃ সঃ ,১৯৭০ ,২৩]অসুম্না বৃটিশ ওইনা লৌখৎকদবা থৌবাং অমসুং থৌশীলসিগী লানওঙ লৌখৎপা ঙমলোইদবগী মওং-মতৌদা লৈবম্মী।

## গম্ভীরসিংহ-নরসিংহগী মরান্নাইগী লাঞ্জও

বৃটিশশিংদি লল্লোনবা লাকর্পাননা তোকপসু যাই,অদুবু মৈতৈগী মমা-লৈপাক হন্দোকপগী বার্ফম্নিনা তৌদবা যাদে। অদুনা এঙ্গলো বর্মীজ ব্যবগী মনিপুবদা বৃটিশকী লান্মী থাজিন্দুনা মানপুব তম্পাক্তগী অবা /গ্রাম্মা লান্মী তাম্থোকখিনবগী থৌশীল-থৌবাংদা ব্রিগেঃ জেনঃ শুলধাম্না ওইথোক্লবোযদবা থবক্কি হাযদুনা বাঁসকান্দিদগী হনখিবদা অকাযবা লৈতে। অদুবু অসিগুম্বা তাঞ্জাসিদা খুদোংচাবা লৌদুনা মানপুবদা লান্দাবগা বর্মীজশিংবু তকথোক্কে, মনিপব হন্দোক্কে হাযবগী পান্দম অমসুং আশাদা মৈতৈগী লান্মী লুপ, লেভী লাংখৎলুবিবা অমসুং লেভীসিন শঙদুনা শেন্নবিবা বাজা গম্ভীবসিংহ অমসুং লেভীগী কম্মাণ্ডিং ওফিসাব ঈবুংশীজ নবসিংহ অনিদি শাথীনা নীঙবা কাযবম্মী। অদুবু হাযবিবা নাঙবা কাযবসিনা মখোযনিদা কবি তৌগদবগে হাযবসিগী লমদাংদা পল্লেপফম অমা ফংননবগী ব্রাফমদা লাক্লম্মী। মখোয অনিনা মখোযগী লেভীগী সুবেদাব, জমাদাবনচিংবা সিফাইগী ওফিসাবশিং অমদি সিফাইশিংদা হন্দক্কী খুদোংচাবসি মাঙহনবা যাদে, হাযনা খন্নদুনা লৈবম্লগা শুলধাম্না শীৎ-নাম্থোক্কুনা চৎখিবসিদা কবি তৌসিগে, মখোযবু শিসিবা, চঙশিবা নত্রগা হিংনা হিংনা শিখিসিবা, হাযবা ব্রাহংশিংগা লোইননা খন্ন-তানবম্মী। বৃটিশ হওবিঙৈগী তাঞ্জা, মখোযনসু হৌ-হৌ চোঙলুবিবা তাল্লক অমসুং অৱাশিংনা মনীঙ হল্লিঙৈগী মতমসিদা যৈহৌদনা কৈদৌঙৈ যৈগদৌবিবগে!

অসিগুম্বা তাঙনা লাকপা তাঞ্জাসিগী খুদোংচাবসি মাঙহন্নীঙদে, মযামগী কবি ৱাখল লৈবগে, হায়না বা হৌদোক্লগা মুন্না খন্নবগা মতুংদুদা মযামদু শিববসু, চঙলবসু মনিপুবদদি মযৌবম্লসি হায়না চপ যুংনা লেপ্লবে। মবম অদুনা মখোযনা ব্রিগেঃ জেনঃ শুলধামনা ঙমদ্রবা থবক্তু শোযদনা পাংথোক্কে, হাযদুনা বৃটিশ সীলেটতা লৈবিবা পুম্লমক্তুগী মমাঙদা চোংথোক্লক্লম্মী [মথক্কীসিদা, ৩২]। মৈতৈশিংনা পুখৎলক্লিবা ৱাফমসি মৈতৈগী মবন্নাই-ওইবা বাফমনিনা গর্ভনব-জেনবেলনসু মখোযগী অপাম্বদু মখোযনা পাম্বদুদা অদুম তৌজখিবদা কবিসু হাযনীঙঙাই লৈতদুনা থোইদোক্লা বা হাযবক্লমদে। অদুবু সীলেট হেডক্কার্টবর্সসিদা লৈবিবা বৃটিশ ওফিসাব লেফটেনেন্ট বোবার্ট বোইল্যা পেম্বর্টননদি মহাক বাজা গম্ভীর্বসিংহনা হাযবিবা লান্দা' খোঙচৎসিদা ঈবাং যেংবা মী (Observer) অমা ওইনা মখোযগা লোইননা চৎলুগে, মহাক্কী থবক্কী ছুটি পীবিযু হাযনা দবখাস্ত থাবক্লম্মী।

সীলেটতা লৈবিবা বৃটিশ ওফিসাবশিংনা মথক্কী হায়বিবা বাফমাশ্‌সিগী ঈ-পাউশিংসি বৃটিশকী সুপীম এডমিনিষ্ট্রেটিভ কাউন্সিলগা চৎনববা মতুংদা মনিপুবদা বাজা গম্ভীর্বসিংহ লেভীনা লাঞ্জঙবগীসু পেম্বর্টনগী ছুটির্গীসু অযাবা ফংলম্মী। মবম অসিনা বাজা গম্ভীবসিংহ লেভীগী লূচিংলেন অমসুং লাঞ্জিংলেন-পুবেন অমসুং কম্মাণ্ডিং ওফিসাব অমদি মখোযসিগী মখাদা লৈবিবা সুবেদাব ৫ (মঙা) জমাদাব ১০ (তবা), হবিল্দাব ১০(তবা), নাইক ২৫(কুনমঙা) অমদি শগোল লাম্নীগী সির্দাব ৪ (মবি), মখোযনা লাঞ্জিংলিবা খোঙমী ৫০০ (চামঙা) অমসুং শগোল লম্মী ৪০ (নিফু), পুন্না লাম্নীগী মী ওই ৫৯৪ (চামঙা মবিফুদ্রামবি) অমসুং লেফটেনেন্ট আবঃ বিঃ পেম্বর্টন মনিপুব হন্দোক্লবগী লান্দা-লাঞ্জঙনবা খৃঃ১৮২৫গী মে থাগী তাবিক ১৭তগী থোক্লকপসিদা [মতাংসিদা লেভীগী সিফাইশিং অমসুং ওফিসাবশিংসিনা যাত্রাপুব হেডক্কার্টসতগী বাঁসকান্দি লাক্লগা পুন্না মনিপুববোমদা লাকমিন্নখিবা মাল্লি] নোং যাম্না চুমনখিবনা অশম্বা লম্বীদা চৎপা যাদদুনা অকোযবা লম্বীদা লাকপগী মে থাগী তাবিক ২৩দা বাঁসকান্দিদা থুংলম্মী। হাযবিবা বাঁসকান্দিসিদা নোংমা (তাং২৪সি) ফাইবগা মে থাগী তাবিক ২৫দগী মনিপুববোমদা চঙশিনবগী খোঙচৎ হৌবকখিবম্মী। হাযবিবা খোঙচৎসিগী লম্বী পবীং অমসুং খোঙচৎকী ঈ-পাউদি:-

| মশীঙ | খোঙহৌবকফম | | অবাক্পা | | | থুংফম | | ম্নারোল |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| | থাবান | মফম | মাইল | ফর্লং | য়ার্ড | থাবান | মফম | |
| ১) | ২৫।৫।১৮২৫ | বাঁসকান্দি | ১১ | ৫ | ৬০ | | তাকমু নালা | |
| ২) | | তাকমু নালা (তুরেন) | ৬ | ৭ | ২০৪ | | জিবী নালা | |
| ৩) | | জিবি নালা (তুরেন) | ১১ | ৪ | ০ | | মক্রু(মকু) তুরেন | |
| ৪) | | মক্রু(মকু) তুরেনগী তম্পাক লম | ২ | ৭ | ১১৭ | | কালা নাগাগী খুনাল | |
| ৫) | | কালা নাগাগী খুনশিং | ৪ | ৪ | ১০৭ | | বরাক নালা তুরেন | |
| ৬) | | ববাক নালা (তুরেন) | ৭ | ০ | ০ | | কম্বুনগী নোংপোক থংবা নাকল | |
| ৭) | | কম্বুনগী নোংপোক থংবা নাকল | ৫ | ৭ | ৫৬ | | নোংবা (নুঙব) | |
| ৮) | | নোংবা (নুঙবা | ০ | ৭ | ৫ | ১৬।১৮২৫ | মুক্তিবোন কল | মুক্তিবোন কোনাদ নুমিৎ অনি লমন চৎপা য়াদদুনা ক্লাইখি। |
| ৯) | ৪।৬।১৮ ? | মুক্তিবান কান | ৮ | ২ | ৩৯ | | ইরং তুরেনগী থংবা তোর্বনল | |
| ১০) | | ইরং তুরেনগী যং থংবা তার্বন | ০ | ২ | ১৮? | | অবংখুন্দ তবা খুনশিং | |
| ১১ | | অব খুন্দ তাব | ০ | ৩ | | | এঈ নল তুরেন | |
| ১২) | | এঈ নালা তুরেন | ১ | ? | ১৭? | | নুনাই খুন | |
| ১৩) | | নুনাই খুন | ৫ | ০ | ১৬৩ | ৯।১।১৮২৫ | এঈ নালাগী [illegible] তার্বন | |
| ১৪) | ১০।১।১৮২৫ | এঈ নালাগী ঙই [illegible] | ১০ | | ১৯৭ | ১।১।১৮২৫ | মনিপুর তম্পাককী [illegible] | |
| ১৫) | ১১।১।১৮২৫ | মাকলং খুন | ১১ | | ৫ | ১২।১।১৮২৫ | কংলাদ লৈবব অবং [illegible] | |
| | | অপনব | ৯০ | ? | ২৩ | | | [illegible] |

খৃঃ ১৮২৫গী মে-জুন্দা গম্ভীবসিংহ নর্বাসিংহনা লুচিংবা বাজা গম্ভীবসিংহ লেভীনা মনিপুর হন্দোকপা লাকখিবা খোঙচৎকী ঈ পাত্রি: অসিশিংসিনি। মসিগী মনুংদা জিবি নালা / তুরেন্দগীনা মাকলং খুনা ফাওবগী অবাক্পা / অশাংবা মাইল ৮০ (মবিফু) (কিঃমিঃ ১২৮)গী লম্বীসি চীঙগী অকা-অকুম তৌবা তোংজৈ মবীন হাযবা চীঙগী / চীঙলক্কী খোঙলম্বীদুনি। অদুগা বাজা গম্ভীবসিংহ লেভীনা মাকলং খুন্দা থুংখিবা নুমিৎসি খৃঃ১৮২৫সিগী জুন থাগী তাবিক ১০ ইবাই নুমিৎ (শক ১৭৪৭কী ঈংঙাগী ২৪নি পানবা)তনি। মসি নুমিৎ ১৬(তবাতরুক)নিগী মনুংদা নুমিৎ ৩,(হুম)নি চুপ্পা নোং চুবনা চৎপা যাদদুনা লেপ্পগা অতৈ নুমিৎ ১৩নিদি অহিং ঙাইহাক ঙাইহাক পোথানবা নত্তনা লেপতনা চৎপা খোঙচত্তা লাক্লগা মাকলং খুন্দা থুংলখিবনি। অদুগা মথক্তা পীজবিবা মফমশিংসিনা অহিং লেকখিবা খোঙচৎসিগী মফমশিংদুনি।

## বাঁসকান্দিদগী মাকলং ফাওবগী খোঙচত্তা থেংনখিবা খোঙফমশিং

বাজা গম্ভীবসিংহ লেভীগী সিফাইশিং অসিনা কছাবগী বাঁসকান্দিদগী খৃঃ১৮২৫সিগী মে তাবিক ২৫দা জিবী নালা (জিবি তুবেন) লাম্হোক্তুনা লাক্লগা লক্ষ্মীপুবগী মনাক্তা লৈবা পাখী-কোমথী নত্রগা পাখী-কোমপুং ওইনা তৌবা মফমদু লাম্হোক্লক্লগা ববাক তুবেনগী অবাং থংবা তোর্ববানলোমদা লৈবা চীঙ্শাং অমগী পবীং ইন্না লাকখিবম্মী। হার্যবিবা চীঙশাংগী পবীং ইন্দুনা চীঙখোঙ-চীঙযাদা চৎপা লম্বীসিদগী হেন্দোক্লক্লগা জিবি নালা /তুবেনগী নোংপোক থংবা তোর্ববান্দা থুংখিবম্মী। মখোযনা মফমদুগী নোংপোক থংবদা লৈবিবা উমং-বামং (জঙ্গল) অদুগী মতাই অমদা পোখাবম্মী, চাক-ঈশিং থোংদুনা চাবগা উমংদুদা অহিং লেকখিবম্মী। নোং ঙাল্লগা হাযবিবা জিবী তুবেনগী নোংপোক্তা লৈবিবা উমংসিদগী চীঙ কাবা হৌদুনা চীঙগী চীঙলম্বীদা লাক্তুনা মাঙলোমদা চঙশিল্লকপনা চহিসিগী জুন থাগী তাবিক ১ (অমা)দা মুঞ্জিবোন কোনা হার্যবিবা মফমসিদা থুংখিবম্মী। মবম অসিনা চীঙলম্বীদু নানবনা চৎপা যাদবদগী মুঞ্জিবোন কোনাদুদা নুমিৎ হুমনি ফাইদুনা পনখিবম্মী। মখোযনা মুঞ্জিবোন কোনাদা থুংলবা জুন থাগী তাবিক ১ (অমা)সিদা মখোযনা স'লেটতগী পুবকপা চেঙজেন লাম্মীগী লানচাক চেঙজেন (Ration)অদু লোযথোকখিবম্মী।

চেঙ লৈত্রবদুদা বাজা গম্ভীবসিংহ লেভীগী লুচিং-পুবেন অমসুং লাঞ্জিংলেন পুবেন ওইবিবা বাজা গম্ভীবসিংহ অমসুং কম্মাণ্ডিং ওাফসাব ওইবিবা ঈবুংশীজ নবসিংহ অনিনা মুঞ্জিবোন কোনাগী চীঙলক্কী চীঙ্গোন্নুংদা খুন্দা-লৈতাবিবা, খুনবান লৈপাল্লিবা চীঙমী খুল্লাকপশিংগা ঙাংনা শানদুনা মখোযদগী চেঙ ব্বাল্লগা চাবা হৌবকখিবম্মী। চীঙমীশিং অদুনা হার্যবিবা চেঙদুগী মমলদি যাম্না হোঙলম্মী, অদুবু অদুক যাম্বা মী ৬০০ (চাতকুক) লোমদুগী চানবা চেঙ পুন্না হেক্তমক ফংবা হাযবদুদি বানা থোক্লম্মী। মবম অসিনা চেঙ ফংদবনা অযাম্বা চীঙলম্বীদুগী মফমশিংদুদা অব্বাবা নংলম্মী [গঃচঃশঃ,x,৪৪ (পেম্বর্টননা থম্লম্বা বেকোর্ডতগীনি)]।

খোঙচৎসিদা যাওবিবা বৃটিশ ঈষ্ট ইন্দিযা কম্পনীগী লাম্মীগী লেফটেনেন্ট আবঃবিঃ পেম্বর্টন্না লেভীসিগী সিফাইশিংগী অখাঙ কনবা অমসুং মখোযগী ব্বাখন্দা নীঙলিবদুনা পীবা থৌনা অমদি লীংজেন্না চাবা-থকপা ফংলক্তবা মতমদা মপুক্লীঙ ফাজিন্দুনা চবা হেন্দোকপা ঙম্বদুদা অঙকপা মতৌ অমা পোকখিবম্মী। মবম অদুনা মহাক্না অসিমসু হাযবম্মী-"গম্ভীবসিংহগী

লান্মীশিংদু মৈতৈ ঙাক্তনি, মখোয়দু [মথক্কী চেঙ ফংদবগী থৌদোক্তুদা] চাবোই-চাদবোই তৌরবা, নোং চুদুনা লম্বীসু ফংখিদ্রবা অদুমক্তদা কনা অমতনসু বেবা তৌনদে, হরাউ-হরাউনা অদুম চৎলি। ব্রাবনা চোকথববা মতম অদুদসু পোত্থাবা লৈতনা ঈরং,এয়ী,মক্রু / মকু তুরেন, হায়বিবা তুরেনশিংসি লাম্থোক্লবা উ য়াল্লগা থোং শাই"। মসিনি মরৈপাক হন্দোক্ল বগীদমক্তা চঙশিল্লক্লিবা রাজা গম্ভীরসিংহ অমসুং ঈবুংশীজ নরসিংহ অনিনা মৈতৈ নিংথৌ মচা ওইরুবগী থৌদাং।

মৈত্রবাক মনিপুরগী রাজা গম্ভীবসিংহ লেভীগী সিফাইশিংনা মখোযগী কম্মাণ্ডিং ওফিসার ঈবুংশীজ নবসিংহগী লমজিং অমসুং য়াথংগী মখাদা খৃঃ১৮২৫সিগী জুন থাসিগী তাবিক ১০গী অয়ুক অঙনবদগী এয়ী নালা / তুবেন খোংলমগী খা থংবা তোর্ববান্দগী মাঙলোমদা চঙশিন্দুনা মনিপুর তম্পাক্কী নোংচুপ ঈথং থংবা মতাইগী লমখৈ /ঙমখৈদা শন্দোক্লিবা চীঙ্গোনগী চীঙলোন পল্লংলা "লোইচীঙ ফৌওইচীঙ" হাযনা মৈতৈনা থোনবা চীঙজাওগী চীঙ্গোনগী চীঙ কাবা হৌদুনা মাইল তবাগা মাইল মশুঙ অমা(কিঃমিঃ১৬.৫৪)বোম লাপ্পা লম্বীদা চত্তুনা চীঙজাওসি লাম্থোক্লগা নুমিৎসিগী নুংথিলগী পুং ৩ (অয়ুক্কী পুং ১২)বোম তাবা মতম অদূবাইদা মৈতৈখুল মাকলংদা থুংখিবম্মী। মখোযনা হেক থুংবগা লেভীগী সিফাইশিংগী চানা-থক্লনবগী থৌবাং তৌননবগী থবক শীন্নবগা মখোযগী মকোক থোংবা লুচিংবা অমসুং লাঞ্জিংলেন অনিদুনা অবা / ম্রাম্মা লান্মীশিংনা মনিপুবগী তম্পাক লমদমগী কবম কবম্বা মফমশিং কবম্বা ফিবমদা লানবন নত্রগা তেঙ্গোন শাদুনা লৈবিবগে, মখোয়না (অবাশিংনা) কবি-কবি খুৎলাই পাযদুনা মখোয়গী লৈফমশিং, তেঙ্গোনশিংনচিংবদু ঙাক্লিবগে অমসুং কবম্মা শেন্নবগে লোইননা লাঞ্জাবিবগে, হাযবশিংসিগী ঈ-পাউ লৌনবা থবক লৌখত্তুনা লৈবম্মী। মখোযনা পাল্লিবশিংদু ফংখিবম্মী।

## অব্রা লান্দা-লাঞ্জঙদা নরসিংহ

মমালৈপাক মনিপুর উদ্ধাব (Liberation) তৌনবা লাঞ্জঙলক্লিবা বাজা গম্ভীরসিংহ লেভীগী লুচিংবশিংনা মাকলংদুদা লৈরিবা মৈতৈমচাশিং অদুদগী চান-থক্লবা থিবগী কোযচৎ-চৎলুবা লেভীগী সিফাইশিংদগী ফংলিবা পাউদি- ইম্ফাল কংলৈ(সহর)দগী খা-নোংচুপ্লোমদা মাইল ১২ (কিঃমিঃ১৯১)বোম লাপ্পা লৈরিবা খুন, ময়াং কৈনৌ(হৌজিক্কী নম্বোল মখাগী/ নোংচুপকী ওয়নাম কৈনৌ খুঙ্গং) অমসুং কৈনৌসিগী অতোপ্পা মায়কৈ অমরোমদা লৈরিবা চীঙমী খুন নুংঙাখুন হায়বা খুঙ্গং

অনিসিগী মফম অমমমদা অৱাগী লানঙাকপশিং অমসুং লাঞ্জাবশিংনা লৈননবগীদমক্তা লানবন মচা অনিখক শাদুনা অৱা লান্মীশিংনা শঙদুনা লৈবে-হাযবসিনি। লেভীগী লুচিং-পুবেন বাজা গম্ভীবসিংহ, লেভীগী কম্মাণ্ডিং ওফিসাব ঈবুংশীজ নবসিংহ অমসুং বৃটিশকী ঈবাং যেংবা লাক্লিবা ওফিসাব লেফটেনেন্ট আবঃবিঃ পেম্বর্টননা খন্ন-তানববা মতুংদা, লেভীগী সিফাই কাংলুপ অমনা কম্মাণ্ডেন্ট ঈবুংশীজ নবসিংহ মশামক্লা নুংঙা খুন্দুদা লান্দাদুনা অমসুং লেভীসিগী সিফাই কাংলুপ অমনা লেভীসিগী নাইক(Naik)পূর্ণা সিংনা মযাং কৈনৌদা লান্দাদুনা অৱা তেঙ্গোন থুগাযবা হাযনা লেপ্ল-যানবদ্না ঈবুংশীজ নবসিংহনা অৱাশিংগী মথক্তা লান্দানবগী অহানবা খোঙজগুগী খোঙথাং অমসুং লাঞ্জঙ পাযখৎখিবম্মী। মসিনা মনিপুবদা থোকপা মৈতৈ ম্রাম্মানা চহি তবেৎ খুন্তাকপদগী মনিপুববু কন্ননবগী অহানবা শোক্লবা লানসুনি।

মনিপুব হন্দোক্লবা শেমখিবা বাজা গম্ভীবসিংহ লেভীগী কম্মাণ্ডিং ওফিসাব ঈবুংশীজ নবসিংহনা লেভীগী সিফাই ২০০ বোম পুদুনা খৃঃ ১৮২৫গী জুন থাসিগী তাবিক ১০ (তবা), ঈবাই নুমিৎকী নুংথিল পুং ৩(অহুম) তাবা মতমদা ইম্ফালগী খা-নোংচুপলোমদা পৈবপ্লা লৈবা নুঙাখুন্দা অবাশিংগী মথক্তা লান্দাখিবম্মী। ঙাইহাক্কী ওইনা নোংমৈনা খুৎ থোক্লবদুদা অবা লান্মী খবদি হাৎতোকখি, অদুগা খব অমনা মখোযনা ঙাক্রম্বা লানবন মচাদু, থাদোক্কুনা চেনখিবম্মী। মখোয চেনখ্রিবা খবাস মৈতৈগী কোনংলেন কংলা মনুংদা লৌবিবা মতমদুগী কাঙজৈবুঙ (হৌজিক্কী মনং কাঙজৈবুঙ)দা শাবিবা মখোযগী অচৌবা অমসুং মপী ওইবা তেঙ্গোন্দুনা চেনাখ, হাযবাস মতুং তাবকপা থৌদোক্লা উৎল্লকখিবম্মী। মাযকৈ অমবোমদা নাইক পর্ণাসিং (লেমথোং লৈশংথেমচা পূর্ণানন্দ, কমপু হাওশী ঙমগা চিংবা [খাহিঙম্বা, ১৯৬৭, ৪৪])সু লেভীগী সিফাই কম্পনী / কম্পনী মবি পুদুনা মযাংকৈনৌদা নুংথিলগী পুং অহুম তাদ্রিঙৈদা থুংদুনা অৱা লান্মীশিংগী মথক্তা নোংমৈ কাপশিন্দুনা লান্দাখিবম্মী। মযাং কৈনৌগী লানফমসিদদি অবাগী লানবন শঙলম্বা লান্মী লাল্লোই অযাম্বা হাৎলম্মী। অদুবু খব অমদি লানবন থাদোক্কুনা চেনখিবম্মী। মযাং কৈনৌদগী চেনখ্রিবা অৱা লান্মী খবদুসু মখোযগী মৈতৈগী কোনুং কংলাগী কাঙজৈবুঙদা তেঙ্গোন শাবিবা অৱাগী মপুঙ অমসুং মপী ওইবদুদা চেনশিল্লগনি হাযবগী থাজবা লৈ। যেক্লবা ম্রাম্মা লান্মীশিংগী লমচী অনিদা শাবম্বা তেঙ্গোন থুগাকববা মতুংদা লাল্লম য়েন্নদুনা শমজী খাযদুনা চৎনখিবা বাজা গম্ভীবসিংহ লেভীগী সিফাইশিংদু মখোযগী লাঞ্জিংলেন অনিগা লোইননা মতম চানা মখোযগী মাকলংদা লৈবিবা তেঙ্গোন্দা হবাউনা হল্লক্কুনা থুংখিবম্মী।

## সিফাইশিংদা অখাঙ কনবগী মতৌ অমা

ঈমা লৈপাক হন্দোক্লবা হোৎনবদা ঐখোয়গী ঈঙক য়োল্লবনি হায়না রাজা গম্ভীরসিংহ লেভীদা সিফাই খল্লকখিবা মনিপুরী সিফাইশিং অদুদা অখাঙ কনবগী মতৌ অমা উখ্রিবসি মৈতৈ-ব্রাম্মা লান শোক্লবগী লানগী ঈরাং য়েংবা লাকখিবা বৃটিশকী মিলিটরী ওফিসার লেফটেনেন্ট পেম্বর্টন্ননি। মহাক্কী মমিৎনা উরিবা, দৃশ্যদু মখুৎনা কলম পায়দুনা মহাক্কী ডাইরীদা য়েকশিন্দুনা থম্লর্স্বনি, উখ্রিবা দৃশ্য / দুদি:-

নুংঙাখুনা অমসুং ময়াং কৈনৌদা লান চৎলুবা রাজা গম্ভীরসিংহ লেভীগী সিফাইশিংদু লানঙম ফিরাল পুরক্লুনা হরাউ-তয়ামগা লোইননা মাকলং খুন্দা থুংলরে। অদুবু মখোয়না য়ৌরকপা মতমদদি মমলি মমলি তৌখ্রে। অদুগা রসনগী চেঙফু (Receptacle)দা চাক থোংলমদায়দা য়েংলুবদদি চাবা কোন্নগদবগী তংখায় অমখক্তমক লৈরম্লে। খুঙ্গংদুগী খুঞ্জাশিংদা হংলুগদবগী মতমসু হেনখ্রে, হংলুববসু খুন্দুনা চেঙ লৈরমগনি হায়বসি থাজবগী ৱাংমদা লৈরম্মী। অরৈবা খরদু থোংদুনা চাবগী ৱাফমদা য়ানরদুনা লেভীগী সিফাইশিংদু চাক চরা তংখায়-তংখায়ক্তং চানরগা অহিং অদু খাঙনখি। চোকথবব৷ মৈতৈগী লেভীগী সিফাইশিংদুনা চাক চরা ৱাৎপগী মচীন থোক্লদনা,ৱা মচেৎ অমা ফাওবা কাঙথোক্তনা অহিংদু লেল্লগা মথংগী নুমিৎ জুন ১১. থাঙজা নুমিৎকী অয়ুক্তুদা মখোয়গী কম্মাণ্ডিং ওফিসাবগী য়াথং মতুং ইন্না নুমিত্তুগী মখোয়গী চানা-থক্লনবগী থৌবাংগীদমক্তা চেঙ খর ফংননবগীদমক্তা মাকলং খুঙ্গংদুগী মায়কৈ মরিমক্তা লৈবিবা চীঙ অমসুং তমগী খুনশিং অদুদা মখোয় মশেন চায়থোক্লদুনা চেঙ থিবা চৎনখিরম্মী। খুন্তাক লানশিদুনা চহি তবেৎ চুপ্পা লৌ উখিদ্রবা লৈপাক্লিনা চেঙ থিবগী থবক্তু যাম্না অৱাবগী মশক ওইরম্মী। মখোয়না থিরুবদা ফংলকপা খরদু থোং-থাক্তুনা চারগা ঙাইহাক ঙাইহাক পোথানরম্মী। অসিগুম্বা অখাঙ কনবগী চাংয়েং অমা ওইবগুম থোক্লিবা থৌদোকসি উরগা লেফটেনেন্ট পেম্বর্টন্না মৈতৈগী মশক খঙখিরম্মী।

জুন ১১সিগী নুংথিল ঙাইহাক্তং পোথানবিৈঙগী তাঞ্জাসিদা লৈত-লায়রা থিদুনা কোয়চৎ-চৎলিবা অচোয়বা মৈতৈ নুপাশিংদগী মাকলংগী তেঙ্গোন্দা নুংথিন্দুগী পুং ২(অনি,I,S,T.) রোম তাবগী মতম অদুৱাইদা পাউ ফংলম্মী, মদুদি "মনিপুরগী কোনুংলেন কংলাগী কাঙজৈবুঙদা তেঙ্গোন শাদুনা লৈরিবা, মখোয়দা শোয়দনা ঙসি হয়েংমক লান্দারগনি হায়না লৈরিবা অৱা লাম্মীশিংদু কংলাগী লানবন থাদোক্লুনা নোংপোকলোমদা চৎখ্রে, হায়বসিনি। পাউ অসি অফবা মৈতৈগী য়াইফরবা পাউনি, অদুগা রাজা গম্ভীরসিংহ লেভীগী সিফাইশিং, তুমদ-হীপ্তবা,

পোত্থাবা নাইদ্রবা খোঙচত্তা যৌবগা লোযবে হাযদুনা চীঙলক-মাল্লক থিদনা লাক্লিবশিংদু কংলাগী লানবন লৌশিল্লুনবা খুদক্কুমক্তদা কংলাবোমদা খোঙশাল্লবা যাবগী ফিবমদা পুবক্লম্মী। মদুদা শাফম-লানফমদা কন-থৌববসু থম্মোই থোৎনা মীনুংশি চাওববা লেভীগী কম্মাণ্ডিং ওফিসার ঈবুংশীজ নবসিংহনা মহাক্কী লেভীগী সিফাইশিংনা লমশাং চৎলকপগী চোকথববা অমসুং লানফম-মৈশা লাংলুবগী শোব হোন্দোক্ত্রিবশিংদুনা বাববসু চোকথববসু ব্রাদবা, চোকথদবা শাদুনা মশা-মশাগী ফিবেপ পুবা ঙমদবা মথৈ লৈবিবা ফিবমশিংদুদা মখোযবু নুংশা অমক্তুং হোন্দোকহনবগী মথৌ তাই হাযনা লেপ্পদুনা লুচিংবা অমা ওইবগী মথৌ-মঙম অমসুং মগুণদুদা তোংলদুনা মযাম্বুং ঈবুংঙো লেভীগী লুচিংলেন-পুবেন ওইবীবিবা বাজা গম্ভীরসিংহ মফম নুমিত্তুমতং মনাইশিংদু পোত্থাহনবীনবা হঙ্গৎচবম্মী। বাজা গম্ভীবসিংহনসু ব্রাফম অসি অচুম্বনি হাযনা পোত্থাবগী বাফমসিগী অযাবা পীবগা লোইননা মনাউ ঈবুংঙো লেভীগী কম্মাডেন্টনা সিফাইশিংগীদমক্তা খল্লিবা বাখল অমসুং উবিবা মিৎযেং অদুগীদমক্তা থাগৎখিবম্মী। বাফমসিদগী সিফাইশিং অদু পেবেড তৌহল্লগা মখোযদা "মৈতৈগী কোনুংলেন ওইবম্বা কংলাবু অবাশিংনা লৌশিল্লগা মখোযগী তেঙ্গোল শাদুনা লৈবম্বা তেঙ্গোল অচৌবদু কংলা থাদোক্তুনা নোংপোক্লোমদা চৎখ্রে, হাযবা পাউ অসি তাহল্লে। অদুগা হাযবিবসিনা মবম ওইদুনা মখোযনা মশা খজীক্তুং কোমথোকপা যাবগী তাঞ্জা অমা যংলিবসিদা নুমিত্তুমদি মাকলংদা নুংঙাইনা পোত্থাননবগী যাথংসু লাউখোকপীবম্মী। অমুক মখা তাথনা মথংগী নুমিত্তা মৈতৈগী কোনুং হন্দোক্তুনা মযমদুদা লৈকনবগী অমসুং কোনুং লৌননবগী শীল্লিবা মতুং তাবকপা ঈ-পাউদু পীবগা মখা তাবা যাথং ঙাইননবা ম্লাযাথংসু মযাম মমাঙদুদা হাযদোকখিবম্মী।

## নরসিংহদা সেনাপতি হাপ্পা

মথংগী নুমিৎ, খৃঃ ১৮২৫গী জুনগী তাবিক ১২ লংমাইজীঙ / নোংমাইজিংগী নুমিৎনা তু উবকপা মতম, অযুক্কী যেন্দা অহানবগী মতমদা লেভীগী কম্মাডেন্ট ঈবুংশীজ নবসিংহনা মহাক্কী সিফাইশিংদু মাঙজৌননা শেম-শাহন্দুনা পেবেড গ্রাউন্দা লেপহন্দুনা মখোযগী লাঞ্জিংলেন-পুবেনবু ঙাইদুনা লেপহল্লগা বাজা গম্ভীবসিংহনা লেঙথোক্লক্লবা মতুংদা নীঙ-মাঙগী নিংথৌগী নাকথং খন্বা অমসুং নিংথেম্মগী পুযোক-পুকল্লোইশিংগী চেকশিন'-থৌবাংগী মীশিং শীন্দোক্লবগা শ্রীযুৎকী থৌগল তৌদুনা মাকলংদগী ইম্ফাল কংলৈ তম্মা হাইগৎলকখিবম্মী। হাযবিবা বাজা

গম্ভীবসিংহগী লেভীগী সিফাইশিংসিনা নোংমৈ লেঙথোং নাদুনা ইম্ফাল কংলৈ যৌবকপসিদা অপন-অবাক থোকখিবগী পাউ অমতা লৈতে। মখোযনা কংলা কোনুংলেনগী নোংচুপ থোঙলোমদগী চঙলক্তুনা লাম্হেং-লানথোক্লবগী বাফম অমত্তা লৈতনা নুমিত্তুগী অযুক্কী পুং ৮(I,S,T)গী অদুবাইদা মৈত্রবাক্কী মাঙলুববা কোনুং হন্দোক্লে, মৈতৈ কংলা কোনুংলেন খুদম চল্লে।

বাজা গম্ভীবসিংহ অমসুং ঈবুংশীজ নবসিংহ, বাজা গম্ভীবসিংহ লেভীগী কম্মাণ্ডিং ওফিসাব অনিগা বৃটিশকী লাম্মীগী ওফিসাব বোবার্ট বোইল্যু পেম্বর্টনগা অহুম্না মমাঙদগী লৈবক্লবা কংলা শঙফমগী মনাক্তা চঙশিল্লক্লগা লেপ্লবা মতমদা লেভীগী কম্মাণ্ডিং ওফিসাব ঈবুংশীজ নবসিংহনা লেভীগী সিফাই পুম্নমক্তুবু পেবেড তৌদুনা লেপহল্লগা মযাম পুম্নমক্তুগী মমাঙদা নুমিত্তুগী মতমদুমক্তদগী বাজা গম্ভীবসিংহনা মনিপুবগী নিংথৌ ওইবে, হাযনা লাউথোক্লম্মী। লাউথোক্লিবা যাথংদু তাবদা লেভীগী সিফাইশিং অদুনা নোংমৈগী শলামী পীদুনা নৌনা নিংথৌ ওইবীবিববু ওকচাখিবম্মী। থীন্থবা তৌদনা কংলা ফম্বাল কাফম (Site of coronation seat) মনাক্তা ফম্ফম ফাল থাবগা নিংথৌ ওইবগী থৌদাংবু লৌবে হাযনা অমুক লাউথোক্লম্মী। সিফাইশিংদুনা হবাউজবগী ভূমখৈ লৈতনা মখোযগী মনিংথৌ লৈতবদু লৈজবে হাযনা জগোয শাদুনা চোংলগা নুংঙাইবা ফোংদোক্লখি।

বাজা গম্ভীবসিংহনা নিংথৌ ওইবগী থৌদাংসি হেক লৌবগা মহাক্না লাউ খোংদুনা হবাউনা লাংলিবা লেভীগী সিফাইশিংদুগী অবাংবদ নেমথহল্লগা মশামক্না "নুমিত্তুগী (খৃঃ১৮২৫গী জুন ১২ নোংমাজ্জাৰ নুমিত্তুগী) মতমদ [অযুক্কী পুং ৯ ৩০(মাপন মখায) বোম তাবা অদুবাইদা] মক্তদগী বাজা গম্ভীবসিংহ লেভীগী কম্মাণ্ডিং ওফিসাব ওইবিবা মনাউ ঈবুংঙো নবসিংহবু মনাওমখা তম্বা মৈত্রবাক মনিপুবগী সেনাপতি হাপলে"- হাযনা লাউথোকখিবম্মী [চৈ,কুঃ,২০০১,২২৫]। অদুগা মখা তানা শ্রীযুৎ সনা যাথং লাউথোক্লকপদা "মনাউ ঈবুংঙো নবসিংহনা সেনাপতি ওইনা ওইনা বাজা গম্ভীবসিংহ লেভীগী কম্মাণ্ডিং ওফিসাবসু অদুম ওইখিগনি। মখা তাবা যাথং অমা লৈত্রিবা ফাওবদি ঈবুংশীজ নবসিংহনা ফমথোন অনিমকসি থোনখিগনি"- হাযবসিসু যাওবম্মী। অসুম্না ঈবুংশীজ নবসিংহনা খৃঃ ১৮২৫গী জুন ১২সিগী লৈঙাক-ব্রাযেন থৌদাগী সিভিল অমসুং মিলিটবী পোর্টফোলিও (Civil and Military protfolio)ওইবা সেনাপতি[Chief of Army/ Military] অমসুং অশেংবা লাম্মী লাল্লোইগী ফম বাজা গম্ভীবসিংহ লেভীগী কম্মাণ্ডিং ওফিসাব ওইবগী ফমথোন অনি পুননা পাযখিবম্মী।

বাজা গম্ভীবসিংহনা মনিপুবগী নিংথৌ অমসুং ঈবুংশীজ নবসিংহনা সেনাপতি অমসুং লেভীগী কম্যাণ্ডিং ওফিসাব ওইনা বৃটিশকী মিলিটবী ওফিসাব লেফটনেন্ট আবঃবিঃ পেম্বর্টন অমসুং লেভীগী মকোক থোংবা অতৈ ওফিসাবশিং (সুবেদাব, জমান্দাব, কুট,সির্দাব)গা লোইননা অৱাশিংনা মৈতৈ কোনুংলেন কংলাগী কাঙজেবুঙদা লানশঙ খনগত্তুনা শাবম্লা লানবন অমসুং তেঙ্গোল শাফম মফমশিংদু চঙদুনা যেংলম্মী। মদুদা থোইদোকপা পোৎলম- চৈবমদি লৈবমদ্রে, অদুবু নোংমৈ অশুবী(মস্কেট=Musket)খবগা যোৎনা শাবা নোংমৈ অচৌবা(Big gun)অনিগা চেঙ, বাই খপ্তোক্লিবা চেঙ মন ১৫০(চামাগা যাঙখৈ) বোমদগী খব হেনবগা অসিশিংসি হুন্দোক্লম্বা থেংনখিবম্মী। [গঃচঃশঃ,৪৫]।

## নরসিংহনা কোনুং ঙাকহৌবা

মৈতৈ কোনুং কংলাদা বাজা গম্ভীবসিংহ লেভীগী সিফাইশিং অমসুং মখোযগী মকোক কোকলেন ওইবা লাঞ্জিংলেন-পুবেন্নচিংবনা নিংথৌ ওইবগী, সেনাপতি হাপ্পগী লাংনবিঙৈ অমসুং নুংঙাইনবিঙৈগী মনংসিদা অবা লান্মীশিংনা লাইন্থেদুনা লৈবগী পাউ অমা লাক্লম্মী। পাউ পীববিবদুনা তন্নবিবা পাউদি "ইম্ফাল সহবগী নোংপোক্লোমদা লৈবিবা নোংমাজীঙ চাঙজা ওাসগী বাংমদা লৈবিবা কংলাদ্দগী মাইল ১৭(কিঃমিঃ২৭.২)লাপ্পা লৈবিবা চকপা অন্দ্রোশিংগী খুঙ্গং অন্দ্রো হাযবদুদা অবা লান্মী লাল্লোই ৬০০ (চাতবুক) অমসুং মখোযগী পোত্থাং পুবা মী (Porter) ৬০০ (চাতবক)কা লোইননা লাইন্থেবগা লাল্লমদনা লৈবে" হাযবসিনি। পাউসিদা থন্নবা যাবা থন্নববা মতুংদা মৈদিংঙু গম্ভীবসিংহ মশামক্লা লেভীগী সিফাই ২০০(চনি) শগোল লান্মী ২০(কুন) পুদুনা বৃটিশকী আর্মী ওফিসাব লেফেনেন্ট আবঃবিঃ পেম্বর্টনগা লোইননা চৎননবা সেনাপতি ঈবুংশীজ নবসিংহদা লেভীগী সিফাই ৩০০(চহুম) অমসুং শগোল লান্মী ২০(কুন) শীন্নদুনা মৈতৈ কোনুং ঙাক্লনবগী থৌদাং শীন্নবম্মী। অদুগা মখোযনা লান্মী পুদুনা অন্দ্রো চৎনবা খোঙশাল্লক্লম্মী। মখোযনা ঈবীন তুবেনগী মপান (ঈবীনবুঙগী লমদম) যৌবকপা তুবেনগী তোবর্বান কাবকপর্দদি যেক্লবা অৱাশিংদু অন্দ্রো থাদোক্লম্লগা মখোযগী মনীঙ তাবা নোপোক্লোমদা মথং-মথং অসুম অসুম লেপ্তুনা হন্দোকখিদুনা মনিপুব তম্পাক্কী লমদম পুমথা থাদোক্তুনা নোংপোকলোমগী চীঙশাং পবেংশিংদা কাখৎখিদুনা চেনখ্রে, হাযবা পাউসি অমুক তাবম্মী। পাউসিদা চৎলিবশিংদুগী মকোক থোংবশিংদুনা খন্নবদা চেনখ্রবশিং অদুদি খোঙ্গুল লীকুববসু থেংননবোয অমসুং মখা তানা তান্নকুবদসু ফংবা ঙম্লবোয। অদুনদি মখোযবু তান্নবগী

ব্রাফমসি মতম মাঙনবা অমসুং থবক শীৎননবনি কান্নদে. তোঙ্কসি হাযনা ব্রাফমদু থাদোকখ্রে। অদুগা মৈদিংঙু গম্ভীবসিংহনা হাযবিবা মতমদুদা ওইবিবা চীঙ্গাক্কী ফিবম অমসুং চাননবা চেঙ-চাক্কী অব্রাৎপা লৈবিবা তাঞ্জাসিদা থৌবাল্লোমদা হাইথদুনা ফৌ চেঙ খব ফংবা ঙম্ব্রা যেংলুগে হাযবা ব্রাফম পুখৎলক্লম্মী। মদুদা লেফটেনেন্ট আবঃবিঃ পেম্বর্টনদি চৎলবোয হাযনা ঈবীনবুঙদগী মখোয অনি কাযনবে। বাজা গম্ভীবসিংহনা লেভীগী সিফাইগী অযাম্বা শরুক্কা লোইননা থৌবাললোমদা চৎখ্রে। অদুগা লেফঃ পেম্বর্টননা সিফাই খবগা লোইনদুনা কংলা কোনুংলেন্দা হল্লকখিবম্মী।

মৈদিংঙুগম্ভীবসিংহনা লৈত্রিঙৈ তাল্লকসিদা ঈবুংশীজ নবসিংহ সেনাপতিনা বাজা গম্ভীবসিংহ লেভীগী সিফাই ৩৫০(চহুম যাঙখৈ) বোমগা লোইননা মৈতৈগী কোনুং ঙাকপগী থৌদাংসি পুবি। মতম অসি চহি তবেৎ খুন্তাক্লুবগী লাঞ্জেনখিবা মৈতৈমচাশিং ঈহন হঞ্জিনবক্তিবা মতমনি। কোনুংগী মপান্দা লৈখ্রিবা বাজা গম্ভীবসিংহনা লোইনখ্রিবা লেভীগী সিফাইসি ১৫০(চামাগা যাংখৈ) বোমদনি। সিফাই মশীঙ কংলা কোনুংদা লৈবিবদুনা ১০০(চাম)গী মথক্তা হেল্লি, অদুগা বৃটিশ মিলিটরী লেফটেনেন্টসু ঈবুংশীজ নবসিংহগী মনাক্তা লৈবি। মতম অসিদা কাবশুম্বা ঈবুংশীজ নবসিংহনা নিংথৌ খুবম পাম্লম্লবদি, নিংথৌ ফম্বাল কল্লব্লম্লবদি নত্রগা নিংথৌ ওইনীঙলম্লবদি মধুচন্দ্র মহাবাজগী মচানুপা যুমজাও তাব ওম্ল। নিংথৌ ওইবে হাযনা লাউথোক্লম্লবাদ বাজা গম্ভীবসিংহ ফনা যম্ম বাগনি, অবাবোমদা চেনবসু যাদে, কছাববোমদা চঙবসু যাদে। অদুগা বৃটিশত চঙজববসু মতমদুদাদ বাজা গম্ভীবসিংহদু সেনাপতি নবসিংহগা মখোয অনিসি থোং হাইফেৎ মান্নববনি। অদুবু অদুগুম্বা তৌবীমল খঙদবা মীনুখাঙদু ঈবুংশীজ নবসিংহনা ওইখিদে। মদুগা মহুত্তা ভবতনা শ্রীবামগী সিংহসন ঙাকপশুম্বগী ব্রাখলসি চেল্লম্মী। যাম্বুং মহাবাজ লৈত্রিঙৈসিদা যেক্লবনা হাইজিল্লক্কুনা লান্দাবনদবা মিৎকুপ-নাহুম শেন্দবা যাদে, অবা লান্মীশিংদুনা কংলাসিদগী চেনখ্রে হাযদুনা লৈকুবগা অন্দ্রোদা লাম্থৈদুনা লৈবে হাযবক্লিবা অসিগুম কোনুংসিগী অনকপা মফম অমাদা থুপ্পুনা অমুক লৈবম্লগা খঙহৌদনা লান্দাবক্কুনা কোনুং অসি মুনখ্রবদি যাম্বুংগী স্নামাঙদা মাযসি হাইগৎপা ঙমলোয, শিখিবনা শরুক তবা হেন্না ফৈ, হাযবিবা ব্রাখল্লোনসিদা সেনাপতি ঈবুংশীজ নবসিংহনা মৈতৈগী কোনুংলেন কংলাবু ঙাক শেনখিবা মাল্লি।

## মনিপুর ঙাকহৌবগী থৌদাংদা নরসিংহ

*মৈতৈশিংনা গম্ভীরসিংহ অমসুং নরসিংহগী লমজিং'* অমসুং লাঞ্জিং'মখাদা মৈত্রবাক মনিপুরগী চহি তরেৎ খুন্তাকপদগী কল্লবা অমদি চহি তরেৎ খুন্তাকহল্লিবা অরাশিংবু মাযথীবা পীদুনা মনিপুরগী লৈমাযদগী ফক্তোক্লুনা হুন্দোকখ্রগা মখোযনা খোঙনেৎলবম্বা মনিপুরবু হন্দোক্লবা মতুংদা মনিপুরগী মৈতৈ লান্মী লাল্লোইশিংগী লাল্লুপ ওইবিবা রাজা গম্ভীরসিংহ লেভীগা হেডকার্টর্সসি মৈতৈগী কোনুংলেন কংলাদা ওইবম্মী। মৈদিংঙু গম্ভীরসিংহন। থৌবালদা চত্তুনা ফৌ-চেঙনচিংবা চাঙ্গাক্কী পোৎলমশিং থিবা যাবা মখৈ থিরুবগা ফংলকপা খব পুরক্লুনা লেভীগী হেডকার্টর্স কংলাদা হল্ল ক্লুনা লৈবরে। মৈদিংঙুসিনা মতমদুদা ওইরিবা মৈতৈ লৈপাক্কী ফিবমশিং চহি তরেৎ খুন্তাক্লুবনা চহি তরেৎ মক্তু চুপ্পা লৌ উবক্তবনা মৈতৈ তম্পাক্তা ফৌ মরু অমতা তাদ্রবা, অতৈ চান থক্লবা চাঙ্গক্কী পোৎলমশিংসু বাংলবা অমসুং ঈশং-নোংশাৎ, নোংজু-নুংশানচিংবগী ফিবমশিংদা লাই না পুববা মহৈকশিংগী খুদোংথাবা মযামদুগী মথক্তা মতম অদু ফাওবদা লৌ উননবগী থৌবাং লৈত্রিবা খুদোংচাবা অমসুং খুদোংথীববা মতমসিদা কবম্না অনৌবা মনিপুর অমা শেমগৎ শাগৎনবগী থৌবাং লৌখৎনবা অমসুং লৈপাক আসদা অরাশিংনা চঙলক্তুনা কবম্বা থৌবাং লৌখৎনবা কযাম কুইনা শঙদুনা লৈবা ঙমখিগদৌবরগে খল্লকপদা মহাক মনিপুরদা নিংথৌন হাযদুনা ফমদুনা লৈনাঙলমদে। মনিপুরদা লৌ উদুনা চাননবা ফৌ পুথোকপা ঙমদ্রবা মখোঁদি সালেটতগী চাঙ্গাক লৌদুনা মনিপুর ঙাকখিবা তারোন হাযবসি শল্লম্মী। অদুগা সালেটতগী চানা-থক্লবা চাঙ্গাকশিং লৌকদ্রবদি লৈপাকসি অমুক হন্না শেমগৎপা ঙম্লরোয হাযবাসসু খঙলক্লম্মী। মবম অসিনা বাফমসি মনাউ ঈবুংঙো সেনাপতি অমসুং লেফটেনেন্ট পেম্বর্টনগা কুপ্পা খন্ন-নৈনববা অমসুং তানা তাক্লববা মতুংদা মনাউ ঈবুংঙো সেনাপতিদা মনিপুর লেভীগী খোঙমী সিফাই ৩০০(চহুম) শগোল তোংবা সিফাই ২০(কুন)গা লোইনদুনা লৈপাক ঙাক্লম্নবা শীন্নবল্লগা [চৈথাঃকুমঃ,২০০৫,২২৪-২৫] মহাক্না লেফটেনেন্ট আরঃবিঃ পেম্বর্টনগা লোইননা লেভীগী খোঙমী ২০০(চনি) অমসুং শগোল লান্মী ২০(কুন) পুদুনা খৃঃ১৮২৫সিগী জুলাইগী তাবিক ২৪দা সীলেট চৎননবা মনিপুর থাদোকখিবম্মী [চৈথাঃকুমঃ,২০০৫,২২৪]।

ঈবুংশীজ সেনাপতি নরসিংহনা মযাম্বুংনা মকোক্তা থোঙ্গৎলম্বা লৈপাক ঙাকপগী পোৎলুম অদুগী থৌদাং লৌদুনা চহিসিগী জুলাই ২৪ লৈপাকপোকপা নুমিৎসিদগী মৈতৈগী মনিপুরগী কোনুং যুম্ফম, কংলাদা লীংখৎখিরম্মী। মহাক্না মনিপুরগী মনীঙ মখা তম্বা, মতোম্তা লৈঙাক-

ব্রায়েল থৌদা তৌজবা লৈপাক অমগী যুম্ফম লীংখৎখিবা মফমসি খৃঃ ১৮১৮দা কংলা কোনুংলেনগী মনুংদা লম অহুম ব্রাংনা থোনখিবা শঙ্গাই যুম্ফম অদুগী অকোযবগী লমদম অদুদনি। হাযবিবা লম অহুম ব্রাংনা থোনগৎলিবা শঙ্গাই যুম্ফম লম অহুম ব্রাংনা থোগত্তুনা নিংথেমগী শঙ্গায শাবম্বা শঙ্গায যুম্ফমসি সেনাপতি নবসিংহনা মতুংগী মতমদা মৈতৈ নিংথৌ ওইবক্লবা মতমদা খৃঃ১৮৪৪গী এপ্রিল থাগী তাবিক ১৮দা তেমখোল্লগা লৈমা-নিংথৌকোন শেল্লবখিগনি।

মৈত্রবাক মনিপুবগী লম অমতদা চহি তবেৎ চুপ্পা লৌ উখিদ্রদুনা লৈপাকসিদা চানীঙঙাই ফৌ মক অমতা থোক্রবা মতম তাঞ্জাসিদা মহাক্কী লেভীগী সিফাই ৩০০(চাহুম)দুগী চান-থক্লবা চীঞ্জাক থিবদা ব্রাববা, নবক- মোশোংনা শানম-মীনম তাদ্রবদগী শোংজীল্লক্কুনা তীন-কাঙ, মহীক-মতাংশিংনা মপাঙ্গল কনখৎনা লৈবিবা ফিবম অসিদা অমসুং লম্লক্কী শাহিং চাবা শাশিংগী মশীঙ হেনগৎলকপা অমদি মী লৈত্রবানিনা হাপুদ্র অমতং লৈবদা শা অমা হেক্তা কুল্লম্বনা মীনা নাইতোম চৎপদা নুংঙাইনদ্রবা মতমসিদা ঈবুংশীজ নবসিংহ সেনাপতিনা মৈত্রবাক ঙাকপগী থৌদা, পুবিবদুদা হাযনখিবা বাফম শোযদনবা সীলেটতা লেংঙাখ্রবা মযাম্বুং বাজা গম্ভীবসিংহনা অচা অথক মযাম পূদুনা লাকখিগনি, মৈতৈ লৈপাক মনিপুববু মমাঙঙৈগী মতৌগুম্মা অমুক হন্না পান্নবা শেমগৎ শাগৎখিগদবনি হাযবা বাখলসিদা থাজবা থমদুনা লৈপাকসিদা যেক্লবশিংগী মীওইশিং চঙলক্তনবা ঈ-পাউ লৌদুনা কবি কাবগুম্বদা লাঞ্জাবা, লম্নক্তা চত্তুনা যেংশিল্লবা, অসিনচিংবগী থবক পাযখত্তুনা চেকশিন্না শাজেন তৌদুনা লৈবম্মী। হাযবিবা চিববা মতমসিদা ঈবুংশীজ নবসিংহগী মপাবুংনা পোকপা মনাউশিং, অবাদা লৈকুবা, হিবম্না দেশতা লৈকুবা, খাসপুবদা লাম্থৈকুবা, ঢাকা তাননা লানজেল্লুবাশিংনা সেনাপতি ঈবুংশীজ নবসিংহগী মনাক্তা লাক্তুনা "নিংথৌ ওইবো, তাঞ্জাসিদদি বাজা গম্ভীবসিংহ সীলেটতগী হল্লকপসি, সেনাপতি নবসিংহনা নিংথৌ ওইবে হাযনা লাউথোকপগী পাউ তাববদি খক ঙল্লবোয, মযাম্বুং ঈবুংঙো চৌবজিৎ মহাবাজদা থাগী পেন্সিন লুপা ১০০। ১০০ পীদুনা বঙ্গদেশকী নদিযা জিলাদা থমখ্রিবা (লঃচঃসঃ,১৯৭০,২১-২২) অদুগুম মনিপুবগী মপান্দা থমজখিনি অমসুং বৃটিশকী লৈনবিবা মবীদু কবি অমতা কাযহন্দনা লৈহন্নবা সীলেটতা নত্রবসু কলকটাদা মী থাদুনা হোৎসি, অসিনচিংবা হাযদুনা," নিংথৌ ওইবে হাযনা লাউথোক্লগে-হাযনা হাযবম্মী। মখোযগী অসিগুম্বা পাউথেম অসিনা ঈবুংশীজ নবসিংহগী পুকচেলদু খজীক্তা মচী লেঙহনবা ঙল্লমদে। তশেংনমক হাযবা তাববদি- চহি তবেৎ খুন্তাকপগী

মনুংদুদা নিংথৌ ওইবল্লিবশিং- (১) মৈদিংঙু যদু সিংহ, নোংপোকচীঙলেন খোম্বা [শক ১৭৪৪(খৃঃ১৮২২)গী হিয়াঙ্গৈ নোংমা পানবগী শক ১৭৪৫, মেবা-থাশি (খৃঃ১৮২৩গী ওক্তোবব)], সেনাপতি নবসিংহগী মযাম্নুংনি,(২) মৈদিংঙু বাঘব সিংহ শক ১৭৪৫গী হিযাঙ্গৈ নোংমা পানবদগী- [শক ১৭৪৬-৪৭কী ওল্লকপা শজিবুগী থানীন (খৃঃ১৮২৫গী এপ্রিল লোযবা)] হাযবসিনা মযাম্নুং যদু সিংহসিনা পোকপা মচাঈবুংঙোনি অমসুং (৩) মৈদিংঙু নোংচুপ লমগাই ঙম্বা (ভদ্রসিং, নিংথৌ খাবা) [শক ১৭৪৭গী শজিবু ২৪নি (খৃঃ১৮২৫গী মেগী মবিশুবা চযোন)-ঈংঙা ২৫নি (জুনগী তাং ১০)] কৌবসিনা মহাক্কী অপোকপা মপাবুংনি। মবম অসিনা শাগৈসিগী মীওইশিংসি খুৎ কন্না লৈবিবনিনা কবিগুম্বা সেনাপতি ঈবুংশীজ নর্বসিংহনা নিংথৌ ওইগে হাযবা ব্রাখল অসি খল্লম্লবদি নত্রগা নিংথৌ ফম্বাল মিহৌবল্লবা নত্রগা পান্নল্লবদি কনা অমতগী মতীক্লসু মহাকপু থিংবা ঙম্লোয। লেভাগী মাযকৈদা যেংলুববসু সিফাইশিংগী মফমদা নর্বসিংহ, বাজা গম্ভীর্বসিংহ লেভীগী কম্মাণ্ডিং ওফিসার্বসিনা খল লুম্বা হেল্লি, অমসুং ঈংলিসকী মাযকৈবোমদা যেংলুববসু সেনাপতি নবসিংহনা খল লুম্লপ তৌবা হেনগৎর্লাক্লিবনি। অদুবু ঈবুংশীজ নর্বসিংহ সেনাপতিনা মনাউ ঈবুংঙোশিংনা থেম্বা নত্রগা হাযজবদু যাদুনা তীন্নকববা মযাম্নুং গম্ভীর্বসিংহদা কথোকখ্রবা থম্মোইদু অদক লৌশিনখিদে, থম্লবিবা থাজনবদুদা বিস্বাসঘাট তৌখিদে, অমসুং হাযববা মহাক্কী চপ যুংবা বাখল, শেন্নী শাবীবকপা মীবু কাউদবা, মীগী তৌবিমল খঙবা অমসুং হাযর্নখিবা ব্রাফমদগী হোংদবা পুকচেল মত্তাসিদা মনাউ ঈবুংঙোশিংনা বা মখা তাবা ঙমখিদে।

মীওইবনা তৌবা থবক্কীদি তৌবক্কদৌবে হাযবগী শামীন নত্রগা লংজীন অমতা ওইববসু ফংই, খঙজ উজহৌদবদগী শামীন নৈতবশুম লৌবনি অমসুং থোক্কক্লবদসু কন্না হোৎনদুনা মীগী থবক্তুনা অমাঙ-অতা থোকল্লকপদুদগী খবখক্তা ওইববসু কনবা ঙমনৈ। অদুবু মহৌশা লাইবেম্বগী উপদ্রর্বশিংদি খঙহৌ উহৌদে, ওইবক্কনি হাযবসু থাজদে, অমসুং থিংবসু ঙমদে। সেনাপতি ঈবুংশীজ নবসিংহনা মনাউ ঈবুংঙোশিংগী ঈথিন ঙাক্লবা হোৎনবিঙৈ লৈঙাক' থৌদাংদা কনানা কবি তৌবক্কদৌবিবগে হাযনা যেংলিঙৈসিদা আগষ্ট-সেপ্তম্বব থা অনিগী লোন্নবা মবক্কী মতমসিদা ঈশিং ঈচাও অমা থোকখিবম্মী [চৈথাঃকুমঃ,২০০৫,২২৪]। অদুবু হাযবিবা ঈচাওদুনা শোকহন ব্রাহনখিবসি বাজা গম্ভীবসিংহ লেভীগী সিফাই ৩২০(চহুম কুন) অদুগা চহি তবেৎ খুম্ভাক্লুবদগী লান লোযখিদুনা লাঞ্জেনকুবদগী হঞ্জিনবক্তুনা মযুম-ঈংখোল লেপ্লবা হোৎর্নবিবা মীওই খবগা অসিখক্তদনি। অদুগা ঈশিং ঈচাওগী খুদোংথীবগী মমিসি

শামখিবগা হাযবিবা আগষ্ট-সেপ্তেম্বরসিগী পুর্নিমা নুমিৎ অমসুং থাশি নুমিৎ অনিসিদা থা মখায অমগী মতম কাননবগা যুহা অনিবকসু হাখিবম্মী [মথক্কীসিদা, ২২৫]।

## অবা লাইবার ১২ লাকপা

সেনাপতি ঈবুংশীজ নবসিংহনা বাজা গম্ভীবসিংহ লেভীগী সিফাই ৩২০ অমসুং মখোযগী ওফিসাব ৩২গা লোইননা বাজা গম্ভীবসিংহগী মিংদা লৈপাক ঙাক্লকপা থা অমগা মখাযগা নুমিৎ ৪বোম শুবকপা মতম, চহিসিগী থরান থা(আগষ্ট সেপ্তেম্বরডগী ২নি পানবা যুমশকৈশ নুমিত্তা অবা লাইবাব(Envoy of Burmese emperor) ওইনা মী ১২(তর্বানিথোই) খক ইম্ফালদা লাক্তুনা কংলাদা থুংলখি [মথক্কীসিদা, ২২৫]। মখোযগী অসি অবা নিংথৌ শগাইং-মেঙ নত্রগা ফাগ্যি-ডোআ [Sagaing-Meng alias Pha-gyi-doa](1819-37 A.D.)| না তশেংনা থাবক্লিব্রা নত্রগা অবাশিংগা মবক্তগী কনাগুম্বা ম্রাম্মাগী অচৌ অশাং নত্রগা অকন অথৌ(শমজোক নিংথৌ শোইমাও লাগুম্বা)না মখোযগা লৈডাক্লোনগা ফিবম, বৃটিশকা মখোযগা লান শোক্লবিডৈ [খৃঃ ১৮২৪-২৬]গী মতমাসদা না ডাংননবা লাইবাব /মী থাবক্লিব্রাস চহি তবেৎ খুন্তাক্লববা (খৃ০১৮১৯ ২৫) মতংসিদা হন্দক্কী অসিনা অহানবনি। ম স. মীনম শোাব তৌগদবা, হনা লাংাক চঙবক্কদগী মওং-মতৌ মাল্লি। অদুগ হাযবিবা মংমাস অবা লৈপাক মনুংদা লনগী মৈচ্রাং পাইবিব মর্তাম্ন। অবা, ম্যন্মাব লৈপাক্কি আবাকান অমসু ইবাবতী তুবেনগী নাকয়েৎ ওযগী, তম্পাকশিং(Irrawaddi basins)দা বৃটিশ ঈষ্ট ইন্দিয়া কম্পনীগী লাম্মীশিং অমসু, বর্মীজ /ম্রাম্মা লাম্মীশিং অনিগী লান শেক্লবাস খৃঃ ১৮২৫গী এপ্রল মে থাদগী হৌখ্রবনি অমসুং চঙদুনা লৈবিবনি। অদুনা হাযবিবা লমদমশিংসগী লানফমশিং অযাম্বদা মখোয ম্রাম্মা লাম্মীশিংনা মাযথোবা ঙাক্তে ওইবম্মী। মবম অসিনা মখোযনা মখোযগা যেলহৌডৈদগী লৈমিন্নবক্লবা মৈতৈ কটেশিংগা যেক্লবসি ফত্রে, চান্ননবা/যানবা অমা পুবক্লগা কটেশিংসিনা ম্রাম্মাগী লমদা লান তাশিল্লক্তনবগীদমক্তা খুদোংচাবা লৌননবগী তাঞ্জা অমা লৌবিব্রা নত্রগা মৈতৈদি বৃটিশশিংগা অচেৎপা মকপ ওইদুনা তীন্নখ্রবনি, মখোযদগী বৃটিশকী অচেৎ- অকোমগী পাউ লৌননবা তৌবক্লিবা থৌবাংলা নত্রগা মনিপুবদা মৈতৈ কটেশিংনা কবি তৌবিবা, মখোযগী লাম্মীনা কদায-কদাযদা লৈবিবা, মশীঙনা কযা, কবম্বা খুৎলাই পাযবিবা অমসুং কবম্বা ফিবমদা লৈবিবা অসি খঙদোক্কে হাযদুনা পাউখোল্লোই থাবক্লিব্রা অবেপ্পা মওং-মতৌ অমতা খঙবা ঙম্লদে।

অরা লাইবাব মী ১২ অসিগা মনিপুবগী সেনাপতি নবসিংহগা উনদুনা বাবী শান্নববদা ঈবুংশীজ সেনাপতিনা লৈঙাক'-থৌদাং মতম খব পুবা ওইবগী অমসুং মৈতৈ নিংথৌনা যুমদা লৈতবগী তাঞ্জা থোক্কুনা থবক পাযখৎপা যাদবনা মবম ওইবনা মতম মতমদুগী ঙম্ন-ঙম্নবা ৱাবম অমসুং ৱাফমশিং ঙাংনদুনা অৱা /ম্রাম্মা লাইবাবশিং অদু থাদোকখিবম্মী। মবমদি তৌনবিবা মাঙদা থোকখিবা অমসুং মৈতৈগী ফিবমদুদা ফিবম-ফিবেপ তাউবসু খঙহন-উহনবা যাদবা অমসুং মৈতৈগী লাম্মী-লুপকী কাইদোং ফম্মীবেন ওইবিবা কংলাগী লানবনদুদা লৌবিবা মনিপুবগী সিফাই অমসুং লানগী থবক তৌবা ঙম্বসি শুপ্পগী মী ৩৬০(চহুমগা হুম্ফু) বোম খক্কনি। ম্রাম্মাশিংগীদি মৈতৈগীগা পানকববদি সমুদ্রগী ঈথক্কুম্বনি, লান্দি লাম্মা-লাম্লোইশিংনা থেংনগদবনি, লাঞ্জিংলেন, লাঞ্জিং-পুবেন্নচিংবা লৃচিংবশিংদি লাম্মী লাম্লোইশিংগী মথৌনা হাপকৎপীবা অমসুং লানফমদা লাম্লোইদুবু মথবাই অচঙবা লাম্মী অমা ওইহনবদনি। অদুবু অৱা লাইবাবনি হ যবিবাশিংদদি, মথক্তা হাযজখিবদুনি, মনিপুবদা লাঞ্জাবা লাকপা অমসুং মতমদদা মৈতৈ লাম্মীগী ফিবম, ফিবেপ, থোঙথাংনচিংবা যেংবা লাকপগী মওং মতৌদা লাকপা ওইবম্মী মবমদি মখোযনা মনিপুব তম্পাক্কী মফম খঙদা মখোযগী লাম্মী থাজিল্লক্কুনা চাযখাযনা তেঙ্গোল শাদুনা লৈবম্মী।

ম্রাম্মাশিংগী লৌনম লাংথাকসি ঈবুংশীজ নবসিংহ সেনাপতিনা ২৬ লবস খঙ্লুবা যাদ্রি, পাঙ্গল থোকপা যাদবগী মতাং ওইবি, পাৎলিঙৈদদি হযাংদা ফাওবসু নোঙ্জৌ হাযবদুনি। মবম অদুনা মযাম্বুং লেঙথোক্লকপা ওইদনা শেম্মদা ওম্মদনবগী খোঙজেল যেংদনা লৈবম্মী। অসুম্না শকাব্দ ১৭৪৪সিগী থবান অমসুং লাংবন থা অনি হৌজিনখ্রে, মেবা থা চঙলক্কুনা চনি পানবা ঈবাই নৃমিৎ (ওক্তোবব থাগী ৪শুবা চযোনগী ঈবাই নৃমিৎ থাকপা) মৈদিংঙু গম্ভীবাসিংহগা ঈংঙা থাদা সীলেট চঙমিন্নখিবা মবাই ঈবুংঙো লংমাইথেম্বা / নোংমাইথেম্বা কৃত্তি, মাকলংদা থুংলবগা ইম্ফালদা পন্থদনা কাবক্লগা মহাবাজ লেঙথোকবকহৌবে, হাযবগী ঈ-পাউ পুম্নমক ফাওনখিবম্মী।

## "মনিপুর লেভী" মিঙ্গৌ কৌরকপা

মৈদিংঙু গম্ভীবসিংহনা সীলেট সহবগী বৃটিশ ঈষ্ট ইন্দিযা কম্পনীগী হেডক্কার্টর্সকী ওফিসতা মফমদুগী অঙম-অথৌ, ওফিসাবশিং পুম্নমক উন্নদুনা ঙাংনবা যাবা, তান্নবা হৌনবা, খন্ন- নৈনবা যাবা অমদি হাযজ-নোঞ্জফম থোকপা শুনা পাংথোক্লগা বৃটিশকী কম্পনীগী সুপ্রিম কাউন্সিলদুদগী লৌবা যাবা মতেংশিং পুম্নমক লৌবগা মফমদুদগী বৃটিশকী

আর্মী / মিলিটৰী ওফিসাব অনি, মমিং ওইনা পল্লবদা কেপ্তেন এফঃজেঃগ্রান্ট অমসুং লেফেটেনেন্ট আবঃবিঃপেম্বর্টন অনিবু বৃটিশ গোভর্নমেন্টনা বাজা গম্ভীবসিংহ লেভীগী ইনষ্ট্রক্তব-কম-কম্মিস্নাব(Instructor-cum-commission)ওইনা হাপ্তুনা পীবকপগা লোইনদুনা লেভীগী সিফাই ২২০না খুৎশু-খুৎলাই, নোংমৈ মক, হীদাক-লাংথক, ফিবোন, চানা থক্লবা বেসনগী পোৎলম্নচিংবশিং পুবক্লিবদু শেন্নদুনা খৃঃ১৮২৫গী ডিসেম্বব তাবিক ৪দগী সীলেট থাদোক্তুনা মনিপুব তম্না লাকখিবম্মী। লম্বীদা অকায-অতোয, অপন-অবাক্লচিংবা কবিসু যাওদনা লাকখিবনা মখোয হাযবিবা ডিসেম্বব থাসিগী তাবিক ১৮ নোংমাইজীঙদা মাকলং খুন্দা থুংখিবম্মী। মৈদিংঙুনা মাকলংদা থুংলবগী পাউ অসি মনিপুবগী মাযকৈ মবিমত্তা যুমথোঙ যৈনা মৈহুম মোবোক চৎপশুম থুনা যাঙনা শন্দোকখিবম্মী। হাযবিবা মৈতৈশিংগী নুংঙাইববা পাউ অসিনা যুমথোঙ যৈবম্বদগী চীঙ পাৎ তুবেন্দা শীঙজন ঙাথিবা অমসুং লবুক লমহাঙদা যেনশাং হৈকপশিংদা খোম্থাং যৈবক্লম্মী। মসিনা মনিপুবগী তম্পাক লমদমগী মফম খবদা লৌনম-নমথাক তৌদুনা, হবান লাননাগী লাল্লুম তৌননবা গ্রাম্মা ওথোবিটিনা লোন্না থাজিল্লকপা গ্রাম্মা লান্মী লাল্লোইশিংনা পাউ অসি হেক ফংখিবগা খুদক্তা মনিপুবগী তম্পাক অমসুং নোংপোক্কী চীঙলোনশিং লান্থাক্তুনা চৎখ্রগা মতমদুগী মৈতৈ কবো তম্পাক্তা চেনখিবম্মী। চের্নাখ্রবা গ্রাম্মা লান্মীশিং অসিনা শমজোক নিংথৌ তম লাকপা, অসির্নচিংবা অবাগী মীচঙদা লৈবা লুচিংবশিংনা চেল্লকপা গ্রাম্মা লান্মীশিং খোমজিন্দুনা তুমুগী উমং অমদা নৌনা লীংখৎলিবা চেকশিন্না শাববা লানবন অমদা লৈবিবা গ্রাম্মা তেঙ্গোন্দা তৌর্নখিবম্মী।

মৈদিংঙু গম্ভীবসিংহনা মাকলংদা ডিসেম্বব তাবিক ১৮দা থুংখ্রবসু হেক্তমক কংলা কোনুংলেন্দা চঙলমদে। মফমসিদা ফাইদুনা নুমিৎ ৫(মঙা)নি লৈবগা সীলেটতগী পোৎযোম পুবকপদা শোথহৌবা সিফাইশিংদু মাকলংদা থুংলবা ঙাইদুনা লৈবম্মী। শোথহৌবশিং অদুনা থুংলববা মতমদা মখোযবুসু নোংমা পোত্থাহল্লগা পুন্না কংলা কোনুংলেন তম্না লাক্লগা ডিসেম্বব থাসিগী তাবিক ২৩,ঈবাই নুমিত্তা কোনুংদা থুংলবা নুমিৎ ডিসেম্বব তাং ২৩সিদগী সেনাপতি ঈবুংশীজ নবসিংহনা মহাবাজ গম্ভীবসিংহগী মমিংদা নত্রগা মহুৎ শিন্দুনা লৈঙাক লৈকনগী পোৎলুম থাখিবম্মী অমসুং ঈবুংশীজ সেনাপতি নবসিংহনা নিংথৌগী মহুৎ শিন্দুনা লৈপাক পুবসি থা ৫(মঙা) (জুলাই তাবিক ২৪দগীনা ডিসেম্বব থাগী তাবিক ২৩ ফাওবা)নি।

রাজা গম্ভীরসিংহনা সীলেটতকী অচা-অথক ময়াম পুদুনা মনিপুবদা থুংলববদা মহাক্কী মমিংদা লীংখৎখিবা লেভীগী সিফাইশিং অমসুং মখোযগী ওফিসার ৫৪(য়াংখৈমরি)সিনা মনিপুরবু অৱাগী মখুত্তগী হন্দোক্লবা তুম্বা-চাবা থিদনা,উমংদা উকক্তা, উরাদা মোন খাওদুনা তুম্লক্লবা ৱাজবক্লবশিং অসিবু নোংমতংদি চাক চারা অমা পীজদুনা নুংঙাইহনগে হায়না মাকলংদা ডিসেম্বর ১৮দা থুংলবা নুমিৎসিদগী খল্লকখি। মৈদিংঙুসিনা মৈতৈ কংলাদা লৈঙাক্লিবা সেনাপতি নরসিংহগী মফমদা মহাক্কী পুক্লীঙগী ৱাফমসি ফোংদোক্তুনা সীলেটতগী রসন লৌরুবা লেভীগী সিফাইশিংনা ডিসেম্বব ২২দা থুংলববদা বসনগী শরুক খব থুনা যাঙনা নুমিৎসিমক্তদা মনাই থাদুনা যৌহল্লগা মহাক্কী লেভীগী অপুনবা [কম্পনী ৪(মবি) কম্পনী ১। ১দা খোঙমী ১২৫ অমসুং ওফিসার ৪না] শাবা সিবু ডিসেম্বব ২৩গী নুমিৎসিদা ভিক্তোবিয়া পল্টন [Victoria Platoon]৪(মবি) হাযনা মিংথোন্দুনা চাক খাঙগনি / পীজগনি / কৌগনি, চাক্কী থৌবাং তৌবম্মু, থোং-থাক্তুনা থল্লম্মু হাযনা য়াথং পীবক্লম্মী। অদুগা হাযরিবা চাক পীজর্বাসিগা লোইননা নুংঙাইরবা পাউশিং খরসু মৈতৈ লৈপাক্কী মীওই খুদিংমক্তা খঙহন্নবা লাউথোক্কনি, মদুগীদমক্তসু শেম-শাবম্মু, হাযনসু পাউ পীবক্লম্মী। মনাউ ঈবুংঙো সেনাপতিনা মযাম্বুংগী পুক্লীঙ থুংননবা মাযপুননা থবক পাযখৎখিবম্মী।

খৃঃ ১৮২৫গী ডিসেম্বব তাবিক ২৩সিদা মৈদিংঙু গম্ভীবসিংহনা মাকলংদগী কেপ্তেন এফঃ জেঃ গ্রান্ট অমসুং লেফটেনেন্ট আবঃ বিঃ পেম্বর্টনগা লোইননা লেভীগী সিফাইশিংনা সীলেটতগী পুবকপা পোৎয়াম পুদুনা মৈতৈগী কোনুংলেন কংলা তম্না লাক্লম্মী। মখোযনা কংলা যৌবক্লিঙৈংসিদা কংলাগী বাজা গম্ভীবসিংহ লেভীগী হেডক্কার্টর্সকী চাকথোংশঙদা মনাউ মনাউ ঈবুংঙো সেনাপতিনা মিৎযেং তাদুনা সিফাইশিংগী "বডাখনা" চাননবা চাক থোঙ্গৎখ্রে। মাকলংদগী লাক্লিবা সিফাইগী লাল্লুপ অদুনা কংলাদা থুংলবদুনা মখোযগী মপী ওইবা তেঙ্গোলদা তীল্লবে অমসুং মনাউ ঈবুংঙো সেনাপতিনা মযাম্বুং মহাবাজ খুরুম্বগা লোইননা লেভীদা ডিপুট(Deputes) তৌবক্লিবা বৃটিশ ওফিসার অনিবু তবাম্না ওক্লে। মখোয ঙাইহাক পোত্থাববা মতুংদা লেভীগী চার্জ,সেনাপতি ঈবুংশীজ নবসিংহনা কম্মিস্নাব কেপ্তেন এফঃ জেঃ গ্রান্টতা শীন্নফম থোকপদু শীন্নদুনা সেনাপতি নরসিংহগী মশাগী কোকথোং অমসু থারে। মখোয়না মৈতৈ নিংথৌ অমসুং সেনাপতি শীল্লিবা চাকলেন অসি চাদ্রিঙৈগী মমাঙদা লেভীগী সিফাইশিংদু পেরেড গ্রাউন্দা কৌথোকলক্লে অমসুং সিফাইশিংদু পেবেডকী(ফলিল) মওংদা লেঙদুনা লেপ্লবে। মতমদুদা

মৈদিংঙু গম্ভীরসিংহ অমসুং সেনাপতি নবসিংহ বৃটিশ ওফিসার অনিগা *লোইনদুনা থোক্লক্লে, অদুগা লাম্মী-লাল্লোই সিফাইশিংগী অশোয়-অঙাম, অৱাৎ-অপানচিংবা পুম্নমক য়েংবীরগা মৈদিংঙু গম্ভীরসিংহ সিফাইশিংদুদা* মহাক্না সীলেটতা চৎলুবদা মায়পাক্লকপগী ঈ-পাউ পুম্নমক্কু তল্লে। অদুগা মখা তানা লেভীগী ওইবা অকক্নবা পাউশিং, ওইগদবা মওং-মতৌশিংনচিংবদু পাউদমদুনা সনা য়াথং তাকপীবক্লম্মী, মদুশিংদুদি:-

(১)"রাজা গম্ভীরসিংহ লেভী" হায়বা লেভীগী মমিং অসি থাদোক্লগনি অমসুং নুমিত্তুমক্তুদগী "মনিপুর লেভী" হায়বা মমিং অসি থোল্লগনি, অমসুং মসিদা খঙনরগনি, বৃটিশশিংগী ওইনদি মহাক্না সীলেটতা লৈবিঙৈদগী খঙনখ্রবনি।

(২) মনিপুর লেভীসিগী হৌজিক খোঙমী ৫০০, শগোল ৪০(৫০ সেক্কসন তৌবনি) লৈবিবসিগী মহুত্তা অমসুং মথক্তা খোঙমী ১৫০০ অমসুং শগোল লাম্মী ১৫০ ওইহন্নবগী অযাবা বৃটিশ ভারতকী সুপ্রিম এডমিনিষ্ট্রেটিভ কাউন্সিলনা পীবে। মখোযগী মশীঙশিং অসি শুনরব অনৌবা সিফাই লৌবগী থবক চথবা হৌরগনি অমসুং হায়বিবা পাউসি মৈতৈশিংনা খুন্দাবা লমশিং-অসামগী হোজাই, রঙ্গপুর /সিবাসগরনচিংবা, কছারগী লক্ষীমপুর, শিলচরনচিংবা বঙ্গদেশকী সীলেটনচিংবা, ত্রিপুরাগী আগরটলানচিংবা লমশিং য়ৌনা খঙহনবগী মথৌ তাই।

(৩) মনিপুর লেভীগী সিফাইশিংগী তলব, ফিজেৎ, রসন্নচিংবা পুম্নমক বৃটিশকী সুপ্রিম কাউন্সিননা পুগদবনি। হার্যাবরশিং য়ৌবক্লগনি, লোইনবা নোংমৈনচিংবা খুৎশু-খুৎলাইশিং, নোংমৈ মরু, নোংমৈ-ঈদাক্লচিংবসু বৃটিশনা পীগনি। অদুগা বৃটিশনা পীবিব মনিপুর লেভীগী পোৎ পুম্নমকসি কছারগী ভুবনচীঙগী নোংচুপকী চীঙখোঙ-চীঙযাগী মফম ওইনা লৈবিব, মৈদিংঙু চীঙথংখোম্বা (খৃঃ১৭৬৩-৯৮), মপাঙ্গীবুংঙোনা শেমগৎপীবম্বা চন্দ্রপুর কৌবা মফমদা নোংমৈশঙ(Arsenal/Magazine)অমা শাদুনা থম্লগা মদুদগী লৌগদবনি [গঃচঃশঃ,৪৫ ৪৬]।

অসিশিংসিনি। হায়রিবা পাউসি তাবদা মনিপুর লেভীগী সিফাইশিং অদু হবাউবগী ঙমখৈ লৈরমদে। অদুগা মতুং তাবকপদা সেনাপতি ঈবুংশীজ নবসিংহনা বৃটিশ ওফিসার অমসু থোইনা কুইদবা মতমগী মনুংদা থোক্লক্লগদবদুনা কনানো হায়বসি খঙহনখিরম্মী। অসুম্না মনিপুর লেভীগী কম্মিসনার কেপ্তেন এফঃজেঃ গ্রান্ট, এসিষ্টেন্ট কম্মিসনার লেফটেনেন্ট আরঃবিঃ পেম্বর্টন অমসুং মতুংদা থোক্লকদবা মনিপুর লেভীগী এডুটেন্ট লেফটেনেন্ট জর্জ গোর্ডোন (খৃঃ ১৮৩৫দগী কেপ্তেন কারক্কনি)গী মশকসু খঙখিরম্মী। অসুম্না নুংঙাইরবা পাউশিংসিগা লোইননা মনিপুর লেভীগী

ভিক্তোরিয়া পল্টন মরি[চৈথাঃ কুমঃ,২০০৫,২২৫]গী সিফাইশিংদু চাকলেন হাউনা চাজবা ফংজখি।

*মনিপুব লেভীগী লাম্মী-লাল্লোইদা সিফাই অমসুং মখোযগী* ওফিসারশিংগী মশীঙ হেনগৎপা হাপকৎপগী ব্রাফমসি মতুং খব কোম্পূরগা থা ১ (অমা)গী মতুংদা অহানবা থাক্কী ওইনা খোঙমী ১,০০০(লীশিঙ অমা) শগোল লাম্মী ১০০(চাম্মা) অমসুং মখোয় ওফিসার ১১০(খোঙমী১০০, শগোল লাম্মীগী ১০)গী মশীঙদা লাকখিগনি। অফং-অফংবা মীওইশিং হাপ্পনি।

## কবো-তম্পাক হন্দোকপদা নরসিংহ

মৈদিংঙু গম্ভীরসিংহ অমসুং সেনাপতি নরসিংহ অনিসি মমাঙঙৈদগী হৌনা ব্রাখল লীচিং অমতগী মীওইশিং ওইবা, কবিগুম্বদা খল্লুবা ব্রাখলসি চপ মান্নগনবা অমদি ব্রাখল পবীং অমতদা পুন্না চেম্থমিন্নবগা নুঙাইমিন্নবা মীশকশিংনি। মখোয় অনিমক্কা মনিপুব লেভীগী মপান তাংদুনা মনিপুবগী নিংথৌ অমসুং সেনাপতি ওইববা মতমসিদা মমাঙঙৈদা মবুধৌ ক্যাম্ব (খৃঃ১৪৬৭-১৫০৮)গী সনা হাক্তক্তগী মনিপুবগী মৈতৈগী লম ওইদুনা লৈবম্বা মৈতৈ কবো তম্পাক (Kase-Shan or Kabo valley of the Kate)অসি মৈদিংঙু মার্জিৎনা নিংথৌ ফম্বাল পাম্মনবদগী শ্রাম্মাশিংদা পীথোক্তুনা মখোয শ্রাম্মাগী ওইখিবা, নিংথি তুবেনগী নোংচুপ থংবা তম্পাক (Western basin of the river Ningthi or Khwendwen/Chindwin)অসি হন্দক্কী চহি তরেৎ খুন্তাকপগী মনিপুবদগী শ্রাম্মাশিং তাম্থোকপগী থবকসিদা মসিদগী শ্রাম্মাশিং তাম্থোখিবা অসিসু যাওহৌদবা যাদে নত্রগা ঈনৌ নৌনা অমুক হন্না জয় তৌদবা য়াদে হায়বসি মচীন-মনাউ অনিমকসি মাগী মাগী ব্রাখল ওইনা পুন্না খনমিন্নবম্মী অমসুং ব্রাফমসি মখোয অনিনা অমগা অমগা ফোংদোক্ল বক্লবা মতমদা খঙনবক্লম্মী। অদুবু খৃঃ১৮২৫গী ডিসেম্ববগী মতম অদুব ইদদি মনিপুর তম্পাক্কী থৌবাল লমদমগী লমজাও অমদুদা মী ৪০০০। ৫০০০ বোমখক্তং লৈবা থেংনবদু নত্তনা অতৈ লমদম অয়াম্বদি মী তাদবা লমহাং ওইনা লৈবম্মী, মরমদি চহি তরেৎ চুপ্পা খুন্তাকপদুদগী ময়ুম-ঈংখোল থাদোক্তুনা চেনখিবা মৈতৈমচাশিংদু লান হাঞ্জিন্নরক্তি। মরম অসিনা রাজা গম্ভীরসিংহ মশামক্কা মনিপুব লেভীগী অনৌবা হাপকৎকদবা সিফাই মশীঙগী থৌবান্দগী লৌবা য়াবা মী, মশানা সিফাই খন্নীঙবা মীওইশিং খর ফংবা য়াত্রা হায়বা যেংলুনবা খৃঃ১৮২৫গী ডিসেম্বরগী তাং ২৪ থাঙজা নুমিত্তা থৌবালদা চংখিরম্মী [মথক্কীসিদা, ২২৫]।

মৈদিংঙু গম্ভীরসিংহ থৌবালদগী মনিপুর লেভীদা সিফাই খনবা যাবা মীওই ৫০ / ১০০ রোম ফংলম্মী অমসুং খর পুরকপসিনা মতুং নোংমা-নীনিগী মতমদসু মী খর অমুক লাকপা য়াই হায়বগী থাজবা লৈরম্মী। অদুগা অমরোমদা অমুক ডিসেম্বর থাসিগী লোয়শিল্লকপগী মতমদদি অনকপা লম / লৈপাক্তা লাঞ্জেল্লুবা মৈতৈ মচা শঙ্গু শঙ্গুসু লান হঞ্জিন্নরকপগী পাউসু ফংলম্মী। রাজা গম্ভীরসিংহনা থৌবালদগী মী খর পুদুনা মনিপুর লেভীগী হেডকোর্টর্স কংলাদা হল্লক্লগা সেনাপতি নরসিংহগা রাখল ফাওদোক্লবদা কবো তম্পাক অমুক হন্না লান্দাদুনা লৌশিনবগী রাফমসিদা রাখল মান্নবল্লদুনা মচীন-মনাউ অনির্সিনা লেভীগী থৌদাং পুবিবা বৃটিশ ওফিসার অনি কেপ্তেন গ্রান্ট অমসুং লেফটেনেন্ট পেম্বর্টনগা পুন্না ফমিন্নদুনা রাফমসি তানবে। বৃটিশ ওফিসার অনিদুসু রাফমদু অচুম্বনি, লান্দাদুনা লৌশিনবা নত্রবদি গ্রাম্মাশিংনা তুংদা অচুম্বা রাফমদা যেৎলকপা যাই অমসুং মদু য়েৎলক্তনবগীদমক্তা খোঙফমদুদা থাংজিনহৌমসি অচুম্বা রাফম্মি, হায়দুনা শৌগৎলকখিবম্মী। অদুগী মখা তাবকপ' থবক্তুদি হৌজিক্তগী (মতমদুদগী) হৌনা মৈতৈ কবোগী পাউ লৌবগা লান্দাননবগী থৌবাং তৌবা হৌগৎপা য়ারে হায়না লেপ্পখিবম্মী।

ঈকুজনীঙবগা থোঙ্গ্রা তেকপগা মায়ে, হায়বদুনি: মৈতৈ কবো তম্পাক অমুক হন্না লান্দাদুনা লৌশিন্নবগী রাফম খন্নবিঙৈসিদা মৈতৈ কবো তম্পাক্কী পঞ্জীন ওইনা লৈবিবা "তুমু"(Tamu)কংলৈ-মচা অদুদা গ্রাম্মা লান্মী খবনা লানবন শাদুনা লৈবে হায়বা পাউসি তাবে। হার্যাবিবা রাফমসি লুচিংলেন মবিসিনে লৈপাক্কী অঙম অথৌ, অকন-অবিং ওইবিবশিংসু যাওনা তীন্নদুনা তুমুদা অরা / গ্রাম্মনা লানবন অমা শাদুনা লৈবে, মসিদা কবি তৌগদবগে, হায়বা রাবমসিদা খন্ন -নৈনবে। মদুদা ঈবুংশীজ নরসিংহবু লৈপাক্কী সেনাপতি ওইনা থৌদাং লৌদুনা মনিপুর লেভীগী সিফাই খোঙমী ২৫০গা শগোল তোংবা লাল্লোই ২০ খক্কা নৌনা লৌবা ৫০০গা অচোয়বা লাল্লোই অমসুং পোত্থাং-পুবা মীশিংগা পুন্না মীশীঙ ১০০০(লীশিঙ অমা) শুনবা শেন্নগা মদু পুদুনা তুমুদা চত্তুনা মফমদুদা অনৌবা ওইনা লীংলক্লিবা গ্রাম্মাগী লানবনদু থুগায়কনবগী রাফম লেপ্পখিরম্মী। অদুগা লেপ্পবিবদুগী মতুং ইন্না মৈদিংঙুনসু চৎননবগী য়াথংদু অদুম পীরম্মী। মরম অদুনা সেনাপতি ঈবুংশীজ নরসিংহনা হায়রিবা লান্মী অমসুং পোত্থাং-মীগা পুন্না ১০০০ পুদুনা তুমুগী গ্রাম্মাশিংগী লানবন্দা লান্দাকুনবা খৃঃ১৮২৬গী জানুৱারী তারিক ১(অমা) ঈরাই নুমিত্তা কংলাদগী খোঙশানখিবম্মী [মথক্কীসিদা, ২২৫]।

## তুমুগী ম্রাম্মা লানবন শাখিবা

মৈদিংঙু গম্ভীবসিংহনা সীলেটতা লেঙশিল্লুবগা খৃঃ১৮২৫গী ডিসেম্বব তাং ১৮দা মাকলং খুন্দা থুংলবে হাযবা পাউ অসি তাবদা মনিপুবসি অমুক হন্না খুদুম চনবা যাববা যেংগে, হাযদুনা অৱাগী অঙম-অথৌ খবনা খুজীন-থৌবাং তৌবগা মনিপুব তম্পাক্তা অবোনবা লাম্মী থাজিল্লক্তুনা মৈতৈ তম্পাক্কী মফম খবদা তেঙ্গোল লীংলম্বদগী বাজা গম্ভীবসিংহ থুংলববদি যাববোয হাযদুনা মচোয-মচোয ওইনা চেন্নখিবা ম্রাম্মাগী লান্মীশিং অদু মৈতৈ কবো অমসুং অৱা কবো(Mirap Shan)গী, লমদমশিংদা কোযচায চাযদুনা লৈবম্মী। মখোযসি মলেস-ম্রাম্মা লান(Anglo-Burmese War)দুগী এক্সিযেল ফোঁস (Axial Force) অদুগা শম্নবা অমসুং লাল্লোইনবগী ৱাফমসু উবা ফংদে, আবাকান অমদি ইবাবতী তম্পাক(Irrawaddi basin/Valley)শিংদা শোক্লবিবা মলেস-ম্রাম্মাগী লানফমশিংদুদা চঙলুবা নত্রগা যাওকুবা মীওইশিংগী লমজিং মখাদা চৎপসু যাওবা মান্দে। হাযবিবা ম্রাম্মা মচাশিংসি তুমু নিংথৌ অমসুং মহাক্কী মখাদা লৈবা খুল্লাকপশিংনা খোমজিন্দুনা মখোযগী লৈজবিবা কবো লান্মীশিং খবগা পুনশিন্দুনা লান্মী লাল্লোই ১২০০।১৩০০ শুহল্লগা তুমুগী অশুকপা ভূমং অমগী মযাযদা নুঙ, উ, ৱানচিংবনা পল্লোন নাইনা খাবগা অকোযবদা চাঁঙশু-উ (Teak)গী যুম্বী উযুংনা কোযনা যুংলগা চেকশিল্লবা লানবন অমা শাবঞা তেঙ্গোল লীংদুনা লৈবম্মী।

সেনাপতি ঈবুংশীজ নবসিংহনা কবো তম্পাক্তা লান্দানবা লাক্কদৌবে হাযবা পাউসি মনিপুব তম্পাক্তগী পীবক্লবদা,খৃঃ১৮২৫গী জুন তাবিক ১০দা কছাবদগী লাক্তুনা মনিপুবদা ম্রাম্মা তান্থোক্লবা লাঞ্জঙলকপদা নুমিৎসিমক্তা অহানবা মৈতৈ ম্রাম্মা লান্থেংননবগী নুংঙা চীঙমী খুন্দা ঈবুংশীজ নবসিংহনা লান্দাবকপদা মাযথীদুনা লানবন / তেঙ্গোল থাদোক্তুনা চেনখিবা নুংঙাখুনগী তেঙ্গোল পুবম্বা শমজোক নিংথৌ (শোইমাওলা)না শমজোক (Thuangdut)অমসুং মৈতৈ অমদি অৱা কবোগী লমদমশিংদা অৱা / ম্রাম্মা নিংথৌ বাগ্যি-ডোআগী মমিংদা ম্রাম্মা লান্মী খোল্লম্মী [গঃচঃশঃ, ৪৫]। অসুম্না মহাক্না খোল্লবা লান্মীশিংদু লাল্লোই মশীঙ ৭০০(চাতবেৎ) খব হেল্লম্মী অমসুং হায়বিবসি কবো মীওইশিং নত্রগা লান্মীশিং ঙাক্তনি। অদুগা মখোয ৭০০(চাতবেৎ)লোম খব হেনবদুসু তুমুদা শাবিবা লানবন অসিদা চঙখিদুনা তীন্নখিবম্মী অমসুং সেনাপতি ঈবুংশীজ নবসিংহগী লান্দা খোঙজঙসিবু থিংননবা শেম-শাদুনা লৈখিবম্মী [মথক্কীসিদা, ৪৪]।

ঈবুংশীজ সেনাপতি নরসিংহনসু তুমুগী লানবনদা শমজোক নিংথৌগী লাম্মীশিংনা থোমজিনখিবা অমসুং মশেন তীন্নখিবগী ঈ-পাউসি ফংলম্মী। অদুগা তুমুগী লানবনসিগী ঈ-পাউ লৌবা অমসুং মদুদা লৈরিবা লাম্মী লাল্লোইগী মশীঙগী পাউ লৌবদা তুমুদা লৈরিবা লাল্লোই মশীঙসি ২০০০(লীশীঙ অনি)দগী হেনবনি, হায়বসি খঙলে। অদুগা অমুক কুপথনা পাউ লৌবদা তুমুগী লাল্লোইশিং অদুগী মনুংদা পোর্টুগীজ, ফ্রেঞ্চ, ডটচ(Dutch), স্পেনীজনচিংবা য়ুরোপীয়ান জাতিশিংগী শা-লানগী, লান্দা-লানকনগীনচিংবগী হিরমশিংগী ট্রেনিং নীঙথিনা পীরবা ম্রাম্মাগী অখন্নবা লাল্লোই ৭৮০ অমসুং মখোয়সিগী খোঙলোই-লাল্লোইনরবা কবো অমসুং অৱাগী লাম্মী লাল্লোই ১,৩০০ লোম, পুন্না লাল্লোই ২,০৮০(লীশিঙ অনিগা মরিফু) চপ চানা খুদক্তা হেক্তমক লাম্হৈংনবা য়াবগী ফিবম-ফিরেপ্তা খুৎলাই পায়দুনা লানবন মনুংগী অকোয়বদা লেপ্তুনা লাঞ্জাদুনা লৈ-হায়বা অকুপ্পা পাউসি ফংলম্মী। মদু পুম্নমক্কু য়েংলকপদা ম্রাম্মা লাম্মীনা লাম্মী মশীঙদসু তংখায় অমা হেনখ্রে। মরম অসিনা ফিবম অসিদা মফম মরাং খঙদনা লান্দানবনি, হায়দুনা হেক্তমক চঙশিল্লুবদি অফবা ওইরোয়, মৈতৈ সিফাইশিংগী খুদোং থীনীঙঙাই লৈ, মরমদি লমদুগী ঈশিং-নুংশিত্তা মশা উইবা মখোয়না হেল্লি, লানবন লৈরিবা উমংদুগী লম্মিৎ-তুমিৎ, লৈপুৎ-কোপুৎনচিংবা খঙবদসু য়েক্লবা ওইবিবা মখোয়না হেল্লি, হায়বা শা-লানগী লাল্লম-লাম্হোঙ শীনবগী মহৈ-মশিঙগী মায়কৈসিদা মিৎয়েং থমদুনা লাম্মী-লাল্লোইশিং অমসুং সিফাইশিংদু মিৎশিঙ-নাশিঙনা থুপ্তুনা লৈননবা পাউতাক পীবগা মৈতৈ' ম্রাকোনুংদা ৱাফমশিংদু পাউদমদুনা হঙৎলগা অহেনবা লাম্মী থাজীনবীরক্লবা শগোল পাউ থাখিবম্মী। অদুগা লাম্মীগী ফিবম শেন-দা-ঙামদনবা শেন্নদুনা লাঞ্জা-লাল্লুমদুনা কোনুংলোমদগী অনৌবা লাম্মী থাজিল্লকপা ঙাইদুনা লৈরম্মী।

## শমজোক লৌশিনবদা নরসিংহগী শক্তম

শমজোক, মৈদিংঙু খাগেম্ব হাক্তক্তা(খৃঃ১৫৯৭-১৬৫২)গী মৈতৈগা চায়নদুনতা লাকপনা মৈদিংঙু গরিবনৱাজ মহারাজগী হাক্তক(খৃঃ১৭০৯-৪৮)তা মরু ফংনা নৈখায়দুনা লৌখিবা নিংথি তুবেনগী ওয় থংবা (নোংপোক থংবা) তোবর্বান লোমদা তাবা, অৱা কবো(Mirap Shan)গী নোংচুপ লমখৈদা লৈবা কংলৈ মচা অমনি। মফমসিদা সেনাপতি নরসিংহনা মহাক্কী অকক্লবা মথৌ ওইনা খৃঃ১৮২৬গী জানুৱারী তারিক ১৮দা তুমুদগী লান্দানবা চৎলগদৌবনি।

মৈদিংঙু গম্ভীবসিংহনা সেনাপতিগী শগোল- পাউ লাক্লিবদুগী পাউসি ফংবগা কেপ্তেন এফঃ জেঃ গ্রান্ট অমসুং লেফটেনেন্ট আবঃবিঃ পেম্বর্টনগা লোইননা লেমহৌবিবা মনিপুব লেভীগী সিফাইশিং অবিবা অমসুং অনৌবা পুন্নমক পুদুনা থীন্থদা খোঙশাল্লক্লম্মী। মখোযনা তুমু য়ৌবক্তুনা সেনাপতি নবসিংহ অমসুং মহাক্কী তেঙ্গোনগা তুমু কৈথেলগী মনাক্তা থেংনবগা লান্নী অনিদু পুনশিন্নদুনা অপুনবা তেঙ্গোন ওইদুনা পুন্না লাকমিন্নবম্মী। অপুনবা মৈতৈগী তেঙ্গোলসি ম্রাম্মাশিংগী তুমু লানবন লৈবিবা উমংদুদা খৃঃ১৮২৬সিগী জানুৰাবী তাবিক ১৮দা থুংলম্মী। মৈদিংঙু গম্ভীবসিংহনা সাহেব অনিদুগা লোইননা মনাউ ঈবুংঙো নবসিংহ সেনাপতিগী মফমদগী তুমু লানবন অদুগী মবমদা খঙবা যাবা মখৈ খঙলগা লানবন অসি লৌশিনবসি নুমিৎ খবনীদি চঙখিগদৌবি, হাযবা ৱাফম থন্নক্লম্মী। মতমদুদা কেপঃগ্রান্টনা লানবন অসিগী চেকশিন্না শাবিবা মওং-মতৌ অসিদা মিৎযেং থল্লগা মসি তোপ (Cannon)যা ওদ্রবদি থুগাযবা ঙমলোয হাযনা খনবদা নত্তনা মচীনমক থোক্রা হাযবম্মী। অদুবু মদুদা বাজা গম্ভীবসিংহনা থুগাযগনি, হাযনা থাজবা পীবম্মী। অদুনা তুমুগী লানবন থুগাযবা অমসুং লৌশিনবগী থৌদাংসি বাজা গম্ভীবসিংহনা বৃটিশ ওফিসাব অনিদুগা লোইননা মহাক লৌহৌবগে হাযবম্মী, মনাউ ঈবুংঙো সেনাপতি নবসিংহবু লেভীগী সিফাই ৩০০ পুদুনা শমজোম লান্দাক হাযনা যাথং পীবম্মী।

সেনাপতি নবসিংহনা স্নাযাথং ফংবগা মনিপুব লেভীগী মখুৎ চাববা সিফাইশিংদুদগী ৩০০খম পুবগা হাযবিবা জানুৰাবীগী তাবিক ১৮গী নুমিৎসিদা তুমুদগী অৰাং-নোংপোক পাংনা চৎখৎখিদুনা নিংথি তুবেনগী তোবর্বান যৌখিবম্মী। মফমদুদগী থাসিগী তাং ২০দা হি ৱাইদুনা নিংথি তুবেন লাল্লগা তুবেনসিগী নোংপোক্লোমদা লৈবা অৱা কবো নত্রগা মিবাপ শান(Mirap Shan)গী নোংচুপ লমখৈগী পম্হোঙদা লৈবা শমজোক্কী লানবন অমসুং শমজোক নিংথৌ শোইমাওলাগী কোনুং-লানবনসিদা লান্দাখিবম্মী। নুমিৎ অহুমনি চুপ্পা লান থেংনববা মতুংদা জানুৰাবী থাসিগী তাবিক ২৩দা লানবনসি থুগাযখিবম্মী। হাযবিবা শমজোক্কী লানবন অসি থুগাযবদা শমজোক নিংথৌ শোইমাওলা(খৃঃ১৮২৫গী জুন ১০দা নুংঙাখুন্দগী নাম্হোত্তুনা চেনখিবা মশামক),ককাংকা কৌবা খমপাৎৱূন(Commissioner/King of Khampat),কলে নিংথৌ(King of Kale or present Kalewa)অমসুং পোইযোং অথৌবা, মখোয ৪(মবি) অসিনচিংবা লানফা। মী ৩০ ফাবম্মী [চৈথাঃ কুমঃ,২০০৫,২২৫]। অদুগা লানখোমপোৎ (Warbooty)ওইনা

নোংমৈ কামার(Musket),খুদোং মরু(Bullet of crude rifle)শিং, চৈঙ্গ(Big rice receptacle), ফৌঙৈ(Big paddy receptacle), ঙাকৈ(Big fishes containers), থুমগৈ(Big salt containers), ফি-রোন, সনা, লুপা, কোল-লীক (Utensils), য়োৎ-থাঙ(Iron implements)নচিংবা পুরকখি [মথক্কীসিদা, ২২৫]। অদুগা লানবনসিগী অকোয়বদা লৈরিবা লমদমশিং, হায়বদি শমজোক্কী লমখৈ মনুংদা লান্দারুবদা অৱা /গ্রাম্মা অমসুং কবো / শানশিংনা ফাদুনা নত্রগা মনিপুরদগী খুন্তাকপদা ফাদুনা পুখ্রগা মখোয়গী মীনাই ওইহন্দুনা থম্লম্বা মৈতৈ মচা ৩০০(চহুম) বোমদগী হেনবসু মীনাই য়োৎহিং ককথত্তুনা মনীঙ তম্বা মৈতৈ ওইহনখিরম্মী [গঃচঃশঃ,x,৪৮]।

## তুমু লানবন থুগায়বা

গ্রাম্মাশিংগী চেকশিন্না শারবা তুমু লানবনসি থুগায়বগী থৌদাংশি মনাউ ঈবুংঙো সেনাপতি নরসিংহদগী রাজা গম্ভীরসিংহনা লৌহৌবে। কেপ্তেন গ্রান্টতি কুম্মৈ য়েংবা নত্তনা অতৈ পাম্বৈ লৈরমদে। মৈদিংঙু গম্ভীরসিংহনা লানবন থুগায়নবা থুংলুবা নুমিৎ জানুৱারীগী তারিক ১৮(তরানিপান)অসিগী নুংদাংৱারমমক্তদগী লাম্থোঙ শীল্লে। মনাউ ঈবুংঙো নরসিংহ সেনাপতিনা পুখিবা লাম্মী ৩০০ অদুদগী লেমহৌবিবা মনিপুর লেভীগী সিফাইশিংদুদগী অরিবা সিফাই ৫০ / ৫০ অনৌবা সিফাই ১০০ / ১০০,সুবেদার ৩(অহুম) অমদি জমান্দর১(অমা)দা সিফাই পুন্না ১৫০ / ১৫০ পীদুনা তুমু লানবন্দুগী অকোয়বা মায়কৈ মরিমক্তা মনাক্তা থোইনা নকশিন্দনা মৈতৈ সিফাই লৈবনা গ্রাম্মা অমসুং কবো লাম্মীনা থোক্লকপা অমসুং লানবনগী মপান্দা লেপ্লবদি য়ারোযদৌবা মফমদা লৈহন্দুনা তুমু লানবনদু পুমকোয় কোয়শিন্দুনা থল্লে। লেমহৌরিবা মৈতৈ সিফাই ৫০০ / রোমনা রিজার্ভ(Reserve)ওইনা মৈদিংঙু নাক্তা য়াথং ঙাইদুনা লৈহল্লে অমসুং লান্চাক থৌরাং তৌহল্লে। অসুম্না জানুৱারীগী তারিক ১৮(তরানিপান) অমসুং ১৯(তরামপন)সি কোয়শিন্দুনা থম্লবা মতুং তাং ২০(কুন)দগীদি মৈতৈগী সিফাই ৬০০(চাতরুক) লানবনগী অকোয়বদা লৈরিবশিংদু মশা লোৎশিল্লগা য়েক্লবনা নোংমৈ কাপ্লকপদা শোক্ত-পন্দনবা শাজেন তৌরগা লানবন লৈবা মায়কৈরোমদা নোংমগী খাজিক / খজিক্তং ওইনা নকশিল্লকপগী অতপ্পা খোঙথাং লৌখৎহল্লম্মী।

মৈদিংঙু গম্ভীবসিংহনা শীল্লিবা লাম্হোংঙ অমসুং চঙশিল্লিবা লাঞ্জওসি মবুধৌ ঈবুংঙো মৈদিংঙু গবিবনাৱাজ মহাবাজনা খৃঃ১৭১৮দা শমজোক লান্দাবদা শীজিন্নখিবা লানওংদুনি। মসিগী পান্দমদি লৈবিবা লানবন্দুগী মনুংদা চানা-থক্লবা চেঙ-চাক, যেনশং-নাপী অমসুং ঈশিং ফংহন্দবনি। অসুম্না কোযশিন্দুনা লানবন মনুংগী লাম্মীশিং অদুবু মপান থোক্লকপা যাহনদবনা চানবা চীঞ্জাক লোযখিবা অমসুং থক্লবা ঈশিং লৈবক্তবা মতম অমসুং মখোযনা লানবন মপান্দগী পোৎলম অমতা পুশিনবা যাবক্ত্রবা, চাবা থকপা ফংলক্ত্রবা মতমদুদা যেক্লবশিংদুনা মশা মতোমতা চঙজবক্লবগী থৌশীল-থৌবাংনি। অসুম্না পান্দমদুনা বাজা গম্ভীবসিংহগী খুজীল থৌবাং মখাদা নুমিৎ নিনি চুপ্পা তুমু লানবসি কোযশিন্দুনা থল্লবদা মপান থোক্লকপা যাদ্রবা স্রাম্মা অমসুং কবো লাম্মীশিংদুনা জানুৱাবী থাসিগী তাবিক ২০(কুন) অমসুং ২১(কুনমাথোই)গী নিনিদু অযুক নুংথিল অমসুং নুমিদাং খাক্তনা লানবনা মনুংদগী মপাল্লোমদা নোংমৈ অমসুং তোপশিং লেপ্পুনা কাপথোক্লক্তনা মখোযব্ কোযশিল্লিবা মৈতৈ-কটে সিফাইশিংবু তাম্হোক্লবা ঙমজবা মখৈ কল্লা হোৎনবম্মী। অদুবু মৈতৈশিংনা পুম্নমক্ত মাংহৌননা খন্দুনা মশা ঙাকথোক্লবা ফিবম পুম্নমক হানননা শেম শাদুনা লৈখিবনা স্রাম্মা লাম্মীশিংনা হোৎনবিবা পুম্নমক্ত অবেম্বদা তাখিবম্মী। অদগা হাযবিবা জানুবাবী তাবিক ২১(কুনমাথোই)গী নুংদাংদদি পাম্প্লে লৈত্রবা স্রাম্মা লাম্মী-লাল্লোই খবদি মখোযগী লানবন্দুগী মপান্দা থোক্লক্তনা মৈতৈ সিফাইশিংগা অবোযবী থাদুনা চাং যেংনখি। অদুবু হকথেংননা খুৎনা ফংনা যান্নবগী লানফম অমসুং লান ওংদদি মখোযনা মৈতৈব্ খক লাকচবা ঙমদবনা মখোয স্রাম্মাগী মী খব শিবগা লানবন মনুংদা চেনখিদুনা তোকাখিবম্মী। হাযবিবা মতাং অসি যৌবকপদাদি স্রাম্মা অমসুং কবো লাম্মীশিং অদুনা চেনহৌবা নত্তননি থৱাই হিংলবোয হাযবসি খঙলকাখিবম্মী। মবম অসিনা জানুৱাবী থাসিগী তাবিক ২২(কুননিথোই)গী নুমিৎ, অযুক অমসুং নুংথিলগী মতমশিংদ্ নোংমৈ মপাল্লোমদা কাপথোক্লকপা লেপ্পুনা লানবন মনুংদা লাল্লুমদুনা লৈবগী মওং মানহন্নবা শেম-শাদুনা লৈবম্মী। অদুগা মখোযদি অযুক-নুংথিলদুদগী হৌনা খব খব মচীৎ-মচীৎ ওইনা মৈতৈ সিফাইশিংনা উবোয-খঙলবোযদবা তাঞ্জা যেংদুনা লানবন থাদোক্তুনা চেন্নবা হৌখিবম্মী। মবম অসিনা নুমিৎসিগী নুমিদাংগী পুং ১০(তবা) বোম তাবগী মতমদদি লানবন অদু পুমহাঙ হাঙলম্মী [মথক্কীসিদা,৫১ অমসুং লঃচঃসঃ,১৯৭০,২৫]। অদুবু হাযবিবা তুমুগী লানবনসি মনিপুব লেভীগী সিফাইশিংনা জানুবাবীগী তাং ২৩(কুনহুমদোই)দা মী লৈত্রে খঙলদুনা তঙতানা লৌশিন্নবা চঙলুবদা মী

লৈত্রবা লনবন মনুংদুদা তোপ মচা ৪(মরি), নোংমৈ-অরৈবী / জিঙ্গাল (Jingal=Large Chinese/Indian swivel musket) খরনে অমসুং চেঙ, মনিপুর লেভীগী মী ১০০০(লীশীঙ অমা) রোদুগী থা অনিরোম চাবা কোন্নগদবগী চাংদা ফংখিরম্মী। অসুম্না তুমু লানবনসি লৌশিনখি। অদুগা তুমুগী লানবন থুগায়নবগী লাঞ্জওগী লানফম অসিদা মনিপুর লেভীগী সিফাই ৬ (তরুক)খক শিখি অমসুং অতোপ্পা সিফাই ৫(মঙা)না খর শোকখিরম্মী [গঃচঃসঃ,X,৫১]।

## নিংথি মপান্দা ফিরান যুংবা

মৈদিংঙু গম্ভীরসিংহনা তুমুগী লানবন লৌশিল্লবা অমসুং সেনাপতি ঈবুংশীজ নবসিংহনা শমজোক লৌশিনবগী পাউ য়ৌরক্লবা মতুংদা মখা তাবা থবক চত্থগদবা থৌরম পরেংগী মায়কৈদা মিৎয়েং থমদুনা সেনাপতি নরসিংহ উনবা অমসুং মহাক্কী তুমু থাদোক্তুনা চৎখিবা লাম্মী তেঙ্গোগা পুনশিন্নবা পাল্লম্মী। মরম অসিনা মৈদিংঙুসিনা তুমুদা নুমিৎ ৬(তরুক)নী লৈথদুনা ম্রাম্মাশিংগী ঈবাং য়েংলবা মতুংদা মৈতৈ লাম্মী তেঙ্গোন পুদুনা অৱাং- নোংপোক্লোমদা হাইগৎলক্তুনা লাক্লগা নিংথি তুবেন লাল্লক্তুনা খৃঃ১৮২৬সিগী ফেব্রুৱারীগী তারিক ১(অমা)দা শমজোকতা থুংলখি [মথক্কীসিদা,৫২]। মৈতৈগী মপুঙ ওইবা তেঙ্গোন, খোঙমী সিফাইশিং অমসুং শগোল তোংবা সিফাইশিং পুননা লাম্মী-লাল্লোই ১,০০০(লীশীঙ অমা) হেনবনা নিংথি তুরেনগী ৱাংমা ম্রাম্মাগী লমদা থুংলরবসিদদি তৌশীন্নদুনা, কবিসু তৌজদবা- খঙজদবা শাদুনা লোৎলম্বা অমসুং লৈরম্বা ম্রাম্মাগী লাম্মীশিং পুম্নমক কাযদুনা চেন্নখিরম্মী অমসুং মখোয়দা নত্তনা খুনবান- লৈপান্দুনা লৈরম্বা খুঞ্জা -খুন্নাইচাশিংসু মখুন-মবৈ থাদোক্তুনা চেন্নখিরম্মী [মথক্কীসিদা,৫২]। হায়রিবা মখোয়সিগী লানফা অমসুং মীনাই ওইহন্দুনা থল্লম্বা মৈতৈ মচা ১০০০(লীশীঙ অমা) হেনবুসু কনখি, অদুগা য়ুমকায়-লৈকায়বগী ৱাথোক-লানথোকশিংসিদা মখোয়না লোইরম্বদগী মৈতৈ লাম্মীনা ফাদুনা য়ুমশা,শন, ইরোইনচিংবা ১,৫০০(লীশীঙ অমা চামঙা) রোমসু লানখোমপোৎ(War booty)ওইনা ফংলম্মী। অদুবু মৈতৈনা, অৱা /ম্রাম্মাশিংনা লানফা ওইনা ফারগা মীনাই ওইহল্লম্বা মী ১০০০ /২০০০ খক হন্দোকপসিদি মৈতৈগী মীশীঙদা মাঙজখিবসিগী ৱাফমদদি করিসু ওইবা ৱাফম নত্তে, মরমদি ম্রাম্মাশিংসিনা লানফা ওইদুনা চহি তরেৎ খুন্তাকপা হৌরকখিবদগী ফাদুনা পুখ্রিবশিং - (১) খৃঃ১৮১৯গী নবেম্বর থাদা পাখনৱোন / পাগান ৱূন(Pagan/Pugan-woon or the Commissioner of

Pagan)না লাখা / লাক্ক ৩(অহুম),(২) খৃঃ১৮২০গী নবেম্বর থাদা কানেউন /কলে-বূন(Kale-woon)অমসুং পাখানউন্না লাখ ৩(অহুম) পুশিনখিবা[চৈথঃকুমঃ,২০০৫,২১৬,২১৮],অসিনচিংবগী মীওইশিংদুগী লীখুন নীঙ্গিনা খঙবা ঙমদে। হায়বিবশিংসিগী লীখুন খঙবা যাবা মীশক্তি, খৃঃ১৮২০দা হেবাচন্দ্রবু হাৎলগা মনিপুবগী নিংথৌ ওইগনি হাযদুনা থা ২(অনি) বোমখক নিংথৌ ওইবম্বা,মযাম্বুং হাৎহল্লগা নিংথৌ চহি অহুমলোমখক ওইবম্বা মধুচন্দ্র(খৃঃ১৮০০-০৩)গী মচানুপা যুমজাও তাবা[পীতম্বব সিংহ(খৃঃ১৮২০)]নি,মবমদি মহাক মবম অসিদা (খৃঃ১৮২৬তা) অবা নিংথৌ বাগ্যাডো- আনা লীংখৎপা অৱা লাম্মীগী মৈতৈ শগোল তোংবা লাম্মীগী শগোল মকোক ওইবি[N.I.S.,1976]।

ম্রাম্মা লৈপাকলোম থংবা নিংথি তুবেনগী ঈশিং চাবা তম্পাকলম (Eastern Chindwin basin)দু চাযখাযববা মতুংদা মৈদিংঙু গম্ভীবসিংহনা মনাউ ঈবুংঙো সেনাপতি নবসিংহগা মৈতৈ লৈপাক মনিপুবগী নোংপোক্কী লমখৈ গী ঙমখৈ যাৎলম্মবা বা তান্নবম্মী। মৈদিংঙুসিনা মযাম্বুং ঈবুংঙো চৌবজিৎ (খৃঃ১৮০৩-১৩),নিংথেমতোন মহাবাজনা "অৱা হাৎপদা শিজিন্নবকউ অমসুং মখোয হাৎপগী ঈ অদু নিংথি তুবেন্দা চম্মলকউ" হাযনা পানবর্কখিবা "বজ্রসিংহ" হাযনা কৌবা থাংশাং(Sword)অদু পুখোক্কুনা মহাক্না মযাম্বুংগী মফমদা শোযদনা পাংথোক্কক্কনি হাযব বাফম হঙ্গৎলম্বগী বা তৌদোক্লম্মা। অদুগা হার্যবিবা বফমশিংসি পাংথোক্লবগা থৌবাং শেম-শানবা খঙহল্লকপদা সেনাপতি নবসিংহনা থৌবাংশিংদু খুদক্তা শেম শাদুনা হঙ্গৎলবদা-মৈদিংঙু গম্ভীবসিংহ শমজেক [Thaungdut or Hswanghsup-24.43' N, & 94.42"E]কী নিংথি তুবেনগা ঈশিং খোংবান্দা কুমথদুনা ম্রাম্মা মঙক ককপগা তৈবিবা ঈদু চামখিবম্মা। অদুগা তুবেন খোংনুংগী ঈশিং খোংবান্দুদগী কাখৎলক্লগা মনিপুব লেভী(অশেংবদি বাজা গম্ভীবসিংহ লেভী)না, শেম্বা, বৃটিশকী মকপ ওইনবগী বৃটিশ ক্রাউনসু লাইযেকসিগী মবক্তা খুদম অমা ওইনা হাপ্পা মৈতৈ জাতিগী নত্রগা মনিপুবগী নীঙতম ফিবান অদু মনাউ ঈবুংঙোদগী সনা খুৎনা লৌবগা মফমদুগী নিংথি তুবেনগী তোবর্বান্দুদা যুংখিবম্মী। অদুগা ফিবান্দুগী মনাক্তা লেপ্পদুনা "নিংথি তুবেন মপানগী লম / মফমদু ফাওবসি মৈতৈ-কটেশিংনা মমাঙঙৈ লৈবম্বদগী মাঙলুববদু অমুক হন্না জয তৌদুনা লৌশিল্লবা মনিপুবগী লমনি"-হাযনা শেনবী কবো মচাশিং, মযুম ম্রাম্মা মীপুম তিংনা তাননবা অমদি পোইবৈ লমলেন মচাশিং পুম্নমক্না খঙহৌনবা লাউথোকখিবম্মী। অসুম্না মৈদিংঙু চীঙলেন-নোংদ্রেন-খোম্বা গম্ভীবসিংহনা মনিপুব লেভীগী মমাঙদা বৃটিশ

ওফিসাব অনি-কেপ্তেন এফঃজেঃগ্রান্ট অমসুং লেফটেন্টে আবঃবিঃ পেম্বর্টন অনিগী মিৎমাঙদা শমজোক্কী নিংথি তুবেন মপান্দা মৈতৈগী জাতিগী ফিবান যুংদুনা তুবেনসিগী নাকল অনিকমসিগী লমদমশিং লোই চল্লম্লগা মনিপুবদা হল্লকখিবম্মী [চৈথঃকুমঃ,২০০৫,২২৫]।

## চন্দ্রকীর্ত্তিবু নিংথৌ-ফম্বালদা থাঙ্গৎপদা নরসিংহ সেনাপতিনা উৎখিবা শক্তম

মৈদিংঙু চীঙলেন নোংদ্রেন খোম্বা, বাজা গম্ভীবসিংহনা নিংথৌ ওইদুনা অমসুং মৈদিংঙুচা / ঈবুংশীজ নবসিংহনা সেনাপতি ওইদুনা পাল্লক্লবদা খৃঃ১৮২৭কী জুন থাগী অনিশুবা চযোনগী নিংথৌকাবা [(শক ১৭৪৯গী কালেন ২৬(কুনতকুক)নি পানবা) নুমিত্তা মাইস্নামচনু কুমুদিনী অপানবীনা মৈদিংঙুগী মচাঈবেম্মা তম্ফা ব্রাংঙমলোন পোকখিবম্মী [মথক্কীসিদা,২২৯]। অদুগা হাযবিবী অপানবী(Superior queen)অসিনা খৃঃ১৮৩০দা মহাবানী লংমাইথেমচনু নোঙ্গাখিদুনা মহাবানী চহিসিদগী ওইববদা [মথক্কীসিদা,২৩৯-৪০] খৃঃ১৮৩১গী নবেম্ববগী অবোযবা চযোনগী লৈপাকপোকপা তাবা নুমিৎ (শক ১৭৫৪গী হিযাঙ্গৈগী ১৩[(তবাহুমদোনি পানবা নুমিৎ)]তা মচাঈবুংঙো সনাহল(চন্দ্রকীর্ত্তি) পোকখিবম্মী। মজাঈবুংঙোসি মৈদিংঙুসিনা মশাগী চহি যাম্না লৈশিল্লবা (চহি ৪৪-৪৫দা) পোকপনিনা যাম্না নুংশিনা তৌজৈ অমসুং মৈদিংঙুসিনা থুপখ্রগা মজাঈবুংঙোসিনা মৈতৈ নিংথৌ ওইবা ফংলোযদ্রা হাযনা যাম্না পাখৎচৈ। মবম অসিনা মৈদিংঙুসিনা মচাঈবুংঙোগীদমক্তা কেপ্তেন গ্রান্ট অমসুং লেফটেনেন্ট পেম্বর্টন ফাওবদা বাচৎ-বানোম তৌবম্মী। হাযবিবসিগী লমদাংদা পীবীবম্লিবদি:

> .......মনিপুবদদি নিংথৌগী মচা অহনতনা নিংথৌ ওইগদবনি হায়বগী চৎনবী অসি লৈবমদবনা মহাক্কী (গম্ভীবসিংহগী) মতুংদা নিংথৌ ওইহৌগদবা নুপা অদু খনবসি য়াম্না লুনা থোক্লম্মী। খুদোংথিবা ময়াম অসি লৈবনা মহাক্লা শিগদবা চহি খবগী মমাং খৃঃ১৮৩১(১৮৩২)দা মহাকমক্লা পোকচবা মজাঈবুংঙো চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহবু মহাক্কী মতুংদা মনিপুবগী নিংথৌ ওইগদবা নুপা ওইনা খঞ্জগদবা ফাওবদা ইচং থৌবা ঙম্লমদে। মবম অসিনা গম্ভীর সিংহনা শিরবা মতুংদা মহাক্কী অচানবা সেনাপতি মনাউ ঈবুংঙো নরসিংহনা মনিপুরগী নিংথৌ শোয়দনা ওইবা তারবনি। অদুবু গম্ভীরসিংহগী পুক্লিং খংলবা নরসিংহনদি চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহবু মথংগী মনিপুবগী নিংথৌ ওইনা খনবা পাম্লম্মী। অদুম ওইনমক গম্ভীরসিংহনা লায়না লৌথোকপা য়াদ্রবা ময়াম্লুংশিংনা পোকপা

**মজাঈবুংঙো ত্রিভুবনজিৎ সিংহ, যোগেন্দ্রজিৎ সিংহ অমদি জয়বীর সিংহগী ৱাফমশিংসু লৈরম্মী। মরম অদুনা মহাক্না মহাক্কী দরবারদা লৈরম্বা অগুম-অথৌশিং অমসুং বৃটিশ ওফিসারশিং-মরু ওইনা গ্রান্ট অমসুং পেম্বর্টনবু করি তৌগদবগে পাউতাক পীয়ু হায়না হায়রম্মী। মতাং অসিদগী মনিপুরগী ইমুং-মনুংগী রাজনিতীদা বৃটিশনা খুৎ থিংজিনবা হৌখ্রে [লঃচঃসঃ,১৯৭০,৫১]।**

অসিনি। অদুবু পীরিবা কম্মেন্টসিদা, "মনিপুরদদি নিংথৌগী মচা অহন্তনা নিংথৌ ওইগদবনি হাযব। চৎনবী অসি লৈরমদবনা" হায়রিবসি চুমথোকপা ফৈ, পাল্লিবা চৎনবীদু লৈবম্মী, চিৎশাই(খৃঃ১৭৪৮-৫২)না থুগাযখিবনি. মরম অসিনা পীবিবা কম্মেন্টসিগী মমাঙদা "মতমসিদা" হায়বা ৱাহৈসি হাপচিল্লগা "মতমসিদা মনিপুরদদি নিংথৌগী মচা অহনতনা ........চৎনবী অসি লৈত্রবনা / লৈরমদ্রবনা" হায়রবদি চুমগনি।

মৈদিংঙু চাঁওলেন নোংদ্রেন খোম্বনা চহি ৯(মাপন) লোম নিংথৌ ওইদুনা পাল্লক্লবদা খৃঃ১৮৩৩গী ডিসেম্বর থাদা মকুপ শাবা বৃটিশশিংনা মৈতৈগী কবো তম্পাক (Kase Shan)বু মৈতৈ নিংথৌ খঙহল্লমদনা অমসুং তাক্লমদনা থ্রাম্মা / ম্যাম্মাশিংদা পীথোকখিবগী পাউ অসি খৃঃ১৮৩৪গী জানুৱাবী তারিক ৭(তরেৎ) লৈপাকপোকপা নুমিত্তা মৈদিংঙু চাঁওলেন নোংদ্রেনখোম্বনা তাবদগী "মৈদিংঙুগী স্নাহকচাংসি ৱাখন্দা মপাই-থাপাইবা অমসুং অখং-অথুক্কী ঈপোম্মা শাফু কন্না ফুবকপদগী হকচাংগী কায়াৎশিং পুম্নমক পঙথবক্লুনা স্না হকচাং ঈরম্মী। মযাম চঙদুনা লাইকন্নবা ঙমদনা স্না ফমলেন্দা উতুপ তাবগুম তাদুনা লৈবম্মী। মদাইবেম অখঙ-অহৈ অমাইবশিংনা লাইনা-লাইওং চম্মনবা মবুধৌ পাখংবা হরাউকুবা (চৈথাঃকুমঃ,২০০৫,২৪৪)দা লাইয়িংথৌসিগী ফিজী-ফিনা নেৎলুরববা, লমলান-লমথৎলুরবা, হায়বনচিংবগী চিংনবনা মবুধৌবু ঈবাৎ-থৌনি তৌজখি। মনাউ ঈবুংঙো সেনাপতি নরসিংহনা থৌওইনা অনা ফমশেন্নদুনা লৈরম্মী। অসুম্না পুং অনি অহুমলোম অনাবগী লাইরী থিদুনা লাক্লরকপদা মৈদিংঙুসি নুংশা খরদি হোন্থবক্লুনা অনাবগী মৈচাক্তু খব নেমথরক্লম্মী। ৱাখন্দা পানবা লাইনানিনা হকচাংদদি করিসু শোক্তবগুম উবম্মী, অদুগা পুক্নীঙদা ফাওরিবা মৈতৈ কবো তম্পাক মাঙজবগী ৱাফমদুদি মদাইরেমশিংদা হায়দোকখি। অসুম্না নোংমদুমা খঙহৌদনা হৌখ্রে অমসুং অহিং চুপ্পদুদি মিৎকী ককলা অমতা উইশিনবা ঙল্লমদে। মৈদিংঙু মশামকসিনা "ঐবু নহানমখৈগী অনাবগা মান্নদে, পুন্সি পিখল্লগদৌরিব্রা" হায়না চিংনজরম্মী।

মথংগী নুমিৎ জানুৱারী তারিক ৮(নিপান)সিনা মৈদিংঙু মদাইরেম অথোইবশিং পুম্নক্লা কোয়না তীন্দুনা ফমশেন্নরি। স্না হকচাংসু খর

হনগৎলে, অনাবগী লাইনাসু খব হন্দোকপগুম তৌবে। ৱা-লান নীঙথিনা ঙাংনবা যাবগী মওংদা লাক্লম্মী। অদুগা মযাম তীল্লিবদুগী মবক্তা শ্রীভগবত গীতা পাঠ তৌহন্দুনা শ্রীযুৎনা লাইযেং-হীদাক চাবগুম তাবম্মী [মঃচঃসঃ,১৯৯৬,৫৫]। ভাগবত গীতা তাবা লোযববা মতুংদুদা ব্রাহ্মন-বৈষ্ণব পুম্নমক্তা দান-দক্ষিনা কৎচববা মতুংদা মজাঈবুংঙো সনাহলগী ৱাখল নীঙশীঙলক্লে অমসুং মজাঈবুংঙোবু সনা নাক্তা কৌশিন্দুনা মিৎযেং তাবে। অদুগা মনাউ ঈবুংঙো সেনাপতি নবসিংহ কৌশিল্লগা মচীন মনাউ বাফম খব ঙাংনবম্মী। ঙাংনবিবা ৱাফমশিংদুগী মবমদা থম্লীবম্লিবদি:

**........গম্ভীবসিংহ মহাবাজনা হকচাং কল্লা ইশিল্লক্লবা মতমদা মনাও ঈবুংঙো নবসিংহ সেনাপতি কৌশিল্লগা মজা ঈবুংঙো চন্দ্রকীর্ত্তিবু শীবগা হংখি- "ইনাও ঈবুংঙো! অঙাং অসি কনানে"?- "অজ্ঞা! ননাইগী মবুংঙোগী মজাঈবুংঙোনি।" "ইনাও ঈবুংঙো! মসিবু কনানোনে?" - "অজ্ঞা! মনিপুবগী নিংথৌ সিংহাসন ফমগদৌবিবা মজা ঈবুংঙোনি"- "ইনাও ঈবুংঙো! নত্তে, অঙাং অসিবু কনানোনে?- অজ্ঞা ননাই ঐগী ইচানি "- অবোয়বা পাউখুম অসি হেক ফংবদা মহাবাজ গম্ভীবসিংহ হবাওনা মমিৎ উইশিনখি**

**[গঃচঃসঃ,১৯৭০,৩০]।**

অসিনি। মসিদা যাম্না শংলবা নৈনা বাবোলসু থম্লীবম্লিবনি। মদুবু নাবা অসি নিংথৌ সিংহাসনবু মিতৌবশিংগী মথমদদি কবিস লৈত্রবা য়াবোন্না।

জানুৱারী তারিক ৮(নিপান)(শক ১৭৫১গী পোইন্ন ?গী ২৯নি)গী নুংথিল নুমিদাংবাইগী মতমদ শ্রীযুৎ সনা হকচাং ইবগী ফমশেন্নবিবা খুদিংমক্না অনা লাইওং খব হন্দোকপগুম উবম্মী শ্রীযুৎস সন্ধ্যাগী মতম অদদদি খব পোথাবগুম তৌবম্মী। লৈবিবা মীওইশিংদুস অমগা অমগা ওনশিন্নদুনা ঙাইহাক অবা পোথান্নে। সূর্য্যদেবগী খাঙচত্তি লেপ্লে, মতমগী খোঙথাংস ঙাইহাক্তা পন্থনা লৈথোক্তে, য়াফঙবা সন্ধ্যাগী মতমদু নুমিদাং ওইশিল্লকখি। মদুনা অঙনবশিংগী চান-থক্লবা মতম লোযখ্রদুনা অথেংবশিংগী তবা চাক চাননবগী মতম তাঙ্গাদু তম্লক্লে। মতমদুদা মনাউ ঈবুংঙো সেনাপতি নবসিংহনা লংথবান কোনুংদুগী লমখৈ মনুংদুনা লৈবিবা সেনাপতি মশাগী শঙ্গাযদা তবালুকলেন ফংলুগে হায়দুনা খোঙগুমখিবম্মী। মতম ঙাইহাক কান্নবগা মৈদিংঙু চাঁঙলেন নোংদ্রেন খোম্বনা লংথবানগী কোনুংগী লমখৈ মনুংদা মযুম শাদুনা খৃঃ১৮২৮গী জানুৱারীদগী লৈবক্লবা কেপ্তেন এফঃজেঃগ্রান্ট, লেফটেনেন্ট আবঃবিঃপেম্বর্টন অমসুং জর্জ গোর্ডোনবু নীঙশিলক্লম্মী। মদুদগীদি

মৈদিংঙুগী ৱাখল অসি শন্দোকখ্রে.কবো তম্পাক্কী ৱাফমদুনা মতোমতা খোম্থাং যৈজবক্তুনা নহান লৈপাকপোকপা নুমিৎ(জানুৱারী ৭,খৃঃ১৮৩৪)তা বাখন্দা যৈখিবা মিপাই থবাইবা অমসুং অখং-অথুকপগী ঈথক-ঈপোমদু হৌবক্লে, শোব ফুইনা হোল্লগা হকচাংদু খংপা খংপা পাখৎলক্লে। ফমশেন্নবিবা মাইবনা লাইওং অমা হৌবক্লে হাযদুনা কবিনা থৈগল তৌগদবগে খন্দুনা মযামদা পাউ পীবক্লম্মী। মযামসু "সেনাপতি কৌক হাযদুনা কৌকনবা মী থাখ্রে। মতমসিদা মৈদিংঙু লাইওংসি মওং অমা অমুক হোংদুনা লাইযৈ যৈব(Sudden heart attack or Sudden High Tension or B.P. stroke)গী নোংশিং নোংহুম ফংক্লে। মযাম পাখৎনদুনা লৈবিগৈঙদা ঈবুংশীজ সেনাপতি থুংলবে[মঃচঃসঃ,১৯৯৬,৫৬]। সেনাপতিনা মাইবশিংগী মফমদা মানা মানা হৈজবা মহে শীজিন্নদুনা মৈদিংঙুগী অনা লাইকন্ননবা হাযবম্মী অদুবু অমাইবশিং অদুনা মখোযগী পাম্নৈ লৈজদ্রে, হাযবগী ঈঙ্গিৎ উৎলম্মী। অসুন্না মৈদিংঙু গম্ভীবসিংহবু লাইযৈ যৈদুনা মাইবনা খুৎ থাববা মতম অসিদা ঈবংশীজ সেনাপতিনা বাক্লখিবা মতৌ অদুগী মবমদা পাউদম্নীবল্লিবদি:-

> ... ....লীক্লাই মশানৌন নুংশি মখৈ ফংন পাউমেননববু মাইব লাইয়েং হৈবশিংন পাউখুমবদি-নতাইবেম ঐখোয়দি লাইবেন নশাবীগী মতীক অকবা অসিবু কবম খঙসিবনো? ঙমখৈ পান্দম লাকঙমদন খুৎতম ময়েক থাঙমদে। লাইনীঙ মহৌশাদ নুংঙাই মনিঙ থুংগে হায়ববু মাললে। অসুম পাউখুম্নবদ লীক্লাই মশানৌদি লাইবেন মশাবীগী হকশাং লাইওঙ পান্দম য়েংন নুংশি লাইজ ঈথক মবাঙ হত্ত, পিবেম ঈচাও চয়বোয়ন হাইহৎ লৈফাই তুন, মালেম লৈদ ওন য়াওবা খোঞ্জেল চাওনা মী কপলে। ..... ...মশনৌ পোইবৈ যুববাজনা অসুম মীকপলিগৈঙদা লাইবেন মৈতৈঙু তুবী চীঙলেল নোংদ্রেন খোম্বদি মপাল য়াথোকনা তুলসী মালেম লৈপুথোল শঙলেন তৈন খননা শানশেমলিব অদুদা তুবী য়োয়কোনুংগী লাইবেন মাগী নোংদম মতুং ইন্না লোইদাম পোইনু থা নিনদুং থাশিনোং কোবৌ শগোলশেনগী নোংঙাল য়ুথক মতুংদা পুংগোয় ৪(মবি) শুবকপা ক্লেললেন নোংমাইজীঙগী মহেন্দ্র পুংজা মনুংদা মপাল য়াথোক্লক্লে [মথক্কীসিদা,৫৭-৫৮]।

অসিনি অসুম্না মৈদিংঙুসিগী কবো-তম্পাক মাঙজবগী ৱাখন্দগী নুংঙাইতবা, শাওনীঙবা, নীঙঙমদবা, খোযদৌ শাওগৎপা, অসিনচিংবা কযানা পুনশিল্লগা থোকহল্লকপা লাইযৈ যৈবগী লাইনাদু জানুৱারী ৮গী নুমিদাংগী পুং ১০ অদুৱাইদগী লাইকন্নবা ঙম্বা যেংনবা লাক্লবকপা হোৎনবকপদু ঙল্লক্তুদুনা নুমিত্তুগী অহিং নোংযায মতুং ৩(অহুম) বোম

তাবদা লাইয়েং খুৎ থাবগা নোংঙাল্লগা অয়ুক্কী পুং ৫(মঙা) মিনিট ৪৫গী মতম অদুৱাইদা সনাহকচাং পুথোকখিবস্মী।

মৈদিংঙুনা নোঙ্গাখিবসিদা কোনুং মনুংগী মীপুম তিংনা কপ্পা লাউনদুনা কনানা কবি তৌবিবগে খঙনদ-যেংনদনা মতম হৌখিদুনা মৈদিংঙু সনা হকচাং কোনুংগী সনা শঙ্গাই শুমাঙদা থাংদোক্লগা কশা পাউতাক্লগা মথৌ-মঙম তৌননবা থৌবাং-ঈবাং তৌদুনা খাঙঙেন্দুনা লৈবি। মতম অসি যৌবক্লবদা পোইবৈ মৈতৈ লৈপাক্কী অঙম-অথৌ পুম্নমক ঙবাংদগী লেক্লবা যাও, ঙসি নোংঙাল্লমদাযদা কাবক্লবা যাও লংথাবান কোনুংগী শঙ্গায শুমাঙদা পুন্না শুনা তিল্লি। মৈদিংঙুনা নোঙ্গাখ্রবসিদা নিংথৌ নোঙ্গাখিবগী চৎলম-লুপতিন পুম্নমক পুথোক্লদুনা খন্নবক্লে। মৈতৈ পোইবৈগী নিংথৌ ফম্বালদি হাঙনা থন্না যাবা ফম্বাল নত্তে. নিংথৌ খুবম হাঙবা যাদে। মৈদিংঙুগী হকচাং তুমদ্রিঙৈগী মনুংদা মহুৎ শিনবা নিংথৌ অমা হাপকদবনি। মতমসিদা লৈপাক্কী অঙম-অথৌশিংনা মৈদিংঙু গম্ভীবসিংহগী মহুৎ শিনবা নিংথৌ ওইগদবা মীশক খনবগী মতাংদা থন্বীবল্লিবা ৱাবোন্দি:-

.......পোইরৈ লমদাং মতুং ইন্না সনা ফমবাল্লাংদি চেংলও মিৎকুপম, ৱাংলেন পুংজামবু হাঙফদে। নিংথৌ মহুৎ লয়ন শিনদন নিংথৌ মাগী কবও নোংগাথৌ, পুবোয় লমথোক্‌প লম্য়ায় কাইখিন্‌ন মথৌ য়াঙকেনগদবন পোইরৈ লৈপাক কোয়ব অঙম্বনা লিকলাই মশনৌদা ৱাকৎচখিবা- "লিকলাই মশানৌ পোইবৈ যুবরাজ ঈবুংঙো তা-ও, লাইরেন নশাবী খুননিংথৌগি মহুৎ লয়ন শিন্‌ন ফমমোইমিৎপু ফম্ম, ফল্লাংমৈবু তোংবিবো"- হায়ন পুরুমজরবদ শ্রীনরসিংহ সরি নামুং অচেৎপনা পাওমেল্লকয়ে- ঈতাইরেম "অথৌ লিচা হেপ্প, থায়াঙ কো দাই রোনশিং-ও, তারবা, লাইরেন ঈশাবীগী লিকলাই চারান ওইখিব, য়োয়বু ঈশাবি কংলৈ মৈতৈ লৈম পায়ম উনগোয়নুংগি কোরও নোংবুম চহুমনি, লোইদাম থাবুম তরাবু য়েৎলম নাউপুব.......লিকলাই ঈপারি নাউবা অখুব অদুমক লাইরেন ঈশাবী মহাক্লে, পোইবৈ সনা ফমবাল্লাংদি পারি নাউবা অখুব মহাক্কীনে। লিকলাই ঈপারিবু পোইরৈ খুননিংথৌবু ওইনা সনা ফবাললাংদা ফমফমহনসে"- হায়বদা ফমদৌ মঙাইরোইনা সনা য়োয়কোল্লুংদা চঙন পাউতমপ্লে।.............

[মথক্কীসিদা,৩৬- ৬৪]।

অসিনি। হাযবিবা মৈদিংঙু গম্ভীবসিংহ নোঙ্গাবগী মতমদা পোইবৈ মৈত্রবাক্কী লৈপাক পুবা অঙম্বশিংনা মৈতৈ নিংথৌ ওইনবা খ্বাইদগী ঈহান হাননা খনখিবা মীশকসি সেনাপতি ঈবুংশীজ নরসিংহসিনি, হাযবসি মথক্কী

ৱাফম অসিদগী মযেক শেংনা খঙবা ঙম্লে। অদুগা বৃটিশ মচাশিংনা মখোযনা মনিপুবগী নিংথৌ শিনবা, বিজেন্ট হাপ্পনচিংবদা পঙখন্দা খন্নবীবগী ৱাফম লৈবিবসি বৃটিশ মচাশিংসিনা ঈকাইবা খঙমন্দবদগীনি, মখোয়না মতমদুগী মনিপুবদা কবি ওইবিবগে? মসিদা মখোযগী ৱাহৈদা থাজবা থমদুনা ইতিহাস নৈনবিবসি অৱাবগী মশক্কি, ঈকাই খঙদবা মীগী মতুং ইনবনি।

মথক্কী মনিপুবগী অঙম-অথৌশিংনা সেনাপতি নবসিংহবু নিংথৌ ফম্বাল কাবিবো হাযনা হাযজবা মতমসিদা মহাক্কা যাদুনা নিংথৌ ওইবম্লবদি মাইম্না কুমুদিনীনা মহাকপু হাৎননবা লৌতুনবগী খুজীল থৌবাং পুথোক্কুনা মন্ত্রী মযুমচা ঈবুংশীজ নবীনবু থাঙনা যানহনবসি ঙম্লমলোয। অদুবু মতমদুগী সেনাপতি নবসিংহদি কথোকপগী মূর্ত্তিনি, মশাগী ওইজবা থাদোকপগী প্রতিমানি অমসুং নিংথৌ খুবম যোকখৎশৌগপিগী যোৎকী যম্বাগী শক্তমনি। অদুনা সেনাপতি নবসিংহনা মাবু শেম্বীবকপা মবুংঙো কাউদনা, মহাক্কী তৌবীমলবু কাউবদগী নাথৈহন্দুনা অমসুং শেম্বী শাবীবকপগী ঈকাইখুম্নবদ মাঙহন্দনা মযাম্বুং ঈবুংঙো মৈদিংঙু গম্ভীরসিংহগী মজাঈবুংঙো চন্দ্রকীর্ত্তিবু নিংথৌ ফম্বাল মহাক্কীনি, মহাকক্লনা ফমগদর্বনি, হাযনা অঙম অথৌশিংদা পাউখুমখিবদুনি। অদুবু পুকচেল চাঙবা, কথোকপা, মশাগী ওইজবা থাদোকপা অমসুং মীগী তৌবিমল কাউদববু মশক খঙদবা পুকচেল পীক্কবা মীনদি মহাক্কী জাতিদুবু চেন্থহন্দনা লৌবিবা বাবেপ্তুগী মশাক্ত:-

> "......**.লীক্লাই ঈপাবীবু পোইবৈ খুননিংথৌ ওইনা সনা ফম্বাল লাংদা ফমফমহনসে" হায়ববদা ফমদৌ মঙাইবোসন সনা য়োয়কোনুংদা চঙন পাউতমখবে।। মিপাই চাওবী নুজাকপনি.......পোইবৈ চৎৱা হায়দে।।......"য়োঈবু মৈতৈ লৈমন হাওসি ঙমগ চিং, য়োইবুমঙাইরোই য়োইহৈ মহীশাংনা।।......." লাইবেন ঈপাবি নাউৱা অখুব অসিগী মশুলাং মঙাইকপবু পুমনা লৈতবে।। লাইরেন মপা ঈবুংঙোগী হৈনা মতুং ইন্না কোবও নোংকাহনগে হায়বা ৱাবু ওইরঙেনে।। পোইবৈ কবি খোয়নো কল্লকয়ে। পুনুং লফু নোইগুম নোইহৎকে, শংলৌ য়েননা থৎকুম থদৎকে হায়ববু ওইববা।। অসুম্না তেংথারবগ পলেম ইনুং শিলয়োম লান য়োমশিললে, নাউৱা থৱাই লাইকনফিন কনন নুংবান মযুমনাক লুৱাং মশাইকোনদ শাম্বুপখরে।[মথক্কীসিদা, ৩৬-৬৫]।**

অসিনি। নিংথৌগী অঙম-অথৌশিংনা চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহবু সেনাপতি নবসিংহনা নিংথৌ হাপ্লগনি হাযবসিদা শাবৌ হৈবী মৈম্না কুমুদিনীনা নবসিংহ সেনাপতিনা হাযবিবদু নিংথৌ হাপকে হাযবা নত্তে, হাৎকে হাযনা

হায়বনি, মপা শিখ্রে মাগীনি হায়বা কনাসু লৈত্রে অমসুং মহাকপু হাৎতোক্লগা নিংথৌ সিংহাসন্দা অয়েৎপা পীরক্কদবা অমা লৌথৌক্কে হায়না খুজীল থৌরাং তৌরকপনি হায়না লৌদুনা চহি ২ খক্তা ঙাইরিবা চন্দ্রকীর্ত্তিদা ফত্ত-লৌশিঙ তম্বীদুনা মী খঙহন্দনা লোন্না মনাই অমা(থাঙ্গাল) থাদুনা মহাক্কী(কুমুদিনীগী) মপাম লুৰাং য়েক্কী মৈস্নাম শাগৈগী ময়ুম চীঙঙা মখাদা থৈদুনা থমখিরম্মী। অদুগা অঙম-অথৌশিংদনা চন্দ্রকীর্ত্তি লৈতৈ কনাগুম্বা খরনা ফাদুনা পুখ্রগা লোৎশিনখ্রে হায়না অমুকসু লৌনম তৌদুনা নমথাক তৌরি, শীজিন্নরি।

লৈপাক্কী অঙম-অথৌশিংদু মৈস্না কুমুদিনীদগী মখা তাবা অফবা থবক্কী মহৈ ফংগনি হায়বা থাজদদুনা কোনুং মনুংদগী থোবক্লগা মৈদিংঙুচা চন্দ্রকীর্ত্তি লোৎশিনখ্রে, কোনুং মনুংদা লৈত্রে অমসুং মখোয়না ফংবা ঙমদ্রে হায়ব পাউদু তম্লম্মী। হায়রিবা থৌদোকশিংসি মৈদিংঙু গম্ভীরসিংহনা লংথবান কোনুংগী নিংথেমগী শঙ্গাইগী শুম্মাঙদা খাঙঙেন্দুনা লৈরিঙৈ, খৃঃ১৮৩৪গী জানুৰারী তাবিক ৯গী অয়ুক্কী মতমদা থোক্লবনি। অঙম-অথৌশিংনা চন্দ্রকীর্ত্তি থিবা ফংদ্রে, হায়বা ৰাফর্মসি তাবদা নবসিংহ সেনাপতি শাওবনা মৈ হৌখ্রে অমসুং মহাক্না মতমদুদা হাযখিবা বাফর্মশিংগী ওইনা থন্বীবম্বা পাউদর্মদি:-

**......লিকলাই ঈপারী নাউৰা অখুববু নমু কনাগুম্বনা শানথুপলিবনো? খোকমৈ নাশোন য়েংন চেংলৌ শকখঙলু-ও, শাখৈ লেনফু মরা ফংন পনথেংগে।। লাইরেন মশানৌ ঐবু লৈবিঙৈদি চিঙঙু নোংথৌ সোরারেল মহাকমক্কবু পঙন চঙঙমলোইয়ে।। লিকলাই ঈপারী নাউৰা অখুববু পোইরৈ ফম্বাললাংদগী হাথয়গে হায়না শংলৌ থৌবাঙবা কনানো নরসিংহ ঈতিক খঙগনি।......[মথক্কীসিদা,৫৬]**

অসিনি। অসুম্না চন্দ্রকীর্ত্তি লোৎলিবা, মহাক্না নিংথৌ ওইগদবসি কায়হনগে হাযদুনা থৌরাং তৌরিবা মীশক্তু কনানো, মশক খঙলকউ, মহাক্লগী শাগৈ ফাওবা তুম্না হাৎকনি, হায়দুনা ৰাশকলকপা অমসুং মচা- মনাইশিং থাদুনা থিহন্নবগী থৌবাং শীল্লক্লবসিদদি অরোনবা থবক হৈনবা মী ওইশিংদু খাঙবা যাখিদ্রে, মরমদি মখোয়না সেনাপতি নবসিংহগী অমুক্তং হাযখ্রবদি শোযদনা পাংথোকপগী অচেৎপা পুকচেল লৈবনিনা খুজীল। থৌরাং হৈবী কুমুদিনীদু মপামদা মী তন্থা থাদুনা মহাক্না লোৎলিবা চন্দ্রকীর্ত্তিবু লৌহল্লুরগা লংথাবান কোনুং মনুংদা লৈমা-কাদা পুশিহল্লক্লম্মী। অদুগা করি তৌজদবী, লাঞ্জদবী শাদুনা মচানুপাদু মোইরাং নিংথৌ লৈরিখোম্বা কৌব(মিং অসি অশাবা মমিংনি)বু পমহন্দুনা ময়াম মমাঙদা-পুথোকহল্লকখি [মথক্কীসিদা, ৬৭-৬৭]। চন্দ্রকীর্ত্তিবু পুথোক্তুনা মশক উবমক্তা সেনাপতি ঈবুংশীজ

নর্বাসিংহগী অশাওবা নেমথখিরম্মী। মহাক্না অঙাং ওইবিবা মৈদিংঙুচা চন্দ্রকীর্ত্তিবু লৌদুনা খুদক্কুদা নিংথৌ ফম্বাল থাঙ্গৎনবগী যাথং পীদুনা অঙম-অথৌ অমসুং অকন অবিং পুম্নমক্তুনা থৌবাং পুম্নমক শীল-লাংলম্মী। হার্যবিবা থৌবাং-ঈবাংসিদা মৈদিংঙুচা চন্দ্রকীর্ত্তিবু নিংথৌ হাপ্পগী থৌবমসিগী থম্নীবন্নিবা পাউদম্দি:-

> .........তুবী য়োয়নোংতা নোংতা লাইরেন পাখংবনা ব্রাইথুং-কা লাইসরা শঙ্গংমৈগি চোয়নৌ সনা ফম্বাল থক্ত ফমফমহনগে হায়বগী তুবী ফমদৌ মঙাইরোয়.......পুমন হওন নিংথৌ পোৎলোই শু, পোইরৈ খুঙ্গা হও,তয়ুম নাইজা তিললবদা পোইরৈ লৈকোয়পুঙগী পণ্ডিত.......মুংয়াম্বা পাউনমচানা মনু লাইহোই তাল.......লুপা কোনগা চন্‌ন মালেম লৈতায়রগা.....অশাংবমন খোঙহামলে, অরাম্বমন ঈরু শানতেংলে। নুংবান লৈরোংজমন লৈরোং কোকশা শমজিন নায়েৎ চিফৈ শমপরেৎ লোনয়ামব, পাকলোই ঙাংজ, মায়মু তোমশোন, উরেকশেক নোইনিংখোই খৈবিক য়াওনা ফমফমলবদা মতাইবেম পোইরৈ শৈশকপ..........পনশা হোদামচান....... খোইয়ম কোরৌ লনশারে। লিকলাই মপাবী নব্রা অখুব.....বু ময়ায় কোয়বেন হূইরেন তোং পোইবৈ খুননিংথৌবু শানশেমবিরগ সনা থৌগল তৌনা পোইবৈ সনা লৈপাক ঙাকচরে। পোইরৈ যুবরাজ চিঙথংলেন পামহৈবসি ধর্ম্ম মতৌ ওনথোকপ কোল্লোয় য়াথং হোংদব, সরি নামুং অচেৎপ অসিগুমবদি লহান খমলাং পাপললোনদসুঙ তারক্কে, হয়েং পোইরৈ চানোনদসুঙ লৈররোয়[মথক্কীসিদা,৫৬]।

আসনি। অদবু মসনা মবুক ফত্তবনা পুল্লপ তাশিন্দুনা শববা পাপকী মূর্ত্তি অদদা কযাম কুইনা মসিগী তৌবীমলসিবু খঙখিগদগে। অসুম্না সেনাপতি ঈবুংশীজ নর্বাসিংহনা মখুত্তা তববা, লৈপাক মীযাম্নসু মহাক্না নিংথৌ ওইবদা যানববা অদু ফাওবদসু মহাক্কী কথোকপগী থম্মোই, মশাগী ওইজবা থাদোকপগী পুকচেল অমসুং তৌবীমল খঙবগী পুক্নিঙ-ব্রাখল অদুনা মহাক্কী মবুংঙো মযাম্বুং মৈদিংঙু গম্ভীরসিংহগী অনীঙবা থুংহন্নবা মযাম্বুংসিগী মচাঙ্গবুংঙো অঙাং ওইবিবা, চহি ২ (অনি) থক্তা ঙাইবিবা চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহবু নিংথৌ ফম্বালথক্তা থাঙ্গৎলগা মহাক্না মচাদুগীদমক্তা লৈপাক ঙাক্কুনা মহাক্কী মথম্মোই পেনথোক্কুনা লৈখিরম্মী।

## নিংথৌ ফম্বালদা নরসিংহ

নিংথৌ ফম্বাল মমাঙদা তাদুনা লৈববা মনিপুরগী অঙম অথৌ অমসুং লৈপাক প্রজা মীয়াম্না নিংথৌ ওইবীবো হায়না হায়জববা ফাওবদা নিংথৌ ফম্বালগী কল্লক-মিহৌবা লৈত্তবনা অমদি মশানা ওইনীঙলম্লবদি ওইবা যাবগী খুদোংচাবা অমসুং শক্তি লৈবা মতম তাঞ্জা অনিবক লৈখ্রবস্ ওইববোয হায়দুনা মশাগী ওইজবা পুম্নমক থাদোক্লুনা লৈখ্রবা মীশক অসিবু ওইদবা যাদবা ফিবম কযাদগী অমদি লৈপাক প্রজা, অঙম অথৌনচিংবা পুম্নমক্না হায়জদুনা থাদোকফদ্রবা মথৌ ওইনা মৈতৈ নিংথৌগী সিংহাসনদা সেনাপতি নত্রগা যুবরাজ নরসিংহবু যমহনাখরসি মীকত্তু পুম্নমকক্না মরেম্মা, অচা ওনম পাম্নী অমাদ নিংথৌ সিংহাসনগী মকুমদা মঙক হাইগংনা মশক উৎচনীংবী অমদি হুবান লান নাদা ঈকাইবা নাইদ্রব মৈস্নাম চন্দ্র কমদিনীগী মপান্দগ্গান। মহাক্না যুবরাজ নরসিংহনা হাংনবা হোংনবদা মশাগী শাক্তেন চেংপা যুবরাজ নরসিংহনা মশা কংখিবনা হনা... ...দ লৌতুনবা শরৈগী থৌবাং মাযথীবদনা গম্ভীরসিংহগী উত্তরাধিকারী ওইনা নিংথৌ সিংহাসনদা ফম্হন্ম থোকপা নিংথৌমশীশক চন্দ্রকীর্তি সিংহবু... পদনা চেনাখরনা মৈতৈ নিংথৌগী সিংহাসনদসি হাংহন্দনা লৈনসং যুবরাজ নরসিংহনা নিংথৌ ফম্বালদসি লৌদবা যাদবা ওইনা লৌখৎলনা অদনা মৈস্নাম কমাদনীনা যুবরাজ নরসিংহ হাৎননবগী লৌত্তনবগী শরুক... ...খৎলমদবাদ, মাযথাদনা মথৱাই তিংনবা কচুবগী নটিশ সুপরিন্টেন্ডেন্ট ...ক্ত চেল্লমদ্রবাদ অমসুং মৈদিংংচ চন্দ্রকীর্তিসিং। মমাংশাঙগী মতং ইন্দুনা মনিপুর থাদোক্লুনা লম্চাবদা চংলমদ্রবদি যুবরাজ নরসিংহনা মহাক্নু মনিপুরগী নিংথৌ ওইবগী লাইবক ফংবদ যংলমলের।

## সেনাপতিনা যুবরাজ ওইবকপদা কল্লকপা

সেনাপতি নরসিংহনা মযাম্বুং রাজা গম্ভীরসিংহগী মচাঙ্গীবুংতে চন্দ্রকীর্তি সিংহবু নিংথৌ ফম্বালদা থাঙ্গত্তুনা মহাক্না সেনাপতি ওইনা থাকপগী থবক থৌবম পুম্নমক কোকথোং নাদুনা পুরম্মী। অদুগা মৈদিংগুচাসিবু ফম্বালদা থাঙ্গৎলে হায়রসি খৃঃ ১৮৩৩গী এঙ্গলো মনিপুরী ত্রিটীগী এগ্রীমেন্ট নম্বর ২গী মতুং ইন্না মবপ মপাং অমদা খণ্ডহনফম থোকপা বারোল অদুসু সেনাপতিসিনা খণ্ডহনসি। অদুবু বৃটিশশিংনা মনিপুরসিবু মখোযগী মপানা থম্লম্বা লমগুম রিজেন্ট খনবনচিংবদা থৱাই যাওশিন্দুনা নমথাক্নী লাং থাকপা হৌবকখি। মখোযগী ব্রিগেঃজেনঃ শুলধাম্না

ঙম্ললোয হাযনা চেনখ্রবদগী মৈতৈমচা ৫৯৪ খক্তনা অবা তাম্থোক্তুনা মনিপুব হন্দোকখিবনি। মতমদুদা মখোযগী মীওইনা লানগী ঈবাং যেংবা লাকখিবা লেফটেনেন্ট পেম্বর্টনবু নোংমৈ কাপ্পদি লাযবদনা উনা অমতা হাইদোকখি, হাযবা তাদে, তুমুগী লানফমদসু মঙাই, মমিৎনা উনা ফিবান যুংখিবদু অচুম্বা পুথোক্তুনা কবো তম্পাক পীথোকখিবদা মখোয অনিনা খৃঃ১৮৩৪গী জানুবাবী তাং ৯(মাপন)না সন্ন্যাচিল, ঘাট, নিংখি(মপান)দা লোননা সহি তৌবই [No,S,I-1988, A-17]অমসুং কটে। কাসে-শানসি পীথোকখিবগী স্টাইপেন্দ(Stipend=চান থক্কবা শেনহুন)বৃটিশনা পীবগা খৃঃ১৮৩৪গী যান চে অদুসু মখোয অনিসিনা সন্ন্যাচিল ঘাটতগী হল্লক্লগা লংথবান্দা চাহিসগী জানুবাবী তাবিক ২৫(কুনমঙা)দা তৌবম্মী [মথক্কীসিদা,A-16 & M L.B., 1979,81]। মখোযসি মী নত্তে, হকচাং মথৌ মী মানবনি। মনিপুবগী নিংথৌ খনবসিদা মখোয বৃটিশ মচাশিংগী মথৌ কবি লৈবগে, মখোযনা হন্দীনা যান্দবনাচংব খন্নবীখিবসি [লংচংসং, ১৯৭০, ২১ ৫৯] মখোযগা মপান্না তৌ, হাযদনা মখোযদা পীবা থবক্লা।

মৈদংঙ্গু গম্ভীরসিংহনা নোঙ্গাংহবগী চাহ ওল্লকপদদি বৃটিশ ঈষ্ট ইন্দিযা কম্পনীনা মানপব লেভী (খৃঃ১৮৩৪দদি সিফাই ৩,০০০ শুবে)দা ২ দাবনা খুনাহমাপা কান্নদবদা শেল অবেম্বদা চংলে, মখোযনা ফাইনান্স তৌবা মানপব লেভীসি মুখৎনবা খন্নবগা খৃঃ১৮৩৫গা ফেব্রুবাবী তাবক (তুবেং)তগা হৌবা মুখৎখি [মথক্কীসিদা,৯৫ ১সং লংবংব., ১৯৮৩,]। অদগা মখোয বৃটিশকী পোলাটিকেল এজেন্সী হযদুনা মনিপুদা মখোযগী গুপ্তচব(Spy Emissary)হম্মনবা খুতৌল থৌবাং তৌবগা মানপবগীদমক্তা যাম্মা বাবীবা, যাম্মা খনবীবা শাদনা মথক্কী হাযবিবা তাবিকাসিদগা পোলাটিকেল এজেন্সী লীংখৎখবম্মী। মাসদা মখোযনা পোলাটিকেল এজেন্টনি হাযদনা খল্লিবা মাশকসি হাননা মনিপুবদা খৃঃ১৮২৬তগী মানপুব লেভীগী এডজুটেন্ট(Adjutant]) ওইদুনা লৈবম্মা লেফটেনেন্ট জর্জ গোর্ডোনবু কেপ্তেন ওইনা প্রমোসন পীবগা থাগী তলব লুপা লীশাঙ(১০০০) অমমম পীদুনা ওইহনখিবনি। হাযবিবা গোর্ডোনাস মৈতৈ নুপী লৌবগা মনিপুবদা খৃঃ১৮৪৪গী ডিসেম্বব থাদা শিখ।

বৃটিশনা পোলিটিকেল এজেন্সী লীংখৎখ্রবা মতুংদা সেনাপাত ঈবুংশীজ নবসিংহনা, খৃঃ১৮৩৪দগী কলকটাদা বৃটিশতা চেনশিন্দুনা নিংথৌ ওইনবগী মতেং নীনবা হোৎনবিবা হান্না যুববাজ ওইবম্মা ঈবুংশীজ জযবীব সিংহগী যুববাজ ফমসি হাঙবা অমসুং মনাউ ঈবুংঙো দেবেন্দ্রসিংহ(ঈবুংশীজ নবসিংহগা মমা তীন্নদবা মমাশীজ যাংঙম্বমচনুনা

পোকপনি)বু লৈঙাক্লোনগী থবক্তা মাযপুনহনগে হায়না খৃঃ১৮৩৫সিগী মে থা হৌগৎলকপদা যুবরাজগী ফমথোন ওইখি [চৈথাঃকুমঃ, ২০০৫,২৪৫,] অমসুং মনাউঈবুংঙো দেবেন্দ্রসিংহদা সেনাপতিগী ফমথোনসি পীখিবন্মী [মথক্কীসিদা,২৪৭,২৫৫]। অসুম্না মজাঈবুংঙো চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহনা পাল্লিবা লৈপাক অসি কদাযদা কবি শোর্যাখগদবগে হায়না চেকশিন্না লৈপাক ঙাক্লেন্মী। অদুবু যেংনীঙদবা মীগী মমিত্তি নাবমগনি মবর্মদি "বিষ্ণুগা যুবরাজগা থোক্তুনা লংথবান্দা নৌনা শেম্বা কৈথেল খৃঃ১৮৩৫গী সেপ্তেম্বর থাদা হোঙবর্নাচিংবা" খবদি তৌবে।

মৈদিংগু চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ [খৃঃ১৮৩২,নবেম্বর খৃঃ১০ ১৪,জানু: ১৮৪৪ জানুবারী) খঃ১৮৮৬ এপ্রিল ২০]না পাল্লিঙৈগী মতমসিদা চৈথুর্মাশিংগী লানকৌ নমথবা নত্রগা মখোযগী মপাক্তা লান্দাবদাদ খব কোম্লখ্রা ওইনা লৌনগা মৈতৈ নিংথৌমচাশিংনা লান্দাবপাসিদা মিংযেং থম্লকপদা লংথবান কোনুং মনুং ফাওবা চঙাশিল্লক্তুনা লাঙ্গেংনাখবা য়াওবা হার্যানিবাসিগী বাবোল অর্মাদ:

.......তৈস্নাম পূর্ণগী কুম শক ১৭৬৩. ......কালেন থা........১৩নি (খৃঃ১৮৪১গী মেগী অবোযবা চয়োল্দা) নিংথৌকাবচ ময়াংলমদগী ঈবুংশীজ ত্রিভুবন সিংহ, বামসিংহ মচীন মনাউ(মৈদিংগু চৌবজিৎকী মচাঈবুংঙোশিংনি) ২মা লাকএ হায়না পাউ অদুনা শ্রীমনাউ ঈবুংঙো সেনাপতি মাকলংদা লান চৎএ।... ....২৩নি ঈবাইদা থমনোং শেনপাংয়ান ২মগী লোকচন্দা শোকনৈএ ....... । অহিং নোংযাই মতুংদা সনা ত্রিভুবনজিৎ মচীন-মনাউ ২মা কোনুং চঙুএ।। ঈবুংশী যুবরাজদি নোংমৈ তোপ মফমদা লেকএ,। ২৪ান থাওজগী অয়ুক্তা স্না মচীন-মনাউ ২মা লানফমদা থীরে।। লানফম মনুংদা মী ২০ শিএ।। লোইনবকপা ঈবুংশী স্না শাজৌবদি লমখাওদগী চেনখিএ।। [মথক্কীসিদা,২৫৮]

অর্সিনা। মৈদিংগু চৌবজিৎকী মজাঈবুংঙোশিংগাস সেনাপতি দেবেন্দ্র সিংহগী তেঙ্গোল নমখাযবগা লংথবান কোনুং মনুংদা চঙলাক্লবনি। মবাইবক থিবনা যুবরাজ নবসিংহগা লাম্না পাকুবদুদা থবাই মাঙলিবনি, অতৈগা পান্দুনা শোক্লবা ওইবল্লবদি শাফবমগদবনি। মতমদুগী কনথৌবনা সেনাপতিদুগী তেঙ্গোন্না থৎপদু লাম্থোক্লক্লিবনি।

## যুবরাজ হাৎননবা লৌতুনবা

যুবরাজ ঈবুংশীজ নরসিংহনা লৈঙাক-থৌগাই পুম্নমক পুদুনা মচাঈবুংঙো চন্দ্রকীর্তি সিংহগীদমক্তা হোৎনবকপসিদা মহাকপু মশাগী মবান্নাইগী ওইনা যুবরাজসিবু যেংথীবা মীওই খর লৈরম্মী। মখোযদগী মনংদা অচৌবা শরুক লৌরিবসি মৈদিংঙু চন্দ্রকীর্তিসিগী মমা মৈস্না কুমুদিনীসিনি। মতাংক্কী মফমদা যুবরাজ নরসিংহনা অকাযবা লমচৎ চৎখিবগী রেকে ৮ লৈরে। মচাবু নিংথৌগী সিংহাসনদা থাঙ্গৎপা, ফমহল্লিবা, মদুগীদমক্তা লৈঙাকপদা নিংথৌ শেমদুনা লান্দাবকপা কযা, লৈপাক মনুংগী লানহৌ বযা থেংনদুনা মশাগী হুমাংমন ফাওবা পীথোক্লবা মীশক অসিদা যেংথীবগী মিৎযেং থম্লিবা মপুরোইবা নীংঙবা শাবরসি মশাগী নুংঙাইবা পাম্নবদগী হনুখংদা বাথোক্লখিবগী বাফম পীবীবম্মী, মদুদি:-

> **... কুম্বীখুন নাথাবগী শক ১৭৭৩..........থবান থা ..... .২৮নি নিংথৌকাবা (খৃঃ১৮৫১গী সেপ্তেম্বরগী ২শুবা চয়োন)দা. ... অহৈমমচা চৈতন্যানন্দ মোইবাং নিংথৌবু মমা শীজনা হাথোকএ হায়দনা মহারাজনা ময়াংলমদা থাজিনখিয়ে [চৈথাঃকুমঃ.২০০৫,৩০৯]**

আসিনা। মাসিগী চৈতন্যানন্দসি, খৃঃ১৮৪৩দা মৈদিংঙুচা চন্দ্রকীর্তি সিংহন মৈস্না কুমুদিনীনা মপামদা লেংলবদগী লৌহল্লবা অমসং মযাম মমাংদা নিংথৌ হাপ্লবা পাংথোকহল্লকখিবা মোইবাং নিংথৌ "পাবক্লাই লৈরিখোম্ন" হায়না ওইরমগানি হায়না খাজি।

মৈস্না কুমুদিনীনা মচাঈবুংঙোনা নিংথৌ ওইরবদুবু ওইদবগী মমি দা ওইদনা খায়ম কযা শন্দোক্লনা মতমদু (খৃঃ১৮৩২ ৪৯)দা লেমহৌ মাদনা অ ম অখৌ ওইরবা খবরু মতাংক্কা শারুরী হৌনা লৈবনি, যুবরাজ নরসিংহবু লেংযাশনবা, তাযবসিদা চিংশিনবা ওম্লখি। মখোযদগী মক দা চৈথারোল কুম্বাবা মমিং পীবম্বদি হাওবম মন্ত্রী, কৈশাম (ম) নিংথেম্নবা, খম্নোং মোঙোব, কোন্থেংবা কৈরংবা, মাইস্না হাজরী খেন্দম্বা, হুইরোংবা দেহবা, খুরাম কিশোর অসিখক্তনি [মথক্কীসিদা.১৬৫]. অহৈ অযাম্বদি মবুক শেংদবা কুম্বাবা চাখৎলিবা পণ্ডিত অসিনা লোৎপাদ। মৈস্না কমুদিনীসিনা নরসিংহবা যেংথীবরসি মহাকপু নিংথৌপোকপা ওইনা কোনাংদা লৈহল্লিবদুগী ওহবম্না যাই। অদুগা যুবরাজ নরসিংহবু হাৎননবা লৌতুনবসিগী অশাওবা মীশিংগী মমিংসি, অতোপ্পা অখণ্ড অহৈশিংনা পীবদা থাঙ্গাল(কাংঙবা চিদানন্দ সিংহ, মেজর। জেনরেল), পাওশং [লঃচঃসঃ.১৯৭০,৭০], দেকাভান্দবি, নিংথৌজাম্বা পোচা, চরুংবা

সুবেদাব অমসুং ক্ষেত্রি জমাদাব [মথক্কীসিদা,৭২-৭৩]সু য়াওই হায়বা উৎলি। অদুগা হাৎনবগী খোঙজঙসিদা খুৎলাই থাখিবা মীশক অদুগী মবমদা পীবীবম্বদি:

> ......**রাজাকুমার নবীনসিংহ হায়বা নরসিংহগা য়েংথিনখিবা নুপা অমনা রিজেন্ট(নরসিংহ)পু হাৎকে চোংথোরক্লম্মী। রাফম অসি মহারানীনসু য়াবম্মী| পোঃকনঃ,১৮৪৪,১০০|। রাজকুমার নবীন হায়রিবা অসি থাপ্পরবসু নিংথৌগী ঈনি। গম্ভীরসিংহনা পাল্লিঙৈ মতমদদি ফম্মাইবা নুপা অমসু ওইরম্মী। নরসিংহনা মহাকপু ফম লৌথোকলগা কৈশুমশঙদা প্রিথাইনা শাবা চেনগী মহুত্তা য়োৎনা শাবা চেন্না বন্দি থমখি(রাজকুমারশিংদি প্রিথাইনা শাবা চেন্না পুনবা হায়বা অসি মনিপুরগী চৎনবীনি)। থৌদোক অসিনা নরসিংহ অসি নবীনগী তমথীববা য়েক্লবা অমা ওইবা হৌখি। মথৱাই নুংঙাইতবদগী নবীন্না নরসিংহবু হাৎকে হায়না ৱাশকখিবনি |লঃচঃসঃ,১৯৭০,৭০|।**

অসিনি। মৈস্না কুমুদিনীনা নবাসিংহব নুংঙাইতবগী মলেম অমসুং লমন খুম্নবগী থকুম-বাকুম পুবিবসি চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহব খৃঃ১৮৩৪দা নিংথৌ হাপ্পমদাযদা মহাক্লা মপামদা থৈকুবা, নবাসিংহনা চন্দ্রকীর্ত্তিব লোৎলম্ন মদু মগী শাগৈ ফাওব তুম্না হাৎকনি হায়না বাশক্লক্লবদা কিদনা চন্দ্রকীর্ত্তি মপামদগী লৌতল্লবগা মোইবাং নিংথৌ লৈবাখোম্বাব পুথোকহল্লখিনা, অদদা নংাখবা ঈকাইবা অদুগী ওইবা নত্তনা অতৈ মবমাশিং হায়না তাববদি ''মীনা নুংঙাইথিবদা, চাওখৎখিবদা য়েংবা ঙমদবা, মীগী অকবা টেলগা নুংঙাইতবা, অসিনচিংবনি। তশেংনমক মহাকাসনা মবীন চুম্না ফবা, হৌনখঙবা অম ওইবম্লবদি চন্দ্রকীর্ত্তিব নিংথৌ হাপ্পমদাযদা ঈকাই নংালবদ ঈকাইখুম থোক্কে, সনাবু মৈনুংদা লৌবদা ফজখোক্লকপা নত্তনা ফংলক্লবদি খক লৈতে।

মী ফত্ত মযামদুগী লৌতুনবিবা শাবৌদুগা খুৰ্জাল-থৌবাংদ পাংথোক্লবা লেপ্পাখিবা নুমিত্ত অতোপ্পা, শবৌদুগা মপান্দা লৈবশিংনা খঙবা নত্রগা শমিন ফংবা ঙমখিদে। মখোযনা থবক পাযখৎনবা চঙলকখিবা খোঙজঙদুগী মবমদা চৈথাবোল কুম্বাবদা তাবিবা মামদি:-

> ........**অহোংশংপম প্রেমশিংগী কুম শক ১৭৬৫......**
>
> **ফাইরেন থা ৮নি থাঙজ (তাং ২৭।১।১৮৪৪ইং)দা শ্রীযুৎ সনা খুৎয়া যুবরাজবু শ্রীঈবুংশি নবিন (মন্ত্রী ময়ুমগী ঈবুংশীজ কুঞ্জারাজ স্নাগী মচানুপানি)না সন্ধ্যা মতুং পুং ৫গী মনুং (নুমিদাংগী পুং৭,মিঃ৩৬কী অদুৱাই)দা শ্রীবৃন্দাবনচন্দ্রগী হরি মন্দির (লংথবান কোনুং মনুংদা লৈরম্বা)দা শ্রীভাগবত তাবগী লাই খুরুম্মিঙৈদা স্না পাম্বোম য়েৎতা**

**থাঙনা য়ানএ।। ঈবুংশী নবিনগা লোয়নবক্তুনা মাম্দোপ চঙলকপা মী ৫৩ শুইএ।। ঈবুংশী নবিনদি অৱাং থোঙদা থমলে, অদুগা থুপখবে[ চৈথাঃকুমঃ, ২০০৫,২৬৪-৬৫]।**

অসিনি। অদুগা অসিগুম্বা নুঙফান্দা মক মবাং তকখাযবগুম ত্রৌগদবা মাওইশিংসগী থৌদাং থৌওংসিদা অখঙ অহৈ অমনা থিজিন হৌমজিল্লবগা থম্বীবিবা পাউদম্মা:

... .....হান্না য়ানখ্রবা ৱাফমগী মতুং ইন্না নবসিংহবু হাংকে হায়দুনা লৌতুনবা মীওইশিং অদু নবীনসিংহনা মকোক চিংঙগা খৃঃ১৮৪৪গী জানুৱারী তাং ২৭, থাঙজা নুমিৎকী নুমিদাংৱাইবমদা কোনুংদা চংলক্তুনা বিজেন্টনা লাইশঙদা লাই খুবম্লিঙৈদা নবীনসিংহনা থাংনা যাম্বুবক্লম্মী [পোঃকনঃ১৮৪৪,১০০ ৩৩]। লাইবক ফবদগী নবসিংহ সেনাপতিগী হকচাংদা য়াম্না শাথিনা শোক্লবসু থৱাইমত্তিং মংলমদে। তৌইগুম্বসুং রাজকুমার নবীনসিংহদি খুদক অদুমক্তদা মনাক্তা লৈবম্বা সিফাইশিংনা ফাবগা অঙাং ওলহনখি। নবীন হাংখিবগী ইবাং লংলিঙৈগী খুদোংচাবা লৌদুনা অতৈ লৌতুনবদা য়াওকবা কাংবুশিংদি চেনখিবম্মী। লৌতুনবা অসি মহৈ য়াম্দ্রে হায়বা মহারানী অমদি অতোপ্পা কোনুংগী নুপীশিংনা ৱারী তাবিঙৈদা থাঙ্গালনা মহারানীদা পাউ তম্লম্মী। তম্লবিবা পাউ অসিগী মবোল কবি হায়বিবনো হায়বদুদি তিল্লম্লিবা মীওই অমতনসু তাবমদে[মথক্কী য়াওফম]। পাও অসি হেক ফংবগা মহারানীনা মজাঈবুংঙো চন্দ্রকীর্ত্তিগী মতম কবি অমতা হংলমদনা কোনুং থাদোক্তুনা চেনখিবম্মী, অদুগা মতুং খব লৈবগা মজাঈবুংঙোগা লোইননা মনিপুর থাদোক্তুনা চেনখিবম্মী[পোঃকনঃ,১৮৪৪, ১৩০ ৩৪৩][লঃচঃশঃ, ১৯৭০,৭০ ৭১]।

হায়বসান। মসিগা অকোনবগী রাহৈ পবেংশংগা মতং ইন্না লৌতুনবসিদ নিংথৌ ওইরবা চন্দকীর্ত্তি সিংহ মহাক মশাম্মকস য ওই, হায়বাসান। কেগে পাম্বীদ থৈবোঙ পাল্লকপা হৌনদে।

যুবরাজ নবসিংহ, মশাদা শা লানগী শাজেন থাদবা মশাক্ল হায়বসি ঈবুংশীজ নবীন সিংহনা খঙজবম্লবদি মহাক্কী লাইবক থীবগা থৌদোক্তু থোক্লমলোযদবনি, মহাক্কী চেকাশন্দবাসনা মহারানী অমসুং মহারাজবু কছারবদা চেলহনখিৱবনি অমসুং মনিপুরবদা নিংথৌ লৈতবগী রাথোকসি থোকহনখ্রবনি। অদুবু যুবরাজ নবসিংহ মশা থাঙনা শোক্লবা, যেৎথংবা পাম্বোম্না ঙক কন্দুনা থুপ্লগা ঙাকপদগী পাম্বোমদা থাঙযানগী চৈথেং ফংলবসি ফাওবদা তৌবীমল খঙদবগী লৌতনবা, মহাকপু হাংননবা

থবক্তু লৌখৎলিবা মীশকশিং খণ্ডলবসু-খণ্ডদ্রবসু মচাঙ্গীবুংঙোবু অদুমক নুংশিনা তৌবি। মসিগী খুদম চাংদবদি মহাক্না মতমদদা বৃটিশকী পোলিটিকেল এজেন্ট মিঃজর্জ গোর্ডোন্দা ইবা চিঠিনা পাব, মদুদি:-

**শ্রীযুৎ রিজেন্ট, সাহেবনা শ্রীযুৎ কাপ্তান গোর্দন পোলিটিকেল এজেন্ট সাহেবতা শালাম তৌখি। থা অসিকি শুক্ল অষ্টমী থাঙচা নুমিৎ সন্ধ্যাকি মতমতা মানতোপতা লাইবিক তাপতা নিংথেমচা নবিননচিংবা ফৎতবা মিনা ঐকি হকচাং খিকতং সোকনা খুৎলাই থোকলবে অদুতকি নিংথেম মচাকা মি ২তংতি ফাবে মখোয়কি মিয়াম অদুদি ফংপা ঙমতরি অসিনা মখোয় অদু থিপা শ্রীইরোইপা মেঞ্জোব শ্রীশোইপ্যা পহিলানচিংপা শীখি ১সু বা অসিকি কিপনা শ্রীযুৎ মহারাজসু শ্রীনিংথৌপোকপিসু লোৎখিবল্লা থিহনলি অসিনা শ্রীসাহেবসু যত্ন তৌকল্লে ইতি ১৭৬৫ মহে ১৫ মাঘ মাসস্য।**

**From The Regent To Captain Gordon With Compliments**

**At dusk on the evening of Saturday, the 8th day of this moon (27th January) some evil disposed persons headed by the Prince Nabin took up arms and attacked and slightly wounded me while hearing the scriptures (Hindoo) read in Chapel. With the Prince two men were then apprehended. The rest of the conspirators have not yet been taken. Major Eroiba and senior Subadar Saibya have been sent in quest of them. Further the Maharajah and Maharajah's mother taking alarm have concealed themselves and I am making enquires for them. It will be well for you to be on your guards, Magh 16th 1765(January 28th, 1844).**

**[চৈথাঃকুমঃ,২০০৫,২৬৫]।**

অসিনি। মাযকৈ অমবোমদা মনিপুব থাদোক্লুনা মথবাই হিংনবা চেনাখ্রবা মৈম্না কুমুদিনী, চন্দ্রকীর্ত্তি, থাঙ্গালনচিংবগী কাংবুদু চাহি (খৃঃ১৮৪৪)সিগী ফেব্রুবাবীগী তাবিক ৩(অহুম)গী নুমিদাংবাইবমদা কছাবদা থুংলম্মী [পোঃকনঃ,১৮৪৪,২১৬ ১৭]। মখোযনা মনিপুবদগী শিলচব যৌবদা

নুমিৎ ৬দগা ওদনা চঙালবসি মবুক মাংবদুনানি, কুইনা চঙলবদ নুমিৎ নিনি (48 Hours) খক্তগী লম্বানি, শন গাডী চৎপা যানবা ১৮৮০গী অঙনবা শেম্না হৌখ্রবনি [চৈথাঃকুমঃ,২০০১,২৫৮ [illegible]]। হয়বিব মখোযনা শিলচবদা লৈবদা মতমদুগী কছাবদা লৈবা বৃটানিক সুপরিন্টেন্দেন্ট মিংলোযঙ্গন মনিপুবদা লৈবা পোলিটিকেল এজেন্টতা পাত্র পীবকপদগী, মদিংহুচা চন্দ্রকীর্তিনা নিংথৌ ওহনাইদদুনা কছাবদা চেনখিবসিদগী মানপবগী নিংথৌ [illegible], নিংথৌ ওইবীনবা লৈত্রে, হয়বাস শাঙনবব্লম্মা। মতমদগা মনিপুরি প্রজাশিংগী মৈতৈ নিংথৌব লইনি হায়না [illegible]

[illegible]

অহোংশাংপম প্রেমাসগী কু- শক ১৭৬৫.... ফাইবেন ২' ১৯নি শগোলশেন (৩'ং৮।২ ১৮৪৪ইং)দা শ্রীপঞ্চযুক্ত যুববাজ, অদুগুম্বা যুববাজ মহাক অদুদি অসুর্যামূর্ত্তি খুফমপু পামদবব, শ্রীবাধাকৃষ্ণগী তৌবা শ্রীযুৎ স্নাখ্যা যুববাজবু ব্রাহ্মন, বৈষ্ণব, পাত্রমন্ত্রী, প্রজা পুম্নমক্না "নিংথৌ ওইবীবো, ফম্বাল হাওফদে" হায়জদুনা শ্রীমনিপুব পুবন্দব শ্রীনবসিংহ মহাবাজ চহি ৫১শুবদ ফাইবেন ১৯নি শগোলশেনগী অয়ুক য়ুথক (অয়ুক পুং ৮গা মখায় খব হেনব অদুবাই-(I.S.T.)তা নিংথৌ ওইএ [মথক্কীসিদা,২৬৫,৬৬]।

মসনি। মহাবাজ নবসিংহগী পুকচেল মতা, মথৌনা মবীজেন, বংশক চেৎপা, হাযখিবা হোংবদা, অসিনাচিংবগী গুণশিংসি বৃটিশমচাশিংনা যাম্না মন্না খঙলম্মী। হয়াববা বাফমসি খৃঃ১৮৯১গী সেপ্তেম্বব থাদা মকা লাম্না ফোংদোক্লবকখিগনি [মথক্কীসদা,৫০১,০৩]।

অসুম্না নিংথৌ ফম্বাল কল্লকচদ্রবা, মশাগী মমাঙদা নিংথৌ ফম্বালদু অহুম্লক তাররবা, খুৎকন-পাঙ্গল্লবা মচীন-মনাউশিংনা থেম্বদা ফাওবা য়াজদ্রবা যুবরাজ নরসিংহ, মৈস্না কুমুদিনীগী থৌজান্দগী নিংথেম পীশক চন্দ্রকীর্ত্তিনা নিংথৌ-ফম্বাল হুন্দোক্লম্লগা চেনখিবদগী নিংথৌ ফম্বাল হাঙবা য়াদে হায়দুনা লৈপাক মীযাম পুম্নমক্না হায়জবদগী নরসিংহনা নিংথৌ ফম্বাল লৌখিরম্মী।


## মরী-মখোঙ তাকপা

### (ক) মৈতৈরোনগী লাইরিকশিং

১) চৈথাঃকুমঃ,২০০৫ = শ্রীলাই: ইবুংঙোহন সিংহ অমসুং শ্রীনিংথৌ: খেলচন্দ্র সিংহ: চৈথারোল কুম্বাবা(ইম্ফাল ২০০৫)

২) গঃশঃ X, গৌবচন্দ্র শর্ম্মা: চহি তরেৎ খুন্তাকপা অমসুং গম্ভীর সিংহ (ইম্ফাল)

৩) মঃসঃকঃ,১৯৯৪ মনিপুর ষ্টেট কলা একাডমী: শাগৈ শলাইরোল (ইম্ফাল-১৯৯৪-X)

৪) শঃফঃখুঃলাঃ = শঙ্গাই ফম্মাঙ, খুৎথি লাইরিক

৫) লঃচঃসঃ,১৯৭০ – ডাঃ লৈশাংথেম চন্দ্রমান সিংহ মনিপুর ইতিহাস( বৃটিশ মরী লৈনবকপা) (ইম্ফাল ১৯৭০)

৬) কঃসুং বঃ,১৯৯ - কুলচন্দ্র, বদরুদ্দিন: মৈতৈ পাংগল শৌনকফম (ইম্ফাল ১৯৯০)

৭) বঃগঃসঃ,১৯৭০ = শ্রীব্রজেবম গৌবচন্দ্র সিংহ: মৈদিংঙু নরসিং (ইম্ফাল ১৯৭০)

### (খ) ইঙ্গ্লেজী লাইরিকশিং

1) R K.S.1989 = R K. Sanahal Singh B.Com.: A Short History of Manipur (Imphal-1989)

2) J R .1973 = Jyotirmoy Roy. History of Manipur (Imphal-1973)

3) M.L .B..1979 = M.L. Bose : Historical And Constituional. Documents of North-Eastern India(Delhi- 1979).

4) পোঃ কনঃ,১৯৭০ = Political Consultation

# মৈদিংঙুচা সনা-চহি-অহুম
# (রনজিৎসিংহ্ ওর্ফে নরেন্দ্রজিৎ সিংহ)

## ৱাহৌদোক

সনা-চহি-অহুম, মনিপুবগী নিংথৌ ফম্বাল কল্লকখিদবা মৈতৈ' নিংথৌমচা বনজিৎ সিংহ, ভাবতবর্ষগী অহানবা নীঙতম-ঈহওগী সিফাহি লানহওগী খোঙজঙদা লাঞ্জিং-পুবেন ওইনা লালহওবিবা সিফাইশিংবু ঙাক-শেনবা, লমজিং-লমতাকপা অমসুং যেক্লবা বৃটিশতা লান্দাননবগী থৌবাংদা মনিপুবগী বাজ সিংহাসনবু লৌগে হাযনা খনবীদনা বৃটিশকী অৱাং-নোংপোক ভাবতকী হেডকার্টবস সিলেট থুগাযনবা চঙশিনখিবা অমসুং বৃটিশশিংনা "নবেন্দ্রজিৎ" হাযনা খঙনবসি অতাঙবা মৈতৈ নিংথৌ মচাশিংগী মবক্তগী অমনি। মহাক মৈদিংঙু নিংথেমতোন চৌবজিৎ (খৃঃ১৮০৩-১৩) মহাবাজগী ১৬শুবী লৈমা অপানবী লাইবিকযেংবচনুগী অমতা পোকচবা মচাঈবুংঙোনি। মহাক মপাঈবুংঙোগী নোংপোক থংবা কছাবগী সোনাইমূখ সহবগী ডুঙ্গুবীপাবা কোনুংদা খৃঃ১৮১৭-১৮দা তাইবঙ ফাওবর্কখিবনি।

## লাইওই-তীনওইবগী ৱারী ৱাখুন্দা সনা-চহি-অহুম

অচৌবা, অফাওবা অমসুং শীঙথানীঙভাই ওইববা মীওইশিংগী পুন্সি' বাবাদা লাই তীনগী নত্রগা লাইওই-তীনওইবগী বাবী-ৱাখুন অমা তোপর্শিনর্বসি মালেমসি মী কাংলুপ-ফুরুপ অযাম্বগী মচৎ-মনাৎ ওইনা লৈখ্রবা অমসুং হৈনবী ওইনা চৎনখ্রবা মওং-মতৌনি। অদুনা নিংথৌমচা অসিগী মমিং "সনা চহি-অহুম" হাযবা মহাক্কী খ্বাইদগী হেন্না ফাউবা, খ্বাইনা পাম্না খঙনবা মিংলেনসি মহাকপু পোক্লবগী মমি তম্লকপদা মহাকপু মমানা চহি অহুম নাউপুবদগী কৌখিবনি হাযবা ৱাফমসি হাপর্চিল্লি। ৱাফমসি মৈতৈমচাশিংদগী তাদুনা বৃটিশ আর্মীগী ইন্টেলিজেন্ট ডিপার্টমেন্টকী কেপ্তেন ঈ ডব্লীযু ডুন ফাওবনা - **"Chai Aham", three years, so called as he was supposed to have been three years in his mother's womb."**- হাযবসিনা নিংথৌমচাসিগী মতীক-মগুন নীঙথিনা হেনগৎহল্লি, হাযবসি শেংলবা ৱাফম্নি।

## মহৈ-মশিঙ তম্বগী পুন্সি

মৈদিংঙুচা সনা-চহি-অহুম্না লৈবল্লিবা মতমদুগী মৈতৈ সমাজগী অথোইবা মহৈ-মহৈশিঙসি শা-লানগী মহৈ-মশিঙসিনি। হাযবিবা

মতমসিগী মমাঙদা শা-লানগী মহৈ-মশিঙসিদা থাঙ-তা, তেন-অরাম্বাইনচিংবা শীজিন্নবসিগী মথক্তা মনিপুরদা নোংমৈ শীজিন্নবগী মহৈ-মশিঙসিনা মাঙজীন থারকপসি মৈদিংঙু চীঙলেন নোংদ্রেনখোম্ব (খৃঃ১৮২৫-৩৪)গী সনা হাক্তক্তগী হৌখ্রবনি। হায়রিবা মহৈ-মশিঙশিংসিদা মৈদিংঙুচা সনা-চহি- অহুমসি মমান-মমান্নবা লাম্বা পাবদা নোপ্তুনা লাম্থেংনবা য়ানবগী মহৈ-মশিঙদু তম্লকখি। অদুবু মহাক্না হায়রিবা মহৈ-মশিঙশিংসি করম্বা ওঝা গুরুদগী তম্লখিবগে, হায়বসিগী ৱারী-ৱাখোঙদি ফংবা ঙমদে। অমবোমদা মহাকসি মৈতৈগী লাইয়েংগী হিবমসিদসু খব মখৈ নীঙথিনা খঙলবা মীওই অমা মশাগী চহি ৩৫ / ৩৬কী অদুৱাইদদি ওইবম্মী অমসুং হিরমসিগী লমদাংদসু মহাক্কী ওঝা গুরুগী মমিং-মথা খঙবা ঙম্লদে।

মৈদিংঙুচা সনা-চহি- অহুমনা ঈনখৎলকপা পুন্সিদা চঙলকপগী মতমসিদা মহাক্না তাবা অমসুং হংবগী মহৈ তম্বগী মওং-মতৌসিদগী লৈঙাক্লোন / রাজনিতি মহৈ-মশিংসিগী শকুক খর ফংখিবম্মী। হায়বিবা বাজনিতি ৱাফমশিংসিদা মহাক্না মপাবুং ঈবুংঙোগী পুন্সিদা থোকখিবা বাবী-ৱাখোঙশিং তাকুবগা মপুক্কীঙদা মপাবুংগীদমক্তা থোইদোক্না নুংঙাইতবা ফাওর্জখি। অদুবু মপাবুং ঈবুংঙোদি মহাক্না মশাগী চহি ১০ / ১১ শুবকপদা মালেম তাইবংপান থাদোক্তুনা লাইবৈপাক্তা চৎখ্রবনি [বঃকঃশঃ,১৯৯৮,৩৭]।

## য়ুম্বানবগী পুন্সি

মৈদিংঙুচা সনা-চহি-অহুম, মহাক্কী মতমদুগী চৎনবা ওইনা লৈবিবা মৈতৈ নিংথৌমচাশিংগী য়ুম্বানগী পুন্সিদা চঙবা মতম, মশাগী চহি ১৫ / ১৬ শুবকপা মতমদা হাযাববা পুন্সিসিদা খোঙদারকখি। মহাক্কী তাল্লোই অহনসি লাইশ্রমচনুনি। হাযরিবা তাল্লোইসিগী মতুংদা মহাক্না হাওমচনু, হাওবোঙবমচনু, থিংবাইজমচনু, হৈক্রুজমচনু, খুমন্থেমচনু অমসুং হাওবম চনু নহা হাযবিবা তাল্লোই ৭ (তবেৎ )সিবু য়ুম্বানবগী পুন্সিদা খোঙদামিন্নখি। অদুগা অপুনবা তাল্লোই তবেৎসিগী মনুংদা অনিশুবী তাল্লোই হাওবমচনু অহন্নচিংদুনা মঙাশুবী, তকুকশুবী অমসুং তরেৎশুবী তাল্লোইশিংদি মপারী-মমোম শাক্তে। অদুগা শীজ অহন লাইশ্রম চনুনা থাকা-তাবা (ধকা তাবা), হাওরোংবমচনুনা চাওবা অমসুং থিংবাইজমচনুনা অঙৌ অমদি গোকুলসিং কৌবা মজাঈবুংঙো মরি পোকখিরম্মী। হাযবিবা মজাঈবুংঙোশিংসিগী চাদা-নাউদানা হৌজিক মনিপুর, অসামগী হাইলাকান্দি, লক্ষীমপুর, হাফলোং, (কছাব): ত্রিপুরাগী আগরটলা, ধর্ম্মনগবনচিংবা মফমশিং অমদি বাঙ্গলাদেশকী সীলেট, ঢকানচিংবা লমশিংদা খুন্দা লৈতাবি।

## রাজনিতিগী পরমদা খোঙদাবা

মৈতৈ নিংথৌমচাশিংসি, খৃঃ১৮৯১গী মমাঙদা লৈবম্বশিংনা মনিপুবদবু লৈববসু মনিপুবগী মপান লৈবাকশিং কছাব, সীলেট, ঢকা অমসুং অৱা (ম্যান্মাব) লৈপাক্কী মন্দলে, ভামো, অৱা, শগাং, শমজোক্ল চিংবা অমদা লৈবসু মাগী মাগী মচা-মনাইশিংগী খুৎ লীংদুনা পান্নবা ঙাক্তনি। অদুগা নিংথৌমচা অমা ওইবগী হৌনবা মশাগী ঈকাই খুম্নবা ঙাক্লা ঈজৎকী মথক্তা হিংনবা ঙাক্তনি। অসুম্না মখোযসি অযাম্বা মতমদা মানা মানা ফংবা লৈপাক-নিংথৌগী, মীযামগী, শা-লানগীনচিংবগী পাউ তম্নবা, ফাওদোক্লবা অমসুং ঈ-পাউ লৌবগী থবর্কাস লেপ্তুনা তৌনৈ। মবম অসিনা সনা-চহি-অহুম্না লৈববা কছাবগী সোনাইমুখ লমদমগী ডুঙ্গবীপাবাদসু তৌবিবনি। অদুগা মফর্মসিদা মপাবুংনা কোনুং শেমদুনা পাল্লস্বনিনা মফর্মসিদা মৈতৈ খবদি মবৈববনি। মখোযদুনা মৈদিংঙুচাসিগী দল / খুৎপু অমা ওইনা লৈবিবা মৈতৈগী চৎন-লোনচৎ, মহৈ-মশিঙনচিংবগী তম্ফম অমসুং ঔবাযনফম নত্রগা শাজেন তৌফম অমা ওইনা লীংখৎত্তুনা লৈবম্মী। অদুগা মৈতৈ নিংথৌমচাশিংদি পীক্লবসু চাওববসু লিঙাক্লোনগী মহৈ-মশিঙ খঙদবা যাদ্রবা অমদি মসি তৌদবা যাদ্রবা থব থৌবম অমা ওইনা লৌনবম্মী। মবম অসিনা মৈদিংঙুচা সনা চহি অহুম্না মমা লৈপাক মনিপুবগী বাজনিতি ঈ-পাউশিং চিথুদনা লৌবা অমসুং খঙজিনবদা নত্তনা মহাক্লা লৈবিবা মফমসিগী অকোযবদা লৈবিবা লমদমশিংগী পাউ কুপ্পা লৌবম্মী। অদুবু মীমাঙ থোক্লা অদুগুম্বশিংদু উৎলূবা নত্রগা বাজনিতিগী লমদাংসিদা যৌশিন্না চঙশিল্লুবদি যাদ্রি, মবমাদ কছাবদা লৈবিবা মৈতৈ নিংথৌমচাশিংসিনা কছাবদা নত্রগা মনিপুবদা লৈপাক মবা তপ্পা পাল্লিবা অদুদা ঈবাং থোকহল্লক্কদবা, লানহৌ খোঙজঙ শাগৎলক্কদবা হাযবসি কছাবদা লৈবিবা বৃটিশ সুপবিন্টেন্দেন্ট, মহাক্কী থানা / চৌকী (Outpost) শিং অমসুং বৃটিশকী মী নত্রগা মীচঙশিংনা যাম্না কুপ্পা অমসুং হকচিন্না যেংশিল্লিবনি অমদি চেকশিন্ন শেন্নবিবনি। হাযবিবসিগী মথক্তা মৈদিংঙুচা সনা-চহি-অহুমখোযগী নিংথৌমচা ফুরুপসি মমাঙদগী, হাযবদি সনা-চহি-অহুমসিগী মযাম্বুং ত্রিভূবনজিৎ, মযাম্বুং বামসিং, মযাম্বুং তিলানতাবনচিংবনা খৃঃ১৮৪১গী মে-জুন্দা কছাবদগী লাম্মী খোমদুনা লানহৌবগা মনিপুবগী কাঞ্চিপুব কোনুং যৌনা চঙশিন্দুনা লান্দকুবদগী কছাবগী বৃটিশ সুপবিন্টেন্দেন্টকী অশাওবা অমসুং মলোম কোক্ত্রিবনি। মযাম্বুং ঈবুংঙো ত্রিভূবনজিৎনা কছাবদা শান্নবম্বা লাংলৌ অমসুং অদুনা সুপরিন্টেন্দেন্টনা মখোয়গী মচীন-মনাউশিংগী মফমদা হকচিন্না যেংদুনা লৈবিবনি।

## ভারতকী সিফাইহি লালহৌ থোক্লকপা

মৈদিংঙুচা সনা-চহি-অহুম্না রাজনিতিগী লমদাংসিদা ঈ-পাউ পুম্নমক্তি লৌরগা চঙশিল্লুবদি য়াদা / চাসি মরু, হুন্দোক্লসি মতোং ওইনা খম্মুক্লদুনা লৈরিঙৈগী মতমসিদা লল্লোনপোৎ পুদুনা লাক্লগা লৈঙাক্লোনগী খুজীসু পায়শিনখিবা বৃটান্নিক মচাশিংগী লৈঙাক- ব্রায়েন- থৌদাদা পেন্নদ্রবা ভারতমচাশিংনা মখোয়গী অহানবা নীঙতম-লানগী খোঙহৌ, মীরুটকী বামোনমচা মঙ্গল পান্দেনা লমসিগী বেরেকপুর কৌবা মফমদা, নত্তবা ব্রা ঙাংলকপা বৃটিশ ওফিসার মচা অমা কীন্না থিনগাযদুনা হৌদোকখি। মসিগীদমক্তা মঙ্গল পান্দেবু বৃটিশশিংনা খৃঃ১৮৫৭ কী মার্চ২৯দা ফাঁশি তৌদুনা হাৎৎরম্মী [B.C., 1994.110]। মসিদগী মঙ্গল পান্দেগা বৃটিশকী সিফাই খনমিন্নবা হিন্দু, মুস্লীম, শিখ, গুর্খানচিংবগী সিফাইশিংনা চহিসিগী মে ১০দা নোংমৈ মখোল থোকহন্দুনা মীকুটকী বৃটিশ ওফিসাবশিংগী মথক্তা লানহৌদুনা বৃটিশমচাশিং হাৎলগা মখোযগী জেলদা থমলিবা ভারতবাসি সিফাইশিংবু জেলদগী লৌথোকখিবম্মী[বঃকঃশঃ, ১৯৯৮,৫৮]। মসিদগী সিফাই লালহওগী ঈরাংসি দিল্লিদা শন্দোক্লকখি অমসুং মদুদগী বঙ্গদেশ, অযোধ্যা, বোহিলখন্ড, ডোৱাব, বুন্ডেলকন্ড, মধ্যপ্রদেশ, বিহার, পঞ্জাব, ইন্দোর, গ্বলিয়ব,ঝান্সি, বাজস্থান, মহাবস্ত্র, হাযদ্রবাদনচিংবদা শীন-থুংনা চৎখিদুনা ভারতবর্ষগী কাচীন-কোযা যৌনা শন্দোক্লক্লম্মী[B.C., 1994,১১০-১১১]। হাযবিবা সিফাই লালহওসিদা পুন্না মী ১,৫০,০০০ শিখি অমসুং মসিগী মনুংদা মী লাখ অমবোমদি মীচম্মি হাযনা পীবি [বঃকঃশঃ, ১৯৯৮,৬০]। ভারতবর্ষদা খৃঃ১৮৫৭ মে ১০দগীহৌদুনা থা ৫।৬ লোম মৈবুল পাইবগুম কোয়পাই পাইদুনা ভারতবর্ষগী মফম শীনবা থুংলক্লিবা সিফাহী লালহওগী ঈ-পাউসি কছারগী সোনাইমুখতা লৈবিবা মৈদিংঙুচা সনা-চহি- অহুম্মদি ফংখ্রে। অদুবু মনিপুরদা লৈরিবা মৈতৈ নিংথৌনচিংবদি পাউ অমতা তাদ্রি, মরমদি মখোযদা পাউসি পীগদবা মরুপ শাদুনা মনিপুদা লৈবিবা বৃটিশকী পোলিটিকেল এজিন্ট ৱিল্লিযম মেকুল্লোক্লা পাউ পীদে অমসুং তাক্তে, মহাক মশা পাউ পুম্নমকসি কছারদা লৈবা বৃটিশ সুপবিন্টেন্দেন্টগী ফংবা খৃঃ১৮৫৭গী মে থাসিদগী অদুম খঙডি। অদুবু লালহওসিগী খোঙচৎসিনা খৃঃ১৮৫৭সিগী নবেম্বর থাগী থাখায় লানশিল্লক্লবদা চিট্রাগোংদা লৈরিবা ৩৪শুবা বেঙ্গোল নেটিভ ইনফেন্ট্রীগী সিফাই কম্পনী অহুম্না চহিসিগী নবেম্বরসিগী তারিক ১৮দা মখোয়গী বারিক (Barrack) মনুংদা নোংমৈ কাপ্পুনা মখোয়সু লালহওরে হায়না ফোংনা খঙহল্লকখি [H.K.B., 1960,175]। হায়রিবা লালহও-লুপ অসিনা পান্দম্লিবদি- নোংপোক

বঙ্গগী সীলেট ডিভিজন্দা লৈবিবা সীলেট সহবদা যুম্ফম ওইদুনা লীংলিবা বৃটিশ ঈষ্ট ইন্দিয়া কম্পনীগী নোর্থ-ঈষ্টবন ফ্রোন্টিয়াবগী বেজ-হেডক্বার্টর্স অদু থুগাযবনি। মখোযনা মখোয়গী পান্দমসি ফংননবগীদমক্তা চিট্টাগোংদগী সীলেট ফাওবা চৎকদবা খোঙচৎসিগী অহানবা খোঙথাং ওইনা চিট্টাগোংগী চীঙলক-মাল্লক্তগী ত্রিপুবাগী জঙ্গলগী উমং-ব্রামংশিংদা চঙশিল্লক্লম্মী [লঃচঃসঃ, ১৯৭০]। মখোযনা অশুকপা উমংগী অবোনবদা লম্বীদা চৎলিবসি বৃটিশ লাম্মীশিংনা মখোযগী মথক্তা লান্দাবক্তুনা মখোযগী পান্দম ফংহন্দনবগী হোৎনবকপদু ঙাকথোক্লনবগী খুজীন-থৌবাংগী ওইবা মিৎযেংদা থমদুনা চৎলিবনি। মখোযনা যাবিবা মখৈ লোন্না চত্তুনা সীলেট যৌবা অমসুং মফমদুগী হেডক্বাটর্সদু থুগাযবা পাম্লম্মী।

## লালহওবা সিফাইশিংনা সনা-চহি-অহুমগা উন্নবা

৩৪ শুবা বেঙ্গোল নেটিভ ইনফেন্ট্রীগী সিফাহী লালহওদা যাওববা কম্পনী অহুমগী সিফাইশিং অদুনা ত্রিপুবাগী জঙ্গলশিং ফাওদুনা লাক্লগা খা নোংচুপ থংবা কছাবগী ঙমখৈদা থুংলবম্মী। মখোযনা মফমদুদগী অবাং পাংনা হাইগত্তুনা লোক-তায অমসুং উমং-ব্রামংগী খোঙলম্বী ইন্দুনা অদুম্মক চৎলম্মী। মখোযনা কছাবগী ঙমখৈ হেক লানশিল্লকপদগী কভৈাবগী মনুংদা লৈবা মরু ওইবা লুচিং-লমজিংবশিং নত্রগা মচীন চৎপা, মহাক্কী মব্রা/ মযাথং অতোপ্পনা ইনবা খুনবু -খুঞ্জাহনশিং, লুপ্লাক- খুল্লাকপশিং,অমসুং খুন্নিংথৌ-খুনসেনপর্তিশিং নত্রগা মখোযবু লমজিংবিবা ঙম্বা অমসুং মতেং পাংবীবা যাবা মীওইশিং থিবকপনি। অদুবু মখোযনা অদুগুম্বা মীওই ফংদদুনা খুঞ্জা খবনা লমজিংদুনা লাকখিবনি। মখোযনা উমং-ব্রামংগী মরুম থুপ্পুনা অন্দবগ্রাউন্দগী ফিবমদা চঙশিল্লকপসিদা মৈতৈ নিংথৌমচা সনা-চহি-অহুমগী খুৎপুগা খা নোংচুপ থংবা কছাবগী উমং অমদা থেংনখিবম্মী। মৈসিংঙুচাসি, কছাবদা পোকপা, চাওবকপা অমসুং লৈবিবা মীওইনিনা বেঙ্গোলী, হিন্দুস্থনী, কছাবীনচিংবা লোনশিং নীঙথিনা খঙবা অমসুং হৈবা মীশক্নি। অদুনা মহাক্কী খুৎপুগা সিফাহী লালহওগী লাক্লিবা সিফাইশিংগী লুচিংবশিংগা ফম্মিন্নদুনা ব্রাবী শান্নখি। মদুদগী মখোয মশেন নীঙথিনা ব্রাখল ফাওনববা মতুংদা লালহওবিবা সিফাই পুম্নমক্তুগা মৈদিংঙুচা সনা-চহি-অহুম অমসুং মহাক্কী কাংবুগা শকখঙ-মাযখঙনবগা মখোয-মখোযনা তৌগদবা মথৌশিং যেম্থোক্লদুনা লম্লান্নবম্বা লুপ অনিদু অমতা ওইনা পুনশিন্নবগা পান্দম অমতগী মখাদা থবক চঙশিনমিন্ননবা যানখ্রে। অসুম্না ৩৪শুবা বেঙ্গোল নেটিভ ইনফ্রেন্ট্রীগী সিপোই ম্যুটিনীগী লানহৌবশিং অদুগা মৈতৈ নিংথৌমচা

সনা-চহি-অহুম (রনজিৎ / নরেন্দ্রজিৎ)কী মীশিংগা পুনখি অমসুং সনা-চহি-অহুমনা মায়কৈ অসোমগী, হায়বদি মতমদুগী অৱাং নোংপোক থংবা ভাবতকী লমদম অদুগী মীচম-মীযাম(Civil/Public)গী ওইবা সিপোই ম্যুটিনীগী খৃঃ১৮৫৭গী লানহওদুগী লুচিংবা লাঞ্জিংলেন ওইখিবন্মী [P.C.,No 139,& L.F.M.12-2-1858]।

চিট্টাগোংদা পোষ্টিং লৈবা বেঙ্গোল নেটিভ ইনফ্রেন্ট্রীগী কম্পনী অহুমগী সিফাইশিংনা খৃঃ১৮৫৭কী নবেম্ববগী তাবিক ১৮দা ফোংনা লান হওববা অসি ফাওবদা সীলেট লাইট ইনফ্রেন্ত্রগী ভাবতমচা সিফাইশিংদু মখোযনা বৃটিশ সবকাববু থাজজবদু মাঙলমদে। অদুনা মখোযবু মখোযগী মবুংঙো বৃটিশ মচাশিংদুনা থাজবীবদুসু মাঙহল্লমদে। অদুনা মখোযনা লানহওবিবা সিফাইশিং অদুগী মাযযোক্তা লেপ্তুনা বৃটিশশিংগীদমক্তা লান শোক্লবীননবা শেম-শাদুনা লৈবি [বঃকঃশঃ,১৯৯৮,৬৯]। ভাবতকী দিল্লি, উত্তব প্রদেশনচিংবদা থোক্লিবা সিপোই ম্যুটিনীগী ঈ-পাউসি মৈদিংঙু চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ (খৃঃ১৮৫০-৮৬)না লানহওবগী চহিসগী জুলাই-আগষ্টতা ফংলন্মী। মতমদুদা মহাবাজসিনা পোলিটিকেল এজেন্টকী মনাক্তা চত্তুনা মশামক্তা বৃটিশনা অৱাবা তাবিবা মতমসিদা মতেং ওইনবা কবি তৌবা নত্রগা পাংবা যাবগে হাযনা হংলন্মী। অদুবু পোলিটিকেল এজেন্ট মেকুল্লোক্লা মতম অদুদা অৱাং নোংপোক ভাবতকী লমদমদা লৈবিবা সিফাইগী বেজিমেন্ট, বেটাল্লিযনশিং, সীলেট লাইট ইনফ্রেন্ট্রীনচিংবদা লানহৌবা যাওনীঙবগী ঈবাং লৈতব অমসুং ঈঙ্গিং ফংদবনা কবিসু তৌনীঙঙাই লৈতে হাযদুনা থাদোক্লকখিবনি। অদুবু বেঙ্গোল নেটিভ ইনফ্রেন্ট্রীগী কম্পনী অহুমগী সিফাইনা চহিসিগী নবেম্বব ১৮দা সিফাহী লানহও যাওশিল্লকপসিদদি পোলিটিকেল এজেন্ট মেকুল্লোক্লা লাই শাবকখি। মহাক্লা তৌখিবা ৱাফম অমসুং থবক্তগী মচেক মযাদা ফোংদোক্লিবা ৱাবোন্দি:-

**........Advantage was taken of the arrival of the mutineers by some of the Manipur chiefs in Cachar and several joined them with a view of getting their aids in overthrowing the Manipur Government. Among them was Nurendrajit or Chai Aham ("Chai Aham", three years, so called as he was supposed to have been three yrears in his mothers womb), a younger son or Chourajit Singh, he was made prisoner and handed over to the British Officers; he was everntually transported.[E.W.D., 1987,47]**

অসিনি। মেকুল্লোক্লা মহাবাজ চন্দ্রকীর্ত্তিনা অহানবা হংবদগী থৌশাদবগা ঈকাই খাঙগী কং কোৎলি হায়দুনা সনা-চহি-অহুমনা নিংথৌ সিংহাসনগীদমক্তা সিফাহী লালহওগী সিফাইশিং পুদুনা মনিপুবদা লান্দাবক্লগনি, অদুনা মনিপুবগী লমখৈ ঙাক্লনবা লান্মী থাসি, সিফাহী লালহও লান্মীশিং মনিপুবগী লমখৈ মনুংদা চঙহন্দনবা থৌবাং লৌখৎপীযু হাযনা হাযখিব [বঃকঃশঃ,১৯৯৮,৭৬-৭৭]দুদগী থোকহল্লকপা মহৈনি। হাযবিবা মনিপুবগী মনুংদা সিফাহী লালহওগী সিফাহীশিং চঙহন্দনবা ঙমখৈ ঙাকপগী থৌবাংসিগী ওইবা ঈ-পাউশিংদি:-

**.......লাইশ্রম বলদেবগী কুম শক ১৭৭৯....ৱাকচিং থা.....**
**৯নি ঈরাই (খৃঃ১৮৫৭গী ডিসেম্বরগী অরোয়বা চয়োনগী ঈরাই তাবা নুমিৎ)দা হিন্দুনা ফিরিঙ্গি থুগায়রে, মৈতেরম লাক্কনি হায়দুনা নোংমৈ ৫রক থাই। নামৈরাকপা মেঞ্জোরনা চিংদুনা সিফাই ৬০০ চৎলে।। জিরি মৌএ।।[চৈথাঃকুমঃ,২০০৫,৩৩৬]।**

**......The Political Agent, on hearing of the Chittagong mutiny, asked the Raja to send a body of his troops to the frontier to prevent the mutineers entering his country; this was at once done and 400 men under two majors despatched. These troops did good service, and captured a number of the mutineers who given up to the British officials. It is supposed that nearly, if not all the mutineers were killed, captured or perished miserably in the jungles of the Manipur and Kuki hills.**
**[E.W.D.,1981,47]**

অসিনি। মনিপুবগী ঙমখৈ ঙাক্লনবা লান্মী থাবগী ৱাফমসি ৩৪শুবা বেঙ্গোল নেটিভ ইনফ্রেন্ট্রীগী লানহওবা সিফাইশিংগা সীলেট লাইট ইনফ্রেন্ট্রীগা লাটু (সীলেট অমসুং অৱাং থংবা কছার অনিগী মবক্তা লৈবা লম অমা)দা খৃঃ১৮৫৭কী ডিসেম্বব তাং ১৮দা লান্থেংনখ্রবা, বৃটিশ লান্মীগী সীলেটদগী লাঞ্জিংলকপা মেজর বীঙ(Major Beeng)হাৎখ্রবা, অমসুং লেফটেনেন্ট রোজ (Lieuenant Rose)দা অচৌবা লান্মী মপৈ অমা পীদুনা থোমজিল্লক্লগা মুটিনীয়রশিংবু তানখায়দুনা মাযকৈ খঙদনা চেন্নখ্রবা মতমসি [বঃকঃশঃ,১৯৯৮,৭১-৭৪]গী মতুংদনি।

## সনা-চহি-অহুম্মু জিরিদা ফাবা

মৈদিংঙুচা সনা-চহি-অহুম্মা ৩৪শুবা বেঙ্গোল নেটিভ ইনফ্রেন্ট্রীগী চিট্টাগোংদা লৈবা সিফাইশিংনা ভারতকী অহানবা ফ্রিদম মুভমেন্টকী সিপোই মুটিনীদা য়াওবা সিফাইশিংগা অৱাংথংবা কছারগী লমদমদা থেংনদুনা তীন্নখিবসিদগীদি ম্যুটিনীয়রসিগী চীঙ্গাক পীবা, তুম্ফম চাফম শীনবা, মখোয়গী অৱা-অনা, অশোক-অপন্নচিংবা য়েংশিনবা অমসুং মখোয়বু মফম চাবদা লমজিংদুনা পুবা অমসুং থম্বসি মৈদিংঙুচা সনা-চহি-অহুম্মা লাঞ্জিং-পুরেন অমা ওইনা মহাক্কী মথৌ ওইরে অমসুং মথৌদু নীঙথিনা পাথোক্লে। ম্যুটিনীয়বশিংদুগী পান্দম মতুং ইন্না সনা-চহি-অহুম অমসুং মহাক্কী মীশিংনা লমজিংদুনা অৱাংথংবা কছাবদগী নোংচুপলোমদা সীলেটকী মপা তমদুনা চঙশিল্লক্লম্মী। মখোযনা চহিসিগী ডিসেম্বর ১৮দা লাটু(LATU) কৌবা মফমসিদা চঙশিল্লকপা মতমদা মেজব বীঙনা কম্মান্দ তৌবা সীলেট লাইট ইনফ্রেন্ট্রী বেটালিযান, মতুংদা খৃঃ১৮৮০-৮৮ ফাওবদা বেঙ্গোল নেটিভ ইনফ্রেন্ট্রীগ ৪৪শুবা বেটালিয়ান ওইবক্কদৌরিবনা পেত্রোল লাকপদা থৈদোক-নাথৈনবা য়াদবা মওংদা লৈবদগী মায়োক্কনা লান শোক্লখিবম্মী। লাটুগী লানফমদুদা সিফাই লালহওগী সিফাইশিং অমসুং মৈদিংঙুচা সনা-চহি-অহুমগী মীশিংগনা থৌনা ফনা লাম্থেংনদুনা পেত্রোল্লিং পার্টীদুগী কম্মান্দিং ওফিসার মেজর বীঙবু হাৎপা ঙমখি। অদুবু থীম্নবা তৌদনা লেফটেনেন্ট রোজনা লুচিংবা অচৌবা লাম্মী মপৈ অমা থোমজিল্লক্কুনা ম্যুটিনীয়রশিংগী মথক্তা লান্দারকখিরম্মী।

বৃটিশকী থোমজিল্লক্লিবা লাম্মী মপৈদুগা লাম্বা তৌনবদা অশোক-অপন অমসুং অশি- অনা কযা মুটিনীয়বশিংদুগী মায়কৈদা নংলম্মী অমদি মখোয়গী মফমদা খুদোংথীবগী মমিনা ইন্নদুনা লৈববদা সনা-চহি-অহুম অমসুং মহাক্কী মীশিংনা মখোয়বু লাটুদগী অৱাং থংবা কছারদা ঙাক-শেন্দুনা পুথোকপীরক্লম্মী। অদুগা অমুক মখোয়বু নীঙথীনা থুপচফম ফংনবগীদমক্তা অৱাং থংবা কছারদগী মনিপুরগী লমদমদা পুননবগীদমক্তা জিরি তুরেনগী ওয় / নোংচুপ থংবা তোবর্বনগী মায়কৈদা লৈবা উমংদা পুশিল্লক্লম্মী। অদুবু অৱাবদি মতমদুদা বৃটিশ ইন্দিয়াগী মনুং চন্দবা লমদমদুদা বৃটিশকী মীচঙদা লেপ্তুনা মৈতৈ / মনিপুরগী সিফাই লা ম্নীনা ম্যুটিনীয়রশিংবু চঙহন্দনবা ঙমখৈ ঙাক্তুনা লৈরম্লে। চঙলুরবদুদদি হন্দোকপসু যাদ্রদুনা মৈদিংঙুচা সনা-চহি-অহুমগী খোঙলোই মৈতৈ মচাশিং অমসুং ম্যুটিনীয়র সিফাইশিংগা মৈতৈ সনা কোনুংগী লাম্মীশিংগা খুৎ থোক্লদুনা নোংমৈ কাপ্লরে। সনা-চহি-অহুমগা খৃঃ১৮৫৮গী

জানুৱারী থাদা জিরিগী উমংদা লাম্থেংনখিবা মৈতৈ সনা কোনুংগী সিফাই লাম্মীসি মশীঙ ৪০০নি অমসুং মখোয়গী লাঞ্জিংলেন্না পোৎশঙবা হঞ্জবা বোমা সিংহ (মহাক পুখ্রনবা অমসুং মেজর, তোপ মেজর অমদি ফুল জেনরেলগী ফমশিং ফাওবা ওইখি)নি। লানফম অসিদা মৈদিংঙুচা সনা-চহি-অহুম নোংমৈনা শোকখি অমসুং য়েক্লবগী বন্দী ওইনা ফাখি। মহাকপু ফারবা মতুংদা জিরিদগী ইম্ফাল য়ৌনা পুরগা লোংজাম্বা বোমা সিংহনা মনিংথৌ চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজদা কৎখিরম্মী। মৈদিংঙুচাসিনা ইম্ফালদা য়ৌরকপসিগী ৱারোন্দি:-

> **......লাইশ্রম বলদেবগী কুম শক ১৭৭৯......ফাইরেন (২শুবা)থা ১১নি নিংথৌকাবা (খৃঃ১৮৫৮গী জানুৱারী তারিক ২৫)দা ময়াম্লুং ইবুংঙো চহি ৩ ময়াংদগী থুংলৈএ।।**
>
> **[ চৈথাঃকুমঃ,২০০৫,৩৩৫]।**

অসিনি। মৈতৈগী সিফাইনা ফাবা লানফা মৈদিংঙুচা সনা-চহি-অহুম্বু বৃটিশকী লানফা ওইনা নত্ত- ওইদবা মবালশিং শীজিন্দুনা বৃটিশকী ব্লেকলো (Black law of the British), হায়বদি - Might is Right শীজিন্নদুনা ৱাযেল তৌবগা থৱাই হাৎপগী চৈবাক্তগী থৈথবক্তুনা কালাপানি(আন্দমান ঈথৎকী পোর্ট ব্লেযার জেল)দা মপুন্সি চুপ্পা থম্লনবা চৈবাক পীখিবম্মী। অদুগা ভাবতকী সিফাই লালহও নমথবদা থবক য়াওবা অমসুং মতেং পাংবা ওইনা মৈত্রবাক্কী মীওই ১০ (তরা) খক্তী লানসিগী ওইবা ম্যুটিনী এৱার্ড (Mutiny Award)পীখি। মনা ফংখিবা মী ওইশিং অমসুং মখোয়গী মনাশিংদুদি:-

| | | |
|---|---|---|
| ১) | বাজা চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ | (I)Dress of Honour. (II) A sword. (III) A belt (leather) |
| 2) | লোংজাম্বা বোমা সিং, পোৎশঙবা হঞ্জবা | Mutiny medal (special award) |
| ৩) | চীঙঙাখম্বা, পুখ্রনবা | Khillut or Robe of honour |
| ৪) | চীঙঙাখম্বা দেৱান | -do- -do- |
| ৫) | নেপ্রা, শেল্লুংবা | - -do- -do- |
| ৬) | সৌগাইজম শেল্লুংবা | - Khillut or Robe of honour |
| ৭) | নন্দবাবু লাইবিকযেংবা হঞ্জবা | -do- -do- |
| ৮) | নামৈবাকপা মেজব | - -do- -do- |
| ৯) | ঈবুংশীজ হাওজৌমচা মেজব | - -do- -do- |
| ১০) | লৈহাওথাবম গোকুল ঠাকুব | - -do- -do- |

অশিনশিংসিনি। হায়রিবা মনাশিংসি, বৃটিশ ভাবত সরকারগী খুথাংদা যুনাইটেড কিংদমগী মহারাণীনা পীরকপনি। মসিশিং পীবকসিগী ৱাবোন্দি মখাগীসিনি:-

**.........In 1859 at the recommendation of the Political Agent, the Raja was presented with a dress of honour, sword and belt; at the same time eight of his chief officers received Khilluts. These gifts were expressive of approval of conduct of the Raja and his officers during the mutiny. One Major Roma Sing also received the mutiny medal, he having been actually engaged with the mutinous sepoys from Chittagong. [E.W.D., 1981,47]**

## সনা-চহি-অহুম্মা নিংথৌ ফম্বাল পামবা নত্রগা কল্লক-মিহুওবগী পুকচেল লৈখিদে

মৈদিংঙুচা সনা-চহি-অহুম নত্রগা বনজিৎ, বৃটিশশিংনা “নবেন্দ্রজিৎ সিংহ” হায়না মিঙ্গৌনবসিগী বাখন্দা নিংথৌমচা ওইবগী নিংথৌ-ফম্বালদা মিকাবা অমসুং মিতাবগী মওং-মতৌ অমদি মচৎ-লমচৎসি খক লৈখিদে। বৃটিশ ওফিসাবশিংদা মপাঙ্গবুংঙোনা বাচৎ-বানোমদুনা নীজবগী ৱা ওইবব [লঃচঃসঃ,১৯৭০,৫১]গী অমসুং মপাবুংগী উত্তবাধিকাবী ওইনা বৃটিশশিংনা নিংথৌ খুবম পীবগী ৱাফম ওইবব [মথক্কীসিদা,৫৪]দি খঙদ্রে, মৈত্রবাক্কী চৎন-লেনাচৎ, চৎলম-লুপতীন্নচিংবগী মাযকৈদা অমসুং যুম্ফমদা মিৎযেং থম্লবদি চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহদগীদি মৈদিংঙুচা সনা-চহি-অহুম্মা মৈতৈ নিংথৌগী সিংহাসনগী ওইনদি হক যাম্না কনবা, হকপা অমসুং চাওবা হেল্লি[মথক্কীসিদা,৫১-৫২]। মনিপুরসিবু মতমদুদা বৃটিশনা পাল্লব্রা ? নিংথৌ ফম্বাল পামনবগী লাইচুববশিংনা বৃটিশশিংবু মনিপুরগী রাজনিতিদা খুৎ থিংজিনহনখিগনি [মথক্কীসিদা,৫১]। ভারতকী সিফাই লালহওগী মতাংদা হান্নবা মেকুল্লোক্তা লালহওসিদা তেংবাংগে ৱানোমলুবা অমসুং মতুং তাবকপদা তেংবাংলিবসিসু নিংথৌ সিংহাসনগা মবী লৈননি। অদুগা লানফা ওইনা ফাদুনা লৈববদুদা লৈপাক্কী যেংবা ফাওবদা কল্লকপা পোক্লিবা মতৌ[বঃকঃসঃ,১৯৯৮,১০০]অদুগুম্বদু মৈতৈ নিংথৌমচা সনা-চহি-অহুমগী পুকচেলদা লৈখিদে। লাইবক্লা পুবা মায়কৈদা চত্তুনা

অৱা-অনা তাববশিংগী মতেং পাংবদুনা নিংথৌ ফম্বালদগী হেন্না মমল লৈ খন্দুনা মৈদিংঙুচা সনা-চহি-অহুম্না ৩৪শুবা বেঙ্গোল নেটিভ ইনফ্রেন্ট্রীগী মতীক চাবা খুৎলাই পাযবক্লবা কম্পনী অহুমগী সিফাই (মী ৮০০দগী তাদবা) শিংদু কছাবগী জঙ্গলদা শকখঙ-মাযখঙনবগা মশানা নিংথৌ ফম্বাল কল্লকপীদবা মশাগী ফম্বাল ফংননবগীনি খন্দুনা মনিপুবদা পুশিল্লক্লমদবনি। কবিগুম্বা নিংথৌ ফম্বালগী ওইনা পুশিল্লক্লম্বা থোক্লবদি মতমদুদা মনিপুবদা লৈবিবা শক্তিং / মপাঙ্গল অমতনা থিংবা ঙম্লবোযদবনি। হাযবিবা ৱাফমসি, মেকুল্লোক মশামক্লা চন্দ্রকীর্ত্তিগী মফমদা সনা-চহি-অহুম্না ম্যুটিনীযব পুদুনা লান্দাবক্কদৌবে, হাযজিল্লবসু ভাবত সবকাবদা বাবোল থাবদা অমসুং লৈঙাক্লোনগী তান-খন্নবদা হাযদোকখ্রবা ৱাহৈনি। মসিগী অফংবা ঈ-পাউদি:-

(i)........ডিসেম্বব তাং ২৫দা লাটুদা থেংনখিবা লান অদুগী মবম পুম্নমক তাবম্মী। কছাবগী মনিপুবীশিংনা লালহওবা কাংবু অদু মনিপুব তান্না পুবক্কদ্রা হাযনা চিংনবম্মী। কবিগুম্বা লালহওবা কাংবু অদুনা জীবিবোমদা লাক্লগা মনিপুব তাবক্কদ্রা হাযনা চিংনবদগী অদুগা এজেন্টনসু হাযজবদগী মনিপুবগী লান্মী ৪০০ খক মেজোব অমগী মখাদা লালহওবা কাংবু অদুবু থিংনবা চন্দ্রকীর্ত্তি মহাবাজনা জীবি ফাওবা থাখি। সিফাই লালহৌবা কাংবু অসিগী মতেং লৌবগা নবেন্দ্রজিৎনা মনিপুবগী নিংথৌ ওইগে হাযনা খল্লবদি মহাক্লা মায পাকপা যাবগী খুদোংচাবদু লৈববনি [লঃচঃসঃ,১৯৭০,৯৯ ১০০]।

(ii) লাটুগী লানফম অমসুং লান অসিগী মমাঙদা মনিপুবগী নিংথৌ ফম্বাল অসি নিংথৌমচা সনা-চহি-অহুম্না মমাঙঙৈদগী নত্রগা মতমগী মতুংইন্না কবিগুম্বা পান্নক্লম্লবা নত্রগা সিপোই ম্যুটিনীগী ম্যুটিনীযব সিফাইশিং অসি সিলেটলোমদা হাননা চৎহন্দনা মনিপুববোমদা হাননা পুবক্লগা মৈতৈ নিংথৌগী ফম্বাল লাযনা লৌবা ঙমগনি-হাযবসি পোলিটিকেল কন্সলটেন্টেনা মখোযগী সুপ্রীম গর্ভনমেন্টতা খঙহনখ্রবনি[বঃকঃশঃ,১৯৯৮,৭৫&P C.N.139 dt 28-5-1885]। অসিশিংসিনি। অদুগা অকোনবগী ৱাফম নত্রগা ৱাবোলসিগী অচুম-অবানগী ৱাবম নৈনবা অমসুং খন্ন-তানবদা পীবিবা ৱাবোন্দি:-

.......৩৪শুবা বেঙ্গোল নেটিভ ইনফ্রেন্ত্রগী লান্মীশিংগী নবেম্বব তাং ১৮গী চিট্টাগোংগী লানহওবগী ৱাথোক-লান্থোকসি মনিপুবদা মী কনা অমা ফাওবা তাদ্রি। অদুগা মসি তাবম্বা যাবা মীশকসি পোলিটিকেল এজেন্টনি, অদুবু মহাকসু ম্যুটিনীযবশিংগী মওং, মফম, মচৎনচিংবা অমতা

মওং- মরীন তানা মফম-মরাং খওনা তাদ্রি, খওদ্রি। অদুবু লাটুগী ডিসেম্বর ১৮গী লান অসিগী পাউ অসি মনিপুরদা থাসিগী তারিক ২৫দা তারম্মী অমসুং লানফম থাদোক্কুনা চৎখ্রিবা ম্যুটিনীয়রশিংদু নোংপোক্লোমদা মনিপুর তমদুনা চৎখি-হায়বসিমসু তারম্মী। পাউ অসি হেক তাবদগী পোলিটিকেল এজেন্ট ওইরিবা মেকুল্লোক্লা লাই শাবা হৌখ্রে। মরমদি মনিপুরদা লৈরিবা মীয়াম-মীচমশিং, অঙম-অথৌশিং অমসুং নিংথৌ মচা ফাওবা সিপোই ম্যুটিনীসি মরম করিগী হৌরিবা লানহৌনো হায়র্বসি খওদে-হায়বসি মেকুল্লোক্লা খওলম্মী। অদুগা পোলিটিকেল এজেন্টসিনা সিপোই ম্যুটিনীগী মায়কৈ অসোমগী লাঞ্জিংলেন ওইরিবা সনা-চহি-অহুম্বু য়াবমদে অমসুং পাল্লমদে। অদুগা মহাক্লা নিংথৌ ওইনীঙলমগনি হায়বা মঙ অমা মতোমতগী ওইনা শাগৎলগা, মদুগী হুদু মৈতৈ নিংথৌদা কামশিল্লম্মী [বঃকঃশঃ,১৯৯৮ ,৭৫-৭৬]।

অসিশিংসিনি। হায়রিবা ৱাবমশিংসি বৃটিশকী পোলিটিকেল কন্সলটেসন, খৃঃ১৮৮৫ মে ২৮গী মশীঙ ১৩৯ অমসুং মেকুল্লোক মশামকসিনা ভাবত সরকারগী সেক্রেটরীদা ১৮৮৫গী ফেব্রুৱারী ১২দা ইখিবা রিপোর্ট অদুদগী থোক্লকপা ঙাক্কনি। অদুগা পোলিটিকেল কন্সলটেসনগী চেবোলসিদা সনা-চহি-অহুম্না মশা নিংথৌ ওইনবা হোৎনখিদে, হাযর্বাদি নিংথৌ ফম্বাল পামদে নত্রগা কল্লক্কে হায়বদু ময়েক শেংনা উৎলি। মরমশিং অসিনা সনা-চহি-অহুমসি মমাঙদা তাববা নিংথৌ সিংহাসনবু কল্লকপীখিদবা মৈতৈ নিংথৌমচা তকক— শ্যামশাই খুবাইলাকপা, আনন্ত শাই মন্ত্রী পুন্সিবা, হেরাচন্দ্র (তাকু নিংথৌ), বাজা নর সিংহ, সনা-চহি-অহুম অমসুং যুবারাজ টেকেন্দ্রজিৎ বীরসিংহ (কোইরেং যুবরাজ) অমদি ৱাংখৈমযুম মচা অনি — ৱাংখৈ চীঙঙা য়াঙবা অমসুং ৱাংখৈ বিনিন্দ্রামগী মনুংদা চাল্লবসিনি।

## কালাপানী (পোর্টব্লেয়র)দগী শকলোৎখিবা

মৈদিংঙুচা সনা-চহি-অহুম্বু ভারতবর্যগী নীঙতম ঈহওগী অহানবা খোঙজঙ সিফাহী লালহওগী অৱাং-নোংপোক ভারতকী লাঞ্জিং-পুরেন ওইবগী মবাল শীদুনা মনিপুরদা লৈবা বৃটিশ পোলিটিকেল এজেন্ট অমসুং কছারদা লৈবা বৃটিশ সুপরিস্টেন্দেন্টনা বিচার তৌরগা থৱাই হাৎপগী মরালগী মহুত্তা মপুন্সি চুপ্পা কালাপানী (পোর্ট ব্লেয়র জেল)দা লোই থাদুনা জেলদা লৈহনবগী চৈরাকসি পীদুনা মহাকপু মনিপুরগী মপান্দা মীনুংশিগী ওইবা ৱায়েল চখবগী মিংদা পুথোকখিবসি খৃঃ১৮৫৮দনি। মহাকপু মনিপুরগী মপান্দা পুথোকখিবগী লমদাংসিদা চৈথারোল কুম্বাবনা পীরিবা

ৱারোল্দি:-

**.........য়ুম্নাম চাওবগী কুম শক ১৭৮০.........কালেন থা..... ২নি (খৃঃ১৮৫৮গী এপ্রিল তাং ১৫) শগোলশেন্দা ইবুংঙো চহি ৩ ময়াংদা থাজিনখি- এ [চৈথাঃকুমঃ,২০০৫,- ৩৩৬]।**

অসিনি। কছারদগী মহাক হাজরীবাগতা পুরগা মফমদুদগী অমুক কলকটা (কোলকতা)দা পুরগা মদুদগী জহাজ তোংদুনা আনন্দমান ঈথংকী পোর্টব্লেয়ার সহর য়ৌগদবনি। অদুগা মহাকপু মফমদুগী জেলদা থাজিনগদবনি। হায়রিবা পরীংসিদা মহাক কালাপানীদা থুংখ্রে। অদুবু মহাক্কী করিগুম্বা ঈ-পাউ অমতা ফংবা ঙমদনা মহাক কালাপনীগী জেলদা চঙখিরম্মী।

"সনা-চহি-অহুম" হায়রিবা নিংথৌ মচাসি পাক চাওখ্রবা সমুদ্রগী ঈশিংনা পুমকোয় কোয়শিন্দুনা লৈরিবা বঙ্গোব সাগরগী আন্দমান ঈথংসিদগী মহাক্না জেলসিদা থুংলবা মতুং চহি অহুমলোমগী মনুংদা শক লোৎখিবনি। মহাক্না হাযরিবা ঈথংকী জেল অসিদগী করম্না নাম্থোক্তুনা মহাক্কী পোক্লফম লমদম কছারদা শকলোত্তুনা হল্লকখিবনো হায়বসিগী মবমদা লাইওই-তীনওইবগী অঙকপা মতৌ অমা ওইনা খন্নরিবা অমসুং লৌনবিবনি। মহাক্না পোর্টব্লেয়াব জেলদগী নাম্থোক্লকপা অমসুং সমুদ্রগী পাক্লবা ঈপাকসি জহাজ তোংদুনা লাল্লগা মদ্রাজ বন্দরদা থুংলখিবনি। হাযবিবা মহাক্না জেলদগী নাম্থোক্লকপা খুৎনাম্থোকসিগী মবমদা লেপ্পা লৈতনা অসুম থিজবকপদা কছাবগী অহল অমনা মহাক্কী লাইয়েংবা হৈবগী মহৈননি হায়দুনা তাকপীরকখি। ৱাফমদুদা করম্নো মহাক্না নাম্থোক্লক্লিবসি হায়দুনা মখা তানা হংজরুবদা অহল অদুনা লীবীরকখি।

সনা চহি-অহুম্না পোর্টব্লেয়র জেল য়ৌদ্রিঙৈগী মমাঙদা মফমদুদা থবকপুরিবা জেলর অদুগী নুপী অদু অঙৌবা পকপগী লাইনা (Leprosy)মখল অমনা নারম্মী। হায়রিবা লাইনাসি সনা-চহি-অহুম্না জেলদা লৈররবদা থা অহুম মরি চঙনা লাইয়েংবদগী ফখিরম্মী। অসিগুম্বা সনা-চহি-অহুমগী থবক অসিদা জেলর মতৈ-মনাউদু য়াম্না পেনখিরম্মী। মরম অসিনা মখোয় অনিনা অতৈ অতোপ্পা কনাবুসু খঙহন্দনা মহাকপু হায়রিবা কালাপানী, পোর্টব্লেয়রসিদগী নাম্থোক্লবগী থৌরাং অসি থৌশীনবীখিবনি-হায়না তাকপীরকখি। হায়রিবা ৱাফম অসি ওইথোকপা য়াবগী মরম কয়ামরুম লৈ অমসুং মরু ওইবা ৱারম অমদি কছারদা লৈরিবা মীওই কয়ানা মখোয়গী অহল-লম্মনশিংনা তাকপীরম্বদা মৈদিংঙুচা সনা-চহি-অহুমসি সিদ্ধ পুরুষ (Accomplished or semidivine

man) অমা ওইনা তাকপীরম্মী অমসুং মহাক্না শোকপী-থেংবীবদা তীনকোক-লাইকোকপা মীশক অমা ওইনা লৌনদুনা অমদি মহাক্না শকলোত্তুনা হিংলিঙৈদা "ভুবনচীঙগী সাধুবাবা" ওইনা খঙনদুনা মরক-মরক্তা, মরু ওইনা ভগবান শিবগী পবর্বদিনশিংদা শকউৎপীরম্মী-হায়না চেৎনা থাজনৈ।

মৈদিংঙুচা সনা-চহি-অহুম্মা পোর্টব্লেয়র জেলদগী নাম্থোক্তুনা মদ্রাজগী হিথাংফমদা থুংলরবদা জহাজগী কুমথরকপদা বৃটিশ সিপোই অমনা মহাকপু কনানো, কদায়দা চৎলুরিবনো নত্রগা কদায়দগী লাক্লিবনো, অসিনচিংবগী মরম খঙদনা অমুক্তুং উখি। অদুগা মদুদগী মহাক্না মীয়াম মরক্তা চঙখিবদগী অউবা মীদুগী মিৎয়েংদগী মুৎখিরম্মী [মথক্কীসিদা, ১১৯-২০]। মফম অসিদগী মহাক্না উপায় অমা তৌদুনা মহাক্কী ময়ুম-ঈংখোল লৈবম্বা কছারগী সোনাইমূখদা লাকখিবনি।

## ব্রাখোম-ব্রারোয়শিন

মৈদিংঙুচা সনা-চহি-অহুম, কুঠি মিংনা "বনজিৎ সিংহ" অমসুং বৃটিশশিং খঙনবা অমসুং থোনবা মমিংনা নবেন্দ্রজিৎ সিংহ হাযবসি বৃটিশশিংনা ভাবতবর্ষদা লোইলম লীংখত্তুনা পানবা মতমদুদা ভাবতকী সিপোই ম্যুটিনীগী হাক্তক্তগী শকলোৎপা মীবোৎনি। মহাক কছাব জিলাগী মফম অমদা মশাগী মপুন্সিগী মতম লোয়দুনা চাওবাক্না খৃঃ১৮৮৮গা অদুব্রাইদা নোঙ্গাখি [মথক্কীসিদা, ১২৬-১৩১]। অদুবু মহাক্কী মচা-মশূদগী শন্দোক্লকপা চাদা-নাউর্দাশিংনা মহাক্না লৈখিদবগী শোবাৎ (শ্রাদ্ধকর্ম্ম) শোনবগী থৌরম ঙসি ফাওবদা পাংথোক্ত্রি অমসুং মহাক শিখ্রে হাযনা লৌদে। মহাক হল্লকখিগনি হায়না চেৎনা থাজবগা লোইননা মহাক্কী মপোৎ-মরনশিং-খুরুম, ফিজেৎনচিংববু লাই ওইনা লাত্তুনা থম্লগা মহাক হল্লকপা ঙাইবি। বৃটিশ পেবিওডতা কছাবদা খৃঃ ১৮৬২-৬৩গী মতুংদা মহাক্কী মমিং পন্নদে, বেঙ্গোলী মবোন্দা "উর্নি-তিনি" নত্রগা মৈতৈলোন্দা "মহাক" নত্রগা "মহাক্তু" হায়না শীজিন্নদুনা শক্তাক্লে। বৃটিশ সবকাবগী য়েক্লবা মীবোৎ নত্রগা শকলোৎপা ওইনা হিংলম্বা অমসুং থুপখিবগী ঈ-পাউশিং লৈ। অদুবু মহাক্কী মোংফম মালেমসিগী লৈমায়গী মচেৎ অমতদা লৈতে। মনিপুব ইতিহাসকী মতমগী মৈতৈ-মলেসকী মরী (Anglo-Manipur Relation)দা বৃটিশশিংবু "শঙাই নঙগী নরৌবু শজি ঐনা খঙঙিনে" হায়না লৈবা, বৃটিশশিংগী খ্বাইদগী হেন্না চাওরবা য়েক্লবশিংগী মনুংদা অমনি।

মৈদিংঙুচা সনা-চহি-অহুমসি নিংথৌমচা ওইনা, মশানা লৌগে হায়না খনবদা লৌবা ঙম্লগদবা নিংথৌ ফম্বালবু লৌখিদবা, পামখিদবা অমসুং কল্লক-মিহৌখিদবা মৈতৈ নিংথৌমচা তরুকগী মনুংদা বৃটিশকী

মথক্তা লাটু-সীলেটনচিংবদা লান্দাবা অমসুং লানহওসিগী ম্যাটিনীযবশিংবু ঙাক-শেন্নবা অমসুং কনবীনবা জিবিগী উমংদা মৈতৈগী সিফাই লান্মীগা লান শোক্লখিবদু মনিপুবগী নিংথৌ ফম্বালগীদমক্তনি হাযনা পাউথোক্লিবসি বৃটিশশিংগী খুৎশেমনি। হাযবিবসিগী ওইনা পীবম্বা চাওবাকপা পাউগী লীখুন অমদি:-

**খৃঃ১৮৫৮গী জুনগী তাং ১৫.......দা নবেন্দ্রজিৎকী মীচঙদা য়াওকবা মনিপুবী তককখক কছাবগী সুপবিন্টেন্দেন্টনা ফাবম্মী। কছাব অমদি শিলেটতা লৈবা মনিপুবীশিং অমদি মনিপুবী বাজকুমাব (Rajkumar)ময়াম পুল্লগা মনিপুবদা লান্দাগে হোৎনবে হায়না চিংনবম্মী। পাউ অসি ফংবদগী চন্দ্রকীর্ত্তি মহাবাজনা লান্মী তেঙ্গোন অমা লানহৈৗবা কাংবু অসিবু থিংননবা থাখিবম্মী। সনা কোনুংগী সিফাইগা নবেন্দ্রজিৎ সিংহগী কাংবুগা লান থেংনবম্মী। লানফম অদুদা সিফাই লানহৈৗবা কাংবু কয়া মকম শিখি অদুগা নবেন্দ্রজিৎসু মনিপুব য়ৌননবা চেনখিগে হোৎনবদা ফাবম্মী। [লঃচঃসঃ,১৯৭০ ,১০০-১০১ অমসুং বঃকঃসঃ,১৯৯৮,১২৮]।**

অসিনি। মসিন। নবেন্দ্রজিৎ সিংহ ওর্ফে ''বনজিৎ'' ওর্ফে সনা চহি অহুমগী বিশ্বপ্রেমগী অমসুং স্বার্থত্যগকী থবকশিং অদু মাংহোকপনি। বৃটিশ মচাদব মশাগা ওইজবা থিবা, লৌনম নমথাক্লচিংবা তৌবা নঙনা মশাগী ওইজবা থাদোকপা হাযবগদি লৈবা নত্তে। অদুম্মকপু মতমদগী বৃটিশ ভাবত সবকাবগী খৃঃ১৮৫৮গা পোলিটিকেল কন্সলটেসন মশাং ১৩৯দা পীবিবা বাফম

**.......সিফাই লানহৈৗবা কাংবু অসিগী মতেং লৌবগা নবেন্দ্রজিৎনা মনিপুবগী নিংথৌ ওইগে খল্লবদি মহাক্লা মায় পাকপা য়াবগী খুদোংচাবদু লৈববনি [লঃচঃসঃ,১৯৭০,৯৯-১০০]।**

আসদা মিৎযেং থল্লবদি হাযাববা বাজকুমাব নবেন্দ্রজিৎ সিংহ, ওর্ফে সনা চহি-অহুমসিনা মনিপুবগী নিংথৌ-ফম্বাল খক পামখিদে, হাযবা ৱাফম অসি শোযদনা খঙলমগদবনি। অদুবু অসিগুম্বা কথোকপা অমসুং নিংথৌ সিংহাসন কল্লক্তবা, পামদবা অমসুং মিহৌদবগী ৱাবী ৱাখোঙসি বৃটিশকী ইতিহাসতা যাওদবননি অমসুং যুবোপীযানশিংনা খঙবা ঙমখিদবনি।

## মবী-মখোঙ তাকপা

১। চৈথাঃকুমঃ,২০০৫ — লাইবেনময়ুম ইবুংঙোহল সিংহ অমসুং নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহঃ চৈথাবোল কুম্ববা

| | | | |
|---|---|---|---|
| | | | (ইম্ফাল-২০০৫) |
| ২। | লঃচঃসঃ,১৯৭০ | = | ডাঃ লৈশাংথেম চন্দ্রমনি সিংহঃ মনিপুব ইতিহাস (ইম্ফাল- ১৯৭০) |
| ৩। | বঃকঃশঃ,১৯৯৮ | = | বিঃ কুলচন্দ্র শর্ম্মঃ ভারতকী অৱাং-নোংপোক লমদমগী সিপোই ম্যুটিনীগী লাঞ্জিংলেন সনা-চহি-অহুম....(ইম্ফাল-১৯৯৮) কছারগী অহল |
| | | = | লাইশ্রম বিধু সিংহ, লাইশ্রমখুন, কছাব, মশাগী চহি ৭১ (খৃঃ১৯৯৮ইং)দা |
| 1) | B.C.,1994 | = | Bipan Chandra : Modern India (New Delhi-1994). |
| 2) | H.K.B.,1960 | = | Dr. H.K. Barpujari: Assam in days of the Company (Guahati-1960). |
| 3) | P C.,No.139 | = | Political Consultation ,28 May, 1858 No 139. |
| 4) | L.F.M.-12-2-1858 | = | LetterFrom McCulloch to the Secretary to the Government of India, dt 12-2-1885 |
| 5) | E.W.D.,1981 | - | E W.Dun: Gazatteer of Manipur (Delhi-1981) |

# নিংথৌ- ফম্বাল মিহৌখিদবা
# যুবরাজ টেকেন্দ্রজিৎ বীর সিংহ

## ঋাহৌদৌক

ঈবুংশী কোইবেং সেনাপতি নত্রগা যুববাজ টেকেন্দ্রজিৎ বীব সিংহ, মৈদিংঙু নাউজীঙলেন নোংদ্রেন খোম্বা নত্রগা বাজ চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ (খৃঃ১৮৩৪-৪৪ ১সুং খৃঃ১৮৫০-৮৬), কেঃসিঃআই,(নাইট কম্যান্দব ওফ ষ্টাব ওফ ইন্দিযা)গী লৈমা অপানবী চোংথাঅহন নত্রগা চোংথাম চনু। নিংঙোন কৌশেশ্ববীনা মতোম্মমক পোকচবা মৈদিংঙুসিগী মবিশুবা মজাইবুংঙো ওইবদগী মযাম্বুং ঈবুংঙো ঝালকীর্ত্তি সিংহনা মশাগী চহি নৌনা নোঙ্গাখিবদগী মৈদিংঙুগী অহুমশুবা মজাঈবুংঙো ওইহৌববা মৈতৈ নিংথৌমচানি। ঈবুংশীজ কোইবেং যুববাজসিবু মহাক্কী মমা লৈপাক নীঙবা অমসুং মফুকপ-মজাতিবু নুংশিজবগী তৌথৌক্লকখিবা থবক-থৌবমশিংগী মহেনা ঙসি ভাবতবর্ষ অপুনবগী ওইবা জাতিগী বীব, নেস্নেল হিবো(National Hero)গী থাক্তা "বীব টিকেন্দ্রেজিৎ সিংহ" হাযনা খঙনদুনা মহাক্কা মবৈবাক মজাতিগীদমক্তা ফাঁশি শগাই কাদুনা মথৌনা মবীংজেন লৈবগী মিংচৎকী উবোঙ খীল্লন্নগা যাইবী থবাই কভুনা কোবৌ নোঙ্গাখিবগী নীঙশিং থৌবম চহি খুদিংগী ওইনা গীগোবিযান থাজভা আগষ্ট থাগী তাবিক তবাহুমদোইদা পাংথোক্তুনা মহাক্কী তৌবীমল খঙবা অমসুং মহাকপু ঈকাইখুম্নবা উত্তুনা মহাক্কী আত্মা শান্তিগীদমক্তা মৈত্রবাক শানথুংনা ঈশ্ববদা থৌনীবি।

ঈবুংশী কোইবেং যুববাজ, সেকমাই দেবান্দগী কুম শক ১৭৭৭কী পোইনু থাগী ২১নি পানবা থাঙজা নুমিৎ, গীগোবিযানা কুম্বাবোনগী চহি ১৮৫৫গী ডিসেম্বব থাগী তাবিক ২৯দা মালেম তাইবংপান্দা খোঙদাবকখি [চৈথাঃকুমঃ,২০০৫ ৩২৯]। মৈদিংঙুচাসি পোকপগী মথংগী নুমিৎ পোইনুগী ২২নি পানবা (ডিসেম্বব ৩০) নোংমাইজিং নুমিৎসিদা মহাক্কীদমক্তা শনবী ১০৮(চামগা নিপান)গী শঙ্গোম যাওনা হিযাঙথাং লাইবেম্মা (কামাক্ষ্যা দেবী)দা যজ্ঞ তৌদুনা কৎখিবম্মী [মথক্কীসিদা,৩২৯]। অসিগুম্বা থৌওং-থৌদৌ অসিনবা নত্রগা মহাক্কী পোকপদগী লোইনবক্লবা মগুণবা নত্রগা তৌজবকপা থবক্কী মহৈনবা খঙদে মহাক্কা মৈত্রবাক্কী নিংথৌ ওইখিবা অমসুং ওইখিদবা নিংথৌমচাশিংগী মনুংদগী খ্বাইদগী হেন্না অথোইবা নিংথৌমচা নত্রগা মীশক অমা ওইনা ঙসি শীঙথানবিবসি!

## মহৈ-মশীঙ তম্বগী লমদাংদা

ঈবুংশী কোইরেংসি অঙাং ওইরিঙৈগী মতমদগী হৌনা হৈথোই-শিঙথোইবা, মশা খীংবা অমসুং লাক্ল-ফানবা ঙমদবা নিংথৌমচা ওইনা হৌরকখিরম্মী।) "অঙাংদি নীঙথাদা খঙঙি" হায়নবগুম মহাক্কী মহাকথক্তা করিগুম্বা মশক নাইবা থৌদোক-ৱাথোক অমদি / খরদি থোক্লগনি-হায়না মথক থোংবা অহল-লম্মন, লাই-গুরুশিংনা থাজবা থম্বা মীশক্লি। মহাক্কী অসিগুম্বা গুণশিংসি মকুপ শাজিন্নরগা কাংখদা চঙবা লিন ওইরিবা বৃটিশ মচাশিংনদি মহাকপু য়াম্না তাথীবা, কল্লকপা অমসুং মমিৎ নাবা মীওই অমা ওইরম্মী। মখোয়গা শিঙবা মান্নবা, মখোয়না তৌরক্কদবা পোমিৎ উবা অমসুং মখোয়না হেঞ্জিনবা য়াদবা মীওইশিংবু মখোয় বৃটিশশিংনা মাঙহন্নবা তত্তনা হোৎনৈ। ৱাফমসিগী ওইবা ঈ-পাউ খর জেমস জোনষ্টোন্না যুবরাজ টেকেন্দ্রেজিৎকী মবমদা ইবম্বদি:-

**The fourth son, Katwal Koirang, who afterwards acquired an infamous reputation as the "Senapatee", was always a bad character, cruel, coarse and low minded. From early childhood he was given to foul language and was absolutely dangerous when he grew up. His mother had been unfaithful to the Maharajah, who used to say that the son was worthy of her. Colonel McCulloch had always disliked him as a boy.[S.J.J.,1990,72].**

**Kotwal Koirang had always been a bad character, and had for years been under a cloud. Had I –remained in Manipur I should have turned him out when the Maharajah his father died and reported the matter to Government. He was allowed to remain, and proved the ruin of the state. His blood-thirsty nature soon showed itself, and he half-roasted two men after a most cruel flogging, the Maharajah was asked to turn him out of the state and would probably have consented, but just at the time a European sergeant shot a cow, the sacred animal of the Hindoo, and outrage far exceeding any that our imagination can paints, and**

**the Rajah in his wrath flatly refused to punish his brother, while such a fearful crime as cow killing, was allowed to pass unnoticed........ [ibid,277-78]**

অসিশিংসিনি। মশাগী ওইজবা তানবদা মথী ফাওবা লৌদুনা চানীঙবা জোনষ্টোনগুম্বসিদগী শরুক তরা হেন্না হৈ-শিঙবা, তৌবা ঙম্বা অমসুং মীওইবগী লোনচৎ খঙবশিংনা কোইবেং সেনাপতিগী মফমদা থল্লিবা মিৎযেংসি তোঙাল্লি। অসিগুম্বা মীওইশিংগী মনুংদগী অমগী বারোন্দি:-

**........This was my first introduction to the Senapati of Manipur, and little did we foresee the terrible influence he was destined to bear on our future! He was not a very striking looking personage. I should think he was about five feet eight inches in height, with a lighter skin most natives, and rather a pleasing type of countenance. He had nice eyes and a pleasent smile but his expression was rather spoilt by his front teeth, which very much broken. We liked, what we, saw of him on this occassion and thought him very good natured looking....................The Senapati was the only one who could speak Hindustani, but the others only knew Manipur. [E.S.C.G.,2000,27-28]**

**......The Senapati in particulars was our very good friend. There was something about him that is not generally found in the character of a native. He was manly and generous to a fault, a good friend and a bitter enemy. We liked him because he was much more broadminded than the rest.If he promised a thing, that would take the trouble to a thing, that would be done, and he would take the trouble to see himself that it was done and not be content with simply giving the order.........[ibid,31-32]**

**.........The Senapati was a magnificient rider and he was always mounted on beautiful, ponies,**

**He wore a very picturesque dress for polo--a green velvet zouave jacket edged with gold buttons and salmon, pink silk Dhotee with white leather leggings and pink silk turban. He had long hair, which he used to twist up into a knot at the back of the neck and he always looked very nice...........[ibid,34-35]**

অসিশিংসিনি। মসিশিংসিদগী হেনবা কয়া লৈরি। অসিগুম্বা মিংয়েংশিংসি মশা মতোম্তা চাওজনীঙবা, মীফত্ত' ওইবা জোনষ্টোন্না য়ৌবা ঙমদে: ঙমফমসু থোক্লোয়, মরমদি মহাক্তি মথীবোঙ থন্নবা থবক তৌরকপা সিফাইনি।

ঈবুংশীজ কোইরেং সেনাপতি মৈতে নিংথৌমচা অমনা হৈফম থোকপা, খঙফম থোকপা অমসুং তমফম থোকপা মহৈ-মশিঙ পুন্নমক তম্লকখি। শা-লানগী অমসুং শাফম-লানফমগী শাফা-লানফা, শাথেং-লাম্থেংনবগী মহৈ-মশিঙ: শারীৎ-শারাক,ঙাকথোক-ঙাকশীন্নচিংবদা খুৎলাই য়াওদনা অমসুং খুৎলাই মখল অফংবা অমা হেক্তা পায়দুনা য়েক্লবা লাম্বা তৌনবা মহৈশিং পুন্নমক খাক্তনা, খুৎশূ-খুৎলাই মখল শুনা শীজিন্নবা ঙম্বগী বিদ্যাশিং নীঙথিনা তম্লকখি। লাইরিক-লাইশূগী মহৈ-মশিঙদা ইবা পাবা ঙম্বগী থাক্তা লৈরম্মী। মতমদুদা খঙবা য়াবা মীরৈপাক্কী লোনশিং- বেঙ্গেলী, হিন্দুস্থানী,ব্রজাবোলী, মৈথেলী, কবোলোনচিংবা খঙডি,হৈ অমসুং ঙাংবা ঙম্নবা তম্লখি। অদুগা মিঃ সেন্ট ক্লেয়ার গীমউডনা তম্বীবদগী মহাক ফিরিঙ্গি মরোন ঈঙ্গ্রেজী খঙঊী অমসুং ঙাংবা খর মখৈ ঙম্লম্মী।লৈঙাক্লোনগী লৈঙাক ব্রায়েল-থৌদা, ব্রায়েল-চৈরাক্কী কাংলোনচিংবগী মহৈ-মশিঙ পুন্নমক চিংখদনা তম্লকখি। অদুবু মহাক শা-লানগী মহৈ-মশীঙশিং, নুপা থোক্লা শাথেং-লানথেংননা পাংথোকপা য়াবা হিরম-লমদাংশিংগী মহৈ-মশিঙশিংদা হেন্না পুক্নীঙ ৱাখল থন্নকখি। মশান্নশিংদসু নুপাগী মশান্নশিংদনা হেন্না পুক্নীঙ থিংজিল্লকখি। মৈদিংঙুচাসিগী মতম অসিগী মনিপুরদা থাঙ-তানচিংবগী মহৈ-মশিঙসিনা থাদোক-হুন্দোকফদ্রবা থায়নদগী চৎনরকপা অরিবা মহৈ-মশিঙ ওইনা অমসুং নোংমৈ শীজিন্নবগী মহৈ-মশিঙসিনা অনৌবা যুগকী মাঙদা তারিবা মহৈ-মশিঙ ওইনা চৎনরম্মী। মৈদিংঙুচাসি মহাক্না তম্লুরিবা মহৈ-মশিঙগী হিরমশিংসিদা মমান্নবগী মীথক থোংবা মহাক্কী মতমগী মমান-মমান্নবশিংদগী অহেন-অথোইবা মীশক অমা ওইনা মমিং লৈবা মীশক ওইরম্মী। মহাকসি মতমদুগী শগোল কাঙজৈ হৈবদা, শগোল শীজিন্নবগী হৈ-শিঙবদা, অপীবা নোংমৈ অমা পায়নদুনা হেক্তমক খুৎ চুম্বা, খুৎকাপ য়াঙবা অমসুং

শবীৎ-শাবাৎ, খৌশা-থেঙ্গৌ, মুক্না-কাঙজৈ, লমজেন চেন্নবা, অকম্বা থাঙ্গৎনবা, নুঙ হুন্নবা, মুক্না শান্নবনচিংবদা থোইদোক্না মিংচৎ ফংবা মীওইনি। ব্রাফমসিগী ঈ-পাউ খবদি:-

> .........**It was a fine sight to see the Senapati play polo. He was very strong; in fact, the Manipuri used to tell us that he was the strongest man in the country. He could lift very heavy weight and throw long distance, and to see him send the ball skimming half across the ground with one hit was a very pretty sight [ibid,34]**

অসিনি। ঈবুংশীজ কোইবেং সেনাপতিনা মহৈ-মশিঙগী হিবমশিংদা ফংলিবশিং, শান্ন-খোৎনবগী লমদাংদগী ফংলিবা মিংচৎ অমসুং মীথোই-মীহেনবা মীশক অমা ওইনা মহাকপু কিনা-হঙ্গোযনা অদুমকপু নুংশিনা চৎনবিবা অমসুং ঈকাই খুম্নবিবদু মহাকপু পলেম মমা ঈবেম্মা চোংথা অহন অসিনা মপাবী তোমপোকপা ওইনা ফংজবনা কদাযদা কবি শোর্যখিগদবগে হাযনা লুনা শেন্নজবগী খুদোলননি।

## যুম্বানবগী পুন্সিগী লমদাং

ঈবুংশীজ কোইবেং মহাক্কী মতমদুগী মনিপুবগী সমাজদা চৎনবগী মতুং ইন্না মশাগী চহি ১৫ / ১৬ শুবকপা খৃঃ১৮৭০গী অদুব্রাইদা যুম্বানবগী পন্সিদা খোঙদাখিবম্মী। মহাক্কী খ্বাইদগী ঈহান হানবী তাল্লোইসি শাৎপম চনু পেমতোন দেবী হাযবসিনি। হাযবিবী শাৎপমচনুসি অহল লম্মন্না হাযন শীঙনদুনা লুহোংলগা লৌন লৈনবা মাল্লি। অদুবু মহাকসি লাইবক থীবদগী মচা ধাবা পান্দ্রবদগী মতুংদা অনিশুবী তাল্লোইসি হাযনা-শীঙনদুনা লুহোংবা মাল্লি। ঈবুংশীসি তাল্লোই পুন্না ১২ (তবানিথোই) পান্নে, মখোযসিগী মনুংদা তাল্লোই ৪ (মবি)দি শোইনাইদে(ধাবা পান্দে)। মহাক্কী তাল্লোইশিং অমসুং মজা ঈবুংঙোশিংদি:-

| মশীঙ | তাল্লোইগী মমিং মথা | মচাঈবুংঙোগী মমিং | অঙাং মশীঙ |
|---|---|---|---|
| ১) | শাৎপমচনু পেমতোন দেবী | শোইনাইদে | ০ |
| ২) | লোংজমচনু লুকমনি দেবী | ১)ম্নাহল অমসুং ২)ম্নাতোম্বা | ২ |
| ৩) | অহৈবমচনু চাওবীহল দেবী | শোইনাইদে | ০ |
| ৪) | কোনশমচনু অঙাংজাওবী নত্রগা থম্বাল দেবী | নেতেন্দ্রজিৎ / ম্নাযাইমা সিংহ | ১ |
| ৫) | শেঞ্জমচনু তথোৎ দেবী | পুতীন্দ্রজিৎ সিংহ(ম্নাচাওবহল সিংহ) | ১ |

| | | |
|---|---|---|
| ৬) ঙাংবমচনু কুঞ্জমালা দেবী | বীবচন্দ্র সিংহ | ১ |
| ৭) লাইতোঞ্জমচনু উমাবতী নত্রগা অতোযাইমা দেবী | ভাগ্যজিৎ সিংহ | ১ |
| ৮) লাইশোম চনু | ম্নাচাওবতোন | ১ |
| ৯) মাইমবচনু অমু দেবী | তোনচৌম্না | ১ |
| ১০) অকোইজমচনু অঙাংমচা | শোইনাইদে | ০ |
| ১২) কোনশমচনু থানীন দেবী | শোইনাইদে | ০ |
| | [বঃকঃসঃ,১৯৭৩,২৪০-৪১ | ৯ |
| | ১সুং চৈথাঃকুমঃ,২০০৫,৫০৮] | |

অসিশিংসিনি। মখোযসিদগী খবদি খৃঃ১৮৯১গী মৈতৈ মলেস লাঞ্জাও (Anglo-Manipuri War, 1891)দা মনিপুব। মৈতৈনা মাযথীববদা যুববাজ টেকেন্দ্রজিৎ বীবসিংহদা নত্ত-ওইদবা মবাল শীদুনা মালেমসিদা চৎনদ্রবা যাদ্রবা ৱাযেন-ৱাখুন্দা বিচাব তৌবগা হাত্তবা যাদে হাযদুনা হাৎখ্রবা মতুংদা কুলচন্দ্র মহাবাজ অমসুং কোইবেং যুববাজগী মচাশিংবু মনিপুবদা লৈহনবা যাদে হাযদুনা মনিপুবগী মপান্দা খৃঃ১৮৯২দা পুথোকখিবর্ম্মী। মসি ঈ-পাউদ:-

> **........অহোংশাংবা দুহোবকী কুম শক ১৮১৩.........লমতা থা.....১০নি লৈপাকপোকপা (খৃঃ১৮৯২গী মার্চ থাগী তাবিক ৮)দা শ্রীকুলচন্দ্র মহাবাজগী থৌবানী হিদাম চনু ১, মচা ঈবুংঙো সনাহল হাজুব কৌবা ১, মচন ম্নাতোম্বী ১, মনাই নিপা ৫, নুপী ৩মকপু, ম্নাতোম্বা ১, মনাই নুপা ৪, নুপী ৩, শ্রীকোইবেং যুববাজগী থৌবানী শেঞ্জবী(শেঞ্জমচনু)১, মচা ম্নাচাওবহল, থৌবানী কোনসবী (কোনশমচনু)না পোকস্বা ম্নায়াইমা, থৌবানী লাইশু (লাইশোমচনু)না পোকপা ম্না চাওবতোন ১, থৌবানী ঙাংবী (ঙাংবমচনু)না পোকপা ১ অসি মনাইগা লোইননা ময়াংলোমদা পুশিনখি এ। শিলোৎতা লৈহনগনি হায়এ। ........[মথক্কীসিদা, ৫০৮]**

অসিনি। মখোযসিনা মহাবাজ অমসুং যুববাজগী নুপী অমসুং মচাশিং ওইকুবা অমদি মখোযগী মনাই ওইকুবদগী মী ২৫ / ২৬ বোম্না অৱাবা নংখ্রিবসি বৃটিশশিংনা মীনুংশি চাওবদগীনি।

## মনিপুরগী রাজনিতিদা টেকেন্দ্রজিৎকী মফম

ঈবুংশীজ কোইবেং ওর্ফে টেকেন্দ্রজিৎ বীবসিংহনা মনিপুবগী বাজনিতিগী খোঙথাংদা খোঙদাবকপসি মশাগী চহি ১৯(তবামাপন)

শুবকপদগীনি। হায়বিবা চহিসিদা মহাক মপা ঈবুংঙোনা বাজনিতিগী লম্বীদা পুশিন্দুনা মৈত্রবাক মনিপুবগী কত্বানগী ফম হাপ্লীখিবম্মী। হায়বিবসিগী ঈ-পাউগী ব্রাবোন্দি:-

**........থাঙজম চাওবগী কুম শক ১৭৯৬.........ঈংঙা থা........থানীন নোং লংমাইচীং (খৃঃ১৮৭৪গী মে থাগী তাবিক ৩১)দা মচা ঈবুংঙো কোইরেংনা কত্বান ওই [মথক্কীসিদা,৪১৯]।**

অসিনি। হায়বিবা কত্বানগী ফম অসি সিটি / টাউন পোলিসকী খ্বাই পুম্নমক্কী মকোক থোংবা ফমথোন, চিফ ওফ সিটি / টাউন পোলিস (The Chief of City or own police)হায়বসিনি, হিন্দুস্থানী মবোন্দা "কোটৱাল (Kotwal)হায়বদুনি। মপাবুং ঈবুংঙোগী সনা হাক্তকসিদা মনিপুবগী ওইনা বাজনিতিদা শক্লাইববা মীওইশিং (১) নিংথৌখোংজা প্রেমানন্দ মেঞ্জোব / মেজব, (২) মাইস্নামচা শামু মেজোব / কর্নেল, (৩) হাওমচা কুলোনখোম্বা মেজব, (৪) ঈবুংশীজ হাওজৌমচা মেজব, (৫) লোংজম্বা বোমাসিংহ (মেজব / জেনবেল (ফুল), (৬) সৌগাইজাম্বা মেঞ্জব / জেনবেল (ফুল), কাংঙবা থাঙ্গাল সিংহ, মেজব / জেনবেল (বি্গেঃজেনঃ), (৮) ঙাংবমচা গুলাপসিংহ, মেঞ্জব, (৯) সৌগাইজমচা সুর্য্যসিংহ, মেজব, (১০) খুম্বোংমযুমচা অযাপুবেন মেঞ্জোব, (১১) লৈহাওথাবমচা গোকুল ঠাকুব মেজব, অসিনচিংবা-লৈবনিনা যুববাজ, ৱাংখৈবাকপা, কত্বান্নচিংবা নিংথৌমচাশিংসিদি লৈপাক্কী থৌগাযদা অহলশিংগী মতুং ইন্দুনা চৎপদনি। খূদম ওইনা, খৃঃ১৮৭৯গী থিবোমৈবোমগী মোঞ্জু (আঙ্গামী) খূন লান্দাবা মজাঈবুংঙো যুববাজ সুবচন্দ্র চৎলিবসি [মথক্কীসিদা,৪৪২] অমসুং মজাঈবুংঙো কত্বান কোইবেং যাওবিবসি [মথক্কীসিদা,৪৪২] কাংঙবা থাঙ্গালসিংহ, মেঞ্জোব অমসুং মৈস্নাম শামু সিংহ মেঞ্জোব অনিসিগী মকুমদা চৎপনি।

## সেনাপতি ফমথোন ওইরকপা

কত্বান কোইবেংনা চহি ১২ চুপ্পা কত্বান ফমসি ওইনা লাকপদা খৃঃ১৮৮৬কী মে তাবিক ২০, শগোলশেন নুমিত্তা মপাবুং ঈবুংঙো শ্রীযুৎ চন্দ্রকীর্ত্তিসিংহ মহাবাজ সনা কৈবাক থাদুনা নোঙ্গাখিবম্মী। মৈদিংঙু নোঙ্গাখিবগী মবাং-মবাং তৌনবিঙৈসিদা হেঞ্জিন্না হৈ-শিঙবা হেন্মনবা অনিগী থৌশীলগী লানহওনবগী মচাক ওইখিদুনা নবসিংহ মহাবাজগী নোংমাইথেম চনুনা পোকপা সনা এথবসিংহ ওর্ফে সনখ্যা ববচাওবনা লান হওবকখি। হায়বিবা লানহওসি নমথনবগী থবক্তদি কত্বান কোইবেং অচৌবা

অমসুং অথোইবা থৌদাং লৌখিবম্মী। লানফম অনি – যাওবৌ (মালেমগী মমাঙদা) অমসুং খুবাইবাকপন (ওযনামগী মনীঙ, লম্মাঙদোংগী অৱাং নোংপোক্তা)দা শোক্রবদা লানহওবগী লুচিংবা চেনখিদুনা লানগী ঈবাং খব নেমথবম্মী। মসিগী মতমসিদা চহিসিগী জুন তাবিক ২ (ইংঙাগী ২ পানবা) যুমশকৈশ নুমিত্তা হান্ননা সেনাপতি ওইবম্বা চন্দ্রকীর্ত্তি মহাবাজগী ওযনামচনু ভীমেশ্বৰীনা পোকপা মজাঈবুংঙো ফৈজাওস্না (ঝলকীর্ত্তি সিংহ) নোঙ্গাখিবম্মী [মথক্কীসিদা, ৪৬৮]। মৈদিংঙুচাসি লৈতবগী শ্রাদ্ধকর্ম্মনচিংবা লোযববা মতুংদা লৈঙাক্লোনগী পবীংদা বাজা সুবচন্দ্রনা পুক্লাঙ থিংজিল্লক্তুনা জুন থাগী তাবিক ২৪ শগোলশেন্দা পোকমিন্নবা (মমা তীন্নবা) মনাউ ঈবুংঙো গোপালস্না (পদ্মলোচন সিংহ)বু ফুঙ্গাগাই শঙলাকপা অমসুং থাসিগী (জুনগী) তাবিক ২০দা মনাউঈবুংঙো কোইবেং (টেকেন্দ্রজিৎ বীব সিংহ)বু সেনাপতি হাপখিবম্মী। অসুম্না মৈদিংঙু সুবচন্দ্র সিংহ (খৃঃ১৮৮৬-৯০)গী মতমদা ফম পাযবম্বা মৈদিংঙু চন্দ্রকীর্ত্তিগী মজাঈবুংঙোশিংদি:

(১) মহাবাজ — মৈদিংঙু সুবচন্দ্র সিংহ
(২) যুববাজ - ঈবুংশীজ কুলচন্দ্রধ্বজ সিংহ
(৩) সেনাপতি - (১) ঈবুংশীজ ফৈজাওস্না (ঝলকীর্ত্তি) তাং ২।৬।১৮৮৬ ফাওবা। (২) ঈবুংশীজ কোইবেং (টেকেন্দ্রজিৎ) তাং ৩০।৫।১৮৮৬গী
(৪) শাম্নুহঙবা - থঙ্গৌস্না (কেশবজিৎ সিংহ)
(৫) শগোলহঙবা — ঈবুংশীজ পাকাস্না (ভৈববজিৎ সিংহ)
(৬) ফুঙ্গানাই শঙলাকপা - ঈবুংশীজ গোপালস্না (পদ্মলোচন সিংহ)
(৭) দোলাইবোই হঙবা - ঈবুংশীজ অঙৌস্না (ভুবন সিংহ)

অসিশিংসিনি। অদুগা মক ওইবা ওইনা লৈহৌবিবা মজাঈবুংঙো জিলা ঙম্বা (লক্ষ্মীনবাযন সিংহ)দি খৃঃ১৮৭৪গী জিলাদববাব মতুংদা পোকপনিনা নহা ওইবিবনা মফম নাইদ্রি। মৈদিংঙু চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহগী লৈমাশিং অমসুং মখোযনা পোকপা মজাঈবুংঙোশিংগী মমিংশিং মখাদ উৎচবি:-

মৈদিংঙু চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহগী লৈমশিং অমসুং মপাঈবুংঙোশিং:-

মশীঙ লৈমগী মমিং - মচাঈবুংঙো(শিং)গী মমিং
১) অঙোমচনু লুকেশ্বৰী - (১)সুবচন্দ্র,(২)থঙ্গৌস্না(কেশরজিৎ)

| | | | |
|---|---|---|---|
| | | | (৩) পাকস্না (ভৈববজিৎ), অমসুং (৪) গোপালস্না (পদ্মলোচন) |
| ২) | ওযনামচনু ভীবেশ্ববী | - | (১) ফৈজালস্না (ঝলকীর্ত্তি), (২) স্নাযাইমা |
| ৩) | লোংজমচনু হবিমঞ্জবী | - | (১)শোইনাইদ্রে (চাবোক্তে) |
| ৪) | চোংথামচনু কৌশেশ্ববী | - | কোইবেং (টেকেন্দ্রজিৎ বীব সিংহ) |
| ৫) | চোংথামচনু লুকেশ্ববী | - | (১) কুলচন্দ্রধ্বজ, (২) গন্ধাব সিংহ |
| ৬) | হাওমচনু ৰূপবতি | - | অঙৌস্না (ভুবন সিংহ) |
| ৭) | কোংখামচনু চন্দ্রবলী | - | শোইনাইদে, |
| ৮) | অকোইজমচনু খন্দালেখী | - | জিলাঙম্বা (লক্ষ্মীনবাযন) |
| ৯) | চীঙশুবমচনু মৃখেশ্ববী | - | শোইনাইদে, |
| ১০) | থোকচোমচনু চন্দ্রমুখী | - | শোইনাইদে, |
| ১১) | হৈখামচনু যুবতী | - | শোইনাইদে, |
| ১২) | উশমচনু দুলবী | | শোইনাইদে,। |

[বঃকুঃসঃ,১৯৭০,৩-৪]

## যুবরাজ ফমথোন ওইরকপা

মৈদিংঙু সবচন্দ্র সিংহ, কৌবা চীঙলেন লাম্থাবনা মনিপুবগী সিংহাসন্দগী মহাকপু মপা তীন্নবা, মমা তীন্নদবা মনাউশিংনা তাম্থোকপীবে, মহাকপু নিংথৌ খুবম হাঞ্জিহনবীযু হাযন মতমদুগী বৃটিশ ভাবত সবকাবগী গর্ভনব জেনবেল / ভাইসবোযদা ৱাকৎলুনবা মনিপুবদগী "সিংহাসন থাদোক্লগে, তীর্থ চৎখ্রগে" হাযনা হার্যজিল্লগা কলকটাদা চৎননবা থৌবাং তৌবকপগী মতমদা "নিংথৌ সিংহাসন হাঙহনবা যাদে হাযদুনা সুবচন্দ্র মহাবাজবু কংলা কোনুংদগী তাম্থোক্লিবা মচীন-মনাউ অহুম্না নম্বোনগী ফোযজীঙ (বুবী বজাব)দা নাথৈদুনা লৈখ্রিবা মযাম্লুং কুলাচন্দ্রধবজবু লৌকবগা খৃঃ১৮৯০গী সেপ্তেম্বব তাবিক ২৩, লৈপাকপোকপা নুমিত্তা নিংথৌ হাপখিবম্মী। অদুগা হাযবিবা নুমিৎসিমক্তদা নিংথৌ ওইববা মৈদিংঙু কুলচন্দ্র (খৃঃ১৮৯০-৯১)না নুমিৎযুংবগী মতমদা মনাউ ঈবুংঙো টেকেন্দ্রজিৎ (কোইবেং সেনাপতি)বু যুববাজ হাপখি অমসুং মতমসিমক্তদা দোলাইবোই হঞ্জবা ওইবিবা মনাউ ঈবুংঙো অঙৌস্নাবুসু সেনাপতি হাপখিবম্মী [চৈথাঃকুমঃ,২০০৫,৪৮১]।

কোইবেং / টেকিন্দ্রজিৎ বীব সিংহ সেনাপতিনা যুববাজ ফম ওইবসি নমফু-হাফু পাম্বা বৃটিশ ওফিসাবসিংহনা মথৌমক ওইনা পামদে অমসুং

মখোয়না টেকেন্দ্রজিৎ বীর সিংহবু যুবরাজনি হায়নীঙদে। অদুবু মৈত্রবাক মনিপুবগী খৃঃ১৮২৬কী ফেব্রুৱারী ২৪গী য়ান্দাবু ত্রিটিগী মতুং ইন্না মনীঙ-মখা তম্বা, মশা-মতোম্তা লৈঙাক ৱায়েন থৌদাজবা অমসুং মীখা পোন্দবা নিংথৌনা হাইনা হুম্না পানবা নিংথৌপানবা লৈপাক ওইনা মালেমসিগী জাতি কয়ানা শকখঙথ্রবা লৈপাকসি ঈংলেন্দগী কিংজোন (খৃঃ১১৯৯-১২১৬)গী মেগ্নাকার্টা (Magna C(h)arta - 1215 A.D)দা যাওদে, মখোয় হেনরী-ফানরী, এৱার্ড- রিচার্ড কনানসু জয় তৌখিবা লৈত্রি খঙবা বৃটিশ মচা খবনসু ৱাফমসিদা য়াদবা। য়েৎপা তৌখিদ্রে [E.S.C.G,2000,97-98]।

## টেকেন্দ্রজিৎপু থাঙ্গাদা লোই থাবা

কোইবেং সেনাপতি / কন্থানসি যাম্না শাথীবা / তমথীবা মীওই অমনি হাযনা মহাকপু যেংথীবা মীশিং অমসুং মখোযগী মতুংইন্না লোইযিন-খমযিনশিংনা হাযববসু মহাক্না মথৌ ফবা অমসুং মবীংজেল নৈবা মীওইশিংবুদি ঈকাই খুম্নে, লুনা তৌই অমসুং মহাক্কী মী ওইহন্নবা কন্না হোৎনৈ। ৱাফমসিগী খুদম যাম্না লৈখ্রে। অদুবু হেক্তমক থেংনগদবা ৱাবী বাখোঙ অমখক্তি খৃঃ১৮৮৬কী মে থাদা সনখ্যা ববাচাওবগী লানহওদা যাওবদগী মে থার্সিগী তারিক ১০দা খুবাইবাকপনা লাস্তেংনবদা ফাবা অথৌবা লানফাশিংগী মনুংদা মমিং লৈববা পুখ্রনবা (পুখনবম) তংকো অমসুং চোংথা মিয়া (মতুংদা খোংজোম লানবনগী কম্যাণ্ডেন্ট ওইখিবা, মেজব খৃঃ১৮৯১গী এপ্রিল তাং ১৭তা হাপ্পগদবা) অনিসিবু খৃঃ১৮৯০গী সেপ্তেম্বর ২২গী অহিংগী লানহওগা মবী লৈননা জেলদগী মী থাদোকপদা যাওবগা সেনাপতি কোইবেংনা মখোয অনিমকপু মহাক্কী মযুম, যুববাজকোন্দা চোংথা মিয়াবু মহাক্কী হান্নগী সিফাইগী ফম সুবেদাবদু হাঞ্জিনহন্দুনা মহাক্কী মী ওইনা থমখিবন্মী। মহাকসি যেক্লবা ওইববদি য়াম্না তমথীবা মীনি হাযবসি মিসেস গীমডউকী ৱাবোন্দা যাওখ্রে। অদুগা কবিগুম্বা যেক্লবদুনা নত্রগা য়েক্লবদুগী মীনা /মীচঙনা, অবানবা তৌবক্লবদি শিবা-নাবা কিদবমখৈ হকথি থোক্না তৌবা মীনি। জেমস জোনষ্টোনা পল্লিবা মী অনিখক শাথিনা ফুগাযববা মতুংদা মৈদা য়াইফৌ থাই (Roasted) হায়রিবদু মনাউ ঈবুংঙো পাকস্নাগী মনাইশিংনি। নিংথৌমচা অনিসিনা মচু মান্নবা, মশকসু হাইবপ মান্নবা শগোল আর্বী(Arabian horse) অমমম লোইনবদা ঈবুংশী কোইবেংগী শগোন্দু মনাই অমনা তুবেন্দা ঈরুজীবীরিবৈঙদা ঈবুংশী পাকাস্নাগী মনাই অনিদুনা ঈবুংশী পাকাস্নাগী শগোন্নি খন্দুনা ঈবুংশী টেকেন্দ্রজিৎকী মনাইদু ফুদৎলম্লগা শগোন্দু চিংদুনা পুখিরম্মী। ঈবুংশী কোইরেংগী মনাইদুনা

মবুংঙোগী মনাক্তা লাক্লগা পাউদু হঙ্গৎলবদদি ঈবুংশী কোইবেং মশা যাওনা ঈবুংশী পাকাস্নাগী শঙ্গাইদা চত্তুনা শগোনগা মনাই অনিদুগা পীযু হাযববদা পীদবা ঙমদবদগী ঈবুংশী পাকাস্নাগী মনাই অনিদু খুদোংথীববা মতৌদুদা তাখিবনি। থৌদৌকসিদগী চন্দ্রকীর্ত্তি মহাবাজনা মচাঈবুংঙোসিবু থাঙ্গাদা লোই থাখিবন্মী। মদুগী ৱাবোন্দি:-

> **.........থোকচাও চাওথোইগী কুম শক ১৮০৩.....কালেন থা ১০নি লংমাইচীং (খৃঃ১৮৮১গী মে থাগী তাবিক ৮)দা মচা ঈবুংঙো কম্বানগী মনাই খৎনবগী বিচাব হৈতে হায়দুনা মচা ঈবুংঙো কম্বানবু মী ১০গা লোইননা থাঙ্গাদা থাখিএ [চৈথাঃকুমঃ,২০০৫,৪৪৭]।**

অসিনি বাফমসি জোনষ্টোদি খঙদবগুম তৌই। খঙফমসু থোক্তে, মথৌসু নত্তে।

## মচীন-মনাউশিং নাকপাক-নাকপাক তানবকপা

মৈদিংঙু সুবচন্দ্রনা পানবা হৌগৎলকপদা মৈদিংঙুসিগী মচীন মনাউশিংগী মবক্তা খাযবুঙ খাযবুঙ তানবক্লনবগী মৈফম অমা মহাবাজ মশা, মচীন-মনাউশিংগী কোকহন-লাইহন ওইবববনা মৈ হৌগৎলগা মনাউ ঈবুংঙো পাকাস্নানা মৈ যাঙলকখিবন্মী। মপাবুং ঈবুংঙোগী তাল্লোই, মখোযগী মমা তকক্লা পোক্লকপা মচীন মনাউ লৈখিদবশিং থাদনা লৈহৌবিবা নিপানসিগী মনুংদা পুকচেল খোযজেন তীন্নবকখিদে। মসি বাযেনগদবা ৱাযেল মপুদুনা ঈচা মীচা-খাযবা, যোংলৈ-মৈল্লৈ নাইবদগী থোক্লকখিবনি। মতমদুদা অচাওবম তান্নবা, অমনা অমগী মথক থোংনবা হোৎনবগী মুক্লবকপা অমসুং চীনবান থোংদদা নহা-অহন খাযনবগী পবীং অমা তত্তনা যাৎপা মীওই যাওবকপা, অসিনচিংবগী মবমশিংদা যুম্ফম ওইদুনা চাযনবকপসিনা মৈত্রবাক্কী লৈপাক অমসুং লৈঙাক মবা চেত্তবা, লৈপাক্কী লৈঙাক-লৈকনগী মপাঙ্গল শোন্থহন্দুনা মীযামগী ওইনসু ফিবম শোহল্লক্লন্মী। হাযবিবশিংসিদা মক ওইনা মহুম শাবিবদি মমা তীন্নবা খুৎ অমা অমসুং মমা তীন্নদবা খুৎ অমা অনিদনি। মমা তীন্নবগী খুৎসিদা লৈবিবনা- (১) সুবচন্দ্র মহাবাজ,(২) থম্বৌস্না, শামু হঞ্জবা, (৩) পাকাস্না, শগোহঞ্জবা অমসুং গোপাস্না, ফুঙ্গানাই শঙলাকপনি। অদুগা মমা তীন্নদবগী খুত্তনা- (১) কুলচন্দ্রধ্বজ যুববাজ, (২) কোইবেং ওর্ফে টেকেন্দ্রজিৎ সেনাপতি, (৩) অঙৌস্না দোলাইবোইহঞ্জবা অমসুং (৪) নহা ওইবি হাযদুনা ফম পীদ্রিবা / হাপত্রিবা জিলাঙম্বনি।

## থরুম অমসুং মলোমগী মৈরি

মৈদিংঙু সুরচন্দ্রনা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লিবসি থাঙ্গাল জেনরেল, সৌগাইজাম্বা জেনরেল, মৈস্না শামু কর্নেল অহুমসিনা চুঙ ওইদুনা পাল্লিবনি। মহাক মরীন পানবা মী ওইবদা নত্তুনা চীরোন্দা কা হেন্না থাজবা অমসুং মশাগী ৱাখন্না ৱাফম অমগী ৱারেপ লৌবা ঙমজদবা অশোনবা নিংথৌনি। মহাক্না মনাউ ঈবুংঙো পাকাস্নাগী চীরোন-খারোনগী মতেংনা মপা অমতগী মচা ওইরিবা মখোয় মশেলগী মরক্তা পোকমিন্নবা অমসুং পোকমিন্নদবী শম্বল খারকখি। ঈবুংশী পাকাস্নাসি পুন্সিগী ঈনখৎলকপা মতমগী ওইবা ৱাখন্দগী হেনজিন্না অচাওরম কানীঙবা মীশক্কি, অদুবু মরীন লৈতবা, মপাঙ্গল কন্দবা, অয়ম্বা অমসুং হৈ-শিঙবা ৱাৎপা মীশক্তি নত্তে। মহাকসু শগোল কাঙজেদা অমদি শগোল শীজিন্নবা হৈবদা মমিং লৈবিবা নুপানি। মতমদুগী মুক্নাদা, লমজেন্দা, ঈথিংদা-পন্থিংদা, থাঙদা-তাদা মহাক্না উশীৎপা মী লৈতবা নিংথৌমচানি। অদুবু মঙোন্দা লৈরিবা ফত্তবা লাইনাসি মীনা খজিক্তং ফখিবদা খাঙবা ঙমদবা, মহাকখক্তনা মচাওইজনীঙবা অমসুং লৈপাক্কী, মীয়ামগী নত্রগা লৈমা-নিংথৌগী করিসু খন্দবা মীশক ওইবর্সিনি। মবম অসিনা মহাকসি ময়াম্বুং মহারাজ, মতৈমা মহারানী অমসুং মহাক্কা পোকমিন্নবা ময়াম্বুং অমদি মনাউ ঈবুংঙোদু নত্তন মী অতৈনা কয়া য়ানদবা নত্রগা যানীঙদবা মীশক্কি। অতৈনা য়াদ্রবসু ময়াম্বুং মহারাজগা মতৈমশী মহারানীগা অনিসিদি মহাক্কী চীরোনগী লাংদুদগী খক নাস্থোকপা ঙম্লমদে। মহাক্কা য়ানদবশিংগী মরক্তা মহাক্কা খম থেংনা য়ানদবা অমদি হেক উনবদা থরুম অমসুং মলোমগী মৈরি ৱাংখৎনরিসি কোইরেং সেনাপতি, অঙৌস্না দোলাইবোই হঞ্জবা অমসুং জিলাঙম্বা ফম্মইদ্রবা অহুমর্সিনি। মহাক্না হায়বিবা মীশকশিংসিদা খোই মহুমদা চৈনা থিনবগুম ঙাইহাক লৈতনা কাইহৌরম্মী অমসুং অসুম্না কাইহৌবসি নিংথৌ নত্তবা অতৈদদি ময়াম্বুংনা নিংথৌ ওইরি-হায়বগী ৱাজাওসু য়াওনা, নাপনসু তৌনা অমসুং মহাক্না তৌনীঙবদা তৌবা ঙম্বনি হায়বগুম মুকপসু যাওনা কাইহৌরিবনি।

পাকাস্নানা মীগা মুক্নবসিদা মায়থীবা থোক্লবদি ময়াম্বুংগী কোনুংদা হেক্তা চেনশিনখিদুনা তৌনরুরিবা মীদুগী মায়য়োক্তা নমথাক অমসুং চীরোন্না মখোঙ পান্দুনা চৎহল্লি। অদগা ময়াম্বুংদুনসু মহাকপু লাঞ্জদবা ওইনা হেক্তা কললি। অসুম্না সুরচন্দ্র মহারাজনা পাকাস্নাগী মীচঙদা লেপ্তুনা করিসু নত্তবদা, ফজনরোয়দবদা মীগী তিঙ শোকপা মচৎ- মতৌদা হাক্কন ইতত্তনা চঙবসি লৈপাক মীয়াম পুম্নমক্না খঙনরম্মী। মহাক্কা সেনাপতি কোইরেংগা মুক্নরকপা, মহাক্না শঞ্জেনথোংগী থোংয়ায়দা অকা-অকুম থিংদুনা চৌবর শান্নবগী ৱাথোক্তুনা কোইরেং সেনাপতিনা থৌওইনা ফানবা তান্নরক্লবদদি

মহাক কোনুংদা চেনশিল্লগা মতৈমশী মহাবানী ঙানবী লৈহাও(প্রেমময়ী)গী কাংথোন মখাদা চঙদুনা কাংখদা লোৎলগা খাঙখি, হায। অসুম্না পাকাম্নাসিনা পুংজা খুদিংগী পোকমিন্নদবা মচীন-মনাউশিংগী মবক্তা ঈবাং থোক্লনবগী, নুংশিনদনবগী অমসুং মলোম অমদি থকুম তৌননবগী মবম ওইদুনা লৈবম্মী।

ঈবুংশী জিলাঙম্বনা কৈবাউ খুনদা কৈ ফাবা চৎলুবগী হল্লকপদা লৈপাক নিংথৌগী অযাবা যাওনা বঝাই-বেঙ্গুন খোংদুনা হল্লকপবু পাকাম্নানা জিলাঙম্ববু মফম নাইদ্রি বঝাই খোংবা যাদে হাযদুনা ঈকাইবা পীকুবা ব্রাফমদুদা মহাবাজ সুবচন্দ্রনা পাকাম্নাগী মীচঙদা লেপ্তুনা মহাক্না হাযবদুবু অচুম্বা ওইনা লৌখিবা অমদি শন চাজেনবীগুম হাক্কন চঙখিবসিনা মচীন-মনাউশিংগী মবক্তা নুংশিনদবা, মুক্নবা অমসুং যেংথীনবগী চাংসি যাম্না হেনগৎহল্লক্লম্মী। অদুগা লৈপাক্কী অঙম-অথৌশিংদসু মহাক্কী কা হেনবা লমচৎসিনা মখোযদসু ঈকাইবসিগী শকক থুংলকপা যাই. হাযবগী মিপাইনবসু পোক্লবম্মী। অসুম্না মৈত্রবাক মনিপুবগী মতমদুগী বার্জনিতিগী লমদাংদা মবম চাদনা লৈপাক মবা চেত্তবগী থাক অমদা লৈবগী ফিবমদু যৌবকখি।

## লালহওহন্নবগী মরু হল্লকপা

কৈবাউদা কৈ ফাকুবগী ব্রাথোর্কাসিদগী নিংথৌমচা ওইদুনসু অঙাং ওইদুনা মফম ফমথোন নাইদ্রিবা / পীদ্রিবা জিলাঙম্বনা মহাক্লুম্না মমানা মতোমতা পোকপা অমসুং মচীন-মনাউশিংগী মবক্তা অতোন-অতাং ওইবিবা দোলাইবোই হঞ্জবা অঙৌম্নাবু মহাক্কী মাযকৈবেমদা চিংশিনবা ঙমখিবম্মী। অদুনা নিংথৌগী পোকমিন্নবা মনাউনুপা পাকাম্নানা মখোযদা ঙাইতাক লৈতনা কাইহৌবিবসিগী মতাংদা মখোয অনিনা মথক থোংবা পোকমিন্নদবা মযাম্নুংশিংগী পুক্নীঙ চিংশিন্নবা হোৎনবকখি। মবম অসিনা মখোয অনি নোংমা কোইবেং সেনাপতিগী শঙ্গাইদা লাক্তুনা ব্রাকৎপগী ব্রাবী-ব্রাতাই শাববম্মী। মখোযনা নিংথৌমচা অমমম ওইদুনসু মদুগী ঈকাই খুম্নবা ফংবা ঙমদ্রিবা অমসুং ঈবুংশী পাকাম্নাগী চীবোন-খাবোন্দগী চোপ্পা অমদি ঈকাই নংখ্রিবা পুম্নমক্তু পুথোক্তুনা অমদি মযাম্নুংশিংগী মফমদা থকশী-খাশী নাইদনা চৎলিবা শাজৎকী মবম পুম্নমক হৌদোক্তুনা অদুগুম্বশিংদু মতুং তানা থোক্তনবগী পাম্বে হংবা ওইনা নাকোযননা লালহও অমা দবকাব ওইবকপগী ঈঙ্গিৎ উৎলম্মী। মযাম্নুং অহল ওইবগী মনাউশিংদা থমগদবা মান্নবা মিৎযেং, লমজিং-লমতাপীগদবা লোনচৎ-শাজৎ, ব্রাবক-ব্রাতেমগদবা মতৌ, অসিনচিংবা খঙদবগুম উবিবা, অমদি লৈবাক্কী নিংথৌ অমা ওইবগা লৈপাক- প্রজাগী মফমদা মীচঙ- সঙ্গন নাইনা লৈবিবা অমসুং

চীরোন্দা অসুপ থাজবা থল্লিবা, অসিনচিংবসি খঙনা- খঙনা খঙজিন্নদ্রবদি থবক্লা থিন্দুনা খঙহন্নবগী মতম ওইরে, হায়না প্রমান- পাষ্টে তৌদুনা উৎলম্মী। অদুবু সেনাপতি টেকেন্দ্রজিৎ বীর সিংহনা মতমদুগী চৎলিবা রাজনিতিগী মচৎ- মতৌগী য়েংদুনা মখোয় অনিগী ৱাখলগী থাক্তু ফাথনবা মতমদুদা মনিপুরগা মরুপ ওইনা তীন্নরিবা বৃটিশশিংনা ওইরিবা ফিবম- ফিরেপ, মখোয়না খল্লিবা ৱাখল, মণিপুরদা থল্লিবা মিৎয়েং; মতমদুগী ভারতবর্ষ অমসুং বর্মা অনিমক বৃটিশকী খোঙউপ বুটকী মখাদা লৈখ্রবদা অচৌবা লৈপাক অনিসিগী লাংদাই- চীদাইদা মনিপুরখক্তমক মনীঙ- মখা তম্না লৈরিবসিদা বৃটিশশিংনা ঙারাকপীনা / হৌদোংনা ঙা লুম্বগুম তাঞ্জা ঙাইরিবদুদা লালহওরুরগা ওইরক্কদবা মৈত্রবাক্কী ফিবমনচিংবগী মরমদা শন্দোক্লা তাক্কুনা মখোয়না মতমদুদা লানহওবা য়াদে, মচীন- মনাউশিংগী মরক্তা পুকচেল- খোয়জেল তীন্নদবা উথোকপা অমসুং উহনবা য়াদে, খুদোংচাবা লুমলিবশিংদা তাঞ্জা পীখিবা ফত্তে, হায়বনচিংবা বাফম কয়ামরুম পুথোক্কুনা মখোয়বু বাজনিতিগী ফিবমশিংদু খঙফম থোকপা মীশিংনা খঙদ্রবসু মখোয়দি খঙদবা য়াদে হায়নসু হায়রম্মী । অদুগা মহাক মশামক্লা মযাম্বুং মহারাজদা হঙ্গত্তুনা মখোয়গী শাফনবা হোৎনগে, হাযদুনসু থেমজিন্দুনা মপুক্লীঙ ফাথনবা তৌরম্মী। সেনপতিগী থের্মাজনবর্গী ৱাফমশিংসি তারবা মতুংদা ঈবুংশী অঙৌম্না অমসুং জিলাঙম্বা অনিনা মযাম্বুং কুলচন্দ্রধ্বজ যুববাজগী শঙ্গাইদসু চত্তুনা ৱাফমশিংসি তাননীঙখিবম্মী অমসুং পাউতাক লৌনীঙখিরম্মী, অদুবু মদুশিংদুদি থবক ওইর্নাদি পাংথোকখিদ্রে।

## লালহও থোকহল্লকপা

ঈবুংশী পাকাম্না শগোল হঞ্জর্বসি মঙোন্দগী চহি নৌদুনা মখা তাবা পোকমিন্নদবা মনাউশিংসিবু মখোয়গী হক মৎপা নত্রগা নমথদুনা মতীক- মগুন য়াওহন্দনা থল্লগা মহাক্লা নুংশিদ্রিবা ঈবুংশী কোইরেং সেনাপতিগী মপাঙ্গল হন্থহন্নবা অমসুং মতীক- ময়াই লৌথোক্লবা ইতত্তত্তনা অমসুং লেপ্তুনা হোৎনরিবনি অমসুং থৌশীল্লিবনি। অসিগুম্বগী তাঞ্জা চাবসিনি ঈবুংগী পাকাম্নানা ঙাইরিবসি। মতম তাঞ্জা অদুৱাইদা ঈবুংশী অঙৌম্না অমসুং জিলাঙম্বা অনিনা য়াম্না চান্ননা লোইনবা, চৎমিন্নবা অমসুং তীন্ন-তোৎনবসি মহাক্কী মিৎয়েংনুংদা য়াম্না য়েংনীঙদবা, অমা ওইনা তারকখিবনি। অদুগা মখোযানিনা চান্নবা অমসুং তীন্নবসি মখোয়গী খুৎকী অফবা ওইরোয়, হায়বসি মহাক্কী অচেৎপা থাজবনি। অদুদি মশক নুংশিখিদ্রবশিংসি করি তৌরগা ময়া কাদুনা নোক্লকপসি উমশিনহনগনি, হায়বসি ঈবুংশী পাকাম্না চেকশিন্না খল্লম্মী। মহাক্লা মতাংসিদা য়েক্লববু মাঙহনবদি থাঙদগীদি চীরোন- খারোন্না হেন্না ময়া থৌই হায়না খল্লম্মী।

ঈবুংশী অঙৌস্না অমসুং জিলাঙম্বনা চৎমিন- কোয়মিন্নরুরগা মনাই মশনশিংগা লোইননা চামিন- থকমিন্নবসি লানচাক খাঙবা, নুমিদাংদা মনাই- মশনশিংনা থৌগল তৌদুনা ৱারী- ৱাতাই শান্নবসি লৌতুনবগী ৱারী অমসুং লালহৎও ৱাফমগী ৱাশক্লবা, অসিনচিংবা কয়া মহাক্কী ৱাখন্দা শাগত্তুনা ঈবুংশী পাকাম্ননা মনাউ অনিসিদা মিৎয়েং থল্লম্মী। খৃঃ১৮৯০গী লাংবন নিনি পানবা লৈপাকপোকপা (সেপ্তম্বর তাং ১৬) সিদা মখোয়গী মাম্মা ঈবুংঙো মাইস্নামচা শামু মেজরবু লুৱাং নিংথৌগী ফম থিন্দোকপ [মথক্কীসিদা,৪৮০]দা খোকমিন্নদবা মচীন- মনাউ অনিসিনা চীঙঙা- মখাদা মখোয়গী ওইনা চাকচা হৈজানদুনা লাংবসিগী খুদোংচাবসি ঈবুংশী পাকাম্ননা ফংখিরম্মী। মসিদগী মহাক্না ময়াম্বুং সুরচন্দ্র মহারজদা অঙৌস্নাগা জিলাঙম্বগা অনিনা মতৌ মানহন্দনা মপান্দা অমা উৎলগা মনুংদা অমা শীন্দুনা লৌতুনবগী লানচাক খাঙলে, লানহওননবগী থৌরাং তৌবে, হায়না পাউ তল্লম্মী। মহাক্না ঙম্বা মখৈ চীবোন অমসুং লৌনম তৌদুনা নত্ত- ওইদবা খুদম- চাংদম কযা পুথোক্তুনা থাজরমদবা ময়াম্বুংদু লালহাওনবগী নুমিৎ লেপখ্রেনচিংবা হায়জিনবসিদগী সুরচন্দ্র মহাবাজনসু শাওরদুনা ঈবুংশী অঙৌস্না দোলাবোইহঞ্জবা অমসুং জিলাঙম্ববু, "হয়েংমক (শক ১৮১২গী লাংবন ৮নি, খৃঃ১৮৯০গী সেপ্তেম্বব তাং ২২, নিংথৌকাবা নুমিৎতা) ফাও হায়দুনা স্নায়াথং পীথোকখিরম্মী।

মৈতৈ নিংথৌমচাশিং অসি মমাঙঙৈদগী হৌনা নিংথৌ ওইবসু ওইদবসু মাগী মাগী খুৎ লীংনদুনা মী ৫০মা চামাদি মীচঙ খোম্নদুনা লৈনবনিনা অমসুং মখোয- মখোয়গা মরী লৈনবা ঈ- পাউশিং লৌনবনিনা শ্রীযুৎ মহারাজগী স্নাযাথংসি ঈবুংশী অঙৌস্না অমসুং ঈবুংশী জিলাঙম্বগী মফমদা স্নায়াথং তাউথবা লাংবন ৭নি পানবা নুমিৎ ( সেপ্তেম্বর তাং ২১) কী নুমিদাং ৱাইরমদা ফংখিরম্মী। হায়বিবা পাউসি হেক ফংবগা ঈবুংশী অনিসি ময়াম্বুং যুবরাজ কুলচন্দ্রধ্বজগী শঙ্গাইনা চেল্লক্তুনা কন্নবা উকন্দা করি তৌবা য়াবগে অমসুং করি তৌসিগে নত্রগা মখোয়না করি থবক পায়খৎকদবগে, হায়বনচিংবসি তানরে, খন্ন- নৈনরে। অদুবু ময়াম্বুং কুলচন্দ্র লৈপাক্তুগী লৈঙাক্লোন্দা করিসু হক লৈজদ্রবা, তোল্ল-তারবা অমগুম ৱাফমদুদা লংলা-লংজীন অমতা পুথোপীরক্রে। ৱাদনা নুংঙাইবা পাম্বা, অতোঙবদা লেপচনবা খনবা অমসুং খুদোংচাবদমক লৌগনবনিনা মশা কম্থোক্তুনা মহাকক্তি হায়রিবা স্নায়াথং অমসুং স্নায়াথংদুগী থবক পায়খৎনবগী ৱাফমদুদা মহাক্কী অখঙবা করিসু লৈতে হায়দুনা ৱা থৈখ্রে। তৌরিবা মওং-মতৌসিদা মতম পম্থবা য়ারক্তদুনা ঈবুংশী অঙৌস্না অমসুং জিলাঙম্বদু মফমদু থাদোক্তুনা লালহওনীঙবগী ঈঙ্গিৎ উৎলম্লগা ফিংনা চৎখিরম্মী।

শ্রীযুৎ ম্নায়াথংনি হায়না ঈবুংশী অঙৌম্না দোলাইরোই হঞ্জবা অমসুং ঈবুংশী জিলাঙম্বা অনিনা তম্নলিবা ব্রাফম, মখোয়নিনা পাম্লিবা থবক, চৎখ্রিবা মওং-মতৌ অমসুং থাংখিবা খোঙথাংসি উরুবদগী যুবরাজ কুলচন্দ্রধ্বজনা মখা তারকপদা করি ওইরকপা য়াবগে হায়বসি মহাক্কী ব্রাখন্দা ফাওখ্রে। অদুনদি ফিবমসি ফৎলকলোয়দৌরি, হায়বসিসু খনখ্রে। মরম অসিনা মহাকপুসু চেন্নরকপা য়ানা লৈরে, অদুনদি মহাক মহাক্কী যুবরাজকোন নিত্যাইপাৎ চীথেক মপাগী মফমসিদা লৈবসি ফত্রে, অতোপ্পা মফম অমদা নাথৈরুবনা শাফরগনি হায়না খনখ্রে। অদুনা মহাক নুমিদাং য়াচঙবগী মতম অদুব্রাইদা ময়ুম থাদোক্কুনা মহাক্কী ওইবা মী খর লৈবা নম্বোল ফোয়জীঙগী বুড়া বজারদা চৎখ্রে।

## খৃঃ১৮৯০গী সেপ্তেম্বরগী লানহৎও

ঈবুংশী অঙৌম্না দোলারোই হঞ্জবা, ঈবুংশী জিলাঙম্বা অনিনা যুবরাজ কুলচন্দ্রধ্বজগী শঙ্গাইদগী থোক্লক্লগা মখোয়না ব্রাফমসি মরমদা ময়াম্বুং কোইরেং সেনাপতিগা খন্না তানরুগদ্রা নত্রগা তান্নরোয়দ্রা হায়না চৎন-চৎনা খন্নবদা অমসুং মখোয়না পাম্লিবা থবক্কু হৌদোক্লুবদা কান্নরোয়, মমাঙগী মতমদসু মখোয়বু থেমজিল্লগা থাদোক্লকখি, অদুনা হঙ্গৎলুররোয় হায়না খন্নখি। মরমদি মহাকসিদি মখোয় অনিগী কেয়ারটেকর(Care-taker) ওইনা হেক-হেক মমাঙদা লেপ্পীরকপনিনা মতুং তারকপা মতমশিংদসু লেপ্পীরকখিগনি হায়না থাজবা থম্লি। করিগুম্বা মখোয় অনিনা লানহৎওবগী ব্রাফম, ময়াম্বুং পাকাম্নাগী চীরোন অমসুং নথাক্কী মঙক হাইগৎলিবদু থুদেক্লবা ময়াম্বুং মহারাজগী মথক্তা খুৎলাই থাঙ্গৎপগী থবক্কু পুখৎলুবদা "লানহৎওবা য়াদে" হায়দুনা হায়বীরক্লবদি মখোয় অনিদি লৈপাক্কুগী নিংথৌগী য়াথংনিনা হয়েং ফাখিবা তাবনি, লৈপাক্কুগী নিংথৌমচা ওইবগী ঈকাইখুম্নবা অমসুং ঈজৎ পুম্নমক মরৈবাকসিদা মাঙবা শোয়দ্রবনি, অমসুং মখোয়নিনা মশাগী ঈজৎ কঞ্জনবা হোৎনজবা তাবনি। মরম অসিনা অমুক ব্রা শাংথনরুবগী কান্নদ্রে, তানরুবগী থোইদোক্লা কান্নবা লৈগদবা মান্দ্রে, থবক থোক্লক্লগা পুম্নমক খঙনবা হায়বদুনি, হায়দুনা মাগী মাগী তৌগদবা থৌরাংশিং, লৌখৎলুগদবা থবক্কী থৌশীল্লুনবা উন্নগদবা মতম অমসুং মফম থানরগা ময়ুম-ময়ুমদা থুনা য়াঙনা হন্নখ্রে। মখোয় অনিনা ময়ুম ময়ুমদা হেক থুংবগা মখোয়না লেপ্লখিবগী মতুং ইন্না থবক পায়খৎপা হৌখি।

ঈবুংশী অঙৌম্নানা মহাক্কী ওইনা লৈজবা নোংমৈ পায়বা সিফাই ৮০ অমসুং ঈবুংশী জিলাঙম্বনসু মহাক্কী ওইনা লৈজবা নোংমৈ পায়বা সিফাই ৬০দু মাগী মাগী অব্রাৎ-অপা য়েংদুনা শেম-শাহল্লম্মী। হায়রিবশিংসি নত্তবা

থাঙ পায়বা, তা-পায়বা, তেন শীজিন্নবা, অসিনচিংবা মী ৪০০(চামরি) রোমসু মখোয়না খোমজিল্লম্মী। মখোয়না ময়াম্বুং যুবরাজনা য়ারে হায়না চীনহায় হায়দুনা যুবরাজসিগী বোডী গার্ড(Body guard) নোংমৈ পায়বা সিফাই ৩০০গী লুচিংবদা পাউ থাদুনা ময়াম্বুং লৈত্রিঙৈসিদা যুবরাজগী থৌগল ইনবদগী লেমহৌবা সিফাইশিংবু অরুবা পাঙ্গল চঙবা থবক অমদা শীজিন্নগদবা লৈরে, খর থাবীরকউ, হায়দুনা মনাই থাদুনা হায়হল্লুবদগী নোংমৈ পায়বা সিফাই ১০০(চাম) রোমসু ফংলদুনা শেম-শারগা নুমিদাংদুদগী অহিংগী পুংজা চঙশিল্লকপা ঙাইদুনা লৈরম্মী।

খৃঃ১৮৯০গী সেপ্তেম্বর ২১গী অহিং নোংয়ায়গী পুংফম চঙশিল্লকপদা ঈবুংশী অঙৌম্না অমসুং ঈবুংশী জিলাঙম্বগী খুৎপুশিংদু কংলা কোনুংগী অৱাং থংবা থোঙলোমদগী চঙলক্লগা নোংমৈ কাপ্তুনা ফোংনা লালহওবগী মশক্তু উৎলক্লম্মী। মসিদগী মখোয়না মতমদুগী মনিপুরগী জেল, ফাদোক [মথক্কীসিদা,৩৫৬]কৌবদুদা চঙদুনা জেল ঙাকপশিংবু ওভরপাৱার তৌরগা জেলগী থোঙ হাঙদোকুনা বন্দি ৪০০ রোম থাদোক্লম্মী অমসুং মখোয়দা খুৎলাই পীদুনা মখোয়গী লান্মী ওইহল্লম্মী [জঃবঃ,১২৯৮(১৮৯১),৭১ অমসুং রঃকঃসঃ,১৯৭৩,১১]। মসিদগী কংলা কোনুংলেনসিগী নিংথেমকোন লানবন(Citadel)তম্না লেপ্তুনা নোংমৈ কাপশিনবা হৌবকখি। নোংমৈ কাপশিল্লকপগী অহানবা নোংমৈ মখোনসিদা লৈমা-নিংথৌকোনগী নিংথেমগী শঙ্গাইরেন্দা চেপ্লিবা মৈদিংঙু সুরচন্দ্র মিকপ থোক্লক্লম্মী। মতমদুদা মহাক্না লান্দারক্লিবশিংদুগা লান মায়য়োক্লদুনা লাম্থেংনবগী ৱাফম খল্লমদে, থৱাই হিংলগা লোয়রে হায়না খনবগুম তৌরদুনা অহিংগী অমম্বা মরক্তুদা লৈমকোন্দা লৈরিবা নুপী অঙাং পুম্নমক হুন্দোকলম্লগা মতোমতা কংলাগী খাথোঙ / চীঙচাগু-থোঙলোমদা লোন্না থোরক্লম্মী। মসিদগী মহারাজসিনা শঞ্জেনথোংলোমদগী লাকপা মনাউ ঈবুংঙো পাকাস্না অমসুং মহাক্কী কেরানী মনিলান দেগা নোংমৈ পায়বা সিফাই ৮০গা লোইননা কোনুং কনগে লাকপগা থেংনরম্মী। মহারাজ থেংনরবা মতুংসিদা মনাউ ঈবুংঙো পাকাস্নানা খাথোঙদা চঙদুনা লালহওরিবশিংদুগা মায়য়োক্লদুনা লান শোক্লরুনবগী ৱাফম পুখৎলকখিরম্মী। অদুবু ময়াম্বুং মহারাজনা অহিংগী অমম্বদুগী খুদোংচাবা লৌদুনা থেংলবা অমসুং মম্লবা অহিং অদুদা কনানা য়েক্লবনো, কনানা মীচঙনো হায়না খন্দোকপা ঙম্লোয়দৌবসিনা কংলা মনুং চঙদুনা লাম্থেংনরুবগী কান্নরোয়, হায়না কম্থোক্তুনা বৃটিশ রেসিডেন্সীদা চঙদুনা পোত্থারুরসি হায়দুনা মতমদুগী মনিপুরদা লৈরম্বা বৃটিশ পোলিটিকেল এজেন্টকী রেসিডেন্স, কোম্থৌজম যুম্ফমদা চঙদুনা মফমদুদা চঙজফম লৌখিরম্মী। অদুবু ঈবুংশী পাকাস্নাদি

মপুক্লীঙদা কয়া য়ানীঙদবনা ময়াম্বুংবু থিঞ্জিল্লম্লগা লানগী ঈরাং য়েংগে, হায়দুনা মহাক্কী খোঙলোইশিংগা লোইননা থোক্লকখি। মহারাজ সুরচন্দ্রনা কোনুংদা লান্দারক্লিবশিংগা লান মায়য়োক য়াদ্রিবসি মশাগী মরাল লৈজদুনা ৱাখল ফত্তবনা মনাউ ঈবুংঙো কুলচন্দ্র যুবরাজ অমসুং মনাউঈবুংঙো কোইরেং সেনাপতি অনিসি লানহওসিগী লান্দারকপসিদা য়াওখ্রে হায়না খনবা অমসুং মরম অসিনা লান মায়য়োক্লদুনা লাম্থেংনরুবসু লাম্মী পুম্নমক সেনাপতিগী ওইখিগদবনিনা লানফম মায়য়োক য়াবা ঙমগনি হায়বা থাজজদবগী ওইরমগদবা মাল্লি।

## টেকেন্দ্রজিৎনা নিংথৌ-ফম্বাল কখোকপা

সুরচন্দ্র মহারাজনা স্নাকোনুং থাদোক্কুনা অহিং নোংয়ায় মতুং পুং ২ রোম তাবা (1.S.T)গী অদুৱাইদা বৃটিশ পোলিটিকেল এজেন্টকী রেসিডেন্সীদা চঙখ্রবা মতমসিগী মমাঙ নিংথেমকোনগী শঙ্গাইরেন থাদোক্কুনা খা-থোঙলোমদা থোক্লকপা মতমসিদা কংলা মনুংদা ঈবুংশীজ অঙৌস্না অমসুং ঈবুংশীজ জিলাঙম্বনা জয় ওইরে হায়বসি খঙননবা নোংমৈ তোপ ৫(মঙা)রক কাপখিরম্মী[ মথক্কীসিদা, ১১]। অমরোমদা সেনাপতি টেকেন্দ্রজিৎ বীর সিংহনা মৈতৈ লৈপাক্তা লানহওদুনা সনাকোনুংদা লান্দাররে হায়বা পাউ অসি হেক তাবা খুদক্তা মহাক্কী (সেনাপতিগী) বোডী গার্ড ওইনা লৈবা নোংমৈ পায়বা সিফাই ২০০ অমসুং মহাক্কী অতৈ খুৎলাই পায়বা মী ২০০ রোম খোমজিন্দুনা পুরগা কোনুং কন্নবা লানহওশিংবু নমথনবা লাকখিরম্মী। মহাক অমসুং মহাক্কী লাম্মীনা স্নাথোঙ (নোংচুপথোঙ) লোমদগী চঙলক্কুনা নিংথেমকোন লানবন তম্না অহিং নোংয়ায় মতুং পুং অম(1.S.T) রোম চৎলকপদা চঙশিল্লক্লম্মী। টেকেন্দ্রজিৎ সেনাপতিনা নিংথেমকোন লানবন চঙলকপা মতমদদি মহারাজদি কোনুং থাদোক্কুনা চৎখিরম্লে। অদুনা নোংমৈ কাপ্পগী চাংদি মহাক্কী বোডীগার্ড ২০০(চনি)দুনা কাপ্পা নত্তনা অতৈদি পঙতা তাদ্রে। মহাক্না উত্রা শঙলেন্দগী কংলা শঙলেল্লোমদা য়েংশিল্লকপদা য়েক্লবা লালহওনবশিংদু মানবা মীওই খর লেপ্পুনা লৈবা উরম্মী। মতমদুদা মহাক্না অফিং-অফাই ওইনা "লৈপাকমচাশা! কংলা শঙলেন কনসি, লানহওবা য়েক্লবশিং তাম্থোকসি!" হায়না খংলাউ লাউরগা চঙশিল্লকপদা লৈরম্লিবা খদাংচেৎ ফিমুনা চীনবুন লাকপা অনিনা চীনবুন হাঙদোক্লগা "ননাই ঐখোয় অনিনি লান হওরিবসি, হৌজিক্তি পীবীনীঙবা দণ্ডি পীনবীরো, ঈকোক্তা থোংনা লৌজরগনি" হায়দুনা মনাউ ঈবুংঙো অঙৌস্না অমসুং মনাউঈবুংঙো জিলাঙম্বনা দণ্ডবত তাদুনা খুরুমজরম্মী। ঈবুংশী কোইরেং সেনাপতি "মতম

চাদে হায়রগা লানহৎওরিববদি করিনো"- হায়না হংলক্লবদা- "য়াম্বুং পাকাম্নাগী চীরোন্না ননাই ঐখোয় অনিবু শ্রীযুৎ মহারাজনা লানহৎওগদবগী শেম-শাবগী মরান্দা হয়েং(সেপ্তেম্বর ২২)মক ফাও হায়বা স্নায়াথং লৈব[মথক্কীসিদা,১০]না ননাই ঐখোয় অনিবু ফাহন্দুনা ঈকাইবা নঙগদবগী শরুকপুদি ঈবুধৌশিংগী সনা ফম্বাল তোংনফম কংলা ফম্বাল-মমাঙসিদা লান শোক্লদুন থব্রাই থাদোকচগে খঞ্জদুনা য়াম্বুংদা হঙ্গৎলমদনা লান হওজবনি। হৌজিক্তি চুমদবা ব্রায়েনগী য়াথংপীবা মপুদু কোনুংসি থাদোক্তুনা চৎখ্রবনিনা ননাই ঐখোয়গী ঈথৌ লোয়জরে। পীবীনীঙবা দণ্ডী পীবীরো, ঈশানা য়ানা লৌজরগনি"।

ঈবুংশী কোইরেং সেনাপতিনা মনাউ ঈবুংঙো অনিগী ব্রাফমসি তাবদা পুক্লীঙদা ঈকাই- নুংশি য়ান্নখি। "হি, অদু য়ৌরবকো! অদু ওইরবদি ইনাউশা, লালহওসি মায় পাক্লনবা তৌরসি" হায়না য়াথং পীরগা কংলাগী মফম খুদিংমক্তা মখোয়গী সিফাইশিং থমদুনা মফম পুন্নমক লৌশিনখ্রে। সুরচন্দ্র মহারাজনা কোনুংদা লান্দারক্লিবা লালহওবশিংদু নমথনবা থৌরাং অমতা তৌরমদবা অমসুং য়েক্লবগা লান মায়য়োক য়ানবা থৌশীল অমতা শীল্লমদবনা অহিং অদুমক্তদা লালহওবশিং অমসুং সেনাপতিগী খুৎনা কংলাগী মফম অপুম্বা ঈরায় লায়না লৌশিনবা ঙম্লম্মী। মখোয়না তোপ-খনা, মেগজিং(Arsenal or Magazine)হায়রিবা তোপচাও ৪(মরি), নোংমৈশিং অমসুং নোংমৈ মরুশিংনচিংবা থম্বা মফমদুসু মখোযগী মখুৎ চল্লে। অদুগা তোপগারোৎ অমসুং নিংথেমকোন লানবন ঙাক্লিবা চোংথা অঙাংতোন নত্রগা নীলমনী সিংহ, অয়াপুরেন মেজব(Major of external/foreign affairs)সু সেনাপতি টেকেন্দ্রজিৎকী মীচঙদা য়াওখ্রে [মথক্কীসিদা,১২]। মায়কৈ অমরোমদা মৈতৈ কোনুংদা লানহওবশিংনা লান্দারক্তুনা নোংমৈ কাপ্লবসি কংলা কোনুংগী মনাক নক্লা ময়ুম ঈংখোল লৈরিবা সুরচন্দ্র মহারাজগী মনাউ ঈবুংঙো অহুমসু তারিবনি। মনাউ ঈবুংঙো পাকাম্না শগোহঞ্জবগী ব্রাফম খরদি মথক্তা পঞ্জখ্রে। অতৈ মনাউ ঈবুংঙোশিং থম্বৌম্না (কেশরজিৎ), শামুহঞ্জবা অমসুং গোপালস্না (পদ্মালোচন), ফুঙ্গানাই শঙলাকপসু মাগী মাগী বোডীগার্ড সিফাই ১০০ অমসুং ৬০গা মাগী মাগী লৈজবা মীশিং পুদুনা কোনুং কন্ননবা, ময়াম্বুং ঙাক-শেন্ননবা নোংপোকথোঙলোমদা লাক্লম্মী। মখোয়না অঙৌম্না অমসুং জিলাঙম্বগী খুৎকা লাম্হেংনদুনা কাপ্লরিঙৈদা মহারাজ সুরচন্দ্রনা খাথোঙলোমদা নাম্থোকখিবগী খুদোংচাবা ফংখিবনি। অদুবু মতুং তারকপদদি সুরচন্দ্র মহারাজগী পোকমিন্নবা মনাউ অহুম অমসুং মখোয়গী খুৎপুশিংদু কংলাগী লমখৈ লানশিনবা ঙমখিদে। মখোয়না মতম খর লাঞ্জাদুনা লৈরগা

ঈ-পাউ লৌবদা মহারাজদি পোলিটিকেল এজেন্টকী রেসিডেন্সীদা চঙখ্রে অমসুং পোলিটিকেল এজেন্ট মিঃ সেন্ট ক্লেয়ার গ্রীমউডনা রেসিডেন্সীদা চঙফম পীখ্রে, হায়বা তারবদা মখোয়সু মখোয়গী মীশিংগা লোইননা রেসিডেন্সীদা চঙদুনা ময়াম্বুং মহারাজগা পুনখিরম্মী। হায়রিবা অঙৌস্না, দোলাইরোই হঞ্জবা অমসুং জিলাঙম্বগী লানহওসিদা সেনাপতি কোইরেংনা মচীন-মনাউ মরি মরি ঈশিংগা থাউগা ওইদুনা তীন্নবা য়াররোয়দবা ফিবমদা লৈরবা, লানহওসি য়াওদ্রবসু য়াওই শোয়দনা হায়গদবা মরৈরবা তাঞ্জা অমসুং থৌদৌসিদা মপুকচেল ফত্তবশিংবু ব্বারক্লবা খুৎলাই পায়খৎখিবনা লানহওসি মায় পাক্লুনা খৃঃ১৮৯০গী সেপ্তেম্বর তাং ২১গী অহিং নোংয়ায় মতুং পুং ৬(মসি মৈতৈগী পুংজানি, মসিগী পুং ১গা হৌজিক্কী মিনিট ২২ সেকেণ্ড ৩০গা মান্নে, অদুনা পুং ৬সি আইঃএসঃটিঃগী পুং২গা মিঃ১৫গা মান্নে) তাবদা কোনুংদু খুদম চন্দুনা লৌশিনখি। লালহওসিগী মবমদা বৃটিশ পোলিটিকেল এজেন্সীগী চহিগী রিপোর্ট খৃঃ১৮৯১-৯২গীদা পীরিবদি:-

> **In September (1891) the Maharaja Surachandra Singh was driven from the palace by the two younger brothers at the instigation of the Senapati Tikendrajit Singh[A.R.M.,1891-92,4].**

অসিনি। রিপোর্টসিদা ভাবনা শাজিন্দুনা অবোয়বগী ব্বাফম- "সেনাপতি টিকেন্দ্রজিৎ সিংহনা ইনশিন্দুনা / ইনশিনবদগী (at the instigation of the Senapati Tikendrajit Singh)"- হাযর্বসি হাপচিন্দুনা "সেনাপতি টেকেন্দ্রজিৎ বীর সিংহ"বু খৃঃ১৮৯০গী সেপ্তেম্বর ২১গী লালহওসি হান্ননা য়াওহল্লি।

## কখোকপা অমসুং ওইজবা তানবা

ঈবুংশী দোলাইরোইঞ্জবা অঙৌস্না অমসুং ঈবুংশী জিলাঙম্বা অনিগী লালহওদা কোইরেং সেনাপতিসু য়াওশিন্দুনা লানহও মায় পাকখ্রে। লালহও' অহিংসি লেল্লগা নোংঙানল্লকপা মতমদা মহারাজ সুরচন্দ্রগী মীচঙদা লৈবা মীওইশিং- মাইস্না শামু সিংহ, কর্নেল নত্রগা লুব্বাংনিংথৌ, কাংঙবা থাঙ্গাল জেনরেল, লাইশ্রবা জম্বুবান মেজরনচিংবা লাক্লুনা মহারাজগা উন্নদুনা ব্বারী-ব্বাতাই শানরৈ। সুরচন্দ্র মহারাজনা মশানা মশাগী মরাল খঙজবনা মনিপুরদা লানহওরিবা মনাউশিংসিনা লৈরিবা মখৈদি মহাক্কী মপুক্সি নুংশাংবগী লমদাংদা শাফদে, খুদোংথীবশিংনা মিৎকুপ খুদিংগী অমসুং খোথাং / খোঙকাপ খুদিংগী লুমদুনা লৈ হায়বসি খঞ্জরম্মী। মরম অসিনা মহাক মনিপুরদা পম্বদুনা লৈনীঙদে অমসুং খুদোংথীনীঙঙাই ওইবা

মফমসিদগী উপায় অমা তৌদুনা নাম্থোকখ্রবা মহাক্কী মকুবোক মহারানী স্বর্নময়ী প্রেমময়ী নত্রগা লৈহাওগী মপাবুং ঙাংবমচা মেজরনা কলকটাগী বৃটিশ হেডক্বার্টরসতা মনিপুরগী পোলিটিকেল এজেন্ট ওইনা লৈরম্বদগী থল্লম্বা মহাক্কী ময়ুম ঈংখোল "কলকটাগী মনিকটলা রোড, কাঁকরগাছি" [রঃকঃসঃ,১৯৭৩,১৫]দা লৈরিবদুনা চৎলগা মফমদুদা লৈদুনা মতমদুদা মনিপুরগী পোলিটিকেল এজেন্ট ওইনা বৃটিশকী লমদা লৈরিবা কলকটাগী নং ১৮-শিব-ঠাকুরস লেন্দা লৈরিবা মেজর অসেম গোলাপ সিংহ [মথক্কীসিদা,১৯০] গা তান্নদুনা থোকপা অমা তৌদুনা লালহওবশিংসি মকোক-মরূ কক্তুনা মরূ- মপান ফুক্তোক্লবা শীল্লগা অমুক হল্লক্তুনা পাল্লগে, হায়বা ৱাখলসিদা চপ য়ুংদুনা লৈখি। মরম অসিনা বৃটিশকী বেসিডেন্সিদা লাকপা মতমদুগী মনিপুরগী লৈঙাক্লোনগী অঙম-অথৌশিংদুনা নিংথৌ খুবম হঞ্জিন্নবগী ৱাফম হৌদোকপদা যাখিদে। নিংথৌ ওইজবরোয়, নিংথৌ ওইবা তোক্লগে তীর্থ চত্তুনা লাইনীঙজখ্রগে, হায়দুনা নিংথৌগী পোৎলোই-শেনপোৎ, হী-য়াইনচিংবা পুন্নমক পীথোক্লক্লম্মী। নিংথৌ ৱাকুম, শামু ৱারুম ওইনা সুরচন্দ্র মহাবাজনা লমন খুম্নীঙবগী মৈরীনা মনিপুর থাদোক্লগে, হায়বিবসি সেপ্তেম্বব তাবিক ২২ নিংথৌকাবা নুমিৎসিদনি। অমসুং অঙম-অথৌশিংনা নিংথৌগী পোৎলোই-শেনপোৎশংদু কংলা মনুংনা যৌহনখ্রিবসি।

মৈদিংঙু সুরচন্দ্রনা নিংথৌ ফম্বাল থাদোক্লে হায়দুনা নিংথৌগী পোৎলোই- শেনপোৎনচিংবা পীথোক্লকপসিদা কংলা কোনুং মনুংদা নিংথেমকোন লানবন (Citadel)মনুংদা তীল্লিবা সেনাপতি কোইরেং, অঙৌম্না দোলাইরোই হঞ্জবা, ঈবুংশী জিলাঙম্বা, চোংথা নীলমনি সিংহ, অয়াপুরেন মেজোর, পুখ্রনবা তংকো, সুবেদাব, চোংথা মিযাসিংহ সুবেদারনচিংবা অমসুং মখোযগী কংলা কোনুং ঙাক্লিবা সিফাই অমসুং লাল্লুপ লাম্নীগী লাল্লোইশিং অমদি পোলিটিকেল এজেন্টকী রেসিডেন্সী চঙদুনা সুরচন্দ্র মহারাজ উন্নরুবা অমদি নিংথৌগী পোৎলোই- শেনপোৎ পুরকপা-কাংঙবা থাঙ্গাল জেনরেল, মাইস্না শামু কর্নেল, লাইশ্রবা জম্ভুবান মেজর, ঈরুংবা মেজর, লোইতাম হিরানন্দ মেজর, অধিকারীময়ুম জগধাম মেজর, য়েংখোইবা রুদ্রসিং মেজর অসিনচিংবা তীন্নদুনা মনিপুরগী লৈঙাক ৱায়েন কাংলোন, চৎলম-লুপতীন্নচিংবগী মরম পুন্নমক য়েংদুনা নিংথৌ ফম্বাল হাঙনা থম্বা য়াদবগী ৱাফম খন্নরক্লে। মতমসিদা ঈবুংশী দোলাইরোইহঞ্জবা অমসুং ঈবুংশী জিলাঙম্বা অনিনা তীল্লিবা অহল-লমনশিংদুবু খুরুমজরগা ময়াম্বুং সেনাপতি কোইরেং ওর্ফে টেকেন্দ্রজিৎ বীর সিংহবু "মৈতৈ নিংথৌগী ফম্বালথক্তা লেঙখৎপীরো,

হৌনবী মতুং ইন্না মৈত্রবাক মনিপুরগী নিংথৌনি হায়না নোংমৈ তোপ-কাপ্পুনা লৈপাক মীয়াম খণ্ডননবা লাউথোকচরগে" হায়না হঙ্ঙৎচখি। অদুগা তীল্লিবা অহল-লম্মনচিংবনসু মতীক চারে হায়দুনা সেনাপতিগী পাউখুম ঙাইদুনা লৈনরম্মী। অদুবু নিংথৌ ফম্বাল কল্লকপীদ্রবা অমসুং মতমদুগী ভারতবর্ষগী ব্রহ্মদেশকী অমসুং প্রথিবীগী চাওখৎলবা অমসুং চাওখত্তবা জাতি পুম্নমক্কী রাজনিতি, সমাজনিতি অমসুং অর্থনিতিগী পোরোন উবা, পোমিৎ খঙবা সেনাপতি কোইরেংনা, "লাই ওইখ্রবা মপাঙ্গবুংঙো সনখ্যানা মখোয় মচীন-মনাউশিংবু অহন-নহা কায়দনা নিংথৌ ওইনরকউ, অকায়বা চৎলকপা মহাক্তু উৎ ওইনা তুম্মু হায়না স্নায়াথং তাকপীরম্মী" কোইরেং সেনাপতি মহাক্কী মথক্তা ময়াম্বুং যুবরাজ কুলচন্দ্রধ্বজ লৈরি, অদুনা মৈতৈ নিংথৌগী ফম্বাল অসি মতম অমসুং মতাং অদুদদি ময়াম্বুং কুলচন্দ্রধ্বজগী হক ওইরি। মরম অসিনা ময়াম্বুং যুবরাজ থিরকউ, কোইরেং সেনাপতি মহাক্তি কংলাদা নিংথৌ ফম্বালদু ঙাক্তুনা কনানসু লৌহন্দনবা শঙদুনা লৈগে, ময়াম্বুং কুলচন্দ্র ফংদুনা পুরক্লবা মতমদুদা নিংথৌ ফম্বালথক্তা থাঙ্গত্তুনা নিংথৌ ফম্বাল কৎসি" হায়না মনাউ ঈবুংঙো অনিদা য়াথং পীরক্লম্মী।

সেনাপতি কোইরেংগী খুম্নলক্লিবা পাউখুম, মমাঙদা তারবা নিংথৌ সিংহাসনবু অতোপ্পগীদমক্তা মহাক্লা ঙাকপীবা, মহাক্লা লৌনীঙলবদা লৌবা য়ারবা অমসুং মনাউ ঈবুংঙো অনিনা ফম্বাল লৌবীরো কৎচরবা ফাওবদা অহন-নহাগী ব্যবহার, মপাবুং সনখ্যাগী য়াথংবু ঈকাই খুম্নবনা নিংথৌ ফম্বালবু মীঙোন্দা কখোকপা, স্বার্থত্যাগগী খ্বাইদগী ব্রাংলবা খম থেংলবা মতৌ অসিনা চহি অহল ওইশিল্লক্লবা নিংথৌরোল মরিগী লৈঙাক ব্রায়েন-থৌদা উরক্লবা অমসুং 'ঐখোয়গী ঈনিংথৌ নুংশিখিবা' মহাবাজ নরসিংহগী কখোকপগী মশক্তু হাথেংনরক্লবা কাংঙবা থাঙ্গাল জেনেরেলবু ঙাওহল্লে, অহন মহাকপু শাথীনা কপহল্লে। মমিত্তা মপীনা পুমথুম থুম্লগা, "নিংথেম, ঈপুগী নিংথেম!" হায়না শোল্লগা উচুপ য়ুংবগুম লৈখরে। তশেংনমক, সেনাপতি কোইরেংসিনা থাঙ্গাল জেনরেলবু মহাক্কী মায়কৈদা মশক উদবা শক্তি অমনা চিংশিনখরে। হায়রিবা কখোকপগী ব্রাহৈ অমদি মতৌসিনা মাইস্না শামু কর্নেলবুসু হায়ফম খণ্ডদনা লৈহনখ্রে অমসুং মহাক্তা নত্তনা তীল্লিবা অহল-লম্মন ফম্নাইবা পুম্নমক্তু য়োৎচাবীনা য়োৎকুপ, য়োত্তেক-থাঙতেক্লচিংবা চিংশিনবগুম সেনাপতি কোইরেংগী মায়কৈদা চিংশিন্দুনা নপ- নপ্পুনা লৈখ্রে।

মনাউ ঈবুংঙো অঙৌস্না অমসুং জিলাঙম্বনা মশানা হায়দোকখ্রবা য়াথংদা সরারেনগী নোংমৈ-শীঙজঙনা তারক্লবসু হোংবা লৈত্রবা ময়াম্বুং

সেনাপতিগী গুন খঙবনা থীম্বদনা যুবরাজ কদায়দা লেঙখিবা, কদায়দা লেঙশিল্লিবা, অসিনচিংবগী ব্রাফমশিং ব্রাহং-পাউহংনদুনা থিরকপদা ময়াম্বুং যুবরাজদি ঙরাং লাংবন ৭নি পানবগী নুমিদাং য়াচঙবগী মতম অদুব্রাইদা ফোয়জীঙদা লেঙগনি হায়দুনা লেঙথোকখি হায়বসি পাউ ফংলে। অদুনা অমুক হন্না মফমদুদা লৈরিব্রা নত্রগা লৈত্রবরা হায়দুনা অচৎ-অওক্লচিংবদগী পাউ লৌবদা ময়াম্বুং যুবরাজ ফোয়জীঙদা লৈরে হায়বা পাউদু চুমলে। শেংলে হায়বা খঙলে। মদুদগী মনাউ ঈবুংঙো অনিনা অচেৎপা থাজবা য়াবা মনাই খর হান্ননা নুংথিলগী মতমদা থাদুনা পাউ চৎনরগা সেপ্তেম্বর থাসিগী তারিক ২২গী অহিংসিদা মনাউ ঈবুংঙো অনি য়াওনা নম্বোল ফোয়জীঙ তান্না হাইথদুনা ময়াম্বুং যুবরাজ কুলচন্দ্রধ্বজবু লৌরুনবা চৎখিরম্মী।

ময়াম্বুং যুবরাজ লৌবা ফোয়জীঙদা চৎখ্রিবা মনাউ ঈবুংঙো অঙৌম্না অমসুং জিলাঙম্বা লুচিংবা সনা কোনুংগী খুৎপু অসিনা ফোয়জীঙদা সেপ্তেম্বর ২২গী অহিংদু লেল্লগা অযুক পুমঙান ঙাল্লক্লবা পুং ৮(নিপান) তারমদায়দগী খোঙশাল্লক্তুনা ইম্ফাল তম্না লাকপনা সেপ্তেম্বরগী তারিক ২৩ লৈপাকপোকপা নুমিৎকী অয়ুক্কী পুং ৯(মাপন) মখায়(মিনিট ৩০) রোম তাবদা কোনুংদা থুংলখি [চৈথাঃকুমঃ,২০০৫,৪৮১(মসি অয়ুক যুথক মতুং পুং ৪ হায়না পীবনি]। অদুগা ময়াম্বুং যুবরাজসিনা থুংলবগা হায়রিবা নুমিৎসি (তাং২৩।৯।১৮৯০)গী অয়ুক্কী পুংফমসিমক্তদা মনাউ ঈবুংঙো অহুম্মক্তুগা অঙম-অথৌ অপুম্বগা তীন্দুনা নিংথৌ হাপ্তুনা পুং ৯গা মিনিট ৫২দা কংলা ফম্বাল ফিজেৎ থোনহন্দুনা ফম্বাল তোংহল্লগা পুং ১০মিঃ১৫দা নিংথৌগী শঙ্গাইরেন্দা চঙদুনা ঙাইহাক পোথহনখি [মথক্কীসিদা,৪৮১]। মশা ব্রাদনা ঙাক্রা চাবা যুবরাজ কুলচন্দ্রধ্বজনা মৈদিংঙু ওইদুনা লৈপাক্কী লৈঙাক-ব্রায়েন থৌদা পায়বা অমসুং নিংথৌ ফম্বাল তোংবা নুমিৎসিমক্কী নুমিৎ য়ুংবগী মতমদা সেনাপতি টেকেন্দ্রজিৎ বীব সিংহবু যুবরাজ অমসুং মনাউ ঈবুংঙো দোলাইরোই হঞ্জবা অঙৌম্নাবু সেনাপতি হাপ্লগা নুংথিলগী পুং১মিঃ৭কী অদুব্রাইদা মখোয় অনিবু অভিসেক(Crowning) তৌখিরম্মী [মথক্কীসিদা,৪৮১]। অদুগা হায়রিবা নুমিৎসিমক্তা মরান্না মপোৎ ফাদুনা ফম্বালদগী চিংথখুবা মৈদিংঙু সুরচন্দ্রসু তীর্থ চৎপনি হায়দুনা মনিপুরদগী খোঙশানখিরম্মী অমসুং খোঙচৎসিদা অফ-ফত্ত পুম্নমকসিগী থৌবু ওইরিবা ঈবুংশী পাকাম্না শগোল হঞ্জবা অমসুং শন অশিবা মনাক্তা লেপ্লুপগী প্রয়শ্চিত্ত(Religious atonement/expiation) তৌবা নংলিবা কেশোরজিৎ অমসুং গোপালম্নাসু ময়াম্বুং মহারাজগী থৌগল তৌদুনা তুং ইনখিরম্মী। মখোয়সি তীর্থ চৎপা নত্তে, হৌদোং লম্বোইবা শাদুনা লাম্থেবা চৎপনি, বৃটিশকী মতেং নীরুনবা হুই অনাবা শাশিন্নবনি, হায়বসি মথক্কী

মতাং অমদা পঞ্জখ্রে। মখোয়না মতাৎ তৌজরবসু যুবরাজ টেকেন্দ্রজিৎ বীব সিংহনদি ময়াম্বুং ওইবগী অমসুং মনিংথৌ ওইরম্বগী হৌনবা ঈকাই খুম্নবা উৎপা অমসুং ব্যবহার উৎপগা লোইননা লম্বীগী চাদিংনচিংবগী শেন-থুমগী মতেং পুন্নমক ব্রাৎহন্দনা, মখোয়না তাল্লকপা /হায়রকপা পুন্নমক পীখিরম্মী।

## ব্রাখোম-ব্রারোয়

মথক্তা উৎচবিবা মনিপুব ইতিহাসকী অনৌবা মতম তাংকক্কী ১৯শুবা খৃষ্ট কুমশীঙ চাগী অনিশুবা তংখায়গী মনুংদা থোকখিবা অশেংবা থৌদোক-ব্রাথোক্কী ব্রাবী-ব্রাখুনর্শিং অমসুং ব্রাথোক-লাম্থোক্কী লীখুন-কাংখুনর্শিংদগী ফংলক্লিবা ব্রাফমশিংসিগী মতুং ইন্না মনিপুবগী নেস্নেল হিবো বীব টেকেন্দ্রজিৎ সিংহ হাযবা মৈতৈ নিংথৌমচা অসি নিংথৌ সিংহাসনবু কল্লক-মিহৌদবা অমসুং মশাগী মমাঙদা তাদুনা লৈববা, মচীন মনাউশিংনা নিংথৌ ওইবো হাযববা ফাওবদা মহাক্কী হক থোক্তে হাযদুনা হক থোকপা মীশক্তুদা কথোকপা ঙম্বা নিংথৌমচানি। মহাক তমথীবা, ফত্তবা, ওক্তবা অমসুং হিংচা-যাইতম্বগী থবক কযামকর্ম তৌখিবম্বা যাই, মদুশিংদু মী ওইবগী মচৎ-মনাৎ ওইবদগী তৌর্কবিবা ঙাক্তনি অদুবু মী ওইবনা মহাক্কী অওনবা অমসুং অহোংবগী ফিবম লাক্লিবসি মিৎকুপ থবখক্তগী মতমদনি। মাহাৎপা, পোৎলাকপা, দাকু বত্নাকবনা বাল্মীকি ওইবর্কখিবা মিকুপ থবখক্তেদগীনি। সেনাপতি / যুববাজ টেকেন্দ্রজিৎ বীব সিংহনা খৃঃ ১৮৯০গী সেপ্তেম্বব থাদা মৈতৈগী অঙম-অথৌ পুন্নমকপু মহাক্কী মীচঙদা লেপহনাখবা নিংথৌ ফম্বাল কথোকপগী থৌদৌ অমসুং মদুগী মিকুপ্তুদগীনি। অদুগা মহাক্কা মনিপুবগী "নেস্নেল হিবো(National Hero)" ওইবিবসি মহাক্কা নিংথৌ ফম্বাল কথোকপা অদুগী মহৈনা লৈপাক মীযাম্না মহাক্কী যাথংদবু ঙাইনবনিনা মতমদুগী লোইলম শন্দোকপা বৃটিশর্কী নমফু-হাফুগী ব্রাযেল-থৌদা, ঈকাই খঙদবমখৈ লমলৌ কবাম্বা, হুবান লান-নাগী নমথাক্কী মমৃ যৈথোক্লবা মায়থীবগনি খঙলবমক্তদা মমা লৈপাক্কী ঈজ্জৎ কন্নানবগীদমক্ত থব্রাই থাবা পামুদবা অমসুং লাঞ্জাও থোক্লক্লবদা মযাম্বুংগী হাক্কন্নবদা লান শোক্লবা ফংদ্রবসু মবৈবাক কন্ননবগী ব্রাখল, থৌনা-লীংজেল অমসুং পুকচেল থাদোকখিদবা, অসিশিংসিদগীনি। লান্দি লাম্মীনা শোক্লগদবনি, হুয়েন-লাল্লোংদি লুচিংবশিংনা তার্কদবনি।

টেকেন্দ্রজিৎ বীর সিংহনা যুববাজ ওইবসিগী বৃটিশশিংদা মৈদিংঙু সুরচন্দ্রনা নিংথৌ ফম্বাল হঞ্জিনহবীনবা ব্রাকৎপগী মিংদা মথৌ নত্তনা মথৌ শাদুনা থবক পাযখৎলগা সুবচন্দ্র মহারাজবুদি হুন্দোকপীরল্লগা যুবরাজ কুলচন্দ্রধ্বজনা নিংথৌ ওইবদি মখোযনা শকখঙ-মায়খঙখি, অদুগা

যুববাজবুনা মনিপুবগী মপান্দা লোই থাবগী ব্রাখন্দা থম্নবগী ব্রাফম পুদুনা বৃটিশশিংনা অসামগী চিফ কম্মিস্নাব জেঃডবলিয়ুঃ কুইন্টলবু লান্মীগা লোইননা থাবক্লুনা ইম্ফালদা খৃঃ১৮৯১গী মার্চ তাং ২৩দা থুংলখি। দববাব তৌসি হাযজিন্নবগা যুববাজ ফাগে তৌবদা মায পাক্লুদুনা হল্লগে পোখাং মী পীযু, জগোয বাস যেংগেনচিংবা হাযজিন্নবগা থাসিগী তাং ২৪গী অযুক্তা মিঃ কুইন্টননা লানহওদুনা মৈতে কোনুংদা লান্দাদুনা যুববাজ ফানবা হোৎনখি। থৌবাংদু মায পাক্লুবদা মখোযগী লালহওদা বৃটিশনা মাযথীবগনি খঙলবদা তাইশিন্নবগী ব্রা ঙাংনবদা যানবা পুবকপা ঙমখিদে। ঙাইখো চৎখিনু হাযবদা ঙকচাও থেক্লুনা বৃটিশ বেসিডেন্সীদা হনগে তৌকুবদগী লৈপাক মীযামগী ঈবাং হৌবক্লুনা মিঃ সিম্পসন শকখঙদবা মী অমনা থাঙনা যানখি, মিঃ গ্রীমউতনা পুখ্রনবা কাজাও / ফিঙাংগী তানা লেঙদুনা শিখি। মখোযবু কনবীদুনা থম্বসিদা প্রজাশিংগী খোল্লাউ লাক্লুনা মনিপুবগী মিলিটবী কোর্ট খুদক্কী ওইনা কৌদুনা ফম্লগা বাযেল তৌবদা মিঃ কুইন্টন, কর্নেল স্কেন, মিঃ গ্রীমউড, মিঃ কোসিন্স অমসুং লেফঃ সিম্পসন মার্চ ২৪সি নুমিদাং অহিং নোংযাযব্রাইদা কংলা নোংশা অনিগী মমাঙদা মঙক কক্লুনা হাৎপগী চৈবাক পীদুনা কংলাশা মমাঙদা অঙৌবা মকোক লোংনা তাহনখি।

বৃটিশ ওফিসাব মঙাসি হাৎখিবগী লমন খুম্লনবা বৃটিশ ইন্দিযা গোর্ভনমেন্টনা মার্চ থাসিগী ৩১দা মনিপুবগী মথক্তা লান তৌবে হাযনা লাউথোক্লকখি। লান অসি মনিপুবগী ওইনদি মার্চ ২৫দা লাউথোক্লুনা বৃটিশকা মনিপুবদা লৈবা মীশিং তান্থোকপা নত্রগা ফাবা হৌখ্রবনি। অদুগা বটিশ ওথোবিটিনা মনিপুবদা লান্দানবা মনিপুব ফিল্ড ফোর্শ শেন্নগা মনিপুবগী মাযকৈ অহুমগী মফম অহুম অবাংলোমদা কোহিমাদগী, নোংচুপলোমদা সিলচবদগী অমসুং নোংপোকলোমদা তুমুদগী লান্মী মপৈ অচৌবা অমমম থাজিল্লক্লুনা এপ্রিল থাগী তাবিক ২০, তাবিক ৫ অমসুং তাবিক ২৩দগী মাগী মাগী লান্মী লৈফমদগী লান্দাবকখি [বঃকঃসঃ, ১৯৭৩,৫৭]। লানফমশিংসিদা নোংপোক্লোমগী লানসিনা খ্বাইদগী হেন্না কনখিবম্মী। হাযবিবা লাঞ্জাওসিদা মনিপুবনা মাযথীবদুনা চহিসিগী এপ্রিল তাবিক ২৭তা বৃটিশনা মনিপুব লৌখিবম্মী।

বৃটিশনা মনিপুব লৌদ্রিঙৈগী মমাঙগী নুমিৎ এপ্রিল ২৬সিদা টেকেন্দ্রজিৎ বীব সিংহ যুববাজগী থৌশীন্না মনিপুব কন্ননবগী অনৌবা পাম্বৈ থিনবগী থৌবাংদা মোইবাং তোঞ্জাও সুবেদাবদা লুপা ৩০০০(লীশিঙ অহুম) পীদুনা চশাংতা ঙাইবম্লবা নুমিৎ ৩নিগী মমাঙ (এপ্রিল ২৩)দগী শীনখিবনা মহাবাজ যাওনা মী ২০০ বোম চশাত্তা চৎখি। অদুবু মফমদুদা মোইবাং

তোঞ্জাও লৈরমদে, শেল লৌথোক্লগা বৃটিশতা অরোনবা পুম্নমক হায়দোক্তুনা যুবরাজ ফাহন্নবা শিনখিরম্মী। যুবরাজনা চশাৎতা নুমিৎ খবনি লৈরুরগা তম্পাক্তা কুম্লক্তুনা শীঙজমৈ মথক থোকচোব দেৱানগী য়ুমদা থুংলখি। অদুগা চহিসিগী মে তারিক ২৩ থাঙজা নুমিত্তা ফাহনখি [চৈথাঃকুমঃ,২০০৫,৪৯৭]। মসিদগী বৃটিশশিংনা মপুন্সিগী আইন মশক খঙদ্রিবা মিলিটরি ওফিসারশিংবু বীচাবপতি হাপ্লগা অশেম-অশাবা খুৎশেমগী ৱায়েল তৌখি। অদুগা বীচার তৌরিবনি হায়দুনা রিপোর্ট থাবগা হাত্তবা য়াদে হায়বা মওংদা যুবরাজ টেকেন্দ্রজিৎ বীর সিংহবু থাঙ্গাল জেনরেলগা লোইননা মতমদুগী ফৈদাবুঙগী পুঙথক (হৌজিক্কী মপান কাংজৈবুঙগী সহিদ মিনব লৈবিবসিগী নোংপোক্তা)তা চহিসিগী আগষ্ট ১৩ যুমশকৈশ নুমিৎকী নুংথিলগী পুং ২গা মিঃ৩৭ লোম তাবদা ফাঁসি তৌদুনা হাৎখিবম্মী।

মশাগী ওইজবা থাদোকপা অমসুং কথোকপগী পুকচেল নত্রগা থম্মোই চেনবা যুববাজ টেকেন্দ্রজিৎ বীব সিংহবু ফাঁসি তৌদুনা হাৎখ্রবসু মহাক্কী মমা লৈপাক্কীদমক্তা থৱাই কথোকপগী মকথোক্তদি মাঙহনবা ঙমদ্রি। নিংথৌ ফম্বাল মিহৌবীদ্রবা নিংথৌমচা অসিগী মফমদা মমা মৈতৈলৈমগীদমক্তা থৱাই কথোকপা অসিদি অৱাবা নত্রগা অকুবা থবক নত্তে। কথোকপগী নুংঙাইবা ফংলবা মহাক্কী থৱাই অদুদি তাইবংমপুনা মখুযাদা চিংশিন্দুনা থম্বীরম্লগদবনি, যুববাজসি মশাগী চহি ৩৫ থা ৭ নুমিৎ ১২ (তাং ১৩।৮।১৮৯১-২১।১২।১৮৫৫) দা মালেম তাইবংপান থাদোক্তুনা মপুগী লৈকোন্দা তীনখি মরমদি কথোকপগী গুন অমসুং পুকচেলসিদি মপু মহাক্না তম্বীবা অমসুং শন্দোকপা ধর্ম্মনি।

## মরী- মখোঙ উৎচবা


১) চৈথাঃ কুমঃ, ২০০৫ = লাইবেনময়ুম ইবুংঙোহল সিংহ ১সুং নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ: চৈথাবোল কুম্ববা (ইম্ফাল- ২০০৫)

২) বঃকঃসঃ,১৯৭৩ = বাঃকুঃ সনাহন সিংহ, বিঃকমঃ: বীব টেকেন্দ্রজিৎ সিংহ (ইম্ফাল-১৯৭৩)

৩) জঃবঃ,১২৯৮/১৮৯১ = জানকিনাথ বসাকঃ মনিপুব প্রহেলিকা (কলকটা- ১২৯৮/১৮৯১)

1) S J J , 1990 = Sır Jame Jhonstone
Manıpur & Naga Hılls
(Delhı-1990)

2) E S C G, 200 = Ehel St Claır Grımwood
My Three years Experıence ın
Manıpur (Delhı-2000)

3) A R M ,1891-92 – Admınıstratıon Report of
the Manıpur Polıtıcal Agency
for 1891-92